# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড মঙাশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীল কৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

ঙৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল হাপ্পা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড মঙাশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

লৌবা মণিপুর। অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না ফোংবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমশা ১৯৭৬. এপ্রিল



মমল লুপা ১০০০

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## নিপালশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

সঞ্চার্য্য রামাভিধ-ভক্তমেঘে
স্বভক্তিসিদ্ধান্তচয়ামৃতানি ।
গৌরাব্ধিরেতৈরমুনা বিতীর্ণৈ-
স্তজ্জ্ঞত্বরত্নালয়তাং প্রয়াতি ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

সঞ্চার্য্য—হৃপ্চন্দুনা : রামাভিধ— রাম কৌবা : ভক্তমেঘে—নোংগী মশক ওইবা ভক্ত রায়দা ; স্বভক্তি—মরম্নাই-ভক্তিগী : সিদ্ধান্ত—রারোই ; চয়—পুম্নমক : অমৃতানি—অমৃত : ( স্বভক্তিসিদ্ধান্তচয়ামৃতানি—মছাগী মরম ওইবা ভক্তিগী সিদ্ধান্ত পুম্নমক্কী মশক ওইবা অমৃত ) : গৌরাব্ধিঃ—গৌর-সমুদ্রনা ; এতৈঃ—মসী পুম্বনা (সিদ্ধান্তপুম্বগী মশক ওইবা অমৃতনা) ; অমুনা—মহুনা ( রামানন্দগী মশক ওইবা নোংনা ) ; বিতীর্ণৈঃ—চুথরবা, য়েল্লম্বা ; তজ্জ্ঞত্বরত্নালয়তাং—সিদ্ধান্ত-খঙবগী মশক ওইবা রত্নগী তুঙফম ওইবা হায়বদো : প্রয়াতি—ফংখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গগী মশক ওইবা সমুদ্রনা ভক্তরামানন্দগী মশক ওইবা নোঙদা (মেঘ দা) মছাগী মরম ওইবা ভক্তিসিদ্ধান্তগী মশক ওইবা অমৃতনা সিদ্ধান্তবু খঙবগী মশক ওইবা রত্ন পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবা হায়বদো ফংখি ।

### নৈন্নরোল

নোং তাদ্রবদি সমুদ্রগী কোংগ্রেং অমদি শঙ্খনচিংবদা রত্ন পোক্তে, নোংগী ঈশীঙ তারক্লবদদা সমুদ্রদা রত্ন পোক্যি হায়না ময়াম্না ভাঙনৈ । সমুদ্রনা অহানবদা মছাগী ঈশীংতু মনিল ওইনা মেঘদা হান্জল্লী : মেঘ অতুদগী বৃষ্টি

( চুরকপা ঈশীঙ ) ওইনা সমুদ্রদগী পুখৎখিব, ঈশীং অদু তারকুয়ি, সমুদ্রনা ঈশীংদু লৌশিন্নবা মতমদা রত্ননচিংবা পোকয়ি। রত্নশিংগী তুঙফম্নী হায়দুনা সমুদ্রবু রত্নাকর ( রত্ন-আকর—রত্নগী খোং ) হায়না খঙনৈ। বস্তু পে কৃপগী থোদোকসিগা রামানন্দরায়গা মহাপ্রভুগা রবী শান্নবগা অনোং গ্রন্থকারনা চাংদম্নরি। মহাপ্রভুবু সমুদ্রগা, রামানন্দ রায়বু মেঘগা ( অমতোং নে. গা ), দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য-মধুররসগী ওইবা ভক্তিগী সিদ্ধান্ত ঈশীংগা নত্রগা অমৃতগা অমসুং রামানন্দগী চীন্দা সিদ্ধান্ত পুন্নমক্কা মাকেন্দো লাবগা সিদ্ধান্তশিংদু খঙববু রত্নগা চাংদম্নরি। সমুদ্রনা মহাগী ঈশীংদুবু মেঘদা সঞ্চার তৌশিন্নগা অমুক মেঘদগী ঈশীং লোবগুম্না মহাপ্রভুম্ব শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা ( স্ববিষয়ক ) ভক্তি-রস-সিদ্ধান্ত পুন্নমক পদমংক্ক রামানন্দ রায়দা সঞ্চার তৌদুনা রামানন্দবু সিদ্ধান্ত মরামদু ফাওদে কহল্লী অমসুং মচামক্কা সিদ্ধান্ত পুম্বদু রামানন্দ রায়গী মকনাগী তৌশিন্নগা উপলব্ধি ( খঙবগী থবক ) তৌখি।

গৌরাব্ধিঃ—গৌরগী মশক ওইবা অব্ধি (সমুদ্র)। সমুদ্রদগী উৎসদবা মনিল ওইনা ঈশীংনা কাখৎগ্রগা মেঘদা চঙখী ( সঞ্চারিত ওই ) অমসুং মেঘতুদগী মনিল অদুনা বৃষ্টি ( চুরকপা নোং ) ওইনা সমুদ্রদা তাই, মতৌ অদুগুম্না সিদ্ধান্ত পুন্নমক্কী মরু তুঙফম শ্রীমন্মহাপ্রভুদগী মহাক্কী কৃপাশক্তি শীজিন্নদুনা অতৈ কনামত্তনা উদবা মওংদা ভক্তি-সিদ্ধান্ত পুম্বদো রায় রামানন্দদা সঞ্চারিত ওইদুনা মহাকপু ( রামানন্দবু ) সিদ্ধান্ত কোঁওদে কপা ওমহনখি—মতুদি ঈশীং মনিন্না মেঘবু চংশিনবা ওমহনবগুম। অস্যন্না মাটম হায়দুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুবু অব্ধি হায়বদি সমুদ্র কৌরিবনী। অপ ( ঈশীং ) +ধি – অব্ধি, সমুদ্র ; সমুদ্রনা মেঘদা ঈশীং সঞ্চার তৌই ; অদুনা করম হায়না তৌয়ি হায়বদু কনামত্তনা উদে ; নুমীৎকী মৈশানা সমুদ্রগী ঈশীংনা মনিল ওল্লি ; মনিল অসী নুংশীং কুহনী ; মরমদুনা কনামত্তনা মনিল-বু উবা ফংদে। মনিলসিমক্কা অতিয়া মথক্তা কাবগা মেঘ ওল্লী। নুমীৎকী মৈশানা সমুদ্রগী ঈশীংবু মনিল ওলহল্লগা মেঘদা সঞ্চারিত তৌবগুম্না শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপাশক্তিনস্থ পুঙখঙ-খঙবা শ্রীমন্মহাপ্রভুগা চিত্তদগী সিদ্ধান্ত পুম্বদো রায় রামানন্দগী চিত্তদা সঞ্চারিত তৌরম্মী। সমুদ্রনা চাংদম্ ওন্নদবা ঈতুঙফম ওইবগুম্ শ্রীমন্মহাপ্রভুম্ব ওমথৌ-নাইদবা জ্ঞানগী তুঙফম্নী। খঙবগী

(জ্ঞানগী) মতাংদা শ্রীমন্মহাপ্রভু সমুদ্রগা পাংথকী। প্রভুগী কৃপা-শক্তিনা রায় রামানন্দদা সিদ্ধান্ত পূম্নমক্কী জ্ঞান হাপ্পল্লহদো অতোপ্পা কনামতনা করি হায়নী রামানন্দ মহাক্না ফাওবা উৎমদবা মওংদনী, চীন্না পীরম্বা পাউতাক ওইনা সঞ্চার তৌবন্বা নত্তে। রামানন্দগী চিত্তদা প্রভুনা তত্ত্ব পূম্নমক ফাওহল্লম্মী— রাফম অসী রায়গী মচীন্নক্না ফোংদোক্খি। "এত তত্ত্ব মোর মুখে কৈলে প্রকাশন। ব্রহ্মারে বেদ যেন পড়াইল নারায়ণ॥ অন্তর্যামী ঈশ্বরের এই রীতি হয়ে। ব্রহ্মারে না কহে বস্তু প্রকাশে হৃদয়ে॥ ২/৮/২৬৮-৯॥" ঈশ্বরদি অন্তর্যামীনী; অন্তর্যামী ওইনা মহাক্না জীব খুদিংগী মনুংদা লৈ, খুদিংদা পাউতাক পী— তৌবগীদি ফোংনা নত্তে, মরীরাতাবা শাহুনা পীবা নাত্তে। পাউতাকী মর্ম্মদু খাংবদি মহুনা জীবগী চিত্তদা ফাওহল্লী; মক্কবা-চিত্তগী মীংনা মদু খংবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না ব্রহ্মাদা বেদ তাক্পিখি- বেদগী মর্ম্মদু ব্রহ্মাগী চিত্তদা ফাওহল্লগা "তেনে ব্রহ্মহৃদা য আদিকবয়ে। শ্রীভা, ১/১/১॥"

রামাব্ধি-ভক্তমেঘে— রাম (রামানন্দ) কৌবা ভক্তগী মশক ওইবা অমঙবা নোংদা। মেঘদা মনিন্না চৎপগুম রায় রামানন্দদা প্রভুগী কৃপাশক্তিনা ইনশল্লকপা সিদ্ধান্ত পূম্নগী জ্ঞান অদু লাকৃখি হায়দুনা রায় রামানন্দবু মেঘ (অমঙবা নোং) কৌরিবনী। রামাব্ধি-ভক্তমেঘে হায়বা শব্দসিদা য়াওরিবা ভক্ত হায়বা শব্দসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মহুদি— ভক্ত-মন্তবা কন মতন ভক্তি-তত্ত্ব ফোংদোক্না শক্তি চেনবা ঙমদে, অতোপ্পা কনামতগী চিত্তদা ভক্তি-তত্ত্ব ফাওরকপস্নু য়ারোই।

স্বভক্তি-সিদ্ধান্তচয়ামৃতানি— স্বভক্তি (মহাগী ওইবা, শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা ভক্তি) অদুগা মরী-লৈনবা সিদ্ধান্ত পূম্নমক্কী মশক ওইবা অমৃত। শ্রীকৃষ্ণগী মরী ওইবা ভক্তিদুবু মফমসিদা স্বভক্তি (মহাগী ওইবা ভক্তি) হায়রিবনী, ভক্তিদুগা মরী-লৈনবা সিদ্ধান্ত (রারেপ) পূম্নব অমৃতনী হায়রী। মফমসিদা সিদ্ধান্তশব্দনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর রসগী ওইবা সিদ্ধান্তশিংদুবু হায়রিবনী। রায়রামানন্দগা লোয়ননা সাধ্য-সাধন তত্ত্বগী রারী-শাবদা রস ময়ামসিগী রা পোরক্পনী। রস পূম্নমক্কী খ্বাইদগী সুংঙাইবা (পরম-রমণীয়) ওইবা রস-নী। মরমদুনা রসময়ামগী ওইবা সিদ্ধান্তবু অমৃতগা চাংদম্নরিবনী। অমৃত শব্দগী অর্থ অমনা ঈশীং হায়বনী।

ঈশীঙ হায়বা অর্থসি লৌরগদি করি হায়না খঙনগদগে হায়ববু ভক্তিগী ওইবা সিদ্ধান্ত পূম্ববু ঈশীঙগা চাংদম্নরে হায়বসিনী—সমুদ্রদগী মনিঙ ওইনা ঈশীঙনা মেঘদা চৎপগুম্না শ্রীমন্‌মহাপ্রভুদগী কৃপাশক্তিনা থোঙ ওইতুনা সিদ্ধান্ত পূম্নমক্কে রায় রামানন্দদা চৎলে হায়বসিনী। অতুবু মকমসিদা অমৃত শব্দগী প্রসিদ্ধ অর্থদি পরম রমণীয় ওইবা অমসুং পরম আস্বাদ্য ( মহাও তংনঙাই ওইবা ) পোৎশক অমবু হায়রিবনী হায়না খল্লী। মতুগী মরমদি অসিনী। অহানবদা স্বরূপ য়েংলগদি ভক্তি দি পরম আস্বাদ্যনী অদুগা পরম আনন্দরূপানী ( নুংঙাইবগী মশক্নী )। রত্নিরানন্দরূপৈব ( ভঃ রঃ সিঃ )। —মরমদুনা পরম লোভনীয়স্ত ( য়ৌনা পাম্নাঙাইস্ত ) ওই। ভক্তিসিদ্ধান্তস্ত য়ৌনা মিহৌনঙাইনী অমসুং পূম্নমক্কী পূক্নীঙ হুনঙাইনী। অদুনা মসী অমৃতগা মান্নে। অনীশুবদা : পোৎ অমগী লৈফম ( আধার ) অদুদগী পোৎ অদু ফংফম থোক্‌যি। সমুদ্রদা ঈশীঙ লৈ, মরমদুনা সমুদ্রদগী মেঘ-না ঈশীঙ ফংউ, অমৃতদি ফংবা য়াদে। রসঘনবিগ্রহ ( রস-না নঙ-নঙ লাউরবা মূর্ত্তি ) শ্রীকৃষ্ণমক ওইনা শ্রীগৌরসুন্দর-দা সমুদ্রগীগুম্বা থুমহৌগী ঈশীঙ লৈতে ; লৈরিবদি প্রাকৃত-নওবা অঙকপা অমৃতনী, মরমদি মহাক্তি রসামৃত পূম্নমক্না তিনবা মূর্ত্তিনী ; মরমদুনা মাঙোন্দগী অমৃত ফংবা তাবনী ; রায় রামানন্দগী চিত্তদা খম-থেংনা মহাও-তংনঙাই ওইবা, খম-থেংনা মিহৌনঙাই ওইবা, খমথেংনা পূক্নীঙ হুনঙাই ওইবা ভক্তিসিদ্ধান্তগী মশক ওইবা অনৌবা অমৃতত্মক প্রভুগী কৃপা শক্তিনা সঞ্চারিত ( চঙনা ) ওইখিবনী। ( অমৃতস্থ ঈশীঙগুম্না মশী লাউবনী )। গৌরাব্ধিদা ( গৌর-কৌবা সমুদ্রদা ) প্রাকৃত সমুদ্রগীগুম্না থুমগী য়াওবা ঈশীঙ লৈতে, লৈরিবদি অমৃতবু হেনবা খম-থেংনা মহাও-তংনঙাই ওইবা রস-নী ; গৌরাব্ধিদা মকর-হাঙ্গর-নচিংবা জীব-হাৎনীঙবা জীব অমতা লৈতে, লৈরিবদি খম থেংনা পূক্নীঙ-হুবা ডমথৈ নাইদবা রস-মথেল্‌ ডাক্নী ; পূক্নীঙ-থুক্কৎনডাই অঙাওবা ঈথক লৈতে, লৈরিবদি খমথেংনা মিহৌনঙাই ওইবা, হায়নডাই-লৈত্তবমথৈ ঙক্লবা, অসমোর্দ্ধ (মান্নবস্থ অহেনবস্থ লৈত্রবা) মাধুর্য্যগী রাংলবা ইথক-ইপোম্‌ অদুনী ; থম্মোই-কায়হনবা কিনডাই ইরাওখোল লৈতে, লৈরিবদি আত্মাপূম্ববু স্নান তৌবিঙম্বা করুণাগী (থৌজানবা হায়বদুনা) তরাম-তরাম কৌবা মকৌ অদুনী। অমৃত শব্দগী ঈশীঙ হায়বা অর্থদি থোইদোক্না প্রসিদ্ধ ওইবা নত্তে। মাম্না প্রসিদ্ধ ওইবা অর্থগী সঙ্গতি (নাতৈচাবা) ওইদ্রবদি

অর্থ খঙনবা তায়ত্তুনা মকমত্তুদা প্রসিদ্ধ ওইদবা অর্থ লৌনৈ। নৈনরিবা শ্লোকসিদা অমৃত-শব্দকী রাম্না প্রসিদ্ধ ওইবা অর্থজু নাইতে-চারি ( অসঙ্গতি লৈবা উদে ) ; মরমদুনা ইশীং হায়বা অর্থ মী লৌদত্তুনা প্রসিদ্ধ অর্থ লৌবা মুম্মী হায়না খল্লী।

অমুক্তা সিদ্ধান্ত-নদিংমা—অদুনা মহাক্কিনা হায়বদি রায়রামানন্দনা, বিতাংগৈ-চেক্লনা। রায়রামানন্দকী মশক ওইবা মেঘ-না সিদ্ধান্তগী মশক ওইবা অমৃত পাম্বগী মহাপ্রভুগী মাক ওইবা সমুদ্রদা লোংচুবগুম্ ঊেথনি ; মহাপ্রভুনা রূপনা মাগী চিত্তদা ফাওরকপা সিদ্ধান্ত পূম্বদো রায়রামানন্দনা অমুক প্রভুগী মকমদা প্রকাশ তৌবম্মী ( ফোঙদোক্লম্মী )। প্রভুনা রামানন্দগী চিত্তদা সিদ্ধান্ত পূম্বা ফাওহল্লম্বজু কনামতনা খঙহৌদে। মীশিংনা খঙদ। হায়রবু প্রভুনা রা হওজী রামানন্দনা পাউথুম পীরম্মী হায়রসিদনী। মরমত্তুনা ময়ামগী মীংথেংদা, রামানন্দগী চীন্না ফোঙদোক্লম্বা সিদ্ধান্তজু নাকেংনা তারগা প্রভুনা সিদ্ধান্তশিংজু খঙবনী হায়বদি সিদ্ধান্তগী মশক ওইবা রত্ন ময়ামদা পামনা ওল্লহনী হায়বগী মতৌথুম্মী। মরমসিনা হায়রিবনী রায়রামানন্দগী চীন্দগী সিদ্ধান্তশিংজু তারগা গৌরগী মশক ওইবা সমুদ্রনা তত্ত্ব-জ্ঞান-রত্নালয় তাং প্রাপ্তি—নং (মত্তু—সিদ্ধান্তশিংজু খঙবা মীজু তত্ত্বজ্ঞনী হায়বদি সিদ্ধান্তজ্ঞনী : মহাকী ভাব অদুবু তত্ত্বজ্ঞত্ব কৌয়ি : তত্ত্বজ্ঞগী মশক ওইবা রত্নগী আলয়তা ( আলয় ওইবা—ভুঙফম ওইবা হায়বত্তু ) ফাখি ( গৌরাঙ্গিনা - গৌর কৌবা সমুদ্রনা )। সিদ্ধান্ত পূম্বা খঙববু ( জ্ঞান-রত্ন ) মকমসিদা রত্ন হায়না কৌরি। সমুদ্রগী ইশীচনা মেঘনা থোঙ ওইতুনা খরগা সমুদ্রনা অমুক হল্লকপা মতমদা সমুদ্রদা রত্ন পোকয়ি। মতৌ অদুগুম্না প্রভুগী সিদ্ধান্তজ্ঞমক রায় রামানন্দগী চিত্তদা থাজল্লগা রায়গী চীন্দগী প্রভুগী না কোঙদা চঙঙ কপা মতমতুদা ময়ামগী মীংথেংদদি প্রভুনা সিদ্ধান্ত খঙনদি মতমদুদদা খঙবনী হায়বদি মতমদুদা প্রভুনা সিদ্ধান্তজ্ঞ (সিদ্ধান্ত খঙবা হায়বত্তু) ওইখি হায়বদি প্রভুগী সিদ্ধান্তজ্ঞত্ব ওইখি হায়বসিনী। মরমসিনা সিদ্ধান্তজ্ঞত্ব ( সিদ্ধান্ত খঙবা—সিদ্ধান্তগী জ্ঞান ) অদুবু রত্নগা চাংদম্নি। প্রভুনা রত্নসিগী আলয় হায়বদি ভুঙফম ওইরি। অদুবু ময়ামগী মীংথেংনা লৌরিবা অর্থসি নৈনরিবা শ্লোকসিনা ওইহল্লীডবা অদু ওইনী হায়না খন্দে। শ্লোকসিদা হায়রি—প্রভুনা রায় রামানন্দদা অহানবদা স্বভক্তি-সিদ্ধান্ত পূম্বা সঞ্চার তৌশল্লে ; অদুগী তুঙদা

তুংঙাইবা বংখিনবু শ্রীকৃষ্ণনা থংলম্মী মহুগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণগী জ্ঞানদমক লৈরম্মী ; অদুগা বিজ্ঞান হায়বদি অনুভব তৌদুনা খঙবা মখুঙতুদি লৈরম-দবন মহুত্তা খঙবা মহাংগী মক লোভ ( মিহৌবা ) অহুম অহুম হেনংলক্‌খি। অদু ভুডদা আশ্রয়জাতিগী প্রেমদু মহাক্কী লৈরমদবা মরম্না মহাক মহুগী মহাক্ত তবা কংখিদে, শ্রীর ধানা কংখিবা মুংঙাইবগী বিজ্ঞান অদু ফংবা ঙম্‌খিদে। মরমদুনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌরগা মহাক শ্রীরাধা-প্রেমগী আশ্রয় ওইরগা— ভক্তভাব লৌরগা গৌর ওইরম্মী অমসুং মতম অদুমক্তদা মহাক্না মহাক্কী মাধুর্য্য অস্বাদন তৌবা—আশ্রয়জাতিগী ভক্তিগী বিজ্ঞান হায়বদি অনুভব ফংবা ঙম্‌খি। আশ্রয়জাতিগী ভক্তি অনুভব (মদুগা বিজ্ঞান ) ফংবদি ভক্তদগী ওই অমসুং ভক্তগী কৃপাতনা অনুভবগী ওইবা য়াই। কনাগুম্বগী চিত্তদা ভক্তি পোক্তবদি অনুভব অসী ফংবা য়ারোই। ভক্তগী প্রেমা-ইথুম্লবা চিত্তগী ভক্তিরসনা ইরুরগা ভক্তিসিদ্ধান্তগী ব্না অদুনা ভক্তিগী কৃপা-ফংলবা কনাগুম্বা লাইবক ফবা মী অমগী নাকোঙদা চঙলবা মতমদা লাইবক ফবা মীদুগী হৃদয়দা লৈবা ভক্তিমক্না ভক্তি-সিদ্ধান্তগী ব্না অদুবু মীদুগী নাকোঙদগী থম্মোই লকান্নুংদা পুদুনা য়োইহল্লী অমসুং লাইবক ফবা মীদুগী অনুভব তৌনবা বিষয় ওইহল্লী। ভক্তিগা ভক্তিরস-না চাম্লবা সিদ্ধান্তকথাগা অনীসি চিচ্ছক্তি অমতগী বৃত্তিবিশেষনী ( মওং মথল অমনী ) হায়দুনা, জাতি অমতগী পোৎনী হায়দুনা অমনা অমবু চিংশিনবদি ওইথোকপা য়াবা অমনী। শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী কৃপাদগী ফাওরকপা সিদ্ধান্ত পুন্থদো রামানন্দ রায়গী চিত্তদা লৈবা ভক্তিরসদা চাম্‌থোক্লবা ওইদুনা প্রভুগী নাকোঙদা চঙলকপা মতমদুদা শ্রীরাধাগী মফমদগী লৌরকপা প্রভুগী চিত্তদা লৈবা আশ্রয়জাতিগী ভক্তিদুনা সিদ্ধান্ত-শিংদুবু প্রভুগী থম্মোই-লকান্নুংদা চিংশন্দুনা পুরক্তুনা প্রভুগী অনুভব তৌনবা হায়বদি বিজ্ঞান তৌনবা বিষয় ওইহনখি, মতম অদুমক্তদা প্রভুনা সিদ্ধান্তজ্ঞ ( সিদ্ধান্তবিজ্ঞ, সিদ্ধান্তগী বিজ্ঞান লৈবা ) ওইখি। সিদ্ধান্তজ্ঞ শব্দগী অর্থদি সিদ্ধান্তবিজ্ঞ, সিদ্ধান্তগী অনুভব-লৈবা হায়বনী। অনুভব অসীবু রত্নগা লোয়ননা চাংদম্নরি। রত্নগী উপাদান ( মচাক ) সমুদ্রদা লৈ ; নোংমী ঈশীঙদগী উপাদান অমতা ফংদে—ফংলিবদি প্রভাব হায়বদি শক্তি অমথক্লী, শক্তিদুনা উপাদান (মচাক) অদুবু রত্ন ওলহল্লী। অনুভবকী উপাদানদো গৌরাঙ্গদা লৈরম্মী— সিদ্ধান্তগী জ্ঞানদুনী অনুভবগী উপাদান-দি।

পরমভাগবত রায় রামানন্দনা ঙাওথোক্লম্বা রা অদুগা লোয়নননা মহাক্কী ভক্তিনা ঈথুম্লবা চিত্তদগী থোরকপা প্রভাব নত্রগা শক্তি অদুনা সিদ্ধান্তগী জ্ঞান-বু বিজ্ঞান হায়বদি অনুভব ওইহল্লী। অনুভবগী মশক ওইবা রত্ন ফংদুনা প্রভুদো রত্নালয় ( রত্ন-তুংফম ) ওইখি।

রায় রামানন্দগা প্রভুগা অনীনা তৌরম্বা সাধ্যসাধন তত্ত্বগী আলোচনাদু পরিচ্ছেদসিদা বর্নন তৌগনী হায়বদুগী ইঙ্গিত শ্লোকসিদা পীরি। আলোচনা-সীদা রায় রামানন্দনা বক্তানী অদুগা প্রভুনা শ্রোতানী হায়বগী ইঙ্গিতসু পীরি। শ্লোকসিদা য়াওবা গৌরাব্ধি হায়বা শব্দসীনা, প্রভুনা গৌরত্ব ( গৌরবর্ণ ফংবগী ) রহস্যদুসু ( অথুপ্পদুসু ) পরিচ্ছেদসিদা ফোঙদোক্কদৌরি হায়বগীসু অরোৎপা ইঙ্গিত অমা পীরি।

রায় রামানন্দগা প্রভুগা সাধ্য-সাধন তত্ত্ব আলোচনা তৌনরম্বসীদা প্রভুনা রায়গী মফমদগী কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব, প্রেমতত্ত্ব, রাধাকৃষ্ণগী বিলাসতত্ত্ব-নচিংবদু ফোঙদোকৃহনখি। অসুম্না শান্নখিবা লীলাসীনা প্রভুনা জগৎকী জীবদা খঙহল্লম্বদি ভগবৎ-সম্বন্ধগী ওইবা তত্ত্বগী রাদি ভক্তিরসনা থল্লবা চিত্ত চেন্দুনা ভক্তগী মুখদগী শ্রবণ তৌরবদি অনুভব ফংবা য়াগনী হায়বসীনী।

ভগবত্তত্ত্বগী রা, ভগবান্‌গী লীলানচিংবা রা মছানা অদুম মধুর ওইবনী; মরমদি পূম্নমক্কী চিদানন্দময়-নী। ভক্তচিত্তগী প্রেমরসনা ঈরাইরগা রা পূম্নমক্কী ভক্তগী মুখদগী থোরকপা মতমদুদা ভগবত্তত্ত্বগী ভগবল্লীলাশিংগী রাশিংগী মাধুর্য্য অদু য়াম্না হেঙ্গৎলী। হায়দোকপদা থোক্তবা মাধুর্য্য আস্বাদন তৌনীওবদগী প্রভুনা পরমভাগবত রামানন্দ-রায়গী চীন্দা তত্ত্বকথা শ্রবণ তৌগে হায়না থোয়রাঙখি।

### মুল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী জয়, শ্রীনিত্যানন্দগী জয়, গৌরভক্ত পূম্নমক্কী জয়।

## মুল ৩

পূর্ব্বরীতে প্রভু আগে করিল গমনে।
জিয়ড়-নৃসিংহ ক্ষেত্রে গেলা কথোদিনে ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বরীতে— মমাঙগী পরিচ্ছেদদা হায়খিবা নিয়মদা; প্রভু—প্রভুনা; আগে— মথা-তানা; করিল গমনে—লেংখি; জিয়ড়-নৃসিংহ ক্ষেত্রে— জিয়ড়-নৃসিংহ ক্ষেত্রদা; গেলা—লেঙখি; কথোদিনে - নুমীৎ খরনীগী মতুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হান্নগী নিয়মদা প্রভু মথা তানা লেঙলম্মী। নুমীৎ খরনীগী মতুংদা জিয়ড়-নৃসিংহ ক্ষেত্রদা লেঙখি।

## তৈনরোল

**পূর্ব্বরীতে**— মমাঙগী পরিচ্ছেদদা হায়খিবা নিয়মদা; প্রভুনা লেঙলু-লেঙলুবা মফমশিংদা মী পুম্নমকপু বৈষ্ণব ওইহন্দুনা অমসুং মখোয় লোইনমক্তা প্রেমভক্তি শন্দোক্লবগী শক্তি সঞ্চার তৌদুনা।

**আগে**—মথা তানা; হান্নগা পন্থিবা মফমশিংদু লেঙলুবা মতুংদসু।

**জিয়ড়-নৃসিংহ**— জীয়ড় কৌবা ভক্ত অমদা থোইদোকপা কৃপা উংখি হায়দুনা নৃসিংহ-বিগ্রহসিগী মিং জিয়ড় নৃসিংহ ওইখিবনী ( শ্রীচৈতন্য মঙ্গল, শেষ খণ্ড )।

## মূল ৪

নৃসিংহ দেখিয়া কৈল দণ্ডবৎ নতি।
প্রেমাবেশে কৈল বহু নৃত্যগীত স্তুতি ॥ ৪ ॥

## শব্দার্থ

নৃসিংহ দেখিয়া—নৃসিংহদেববু দর্শন তৌবদা; কৈল— তৌখি; দণ্ডবৎ নতি—দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্বা; প্রেমাবেশে—প্রেমগী আবেশদা; কৈল— তৌখি; বহু—য়াম্না; নৃত্য—জগোই; গীত—ঈশৈ; স্তুতি—থাগৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নৃসিংহ দর্শন তৌবদা দণ্ডবৎ তৌদুনা থুরুম্খি। প্রেমাবেশদা জগোই য়াম্মা শাখি, ঈশৈস্থু শকৃখি অদুগা স্তুতিস্থু তৌরম্মী।

## তৈনবোল

**প্রেমাবেশে** নচিংবা—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীনৃসিংহদেবগী দর্শন ফংবদা প্রেমাবিষ্ট ওইদুনা মতম শাংনা জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌরম্মী অদুগা নৃসিংহদেবদা স্তব স্তুতি য়াম্মা তৌখি। কনাগুম্বনা হংবা য়াই—শ্রীমন্মহাপ্রভুদি শ্রীরাধাগী ভাব-তা আবিষ্ট ওইবা শ্রীকৃষ্ণনী: শ্রীরাধাগী ভাব লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী বিষয় ওইবা প্রেমতুদা আবিষ্ট ওইবনী হায়বসি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী স্বরূপ-তত্ত্বদগী খঙবা ঙম্মী। ঐশ্বর্য্যাত্মক-স্বরূপ-ওইবা শ্রীনৃসিংহদেববু উবদুনা মহাক্কী প্রেমাবেশগী মরম (হেতু) ওইবা য়াবরা? রাহংসিগী পাউথুমদি অস্তুম ওইবা য়াই: মত্তুদি—মছামক্কী (হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী) মাধুর্য্য চূপ্কে হায়বগীদমক প্রভুনা অবতার তৌরকপনী। ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণদি অখিলরসামৃতবারিধি-নী (রসামৃত লৈরিবা পুম্নমক্কী তৃঙফম ঈপাক্কী); মঙোন্দা রস-মথেল ঙমখৈ-নাইদবমখৈ লৈ। রস-মথেল (রস-বৈচিত্রী) খুদিং চূপ্পদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চূপ্পগী মপুঙ-ফাবা ওই। শীঙলাক্-ঙমদবা ভগবৎ-স্বরূপশিংনা ওইরিবদি অখিল-রসামৃত-মূর্ত্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী রসবৈচিত্রীগী অমসুং ভাববৈচিত্রীগী ফন্-চোংথোকপা মূর্ত্তি ঙাক্কী। শীঙলাক-ঙমদবা ভগবৎ-স্বরূপসিগী কান্তা শক্তিগী মশক ওইবা পরিকর লক্ষ্মীশিং ওইনা শ্রীরাধানা ভগবৎ-স্বরূপ স্বরূপতুগী মাধুর্য্যবু (হায়বদি ব্রজেন্দনন্দনগী শীঙলাক্-ঙমদবা রস মথেলতু তোঙান তোঙাম্না) চূপ্লীবনী। শ্রীনৃসিংহ-দেবস্থু অসিগুম্বা ভগবৎ-স্বরূপ অমনী—শ্রীকৃষ্ণগী রস-মথেল নত্রগা মাধুর্য্য মথেল অমগী ফন্-চোংথোকপা মূর্ত্তি অমনী; মহাক্কী মাধুর্য্যতু মহাক্কী নিত্যকান্তা লক্ষ্মী ওইনা শ্রীরাধানা চূপ্পী, অদুম্না রাধাভাব-লৌরিবা মহাপ্রভুস্থ চূপ্খিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু মপুঙ-ফানা চূপ্পীঙবা শ্রীশ্রীগৌর-সুন্দরগী চিত্তদা—শ্রীনৃসিংহদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য মথেল অমগী মূর্ত্তরূপ ওইবা, অদুগুম্বা মাধুর্য্য-মথেলতুবু চূপ্পীঙলম্মী। মরমতুনা শ্রীনৃসিংহদেববু দর্শন তৌবমক্তদা মাধুর্য্য-মথেল অদু চূপ্পীঙবা রাথন্না প্রভুবু প্রেমাবিষ্ট ওইহল্লম্বনী, প্রেমাবেশ ওইবদুনা মহাক্না জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌরম্বনী।

প্রভুগী প্রেমাবেশ অসিসু শ্রীকৃষ্ণগী বিষয় ওইবা প্রেমগী আবেশ নী অদুগা শ্রীনৃসিংহদেবগী মাধুর্য্য চুপ্পসু শ্রীকৃষ্ণমক্কী মাধুর্য্য মথেল অমা চুপ্পনী।

তুংদা লাক্কদবা বর্ণনাদা থংগনী মতুংদি—দাক্ষিণাত্য কোয়বা মতমদা প্রভুনা মন্দির খুদিং লেঙলগা প্রেমাবেশদা নৃত্য কীর্ত্তন তৌয়ি— কৃষ্ণ মন্দির, বিষ্ণুমন্দির, ভগবতীগী মন্দির, ভৈরবী মন্দির, করিগুম্বা মন্দির অমত্তা খাকৃখিদে। তোঙান তোঙানবা মন্দিরশিংনীদা তেঙান্-তেঙানবা ভগবৎ-স্বরূপ লৈরম্বশিংদু-মখোয় খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণগী রস-মথেল অমা নত্রগা অমগা মূর্ত্তরূপ-নী। মরমদুনা স্বরূপ অমা হেক উরুবদা স্বরূপ অদুদা শক্লৌরম্বা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যগী মথেল (বৈচিত্রী) অদু চুপ্পীঙলতুনা প্রভুনা প্রেমাবিষ্ট ওইবনী, অদুনা অসুম্না প্রেমাবেশ ওইবনা প্রভুনা ভগবদ্‌বিগ্রহ অদুগী মমাঙদা নৃত্য-কীর্ত্তন তৌখিবনী।

অদুগা, মহাক্লা অসুম্না শান্নবা লীলাদুনা থোজালহৈবা প্রভুনা জগৎকী জীবদা খঙহল্লম্মী—মছা মছাগী লাৎচরিবা ভগবৎ-স্বরূপ নত্তবা অতৈ স্বরূপশিংবু থওইদবা তৌফদে ; করিগুম্বা ভগবৎ-স্বরূপ অমবু থওইরুদবদা নত্রগা তোঙান্ তোঙানবা ভগবৎ-স্বরূপশিংগী মরক্তা ভেদবুদ্ধি (খেন্নৈ হান্নবা খনবা) তৌরবদি অপরাধ ওইগনী। "ঈশ্বরত্বে ভেদ মানিলে হয় অপরাধ ॥ ২/৯/১৫৪ ॥ পরতত্ত্ব ওইবা বস্তু অমতনা য়ামথোক্লকুপনী। "একোঽপি সন্ যো বহুধাবভাতি ॥ শ্রুতি ॥ অদুগা ময়াম ওইদুনসু মহাক অমতনী।

## মূল ৫

শ্রীনৃসিংহ জয় নৃসিংহ জয় জয় নৃসিংহ।

প্রহলাদেশ জয় পদ্মা-মুখপদ্ম-ভৃঙ্গ ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীনৃসিংহ জয়—শ্রীনৃসিংহগী জয় ; প্রহ্লাদেশ জয়—প্রহ্লাদগী মবুঙোগী জয় ; জয়—জয় ; পদ্মা—লক্ষ্মীগী ; মুখপদ্ম—মায়থোঙ থম্বালগী ; ভৃঙ্গ —খোইমু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনৃসিংহদেবগী জয়, নৃসিংহগী জয়, নৃসিংহগী জয়। প্রহ্লাদগী মবুঙো-লক্ষ্মীগী মায়থোঙ-থম্বালগী খোইহি-চুপ্পা খোইমুগী জয়।

### নৈনৰোল

**প্ৰহ্লাদেশ**—প্ৰহ্লাদগী ঈশ্বর। হিৰণ্যকশিপুনা ৩২পদগী প্ৰহ্লাদবু কল্লবা হায়ত্নুনা শ্ৰীভগবান্না নৃসিংহগী ৰূপ পুথোকৃথি হায়ত্নুনা নৃসিংহবু প্ৰহ্লাদেশ কৌৰিবনী।

**পদ্মামুখপদ্ম-ভৃঙ্গ**—পদ্মাগী (লক্ষ্মীগী) মায়থোঙগী মশক ওইবা থম্বালগী ভৃঙ্গ (খোইদা); খোইদুনা মতম পুম্বদা মধু (খোইহী) থকপ-গুম্না শ্ৰীনৃসিংহদেবনা শ্ৰীলক্ষ্মী দেৱীগী মায়থোঙগী মাধুৰ্য্য চুম্মী হায়বনী। মফম অদা পদ্মাশব্দনা শ্ৰীনৃসিংহদেবগী কান্তাশক্তি লক্ষ্মী দেৱীবু খঙহল্লী।

## মূল ৬

তথাহি শ্ৰীমদ্ভাগবতে (৭/৯/১ শ্লোকস্য স্বামিটীকায়াম্)—

উগ্ৰোঽপ্যনুগ্ৰ এবায়ং স্বভক্তানাং নৃকেশৰী।
কেশৰীব স্বপোতানামন্যেষামুগ্ৰবিক্ৰমঃ॥ ৬॥

### শব্দাৰ্থ

উগ্ৰঃ—হিংচা-য়াইতম্বা; অপি—সু; অনুগ্ৰঃ—হিংচা-য়াইতম্দবা; এব—গুম্বা; অয়ং—মসী; স্বভক্তানাম—মন্নাই ভক্তশিংগী মফমদা; নৃকেশৰী—নৃসিংহ (মী অমসুং নোংশা অনীগী হকচাঙ-পানবা); কেশৰী ইব—নোংশাগুম্বা; স্বপোতানাম্—মন্নাই মচাশিংগী মফমদা; অন্যেষাম্—অতৈগী মফমদা; উগ্ৰবিক্ৰমঃ—শাথিবা থৌনাগী ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

নোংশানা অতৈগী (মচাবু য়েংথিবা জীবগী) মফমদা হিংচা য়াইতম্লবসু মন্নাই মচাশিংগী মফমদা হিংচা-য়াইতম্দবগুম নৃসিংহদেবসু হিৰণ্যকশিপু-নচিংবা ভক্ত-৩২পা মীশিংগী মফমদা শাথিরম্লবসু প্ৰহ্লাদনচিংবা ভক্তশিংবুদি নুংশিনা লৌৰি।

## মুল ৭

এই মত নানাশ্লোক পঢ়ি স্তুতি কৈল।
নৃসিংহসেবক মালাপ্ৰসাদ আনি দিল॥ ৭॥

## শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্মা ; নানা—মখল মখাগী ; শ্লোক—শ্লোক ; পঢ়ি - থীজুনা ; স্তুতি কৈল—স্তুতি তৌগি ; নৃসিংহ-সেবক—নৃসিংহগী পূজারীনা ; মালা-প্রসাদ—লৈ-পরেং প্রসাদ (নৃসিংহদা কৎপা লৈপরেং) ; আনি—পুরক্লুনা ; দিল—পীরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্মা শ্লোক মখল-মখা থীরগা প্রভুনা স্তুতি তৌরম্মী । নৃসিংহদেবগী পূজারীনা মালাপ্রসাদ পুরক্লুনা প্রভুদা পীরম্মী ।

## মূল ৮

পূর্ব্ববৎ কোন বিপ্র কৈল নিমন্ত্রণ ।
সেই রাত্রে তাহাঁ রহি করিলা গমন ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্ববৎ—হান্নগী মতৌগুম্বা হায়বদি কূর্ম্মক্ষেত্রদা কূর্ম্ম-কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা নিমন্ত্রণ তৌবগুম্বা ; কোন বিপ্র—ব্রাহ্মণ কনানো অমনা ; কৈল নিমন্ত্রণ—নিমন্ত্রণ তৌখি ; সেই রাত্রে—অহিং অদুমা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; রহি—লৈরগা ; করিলা গমন—লেঙখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙগুম্বা কনাগুম্বা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌখি । অহিং অদুমা মফমদুদা লৈরগা প্রভু লেঙখি ।

## মূল ৯

প্রভাতে উঠিয়া প্রভু চলিলা প্রেমাবেশে ।
দিগ বিদিগ্ জ্ঞান নাহি রাত্রি-দিবসে ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

প্রভাতে—অয়ুক ঙন্না ; উঠিয়া—লেঙখৎলগা ; প্রভু চলিলা—প্রভু লেঙলম্মী ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; দিগ্ বিদিগ্—মায়কৈ-শনাইগী ; জ্ঞান নাহি—খঙলমদ্রে ; রাত্রি-দিবসে—অহিং-নুংথিল ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক ওন্তা লেঙখৎলগা প্রভু প্রেমাবেশদা লেঙলম্মী। মায়কৈ-শলাই খঙলমদে অতুগা অহিংলা মুংথিল্লা হায়বসু খঙলম্‌দে।

মূল ১০

পূর্ব্ববৎ বৈষ্ণব করি সর্ব্বলোকগণে।
গোদাবরী তীরে চলি আইল কথোদিনে॥ ১০॥

শব্দার্থ

পূর্ব্ববৎ—হান্নগী মতৌগুম্না ; বৈষ্ণব করি—বৈষ্ণব ওইহল্লগা ; সর্ব্ব-লোকগণে—মী পুম্নমক্‌পু ; গোদাবরী তীরে—গোদাবরী তোর্বান্দা ; চলি—লেঙলগা ; আইল—লেঙলক্লম্মী ; কথোদিনে—মুমীৎ খরনীগী মতুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম অতৈদা হান্না তৌখিবগুম্না মী পুম্নমকপু বৈষ্ণব ওইহল্লম্লগা মুমীৎ খরনীগী মনুংদা গোদাবরী তোর্বান্দা লেঙলকৃখি।

মূল ১১

গোদাবরী দেখি হইল যমুনা-স্মরণ।
তীরে বন দেখি স্মৃতি হৈল বৃন্দাবন॥ ১১॥

শব্দার্থ

গোদাবরী দেখি—গোদাবরী উরগা ; হইল—ওইখি ; যমুনা স্মরণ—যমুনাবু নীংশীংবা ; তীরে—তোর্বান্দা ; বন—উমং ; দেখি—উরগা ; স্মৃতি—নীংশীংবা ; হৈল—ওইখি ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা গোদাবরীবু উরগা যমুনা তুরেন্‌বু নীংশীংলকৃখি। তোর্বান্দা উমং উরগা বৃন্দাবনবু নীংশীংখি।

মূল ১২

সেইবনে কথোক্ষণ করি নৃত্য-গান।
গোদাবরী পার হৈয়া কৈল তাহা স্নান॥ ১২॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিদাইদা (প্রভুনা নাম-সঙ্কীর্ত্তন তৌবিরৈদা) দোলাই তোংলহুনা শ্রীরামানন্দরায়না স্নান তৌবা লাকুখি ; মহাক্কী লোয়নরকপা মীশিংনা পুং-শেল য়েরম্মী।

## মূল ১৫

তার সঙ্গে আইলা বহু বৈদিক ব্রাহ্মণ।
বিধিমত কৈল তেঁহো স্নান তর্পণ ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

তার — মহাক্কা ; সঙ্গে — লোয়ননা ; আইলা — লাক্লম্মী ; বহু — য়াম্না ; বৈদিক ব্রাহ্মণ — বেদ-হৈবা ব্রাহ্মণ ; বিধিমত — নিয়মগী মতুং ইন্না ; কৈল — তৌরম্মী ; তেঁহো — মহাক্না (রামানন্দরায়না) স্নান তর্পণ — স্নান অমসুং তর্পণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা লোয়ননা বেদ-হৈবা ব্রাহ্মণ য়াম্না লোয়নরকখি। (ভক্তিগী ওইদা) নিয়ম মতুং ইন্না রামানন্দরায়না স্নান অমসুং তর্পণ তৌখি।

## তাৎপর্য্য

বিধিমত- শুদ্ধভক্তিগী ওইবা বিধি মতুং ইন্না ; বর্ণাশ্রমগী বিধি মতুং-ইন্না নত্তে ; করিগুমদি, রামানন্দ রায়দি শুদ্ধপ্রেমভক্তিগী যাজন তৌরম্মী ; অহুগুম্বা ভক্তগীদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম তৌদবা য়াদে হায়বা লৈতে "ধর্ম্মান্ সংত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ ॥ শ্রীমদ্ভাগবত ১১/১১/৩২ ; ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগা ঐগী ভজন তৌবা মহাক্কো উত্তম (পুংথোই থোইবা) ভক্তনী।" মফমসিদা হায়রিবা সর্ব্বান্ ধর্ম্মান্-গী অর্থদি ক্রমসন্দর্ভদা অসুম্না ইরম্মী— "সর্ব্বান্ এব বর্ণাশ্রমবিহিতান্ তদুপলক্ষণং জ্ঞানমপি মদনন্যভক্তি বিঘাতকতয়া সংত্যজ্য মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ ॥" মরমসিনা অনন্যভক্তি (অমত্তদা মায় ওন্নবা ভক্তি) মাওগনী হায়দুনা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম অমসুং জ্ঞান থাদোক্কদবনী।

থোইদোক হেন্দোক্না, সাধ্য-সাধন-তত্ত্বগী মরমদা রাহং পাউথুম্নবদা রামানন্দরায় মহামক্না হায়রম্মী, "সেই গোপীভাবামৃতে যার লোভ হয়। বেদধর্ম্ম সব ত্যজি সে কৃষ্ণ ভজয় ॥ ২/৮/২২৪ ॥ হায়রিবসিদগী থৌবা ওইদি রামানন্দরায়না বর্ণাশ্রমধর্ম্মবু য়ারমদে হায়বসিনী।

মুল ১৬

প্রভু তাঁরে দেখি জানিল — এই রাম রায়।
তাহারে মিলিতে প্রভুর মন উঠি ধায় ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে - মহাকপু ( রামানন্দবু ) ; দেখি উবগা ; জানিল—খঙলম্মী ; এই মসী ; রামরায় রামরায়নী , তাঁহারে— মহাকপু ; মিলিতে — উনবগীদমক , প্রভুর— প্রভুগী ; মন —পুক্নীঙ ; উঠি —হৌগংলগা ; ধায় - চেন্নী ; ( মন উঠি ধায় খোয়রাঙলম্মী )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মাবু উবদা মহাক অসী রামানন্দরায়নী হায়বা খঙলম্মী । মাগা উনগে হায়না প্রভু য়াম্না খোয়রাঙলম্মী ।

মুল ১৭

তথাপি ধৈর্য্য করি প্রভু রহিলা বসিয়া।
রামানন্দ আইলা অপূর্ব্ব সন্ন্যাসী দেখিয়া ॥ ১৭ ।

শব্দার্থ

তথাপি— অদুম ওইনমক : ধৈর্য্য করি—তপ্ থদুনা ; প্রভু— প্রভুনা : রহিলা—লৈরম্মী ; বসিয়া— ফমদুনা ; রামানন্দ আইলা—রামানন্দরায়না লাক্খি ; অপূর্ব্ব—মীমাম্নদবা ; সন্ন্যাসী-দেখিয়া— সন্ন্যাসীবু উদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুম ওইনমক ( হায়বদি প্রভুনা রামানন্দগা য়াম্না উননীঙ্ঙ্লবসু ) প্রভু তপ্ থদুনা ফম্নগা লৈথোক্লম্মী। খ্বাইগা মান্নদবা সন্ন্যাসীবু উবদা রামানন্দনা প্রভুগী নাক্তা চঙলম্মী।

মুল ১৮

সূর্য্যশতসম-কান্তি—অরুণ বসন।
সুবলিত প্রকাণ্ড দেহ- কমললোচন ॥ ১৮ ॥



শব্দার্থ

সূর্য্যশতসম কান্তি—নুমীৎ চানগী কান্তিগা ( তেজগা ) চাপ্‌না লংবা ; অরুণ—নুমীৎ হুন্দোরকপগী মঙাল্‌গা মান্নবা ( কুমকুম মচুগী ) ; বসন—খাওচেৎ ; সুবলিত—ফজনা ঈৎলবা শেম্নবা ; প্রকাণ্ড—চাউ-শাংবা ; দেহ—হকচাং ; কমল-লোচন—থম্বাল্‌ মীত্‌-তাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎচানগীগা মান্নবা কান্তিনী ( তেজনী-মঙাম্নী ) প্রভুগী কান্তিদি ; থোঙ্খিবা খাওচেৎকী মচুনা কুমকুম-চন্দনগী মচুনী ; দেহতুনা ফজনা ঈৎলগা শেম্নবা চাউ-শাংবা দেহনী ; মীত্তানা থম্বাল-মীত্তা-তাবনী ।

নৈনরোল

প্রকাণ্ড-দেহ—য়াম্না চাউ-শাংবা হায়বদি খুকউ-ফাওবা চোম্থবা পাম্বোম্না লৈতেংবা দেহনী ; মহাগী খুত্থুপকী খুত্থুপ-মরি য়াংবা দেহনী ।

মূল ১৯

দেখিয়া তাহার মনে হৈল চমৎকার ।

আসিয়া করিল দণ্ডবৎ নমস্কার ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

দেখিয়া—( প্রভুগী দেহ ) উতুনা ; তাঁহার—মহাক্কী ( রামানন্দগী ) ; মনে—পুক্নীংদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা ; আসিয়া—লাক্লুনা ; করিল—তৌরম্মী ; দণ্ডবৎ নমস্কার—দণ্ডবৎ খুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুবু ) উরগা মপুক্নীংদা ঙকখি । রায় চঙশিল্লকুনা দণ্ডবৎ তৌতুনা খুরুমখি ।

নৈনরোল

চমৎকার—খ্বাইদগীগা মান্নদবা তেজ, রূপ অমসুং দেহ উবদা রায় রামানন্দনা ঙকখিবনী ।

মূল ২০

উঠি প্রভু কহে—উঠ, কহ 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ'

তারে আলিঙ্গিতে প্রভুর হৃদয় সতৃষ্ণ ॥ ২০ ॥

উঠি—লেঙখৎলগা ; প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; উঠ—হৌগৎলো ; কহ—হায়য়ু ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ ; তাঁরে—মহাকপু ( রামানন্দবু ) ; আলিঙ্গিতে—কোনবগীদমক ; প্রভুর হৃদয়—প্রভুগী থম্মোইদো ; সতৃষ্ণ—খৌরাংলম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হৌগৎলগা হায়রম্মী—হৌগৎলো , শে মু কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না ; মহাকপু কোন্নীওবনা প্রভুগী থম্মোইনা য়াম্না খৌরাংলম্মী ।

## মূল ২১

তথাপি পুছিল—তুমি রায় রামানন্দ ।
তেঁহো কহে—সেই হঙ দাস শূদ্র মন্দ ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

তথাপি—অদুম ওইনমক ; পুছিল—হংলম্মী ; তুমি—নহাক ; রায়-রামানন্দ—রায়রামানন্দরা ; তেঁহো—মহাক্না ( রামানন্দনা ) ; কহে—হায় ; সেই—মহাত্তুমক ; হঙ—(ঐ) ওই ; দাস—(নঙগী) ননাই ; শূদ্র—শূদ্র মচা ; মন্দ—লাইবকথীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা রামানন্দবু কোন্নীওবমক্না হংলম্মী—নঙ রায়রামানন্দরা ? মহাক্না খুম্লম্মী—মানী ঐ ননাই লাইবক-থীবা শূদ্রমচা হুনী ।

## নৈনরোল

**সেই হঙ দাস শূদ্র মন্দ**—ঐমক রামানন্দতুমরী, ননাইহুনী ; ঐহাক লাইবক-থীবা শূদ্রনী । মত্রগা, ঐহাক শূদ্রদগীসু হেন্না লাইবক-থীবনী । দৈন্যভাব-তগী মহাক্না হায়রম্মী—ঐহাক শূদ্রনী ; অদুবু শূদ্রগা হৌনশা ওইবা থবক তৌদ্রে হায়দুনা ঐহাক শূদ্রদগীসু হেন্না হেল্লী ।

## মূল ২২

তবে প্রভু কৈল তাঁরে দৃঢ় আলিঙ্গন ।
প্রেমাবেশে প্রভু ভৃত্য দোঁহে অচেতন ॥ ২২ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; প্রভু কৈল—প্রভুনা তৌরম্মী ; তাঁরে—মহাকপু (রামানন্দবু) ; দৃঢ়—কম্না, চেংনা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; প্রভু-ভৃত্য মপু-মনাই ; দোঁহে—অনীদো ; অচেতন—জ্ঞান-মাঙবা (ওইখি)।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা রামানন্দব্ চেং-চেংনা কোন্‌শল্লম্মী। মপু-মনাই অনীদো প্রেমাবেশদা জ্ঞান মাঙনরম্মী।

## নৈনরোল

শ্রীপাদ-সনাতন গোস্বামীনা খোমজন্‌বা বৃহদ্‌ভাগবতামৃতম্ হায়বা লাইরিক অদুদগী খণ্ডবা ভম্মী মতুদি—গোপকুমার অমসুং জনশর্ম্মা কৌবা মাথুরবিপ্রনা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংবদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থাদা দণ্ডবৎ তৌদুনা থুকন্‌গে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈ তম্না চেন্‌শল্লক্লম্মী ; শ্রীকৃষ্ণগী চরণ য়েরিকদা ইদা কৃষ্ণপ্রেমগী লুংভাইবনা লাক্‌হৎখিদুনা জ্ঞান মাঙদুনা লৈবাক্তা তথরম্মী। সোমদগ্‌ মাগী লুংসিদা মীগী প্রেম্না লাক্‌হৎলবা শ্রীকৃষ্ণসু অবাঞ্চদগী মাগী ভাশিরবা ভক্ত অনীদুব্ উবদা মখোয়গা উনগে হায়না চেল্লক্লম্মী ; অদুগা হরাওমন্‌খিবনা দেহদু পুবা ওয়ক্রুদুনা মহাক্কী পাম্বোম অনীনা মখোয়দুবু কোল্লগা মখোয়গী মথক্তা তুথখি। “স চ প্রিয়প্রেমবশঃ প্রধাবন্ সমাগতো হর্ষভরেণ মুগ্ধঃ। তয়োরুপর্য্যে পপাত দীর্ঘমহাভুজাভ্যাং পরিরভ্য তৌ দ্বৌ॥ ২/৭/৩২॥”

## মূল ২৩

স্বাভাবিক প্রেম দোঁহার উদয় করিলা।
দোঁহা আলিঙ্গিয়া দোঁহে ভূমিতে পড়িলা॥ ২৩॥

## শব্দার্থ

স্বাভাবিক—মহৌশাগী ওইবা ; প্রেম—লুংশিবা ; দোঁহার—মখোয় অনীগী ; উদয় করিলা—থোক্‌খি ; দোঁহা—অনীবু ; আলিঙ্গিয়া—কোন্দুনা ; দোঁহে—অনীনা ; ভূমিতে—লৈবাক্তা ; পড়িলা—তুরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

মখোয় অনীগী মহৌশানা ওইবা প্রেমদু থোরকখি। মখোয়নী মশেল কোনমিন্নরগা চৈ পাক্না হাইথুরম্মী।

### টীকা-টিপ্পনি

**স্বাভাবিক প্রেম**- সাধন তৌরগা পোক্লকপা নত্তবা প্রেম, স্বভাব-সিদ্ধ ওইবা ( মতাংনা অহুম ওইবা ) প্রেম। নিত্যসিদ্ধভক্তগী থমোইদদা স্বভাবসিদ্ধ ওইবা প্রেম অসি অনাদি কালদগী লৈরক্লবনী। প্রেমসিগী তুংওইফমদি ( আশ্রয়দি ) নিত্যসিদ্ধ ভক্তনী, অদুগা বিষয়না ( মুশিফম্না ) শ্রীকৃষ্ণনী। ভগবাননা উবমক্তদা প্রেমসিগী ইফুং মকাদো চেন্থরক্লি। অদুগা ভক্তনা ভগবান্না মুংশিবা কারনা প্রেমতুনা ভক্তবাৎসল্য কৌই, মসি স্বভাবসিদ্ধনী : ভক্তনা উবদি ভক্তবাৎসল্যসিগী মকাদো চেন্থরক্লি। মসিগী-নীদা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীগৌরাঙ্গনা উবদা নিত্যসিদ্ধভক্ত রামানন্দ-রায়গী থম্মোইদা স্বভাবসিদ্ধ প্রেম অমসুং রামানন্দ রায় উবদা মহাপ্রভুগী থম্মোইদা স্বতঃসিদ্ধ ভক্তবাৎসল্যদু ঈংখৌখি।

পাণ্ডুগী মচানুপা অর্জুন, ললিতা অমসুং ব্রজগী অর্জুনীয়া কৌবা গোপী অহুমসীনা তিল্লগা ওইরকপা স্বরূপ অদুনী রামানন্দ রায় - অসুম্না গৌরগণোদ্দেশ-দীপিকাদগী খঙনবি। কবি কর্ণপুরনা যোগপীঠ রেকপগা মহাকপ্ বিশাখা ওইনসু উৎলী। মহাপ্রভু মহাক্না রাধাভাবতা আবিষ্ট ওইরি (চঙলি) ; মরমদুনা রামানন্দদা ললিতা ( নত্রগা বিশাখা ) নত্রগা অর্জুনীয়া গোপীগীভাব ওইবদি মহাপ্রভুগী ভাবকা চুনৈ, নাতৈ চানৈ॥ মসৌ অসুম্না, মখোয়নীগী **স্বাভাবিক ভাব** হায়রগদি মত্তাওনিদা— প্রভুগী রাধাভাব অদুগা রায়-রামানন্দগী গোপীভাব ( ললিতা, বিশাখা নত্রগা অর্জুনীয়াগী ভাবতুনু ) খঙনহল্লে। মতুংগী থংনবা পয়ারদা য়াওরিবা **দোঁহার মুখেতে শুনি-গদ্‌গদ্ কৃষ্ণবর্ণ** হায়বা বাক্যসিদগীসু মখোয় অনীগী মথক্তা পল্লিবা ভাব-আবেশসী নাতৈ চায় হায়বা য়াই।

### মূল ২৪

স্তম্ভ স্বেদ অশ্রু কম্প পুলক বৈবর্ণ্য।
দোঁহার মুখেতে-শুনি গদগদ কৃষ্ণবর্ণ ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

স্তম্ভ—চপ্তিংহুনা লেংখোত্তবা; স্বেদ—হুমাং; অশ্রু—পিরাং; কম্প—নীকৃপা; পুলক—তুচুংবা; বৈবর্ণ্য—কুচু তাইবা; দোঁহার—অনীগী (মহাপ্রভু অমস্তুং রামানন্দগী); মুখেতে—চীন্দা; শুনি—তাহুনা; গদ্‌গদ্‌—লকক্‌ লকক্‌; কৃষ্ণবর্ণ—কৃষ্ণ হায়বা ময়েক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাত্ত্বিক-ভাবকী লক্ষণ—চপ্তিংবা, হুমাং, পিরাং, নীকৃপা, তুচুংবা, কচু তাইবা—হায়বা ময়ামসী থোরকখি। অনীগী চীন্দা লকক্‌-লকক্‌ তৌবা কৃষ্ণ হায়বা ময়েক অনীসু থোকখি।

মূল ২৫-২৬

দেখিয়া ব্রাহ্মণগণের হৈল চমৎকার।
বৈদিক ব্রাহ্মণ সব করেন বিচার—॥ ২৫ ॥
এই ত সন্ন্যাসীর তেজ দেখি ব্রহ্মসম।
শূদ্রে আলিঙ্গিয়া কেনে করেন ক্রন্দন ॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

দেখিয়া—উবগা; ব্রাহ্মণগণের—ব্রাহ্মণশিংগী; হৈল—ওইখি; চমৎকার—ঙকপা; বৈদিক ব্রাহ্মণ—বেদ-হৈবা ব্রাহ্মণ; সব—পুম্বনা; করেন বিচার—খন্নে; এই ত—অসী; সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসীগী; তেজ—মঙাল; দেখি—উই; ব্রহ্মসম—ব্রহ্মগা মান্নবা; শূদ্রে—শূদ্রবু; আলিঙ্গিয়া—কোল্লগা; কেনে—করিগী; করেন—তৌয়ি; ক্রন্দন—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( অনীগী মতৌ ) উবগা ব্রাহ্মণশিংনা ঙকখি। বৈদিক ব্রাহ্মণশিংহুনা খল্লম্মী—সন্ন্যাসীসিগী তেজদি ব্রহ্মগা মান্নবা উই। শূদ্রবু কোল্লগা করিগী-দমক কপ্লিবনো ?

মূল ২৭

এই মহারাজ মহাপণ্ডিত গম্ভীর।
সন্ন্যাসীর স্পর্শে মত্ত হইল অস্থির ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

এই - অসী ; মহারাজ - রামানন্দ রায় ; মহাপণ্ডিত - লাইরীক রাম্না চৈবা মীনী ; গম্ভীর - চীঙলেম্বনী ; সন্ন্যাসীর স্পর্শে—সন্ন্যাসীনা শোকপদা ; মত্ত - অঙাংবা ; হইল—ওইরে ; অস্থির - - ফিংগৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণশিংনা হায়রম্মী - (রামানন্দরায়) মহারাজ অসিদি মহাপণ্ডিতনী অমসুং চীঙলেম্বনী। সন্ন্যাসীনা শোকপদা ভাওরে অমসুং ঙমাংতশোইরে।

### নৈনরোল

**মহারাজ**— শ্রীরামানন্দ রায়। মহাক প্রতাপরুদ্র রাজাগী অথোইবা কর্ম্মচারী (থবক তৌবা মতম্) অমনী অদুগা বিদ্যানগরগী রাজা ওইরম্মী ; মরমসিনা মাবু মহারাজ কৌরিবনী।

### মূল ২৮

এই মত বিপ্রগণ ভাবে মনে মন।

বিজাতীয় লোক দেখি প্রভু কৈল সংবরন ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; বিপ্রগন—ব্রাহ্মণশিংনা ; ভাবে—খল্লী ; মনে-মন—মপূক্কীঙদা ; বিজাতীয়—মত অমসুং ভাব তিন্নদবা নত্রগা য়াদবা ; লোক—মী ; দেখি—উদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল সংবরণ— লোৎপা তৌখি, ভাব লোৎশনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণশিংনা মপূক্কীঙদা খল্লম্মী। মত অমদি ভাব চানদবা মীতা উরদুনা প্রভুনা ভাব সংবরণ তৌখি হায়বদি লোৎশনখি।

### মূল ২৯

সুস্থ হৈয়া দোঁহে সেই স্থানেতে বসিলা।

তবে হাসি মহাপ্রভু কহিতে লাগিলা— ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

সুস্থ—ফিভম্ হঙ্গল্লবা ; হৈয়া—ওইহুনা ; দোঁহে—অনীনা ; সেই স্থানেতে—মফমতুদা ; বসিলা—ফম্লম্মী ; তবে—অতুদগী ; হাসি—নোকুনা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহিতে—রা হায়বা। লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফিভম হঙ্গল্লগা অনীহুনা ( প্রভুগা রামানন্দগা ) মফম অতুমক্তুদা ফমথরম্মী। অতুদগী নোকুনা মহাপ্রভুনা রাঙাঙবা হৌখি—।

### মূল ৩০

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য কহিল তোমার গুণ।
তোমারে মিলিতে মোরে করিল যতন ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহিল—হায়রকয়ি ; তোমার—নঙগী ; গুণ—গুণ ; তোমারে—নঙবু ; মিলিতে—উনৌ হায়না ; মোরে—ঐঙোন্দা ; করিল যতন—হোৎনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা নগুণগী রা হায়রকয়ি। অতুনা নঙগা উনৌ হায়না ঐঙোন্দা যতন তৌনা পাউমেল্লক্‌য়ি।

### মূল ৩১

তোমা মিলিবারে মোর এথা আগমন।
ভাল হৈল অনায়াসে পাইল দরশন ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

তোমা—নঙবু ; মিলিবারে—উনগে হায়হুনা ; মোর—ঐগী ; এথা—মফমসিদা ; আগমন—লাক্‌পা (ওই) ; ভাল হৈল—ফরে ; অনায়াসে—ইহোৎ-হোৎনদবমখে ; পাইল—ফংলে ; দরশন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙবু উনগে হায়দুনা ঐহাক্কী অসীদা লাক্লিবনী। য়াম্না ফরে ইহোৎ-হোৎনদ্রবমখৈ নঙগা উনরে।

## মূল ৩২

রায় কহে— সার্ব্বভৌম করে ভৃত্যজ্ঞান।
পরোক্ষেহ মোর হিতে হয় সাবধান ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

রায় কহে—রামানন্দরায়না হায়; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা; করে—তৌয়ি; ভৃত্যজ্ঞান—মনাইনী হায়না খন্বা; পরোক্ষেহ—ইতুংদসু; মোর—ঐগী; হিতে—কান্নবদা; হয়—ওই; সাবধান—পুক্নীঙচঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দ রায়না খুম্লী—সার্ব্বভৌমনা ঐহাকপু মনাইনী হায়না খঙবীবনী। শক উনদ্রবসু ঐগী মঙ্গলগী রাদা মপুক্নীঙ চঙবীবনী।

## মূল ৩৩

তাঁর কৃপায় পাইনু তোমার চরণদর্শন।
আজি সুফল হৈল মোর মনুষ্য-জনম ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী; কৃপায়—থৌজান্না; পাইনু—ঐনা ফংজরে; তোমার—নহাক্কী (প্রভুগী); চরণদর্শন—খোঙ-থম্বাল উবা, খুরুম্বা; আজি—ঙসি; সুফল—মহৈ ফজনা; হৈল—য়াল্লে; মোর—ঐগী; মনুষ্য-জনম—মীওইপোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না হায়রম্মী—মহাক্কী কৃপানা প্রভু নহাক্কী চরণ দর্শন ফংজরে। ঙসিদি ঐগী মীওইপোক্কি মহৈ য়াম্জরে।

### মৈনবৌল

জীব অতৈদগী মীওইবগী তোপ-তোপ্পা মগুণ অমা লৈ, মতু্দি—সাধনা অমসুং তৌশিন্নচিংবদা। মরমসুনা মহাজনশিংনা হায়রম্মী—"নরতনু ভজনের মূল (মীওইবগী হকচাঙদি লাইনীঙবগী মরুপ্নী)।" দেবরৈহদসু

নারকীয় দেহদসু মীওইবগী মতৌগুম্না জ্ঞানগী নত্ত্রগা ভক্তিগী ওইবা সাধন তৌনবগী খুদোং-চাবা ফংদে ; খুদোংচাবসী ( সুযোগ অসী ) মীওইবগী-তমক্নী। মরমতুনা স্বর্গবাসী ( স্বর্গদা লৈবা দেবশিং ) অমসুং নরকবাসীশিং ফাওবনা মর্ত্ত্যলোক-তা মীওইবগী মপোক অসী পাম্মী। "স্বর্গিনোহপ্যেতমিচ্ছন্তি লোকং নিরয়িণস্তথা। সাধকং জ্ঞানভক্তিভ্যামুভয়ং তদসাধকম্॥ শ্রীভা, ১১/২০/১২॥" ভজনগী মতীক চাবা মীওইবগী দেহসী রানা ফংনঙায়নী ; ভগবান্গী কৃপাতনা ঐখোয়না দেহসী ফংজবনী। শ্রীগুরুবু হিনাওশাবা হাপ্পগা হকচাঙ হিরেল অসিবু তাইবঙ-ঈপাক্তা তাওথহল্লবদি জীবনা ঈলায় লায়না ঈপাক লাম্থোক্নগা চৎপা ঙমগনী। শ্রীগুরুনা হিনাওশাবা ওইনা হিরেল অসী হোন্বিরবদি শ্রীভগবান্গী কৃপাগী মশক ওইবা নুংশীংনা হুমদুনা হিরেন্সিনা য়াম্না থুনা তাইবঙ-ঈপাকসিগী রাংমা তান্না—শ্রীভগবান্গী খুয়া তান্না—য়ৌবা ঙমগনী। মহুতদা মীওই-পোক্নী মহৈয়ান্বা হায়বহু ওইরিবনী। "নৃদেহমাদ্যং সুলভং সুদুর্ল্লভং প্লবং সুকল্পং গুরুকর্ণধারম্। ময়ানুকূলেন নভস্বতেরিতং পুমান্ ভবাব্ধিং ন তরেৎ স আত্মহা॥ শ্রীভা, ১১/২০/১৭—শ্লোক অদুদা শ্রীভগবান্গী উক্তিনী॥" রায় রামানন্দনা ঙসী স্বয়ংভগবান্ শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগী চরণ-দর্শন তৌবগী লাইবক অদু ফংজদুনা মহাগী মীওইপোকপু মহৈ য়াল্লে হায়না খনজরম্মী।

## মূল ৩৪

সার্ব্বভৌমে তোমার কৃপা— তার এই চিহ্ন।
অস্পৃশ্য স্পর্শিলে হঞা তাঁর প্রেমাধীন॥ ৩৪॥

## শব্দার্থ

সার্ব্বভৌমে—সার্ব্বভৌমদা ; তোমার—নঙগী (প্রভুগী) ; কৃপা—থৌজাল (লৈ) ; তার - মদুগী ; এই চিহ্ন—খুদম অসীনী ; অস্পৃশ্য—শোক্পন্বা-য়াদবা মীবু ; স্পর্শিলে—শোক্পীরে ; হঞা—ওইদুনা ; তাঁর—মহাক্কী ( সার্ব্বভৌমগী ) ; প্রেমাধীন—প্রেমগী ( নুংশিবগী ) মখা-পোন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রায়না হায়রম্মী )—সার্ব্বভৌমবু নহাক্না থৌজান্বী, মদুগী প্রমাণ খুদমদি অসীনী—শোক্নবা-য়াদবা ( অমাংবা ) ঐহাকপু নঙনা মহাকপু নুংশিবদগী শোক্পীরে।

## মূল ৩৫

কাহাঁ তুমি সাক্ষাৎ ঈশ্বর নারায়ণ।
কাহাঁ মুঞি রাজসেবী বিষয়ী শূদ্রাধম ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

কাহাঁ—কদায় ; তুমি—নঙনা ; সাক্ষাৎ—শংশংবা ; ঈশ্বর—ঈশ্বর, মপু ; নারায়ণ—নারায়ণ ; কাহাঁ- কদায় ; মুঞি—ঐনা ; রাজসেবী—রাজকর্ম্মচারী ( সরকারগী থবক তৌবা মী ) ; বিষয়ী—সংসারী, য়ুম্বানবা মী ; শূদ্র-অধম—তোল্লবা শূদ্র মচানী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কদায়, নহাক্না সাক্ষাৎ ঈশ্বর নারায়ণনী, অমরোমদনা ঐহাক্না রাজসেবী, বিষয়ী অমসু অতোন্‌বা শূদ্রমচানী।

## মূল ৩৬

মোর স্পর্শে না করিলে ঘৃণা বেদভয়।
মোর দরশন তোমা—বেদে নিষেধয় ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐবু ; স্পর্শে—শোক্‌পদা ; না করিলে—তৌদে ; ঘৃণা—হঙৈায়-তুক্কচবা ; বেদভয়—বেদবু কিবা ; মোর দরশন—ঐবু উবদি ; তোমা—নঙনা ; বেদে—বেদনা ; নিষেধয়—য়াদে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবু শোক্‌পদা নঙনা হঙৈাইদে অমসুং বেদবু কিদে। নঙনা ঐবু উবফাওবা বেদনা য়াদে।

### নৈনরোল

শূদ্রবু উবা য়াদে হায়না বেদনা হায়। অদুগা প্রভুদি শূদ্রমচা রায় রামানন্দবু আলিঙ্গন তৌবিখি। মসী বেদবু কিদবগী থৃদম্নী।

## মূল ৩৭

তোমার কৃপায় তোমায় করায় নিন্দ্যকর্ম্ম।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি—কে জানে তোমার মর্ম্ম ॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

তোমার - নঙগী ; কৃপায়—কৃপা হায়বতুনা ; তোমায়—নহাকপু ; করায় - তৌহল্লী ; নিন্দ্য—থীনা হায়নঙাই ; কর্ম্ম—থবক ; সাক্ষাৎ ঈশ্বর—শাংশঙবা ঈশ্বরনী ; তুমি—নহাক ; কে—কনা ; জানে—খঙগে ; তোমার—নঙগী ; মর্ম্ম—অথুপ্পা পুক্রীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী কৃপা অদুনা নহাবপু থীনা ঙাঙননঙাই ওইবা থবক তৌহল্লীবনী। নহাক্তি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী ; কনানা খঙগনী নঙগী অথুপ্পা রাবো ?

## মৈনরোল

রায়না হায়রম্মী - জীবগী মফমদা কৃপা লৈবনা নঙনা ঐবু শোকপদা হঙ্গোইদবনী। নঙনা তৌরিবসী বেদ-না য়াবা থবক নত্তে। অদুবু জীবগী মফমদা কৃপা লৈবা মরমনা শৌহৈদবা থবক অসী তৌরিবনী। নঙদি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী, নমীঙতম্বনী ; নঙনা করি খন্দুনা তৌরিবনো হায়বতু কনানা খঙগনগে ?

## মূল ৩৮

আমা নিস্তারিতে তোমার ইহাঁ আগমন।

পরম দয়ালু তুমি পতিতপাবন ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

আমা ঐবু ; নিস্তারিতে—লানবিনবা ; তোমার—নঙগী ; ইহাঁ—মফমসিদা ; আগমন—লাকপা ; পরম—খম থেংনা ; দয়ালু—চানবিহৈবা ; তুমি—নঙ ; পতিতপাবন—সংসারদা পুত্থরবা মীবু লানবীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা অসীদা লাকপদি ঐবু লানবিগে হায়বগীনী। মরমদি নহাক্তি খমথেংনা চানবী-হৈবনী অদুগা (সংসারদা) পুত্থরবা মীবু লানবীবা (পতিত-পাবন) হায়বতুনী।

## মূল ৩৯

মহান্তস্বভাব এই—তারিতে পামর।

নিজকার্য্য নাই—তবু যান তার ঘর ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

মহান্ত—সাধু, মহাভক্ত ; স্বভাব—মীচং ; এই—অসী ; তারিতে—লান্‌বিবা ; পামর—অতোন্‌বা ; নিজকার্য্য—মশাইগী থবক ; নাই—লৈতে ; তবু—অদুম ওইনমক ; যান—লেংঙী ; তার—মাগী (পামরগী) ; ঘর—য়ুমদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোন্‌ববু লান্‌বীবা হায়বসী মহান্ত ( মহাভক্তগী ) মীচংনী । মঙগী মশাই থবক অমতা লৈত্রবসু অতোন্‌বা পামর জনগী মযুমদা নঙনা চংনী ।

## মূল ৪০

তথাহি ( ভাঃ—১০/৮/৪ )—

মহদ্বিচলনং নৃণাং গৃহিণাং দীনচেতসাম্ ।
নিঃশ্রেয়সায় ভগবন্ কল্পতে নান্যথা ক্বচিৎ ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

মহৎ বিচলনম্—মহাপুরুষশিংনা চৎপা ; নৃণাম্—মীওইবশিংগী ; গৃহিণাম্—য়ুম্বান্‌বশিংগী ; দীনচেতসাম্—পূকচেল-পীকপা ; নিঃশ্রেয়সায়—য়াইফনবগীদমক্কী ; ভগবন্—হে ভগবন্ ; কল্পতে—ওইয়ে ; ন—নত্তে ; অন্যথা—অতোপ্পা মরমগী ; ক্বচিৎ—কদায়দসু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবন্ । পূকচেল-পীকপা য়ুম্বান্‌বশিংগী য়াইফনবগীদমক মখোয়গী মযুমদা মহৎশিংনা লেঙবনী, অতৈ মরমগীদমক মহৎশিংনা কদায়দসু লেঙদে ।

## তাৎপর্য্য

বাসুদেবনা হায়জত্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী নামকরণগীদমক (মিং থোন্‌বগীদমক) গর্গাচার্য্যনা নন্দমহারাজগী সঙগাইদা থুংলবা মতমদা নন্দ মহারাজনা মহাগী দৈন্য (তোম্বজবা) উৎনবগীদমক গর্গাচার্য্যদা শ্লোক অসী হায়খিবনী । মফম-সিদনা, রায় রামানন্দসু মহাগী দৈন্য উৎনবগীদমক শ্লোক অসী থীরম্বনী ।

য়ুম্বান্‌বশিংবু দীনচেতসাম্ হায়রি । দীনচেতসাম্‌গী অর্থদি পূকচেল-পীকপশিংগী হায়বনী । নুপী-অঙাঙশিংগী নুংঙাইনবগীদমক খোয়রাঙবা,

য়ুম-কৈ ফজনা নীঙথিনা শেম-শানবগী থবক চিন্‌বনা মহাপুরুষশিংবু দর্শন তৌদে, য়ুমদা নৈশিন্দুনা লৈরগা সংসারদা আসক্ত ওইবা জীবগী ফংফম-থোকপা অরা-অনানচিংবা ফত্তবা দশা চাহুনা লৈ। মখোয়সিগুম্বা মীগী মরম পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইননবা হায়হুনা মহাপুরুষশিংনা গৃহীশিংগী য়ুমদা লেঙ্‌ঙী। দীন ওইবা মীশিংগী মঙ্গল নত্তনা অতৈ মরমগীদমক মহাপুরুষ-শিংনা অতেপ্পা মফমদা লেঙ্‌দে।

শ্রীনন্দমহারাজনা ( নত্রগা রায়রামানন্দনা ) মছাগী দৈন্য উৎননবা শ্লোকনী থীরম্বনী হায়হুনা গৃহিণাং অমসুং দীনচেতসাম্ শব্দ অনী-সিগী অর্থ মথক্কী শৃম্না হন্‌বনী। মদুম্না তৌদ্রবদি মখোয় অনীগী পামজবা দৈনাহু ফোঙদোকপা য়ারোইদৌরনী। অহুবু হায়রিবা শব্দ অনীসিগী অতোপ্পা অর্থ অমসু ওইবা য়াই অদুগা অতোপ্পা অর্থনী মীচঙ-মীথায়-নাইদবা ভক্তশিংনা য়ানীঙবা ওইগনী হায়না নীঙঙী।

দীনচেতসাম্—দীন ( তোন্‌বা ) ওইরবা মখোয়গী চেতঃ ( চিত্ত-পুকচেল ), অদুগুম্বা মীতাশিংগী ; ভক্তিগী মপান্না মছা মছাবু য়োৗনা দীন—নাপীদগীসু হেন্না দীন—লাইবকথীবনী হায়না খনজবা মখোয়হুনা মছা মছাবু অভিমানী ( নাপল-চাওবা ) অমসুং ভক্তিহীন-নী (ভক্তি-লৈতবনী) হায়না খল্লী ( অভিমানী ভক্তিহীন, জগমাঝে সেই দীন— শ্রীলনরোত্তম মহাশয় ), মখোয়হুগুম্বনা দীনচেতানী (পুকচেল-পীকপনী)। মখোয়হুগুম্বা নৃণাং—মীওইবশিংগী : দেবতাশিংগী নত্তে, মীওইবশিংগী মরক্তা গৃহী ওইবা মখোয়-শিংহুগী মঙ্গল ওইননবা হায়হুনা মখোয়গী ময়ুমদা মহৎশিংনা লেঙলকৃপনী। অসিগুম্বা মীতাশিংতনা মহৎ-কৃপাহু লৌশন্‌বা ঙম্মী। আশ্রম মরিগী মনুঙদা গৃহীদগী ময়ুমদদা লেঙলকৃপগী থোইদোকপা মরমদি অসিনী, মহুদি—ব্রহ্মচর্যানচিংবা অতোপ্পা আশ্রম অহুমদি গৃহস্থাশ্রমগী মথক্তা নন্দুনা হিংবনী হায়হুনা গৃহস্থাশ্রম না অমরোমদা পুঙথোই-থোইবা আশ্রম-নী অমসুং মহৎকী কৃপা ফংফম্মী। ভিক্ষাভুজশ্চ যে কেচিৎ পরিব্রাড্‌ব্রহ্ম-চারিণঃ। তেঽপ্যত্রৈব প্রতিষ্ঠন্তে গার্হস্থ্যং তেন বৈ পরম্॥ —পরিব্রাজক ( লম্বোইবা ) অমদি ব্রহ্মচারীনা ভিক্ষা নিরগা হিংজে, গৃহস্থনা মখোয়গী আশ্রয়-নী ( চঙজফম্মী ) ; মরমসিনা গার্হস্থ্য আশ্রমনা আশ্রম-মকোক্নী। বিঃ পুঃ ৩/৯/১১॥" পদ্মপুরাণ-সু হায়—গার্হস্থ্যাশ্রমঃ পরঃ॥— গার্হ-স্থ্যদগী হেন্‌বা আশ্রম লৈতে মানা মখোইরে॥ পাতাল খণ্ড /৫৬/৮৮॥"

নৈনরিবা শ্লোকসিগী থম্নমঙাই মরম অমা লৈ। শ্লোকসিদা হায়রিবশী মহৎশিংনা অতোপ্পা মীগী মফমদা লেঙবগী রানী। শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ সনাতনগোস্বামীনা মহৎ শব্দগী অর্থদা হৈরম্মী —"মহতাং শ্রীভগবৎ-সেবৈকনিষ্ঠানাং — ভগবৎ-সেবানা মরোয়রে হায়বা ভক্তবু মফমসিদা মহৎ কৌরিবনী। গৃহীশিংগী মঙ্গলগীদমক্তা মখোয়সিনা মরম্নাই আশ্রমদগী অতোপ্পা মফমদা লেঙই। শ্রীনন্দমহারাজস্থু মফমসিদা শ্রীপাদ গর্গাচার্যদা পান্নম্বা হায়দুনা শ্লোকসী থীখিবনী। মমাঙ ২/৮/২৯ পয়ারদা রায়রামানন্দনা **মহান্তস্বভাব-কী** রা হায়রি অমস্তুং মাগী রাসী সমর্থনগীদমক শ্লোকসী পনখিবনী। অদু ওইরবদি রায়রামানন্দনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভগবৎ-সেবানা মরোয়রবা মহান্ত হায়বদি ভক্তমখল অমনী হায়না খল্লবা? অদুবু মতুম খল্লমগনী হায়না নীংদে; মরমদি, মমাঙগী ২/৮/৩৭ পয়ারদা মহাক্না প্রভুবু **সাক্ষাৎ ঈশ্বর নারায়ণ** অদুগা ২/৮/৩৭ পয়ারদা **সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি** হায়রম্মী। মতুঙগী হেক থংনবা ১/৮/৭:— ৪১ পয়ারদা মহাক্না প্রভুবু স্বয়ং ভগবান্নী হায়বগী রা পল্লী। ২/৮/৩৯ পয়ারদা অমস্তুং শ্লোক অসিদা রায়রামানন্দগী হায়নীঙবদি অসী ওইরমগন্না মীঙঙী মতুদি — ভগবৎ-সেবাতনা মরোইজবা ভক্তশিংনা জীবগী মঙ্গলগীদমক গৃহস্থ-শিংগী গৃহদফাওবা চৎপা স্বভাবনী ওইরবোইদি পতিত-পাবন অবতার ভগবান্গী রাদি করিগুম্ক হায়রুগনী? জীবগী মঙ্গলগীদমক প্রভুনা সৌরম-নীনা মহাক্না গৃহীশিংগী য়ুমদস্থু মখোয়গী মঙ্গলগীদমক লেঙলমগনী হায়বদা করি ওক্লঙাই লৈবগে? মমাঙেঙদা বলি মহারাজগী মঙ্গলগীদমক বামন শক্তম লৌতুনা অবতার তৌবা মতমদস্থু বলিগী গৃহদা লেঙখিবনী।

তুংদা লাকপা ১০-শুবা পরিচ্ছেদদস্থু মান্নবা উক্তি অমা উবা ফংঙী। শ্রীপাদ সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যাগী মফমদগী রাজাপ্রতাপরুদ্রনা শ্রীমন্মহা-প্রভুনা দক্ষিণদেশদা লেঙখিবগী রা তারগা মতমদা রাজানা হংলম্মী "প্রভু জগন্নাথ ছাড়ি কেনে গেলা? —প্রভুনা জগন্নাথবু থাদোক্লগা লেঙখিবা করিগীনো?" অদুদা ভট্টাচার্যানা খুম্লম্মী—"মহান্তের এই একলীলা॥ তীর্থ পবিত্র করিতে করেন তীর্থ ভ্রমণ। সেই ছলে নিস্তারয়ে সাংসারিক জন॥— মহান্তগী মশাগী লীলা অমনী॥ তীর্থ শেংদোক্নবগীদমক তীর্থদা কোয়। অদুম্না হায়রবলগা সংসারীশিংবু লান্‌বী॥ ২॥ ১০॥ ১০-১১॥" উক্তিসিবু সমর্থন তৌদুনা ভট্টাচার্যানা শ্রীমদ্ভাগবতগী শ্লোক অমস্থু থীরম্মী—"ভবদ্বিধা

ভাগবত্তা স্তীর্থীভূতাঃ স্বয়ং বিভো। তীর্থীকুর্বন্তি তীর্থানি স্বান্তঃস্থেন গদাভৃতা। শ্রী, ভা, ১/১৩/১০॥ শ্লোকসী বিদুরগী মক্কমদা যুধিষ্ঠিরনা হায়খিবা বানী। শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমনা শ্রীমন্মহাপ্রভুবা দক্ষিণদেশ লেঙবা মতাঙদা রা অসী হায়খিবনী। মতুদা কনাগুম্বনা খনবা য়াই—মহাক্না প্রভুবু মহান্ত নত্রগা শ্লোক-তা য়াওবা ভাগবত-সী হায়রিমাল্লে। মিংনবত্ত কোক্কনবা হায়তুনা শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—"বৈষ্ণবের এই হয় স্বভাব নিশ্চল। তেঁহো জীব নহে—হয় স্বতন্ত্র ঈশ্বর॥ ২/১০/১২॥" মসীগী তাৎপর্য্যাদি—মহাক্কী ভক্তদনা মীবু লানবীগে হায়তুনা অতোপ্পা লমদা চৎলী; মাগী (প্রভুগী) বাদি করি হায়গনী? মহাক্তি পরম-স্বতন্ত্র (নীঙতম্বদা খমহেৎবা) ভগবাম্না।

## মূল ৪১-৪২

আমার সঙ্গে ব্রাহ্মণাদি সহস্রেক জন।
তোমার দর্শনে সভার দ্রবীভূত মন॥ ৪১॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম শুনি সভার বদনে।
সভার অঙ্গ পুলকিত—অশ্রু নয়নে॥ ৪২॥

### শব্দার্থ

আমার সঙ্গে—ঐগা লোয়ননা; ব্রাহ্মণাদি—ব্রাহ্মণচিংবা; সহস্রেক—লীশীঙ অমা; জন—মী; তোমার দর্শনে—নঙবু উবদা; সভার—পুম্নমক্কী; দ্রবীভূত—পেৎথরে; মন—পুক্নীঙ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিং; শুনি—নাকোঙনা তায়; সভার—পুম্নমক্কী; বদনে—চীন্দা; সভার অঙ্গ—পুম্নমক্কী হকচাঙ; পুলকিত—তুচুংঙী; অশ্রু—পিরাং; নয়নে—মীত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়রামানন্দনা হায়রম্মী—ব্রাহ্মণচিংবা মী লীশীঙ অমা ঐগা লোয়ননা লৈ। নঙবু দর্শন তৌবদা মখোয় পুম্বগী থম্মোই পেৎখরে। মখোয় লোইননমক্কী মচীন্দা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিং শোনবা ঐনা তাজে। মখোয় পুম্বগী হকচাঙদা তুচুংঙী, অদুগা মমিত্তস্থ পিরাং শিঙ্গে।

### তৈনরোল

প্রভুগী দর্শন ফংবমক্তদা রামানন্দগা লোয়নবকপা মী পুম্নমক্কী চিত্তদা প্রেম পোক্‌খি অমসুং হকচাঙদা সাত্ত্বিকভাব থোরক্‌খি।

পয়ার অনীসিদা রায়রামানন্দনা শ্রীমন্‌মহাপ্রভুসী স্বয়ং ভগবান্‌মক্কী হায়বহ্নু ফোঙদোক্ই। মরমদি, স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা ভগবৎস্বরূপ অমত্তনা কনাম্তদা প্রেম পীবা ঙমদে। "সন্ত্ববতারা বহবঃ পুষ্করনাভস্য সর্ব্বতোভদ্রাঃ। কৃষ্ণাদন্যঃ কো বা লতাস্বপি প্রেমদো ভবতি॥" প্রভুবু উবা মতম্দা ব্রাহ্মণচিংবশী চিত্তদা প্রেম পোক্‌খি: মরমসিনা প্রভুসে স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনী, অতৈ অমা নত্তে।

## মূল ৪৩

অ্যকৃত্যে প্রকৃত্যে তোমার ঈশ্বর লক্ষণ।
জীবে না সম্ভবে এই অপ্রাকৃত গুণ॥ ৪৩॥

## শব্দার্থ

আকৃত্যে—শকওংদা (আকৃতিদা); প্রকৃত্যে—শাজংতা (প্রকৃতিদা); তোমার—নঙগী; ঈশ্বর লক্ষণ—ঈশ্বরগী খুদম ঙাক্পা: জীবে—জীবদা: না সম্ভবে—ওইথোক্তে; এই—অসী; অপ্রাকৃত—প্রাকৃত নত্তবা; গুণ—গুণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী-শকওংদা শাজংতা ঈশ্বরগী খুদম ঙাক্পা উই। অসিগুম্বা প্রাকৃত-নত্তবা গুণসী জীবদা লৈবা হৌনদে।

## নৈনরোল

৪১—৪৩ পয়ারদা স্বরূপ লক্ষণ অমসুং তটস্থ-লক্ষণ অনীসিনা মহাপ্রভুসী ঈশ্বরনী হায়বগী প্রমাণ তৌরি। "আকৃতি-প্রকৃতি এই স্বরূপলক্ষণ, কার্য্যদ্বারা জ্ঞান—এই তটস্থ লক্ষণ॥ ২ ২০৩/৪০॥" নৈনরিবা ৪৩ পয়ারদা প্রভুগী আকৃতি হায়বদি শ্রীঅঙ্গগী থোইদোকপা লক্ষণশিংনা ঈশ্বরগী স্বরূপ-লক্ষণ অতুগা ৪১-৪২ পয়ারদা কার্য্যনা (থবক্না)—দর্শন পীবত্তনা মী পুম্নমক্কী চিত্তদা প্রেম সঞ্চার তৌবা ঙম্বা হায়বা মীওইবনা ঙমদবা মঙম্না—ঈশ্বরগী তটস্থলক্ষণ লৈবগী প্রমাণ তৌরি। লক্ষণময়ামসী জীবদা কদৌঙৈদম্ লৈবা হৌনদে; মরমসিনা হায়রিবা লক্ষণময়ামসী চেন্নিবা শ্রীমন্-মহাপ্রভুনা কদৌঙৈদা জীবতত্ত্ব ওইফম থোক্তে।

মূল ৪৪

প্রভু কহে তুমি মহাভাগবতোত্তম ।
তোমার দর্শনে সভার দ্রব হৈল মন ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; কহে—হায় ; তুমি—নহাক ; মহাভাগবতোত্তম—মহাভক্ত অথোইবনী ; তোমার দর্শনে—নঙবু উবদা ; সভার—পুম্নমক্কী ; দ্রব—শোৎদোকপা ; হৈল—ওইরে ; মন—থম্মোই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নহাক্তি মহাভক্ত অথোইবনী । নঙবু উবদা মী পুম্নমক্কী থম্মোই পেৎলিবনী ।

মৈনরোল

রায়রামানন্দদি মহাভাগবতশিংগী মকোক্কী, মহাক উবদা মীথ্বাইগী থম্মোই পেৎপনী হায়না হায়রগা প্রভুনা মছাবু লোৎকদোবগী তৌরম্মী ।

মহাভাগবত্তোমশিংগী চিত্তদি ভক্তিনা থল্লী ; ভক্তিছুগী প্রভাবনা ভগবানবু মখোয়না বশ তৌয়ি ( মখোয়না হায়বদা য়াই ) । ভক্তিবশঃ পুরুষঃ ॥ শ্রুতি ॥ ভক্তনা বশ তৌখিবনা ভগবান্না মখোয়গী চিত্তদা লৈ—প্রণয়রশনয়া ধৃতাঙ্‌ঘ্রিপদ্মঃ ॥ শ্রীভা । ভগবান্‌ মছামক্না হায়রম্মী—"সাধু-ভক্তশিংনা ঐবু মখোয়গী থম্মোইদা য়োৎপদোনা থম্মী । সাধুভির্গ্রস্তহৃদয়ো ভক্তৈর্ভক্তজনপ্রিয়ঃ ॥ শ্রীভা ॥ ভগবান্‌গী কৃপানা ভক্তগী চিত্তদগী প্রেম-ভক্তিগী ঈহৌদ্র অতোপ্পগী চিত্তদা সঞ্চার তৌয়ি । মরমদুনা প্রভুনা রামানন্দ রায়দা হায়রম্মী—"তুমি মহাভাগবতোত্তম ইত্যাদি—নঙদি ভাগবতো-ত্তম-নী হায়বনচিংবা ।"

মুল ৪৫

আনের কা কথা—আমি মায়াবাদী সন্ন্যাসী ।
আমিহ তোমার স্পর্শে কৃষ্ণপ্রেমে ভাসি ॥ ৪৫ ॥

চিচ্ছক্তি-বাদী ওইরে ; ব্রহ্মগী কৃপাশক্তি নৈ, চিচ্ছক্তি নৈ হায়বসিবু য়ারিবা মহাক অদো মায়াবাদীনী ; মসী ভক্তিমার্গগী ওইবা অর্থনী, অদ্বৈতবাদগা পৃথক-খেন্নরবনী।

## মূল ৪৬

এই জানি মোর কঠিন হৃদয় শোধিতে।

সার্ব্বভৌম কহিলেন তোমারে মিলিতে ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

এই — মসী ; জানি — খঙদুনা ; মোর — ঐগী ; কঠিন — অকন্বা ; হৃদয় — থম্মোইবু ; শোধিতে — শুদোক-চাম্থোকপীগে হায়দুনা ; সার্ব্ব-ভৌম কহিলেন — সার্ব্বভৌমনা হায়রকপনী ; তোমারে — নঙগা (রায়গা) ; মিলিতে — উননবা হায়দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসী খঙদুনা ঐগী কন্নবা থম্মোইবু চাম্থোক্নবা হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা নঙগা উনৌ হায়না ঐঙোন্দা (প্রভুদা) হায়রকপনী।

## নৈনরোল

এই জানি — অসী খঙদুনা : নহাক্তে পরমভাগবতনী, নঙগা উনদুনা শন্ন-খোংনরবদি ভক্তি-লৈতবা জীবস্ কৃষ্ণপ্রেমদা তাউবা ঙমগনী, হায়বসী খঙদুনা।

কঠিন মোর নচিংবা — ঐগী কন্নবা থম্মোইবু চাম্থোক্নবগীদমক, নঙগী (রায়গী) কৃপাদগী থম্মোই পেথরক্নবা হায়দুনা।

## মূল ৪৭

এইমত দোঁহে স্তুতি করে দোঁহার গুণ।

দোঁহে দোঁহার দরশনে আনন্দিত মন ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

এইমত — মতৌ অসুম্না ; দোঁহে — অনীনা ; স্তুতি করে — থাগৎনরম্মী ; দোঁহার গুণ — অনীগী গুণ ; দোঁহে — অনীনা ; দোঁহার — অনীগী ; দরশনে — উনবদা ; আনন্দিত — নুংঙাইবা ( ওইরম্মী ) ; মন — পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্ন অনীনা ( প্রভুগা রামানন্দগনা ) মখোয় অনীগী (অমনা অমগী ) মগুণ থাগৎনরম্মী। অনীনা অনী মশেল দর্শন ফংনবদা মপূক্নীঙ নুংঙাইজরম্মী।

## মূল ৪৮

হেনকালে বৈদিক এক বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ।

দণ্ডবৎ করি কৈল প্রভুর নিমন্ত্রণ ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অনীরাইদা; বৈদিক—বেদ-হৈবা; এক—অমা; বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ– বৈষ্ণবশু ওইবা ব্রাহ্মণশু ওইবা মী, দণ্ডবৎ করি - দণ্ডবৎ তৌড়না; কৈল—তৌরম্মী; প্রভুর নিমন্ত্রণ-- প্রভুবু বার্তোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমসিরাইদা বৈদিক বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনা দণ্ডবৎ তৌদুনা প্রভুবু বার্তোন তৌরম্মী।

## মূল ৪৯

নিমন্ত্রণ মানিল তাঁরে বৈষ্ণব জানিয়া।

রামানন্দে কহে প্রভু ঈষৎ হাসিয়া ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

নিমন্ত্রণ—বার্তোনদু; মানিল—য়ারম্মী; তাঁরে – মহাকপু; বৈষ্ণব জানিয়া—বৈষ্ণবনী হায়বা খঙলদুনা; রামানন্দে—রামানন্দদা; কহে—হায়; প্রভু—প্রভুনা; ঈষৎ—হাইকেৎ; হাসিয়া—নোক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাবু (ব্রাহ্মণদুবু) বৈষ্ণবনী হায়বা খঙলদুনা প্রভুনা বার্তোনদু য়ারম্মী। প্রভুনা হাইনোক তৌরগা রায়রামানন্দদা হায়রম্মী —।

## মূল ৫০

তোমার মুখে কৃষ্ণ কথা শুনিতে হয় মন।

পুনরপি পাই যেন তোমার দর্শন ॥ ৫০ ॥

**শব্দার্থ**

তোমার—নঙগী ; মুখে—চীন্দা ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী রা ; শুনিতে—তাবগী ; হয়—ওইরে ; মন—পূক্লীঙ ; পুনরপি—অমূক হন্না ; পাই যেন—ফংবা য়াইনা ; তোমার দর্শন—নঙবু উবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী চীন্দা কৃষ্ণগী রা তানীঙঙী । মরমত্থনা নঙগা য়ারবদি অমূক হন্না উনদী ।

মূল ৫১

রায় কহে—আইলা যদি পামরে শোধিতে ।

দর্শনমাত্রে শুদ্ধ নহে মোর দুষ্টচিত্তে ॥ ৫১ ॥

**শব্দার্থ**

রায় কহে—রায়রামানন্দনা হায় ; আইলা যদি—লাক্লবোইদি ; পামরে—তোল্লববু ; শোধিতে—শেংদোকপীবা ; দর্শন-মাত্রে—হেক উবদদা ; শুদ্ধ নহে—শেংদে ; মোর—ঐগী ; দুষ্টচিত্তে—ফত্তবা পূক্লীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়রামানন্দনা হায়রম্মী—তোল্লবা ঐবু শেংদোকপীনবগী লেঙলকপা ওইরবোইদি ঐগী ফত্তবা পূক্লীঙসে (নঙবু) হেক উবগা শেংঙু হায়বা য়াদে।

মূল ৫২

দিন পাঁচ সাত রহি করহ মার্জ্জন ।

তবে শুদ্ধ হয় মোর এ দুষ্টমন ॥ ৫২ ॥

**শব্দার্থ**

দিন—নুমীৎ ; পাঁচ—মঙা ; সাত—তরেৎ ; রহি—লৈত্থনা ; করহ—তৌবিয়ু ; মার্জ্জন—শেংদোকপা ; তবে—অদু ওইরবদি ; শুদ্ধ—অশেংবা ; হয়—ওইগনী ; মোর—ঐগী ; এ—অসী ; দুষ্ট—ফত্তবা ; মন—পক্লীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মরমতুনা) হুমীং মঙানী লৈরানীদং লৈতুনা (ঐগী মুন সিবু) শেংদোক-লীরম্মু। অদুন্দা ঐগী কত্তবা মন নী লেংলনী।

## মূল ৫৩

যদ্যপি বিচ্ছেদ দোঁহার সহনে না যায়।
তবু দণ্ডবৎ করি চলিলা রামরায় ॥ ৫৩ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—বসু; বিচ্ছেদ—কায়নবা; দোঁহার—অনীগী; সহনে—খাঙবা; না যায়—য়াদে; তবু—অদুম ওইনমক; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌদুনা; চলিলা—চৎখরে; রামরায়—রায় রামানন্দ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীদুনা অমগা অমগা থাইনবদু খাঙবা ঙমদ্রবসু রায় রামানন্দনা দণ্ডবৎ তৌরগা চৎখিরম্মী।

## মূল ৫৪

প্রভু যাঞা সেই বিপ্রঘরে ভিক্ষা কৈল।
দুইজনার উৎকণ্ঠায় আসি সন্ধ্যা হৈল ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা; যাঞা—লেঙডুনা; সেই বিপ্রঘরে—ব্রাহ্মণগী য়ুমদুদা; ভিক্ষা কৈল—ভিক্ষা তৌখি, প্রসাদ ফংখি; দুইজনার—মী অনীগী হায়রবদি প্রভু অমসুং রামরায়ানন্দগা অনীগী; উৎকণ্ঠায়—থোয়াংবদুদা; আসি—লাক্লুনা; সন্ধ্যা—য়াচঙবা মতম; হৈল—থুংলখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ব্রাহ্মণগী য়ুমদুদা প্রসাদী ফংখি। প্রভু অমসুং রামানন্দ রায় অনীগী উননীডবগী য়য়াইনা মতম চৌথিবদুনা মনৈদা ডানবা মতম সন্ধ্যাদু ওইরকখি।

## নৈনরোল

উৎকণ্ঠায়—সন্ধ্যাগী মতমদা প্রভুগা রায় রামানন্দগা অনী উনবগী তান অমা লৈখি; মরমদুনা অনীমক্তা সন্ধ্যা ঙাইরম্বহুগী য়াম্না খোৱাংনা ঙাইরম্মী। অদুম্না খোৱাং-খোৱাংনা ঙাইরম্বদুদা মমৈদা সন্ধ্যাগী মতম ওইরম্মী।

### মূল ৫৫

প্রভু স্নানকৃত্য করি আছেন বসিয়া।

এক ভৃত্যসঙ্গে রায় মিলিল আসিয়া ॥ ৫৫ ॥

#### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা; স্নানকৃত্য—সন্ধ্যাগী মতমদা তৌগদবা স্নান অমসুং নিত্যকৃত্য; করি—তৌরগা; আছেন—লৈ; বসিয়া—ফমদুনা; একভৃত্য মনাই অমগা; সঙ্গে—লোয়ননা; রায়—রামানন্দনা; মিলিল—উনখি; আসিয়া—লাকুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সন্ধ্যাগী স্নান অমসুং নিত্য কর্ম্ম তৌরগা ফমদুনা লৈরম্মী হায়বদি রামানন্দনা ঙাইরম্মী। রামানন্দসু মনাই অমগা লোয়ননা লাকুনা প্রভুগা উনরৈ।

### মূল ৫৬

নমস্কার কৈল রায় প্রভু কৈল আলিঙ্গনে।

দুইজনে কথা কহে বসি রহঃস্থানে ॥ ৫৬ ॥

#### শব্দার্থ

নমস্কার—থুরুম্বা; কৈল—তৌখি; রায়—রায় রামানন্দনা; প্রভু—প্রভুনা; কৈল—তৌরম্মী; আলিঙ্গনে—কোনছন্নবা; দুইজনে—অনীমা; কথা—ৱা; কহে—ঙাঙৈ; বসি—ফমদুনা; রহঃস্থানে—অচীকপা মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দরায়না থুরুম্লম্মী অদুগা প্রভুনা মাবু কোনম্মী। মখোয় অনীমা অচীকপা মফমদা ফমগা ৱারী শান্নরম্মী।

## মূল ৫৭

প্রভু কহে—পঢ় শ্লোক সাধ্যের নির্ণয়।
রায় কহে স্বধর্ম্মাচরণে বিষ্ণুভক্তি হয় ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু - প্রভুনা ; কহে - হায় ; পঢ় থীয়ু ; শ্লোক শ্লোক : সাধ্যের — পুন্সীদা পামফম্ থোক্পা পান্দমগী ; নির্ণয় — (করিনো হায়বজু) লেপ্পা : রায় কহে — রায় রামানন্দনা খুম্মী : স্বধর্ম্ম-আচরণে — বর্ণাশ্রমগী মথৌ তৌরগা ; বিষ্ণুভক্তি হয় — ভগবান্ ফংনবা সাধনভক্তি ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী— শাস্ত্রদগী শ্লোক থীয়ু, সাধ্যগী (জীবগী পুন্সীদা পামজবা পান্দম্) করিনো হায়বজু লেপ্পবা। রায়না খুম্মী—স্বধর্ম্ম হায়বদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম পাঙথোক্পনা বিষ্ণুভক্তি হায়বা সাধ্যসী ফংনবগী উপায়নী।

### তাৎপর্য্য

পঢ় শ্লোক—শ্লোক থীয়ু। শ্লোক থীয়ু হায়বগী বাদি (তাৎপর্য্যদি) অসিনী মহুদি—সাধ্যনির্ণয়গী (তৌগদবা করিনো হায়বজু লেপ্পগী) মসক্তদা রায় রামানন্দনা হায়বা পূম্বা শাস্ত্রীয় ঙাক্ ওইগদবনী. মতাঙ পূম্বদা শাস্ত্রগী প্রমাণ উৎতুনা মানা হায়গদবা রাদে। হায়বা অসিনী প্রভুনা পাম্বাদ। তশেঙবদি সাধ্য-সাধনগী মরমদা রা হায়বা তারবদি শাস্ত্রনা অমসুঙ ঙায়বা প্রমাণনী। সাধ্যবস্তুদি প্রাকৃত নত্তবা মম্মগী রানী ; জীবগী প্রাকৃত বুদ্ধিনা প্রাকৃত যুক্তি তর্কনা অমদি প্রাকৃত জগৎপু খঙবনা প্রাকৃত-নত্তবা লম্দম্গী রাফমগী লৌবা-য়াবা সিদ্ধান্ত ফংবা ঙমদে। মরমঅসিনা শাস্ত্রনা হায়—"অচিন্ত্যাঃ খলু যে ভাবাঃ ন তাংস্তর্কেণ যোজয়েৎ। প্রকৃতিভ্যঃ পরং যত্তু তদচিন্ত্যস্য লক্ষণম্ ॥ অচিন্ত্য ওইবা পোৎকী মরমদা (শাস্ত্রনা য়ুমফম ওইদবা করিগুম্বা) তর্কনা সিদ্ধান্ত (বারেপ) তৌবা য়াদে ; প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা, প্রাকৃত-নত্তবা (অপ্রাকৃত) পোৎতুদি অচিন্ত্য-নী।" অপ্রাকৃত ওইবা পোৎকী মরমদা প্রাকৃত জীবগী অভিজ্ঞতা (উরু-তারুরগা খঙবা) লৈতবা মরম্না মাগী প্রাকৃতবুদ্ধিনা থোক্পা বিচার-বিতর্কনা য়ুমফম ওইহল্লগা সিদ্ধান্ত তৌরগদি অয়াম্বা মতমদা শাস্ত্রবিধিবু থোশাদে ; অদুনা গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী কনাগুম্বনা শাস্ত্রবিধিবু থাদোক্লুনা মহাকী

নীঙবা মতুং ইন্না থবক তৌরগদি মহাক সিদ্ধি ফংবা ঙমদে, সুখ (নুংঙাইবা) ফংবসু ঙমদে অতুগা পরা গতিসু যংদে। "যঃ শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামকারতঃ ন স সিদ্ধিমাপ্নোতি ন সুখং ন পরাংগতিম্ ॥ ১৬/২৪ ॥" মরমঅতুনা করম্বা থবক তৌগদবনো, করম্বা থবক তৌগদবা নত্তে হায়বতু শাস্ত্রতনা লেপ্ কদবনী। "তস্মাৎছাস্ত্রং প্রমাণং তে কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ। গীতা ॥ ১৬/২৫ ॥" মরম পূন্নমক অসী লৈবনা রামানন্দরায়না শাস্ত্রবাক্য উং উংতুনা মহাক্কী হায়গদব ব্রা হায়য়ু হায়না প্রভুনা হায়রম্বনী।

সাধ্য হোংনতুনা ফংগে ত্তাল্লিবা পোৎতুব্ সাধ্য কৌয়ি। ঐখোয়গী অপাম্বা হায়বদি পাল্লিবা পোৎতু ঐখোয়গী সাধ্যনী। ঐখোয়গী অপাম্বা পোৎ মকোক্তি নুংঙাইবনী ( সুখ নী ) অমসুং নুংঙাইবব্ পাম্মী হায়তুনা ঐখোয়না অরাবব্ ( দুঃখব্ ) পাম্দে। মরমতুনা নুংঙাইবনে অমসুং অরাবা কোক্পনে অনীসী ঐখোয়গী পাম্নঙাই ওইবনী, অতুনা সাধ্যনী (পান্দম্মী)। নাতৈ চারসু চাদ্রসু, নুংঙাইবা করিনো হায়বগী রাখল মখল্ মখা সংসারসিদা ঐখোয়না থাজনৈ। অসুম্না থাজনবগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী অপাম্বা পোৎ-তাদু মখল মরি থোক্ক। থায়দোকথি অতুগা মখোয়তুব্ পুরুষার্থ কৌয়ি। পুরুষার্থ—পুরুষগী হায়বদি জীবগী অর্থ হায়বদি পাম্নঙাই ওইবা পোৎ হায়বনী। পুরুষার্থ মরিদি অসিনী—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ ( অরান্-খুভম )। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম হায়বা অহুমসী তশেং তশেংবা পুরুষার্থ নত্তে, মরমদি অহুমসীগী অমত্তনসু য়াম্নদবা লেঙদবা ( নিত্য ) নুংঙাইবা ( সুখ ) ফংবা য়াদে, অতুগা অরাবা ( দুঃখ ) পুঙকোক-কোকপসু ওইবা য়াদে। অতুগা মোক্ষদনা অরাবা পুঙকোক কোকপা য়াই অতুগা য়াম্নদবা ব্রহ্মানন্দ ফংঙী : মরমতুনা মোক্ষনা হায়বদি সাযুজ্যমুক্তিনা ( ব্রহ্মদা তিন্বনা ) পুরুষার্থ ওইবা য়াই। মোক্ষনা ( সাযুজ্যমুক্তিনা ) পুরুষার্থ ওইবা য়ারবসু মাদি পরম-পুরুষার্থদি নত্তে ; মরমদি মোক্ষ ফংলবা জীবশিংসু ভগবানব্ ভজন তৌনীঙঙী হায়বগী ব্রা স্মৃতি-শ্রুতিশিংদা উবা ফংঙী। ভগবানব্ ভজন তৌবগী—ভগবানগী নুংঙাইবা হায়বতুতংগী ( ভগবৎ সুখৈকতাৎপর্য্যময়ী ) ওইবা সেবাগী—অমতা ঙায়বা উপায়দি ( পাম্বৈদি ) প্রেম-নী ( নুংশিবনী )। প্রেম অসিব্ মোক্ষ-ফংলবা জীবশিংনসু পাম্মী হায়বগী ব্রা ঐখোয়গী নাকোঙনা তাবা ফংঙী। অতুগা মছা-মছাগী মরম্দা থিনঙাই পূন্নমক থাদোক্লগা ভগবানগী নুংঙাইনবগীদমক্তা প্রেমগা (নুংশিবগা)

লোয়নমা ভগবান্-বু সেবা তৌবা ফংজবগী লাইবক ফরবা মখোয়তুনা ভগবৎ-সেবা নত্তবা করিমতবু পাম্মুবা লৈত্রে হায়না তাবা ফংঙী। মরমসিনা প্রেম অসিতনা পরম (পুঙথোাই থোইবা) পুরুষার্থ, পুঙয়ৌ-য়ৌবা পাম্মঙাই, পুঙথোই থোইবা সাধ্য বস্তুনী। অসিগুম্বা প্রেমসেবানা সুখ-স্বরূপ, রসস্বরূপ ওইবা, খ্বাইগসু মাম্নদবা অদুগা মথক্তু-লৈত্রবা (অসমোর্দ্ধ) ওইবা মাধুর্য্যগী মপু ওইবা শ্রীভগবান্গী থম্মোই খুদিং-তুঙম্বা মাধুর্য্যতু অনুভব তৌবদা হায়নঙাই-লৈতবা আনন্দ ফংঙী, জীবগী মতমপুম্বগী ওইবা নুংঙাইববু পাম্বতুগী পুঙপেন্-পেনবা হায়বতু ওই অমমুং লোয়নমা অরাবা পুঙকোক্-কোক্পা হায়বতুম্ব ওই।

অওইবদি, জীবগী স্বরূপ মতুং ইন্না মথৌ পাঙথোক্পবু থাদোক্পা য়াদবা অতুনা জীবগী অওইবা স্বরূপকী ওইবা সাধ্যনী। জীবগী স্বরূপতি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-দাস (মতম পুম্নমক্কী মনাই) ওইবনী ; মরমতুনা মাগী স্বরূপকী মতুং ইন্বা মথৌদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবানী। সেবাগী তাৎপর্য্যদি সেব্যগী (সেবা-তৌফম ওইরিবা মহাক্কী) পেন্নবা (প্রীতিগীদমক্) তৌবনী ; অসিগুম্বা সেবাদা সেবক অদুগী মরম্নাই নুংঙাইবগী (স্বসুখ বাসনাগী) মফম লৈত্তে ; লন্নাই নুংঙাইনীঙবগী রা য়াওরবদি সেবাতু কপট (লৌনম্না) সেবানী, সেবান্ তৌবা সেবা নত্তে, মরমতুনা জীবগী স্বরূপ মতুং-ইন্না মথৌদি স্বসুখবাসনা হায়বতুগী মগম্ মচেং অমফাওবা য়াওদবা কৃষ্ণসুখগীদমক্তা তৌবা কৃষ্ণ-সেবাতুনী। সেবা-তৌনীঙববু কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা ওইহনবা ওম্নদি প্রেমতনা ওম্মী। মরমতুনা জীবগী স্বরূপকী তুংইন্বা মথৌ পাঙথোকপগী-দমক্তি প্রেম (নুংশিবা) হায়বসী থাদোক্পা য়াদ্রবনী ; মরমতুনা কৃষ্ণপ্রেম-তনা (কৃষ্ণবু নুংশিবতনা) সাধ্যবস্তুনী (পুন্সীগী পান্দম্ ওইবা পোৎনী)।

সাধন-ভক্তি তৌতুনা ভগবান্গী কৃপাদগী ভগবান্গা জীবগগী অনীগী মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধতু খঙলকপদা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব পোক্লকুয়ি অমসুং অদুগা লোয়নমা জীবগী সংসার মাঙঙী। সম্বন্ধ খঙবা হায়বসী মরম অনীনী—সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব অদুগা সেবা তৌনীঙবা (সেবা-বাসনা)। সেবা-বাসনাসিবু স্বরূপশক্তিনা য়াবিরবোইদি (হায়বদি সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্লবা মতুঙদা চিত্তদা স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিবিশেষ ওইবা প্রেম পোক্লবদি) সেবা-বাসনাতু মহৈ য়ানৃগনী।

সাযুজ্যমুক্তি ফংনবগী সাধন-তৌবদা সাধক অদুনা মতম পুম্বদা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বসী থল্লী হায়দুনা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব পোক্তে, মরমদুনা অশেঙবা সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্তে ; মরমদি জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বা রাখল অসিনা সম্বন্ধজ্ঞান পোকপা ঙমহন্দে। সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্তে হায়দুনা সাযুজ্য মুক্তিদা জীবগী স্বরূপ-তুংইন্বা মথৌম্ন পাঙথোকপা য়াদে ; মরমদুনা সাযুজ্য মুক্তিদা পুরুষার্থসু মপুঙ ফাবা ঙমদে।

সালোক্যনচিংবা মখল মরিগী মুক্তিদা সাধন-দা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব পোক্‌য়ি ; অদুবু সেবা-বাসনা মপুঙ ফানা পোক্তে ; মরমদি, মসীদা সেবা-বাসনাগা লোয়নন সালোক্য নচিংবা মুক্তি ফংনীঙবা হায়বসু য়েংশম্নদুনা লৈ ; সালোক্য-নচিংবা ফংনীঙবা হায়বসিদি লন্নাইগীদমক খরদং পাম্বনী : অপাম্বসীনে অদুগা ভগবান্‌গী ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান হায়বসীনে অনীসিদি কৃষ্ণ-সেবা তৌনীঙবগী-মপুঙ ফাহনবদা অকায়বা পী। মরমদুনা সালোক্য-নচিংবা মখল মরিগী মুক্তিসু পরম-পুরুষার্থ ওইবা ঙমদে—পুরুষার্থদু ওই হায়নবু। মরমসীনা "ধর্ম্মঃ প্রোজ্‌ঝিত কৈতবোঽত্র পরমো নির্ম্মৎসরাণাং সতামিত্যাদি" শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীধর স্বামীনা হায়রম্মী—মোক্ষ পাম্বা হায়বদু মপুঙফানা থাদোক্লবা ধর্ম্মদু পরম ( পুঙথোই-থোইবা ) ধর্ম্মনী ; অমসুং শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়রম্মী—সালোক্য, সাষ্টি, সারূপ্য, সামীপ্য অমসুং সাযুজ্য হায়বা মখল মঙাগী মুক্তি অসীবু মপুঙফানা পামত্রবা ধর্ম্মদু পরমধর্ম্মনী। মসী হায়বগী অর্থদি অসীনী মদুদি—ধর্ম্ম অদু চৎপদা শুদ্ধপ্রেম ( অপাম্বা অতৈ য়াওদবদগী শেংলবা হান্নবদি মক্কুবা প্রেম )—কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবতনা মরোইরবা প্রেম—ফংবা য়ারবা, অদু ওইরবদি মদো পরমধর্ম্মনী ; মরমদুনা পরম ধর্ম্মগী লক্ষ্য ( পান্দম ) ওইবা প্রেমদুনা পরম পুরুষার্থনী, হায়বদি পরম সাধ্য বস্তুনী। তুংদা লাকপা আলোচনাদগী খঙবা ঙম্বদি শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা রায় রামানন্দদা সাধ্যসীগী রাদুমক হংলম্বনী হায়বদু খঙবা ঙমগনী। "প্রভু কহে—পড় শ্লোক সাধ্যের নির্ণয়।"

মচি ওইবা রাদি অসীনী। মায়া-লাংদা থুরবা জীবগী সাধন লৈরবদি সাধ্য লৈগনী, সাধ্য লৈরবদি সাধন লৈগনী। মহাক্কী স্বরূপকা সম্বন্ধ লৈবা সাধ্যদুনা মহাক্কীদি অচুম্বা সাধ্যনী। মরমদুনা জীবগী অচুম্বা সাধ্য করিনো

হায়র্মা লৈঙ্গী তাঁরগদি মহাক্কী স্বরূপকী রাত্তু ইহান্ হান্না থিংদবনী। জীবগী স্বরূপকী রা খন্তবা তাঁরবদি ভগবানগা জীবগা অনীগী মরক্তা লৈবা নিত্য-সম্বন্ধ (মতম পূম্নমক্কী ওইবা মরী) অতুম্ খন্থবা তাবনী। অদুবু মায়া-লাংদা থুরবা জীবনা ভগবানগা লৈনরিবা নিত্যসম্বন্ধগী রা অসী অনাদিকালদগী কাউথোক্তুনা লৈক্রি। সম্বন্ধসিবু খঙবা ঙম্নবা হায়দুনা সাধন-ভজন তৌবনী। জীবদি মাগী স্বরূপকী হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-দাসনী [ মতম পূম্নমক্কী ওইবা সেবক ( সেবা-তৌবা মহাক ) অদুনি ]। সম্বন্ধজ্ঞানগী অঙ্গ অনীনি—ভগবানগা জীবগা অনীগী মরক্তা সেবা-সেবক ওইবগী জ্ঞান লৈবা অমসুং সেবা-বাসনা হায়বা অনীসীনি। সেবা-সেবক ওইবগী জ্ঞান অসী পোক্লবদি সেবা বাসনাসু পোক্রি।

সম্বন্ধজ্ঞান সী পোক্লদনবা মরু ওইবা মরম অনীনি, মদুদি দেহাবেশ ( হকচাঙ্গদা লুপ্পা ) অমসুং জীবগা ব্রহ্মগা অমত্তনা হায়না খনবা ( ঐক্য-জ্ঞান ); দেহাবেশদগী চানীংদ-থক্নীঙবা (ভুক্তি-বাসনা) ওইরকই। সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্তনবা মরম অসী লৈত্রবা মতমদা সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্লকই। সম্বন্ধ-জ্ঞান পোক্লবদা ইহান্-হেক হান্বদা সেবা-সেবক ওইবগী জ্ঞান অসু পোক্লি, ভগবান্না সেব্য-নী ( সেবা-তৌকপী ) অদুগা জীবনা সেবক নী (সেবা-তৌবা মহাক অদুনী) হায়বসু খঙক্কুয়ি (উপলব্ধি তৌয়ি)। লোয়নন্না সেবা বাসনা পোক্লি। সেবা-বাসনাবু মপুঙ ফাহন্নবা হোৎনরকপদা অকায়বশু লৈ; মদুদি—ভগবানগী ঐশ্বর্য্য লৈবা মায়কৈদুদা মরু ওইনা খল্লরা অদুগা জীবদুনা মুক্ত ওইরবা মতাংদসু মহাক্কীদমক ওইজথিবা অসীনি। কায়হন্নবা মরমশিংসী লৈত্রবা মতমদা সেবা-বাসনা মপুঙ ফাবা ঙমগনী অমসুং মতমদুদা জীবনা মহাক্কী অচুম্বা সাধ্য ফংবা ঙম্বা য়াই।

মপুঙ-পুঙফা-ফানা ওইরম্বা সেবা তৌনীঙবা হায়বদুগীসু মথল-মথেল অমদগী হেন্না লৈ অদুগা মতাং অদুদা সেবাগীসু মথল-মথেল লৈ। মরু ওইবা মথল-মথেন্দি অনীনী— মনীঙতম্বা ( স্বাতন্ত্রময়ী ) সেবা হায়বা অমা অদুগা তুইন্বা ( আনুগত্যময়ী ) সেবা হায়বা অমা। জীবদি মাগী স্বরূপ মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী ( দাসনী ) হায়দুনা স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা তৌবগী ছক্ক লৈতে। আনুগত্যময়ী সেবা তৌবগীদমক্তা মাগী হক লৈ; মরমদি

তুংইন্বা ( আনুগত্যনা ) মীনাইগী ধর্ম্মনী । শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বৃত্তি-ওইবা নিত্যপরিকরশিংতগী স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা তৌননবা হক লৈ । সেবাগী মরমদসু স্বরূপশক্তিদগী স্বাতন্ত্র্য ( মীঙ-তম্বা ) লৈ । স্বরূপশক্তিগী বৃত্তি-ওইবা নিত্যপরিকরশিংগী সেবা-তৌনীঙবা হায়বদুনা মপুঙ ফানবা তানখৎ-লক্পদসু বাধা অমা লৈ- মদুদি মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণগা অনীগী মরক্তা লৈরিবা সম্বন্ধগী অভিমান ( ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী অদুনী হায়বা নাপল )। অভিমানসীবু লীলা-শক্তিনা অনাদিকাল-দগী নিত্যপরিকরশিংদা অদুম পোক্হন্দুনা লৈরক্যি । অভিমানসীনা পরিকরশিংগী সেবা তৌনীঙবগী মপুঙ ফানবা তানখৎলকপদা বাধা পোক্হল্লী ; মরমদি মখোয়দা অভিমান-সীদগী পোক্পা সম্বন্ধদুগী-জ্ঞান-দুনা মকোক-থিন্দোক্তুনা লৈ ; সম্বন্ধসীগী ঙমখৈদু মখোয়গী সেবা-তৌনীঙবসা লাপ্থোক্পা ঙমদে । স্বরূপশক্তি বৃত্তিনা ওইবা অনীগুম্বা পরিকরসু লৈ, মখোয়দুগী সেবা তৌনীঙববু বাধা তৌননবা করিমতা লৈতে : মখোয়নীগী মপুঙ-ফাবা সেবা-তৌনীঙবদুনা ইন্‌শন্দুনা মখোয়না তৌবা শ্রী কৃষ্ণসেবাদু জীবনা মখোয়দুগী মতুং ইন্দুনা (আনুগত্যদা) য়োক্থংনবা হেৎনবনা জীবগী থন্নেন থম্বা সাধ্যবস্তুনী ।

সাধ্য করিনো হায়বা লেপ্নগী মতাঙদা হংবা রাহংগী পাউখুমদা রায়-রামানন্দনা সাধ্য মখল মখলগী রা হায়রম্মী । অদুবু রায়-গী পাউখুম-শিংদুদা দেহাবেশ (দেহগী রা) নত্রগা জীবগা ব্রহ্মগা অনী অমত্তনী হায়বগী রা য়াওবা উরিবমথৈ প্রভুনা অস্থুম হায়না য়েৎলম্মী—“এহো বাহ্য—মসীসু মপান্থোংগীনী ।” অদুগা দেহাবেশগী অমসুং জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞানগী (অমত্তনী হায়বগী) রা য়াওদ্রে হায়বা উরবদা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙ-বগী মপুঙ-ফাবা মতা উরবদদা প্রভুনা হায়খি—“এহো হয়—মসী ওইরে ।” অদুদগী সেবা-তৌনীঙবদুনা মপুঙ ফাননবা তানখৎলক্পদা থোক্লদোক্পা মতাঙ অমা লাপ্থোক্তুনা হেন্‌গৎখরে হায়বা উরবদা প্রভুনা হায়রম্মী—“এহোত্তম— মসীনা অথোয়বনী ।” সেবা-বাসনাসীনী (সেবা-তৌনীঙবসীনী) প্রেম হায়বদো । “কৃষ্ণেন্দ্রিয়-প্রীতি-ইচ্ছা ধরে প্রেম নাম ।”

মায়া-লাংদা-থুরিবা জীবনা মাগী সাধ্য-নী হায়বা পোংকী মশীঙ য়ামখরে হায়না হায়সু হায়থরে ; মরমদুনা সাধ্যগীসু মখল মখেল য়াম্মী । সেবা-বাসনাগী মপুঙ ফাবা মতাঙদা ফংবা সাধ্য ওইবা পোত্তাদো

পরম-সাধ্যনী (মপুঙ-ফাবা পান্দম্নী)। রায়রামানন্দনা অহান্‌বমক্তদা ইকোন্‌-কোন্‌বা রাতু—পরম-সাধ্য বস্তুগী রাতু—হায়রমদে। মতু হায়রগদি দেহনা-আত্মানী-হায়বা ঐখোয়না রাতু লৌশনবা ঙম্মোই। ঐখোয়দি চকচাঙগী ওইবা নুংঙাইববু সাধ্যবস্তুনী হায়না খল্লী। ঐখোয়না খন্‌বা ঐখোয়গী রাখন্সি করামুক লান্‌বগে হায়বত্তু উৎকে হায়তুনা রামানন্দনা পুরুষার্থ অহান্‌বা—ধর্ম হায়বত্তুদগী হৌনা নৈনবা হৌরিবনী। অসুম অসুম হায়-থংলকপতুনা মোক্ষগী (পোকপা-শিবা লেপ্পগী) রাসু হায়রম্মী। মতৌ অসুম্না চতুর্ব্বর্গগী (হায়বদি পুরুষার্থ মরিগী) রা লোইরগা মতুঙদা মঙাশুবা পুরুষার্থ হায়বা প্রেমগী রা হায়খিবনী। মঙাশুবা পুরুষার্থগী রা হায়রক্লিব-ফাওবদা হায়রম্বা রা খুদিংমকপু "এহো বাহ্য, এহো বাহ্য" হায়না প্রভুনা খুমখি। রামানন্দনা প্রেমগী রা হৌদোকরকপদগীদি মতম অহুংদা প্রভুনা খুমখি—"এহো হয়—মসী ওই।" প্রেমগী বিকাশগী (মপুঙ ফানবা তান্‌থংলকপগী) অথোই-অহেন মতুং ইন্না প্রেমগা লোয়ননা সেবাগীসু মতাঙ মতাঙ রাম্না নাইরি। রায়রামানন্দগী মচান্দা মথং মথং ওইনা প্রেমগী মতাঙ পুম্নমক্কী রা ফোঙদোকহল্লগা প্রভুনা ইকোন্‌ কোনবদা "সাধ্যবস্তুগী অবধিগী (ঙমখৈগী )" রা ফোঙদোকহনখি।

মথক্তা হায়রিবা রা ময়ামসে রায়রামানন্দগা প্রভুগা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব নৈনরকপগী ভূমিকা (রাহৌদোক্পী)। ভূমিকাসিনা পাম্বৈ ওইরগা মথঙগী পয়ারশিংগী অর্থ নৈননবা হোৎনগে।

প্রভুনা হংখি—"রামানন্দ ? জীবগী সাধ্যবস্তু করিনো ? মহ্ শাস্ত্রদগী প্রমাণ উৎতুনা হায়য়ু।"

প্রভুগী রা তাবদা রামানন্দরায়না হায়খি—স্বধর্ম্ম চৎলগা বিষ্ণুভক্তি ওই। স্বধর্ম্মাচরণ—বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম পাঙথোকপা। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, অমসুং শূদ্র বর্ণ-মরিসীনী অদুগা ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ, ভিক্ষু আশ্রম মরিসীনী। মীওইবনা লৈরু-লৈরুবা আশ্রম অমসুং বর্ণগীদমক শাস্ত্রনা তাক্পা মথৌ পুম্নমক্কী মাগী মাগী ওইবা স্বধর্ম্ম হায়রদো অমসুং হায়রিবা মথৌশিং তৌবদো (আচরণ-দো) মী-মীগুগী স্বধর্ম্মাচরণ হায়রুনী। শ্রীল রামানন্দনা হায়রম্মী, স্বধর্ম্মাচরণ অসীনা বিষ্ণুভক্তি ওই। মসীদগী খঙবা

উম্বদি বিষ্ণুভক্তিনা সাধ্যবস্তুনী হায়বসীনী ; অদুগা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম পাঙথোক-পনা মদুগী সাধন-নী ( হায়বদি বিষ্ণুভক্তি ফংননবা উপায়নী )। হায়রিবা রাফমসীগী প্রমাণ ওইনা রায়-রামানন্দনা মথঙদা লাক্লিবা **বর্ণাশ্রমাচার-বতাং-নচিংবা** শ্লোক অসী পল্লম্মী।

**বিষ্ণুভক্তি**— বিষ্ণুনা বিষয় ওইবা ভক্তি ; ভক্তিদুগী বিষয়দি বিষ্ণুনী। বিষ্ণুশব্দনা সর্ব্বব্যাপী ( পূঙশন্ শন্না লৈবা ) তত্ত্ববু ( ভগবান্‌বু ) খঙনৈ। ভক্তি-শব্দনা সেবা খঙহল্লী। ভজ্ ধাতুদগী ভক্তি-শব্দ ওইবনী ; ভজ্-ধাতুগী অর্থদি সেবা হায়বনী। গোপাল-তাপনী শ্রুতিনা হায়— "ভক্তিরস্য ভজনম্। মহাক্কী ( ভগবান্‌গী ) সেবা তৌবনা ভক্তিনী।" ভক্তি মথল অনী শুই, মদুদি— সাধন-ভক্তি অমসুং সাধ্যভক্তি। ভগবৎ-সেবানা জীবগী মূল লক্ষ্যনী—মূল সাধ্যনী ( পূর্ণীগী পান্দম্নী ) ; মসীনা সাধ্যভক্তিনী॥ সাধ্য-ভক্তি ফংননবগীদমক ইন্দ্রিয়শিং শীজন্নদুনা তৌবা থবক ময়ামদুবু সাধন-ভক্তি কৌয়ি। মফমসীদা হায়রিবা বিষ্ণুভক্তিসীনা সাধ্য বিষ্ণুভক্তিনী, অদুগা পয়াবসীনা হ যবগী মতুং ইন্না সাধ্যসীগী সাধন-দি স্বধর্ম্মাচরণ ( মছা মছাগী মথৌ হায়বদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ) পাঙথোক্‌পনী। সাধ্য বিষ্ণুভক্তিসু মথল য়াম্মী। অহান্‌বদা পন্‌বা য়াবদি শুদ্ধাভক্তি ( য়ান্দবা ভক্তি ) অদুগা মিশ্রা ( অয়ান্‌বা ) ভক্তি॥ শুদ্ধাভক্তি হায়রগা কৃষ্ণসুখৈকতাৎপর্য্যাময়ী ( কৃষ্ণগী নুংঙাইবগী মরম ওইবা ) ভক্তিবু খঙনৈ—সেবাসী তৌনীঙবদা সেবা-তৌবা মীদুগী মছাগী মরম্নাই ওইবা নুংঙাইবগী রা চঙদে, মাগী অরাবা কোক্‌হল্লাঙবগী রা চঙদে অদুগা মছাগী ওইবা করিমতা থিবগী রা চঙদে। শুদ্ধ (অশেঙবা) হায়বগা য়ান্দবা হায়বদি মরুবা হায়বনী ; কৃষ্ণগী নুংঙাইবা ফংহন্নবগা লোয়ননা অতৈ অপাম্বা লোয়নরবদি মদু য়ান্দবা মপাম ওইবা য়াদে। অতৈ অপাম্ববু কৃষ্ণসেবা-পাম্বগী অমকপা কৌয়ি। অতৈ অপাম্বা অমতা য়াওদনা কৃষ্ণ-সুখগী ওইবা অপাম্বা অদুতনা সেবাদা ইন্‌শন্‌বা অদুগুম্বা সেবাদো শুদ্ধাভক্তিনী। তশেংনা হায়রগদি শুদ্ধাভক্তিনা পঞ্চম ( মঙাশুবা ) পুরুষার্থ প্রেমভক্তি হায়বদুনী। মিশ্রা (য়ান্নবা) ভক্তিদা অপাম্বা অমদগী হেন্না লৈ। মিশ্রাভক্তিগী মথল য়াম্মী, মদুদি—কর্ম্মমিশ্রা ( কর্ম্মগা য়ান্নবা ), যোগমিশ্রা ( যোগগ য়ান্নবা ), জ্ঞানমিশ্রা, ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-মিশ্রা হায়বনচিংবা। কর্ম্মমার্গগী ( বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনচিংবগী ) আচরণ তৌবা মীশিংনা কর্ম্মগী ফল ফংবা তারবদি মথোয়সু ভক্তিগী মতেঙ লৌয়ি। কর্ম্ম

তৌবদা হেৎবাওলিবী ভক্তিদু কর্ম্মগা লোয়নন। তিন্নদুনা লৈ হায়দুনা কর্ম্মমিশ্রা ( কর্ম্ম য়ান্শন্‌বা ) ভক্তি কৌয়ি। থবক তৌবা হায়বদুতনা ফল পীবা ঙমদে ; কর্ম্মফল পীবদি ভগবান্না—বিষ্ণুনী। কর্ম্মফল পীহন্নবগীদমক ভগবান্গী কৃপা পোকহন্নবা ভক্তিগা লোয়নগদবনী। মসৌ অসূন্না, যোগ-মার্গ অমসুং জ্ঞানমার্গগী অনুষ্ঠানসু ভক্তিগা লোয়নবা নত্তনা মাগী মাগী ফল পীবা ঙম্‌দে। কর্ম্ম, যোগ অমসুং জ্ঞান সাধনগা লোয়নননা ভক্তি য়ান্শন্ননা লৈ ; মমৈদদি ভক্তি য়াওরক্তে হায়বদি মমৈদদি ভগবৎ-সেবা লৈরক্তে। অদুম ওইনমক ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-মিশ্রা ভক্তিদি মমৈ ফংবা অদুম মরৈ। সালোকানচিংবা মুক্তি মখল মরিগী অমবু ফংবা জীবনা পরব্যোমদা মখোয়গী লাংচবা ভগবৎ-স্বরূপকী সেবা তৌজে ; মুক্ত ওইবা ফীভমদসু ভগবান্দা মখোয়গী ঐশ্বর্য জ্ঞান অদুনা মপূঙ ওইনা মরৈ. মখোয়দুগী ভগবৎ-সেবাদি ঐশ্বর্যজ্ঞানমিশ্রা ভক্তি কৌয়ি।

অদুগা শুদ্ধাভক্তিগী সাধন-নু উত্তমা ( পূঙথাই-থোইবা ) ভক্তি—উত্তমা–সাধন-ভক্তি কৌয়ি। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা উত্তমা সাধনভক্তিগী লক্ষণ অসূন্না হায়রি মদুদি—"অন্যাভিলষিতাশূন্যং জ্ঞানকর্ম্মাদ্যনাবৃতম্। আনুকূল্যেন কৃষ্ণানুশীলনং ভক্তিরুত্তমা॥" শ্লোকসিদগী খুৎবা ঙম্বদি—শ্রীকৃষ্ণগী বা নৈনবনা (অনুশীলন তৌবনা) উত্তমা ভক্তি হায়বদি শুদ্ধাভক্তি ফংনবগী সাধন হায়দুনী। করম-তৌবা নৈনবনো (অনুশীলন হায়দুনো) ? আনুকূল্যেন—শ্রীকৃষ্ণ-সেবাগী অনুকূল ওইনবা (ফগদবা), মহাক্কী পেন্নবগী অনুকূল অনুশীলন ( চৎপা ) অমদি নৈনবা (চর্চ্চা)। শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিগী অনুকূল ওইবা থবক ( অনুষ্ঠান ) অমদি খাঃখল ( ভাবনা ) পূন্নমক অদু উত্তমা ভক্তিনী—রাবণ-কংসখোয়গী কৃষ্ণগী মরমদা চৎপা আচরণগুম্বা য়েংথীবা আচরণদি ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা অনুশীলন অদুনা উত্তমা ভক্তি ওইবা তারবদি শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিগী অনুকূল ওইবা তাই, অদুগী মথক্তা অন্যাভিলাষিতাশূন্য ( অপাম্বা-অতৈ-য়াওদবা ) অদুগা জ্ঞানকর্ম্ম-নচিংবনা অনাবৃত (কুপ্তবা) ওইবা তাই। অন্যাভিলাষিতাশূন্য-পদগী অর্থদি অসীনী মদুদি—শ্রীকৃষ্ণানুশীলন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণসেবা অমসুং সেবাগী অনুকূল ওইবা বিষয় নত্তনা ভুক্তি-মুক্তি-নচিংবা অতৈ অপাম্বা অমত্তা লৈবা য়ারোই। সাধনগী মতমদা উগদবদি শ্রীকৃষ্ণসুখৈক না মরম ওইবা

সেবাগী মায়কৈত্থদনী। অতুগা 'জ্ঞান-কর্ম্ম-নচিংবনা কৃপ্তবা' হায়বগী তাৎপর্য্যাদি অসীনী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণানুশীলন-দি জ্ঞান (নির্বিবশেষ ব্রহ্মাবু থিবা), কর্ম্ম ( স্বধর্ম্ম হায়বদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ), যোগ, বৈরাগ্যনচিংবগা মরী থম্দবা।

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিগীদমক্তা তৌবা ওইরবদি শ্রবণ কীর্ত্তন-নচিংবা নববিধা ( মথলমাপনগী ) ভক্তিনা উত্তমা ভক্তিদা ( শুদ্ধাভক্তি ফংননবা অনুকূল সাধন-দা ) লোম্মী। মসুম্না তৌরবদি ভগবান্গী কৃপানা ভক্তি-অঙ্গশিংসী ভগবান্গী স্বরূপ-শক্তিগী বৃত্তিবিশেষগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ( অমত্তা ওইশন্বা ) হায়বত্থ ফংঙী ; মতমতুদা ভক্তি-অঙ্গশিংসী য়াম্না নুংঙাইনঙাই ওই। উত্তমা ভক্তিগী থোইদোকপা ( বৈশিষ্ট্য ) অমনা, মসী সাধন-দমক ওইদে সাধ্যসু ওই। ভগবান্গী কৃপানা সাধক অমনা উত্তমা ভক্তি সাধন তৌবদা সিদ্ধি ফংলবদি লীলাদা ভগবান্গী সেবা ফংবা মতমদা শ্রবন-কীর্ত্তন নচিংবা তৌবা লেপ্লোই ; মতমতুদা শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবসী য়েৌনা মিহৌনঙাই ওই– ভগবান্গী মায়কৈদসু মিহৌনঙাই ওই—ভগবান্গীসু ভক্তগীসু অনীমক্কী। মতমতুদা শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবগী মপান্না সিদ্ধভক্তনা ভগবান্গী প্রীতি সাক্ষাৎ ওইনা পোকৃহল্লী। মতৌ অসুম্না শ্রবণ-কীর্ত্তন নাচিংবা উত্তমা ভক্তিগী অঙ্গশিংতু সাক্ষাৎ ওইনা তৌবা ভগবৎ-সেবাগী উপায়-নী হায়রুনা মখোয়সী ভক্তিনী, মরমতুনা মখোয়সীবু স্বরূপসিদ্ধা ভক্তি হায়না কৌয়ি।

মথক্তা পল্লিবা অন্যাভিলাষিতাশূন্যম্-নচিংবা শ্লোকসীগী টীকাদা শ্রীপাদ জীবগোস্বামীনা জ্ঞানকর্ম্ম দ্যনাবৃতম্ শব্দগী অর্থ অসুম্না ইরম্মী, মতুদি—জ্ঞানমত্র নির্ভেদব্রহ্মানুসন্ধানং, ন তু ভজনীয়ত্বানুসন্ধানমপি তস্যাবশ্যাপেক্ষণীয়ত্বাৎ। কর্ম্ম স্মৃত্যাদ্যুক্তং নিত্য-নৈমিত্তিকাদি, ন ভজনীয়-পরিচর্য্যাদি তস্যতদনুশীলনরূপত্বাৎ। আদিশব্দেন বৈরাগ্যযোগসাংখ্যাভ্যাস-দয়ঃ। হায়বদি জ্ঞান শব্দনা মফমসীদা নির্ভেদব্রহ্মানুসন্ধানবু (জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়না খিজনবর্) খঙনৈ ; ভজন-তৌগদবা পোৎ করিনো হায়বতু থিদে ; মরমদি, ভজন-তৌফম থোকপা পোৎপুদি শোয়দনমক খিফম থোক্পনী। কর্ম্ম হায়রগা স্মৃতিশাস্ত্রনা তাকপা নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্মবু খঙনৈ, ভজন-তৌফম থোক্পা পোৎকী সেবানচিংবা থবক খঙনগদবা নত্তে, মরমদি, অতুগুম্বা সেবানচিংববু অনুশীলন ( ভক্তিগী অঙ্গ ) কৌবা য়াই।

আদি শব্দনা বৈরাগ্য, যোগ, সাংখ্য জ্ঞান নচিংবগী অভ্যাসবু খঙনৈ। হায়রিবা টীকাসীদা **কর্ম্ম** শব্দনা স্মৃতি-শাস্ত্রনচিংবনা তাকপা নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্মনচিংববু খঙহল্লী, মরমদুনা স্বধর্ম্ম হায়বদি বর্ণাশ্রমধর্ম্মস্তু **কর্ম্ম** হায়বসীগী মতুং চল্লে। অদু ওইরবদি স্বধর্ম্ম হায়বদী বর্ণাশ্রমধর্ম্ম হায়বা অসী ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে। ভক্তি রসামৃত-সিন্ধুগী পূর্ব্ববিভাগ-গী ২-শুবা লহরী ১১৮-শুবা শ্লোক অদুদা তরং তরংনা হায়রি- সম্মতং ভক্তিবিজ্ঞানাং ভক্ত্যাঙ্গত্বং ন কর্ম্মণাং হায়বদি বর্ণাশ্রম-না হায়রিবা কর্ম্ম পরম্পরাদু ভক্তিগী অঙ্গনী হায়বসী ভক্তিতত্ত্ব খঙবা পরাশর-নচিংবা মুনিশিংগী সম্মত নত্তে।

বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মনা ভক্তিগী অঙ্গ নত্রবদি রায় রামানন্দনা করিগীদমক "স্বধর্ম্ম আচরণ তৌরগা বিষ্ণুভক্তি ওই" হায়রিবনো হায়না ঐখোয় হংবা তাই। "ভক্ত্যা সঞ্জাতয়া ভক্ত্যা"—শ্রীমদ্ভাগবত-কী বাসীগী মতুং ইন্না সাধ্যভক্তি ফংনবগী সাধন-সু ভক্তিনী। রায় রামানন্দনা স্বধর্ম্মাচরণব বিষ্ণুভক্তিগী সাধন-নী হায়রম্বা মতমদা স্বধর্ম্মাচরণবুসু ভক্তিনী ( সাধন-ভক্তিনী ) হায়না মহাক্না লৌরম্বা তাই। মতুম্না লৌরিবদি করিগীনো? পাউখুম : ভক্তি মখল অহুম্নী—আরোপসিদ্ধা, সঙ্গসিদ্ধা অমসুং স্বরূপসিদ্ধা। স্বরূপকী হায়রগদি তশেংবা ভক্তি নত্তবা, অদুম্নদি ওইরগা মদুদা ভক্তিগী ভাব হাপ্চনবা অদুবু আরোপসিদ্ধা ভক্তি কৌয়ি। স্বরূপকী মতুং ইন্না ভক্তি নত্রবসু ভক্তিগী পরিকর ( লোয়নবা অমা ) ওইনা ভক্তিদুগী মন্নুংচন্বা জ্ঞান নত্রগা কর্ম্মগী অঙ্গ ওইবা বৈরাগ্য নত্রগা দান পীবনচিংদনা ভক্তিগা লোয়নননা লৈরবদি মখোয়শিংদুবু সঙ্গসিদ্ধা ভক্তি কৌয়ি। অদুগা শ্রীভগবান্গী নাম-গুণ-লীলানচিংববু শ্রবণ-কীর্ত্তন-স্মরণ-মনন তৌবনচিংবসী স্বরূপসিদ্ধা ভক্তি হায়বদি স্বরূপকী মতুং ইন্না ওইবা ভক্তিনী ; স্বরূপসিদ্ধা ভক্তিসী সিদ্ধ অবস্থাদসু লৈ।

বর্ণাশ্রমধর্ম্মদি অরোপসিদ্ধা ভক্তিতমক ওইবনী ; স্বরূপকী ওইনা ওইবা ভক্তি নত্তে, মসীদা ভক্তিভাব হাপচল্লি—আরোপ তৌয়ি—হায়বতনী। বর্ণাশ্রম-ধর্ম্ম মীওইবগী কান্নরবসু বিষ্ণুভক্তিদি নত্তে। অমুকসু হংবা য়ারে—মসীনা ভক্তি নত্রবদি মডোন্দা ভক্তিগী ভাব আরোপ তৌবা করিগীনো? পাউখুম :—ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুগী পূর্ব্ববিভাগ অহুদা ২-শুবা

লহরীগী ১১৮-শুবা শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীপাদ জীব গোস্বামীনা ইরম্মী—"বর্ণাশ্রমাচারেত্যাদিকং অজাতদৃঢ়শ্রদ্ধান্ শুদ্ধভক্ত্যানধিকারিণঃ প্রত্যেবোক্তমিতি ভাবঃ।" হায়বদি দৃঢ় (অচেৎপা) শ্রদ্ধা (থাজবা) লৈতবশিংগীদি শুদ্ধাভক্তিদা অধিকার লৈতবনীনা মখোয়গীদমক্তা **বর্ণাশ্রমাচারবতা**—নচিংবা শ্লোক অসী হায়রিবনী। বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম ঙাক্না অসুম চত্থবদুনা চিত্তগী অমকপদগী পোকপা রজঃ অমসুং তমঃ গুণ মাঙখিদুনা সত্ত্বগুণনা হেঙ্গৎলক্লবা মতমদা করিগুম্বা লাইবক ফদুনা মহৎলোক অমা থেংনদুনা মানা কৃপা তৌরবদি ভক্তি ফংবা য়াগনী। মসুম্না ওইবা য়াবনীনা বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মদা ভক্তিগী ভাব হাপ চনবনী। ভক্তগী সঙ্গ নত্তনদি অতৈ করিমত্তনা ভক্তি পোকপা য়াদে। "কৃষ্ণভক্তি জন্মমূল – হয় সাধুসঙ্গ /২/২২/৮৩॥"

বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম চপ চানা চৎপা মীনা শুদ্ধাভক্তিগী মতৌক চাগনী হায়বসু য়াদে। শ্রদ্ধা ( থাজবা ) লৈরবা মী মহাক্তদনা ভক্তিগী অধিকারীনী। "শ্রদ্ধাবান্ জন হয ভক্তির অধিকারী /২/২২/৬৪॥" ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুদসু য়াওরি, মদুদি "আদৌ শ্রদ্ধা ততঃ সাধুসঙ্গোঽথ ভজনক্রিয়া—অসিনচিংবা। ১/৪/১১॥" শ্রদ্ধা কদ য়বু কৌবগে? শ্রীকৃষ্ণভক্তি অদুত্তনা অতৈ থবক পূম্নমক্কী ফল ফংবা ঙম্মী হায়বা রা অসীবু চেৎনা লেপ্পমক থাজববু শ্রদ্ধা কৌয়ি। "শ্রদ্ধা শব্দে কহিয়ে বিশ্বাস সুদৃঢ় নিশ্চয়। কৃষ্ণভক্তি করিলে সর্ব্ব কর্ম্ম কৃত হয ২/২২/৬২॥" শ্রদ্ধাসী পোক্হনবসু সাধুসঙ্গননী; অতৈ করিমত্তনা নত্তে। "সাধুসঙ্গে কৃষ্ণভক্ত্যে শ্রদ্ধা যদি হয়। ভক্তিফল প্রেম হয় সংসার যায় ক্ষয়॥ ২/২২/৪৯॥" কনাগুম্বনা হায়বা য়াই, "তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্ব্বিদ্যেত যাবতা। মৎকথাশ্রবণাদৌ যা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে॥ শ্রীভা ১১/২০/৯॥"—শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী শ্লোকসীদা হায়রি, মদুদি—ভগবৎ-কথাদা শ্রদ্ধা পোক্ত্রিদমখৈ হায়বদি সংসারবিষয় পাম্বা থাদ্রিবমখৈ বর্ণাশ্রমধর্ম্মনা তাকপা থবক পূম্নমক তৌবা তাই। মদু ওইরবদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ঙাক্লগদদা শ্রদ্ধা অমসুং বিষয়-বৈরাগ্য ( বিষয় পামদবা ) পোক্কনী, মদুগী রানী শ্লোকসীদা হায়রিবদি। পাউথুম—বর্ণাশ্রমধর্ম্ম তৌ তৌদুনা লাক্পনা সত্ত্বগুণ হেঙ্গৎলক্লবদি শ্রদ্ধাগা বিষয় বৈরাগ্যগা পোক্পা য়াই হায়বনী পল্লিবা শ্লোকসীগী তাৎপর্য্যদি। বর্ণাশ্রমধর্ম্ম তৌরগা শোয়দনমক শ্রদ্ধা-নচিংবা পোক্কনী হায়বদি য়াদে। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা

সনাতন গোস্বামীদা হায়রম্মী—"অসৎসঙ্গ ত্যাগ—এই বৈষ্ণব-আচার। স্ত্রীসঙ্গী এক অসাধু কৃষ্ণাভক্ত আর॥ এই সব ছাড়ি আর সব বর্ণাশ্রমধর্ম্ম। অকিঞ্চন হৈয়া লয় কৃষ্ণের শরণ॥ ২/২২/৮৭" অমসুং ২/২২/৯১॥" মফমসীদসু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোকপগী রা হায়রি। গীতাদসু শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ /১৮/৬৬॥"—ধর্ম্ম পূম্মমক থাদোক্তুনা ঐঙোন্দদা চৎজো।" মফমসীদা ধর্ম্ম পূম্মমক হায়বদীদা বর্ণাশ্রমধর্ম্মসু য়াওরবনী। শ্রুতিনসু রা অসীমক হায়রি। "বর্ণাদি ধর্ম্মং হি পরিত্যজন্তঃ স্বানন্দতৃপ্তাঃ পুরুষা ভবন্তি।—বর্ণ নচিংবগী ধর্ম্ম পূমথা-থাবা মীতুতনা **স্বানন্দতৃপ্ত** ( মহাগী নুংঙাইবনা পেনবা ) ওইবা ঙমগনী। মৈত্রেয় উপনিষৎ।" মুণ্ডক শ্রুতিনসু হায় "প্লবা হ্যেতে অদৃঢ়া যজ্ঞরূপা। ( কর্ম্মাঙ্গ ওইবা ) যজ্ঞগী মশক ওইবা হি-দি ( সংসার-ঈপাক লানবগী-দমক্তি ) চেক্তবনী॥ ১/২/৭॥"

**বর্ণাশ্রমাচারবতা**-নচিংবা শ্লোকসীদা রামানন্দরায়না অসী হায়রম্মী, মহুদি—( ১ ) জীবগী সাধ্যবস্তুদি বিষ্ণুগী প্রীতি ( পেনবা ); অদুগা ( ২ ) মহুগী সাধনদি বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মনী।

মতাঙসীদা রা অমসু নীঙশীঙফম থোকয়ি। মফমসীদা রামানন্দ রায়না বর্ণাশ্রমধর্ম্মদগী হৌরগা রাধাপ্রেম ফাঙবা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব নৈনরম্মী। মসীদা কনা কনাগুম্বনা হায়—"বর্ণাশ্রমধর্ম্ম তৌবদগী হৌদুনা মথঙ মথঙ তোঙান্-তোঙান্বা থাক্তা কাখৎলগা ইকোন্-কোন্বদা রাধা-প্রেম ফংগনী। সাধনগী মথঙ-মনাওসীদা বর্ণাশ্রমধর্ম্মনা খ্বায়দগী ইনেম-নেম্বা থাক্নী।" হায়রিবা রাসী নাতে চাদে হায়না খল্লী। রায়রামানন্দনা বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মদগী হৌদুনা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব থরগী রা হায়রিবহুদি মখোয় অমমসু তোঙান্-তোঙান্বা পুরুষার্থ ওইনা বর্ননা তৌবনী; সাধ্য-মকোক রাধাপ্রেম হায়বহুগী সাধনাগী ওইবা তোঙান্-তোঙান্বা মরোল ( স্তর ) ওইনা বর্ননা তৌরমদে। বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মগী মরমদা মথক্তা নৈনরিবহুদগী তশেংনা খঙবা ঙম্বদি অসীনী, মহুদি বর্ণাশ্রমধর্ম্মসী রাধাপ্রেমগী সাধন অমা নত্তে। মসীগী মতূঙদা নৈনরক্কদবা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব পূম্মক্তগী খঙবা ঙমগদবদি অসীনী, মহুদি মখোয় লোইনমক্তো প্রেমগী সাধন নত্তে, মখোয় খুদিংমক তোঙান্-তোঙান্বা পুরুষার্থ অমমম্তা ওইবনী।

## মূল ৫৬

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে ( ৩/৮/৯ )—

বর্ণাশ্রমাচারবতা পুরুষেণ পরঃ পুমান্।
বিষ্ণুরারাধ্যতে পন্থা নান্যস্তত্তোষকারণম্ ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

বর্ণাশ্রমাচরবতা – বর্ণাশ্রমধর্ম্ম-চৎপা ; পুরুষেণ—মীনা ; পরঃ পুমান্ – পরম পুরুষ : বিষ্ণুঃ—বিষ্ণু ; আরাধ্যতে—লাৎপা ওইয়ে ॥ পন্থা—লম্বী ; ন—নৈতে ; অন্যঃ—অতোপ্পা ; তৎ— মাগী ( বিষ্ণুগী ) ; তোষকারণম্— পেন্নবা মরম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমপুরুষ বিষ্ণু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম-চৎপশিংনা লাৎলী। মাগী পেন্নবা মরম ওইবা লম্বী অতোপ্পা অমা নৈতে।

## নৈনরোল

**বর্ণাশ্রমাচারবতা** বর্ণগী ধর্ম্ম অমসুং আশ্রমগী ধর্ম্ম ভাক্লা চৎপা মীশিংনা। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র - মরীসীনা বর্ণনী ; বর্ণ পুম্মমকসীগীদমক শাস্ত্রনা হায়বা মথৌশিংদু বর্ণধর্ম্মনী। ব্রাহ্মণগী **ধর্ম্ম** (মথৌ)—যজন (দেব পূজা, যজ্ঞ তৌবা), যাজন (পূজা তৌহন্বা), অধ্যয়ন (লাইরীক তম্বা), অধ্যাপন ( লাইরীক তম্বীবা ), দান অমসুং প্রতিগ্রহ ( পীরকপা পোৎ লৌবা )। **ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম** ( মথৌ )—দান, অধ্যয়ন, যজ্ঞ, দণ্ড (শাসন) অমসুং যুদ্ধ ( লান )। বৈশ্যগী **ধর্ম্ম**—দান, অধ্যয়ন, যজ্ঞ, কৃষিকার্য্য ( লৌউ শীঙউবা ) অমসুং বাণিজ্য (লম্লোন-ইতীক্)। **শূদ্রগী ধর্ম্ম—মথক্তা** পাল্লিবা বর্ণ অহুমসীগী সেবা ( কূর্ম্ম পুরাণ )। অতুগা, ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং ভিক্ষু, মরীসী আশ্রম মরীসীগীদমক শাস্ত্রনা হায়বা তৌগদবা **কর্ম্মছুনা** আশ্রম ধর্ম্মনী। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমগী **ধর্ম্ম—উপনয়নগী ( লুগুণ খাংবগী ) মতুংদা গুরুগী য়ুমদা লৈবা,** শৌচাচার ( **অমাং-অশেঙগী মচৎ ), গুরুসেবা,** ব্রতাচরণ ( ব্রত চৎপা ), বেদপাঠ, **সন্ধ্যা অনীদা পুক্নীঙ** চঙনা রবি ( নুমীৎ ) অমসুং অগ্নিগী (মৈগী) নাক্তা লৈবা, **গুরুবু অভিবাদন**

( খুরুম্বা ) তৌবা । গার্হস্থ্য আশ্রমগী ধর্ম্ম—বিধি চৎনা লুহোংদুনা মথৌ-মশিন্ তৌদুনা লন-তানবা, দেব-ঋষি-পিত্রাদি পূজা তৌবা । বানপ্রস্থা-শ্রমগী ধর্ম্ম—উনা শিংনা ফল-মূল চাবা, শম জটা পুন্‌বা, কোইথাকপা, লৈপাক্তা হিপ্পা, রা-ঙাংদবা ( মৌনী ), শউন-কুশ-নচিংবা শেৎপা-ইন্‌বা, সন্ধ্যা অহুমদা স্নান, দেবতা অর্চ্চন তৌবা, হোম, অতিথি-পূজা, ভিক্ষা হাপ্পা, উমংগী পোংনা শংবা থাওনা হকচাং তৈবা ; তপস্যা, অয়িং অশা-থাঙবা অসিনচিংবা । ভিক্ষু আশ্রমগী ধর্ম্ম—য়েংথীবা থাদোক্‌পা, ত্রিবর্গ ( পুরুষার্থ অহুম ) থাদোক্‌পা, সর্ব্বারম্ভ থাদোকপা, মরূপ্নচিংবদা চেপ মান্ননা চৎপা, জীব পুম্নমক্কা মরূপ ওইবা, জরায়ুজ ( গর্ভ পুদুনা পোক্‌পা ) অদুগা মরূম কোক্তুনা পোক্‌পা জীবগী মফমদা পুক্নীং-হকচাং রাহে য়াওনা য়েংথীবা থাদোক্‌পা, সঙ্গ অমত্তা তৌদবা, অগ্নিহোত্রনচিংবা ( মৈ মৃত্তনবা তৌবা যজ্ঞ ) তৌবা । ( বিষ্ণুপুরাণ ৩/৯ )। মচা মচাগী বর্ণধর্ম্ম অমসুং আশ্রমধর্ম্ম পুম্নমক্কীবু তৌবা মীশিংগীদি মাগী মাগী বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী আচরণ তৌবনা বিষ্ণুবু লাংপা অমসুং পেলহনবা ওইয়ে : বিষ্ণুবু পেলহন্ন-বগী অতৈ লম্বী অমা লৈতে ।

শ্লোকসীগী তাৎপর্য্য করিনো ? শ্লোকসীদা হায়রি—বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম তৌবনা বিষ্ণুনা পেন্নবগী অমত্তা ভায়বা মরম্নী ; অতৈ উপায় অমত্তনা বিষ্ণুবু পেলহন্‌বা ঙমদে । বিষ্ণুপ্রীতিতনা সাধ্যবস্তুনী হায়বসী ভক্তিমার্গগী রায়নী : অদুবু ভক্তিশাস্ত্রনা হায়—সেবা নত্তনা অতৈ পাঙ্গৈনা শ্রীবিষ্ণু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা পেন্‌বা লৈতে । অদুগা বিষ্ণুপুরাণগী হায়রিবা শ্লোকসীনা হায়রি—বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম তৌরবদি বিষ্ণুনা পেল্লী, অতৈ করিমত্তনা বিষ্ণুবু পেলহন্‌বা য়াদে । অদুবু ভক্তিশাস্ত্রনা হায়—বর্ণাশ্রমধর্ম্মদি ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা অনুকূল সেবা ফংনগবগীদমক তৌবা সাধন-ভক্তি অদুগী অঙ্গ অমা বর্ণাশ্রমধর্ম্মদি নত্তে । অদুগী মহূত্তা প্রতিকূলদুম ( অয়েৎপদুম ) ওই ; মরমদুনা মতাংঙ অমদা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোক্‌পসু ভক্তসাধকনা তৌফম থোকয়ি হায়রি । তশেংনা উবা ফংলে অদুদি বিষ্ণু-প্রীতিগীদমক তৌগদবা সাধনগী মরমদা বিষ্ণুপুরাণগী বর্ণাশ্রমাচারবতা—শ্লোকসীগা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনচিংবা ভক্তিশাস্ত্রগা মহৈ মহৈ য়েংনরে ( বিরোধী ওইনরে )।

বিষ্ণুপ্রীতিগী সাধনগী মরমদা বিরোধী ওইবা রা হায়বগী মরমদি অসী ওইরম্বা য়াই মতুদি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনচিংবা ভক্তি-শাস্ত্রদা হায়রিবা বিষ্ণুপ্রীতি জাত্তাগীদমক সাধনগী রা হায়রিবসী বিষ্ণুপুরাণগী **বর্ণাশ্রমাচারবতা** শ্লোকসীদা হায়রিবা বিষ্ণুপ্রীতি জাত্তাতুগী রা নত্তে। "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্‌নচিংবা গীতাগী শ্লোক্তগী খণ্ডবদি সাধনগী তুংইন্‌বা ফল ভগবান্না সাধক অতুদা পী হায়বসীনী। সাধনগী মওং মখল মথানী, সাধনগী মওং তোঙান্-তোঙান্‌বগী ফল-সু তোঙান্-তোঙান্নী ; অতুবু ভগবান্‌গী কৃপা নত্তনা, ভগবান্না পেন্‌বা নত্তনা করিগুম্বা সাধন অমত্তগী ফল ফংবা য়াদে। সাধন হায়বসী ফল পীননবগীদমক ভগবান্‌গী কৃপা ফংননবগীনী ; কৃপাসী ফংবা তারবদি ভগবানব্ পেল্‌হন্-গদবনী ; সাধন-তুনা মহাক্না পেন্‌বিরবদি কৃপা তৌবিতুনা সাধনগী তুংইন্‌বা ফল মহাক্না পীবি। অতুবু সাধন তোঙান্-তোঙান্‌বগুম, সাধনগী ফল তোঙান্-তোঙান্‌বগুম, সাধনগী ফল ওইনা ভগবান্না পেন্‌বিবসু তোঙান্-তোঙান্নী। সাধন পূম্নমক্তা মহাক্না চপমান্ননা পেল্লগদি মখল পূম্নমক্কী সাধকশিংদা ফল মান্ননা পীফম থোক্পনী ; অতুবু মান্ননদি থক পীদে। অপাম্বা ফল অমা ফংননবগীদমক ভগবান্না কয়ামুক পেন্‌ফম থোক্পগে হায়বতুদমক ভগবান্না পেল্লী। মরমতুনা সাধনভক্তি তৌবদা মহাক্না পেন্‌গদবা শরুক অতু অমসুং পেন্‌বগী জাত্তা অতু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম চৎপদা ওইথোক্তে। সাধনভক্তিনা ভগবান্না অসূক্কী মতীক পেল্লী. মতুদি "বিক্রীণীতে স্বামাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ"—ভক্তচান্‌বা ভগবান্না ভক্তগী মফমদা মছামকপু য়োম্হোক্পগুম্মী—মহাক ভক্তগী মথা পুঙপোন্ পোল্লী। মরমতুনা মহাক্না হায়খি—"অহং ভক্তপরাধীনঃ। শ্রীভাঃ ৯/৪/৬৩॥" অতুবু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম চৎপা মীগী মথাদি ভক্তগী মথা পোন্‌বগুম ভগবান্না পোন্দে। গীতাগী ২/৩৭ শ্লোক অতুদগী খঙবা ঙম্মী মতুদি বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী ফল ওইনা স্বর্গ ফংঙী ; বিষ্ণুপুরাণগী ৩ ৯ অধ্যায়দপী খঙবা ঙম্বদি অসীনী, মতুদি—বর্ণাশ্রমধর্ম্ম-আচরণগী ফল ওইনা লোকপ্রাপ্তি হায়বদি স্বর্গলোক, সত্য-লোকনচিংবা মায়িক ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা লোকশিংগী সুখভোগনচিংবা ফংঙী। **বর্ণাশ্রমাচারবতা**—শ্লোক অসীগী লৌথোরক্‌ফম ওইবা বিষ্ণুপুরাণগী মতাঙতুগী প্রকরণ তৌরগসু মথক্তা হায়রিবা ফল অসী ফংবগী রা থোরক্কয়ি। মৈত্রেয়না পরাশরদা হংলম্মী—"ভগবান্ বিষ্ণুবু আরাধনা

তৌরগা মীওইবশিংনা করি ফল ফংবগে ?" মতুগী পাউখুমদা পরাশরনা—সগর রাজাগী রাহংগী পাউখুমদা ভৃগুবংশগী ঔর্ব্বানা হায়খিবা ৱাহু লৌখৎলগা হায়রম্মী – "ভৌমান্ মনোরথান্ স্বর্গান্ স্বর্গিবন্ধ্যং তথাস্পদম্। প্রাপ্নোত্যারাধিতে বিষ্ণৌ নির্ব্বাণমপি চোত্তমম্॥—বিষ্ণুবু আরাধনা তৌরগা ভূমিগা মরী-লৈননা নীঙলিবা পুন্নমক থুংডী ; স্বর্গ অমসুং ব্রহ্মলোক-নচিংবা ফংডী অমসুং উত্তমা নির্ব্বাণ মুক্তিসু ফংডী। বি. পুঃ ৩/৮/৬॥" ফল ময়ামসী ফংবা তারবদি বিষ্ণুবু মতৌ করম্না আরাধনা তৌবা তাই—"কথমারাধ্যতে হি সঃ।"—রাহংসীগী পাউখুমদা হায়রম্মী —বর্ণাশ্রমাচারতা— নচিংবা। হায়বদি ভূমিগা মরী-লৈনবা ( হন্দক-মপোক্কী ) অনীঙবনচিংবা, স্বর্গনচিংবা লোক নির্ব্বাণমুক্তি ফংগে হায়রবদি ভগবান বিষ্ণুবু কয়া য়াম্না পেল্হনগদগে হায়বহু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম আচরণ তৌরবদি মহু পাংথোকপা ঙমগনী।

মথক্কী নৈনরোলসীনা তরংনা তাকৃপদি অসীনী মতুদি—বর্ণাশ্রমাচারবতা-নচিংবা শ্লোকসীদা হায়রিবা বিষ্ণুপ্রীতিগী রা অসী অতুগা মমাঙথংবা ৫৭ পয়ারদা হায়রিবা বিষ্ণুভক্তিগী রা অসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনচিংবা ভক্তিগ্রন্থনা হায়বা বিষ্ণুপীতি নত্রগা বিষ্ণুভক্তিতু নত্তে—স্বর্গনচিংবা লোক, হন্দকমপোক্কী নুংঙাইবা অমসুং লন-থুম অমদি নির্ব্বাণমুক্তি ফংননবা বিষ্ণুপীতি নত্রগা বিষ্ণুভক্তিতুনী।

মূল ৫৭ পয়ারগী প্রমাণ্নী নৈনরিবা শ্লোকসী।

## মূল ৫৯

প্রভু কহে – এহো বাহ্য, আগে কহ আর।

রায় কহে —কৃষ্ণে কর্ম্মার্পণ সাধ্যসার॥ ৫৯॥

**শব্দার্থ**

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এহো – মসী ; বাহ্য—মপান্থোংগী রানী ; আগে—মথা তানা ; কহ—হায়য়ু ; আর– অতৈ ; রায়—রায় রামানন্দনা ; কহে—হায় ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; কর্ম্ম-অর্পণ—কর্ম্ম হায়বদি কর্ম্মগী ফল কৎথোকপনা ; সাধ্যসার—সাধ্যগী মচিনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রায়গী পাউখুম তারগা ) প্রভুনা হায়রম্মী - মসীসু মপান্গী ওইবা

ৱানী ; মখা অতে হায়থরকখো। রায়না হায়ৱম্মী—কৃষ্ণদা কর্ম্ম হায়ৱদি কর্ম্মফল কৎখোক্পনা সাধ্যগী মচিনী।

## নৈনৱোল

"এহো বাহ্য—মঙনা, স্বধর্ম্মাচরণ তৌৱগা বিষ্ণুভক্তি ওই হায়বত্থু আ মাপান্তোংগী ওইবা ৱানী। বিষ্ণুভক্তিবুদি সাধ্যবস্তুনী হায়বা ময়াই, অত্থুবু বর্ণাশ্রমধর্ম্মাচরণ তৌৱগা বিষ্ণুপ্রীতি ওইবত্থুদি জীবগী সাধ্যবস্তু নত্তে ; মৱমদি, মত্থুগী ফল ওইনা ইহকালগী লন-থুমগী মুংঙাইবা, অত্থুগা পরলোকগী স্বর্গনচিংবা ফংবা য়াই, করিগুম্বদা লাইবক ফবা কনাগুম্বনা নির্ব্বাণ-মুক্তিসু ফংবা য়াই ( বি, পু, ৩,৮ ) ; অত্থুবু মসী পূম্নমক্তি জীবগী স্বরূপকা মরী লৈননা তৌগদবা মথৌ নত্তে, আ মপান্গী ওইবা পোৎনী। স্বর্গনচিংবা সুখ-সম্পদ ভোগ তৌবদি ইছাগী মুংঙাইবগী ৱানী, মসীবু কাম হায়নসু কৌয়ি ; মসীদা জীবনা মাগী স্বরূপকী মতুং ইন্না তৌফমথোকপা মথৌ কৃষ্ণসেবা হায়বত্থু য়াওদে : অত্থুগা নির্ব্বাণমুক্তিদসু—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগা অমত্তা ওইশনখিবা মৱম্না ঈশ্বর অমসুং জীবগী সেব্য-সেবকত্ব হায়বা ভাব অত্থুসু লৈতে ; নির্ব্বাণ মুক্তিসিদদি সাধক মছাগী অরাবা কোৎলীভবা হায়বত্থু য়াওরি, মছাগীদমক চিন্তা হায়বদি কাম ; মসীসু জীবগী স্বরূপকী তুংইনবা মথৌগী ৱাংমগী পোৎ ওইবদা নত্তনা বিরোধীসু (কায়ননবা অনীৎবসু) ওই। মৱমসীনা নঙনা হায়রিবা বিষ্ণুভক্তি নত্তগা বিষ্ণুপ্রীতিগী ৱাত্থুনা স্বর্গনচিংবা মুংঙাই-য়াইফবা অত্তা ফংহনগনী, অত্থুগা জীবগী স্বরূপ তুংইনবা মথৌ—শ্রীকৃষ্ণসেবাত্থু পীবা ঙমদে হায়ত্থুনা মত্থু মাপানগী ওইবা—জীবগী স্বরূপকী মাপান খোংবা পোৎনী। অসিগুম্বা বিষ্ণুভক্তিগী ফল ওইনা স্বর্গনচিংবা সুখভোগ ফংবত্থুগী মফমদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড-দনী ; করিগুম্বা মতাঙদা নির্ব্বাণ-মুক্তি ফংলগসু মত্থুগী মফমদি সিদ্ধলোক হায়বত্থুদনী, মফমত্থুদি পরব্যোমগী ৱাংমদনী। ফংলিবা মফম অনীমক্সী জীবগী স্বরূপ-তুংইনবা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবাগী মফম ব্রজলোক হায়বত্থুগী আ ৱাংমদা য়াম্না থাপ্পা লৈবনী। বিষ্ণুভক্তি জাত্তাসী আ ৱাংমগী ওইবা মৱম্না অত্থুগা মত্থু ফংনবা সাধন স্বধর্ম্মাচরণ হায়বত্থুসু মাপানগী ওইবা সাধন-নী ; মসীদি জীবগী ফননবা সাধন নত্তে। কনা কনানা হায়ৱা য়াই, মত্থুদি মতাঙসীদি স্বধর্ম্মাচরণ-তবু বাহ্য-নী হায়বনী, বিষ্ণুভক্তি

নত্রগা বিষ্ণু আরাধনাবু নাহনী হায়খিদে। মরমদি বিষ্ণুবু আরাধনা তৌবদি শাস্ত্র পূন্নমক্না য়াবনী। বিষ্ণুবু আরাধনা তৌদ্রগদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ঙাক্লবসু জীবগী পতন ওই:—"য এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্। ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ্ভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ। শ্রীভা: ১২/৫/৩॥" হায়বদি জাতি মরী অমসু আশ্রমীগী মরক্তা কনাগুম্বনা খণ্ডদবদগী মহামক্কী পিতা (মপা) ঈশ্বর-পরম-পুরুষবু ভজন তৌদ্রবদি মহাক জাতিতুদগী অমসুং আশ্রমতুদগী নাম্থনা (ভ্রষ্ট ওইদুনা) সংসারদা পতিত ওই। অদুগা কনাগুম্বনা পুরুষ অদুবু খঙেগা থৌশাদ্রবদি মহাক নরক-কোমদা তাগনী। চারিবর্ণাশ্রমী যদি কৃষ্ণ নাহি ভজে। স্বধর্ম্ম করিয়াও সে রৌরবে পড়ি মজে॥ ২/২২/২৬॥"

হান্নানা হায়খ্রে মতুদি— বিষ্ণুভক্তিদি জীবগী সাধ্যনী; অদুবু বিষ্ণু-ভক্তিদুনা স্বধর্ম্মাচরণ তৌবগী ফল সুখভোগদুদা ফংলগদি. বিষ্ণুভক্তিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংদ্রগদি, মতু জীবগী সাধ্য নত্তে, বিষ্ণুভক্তি অদুগী মপান্না কৃষ্ণগী সুখগীদমক্তা সেবা তৌবা ফংলগদি মতু জীবগী সাধ্য-মচিনী: মরমদি মতু জীবগী স্বরূপকী তুংইনবনী। স্বধর্ম্মাচরণ তৌনা ইহকালগী নত্রগা পরকালগী সুখভোগ তৌবগী রা পাম্বা মরম্না দেহাবেশগী (হকচাঙ দা পুক্নীংলূপ্নগী) রা য়াওরি। করিগুম্বা মতাঙদা নির্ব্বাণমুক্তিগী রাসু য়াওবনা জীবগা ব্রহ্মগা অমতা ওইবা জ্ঞান অদু য়াওরি হায়বা তাক্নি। মরমসিনা স্বধর্ম্মাচরণ তৌবদা জীবগা ব্রহ্মগগী সম্বন্ধ জ্ঞানগী— সেব্য-সেবকত্বগী ওইবা বুদ্ধিগী অমসুং সেবা-তৌনীংবগী রা থোরকপদি ওইথোক্তে হায়তনা মসী (স্বধর্ম্মাচরণ-সী) বাহ্য নী।

বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী মরমদা প্রভুগী মত খঙলাদুনা রায় রামানন্দনা হায়-রম্মী—"কৃষ্ণে কর্ম্মার্পণই সাধ্যসার—কৃষ্ণদা কর্ম্মগী ফল কৎথোকপনা সাধ্য-মচিনী।"

**কৃষ্ণে কর্ম্মার্পণ**—শ্রীকৃষ্ণদা কর্ম্ম (থবক) পূন্নমক কথোকপা। মফমসীদা কর্ম্ম (থবক) হায়রগা স্মৃতি-মচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্ম অদুগা হকচাঙগী মরম্নাই ওইবা (স্বাভাবিক) ধর্ম্মগীদমক তৌবা কর্ম্ম পূম্বগী রা হায়রিবনী।

বর্ণাশ্রমদি বাহ্যনী হায়রকপহূদা রায় রামানন্দনা কৃষ্ণদা কর্ম্ম কথোক-পগী রাহু হঙ্গৎখিবনী। মসীনা তাকৃপদি স্ববর্ণাশ্রমধর্ম্মদগী কৃষ্ণদা কর্ম্ম কথোকপনা থোইবা হেল্লী হায়বসীনী। অদুদি করম্না হেল্লিবনো? বর্ণা-শ্রমগী আচারদি বেদ-না তাক্পা সকাম কর্ম্মনী; অদুগুম্বা থবক পূম্নমক্না কর্তাবু (থৌবুদুবু) বন্ধন তৌয়ি। যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণোঽন্যত্র লোকোঽয়ং কর্ম্মবন্ধনঃ। তদর্থং কর্ম্ম কৌন্তেয় মুক্তসঙ্গঃ সমাচর॥ গীতা /৩/৯॥" হায়বদি ভগবান্দা কথোকপা নিষ্কাম (লন্নাইগী ওইবা অপাম্বা য়াওদবা) কর্ম্মবু যজ্ঞ কৌয়ি; যজ্ঞতুগীদমক তৌবা থবক নত্তবা অতোপ্পা থবক-পূম্নমক হন্দক্কী মপোক্তা বন্ধনদশা ফংগদবনী। মরমদুনা হে কৌন্তেয়, নও কর্ম্মগী ফল-বু থিরুবা তৌদবমখৈ কর্ম্ম তৌও। "কর্ম্মজং বুদ্ধিযুক্তা হি ফলং ত্যক্ত্বা মনীষিণঃ। জন্মবন্ধবিনির্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্যনাময়ং॥ গীতা /২/৫১॥" হায়বদি বুদ্ধি-লৈবা পণ্ডিতশিংনা কর্ম্মফল পূওথা থাদোক্তুনা জন্ম-বন্ধনদগী (সংসারদা পোকপগী মায়ানা ফা-পুনবদগী) পূওনান্ নাম্থোক্তুনা অনাময়পদ (হায়বদি য়ুম্বানবগী লাইনা কোক্পগী ফীভম) ফংঙী। হৌজিক উরে মদুদি—বেদনা তাকপা থবক তৌরগা বন্ধন পোক্কনী হায়না চিংনৈ, ফল-থিদবা ওইনা কর্ম্ম পূম্নমক তৌরগদি বন্ধন ওইগনী হায়বগী অকিবা লৈত্রে। মরমসিনা কর্ম্মফল পাম্বব থাদোক্কদবনী হায়না ব্যবস্থা পীরিবনী; অদুবু কর্ম্মফলদি কদায়দা থাদোক্কনী? ফল-দু শ্রীকৃষ্ণদা কথোক্কদবনী। স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"যৎ করোষি যদশ্নাসী—" অসিনচিংবা। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণদা কর্ম্মফল করি ওইগনী? "যৎ করোষি—" হায়বা শ্লোক অদুগী মতুং হেক থংবা শ্লোক অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা মদু হায়রম্মী, "শুভা-শুভফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কর্ম্মবন্ধনৈঃ। গীতা। ৯/২৮/—মতৌ অসিগুম্না ঐঙোন্দা কর্ম্মগী ফল কথোক্লবদি নহাক অফ-ফত্ত-কর্ম্মগী বন্ধন-দগী নাম্থোকপা ঙমগনী।" কৃষ্ণদা কর্ম্মার্পণ তৌবনা বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী মতৌগুম্না কর্ম্মবন্ধন ওইদে হায়দুনা বর্ণাশ্রমধর্ম্মদগী মসীনা হেল্লিবনী।

**সাধ্যসার**—সাধ্য ওইবা পোৎ পূম্নমক্কী মকোক। রায় রামানন্দনা কৃষ্ণদা কর্ম্মার্পণ তৌববু সাধ্যসার-নী হায়রম্মী; অদুবু কৃষ্ণদা কর্ম্ম কথোক্পনা সাধ্য নত্তে, মসীদি সাধন ওইবত্তনী; মসীগী সাধ্যদি কর্ম্ম-বন্ধনদগী মুক্তি ফংবনী। রায়না হায়বা বাসীগী মর্ম্মদি অসিনী মদুদি—কৃষ্ণদা কর্ম্ম কৎথোক্লগা ফংলকপা পোৎতুনা সাধ্যসার হায়বত্তুনী। ২

নৈনরিবা পয়ারগী অনীশুবা তংখাইগী প্রমাণ ওইনা মখাদা গীতাদগী শ্লোক অমা লৌথংলগা থম্মী।

## মূল ৬০

তথাহি শ্রীভগবদগীতায়াম্ ( ৯/২৭ )—

যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।

যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

যৎ—মহু ; করোষি—তৌয়ি ; যৎ—মহু ; অশ্নাসি—চায় ; যৎ—মহু ; জুহোষি—হোম তৌয়ি ; দদাসি—দান তৌয়ি ; যৎ—মহু ; যৎ—মহু ; তপস্যসি—তপস্যা তৌয়ি ; কৌন্তেয়—হে কুন্তীনা পোকৃপা অর্জুন ; তৎ—মহু ; কুরুষ্ব—তৌও ; মৎ—ঐঙোন্দা ; অর্পণম্—কৎথোকৃপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন-দা হায়রম্মী—হে কৌন্তেয় ! নঙনা কৈনোমা তৌবদো, কৈনোমা চাবদো, কৈনোমা হোম তৌবদো, কৈনোমা দান তৌবদো, কৈনোমা তপস্যা তৌবদো মহু পূম্না ঐঙোন্দা কথোক্লো।

## নৈনরোল

**যৎ করোষি**—নঙনা কৈনোমা তৌবদো। হকচাঙনচিংবগী মহৌশাগী ওইনা অমসুং স্মৃতি-নচিংবা শাস্ত্রশিংনা তাকৃপা থবক অনদি খ্বায়গী চৎনবী লৌকিক কর্ম্ম অমা তৌবদো। "স্বভাবতো বা শাস্ত্রতো বা যৎকিঞ্চিৎ কর্ম্ম করোষি—স্বামী। লৌকিকং বৈদিকং বা যৎকর্ম্ম ত্বং করোষি—চক্রবর্ত্তী।"

নৈনরিবা শ্লোকসীগী টীকা হৌবদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়রম্মী—জ্ঞান-কর্ম্মনচিংবা থাদোকপা ঙমদবা মরম্না খ্বায়দগী হেন্না কেবলা অনন্যভক্তিদা ( য়ান্দবা ভক্তিদা ) অধিকার লৈতবা, অদুগসু হন্নবা সকামভক্তিসু পাম্দবা মীতাশিংগীদমক্তা শ্লোকসীদা য়াওরিবা সাধন-ব্যবস্থাসী পীবনী ; মসী নিষ্কাম-কর্ম্মজ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনী। চক্রবর্ত্তীনা অমুকসু হায়রম্মী—মসী নিষ্কাম কর্ম্মযোগ নত্তে ; মরমদি নিষ্কাম কর্ম্মদদি শাস্ত্রনা হায়বা থবক অদুতবু ভগবান্দা কৎথোকউ হায়বনী, ব্যবহারিক কর্ম্ম

কখোকউ হায়বা নত্তে ; শ্লোকসীদদি ব্যবহারিক কর্ম্ম কৎখোকপগী রাস্থু উবা ফংঙী। মসী ভক্তিযোগ হায়বদি অনন্যভক্তি হায়বত্তুস্থু নত্তে ; মরমদি ভক্তিযোগদদি ভগবান্দা কৎলবা থবক্তমক তৌবগী ব্যবস্থা লৈ ; "শ্রবণং, কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং...ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণা ক্রিয়েত ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেঽধীতমুত্তমম্॥ ভাঃ ৭/৫/২৩-২৪॥" শ্লোকসীগী টীকাদা শ্রীধরস্বামীনা ইরম্মী—বিষ্ণৌ অর্পিতা ভক্তি ক্রিয়তে, নতু কৃত্বা পশ্চাদর্প্যেত ইতি—শ্রবণ ( নাকোঙনা তাবা ), কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি মখল মাপলসী অহান্‌বদা বিষ্ণুদা কৎকদবনী, অদুদগী তুংদা সাধক-না থবকশিংদু তৌগদবনি ; তৌরগা কোন্না বিষ্ণুদা কৎপদি ভাগবত-বচন অদুনা হায়নীঙবা রা নত্তে।" অদু ওইরবদি, থবক হায়বমখৈ ভগবান্দা কৎলগা অদুগী মতুঙদা মহাক্কী ( ভগবানগী ) থবকশিংদু মহাক্কী মনাই ওইনা সাধক-না থবক অদু তৌবগদি ভক্তিযোগগী ওইগদবা থবক্কী। **যৎ করোষি**-নচিংবা গীতাবাকাসীগী মর্ম্মদি অসীনী, মতুদি—হান্ননা থবক তৌরগা কোন্না থবক অদু ( নত্রগা থবক্কী ফল অদু ) ভগবান্দা কৎকদবনী ; মরম-সীনা মসী ভক্তিযোগগী অঙ্গ নত্তে।

## মূল ৬১

প্রভু কহে—এহো বাহ্য, আগে কহ আর।

রায় কহে—স্বধর্ম্মত্যাগ এই সাধ্যসার॥ ৬১॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এহো—মসীসু ; বাহ্য—মাপানগী ওইবনী ; আগে—মথা তানা ; কহ—হায়য়ু ; আর—অতৈ ; রায়—রায় রামানন্দনা ; কহে—হায় ; স্বধর্ম্ম—মছাগী বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ; ত্যাগ—থাদোকপা ; এই—অসীনা ; সাধ্যসার—সাধ্য মকোক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায় রামানন্দগী রা তারগা প্রভুনা হায়রম্মী—"কর্ম্ম কৎপগী রা হায়রিবদুসু মপানগী রানী। অসীগী মতূঙদা করিমূক লৈরবদি মদু হায়য়ু।" রায়না অদুদগী খুম্মী—স্বধর্ম্ম ( বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ) থাদোক্পনা সাধ্যসারনী।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণদা কর্ম্ম কখোকপবু বাহ্যনী হায়না প্রভুনা হায়রম্লিবা করিগীনো ?**

পয়ারদগী টীকাদা শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়রম্মী— অত্র যৎ করো-ষীত্যাদিকস্ত বিরাডুপাসনাবদ্ ভজনানুসন্ধানং নির্ণেতুমশক্তং প্রতিজ্ঞাতব্যম্ সর্বার্থনির্ণয়ে এব বক্তাং—কৃষ্ণদা কর্ম্ম অর্পণ তৌববু বাহ্যনী হায়বগী মরমদি অসীনী, মহুদি— বিরাট-উপাসনাগুম্না ভজন তৌফম লেপ্পা ঙমদবশিংগী মফমদা যৎ করোষি-নচিংবা শ্লোকসী হায়রিবনী।

যৎ-করোষি-নচিংবা শ্লোকসীগী টীকাদস্থ চক্রবর্ত্তীপাদনা হায়রম্মী—অনন্যা (য়াম্নদবা) ভক্তিদা অধিকারী ওইদবশিংগীদমক্তা শ্লোকসীদা য়াওরিবা ব্যবস্থাসী পীরম্বনী ; মসী ভক্তি যোগ নত্তে ; অদুগা ভক্তিযোগ নত্তবনীনা মসী জীবগী স্বরূপ-তুংইনবা মথৌ কৃষ্ণসেবা হায়বদু ফংবগী সাধন ওইবা ঙমদে। মরমসীনা সাধন অসীবু বাহ্যনী অমসুং সাধনসীগী ফল ওইনা ফংবা সাধ্যবস্তুদুস্থু জীব স্বরূপকী হায়রগদি বাহ্য ওইবা পোৎনী। কর্ম্ম-অর্পণ তৌ হায়বগী উদ্দেশ্যদি করিনো ? কর্ম্মবন্ধন-দগী সাধক মহাবু নান্থোক্হন্নবা হায়দুনা মরুওইনা কর্ম্ম ফলদু শ্রীকৃষ্ণদা কথোকপনী ; মরম-সীনা কর্ম্ম-কংপসীদা কর্ম্মকর্ত্তাগী মহাগীদমক্তা মহাবু কর্ম্মবন্ধন-দগী নান্থোক্হন্নবগী রাথন্দুনা মরুওইবনী। মহাগীদমক রাথন ( ভাবনা ) লৈব-বদি—লৈবা মরম্না দেহাবেশ ওইরে— মথাংদুদা প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) চঙবা য়াদ্রে ; মরমদুনা মদু বাহ্যনী। প্রভুগী রাসী মনাকোংদা চঙলবদা রায় রামানন্দনা হায়রম্মী – "স্বধর্ম্মত্যাগই সাধ্যসার · বর্ণাশ্রমধর্ম্ম থাদোক্পনা সাধ্যমচংনী।" বর্ণাশ্রমধর্ম্মদি ফল-থিবা স্বধর্ম্মনী, কৃষ্ণদা কথোকপা হায়বসীনা ফল-থিদবা স্বধর্ম্মনী ; অনীমকসীবু প্রভুনা বাহ্য-নী হায়রবদুদা রায় রামানন্দনা স্বধর্ম্ম ত্যাগ তৌবগী রা পুশল্লকপনী।

**সাধ্যসার**—সাধ্যপুম্নমক্কী মচং। **ভক্তিসাধ্যসার** হায়বা পাঠান্তরস্থ উবা ফংঙী। স্বধর্ম্ম থাদোকপা হায়বসী সাধন অমা ওইবতনী, মসী সাধ্য নত্তে ; রায়না হায়রিবসীগী মর্ম্মদি অসীনী— স্বধর্ম্ম থাদোক্লগা ফংবা পোৎ অদু সাধ্যসারনী।

**মূল ৬২**

তথাহি ( ভাঃ—১১/১১/৩২ )—

**আজ্ঞায়ৈবং গুণান্ দোষান্ ময়াদিষ্টানপি স্বকান্।**
**ধর্ম্মান্ সন্ত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ॥ ৬১ ॥**

## শব্দার্থ

আজ্ঞায়—মপুঙ্ফানা খঙলদুনা ; এবং—অমূম্না ; গুণান্—গুণশিং ; দোষান্—দোষশিং ; ময়া—ঐনা (ভগবান্না) ; আদিষ্টান্—য়াথংবা ; অপি—ওইরবসু ; স্বকান্—ইচামকী ; ধর্ম্মান্—ধর্ম্মশিংবু ; সন্ত্যজ্য—নীঙথিনা থাদোক্লুনা ; যঃ—মহাক অদুনা ( কনাগুম্বনা ) ; সর্ব্বান্—পূম্নমকপু ; মাং—ঐবু ( ভগবানবু ) ; ভজেৎ—ভজন তৌয়ি, সেবা তৌয়ি ; সঃ—মহাক ; চ—অমসুং ; সত্তম—সংলোকশিংগী মকোক্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধব-দা হায়রম্মী— ) হে উদ্ধব, বেদনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রদা ঐনা হায়রিবা য়াথংগী দোষ-গুণশিংদু মপুঙফানা চপচানা খঙলগা নিত্য-নৈমিত্তিক ওইবা মচামকী বর্ণাশ্রমধর্ম্মনচিংববু পুঙথা থারগা ঐবু ভজন তৌবা মীদু সংলোকশিংগী মকোক্নী।

## নৈনরোল

গুণান্ দোষান্—দোষ অমসুং গুণ। করিগী দোষগুণ-নো ? ভগবান্না বেদনচিংবা শাস্ত্রদা বর্ণাশ্রমগীদমক তাক্পীরম্বা নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্মশিংগী দোষ-গুণ। আজ্ঞায়—আ ( মপুঙফানা, আ য়োনা ) জ্ঞায় ( খঙলগা ) : বিচার মুন্না তৌদুনা মরীক চুন্না খঙলগা। মী মথল অহুম্না বেদনা তৌ হায়বা নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম্মনচিংবা থাদোকপা ঙম্মী। অহানবদা হায়রগা, খঙদনা মীনা : ধর্ম্ম করিনো অধর্ম্ম করিনো খঙদবা মীনা বেদনা তৌ-হায়বা থবক থাদোকপা ঙম্মী। অনীশুবদা নাস্তিক-ওইবা মীনা ; বেদনা তৌ-হায়বা থবকশিংদুগী মরম খঙবা মীনা নাস্তিক ওইবা মরম্না থবকশিংদুবু করিমত্রা থাজদে, অদুনা মা অমা বেদনা হায়বা থবকশিংদু থাদোকপা ঙম্মী। অহুমশুবদা, খঙদবসু নত্তবা অদুগা নাস্তিকসু নত্তবা মীনা, অনন্য ( য়ান্দবা ) ভক্তিদা চেৎনা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) থম্বা মরম্না, কৃষ্ণ ভক্তিদ-না কর্ম্ম পুম্নমক তৌগদবনী হায়না চেৎনা থাজদুনা—বেদনা হায়বা থবক পুঙথা থাদোকপা ঙম্মী। নৈনরিবা শ্লোকসীদা হায়রিবা মীতাদি—অহুমশুবা মথলগী মীতাসীনী ; বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তৌ-হায়বা থবক্কী দোষ-গুণ মপুঙফানা খঙলগা বিচার তৌরগা ভগবান্না তৌ-হায়বা ওইরবসু বর্ণাশ্রমগীদমক হায়বা নিত্য-নৈমিত্তিক-কর্ম্মনচিংববু পুঙথা থাদোক্লগা ঐহাক্তবু ভজন তৌবা সং এবং সত্তমঃ—মহাকসু মতৌ অমূম্না সত্তম

ওইয়ে ; চ অমসুং এবং হায়গী মরমদি অসীনী—মৈনরিবা শ্লোকসীগী মমাঙথংবা শ্লোক অহুমদা শ্রীভগবান্না হায়খি—“কৃপা-তৌগনবা. কনামতগা য়েংথীনদবা, অথাঙ-কন্‌বা ( ভাকুসীহৈবা ), সত্যতনা মাগী ওইবা. কলঙ্ক-চাওদবা, মান্নবা চংপা, পুন্নমক্কী কান্নবদা তৌবা, কাম হায়বদুনা মপূক্নীঙ লাঙহন্দবা, বাহ্য-ইন্দ্রিয়শিংবু লাকৃশনবা ঙম্বা, খঙ্গোই-মেংবা, সদাচার-চংপা, লল-লোইদবা ( অকিঞ্চন ), অপাম্বা-লৈতবা, চাবা থকৃপদা চাং-নাইবা ( মিতভুক্ ), শান্ত ( তপ্পা ), স্থির ( লেঙদবা, ফিংদবা ), ভগবচ্চ-রণাপন্ন ( ভগবান্দদা চেজবা ), মুনি, পূক্নীঙ চঙগনবা (অপ্রমত্ত), গম্ভীরাত্মা ( মপূক্নীঙগী রা থঙঙমদবা ), ধৃতিমান ( অর-লুংঙাই অনীমক্তা ফীভম-হোংদবা ), বিজিতষড়গুণ ( কাম-ক্রোধ-নচিংবা গুণ তরুকপু থূডুম চনবা ), মান-পামদবা ( অমানী ), মানদ ( অতৈবু মান তৌবা ), দক্ষ ( থবক-মরম খঙবা ), মৈত্র ( মরূপ-ওইবগী পূকচেন-চেন্‌গনবা ), ঢোজান-হৈবা অমসুং কবি ( পূঙখঙ-খঙবা )—মীতানা সত্তম-নী ( ২/২২/৭৮-৮০ পয়ারগী টীকা-য়েংবিয়ু ) । অতুগা আজ্ঞায়ৈবং— শ্লোকসীদা হায়রি—কৃপালু অকৃত-দ্রোহনচিংবা লক্ষণ-চেন্‌বা মীনা সত্তম ওইবগুম্না, লোইনমক থঙল-তারগা স্বধর্ম্মনচিংবা থাদোক্লগা ঐবু ভজন তৌবা মহাকসু অতুম্না সত্তম ওই—করিগুম্বা মায়কৈদা মঙোন্দগী হঙ্গদে । মফমসীদা টীকাদা শ্রীজীব গোস্বামীনা হায়—কৃপালু অমসুং অকৃতদ্রোহাদিগুণসম্পন্ন ওইবা মহাকসু সত্তম-নী, গুণ পূন্নমকসী চেন্দ্রবসু ধর্ম্মপূন্নমক থাদোক্লগা ঐবু ভজন তৌবা মহাকসু সত্তম-নী । চকারাৎ পূর্ব্বোহপি সত্তম ইত্যান্তরস্য তত্তদ্ গুণাভা-বেহপি পূর্ব্বসাম্যং বোধয়তি ॥” মসীসু লেপ্পমক ওইবা সত্তমনী মতুদি--অনন্যভক্তিদা চেংনা থাজবনা ধর্ম্ম পূন্নমক থাদোক্লগা ভগবদ্ ভজন তৌবা মীছুদা হান্নবা কৃপালু ওইবনচিংবা গুণশিংসী লৈরমত্রবসু থুনমক মহাক গুণ পূন্নমতুগী মপু ওইরকপা ঙম্মী । “যস্যাস্তিভক্তির্ভগবত্যকিঞ্চনা সর্ব্বৈ-গুণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ । শ্রীভা, ৫/১১/২২ ॥ কৃষ্ণভক্তে কৃষ্ণগুণ সকল সঞ্চারে । ২/২২/৭৫ ॥” অসিনচিংবা উক্তিসিমক্তা মতুগী প্রমাণনী ।

## মূল ৬৩

তথাহি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতায়াম্ ( ১৮/৬৬ ) –

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ ।

অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বধর্ম্মান্ — ধর্ম্মপুম্নমক ; পরিত্যজ্য—পুডথা-থাদোক্তুনা ; মাম্—ঐঙোন্দা ; একং —অমত্তদা ; শরণং—চঙজবা ; ব্রজ—চংলো ; অহং—ঐনা ; ত্বাং—নঙবু ; সর্ব্বপাপেভ্যঃ—পাপ পুম্নমক্তগী ; মোক্ষয়িষ্যামি—লান্থোকপীগনী ; মা শুচ রাগনু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জন-দা হায়রম্মী)—হে অর্জ্জুন । ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্তুনা ঐঙোন্দদা চঙজো । ঐনা নঙবু পাপ-পুম্বদগী লান্থোকপীগনী ; নঙ রাগনু ।

## নৈনরোল

**সর্ব্বধর্ম্মান্**—বর্ণাশ্রমগী ওইবা ধর্ম্ম পুম্নমক । ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোকপা হায়রগা মফমসীদা ফল (ধর্ম্মতৌবগী মহে) থাদোকপগী রা থঙহন্দে । ন চ পরিত্যজ্য ইত্যস্য ফলত্যাগ এব তাৎপর্যমিতি ব্যাখ্যেয়ম্—চক্রবর্ত্তী । মফমসীদা বর্ণাশ্রমগী ওইবা থবক থাদোকপগী রা হায়রিবনী ।

**একং মাং শরণং ব্রজ**—কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান, অতোপ্পা দেবদেবীগী পুজানচিংবা পুম্নমক থাদোক্তুনা ঐ হায়বা অমতংসীদদা চঙজো ; ঐঙোন্দা নছাবু কত্থোকউ । শরণাগতিগী লক্ষণ-দি অসীনী—আনুকূলস্য গ্রহণং প্রাতিকূল্যবিবর্জ্জনম্ । রক্ষিষ্যতীতি বিশ্বাসো গোপ্তৃত্বে বরণং তথা । আত্মনিক্ষেপ কার্পণ্যে ষড়বিধা শরণাগতিঃ । ভগবানগী প্রীতিগী (অপেনবগী) ওইগদবা পোৎ লৌশিনবা প্রীতিগী ওইরোইদৌবা পোৎ থাদোকপা, মহাক্না ঐবু কনবিগনী (রক্ষা তৌবিগনী) হায়না থাজবা. মহাকপু ঐগী রক্ষা-কর্ত্তানী (কনবিবা মপুনী) হায়না লৌবা, ইশাবু কত্থোকপা, (আত্মনিক্ষেপ) অমসুং তোনবগী ভাব (কার্পণ্য বা কাতরতা)—তরুক্নী শরণাগতিগী লক্ষণী । হরিভক্তিবিলাস ১১/৪১৭ ॥” কনাগুম্বনা চঙজফম অমদা চঙজরবদি চঙজফম ওইরিবা মহাক্কী মমল-পীরগা-লৈবা শা অমগুম্না চঙজরিবা মীতুনা চঙজফমতুগী মরম পুম্নমক্তা মখা পোল্লী—মহাক্না তৌহন্নীঙবদা তৌয়ি ! মানা পীজবতুদা মচাজে, মহাক্না থম্বা মফমদা ময়েংজে ; করিগুম্বা হীরমদা চঙজরিবা মীতুনা মপু ওইবগী ভাব অমত্তা মাগী লৈতে—তশেংবা শরণাগত (চঙজবা) মীতুনসু কর্ত্তা (মপু) শানীঙদে, মরম পুম্বদা মাগী প্রভুনা মাব্ৰ হোইতুনা পুবদা মহাক হুংঙাইজে । মতমতুদা মাগীনী হায়বা

করিনতা নৈতে—মাগী দেহ, মন, ইন্দ্রিয়—মাগী বুদ্ধিবৃত্তি শক্তিনচিংবা পুম্বা মাগী প্রভুগী ওইরকখি, প্রভুগী প্রীতি (অপেনবা) ওইগদবা থবক নত্তনা মছামক্কী দেহগা মরী লৈবা করিগুম্বা থবক্তা মাগী পুক্নীং-হকচাঙনচিংবা পুম্নমক শীজিন্নদে, শীজিন্নবগী অধিকারসু মাগী লৈতে।

**অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যঃ মোক্ষয়িষ্যামি**—পাপ পুম্নমক্তগী নহাকপু লাম্থোকহনগনী। শ্রীকৃষ্ণগী চৈথক্তগী ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লবগী পাউতাক ফংলদুনা অর্জ্জুন অদো অশুম্বা খল্লম্বা য়াই, মদুদি—"শ্রীকৃষ্ণনা থাদোক্লো হায়রিবা ধর্ম্মশিংদো তৌগদবনী হায়নস্থ মহাক্নমক্ক হায়রম্বনী। অদু ওইরবদি মদু পুম্নমক তৌদ্রবদা পাপ ওইবেইদ্রা?" অর্জ্জুনগী মপুক্নীংদা অদুগুম্বা চিংনবা অমা পোকপা য়াই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা খল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"অর্জ্জুন, নঙনা ধর্ম্ম থাদোকপগীদমক পাপ করিনতা পুরোই—পাপ পুম্নমক্তগী এনা নঙবু রক্ষা তৌগনী (কনবীগনী); নঙ করিনতা চিংনগনু, **মা শুচ**—শোক (রাবা) তৌগনু।

মূল ৬২-পয়ারদা হায়রিবা স্বধর্ম্মত্যাগ তৌবগী প্রমাণ ওইনা শ্লোক অসীসী লৌখৎলম্বনী।

## মূল ৬৪

প্রভু কহে—এহো বাহ্য, আগে কহ আর।

রায় কহে—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি সাধ্যসার ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; এহো বাহ্য—মসীসু বাহ্যনী; আগে—মথা তানা; কহ—হায়খো; আর—অতৈ; রায় কহে—রায়না হায়; জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি—জ্ঞানগা তিন্নবা ভক্তিনা; সাধ্যসার—সাধ্যমচঙনী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রায় রামানন্দগী বা তাপা) প্রভুনা হায়রম্মী—"মসীসু (হায়রবদি স্বধর্ম্ম থাদোকপগী বা হায়রিবসু) মাপাম্ফোংগী ওইবা বানী; অতোপগী মথাদা অদুই নৌদ্রিবা মতু হায়রু" (প্রভুগী বা তাপাদা) রায়না হায়রম্মী—"জ্ঞানগা তিন্নবা ভক্তিনা সাধ্যমচিনী।"

## মৈমরোল

স্বধর্ম্ম থাদোকপা নত্রগা কর্ম্ম থাদোকপবু প্রভুনা বাহ্য-নী হায়রিবা করিগীনো ? কর্ম্ম থাদোকপা হায়বসী নাতৈচাবা অওইবনী হায়বগী মরমদা রায়-রামানন্দনা "আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি অমুগা সর্ব্বধর্ম্মানিত্যাদি"—হায়বা শ্লোক অনী লৌথংতুনা পীরি, অনীসীদা য়াওরিবা সাধন-প্রণালীমুগা জ্ঞান-কর্ম্মগা মরী করিমতা লৈনদে ; শ্রীকৃষ্ণদা আত্মসমর্পণ ( ইছাবু কংথোক্পা ) তৌতুনা শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌগদৌবনী হায়বা পাওতাক অমুদা য়াওরি। আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি হায়না শ্লোকসীগী টীকাদা শোতুনা হায়বা সাধন-প্রণালীবু চক্রবর্ত্তীপাদনা কেবলা ভক্তিগী অহান্বা খোঙথাক্ম-হৌদোকপা সাধক-কী সাধানাঙ্গনী, শ্রীজীবগোস্বামীনা অমসুং দীপিকাদীপন টীকাকারনা অমিশ্রা ( য়ান্দবা ) ভক্তিমার্গগী মধ্যম-সাধকশিংগী সাধন-নী হায়রম্মী ; মরমমসিনা মতু শুদ্ধা ( য়ান্দবা, পূড়শেঙ-শেঙবা ) ভক্তিমার্গগী সাধন-নী ; অসিনা মমূন্-ফারবা মতাঙদা জীবগী স্বরূপ-তুংইন্বা মথৌ ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা ফংগনী ; মতু ওইরবোইদি সাধনসীগী লক্ষ্যদি বাহ্য নত্তে-মরমতুনা সাধনাঙ্গ অসিস্ বাহ্য ওইফম থোক্তে। ( হায়রিবসীমক সর্ব্ব-ধর্ম্মানিত্যাদি শ্লোক অদুদা হায়রিবা সাধনগী মরমদস্ হায়গদবনী )। অদুম ওইনমক মহাপ্রভুনা মসীবু বাহ্য-নী হায়রম্লিবা করিগীনো ? হায়রিবা সাধনগী সাধনা বাহ্য নত্রগা, সাধন-মুস্ বাহ্য নত্রবদি—মসুম ওইগদ্রা হায়না খল্লী, মতুদি—শ্লোকসীগী লক্ষ্য ওইরিবা সাধক জাত্তামুগী মনোবৃত্তিদা ( পূকচেল-দা ) করিগুম্বা অমা লৈবা তাই, মতুনা সাধক অমুব বাহ্য ওইবা কাওল্লপ্পা য়াওগনবা অমুগা মনোবৃত্তিমু চেল্লী হায়বগীদমক শ্লোকুদা হায়বা সাধন-প্রণালীমা স্বরূপকী ওইনা শুদ্ধাভক্তিমার্গ-না য়াবা ওইরফাওবদা বাহ্য ওইবা। অদুদি মনোবৃত্তি জাত্তামুগী রা অমু শ্লোক অনী পল্লিবতুদা ফংবা উত্তরা অমুগা ফংলবদি মতু করিনো ?

শুদ্ধাভক্তিমার্গদা কর্ম্ম থাদোকপগী (স্বধর্ম্ম থাদোকপগী) রা হায়রবস্ মতুগী অধিকার-ব্যবস্থা (মতীকচাবা ওইনবা নিয়ম) লৈ। নির্ব্বেদ-অবস্থা (অপাম্বা লৈতবগী ফীভম) পোক্তিবফাওবা অমসুং নির্ব্বেদ-অবস্থা পোক্নগা শক্তহৌদনা-কলাগুম্বা মহাপুরুষ অমগী কৃপানা ভগবৎকথা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবলচিংবদা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) পোক্তিবক্যাংবা কর্ম্ম-তৌথগদবনী। "তাবৎ

কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্বিদ্যেত যাবতা। মৎকথা শ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে॥ শ্রীভা, ১১/২০/৯॥" মহৎকৃপাগী ফল-দা শ্রদ্ধা (থাজবা) পোক্লবদি কর্ম্ম থাদোকুন্না কেবলা ভক্তিদা অধিকার পোক্কনী, মদুগী মাঙদদি ওইরোই। "তথা আকস্মিকমহৎকৃপাজনিতা শ্রদ্ধা বা যাবদিতি শ্রদ্ধাতঃ পূর্ব্বমেব কর্ম্মাধিকারঃ শ্রদ্ধায়াং জাতায়াং তু ভক্তেরেব কেবলায়ামধিকারো ন কর্ম্মণীত্তী ভাবঃ। চক্রবর্তী।" মফমসীদা শ্রদ্ধাগী রা অসী থমথেংবী (আত্যন্তিকী) শ্রদ্ধাগী রানী। "ভগবৎ-কথা শ্রবণ্নচিংবনা ঐ মহৈ য়ানগনী, জ্ঞানকর্ম্মনচিংবনা য়ানগদবা নত্তে"— অসিগুম্বা অচেৎপা বিশ্বাস ( থাজবা ) অদুগুম্বা শুদ্ধভক্তগা সঙ্গ তৌরুবদগী পোকৃপা— মদুতনা আত্যন্তিকী শ্রদ্ধা হায়বদুনী। অসিগুম্বা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) লৈবা মীতনা কর্ম্মত্যাগ তৌবগী অধিকারী ( মতীকচাবা মী ) ওইগদবনী, অদুবু আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি শ্লোক-অসীদা কর্ম্ম থাদোকপগী রা য়াওরিবদুদা মহৎকৃপানা পোকৃপা থমথেংবী শ্রদ্ধাগী রা য়াওবা থেংনদে। মপুরোইববু থমথেংনা নুংশিগনবী নুপীনা অতোপ্পা নিপাগা লোয়ননা মপুরোইবগী দোষ-গুণ বিচার তৌদে, অদুগুম্বা বিচার তৌগে হায়বগী রাখল কাদৌঙৈদস্রু পোক্ত।— মহাক্কী নুংশিবদুনা চেৎমনখিবনা মপুরোইবগী গুণ্না শুমখিদুনা মপুরোইবগী সেবাতনা মছাবু মহৈ-য়ানবী ওইহন্নবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনৈ--মতৌ অদুগুম্না ভগবৎ-কথা-শ্রবণ তৌবনচিংবদা য়ান্দবা ভক্তিদা থমথেংনা থাজবা মীনা বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মনা হায়বা নিত্যনৈমিত্তিক কর্ম্মগা লোয়ননা শ্রবণ কীর্ত্তন্নচিংবগী দোষ-গুণ নৈনরুবা তৌদে, অদুম্না নৈনবগী রাখনস্রু পোক্তে-- মাগী হায়ববু শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবদা মছাবু মহৈ য়ালহন্নবগীদমক্তা হোৎনদুনা লৈ। অতোপ্পা নিপাগা লোয়ননা মপুরোইবগী দোষ-গুণ নৈনরগা মপুরোইবগী সেবা মতৌ লেপ্‌কদৌবনী হায়বগী নুপীনা মপুরোইববু নুংশিবদুদি থমথেংবী মন্নুংশিনী ( আত্যন্তিকী প্রীতিনী ) হায়বা য়াদে। মতৌ অদুগুম্না, শাস্ত্রনা হায়বা কর্ম্মগা লোয়ননা শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবা ভজনাঙ্গগী বিচার তৌবা মীত্নুনা শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবা ভজন-অঙ্গদা শ্রদ্ধা থম্নবস্রু মাগী শ্রদ্ধাদুবু থমথেংবী ( আত্যন্তিকী ) শ্রদ্ধা কৌবা য়াদে। মরমদুনা আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি শ্লোক অদুদা মথোয়দি কর্ম্ম থাদোকদবনী হায়বা অদুগুম্বা মীতাশিংদুদি কর্ম্ম থাদোকপদা অধিকারী ওইদে। মরমসিনা, নৈনরিবা ৬৪ পয়ারগী টীকাদা শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—"অত্র স্বধর্ম্মত্যাগবিধৌ নির্ব্বেদ তৎ

কথা শ্রবণাদৌ প্রবৃত্ত্যভাবাদনধিকারিণঃ স্বধর্ম্মত্যাগেন নশ্যেযুরিতি বাহ্যং—কর্ম্ম থাদোকপগী অধিকার লেপ্লদা হায়রিবা ভগবৎকথাশ্রবণ্নচিংবদা পুক্নীঙ থিংজনবা অদুগুম্বদি আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি শ্লোকপু প্রমাণ তৌরিবা স্বধর্ম্মত্যাগ অসীদা উবা ফংদে হায়দুনা. অধিকারী ওইদবা মীগীদমক্তি স্বধর্ম্ম থাদোকপদু মাঙননবগী মশক্নী হায়দুনা রায়রামানন্দনা হায়বা স্বধর্ম্মত্যাগ-বু বাহ্য-নী হায়রিবনী।” তাবৎকর্ম্মাণি-কুর্ব্বীত শ্লোক—অসীনা কর্ম্ম থাদোকউ হায়বগী মরমদি ভগবৎ-কথা-শ্রবণ্নচিংবদা শ্রদ্ধা লৈবগী-দমক্নী ; অদুগা আজ্ঞায়ৈবমিত্যাদি শ্লোকসীনা কর্ম্ম থাদোকউ হায়বগী মরম্না শাস্ত্রনা তাকপা নিত্য-নিমিত্তিক কর্ম্মগা লোয়ননা শ্রবণকীর্ত্তন্নচিংবগী দোষ-গুণ-বিচার তৌবদুনী। অনীসীগী খেন্নবা য়াম্মী। শ্রবণ, কীর্ত্তন্নচিংবদা লৈবা শ্রদ্ধাসীদা ভগবৎ-সেবাগীদমক থরাইনা তৌনীঙবগী রা অমা উবা ফংঙী : অদুগা দোষ-গুণ বিচার তৌরগা মতৃঙদা শ্রবণ-কীর্ত্তন্নচিংবা তৌবদা থরাইনা তৌনীঙবগী রা য়াঙবা উদে, তৌফম-থোকপা মথৌনী হায়না তৌবগী রাদমক উবা ফংঙী। থরাইনা তৌনীঙনা তৌবা সেবাগা মথৌ ওইবগীদমক্তা তৌবা সেবাগা অনীসী য়াম্না খেন্নৈ। থরাইনা তৌনীঙনা তৌবা সেবাদগীদি তৌফম-থোকপা মথৌনী হায়না তৌবসীনা বাহ্যনী ( মপাঙ্গোঙগী শাক এই )। সেবা মখল অনীসীদা সেবক অনীদুগী পুকচেল খেন্নবদুনা রায় রামানন্দনা হায়বা স্বধর্ম্মত্যাগবু বাহ্যনী হায়রিবনী ; মথৌ ওইবগী তৌফম থোকপনী হায়বা রাখন্দা তৌবা সেবাগী পুকচেল্লা শোকপদগী শ্রবণ কীর্ত্তন্নচিংবা-শুদ্ধাভক্তিগী অঙ্গ পূন্নমক বাহ্য ওইখিবনী।

**সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য**—নচিংবগী শ্লোকসীদসু জীবগী স্বরূপ-কী ভুংইনবা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবা হায়বদুগী অকায়বা ওইবা পুকচেল মতা অমা উবা ফংঙী। মদুদি অসীনী। গীতাগী **সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য**—নচিংবা শ্লোকসীগী তাৎপর্য্যদি ( তৎ-য়োবা রাদি ) অসিগুম্বনী মদুদি—শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা হায়রম্মী, "নঙ ধর্ম্ম পুন্নমক পুঙথা থারগা ঐঙোন্দদা চঙজো-ও ( শরণাগত ওইয়ু )। মতৌ অসুম্না ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোকপগীদমক নঙগী করিগুম্বা পাপ ওইনী হায়না চিংনরবোইদি, অসীমসু হায়গে, পাপ অদুনীদমক নঙ করিমতা কিগনু, ঐনা নঙবু পাপ পুন্নমক্তগী কনগনী।” শ্লোকসীগী অরোয়বা ভংথাইদা শ্রীকৃষ্ণগী অভয়বাণী ( কিদনবা রা ) তাক্নবা

মীনা মপূক্লীডদা খন্‌বা য়াই, "হোয়নে, শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু পাপ পূম্নমক্তগী নাম্থোকহল্লবদি ঐ ধর্ম্ম পূম্নমক থাদোক্‌লা মঙোন্দা চঙজবা ওম্মী।" মসিদগী খঙবা ওম্বদি অসীনী মঠুদি—অসিগুম্ব: স্বধর্ম্ম-থাদোকপদা "ইপাগী নাম্থোক্কবা," ইছাগী অরাবা-কোক্লমবগী অপাম্বা অমা য়াওরে। মরমঠুনা মসীনা অন্যাভিলাষিতাশূন্য (অতৈঞ্বা-পাম্বা-য়াওদবা) হায়বঠুদি ওইদ্রে: মরমসীনা উত্তমা ভক্তি কহিনো হায়নরকপদা সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য-না তাক্‌পা থাদোক্‌পসী বাক্স ওইবা পোঙনী।

প্রভুনা স্বধর্ম্মত্যাগবু পাহনী হায়রবদা রায়না হায়রম্মী—"তবে জ্ঞান-মিশ্রা ভক্তিই সাধ্যসার—জ্ঞানগা তিন্নবা ভক্তিতুমক্লা সাধ্যসার-নী।"

**জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি**—জ্ঞানগা তিন্নবা ভক্তি। জ্ঞানগী অঙ্গ অহুম্নী—তৎপদার্থগী ( পরতত্ত্ব হায়বদি ভগবত্তত্ত্বগী ) জ্ঞান, ত্বংপদার্থগী জ্ঞান ( জীবগী স্বরূপকী জ্ঞান, জীবগা ব্রহ্মগা লৈনরিবা সম্বন্ধগী জ্ঞানসু অসীগী মতুং চল্লে ), অমুগা অনীসীগী ঐক্য জ্ঞান ( জীবগা ব্রহ্মগা অমতনী হায়বা )। ইকোন্-কোন্‌বা অঙ্গতু, হায়বদি জীবগা ব্রহ্মগা অনীসী অমত্তনী হায়বগী জ্ঞানতু ভক্তিবিরোধী নী ( ভক্তিগী অকায়বনী ) : মরমদি অসিগুম্বা ঐক্যজ্ঞানগী মথা পোন্‌বনা জীবগা ব্রহ্মগা অনীগী স্বরূপকী তুংইনবা সম্বন্ধগী (সেব্য-সেবক ওইবা ভাব অমুগী) জ্ঞান পোক্‌পা ঙমদে। অহানবা অঙ্গ অনীসী, হায়বদি ব্রহ্মতত্ত্বগী মত্রগা ভগবত্তত্ত্বগী জ্ঞান অমসুং জীবতত্ত্বগী জ্ঞান লোয়নননা অনীগী স্বরূপকী ওইবা সম্বন্ধ ( সেব্য-সেবক ওইবগী জ্ঞান ) ভক্তিবিরোধী নত্তে। নৈনরিবা পয়ারসীদা হায়বা জ্ঞান শব্দগী অপাকপা অর্থ লৌরগদি জ্ঞানগী অঙ্গ অহুমসীগা তিন্নবা ভক্তিবু জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি কৌরিবনী হায়না খন্‌বা য়াই। ভক্তিগা লোয়নন্নবদি জ্ঞানমার্গগী সাধন-তনা ( হায়বদি জীবগা ব্রহ্মগা অনীগী ঐক্যজ্ঞান ওইবা সাধন-তনা ) মরম্নাই ফল সাযুজ্য-মুক্তি পীবা ঙমদে। "কেবল-জ্ঞান মুক্তি দিতে নারে ভক্তি বিনে॥ ২/২২/২১॥" মরমসীনা মুক্তি পাম্বা মীগী জ্ঞানমার্গগী সাধনগা লোয়নননা ভক্তিগী মতেঙ চঙঙী। অসিগুম্বা জ্ঞানমার্গগী সাধনগা তিন্নবা ভক্তিতু জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনী। অমুক, ভক্তিমার্গগী সাধন তৌবা মীতাপিংগী মরক্তা কনা কনাগুম্বনা ভগবত্তত্ত্বজ্ঞান, জীবতত্ত্বজ্ঞান, মত্তুগী তুংতাবা ওইনা জীব অমসুং ভগবানগী লৈনরিবা সম্বন্ধগী জ্ঞান, মায়াতত্ত্বগী

জ্ঞান অসিনচিংবা ভক্তিগী বিরোধী ওইদবা জ্ঞান ফংননবা হোৎনববুসু মরু ওইবনী হায়না খল্লী। মখোয়সীনা তৌবা ভক্তি-অঙ্গগী সাধনগা লোয়ননা জ্ঞান তিন্নরা লৈ; মরমসীনা মখোয়সীগী ভক্তিবুসু জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি কৌবা য়াই। নৈনরিবা পয়ারসিদা মথক্কী জ্ঞানমিশ্রাভক্তি মথল অনীমক্কী রা হায়রিবনী হায়নসু খন্বা য়াই। অতুর রায় রামানন্দনা মছামক্কী উক্তিসি সৌগৎনবা হায়ছুনা গীতাগী **ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা**-নচিংবা শ্লোক অমা লৌখৎলিবা অতুদি জীব-ব্রহ্ম অনীগী ঐক্যজ্ঞান ওইবা বিষয়-গীনী হায়বতু শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্য, শ্রীপাদ শ্রীধরস্বামী অমসুং শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী টীকাশিংদগী খঙবা ঙম্মী। নৈনরিবা পয়ারসীদা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি গী মনুঙ-চন্বা জ্ঞান শব্দসী জীব ব্রহ্ম অনীগী ঐক্য-জ্ঞানতুংবুনী হায়না রায়-রামানন্দনা হায়রিবমাল্লে হায়না খল্লী। নত্রগদি মথক্কা পন্খিবা মখল অনীগী জ্ঞানতুদবু মহাক্না হায়বা ওইরগদি তৎপদার্থ অমসুং ত্বংপদার্থগী জ্ঞানগা য়ান্শন্নবা ভক্তিগী মরমদা করিগুম্বা প্রমাণ-শ্লোক পল্লুহুনা কাম্নদে হায়না রায়-না হায়রমগনী—অসুম্না খন্বা তাবনী।

জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা উত্তমাভক্তি ওইরকপা য়াই হায়বগীদমক স্বধর্ম্ম-ত্যাগগী রা হায়রবা মতুঙদা রায়-রামানন্দনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিগী রা পন্খিবনী। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা উত্তমা ভক্তিদা ওন্থৎলকপা য়াই হায়ব-সীগী প্রমাণ ওইনা মখাদা গীতাগী শ্লোক অমা লৌখৎতুনা হাপ্লী।

মূল ৬৫

ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি।
সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্ ॥ ৬৫ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মভূতঃ—ব্রহ্মগীস্বরূপ ফংলবা; প্রসন্নাত্মা—পেল্লবা আত্মানা মাগী ওইবা; ন শোচতি—(নৈরম্লগা মাঙখ্রবা পোৎকীদমক) ৱাদে; ন কাঙ্ক্ষতি—(ফংদ্রিবা পোৎ ফংননবগীদমক) পাম্বসু তৌদে; সমঃ—মান্নরা চৎপা; সর্ব্বেষু ভূতেষু—জীব পুম্নমক্কী মফমদা; মদ্ভক্তিং—ঐগী ভক্তি; লভতে—ফংঙী; পরাম্—পুঙথোই-থোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মস্বরূপ ফংলবা পেল্লবা মীতানা মাঙখ্রবা পোৎকীদমক ৱাবিদে

( শোক তৌদে ), করিগুম্বা পোৎ অমা ফংবসু পামদে। মহাক্তি জীব-পুম্নমকপু চপ মান্ননা য়েংহুনা ঐভোন্দা (শ্রীকৃষ্ণদা) পরাভক্তি লৈবতু ফংজে।

### লৈনরোল

**ব্রহ্মভূতঃ**—ব্রহ্মস্বরূপ-ফংলবা। ভক্তিগী মতেঙনা জ্ঞানমার্গগী সাধক-না জ্ঞানযোগদা সাধন তৌবদগী মাগী জড়-উপাধি লৈরক্লবদা, মাগী মায়িক গুণগী অমোৎপা লৈরক্লবদা, মাগী দেহ অমসুং দেহগী ওইবা পোত্তা লৈরম্বা অভিমান ( নাপল ) মাঙঙী, মতমত্তুদা অনাবৃত-চৈতন্য ( মায়ানা কুপ্তবা চৈতন্য ) ওইদুনা ব্রহ্মগী রূপ—ব্রহ্মগী স্বরূপ ফংঙী ; ব্রহ্মনা উপাধি-য়াওদবা অনাবৃত-চৈতন্য ওইবগুম্না সাধক অদুসু উপাধি মচেৎ অমফাওবা য়াওদবা অনাবৃত চৈতন্য ওইরে। অসুম্না ওইবা মতমদা মহাকপু ব্রহ্মভূত হৌয়ি।

**প্রসন্নাত্মা**—প্রসন্ন (পেল্লবা) আত্মানা মাগী ওইবা ; করিগুম্বা জড়-উপাধি লৈত্রে হায়দুনা, করিগুম্বা প্রাকৃত গুন্না মোৎহনবা ঙমদ্রে হায়দুনা মহাক্কী চিত্ততু প্রসন্ন ওইরে। মতৌ অসুম তৌবনা, হায়বদি দেহগা দেহগী ওইবা পোৎ অমতদা অভিমান ( নাপল ) লৈত্রে হায়দুনা মহাক **ন শোচতি**-হান্নগীগুম্না মাঙথবা পোৎকীদমক শোক তৌদে ( ৱাদে ) অমসুং **ন কাঙ্ক্ষতি**—ফংদবা পোৎ ফংননবগী আকাঙ্ক্ষাসু ( অপাম্বা ) লৈত্রে। দেহ অমসু দেহগী পোৎতা ঐগীনী হায়বা অভিমান লৈরবগদি মীওইবনা মাপানগী পোৎ থি ; মরমদুনা মহাক্না অঙাঙ মচা অমগুম্না **সর্ব্বেষু ভূতেষু সমঃ**—অফবা ফত্তবা, উত্তম অধম, ভদ্র ওইবা ওইদবা জীব পুম্নমকপু চপ মান্নে হায়না খল্লী ; জীবশিংগী মরক্তা খেন্নবা লৈবতু মানা মাপাণগী পোৎ থিবা নত্রবনীনা মপুক্কীওদা খল্লুদে। অসিগুম্বা ফীভমসী সাধক অদুগী ওইরবা মতমদা করিগুম্বা লাইবক ফবদগী শুদ্ধ-জ্ঞানমার্গগী সাধনাঙ্গতু তৌদ্রবদি, জ্ঞানমার্গগী সাধনাঙ্গতু মাঙথ্রবদি, ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বতু থিবা তোক্লবদি—সাধনগী মতেঙ ওইনবা তৌখিবা ভক্তি অঙ্গতু থোইনা হেন্না তেকৃখৎলক্তুনা লংত্রিক লংনা থোরকৃয়ি। মাগী ভক্তি-অঙ্গ অসী হান্নদি জ্ঞানমার্গগী সাধনগী আনুষঙ্গিক ওইনদ লৈরম্বনা, ময়াঙ কংনা ( ক্ষীন ওইনা ) লৈরম্মী ; অদুবু মৃগ মকুগা তোৎননা লৈবা সনা-মকূপশিংতু অহান্‌বদা উবা ফংদ্রবসু মৃগ মকৃতুনা পুম্থরক্তুনা মাঙথ্রবসু সনা-মকৃপ অতুদি মাঙদে, মাঙবগী মহুত্তা মাগী অরঙবতুনা ময়ামগী মিৎয়েং চিংশল্লী ;

মতৌ অতুগুম্না, জ্ঞান-বৈরাগ্যনচিংবগা লোয়নরুবা ভক্তিহু অহান্‌বদা ৱাংনা ঙাল্লম্নবস্তু ব্রহ্মভূতঃ-প্রসন্নাত্মা ওইবা মীগী নির্ভেদব্রহ্মানুসন্ধান ( ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়রবহু ) মাঙখ্রগদি ভক্তি অহুমতা লেমহৌহুনা পুঙলং লংলকয়ি। ভক্তিদি স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিবিশেষনী (নাওং অমনী)—মরমহুনা অনশ্বরা-নী ( মাঙদবীনী, মতমপূম্বগীনী ) ; মরমহুনা ব্রহ্মস্বরূপ-ফংলবা মীগী বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা মাঙখ্রবস্তু ভক্তিদি মাঙদে, ভক্তিসী মতমহুদা জ্ঞান কর্ম্ম-নচিংবগী মমিনা শোক্রুবনীনা য়াম্না থুনা হেঙ্গৎলক্তনদা লৈখৎলক্লবা মরঙ অহু ফংহুনা পরাভক্তি—প্রেমলক্ষণা ( প্রেমতনা শক্লাইবা ) ভক্তি ওইখৎ-লক্তনা সাধকপু মহৈ য়াল্‌হল্লী।

জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা অথোইবনী হায়বসী প্রমাণ তৌননবা হায়হুনা রায় রামানন্দনা শ্লোকসী লৌখৎপনী।

## মূল ৬৬

প্রভু কহে —এহো বাহ্য, আগে কহ আর।
রায় কহে— জ্ঞানশূন্যা ভক্তি সাধ্যসার ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে —প্রভুনা হায় ; এহো—মসীস্তু ; বাহ্য—মাপান্‌গী ৱানী ; আগে—মথঙদা ; কহ—হায়থরক্‌খো ; আর—অতৈ ; রায়—রায় রামা-নন্দনা ; কহে—হায় ; জ্ঞানশূন্যা ভক্তি—জ্ঞানগা লোয়নদবা ভক্তিনা ; সাধ্যসার - সাধ্য মচিনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রামানন্দগী ৱা তারগা) প্রভুনা হায়রম্মী— মসীস্তু মাপান্‌গী ৱানী ; মথঙ করি লৈরি হায়য়ু। মতুদা রায়না হায়রম্মী—জ্ঞানগা লোয়নদবা ভক্তিনা সাধ্যসার-নী।

## নৈনরোল

করিগীনো প্রভুনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিবু বাহ্য-নী হায়রিবা ? মমাঙগী ২/৮/৬০ পয়ারগী টীকাদা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি মখল অনীগী ৱা হায়খ্রে। পয়ার অসীদনা প্রভুনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি মখল অনীহুবু বাহ্যনী হায়রে। মহু হায়রিবদো করিগীনো ? মহু তোঙান্‌-তোঙান্না নৈনরি।

অহানবদা জীবগা ব্রহ্মগা অমতনী ( ঐক্যজ্ঞান ) হায়বদুগা লোয়নবা ভক্তিগী বাহ্য নৈনম্বী। জ্ঞানমার্গগী সাধনগা লোয়নবা ভক্তিদি জ্ঞানমার্গগী সাধনগী তেঙবাঙবী ওইনদা লৈ; মাগী মথৌদি জীব ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞানগী রাখন্দুনবু মইহে য়াল্হনবনী, অতৈ থবক অমা মাগী লৈতে। জাত্তাসীগী জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা সাযুজ্য-মুক্তি ফংঙী; অদুবু সাযুজ্যমুক্তি সীগী সাধনজ্ঞানমিশ্রা ভক্তিদি জীব-ব্রহ্মগী সেব্য-সেবক ওইবা ভাবকী মশক ওইবা সম্বন্ধজ্ঞানদু পোকপগীদি অকায়বা (প্রতিকূল) অমা ওই। মরমসীনা প্রভুনা মসীবু বাহ্য-নী হায়রম্বনী। মতাঙসীদা রা অমগা খন্নজাই লৈ। লৌখৎলিবা **ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা**-নচিংবা গীতা-শ্লোকসীদগী খঙবা য়াবদি—ব্রহ্মভূত প্রসন্নাত্মা ওইবা মীদি পরাভক্তি ফংবা য়াই হায়বি। পরাভক্তিদি প্রেমলক্ষণা ভক্তিনী। প্রেমলক্ষণা ভক্তিসী ( প্রেম-না শক্তাকপা ভক্তিসী ) ফংলবোইদি জীবগা ব্রহ্মগা লৈনরিবা সম্বন্ধ খঙবদু মপুঙফারকয়ি; মসীনীদো জীব-স্বরূপক লোয়ননা স্বরূপকী ওইবা সম্বন্ধনা থোইদোক্লবা সাধ্যবস্তুদি। মরমসীনা পরাভক্তিসীবু বাহ্য-নী হায়ফম থোক্তে। প্রভুনা পরাভক্তিবু দ বাহ্যনীয় হায়রমদে; জ্ঞানমিশ্রাভক্তিদুবুতা বাহ্য-নী হায়রম্বনী। অদুব **ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা**—শ্লোকসীদগী খঙবা য়াবদি—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিগী সাধন তৌবনা ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ওইরবা মীদি পরাভক্তি ফংঙী হায়রবসীনী। মসাদা খনবা য়াবদি অসীনী মদুদি—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা পরাভক্তি ফংনবগী উপায়নী নত্রগা, জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিদুমক্তা পরিণামদা ( মমূন-ফারবদা ) পরাভক্তি ওই। অদু ওইরবদি জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিবু বাহ্যনী হায়রিবা করিগীনো? শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা মথক্তা পল্লিবা গীতা-শ্লোকসীগী টীকাদা হায়রম্বা অদুদগী রাহংসীগী পাউখুম ফংঙী। টীকাদা মহাক্না হায়রম্মী—মায়িক উপাধি মাঙখ্রগা জীবনা ব্রহ্মভূত ( হায়বদি অনাবৃত-চৈতন্য ব্রহ্মরূপ ) ওইরবা মতমদা মহাক প্রসন্নাত্মা ওই ( হায়বদি হান্নগুম্না মাঙখিবা পোৎকীদমক বারম্বগুম রাদ্রে, ফংদবা পোৎ ফংননবগী আকাঙ্ক্ষাসু লৈত্রে অমসুং (বাহ্যানুসন্ধান—মাপান্থোংগী পোৎ থিরুবা লৈত্রে—হায়দুনা) অঙাঙমচাগুম্না অফ-ফত্ত পোৎ পূম্ববু চপ মান্ননা য়েংলে। মতমদুদা শীঙ-য়াওদ্রবা মৈগুম্না ( জীব-ব্রহ্মগী-ঐক্য ) জ্ঞান নেম্থঙ্রগদি, হান্নগী জ্ঞান-সাধনগী মতুং-চনবা শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবগী মশক ওইবা স্বরূপশক্তিনা ওই-রকপা ( মরমদুনা মাঙলরোইদবা ) ভক্তিদুদমক লৈহৌরগনী। অহানবদা

মুক্তি ফংহন্নবগী ওইরম্বা সাধন-তূবু মহৈ য়াল্‌হন্নবগীদমক অংশ ওইনা লৈরম্বা ভক্তিদুবু ভূত পুম্নমক্তা লৈবা অন্তর্য্যামীবু উপলব্ধি শেংনা তৌদবগুম্না লৈ হায়বা শেংনা খঙলমদে। হৌজিক্তি সাধক অদুনা ব্রহ্মভূত ওইরবনীনা জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান চিন্তা তৌব্রবসু য়ারবনীনা নত্রগা চিন্তা তৌননবা তাল লাক্রুবনীনা চিন্তাদু শান্ত ওইরকপা হায়বদি মাঙখ্রবা মতমদা লৈহৌবসী ভক্তি অদুদা মঙায়হৌরে। ভক্তিদি মায়াগী পোৎ নত্তে হায়দুনা মুৎপা-মাঙবা লৈত্রিবনী। ভক্তিদুবু সাধক-না ফংজে। হান্নদি অতোপ্পা পোৎকা ( ঐক্যজ্ঞান-চিন্তাগা ) লোয়নরম্মী হায়দুনা অদুক হান্না উরমদবা অদু, হৌজিক্তি অতোপ্পা পোৎ লৈত্রবনা কেবল ভক্তিতমক লৈহৌরবনা ইলায় লায়না মাবু ফংবা য়ারে। মরমসীনা শ্লোক-তা "অনুষ্ঠান তৌয়ি" হায়দুনা "লাভ" ( ফংবা ) তৌয়ি ( লভতে ) হায়না হায়রিবনী। অসিগুম্বা অবস্থাদা হাইরপ মপুঙফাবা প্রেমভক্তি ফংবদু ওইথোকয়ি। "সম্পূর্ণায়াঃ প্রেমভক্তেস্তু প্রায়স্তদানীং লাভসম্ভবোঽস্তি" শ্লোকসীগী মতাঙদা চক্রবর্ত্তিপাদগী উক্তিগী তাৎপর্য্যদি অসীনী।

অহানবদা জীবব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞানগা তিন্নরম্বা, কোন্তংদা নাইতোমতারকপা ভক্তি অদুগুম্বগী রাদু চক্রবর্ত্তিপাদনা মহাক্কী টীকাদা হায়রম্বনী। মহাক্না অমূক্তা হায়রম্মী মদুদি—হান্ননদি অংশ ওইনা তিল্লম্বা ( মরমদুনা তটস্থা নত্রগা নিরপেক্ষ। ( neutral ) ওইনা জ্ঞান সাধনগী ফল পীননবগীদমক্তা লৈরম্বা ), মদুনা ( ভক্তি অদুমক্তা ) স্বতন্ত্রা ( তোঙান্নাবা ) ওইনা হাইরপ মপুঙ ফাবা প্রেমভক্তি ওইনা ভস্থরকপদি ওইথোকয়ি। মসীগুম্বা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিদি লেপ্পমক বাহনী হায়বদা করিমতা চিংননঙাই লৈতে। মরমদি, চক্রবর্ত্তিপাদনা হায়রম্মী—অসিগুম্বা ভক্তিগী মতাঙদদি সাধকনা সম্পূর্ণা ( মপুঙ ফাবা ) প্রেমভক্তি ফংবগী ওইথোকপা য়াই হায়বদুদনী—মদুসু হাইরপ্তনী ( প্রায়শঃ )। শোয়দ্রবনী হায়নদি মহাক্না কদৌডৈদা হায়রমদে। শোয়দ্রবনী হায়না হায়রমদবগী মরমসু লৈ। সাধকনা ব্রহ্মভূত ওইরগদি জীবব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান রাখন মাগী লৈরম্বদো মাঙখিবা য়াই; অদুবু হান্না তটস্থা ওইনা লৈরম্বা ভক্তিদু কনখৎলকনী হায়বগী অরেপ্পা লৈত্তে, অরেপ্পা লৈরম্নবদি ভক্তিগা লোয়নবা জীব ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান-চিন্তাবু সাযুজ্য-মুক্তিগী সাধন ওই হায়না হায়রম্লোইদৌবনী, প্রেমভক্তি ফংননবগী

সাধনমক্কী হায়না হায়রমগদবনী। ফীভম অসীদা তটস্থা ভক্তিনা কনখৎলরুপা য়াই করিগুম্বা সাধক অদুনা কনাগুম্বা পরম-ভক্ত মহাপুরুষ অমগী রুপা ফংবা ওয়রবদি ; মত্রগদি কন্খৎলরুপা য়ারোই। অদুবু অসিগুম্বা মহৎরুপা ফংগনী হায়বগীসু অরেম্বা লৈতে। মগ্রগা করিগুম্বা লাইবক ফবদগী সাধন তৌরিঙৈ মনুংদা সাধক অদুগী চিত্তদা অকনবা ভক্তিবাসনা পোক্লবা য়াই, মদু ওইরবসু জানগা লোয়নবা তটস্থা ভক্তিদুনা স্বতন্ত্রা (তোঙাম্বাবা) ওইরগদি সাধক অদুবু মহৈ য়ালংহনবগীদমক কনখৎলরুপসু য়াই ; অদুবু অসিগুম্বা অকনবা (তীব্র) ভক্তিবাসনা পোক্নবা হায়বগীসু অরেম্বা লৈতে। মরমসীনা ওইবা য়াই চক্রবর্ত্তিপাদনা প্রেমভক্তি ফংবদু ওইক্লোকপা য়াবগী রাদমক হায়রম্বা লেপ্নমক ফংগনী হায়রবনি মহাক হায়রমদে। অরেম্বা লৈতবনীনা ভক্তি জাত্তাদো নাক্লমী।

অসীগুবদা। হৌজিক তৎ-পদার্থগা ত্বং-পদার্থগী জ্ঞানগা থেংনবা ভক্তিগী রা থন্নবী। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী "জ্ঞান বৈরাগ্যয়োর্ভক্তিপ্রবেশায়োপযোগিতা। ঈষৎ প্রথমমেবেতি নাঙ্গত্বমুচিতং তয়োঃ ॥ ১/২/২৫০॥"—শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীপাদজীবগোস্বামীনা ইরম্মী—"জ্ঞানমত্র ত্বম্পদার্থবিষয়ং তৎপদার্থবিষয়ং তয়োরৈক্যবিষয়ঞ্চেতি ত্রিভূমিকং ব্রহ্মজ্ঞানমুচ্যতে। তত্র ঈষদিতি ঐক্যবিষয়ং ত্যক্ত্বা ইত্যর্থঃ। বৈরাগ্যঞ্চ ব্রহ্মজ্ঞানোপযোগ্যেব তত্র চ ঈষদিতি ভক্তিবিরোধিনং ত্যক্ত্বা ইত্যর্থঃ। তচ্চ তচ্চ প্রথমমেব ইতি অন্যাবেশ পরিত্যাগ মাত্রায় তে উপাদেয়ে তৎপরিত্যাগেন জাতে চ ভক্তিপ্রবেশে তয়োরকিঞ্চিৎকরত্বাৎ। তদভাবেনয়া ভক্তিবিচ্ছেদকত্বাচ্চ।" শ্রীজীবগী উক্তিসীগী (মরমদুনা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী মথক্তা পল্লিরা শ্লোকসীগীসু) তাৎপর্য্যদি অসীনি মদুদি—অহানবা মতাংদা অতোপ্পা পোত্তা পূর্ব্বোক্ত থিংজনবা (আবেশ) অদু কোকহন্নবগীদমক ভক্তিগী বিরোধী ওইদবা (জীবতত্ত্ব-ভগবৎ-তত্ত্বনচিংবা বিষয়গী) জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য খজিক্তি মকাম্নে ; অদুবু অতোপ্পদা চংবা আবেশ থাদোকপগী ফল ওইনা ভক্তিদা চঙবা ফংলগদি ভক্তিগী বিরোধী ওইদবা অদুগুম্বা জ্ঞানগা বৈরাগ্যগা করিমতা কাম্নদ্রে। মতমদুদা মদু পুম্নমক কৈছু-লৈতবনী হায়না খল্লকুনী। থোক্লিদোক-হেন্দোকনা মতমদুদা বৈরাগ্যগী রা, মত্রগা জীবতত্ত্ব-ভগবত্তত্ত্বগী রা খল্লুরগসু ভক্তিগী নিম্লি পোক্লনী।

মথক্তা হায়রিবা আলোচনাসীদগী শঙবা ঙম্বদি অসীনী মদুদি—ভজন-দা চঙডুনষ্ট্র কনাগুম্বনা তত্ত্ব অতৈ মথল মথা নৈনদুনা লৈথোক্লুরবদি ভজনগী ওইদবা থবক্তা মহাক্কী মতম অরেম্বদা মাঙগনী, মদুদসু নত্তে; অস্তুম অস্তুম তত্ত্ব-আলোচনাদা মাগী আবেশ ওইবসু য়াই। মতৌসুম্না আবেশ ওইরবদি তত্ত্ব-আলোচনাতুবু মাগী ভজন-গী থাদোকপা-য়াদ্রবা অঙ্গ ওইনা খঙংলকপসু য়াই। মকমদুদা তত্ত্ব-আলোচনাসিনা মাগী ভজনগী থিম্নি চাংনাইনা ওইরক্কনী। অসিগুম্বা তত্ত্বজ্ঞান পাম্বগা লোয়নবা ভক্তি-মার্গগী সাধন অদুদি ভক্তিগী থিম্নি পোকপনী হায়দুনা মরমদুনা জীব-ব্রহ্মগী সম্বন্ধজ্ঞান ওইখংলকপদা বিরোধী ওইদ্রবসু ভক্তিবু য়োকখৎপদি নত্তে হায়দুনা অমসুং মদুনা সম্বন্ধজ্ঞান চাওখৎপগী মপৃঙ ওইনা চঙগদবা নত্তে হায়দুনা প্রভুনা মসীবু বাহ্য-নী হায়রম্বনী।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, প্রভুগী য়া তাদগা রামানন্দরায়না হায়রম্মী, "জ্ঞানশূন্যা ভক্তিদুমা সাধ্যসার-নী।"

জ্ঞানশূন্যা ভক্তি—জ্ঞানগা মরী-লৈনদবা ভক্তি। জ্ঞানা হায়ব্রে—জ্ঞানগী অঙ্গ অতৈম লৈ হায়না, মদুদি—ভগবত্তত্ত্ব জ্ঞান, জীবতত্ত্ব জ্ঞান অমসুং জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান। মমাঙগী পয়ারদা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিগী বা তাদ্রবদা অঙ্গ অতৈমগা লোয়নবা ভক্তিগী বাতুমক হায়ব্রে। অদুবু ভক্তিগা লোয়ননা জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান য়ানবা মরম্না মদু জীব-ব্রহ্মগী সম্বন্ধ জ্ঞান থুগায়রকপদা নাওঙ ওইদে হায়দুনা প্রভুনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিবু বাহ্য-নী হায়রম্মী। মতু তাবদা রায়-রামানন্দনা জ্ঞানগী অঙ্গ অহুমগা মরী লৈনদবা (জ্ঞান শূন্যা) ভক্তিগী বা হায়রম্মী। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিদগী জ্ঞানশূন্যা ভক্তিনা হেনবদি অসিনী, মদুদি জ্ঞানশূন্যা ভক্তিদা ভগবান্ (নত্রগা ব্রহ্ম) অমসুং জীবগগী মরক্তা লৈবা সেব্য-সেবক-সম্বন্ধগী বিরোধী ওইবা জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞানগা তিন্নবদু য়াওদে অমসুং ভক্তিগী থিম্নি-পোক্কহনবা ভগবত্তত্ত্ব, জীবতত্ত্বনচিংবগী জ্ঞান থিজন্নবগীদমক য়াম্না খোরাংবগী তিন্নবদুসু য়াওদে। রায় রামানন্দনা মাগী উক্তিসী য়োকথংনবা হায়দুনা শ্রীভাগবতম্‌দগী জ্ঞানে প্রয়াসমুদপাস্য-নচিংবা শ্লোক অমা লৌথংলম্বদুদগী শঙবা ঙম্মী, মদুদি জ্ঞানশূন্যা ভক্তিদা সম্বন্ধজ্ঞান-বিকাশ ওইনী হায়বগী অরেপ্পা অমা য়াওরি।

## মূল ৬৭

তথাহি ( ভাঃ—১০/১৪/৩ ) -

জ্ঞানে প্রয়াসমুদপাস্য নমন্ত এব
জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদীয়বার্ত্তাম্ ।
স্থানে স্থিতাঃ শ্রুতিগতং তনুবাঙ্মনোভি-
র্যে প্রায়শোঽজিত জিতোঽপ্যসি তৈস্ত্রিলোক্যাম্ ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

জ্ঞানে—জ্ঞান-বিষয়দা ; প্রয়াসং—হোৎনবা ; উদপাস্য—পূৎথো থাদোক্তুনা ; নমন্ত—মপূঙফানা কথোক্তুনা ; এব - লেপ্পমক ; জীবন্তি—হিংলি ; সৎ-মুখরিতাম্ - সাধুশিংগী চীন্দগী থোরকপা ; ভবদীয়—অদোমগী ; বার্ত্তাম্—ৱা ; স্থানে-স্থিতাঃ—সাধুশিংগী মফমদা লৈরিবা ; শ্রুতিগতাং—নাকোঙদা চঙলকপা ; তনুবাঙ্মনোভিঃ—হকচাঙ, ৱাহৈ অমসুং পূক্নীঙনা ; যে—মখোয় ; প্রায়শঃ—রোম ; অজিত—কনামত্তনা জয় তৌহৌমদ্রবা হে প্রভু ; জিতঃ—ঙমখ্রবা ; অপি—সু ; অসি—ওই ; তৈঃ—মখোয়না ; ত্রৈলোক্যাম্—মরোল অহুমদা ( লোক অহুমদা ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গংলম্মী—"হে অজিত ( অহোম্বনা জয় তৌবা ঙমদবা ইবুংঙো ) । নঙগী স্বরূপ অমদি ঐশ্বর্য্য-নচিংবগী মহিমা বিচার তৌনবগীদমক ( নত্রগা স্বরূপ-ঐশ্বর্য্যগী জ্ঞান ফংননবা হায়দুনা ) মচেৎ অমফাওবা হোৎনদনা ( তীর্থ-চৎপনচিংবা তৌদ্রবসু ) সাধুশিংগী লৈফমদা লৈদুনা সাধুশিংগী মুখদগী থোরকপা অদুগা অদুম মথন্তনা নাকোঙদা চঙলকপা নঙগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী ৱাবু, নত্রগা নঙগী ভক্তশিংগী চরিত-কথাবু পূক্নীঙ-হকচাঙ-ৱাহৈনা লৌশন্দুনা পুন্সী লেল্লিবা মখোয়দুনা মরোল-অহুমদা নঙবু অয়াম্বা থূদূম চল্লী ।

## তৈনরোল

জ্ঞানে—জ্ঞানগী মরমদা ; ভগবান্‌গী স্বরূপ-ঐশ্বর্য্য-মহিমা-নচিংবগী বিচারদা ( শ্রীজীবগোস্বামীকৃত বৈষ্ণবতোষণী ) । ভগবান্‌গী স্বরূপকী জ্ঞান,

ঐশ্বর্য্যগী জ্ঞান, মাধুর্য্যগী জ্ঞান-অসিনচিংবা ফংনবগী **প্রয়াসং উদপাস্য**—হোৎনবদু পুণ্ডতোক তোত্তুনা ; খজিত্তফাওবা হোৎনদদুনা ; ভগবত্তত্বনচিংবা খণ্ডনবা শাস্ত্র নৈনববু মরু ওইবা থবক্কী হায়বা খন্দদুনা **স্থানে স্থিতাঃ**—সাধুশিংগী লৈফমদা লৈদুনা ; তীর্থ চৎপনচিংবা অরাবশিংদু তৌরুবা তোত্তুনা সাধুশিংগী মনাক্তা লৈদুনা (শ্রীজীব) **সম্মুখরিতাঃ**—সং হায়বদি সাধুশিংগী চীন্দগী থোরক্পা। ওইদবা-ভাঙদনচিংবা অদুগা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী ঈরাংনচিংবা থাদোক্কবগীদমক অয়াম্বা মতমদা মৌনব্রত (রা ভাঙদবগী ব্রত) লৌরবা সাধুশিংদুবুসু র ভাঙহল্লিবা অদুগা সাধুশিংদুগী মনাক্তা লৈরুবদগী মছানা অত্তম **শ্রুতিগতাং**—নাকোঙদা চঙ্ঙী ( সং হায়বদি সাধুশিংগী মনাক্তা লৈরগদি মখোয়না ভগবৎ-কথানচিংবা নৈনবা মতমদা কথা অত্ত মছানা অত্তম নাকোঙদা য়ৌয়ি—শ্রুতিগত ওই ; মতৌ অসিগুম্না সাধুশিংগী চীন্দগী থোরক্লগা মছানা অত্তুম নাকোঙ মনুঙদা চঙ্ঙী ), **ভবদীয়-বার্ত্তাং**—ভবদীয় ( নঙগী - ভগবানগী ) বার্ত্তা ( কথা ), ভগবৎ-কথা, ভগবানগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী রা, নত্রগা ভবদীয় ( নংগী লন্নাই ওইবা মীশিংগী ভগবদ্ভক্তশিংগী ) বার্ত্তা ( কথা ), ভক্তচরিত **তনুবাঙ্মনোভিঃ**—তনু ( হকচাঙ ), বাক্য ( রাহৈ ) অমসুং মন ( পুক্নীঙ ) অদুনা পুক্নীঙ-হকচাঙ-রাহৈ অদুম চঙনা **নমন্ত এব**—খুরুমদুনা, সংকার তৌদুনা, কথা শ্রবণ তৌরিবৈদা শ্রদ্ধাগা লোয়নননা খুৎলোন্নদুনা থম্বদু হকচাঙনা তৌবা সংকারনী, নাকোঙনা তারিবা রাদুবু বাক্যনা ( রাহৈনা ) য়াবা ফোঙদোকপা নত্রগা থাগৎপদুনা বাক্যনা ( রাহৈনা ) তৌবা সংকারনী ; ভগবৎকথাশিংদুবু থাজবা অদুগা পুক্নিংদা রা পুম্নমক্তু খন্দুনা লৈবনা পুক্নীঙনা তৌবা সংকার নী। মতৌ অসুম্না কায়মনবাক্যনা ভগবৎ-কথাবু সংকার তৌরগা। **জীবন্তি**—লেপ্লিবা মখোয়দুনা ; হিংলিবমতমগীমখৈ অতোপ্পা অরেম্বা থবক্তা মতম মাঙহন্দদুনা মতৌ অসুম্নতা সংকার তৌরগা সাধুশিংগী চীন্দগী থোরকপা ভগবৎ কথা শ্রবণ তৌবা মখোয়দুনা, অতৈনা জয় তৌহমদবা ( খুদুম চনঙমদবা ) ওইরবসু, অতোপ্পা কনামনা নঙবু খুদুম চনবা ঙমদ্রবসু, **ত্রিলোক্যাং**—ত্রিলোক ( মরোল অদুম ) অসীদা **তৈঃ**—মখোয়দুনা ( মথক্তা হায়রিবা ভগবৎ কথা শ্রবণ তৌবা মীশিংনা ) **প্রায়শঃ**—অম্নাম্বদা, থোইদোক-হেন্দোক্না হায়বদি অয়াম্বা মফমদা **জিতঃ অসি**—( নঙসে ) ঙমখিবা ওইয়ে ( নঙবু ঙমখিয়ে )।

শ্লোকসিদগী খংবেদি অসিনী—ভগবানগী তত্বনচিংবা খঙননবগীদমক তোঙাম্না করিগুম্বা অমতা হোৎনদতুনা সাধুশিংগী মনাক্তা লৈরগা সাধু-শিংগী চীন্দগী থোরকপা ভগবানগী কথা অদুগা ভগবানগী ভক্ত-শিংগী চরিত শ্রবণ তৌববু পুন্সীগী অথোইবা ব্রতনী হায়না লৌরিব। মীতাশিংনা ভগবানগী কৃপাদগী ভগবানবু খুদুম চনবা ঙম্মী। শ্লোকসীদা ভগবৎ-কথানা ভগবানবু বশীকরণ তৌনবা শক্তি চেণদগী রা হায়রি। ভগবান্দি ভক্তিতনা বশ লৌয়ি। ভক্তিবশঃ পুরুষঃ ॥ শ্রুতি॥ সাধুগী মুখদগী ভগবানগী কথা শ্রবণ তৌবগী ফল ওইনা শ্রোতাগী (মাকোঙনা তাদিবা মীগী) পুক্নুংদা ভক্তি পোকয়ি, ভক্তিদুনা ভগবানবু বশ তৌবা মরম্না শ্রোতাদুনা ভগবানবু বশ তৌয়ি, মরম অদুনা ভগবান্না শ্রোতাগী চিন্দদা লৈ। ভগবান্ মহাক্মক্না দুর্ব্বাসাগী মফমদা হায়রম্মী– "অহং ভক্তপরাধীনো হ্যস্বতন্ত্র ইব দ্বিজ। সাধুভির্গ্রস্তহৃদয়ো ভক্তৈর্ভক্তজনপ্রিয়ঃ ॥ শ্রীভা ৯।৪।৬৩/" সাধুভক্তশিংনা মহাকপু থম্মোইদা য়োংপগুম্না থম্মী। রসিক (রস-চুপ্পা) মকোক শ্রীকৃষ্ণ পূর্ণতম-স্বরূপ-নী (অরাৎপা-লৈতবনী), অদু ওইনমক্ষু ভক্তবু তৌজমল ফংহন্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তগী প্রীতিরসগী (লুংশিবগী) কাঙ্গাল-নী। প্রীতিরসসিবু মিহৌবদগী মহাক্না মহামক্না পোনগে হায়না ভক্তগী মথা পোম্হোক্য়ি, ভক্তগী প্রেমরসনা পেৎলবা থম্মোইদুবু মহাক্না থাদোক্কীঙদে। ভগবানগী কথা শ্রবণ তৌবতনা অসিগুম্বা প্রেম পেকপা ঙম্মী। মসিদসু উৎলি মদুদি, ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌরগা সেবা-সেবক ওইবগী ভাবনে অদুগা সেবা তৌনীঙবনে—অনীসী পোক্য়ি: সেবা তৌনীঙ-বদু পোক্রুবদি প্রেমশকগী কান্নবা লৈত্রে অদুগা প্রেম পোক্রুবদি ভগবান্না ভক্তগী বশ ওইবগী রাফমদু থোরক্লোই। জ্ঞান য়াম্দবা ভক্তিগী পোই-দোকপা মতৌগী রাদু শ্লোকসীদা হায়রি। ভক্তি অঙ্গসী তৌবা মীদুগী মথা পোন্দুনা ভগবান্না মীদুদা মাগী চরণ-সেবা তৌননবা অধিকার পীনবী। মরম-সিনা জ্ঞান-য়াম্দবা ভক্তিবু **সাধ্যসার-নী** হায়রিবনী— জ্ঞান-য়াম্দবা ভক্তিগী ওইবা সাধ্যদি ভগবৎসেবানী, মদুতনা সাধ্যসারনী। অশেংবদি ভগবৎ-কথা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবনা সাধন-সুনী অদুগা সাধ্যসুনী; সিদ্ধ ওইরবা মতমদা ভক্তনা ভগবানগী পার্ষদ (লোইনা) ওইনা ভগবানগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবা কীর্ত্তন তৌদুনা ভক্ত মহামক্সু আনন্দ ফংঙী অদুগা ভগবানগীসু আনন্দ ফংহল্লী। "কৃষ্ণরূপ, কৃষ্ণগুণ, কৃষ্ণলীলাবৃন্দ। কৃষ্ণের স্বরূপসম সব চিদানন্দ॥"

ব্রহ্মমোহন-লীলাদা (ব্রহ্মাবু শুষ্মাংপা লীলাদা) শ্রীকৃষ্ণবু স্তব তৌবদা ব্রহ্মানা হায়রম্মী—"প্রভু, নঙগী স্বরূপ, ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য, রূপ, গুণ, লীলা-নচিংবগী তত্ত্ব মক্লগা মহিমা খঙবদি ঐগীসু অস্তুগা অতৈ কনা অমগীসু ওইথোক্তে। নঙনা কৃপা তৌবিহুনা কনাগুম্বা অমদা খঙহন্‌বা অহুত্তমক মানা খঙবা ঙম্মী। মহুদগী হেন্না মহাক খঙবা ঙমদে।" রাক্মসীদা হংবা য়াই—অহু ওইরবদি জীবগী করি পাম্বে লৈরি? মতৌ করম্না জীবনা সংসার-ঈপাক লান্‌বা ঙমগনী? মরমদি শ্রুতিনা হায়—"তমেব বিদিত্বাতিমৃত্যুমেতি নান্যঃ পন্থা বিদ্যতেঽয়নায়—সচ্চিদানন্দবস্তুহুবু খঙবা ঙম্লগদা জীবনা সংসার ( হনজন্ হনজন্ পোক্‌পা-শিবা ) অসী লান্‌গদৌরিবনা, অসী নত্তুনা সংসার লান্নবা লম্বী অতোপ্পা অমা লৈত্রে। সচ্চিদানন্দ-ঘন পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বনচিংবসী খঙঙমদবা ওইরবদি জীবনা করম্না সংসারদগী মুক্ত ওইগনী? অসিগুম্বা রাহং থোরক্‌পা য়াই হায়না চিংনহুনা ব্রহ্মানা জ্ঞানে প্রয়াসম্-নচিংবা শ্লোক অহুদা হায়রি—শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বনচিংবা খঙননবা হেৎনত্রবসু জীবনা সংসার লান্‌বা য়াই, সংসার লান্‌না য়াবতা নত্তুনা মাগী মহিমা-খঙঙনদ্রবা অহুগুম্বা ভগবান্‌বু বশ তৌবফাওবা ঙম্মী। মতৌ করম্না? সাধুগী চীন্দগী অতৎ-অথম্ নাইদবমথৈ ভগবান্‌গী রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী রা অহুগা মাগী ভক্তশিংগী চরিতকথা শ্রবণ তৌবত্তনা। অসিগুম্বা কথা শ্রবণ তৌবগা লোয়ননা ভগবানগী স্বরূপ-ঐশ্বর্য্যমাধুর্য্যানচিংবগী রা যাম্না শ্রোতাহুনা খঙবা ঙম্মী, খঙলবর্নানা অস্তুম অস্তুম মাগী শ্রদ্ধা ( থাজবা ), রতি ( পাম্বা ), অমদি ভক্তি ওইথংলক্‌পা ঙমগনী। "সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্য্যসংবিদো ভবন্তি হৃৎকর্ণরসায়ণাঃ কথাঃ। তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি শ্রদ্ধারতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি॥ শ্রীভা ৩/২৫-/২৪॥—শ্রীভগবান্না হায়রম্মী—সাধুশিংগা মপুঙ-ফানা সঙ্গ তৌরবদি ঐগী বীর্য্য-ফোঙদোক্‌পা কথা পোরক্‌য়ি; অহুগুম্বা কথাদি থম্মোইং অমস্তুং নাকোঙ পেন্নঙাইনী: হুংশিনা কথাহুগী মহাও তংলবদি মোক্ষগী লম্বী ওইবা ঐহোন্দা শ্রদ্ধা, রতি অমস্তুং ভক্তি মথঙ মথঙ পোক্‌নী।" ভগবানগা মরী-লৈনবা কথা নত্রগা ভক্তগা মরী-লৈনবা কথামক্তি ভগবান্‌গী তত্ত্বনা থন্‌বনী; মহাক্কী স্বরূপ-ঐশ্বর্য্য-মাধুর্য্য-রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী তত্ত্বনা থন্‌বনী। মরমহুনা কথাশিংহু শ্রবণ তৌরুবদা ময়ামহুগা লোয়ননা তত্ত্বকথা কয়ামা খঙবা য়াই; মহুগীদমক তোঙাম্নমূক হোৎনরুদবা য়াই। তত্ত্বজ্ঞান

খঙমব। তোঙাম্না হোৎনরুবদি হোৎনবতুদা আবেশ পোকপা য়াই, মতুদা ভজনগী বিঘ্নিস্থ ওইবা য়াই; অতুগা খঙবস্থ ওইথোক্লবা য়াই, মরুমদি মহাক্কী কৃপা নত্তনদি ক্রমামতনা মহাক্কী ভক্তগী মরমদা কৈছু খঙব ঙমদে। শ্রীমদ্ভাগবতমগী "শ্রেয়ঃসৃতিং ভক্তিমুদস্য তে বিভো ক্লিশ্যন্তি যে কেবল-বোধলব্ধয়ে। তেষামসৌ ক্লেশল এব শিষ্যতে নান্যদ্ যথা স্থূলতুষাবঘাতি-নাম্॥ ১০/১৪/৪॥"—শ্লোকসীনা রাসিমক হায়রি: শ্রবণ-নচিংবনা মশক ওইবা ভক্তি থাদোক্লগা জ্ঞান তমক ফংনবা হোৎনবা মীশিংদুনা অপোবা থাইবু শুবা মীগী মতোউগুম্না অরাবদা ফংঙী, অদৈ করিমত্তা ফংদে (হ্রয়বদি মখোয়না জ্ঞান ফংবদি ওইথোক্তে)। ভক্তিদি মঙ্গল পুন্নমক্কী থোরক্‌ফম্মী (শ্রেয়ঃসৃতি); শ্রবণ-নচিংবা ভক্তি অনুষ্ঠান তৌরগা লোয়নরকপা ফল ওইনা জ্ঞান ফংবা য়াই। "শ্রেয়সাং সর্ব্বেষামেব সৃতিমিতি অবান্তরফল-ত্বেন স্বতএব জ্ঞানমপি ভবিত্তেবেতিসূচিতম্। শ্রীভা ১০/১৪/৪ – শ্লোক অতুগী শ্রীজীবনা তৌবা বৈষ্ণবতোষণী॥" ভগবান্‌গী কথা শ্রবণ তৌবদা লোয়নরকপা ওইনা নাকোঙনা খরা তাবদো, ভগবৎ-কথাগী কৃপানা খজিক্তং খঙজনবা য়াই; মতুদনা জীবগী সংসার-মুক্তি ওইবা য়াই, শ্রুতিনা হায়বা রাগীস্থ মহৈ য়ানবা য়াই। "অতস্তৎকথৈকদেশ জ্ঞানমেব তজ্জ্ঞানং তেন সংসারমপি তরন্তি ইতি শ্রুত্যর্থো জ্ঞেয় ইতিভাবঃ।— ইতিশ্রীপাদ-বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী।" অনন্তস্বরূপ ওইবা ভগবানগী তত্ত্ব লোইনা খঙবা ওইথোক্তে; ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌবদা মাগী মরমদা খরদং খঙবতুস্থ ভগবানগী মরম ওইবা জ্ঞান্নী; মতুংনা সংসার-মুক্তি ওইবা য়াই। মসী-শ্রুতিনা হায়বগী রাদি। ভগবৎকথা নত্রগা ভক্তচরিত শ্রবন তৌবদা তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী থোইদোকপা মতৌ অমদি অসীনী মতুদি, শ্রবন তৌবদা রস-য়াওদবা চপংনবা তত্ত্বকথাস্থ ভগবান্‌গী রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী কথাগী রসনা পুমচোৎ-চোৎলবদা য়াম্না পান্নভাই ওই।

হংবা য়াই, শ্লোকসিদা হায়রি—ভগবত্তত্ত্বনচিংবা বিষয়দা জ্ঞান লৈনবগী-দমক করিমতা হোৎনফম থোক্তে॥ অতুগা অমরোমদনা শ্রীলকবিরাজ-গোস্বামীনা সিদ্ধান্তবিষয়গী জ্ঞান লৈফম থোকয়ি হায়বি। "সিদ্ধান্ত বলিয়া চিত্তে না কর অলস। ইহা হইতে কৃষ্ণে লাগে সুদৃঢ় মানস॥ ১/২ ১১৬॥" অমুক, ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী শাস্ত্রে যুক্তৌচ নিপুণঃ অসিনচিংবা ১/২/১১-১৩

শ্লোক-তসু হায়রি —“শাস্ত্রযুক্ত্যে সুনিপুণ দৃঢ় শ্রদ্ধা যার। উত্তম অধিকারী সেই তারয়ে সংসার॥ শাস্ত্রযুক্তি নাহি জানে দৃঢ় শ্রদ্ধাবান্। মধ্যম সেই মহাভাগ্যবান্॥ যাহার কোমল শ্রদ্ধা সে কনিষ্ঠ জন। ক্রমে ক্রমে সেহ ভক্ত হইবে উত্তম॥ ২/২২/৬৫,৬৭,৬৯॥ প্রশ্ন ময়াম্বসিনসু শাস্ত্রজ্ঞান হায়রদি তত্ত্বজ্ঞান লৈফম থোকয়িগ: শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়বা জ্ঞানে প্রয়াসমুদ-পাস্য নচিংবা শ্লোকসিগী রাগা মথক্তা হায়ব্রিবা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনচিংবগী রাগা করম্না সমন্বয় তৌগনী (তাইশিন্নগনী)? সমন্বয়দি অসিনী হায়না খল্লী। তত্ত্ব খণ্ডকম থোকয়ি; তত্ত্ব খণ্ড্রগদি শ্রদ্ধাসু (থাজবসু) পোক্কদরা হায়বদা চিংননঙাইনী: পোক্লবসু চেৎশনগদরা হায়বসু চিংননঙাইনী। অদুম্নদি ওইরগা তত্ত্ব খণ্ডননবা হোৎনবনা মরু ওই হায়রগদি রাদু দোষ চেল্লে; করিগী দোষ চেল্লিবা হায়বদু হায়না হায়খ্রে। ভগবৎ কথা তারুবনী হায়না তারগা তত্ত্ব খণ্ডলকপা য়াই। শ্রীমদ্ভাগবত অদুগা শ্রীচৈতন্যচরিতা-মৃতনচিংবা শাস্ত্রশিংদি লীলাকথানচিংবনা বিক থনবগুম্না তত্ত্বকথানচিংবনসু বিক থনলনী। লাইবীকশিংসি নৈনবদা লীলাকথাশিংগা লোয়ননা তত্ত্ব-কথাশিংসু খণ্ডবা য়াই।

জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী মতাঙদা হায়রে, তৎপদার্থ জ্ঞান, ত্বমপদার্থগী জ্ঞান অমসুং জীব ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান — জ্ঞানগী অঙ্গ অহুমসীগী অঙ্গ থুদিং-মক্তা শম্নদবা ভক্তিনা জ্ঞান-শূন্যা ভক্তিনী। উক্তিসী য়োক্খৎনবা হায়দুনা রায় রামানন্দনা জ্ঞানে প্রয়াসম্-নচিংবা শ্লোক পল্লম্বদুদা তৎপদার্থগী (ভগবৎস্বরূপনচিংবগী) জ্ঞান ফংননবা হোৎনশ্লোইদোবনী হায়রি; আনুষঙ্গিক ওইনা ত্বম্-পদার্থ খঙনবা হোৎনবসু থাদোকপবনী হায়রম্ম থোকয়ি; মরমদি, তৎপদার্থ খঙবদা লোয়মনা ত্বম্-পদার্থ খঙবগা অমত্তমী য়েৎশম্নবা লৈনরিবনী—অনীসিগী মরক্তা শক্তি-শক্তিমান্ সম্বন্ধ, অংশ-অংশী সম্বন্ধ অমসুং সেব্য-সেবক সম্বন্ধ লৈ হায়দুনা। মরমদুনা তৎ-পদার্থগী মরম খঙনবা হোৎনবনা মরু ওইগদবনী হায়বা রাদু লঙশেকপগা লোয়ন-লোয়ননা ত্বম্-পদার্থ ফংননবা হোৎনবদা থরাই হকচম্না য়াওকদে হায়বা অদু মওং অমদা থেংনে! অদুবু জ্ঞানগী অহুমশুবা অঙ্গ—জীব-ব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান ফংনবা হোৎনবদু মাপাংলকপবনী হায়বগী রাদি হায়রিবা শ্লোকশিংদা রাওনা উদে; অদুগা মহু তাকনবা অমত্তমা শ্লোক মমসু

রামানন্দনা পল্লমদে। মসিগী মরমদি অসী ওইবা তাই, মহুদি, জীবব্রহ্মগী ঐক্যজ্ঞান-দি ভগবান্ অমসুং জীবগী স্বরূপকী ওইবা সম্বন্ধরোমদা অকায়বা ওই, মহুগী ইঙ্গিত অমা **ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা**— নচিংবা শ্লোক অতুদা হান্না পীখরে; মরমতুনা সেব্য-সেবক ভাবকী অমসুং সেবা-বাসনা পোক্লবগী মায়কৈদা অসী থাদোকদবনী হায়বগী ইঙ্গিতসু মথক্তা পল্লিবা **ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা**—নচিংবা শ্লোক অতুদা পীরি। মরমসিদা মফমসিদা অতোপ্পা প্রমাণ অমা পল্লব্রবসু খারে হায়না রায়-রামানন্দনা খল্লমগনী।

নত্রগা **জ্ঞানে প্রয়াসম্**—নচিংবা শ্লোক অতুদা জ্ঞান ফংনবা হোৎনরুবা তৌব্রবসু সাধুগী চীন্দা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌবগী ফল ওইনা ভগবানবু বশ তৌবা য়াই হায়বনীনা মমৈদা মমৈ ফাওবা ভক্ত অমসুং ভগবান্ অনীসী তোঙাল্লা লৈ—হায়বগী রা হায়রি অমসুং মতুমক্তা জীব-ব্রহ্মগী ঐক্য জ্ঞান লৈতে হায়বা তাক্যি। মরমতুনা রামানন্দনা অতৈ শ্লোক অমা পল্লবগী কান্নবা লৈতে হায়না খল্লমগনী। নত্রগা **জ্ঞানে প্রয়াসম্** হায়বা বাক্যনা জ্ঞানগী অঙ্গ অহুমগীদমক হোৎনবতু য়ারমদ্রে।

## মূল ৬৮

প্রভু কহে—এহো হয়, আগে কহ আর।
রায় কহে—প্রেমভক্তি সর্ব্বসাধ্যসার॥ ৬৮॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; এহো মসী; হয় ওইরে; আগে—মথা তানা; কহ—হায়খো; আর—অতৈ; রায়—রায়রামানন্দনা; কহে—হায়; প্রেমভক্তি—মুংশিবগা লোয়ননা তৌবা ভক্তি; সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মসী ওইবা য়ারে, অদুবু মথা অতৈ হায়থরকখো। রায়না হায়রম্মী—প্রেমভক্তিনা সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

## নৈনমরোল

**এহো হয়**—অসিসী মমাঙফাওবা প্রভুনা **এহো বাহ্য**-দমক হায়রক্লি।

অতুদগী **জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী** রা তারগা প্রভুনা হায়রম্মী—**এহো হয়**। জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী মমাঙদা রায়-রামানন্দনা হায়রম্বমখৈ পাউথুম অমতনসু জীব-ব্রহ্ম সম্বন্ধগী হায়বদি সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব অমসুং সেবা-তৌনীঙবা ফোঙদোক্ল-বগী রা ওইরমদে, মরমতুনা প্রভুনা **এহো বাহ্য** হায়রম্বনী। **জ্ঞানশূন্যা ভক্তি**-না সেব্য-সেবক ওইবগী ভাবকা সেবা-তৌনীঙবা পোক-পগী রাগা ফোঙদোক্লবা রা ওইরম্মী হায়তুনা **এহো হয়** হায়রম্বনী। হন্দক্তি প্রভুনা ইহান-হানবা ওইনা **এহো হয়** হায়বসী হায়রম্মী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি—রায়রামানন্দগী মচীন্দগী ফোঙদোক্হল্লীঙবা সাধ্য-তত্ত্বগী রা ফংনবগী লম্বীদা পাংবা হৌখি, মসীগী মমাঙদা অওইবা লম্বী-নত্তবা লম্-কৈদা ঙাক চৎলম্মী। মরমতুনা প্রভুনা হায়রম্বনী—"এহো হয়—উম্ হৌজিক্তা লম্বী অচুম্বদা মায়ওল্লক্লে।"

**আগে কহ আর** - মসিগী মতুঙ মথা করি নৈ হায়থরকখো। প্রভুনা পাম্লম্বনী খনবদা তাসী ওইরমাল্লে—"রায় ; হৌজিক্তা লম্বীদি য়োরক্লে ; অদুবু মসীনা লম্বীগী অরোয়বদি নত্তে। অমুক্তা চৎথখো।" **জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী** রাফমসী শোগৎনবা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী শ্লোক অতুনা তাক্পদি—জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী মতেঙনা ভগবানবু সাধক অমনা বশ তৌয়ি হায়বসীনী। শ্রুতিনসু হায়—**ভক্তিবশঃ পুরুষঃ**। ভগবান্দি ভক্তিনা বশ তৌয়ি। অদুবু বশ মওইগী মওংদি য়াম্মী ; ভক্তপুম্নমক্কী মফমদা চপ্ মান্নবা ভগবান্ বশ ওইদে। মতুগী মরমদি অসিনী—সাধকশিংগী রুচি ( হৈনবা ), প্রকৃতি ( নাওং ) অমসুং বাসনা ( অপাম্বা ) খেন্নবা মতুং ইন্না চপমান্নবা ভক্তি-অঙ্গ অমনা সাধকশিংগী চিত্তবু তোঙান-তোঙান্না শক লৌহল্লী। জ্ঞান, যোগ, ভক্তিনচিংবা লম্বী-পুম্নমক্কী সাধকশিংনা ভক্তিদি চৎলী ; নত্রগদি পামজবা ফল ফংবা য়াদে। তোঙান্-তোঙানবা লম্বীগী সাধক পুম্নমক্না ভক্তি-অঙ্গ তৌরবসু মখোয় মখোয়গী বাসনা ( অপাম্বা ) খেন্নবা মরম্না মখোয়গী অভীষ্টসু (অনীঙবসু) খেন্নে। অনীঙবা পুম্নমক ভগবান্না থুংহল্লী—ফল-পীবা মীদি অমখক্তনী। সাধক অমগী অনীঙবা থুংহল্লবগীদমক ভগবান্গী নুংশি-হৈবগী ( করুণাগী ) শক্তক ওইকম থোক্পতুখক্তমক সাধক অদুগী সাধন অতুনা পোক্হল্লী। ভগবান্গী সেবা ফংনীঙবগীদমক্তা ভক্তি অঙ্গ তৌবা মীতাশিংগী সেবা-বাসনাসু মান্নদে ; ভক্ত তোঙান্-তোঙান্‌বগী

ফাগৎলবা মতমদা হ্লাদিনী-প্রধান স্বরূপশক্তিগী কৃপা ফংহুনা সাধক অহুগী সেবা-বাসনাহু মমৈদা প্রেমগী মশক লৌরকয়ি। প্রেমগী মশক লৌরবা সেবা-বাসনাগা লোয়নবা শ্রীকৃষ্ণসেবা অহু প্রেম-ভক্তিনী। প্রেম-ভক্তি অসিগী কৃপা ফংলবা মীগী আচরণগী মরমদা শ্রীল নরোত্তমদাস-ঠাকুর-মহাশয়না মহাক্কী প্রেমভক্তি-চন্দ্রিকাদা অস্থুম্না ইরম্মী—"জল বিনু যেন মীন, দুঃখ পায় আয়ুঃহীন, প্রেম বিনু এই মত ভক্ত। চাতক জলদ-গতি, এমতি একান্ত রীতি, যেই জানে সেই অনুরক্ত। লুবধ ভ্রমর যেন, চকোর-চন্দ্রিকা তেন, পতিব্রতা জন যেন পতি। অন্যত্র না চলে মন, যেন দরিদ্রের ধন, এইমত প্রেমভক্তি রীতি॥" মসীগী ভাবার্থদি অসিনী—ঈশীঙয়াওদ্র-বদা ওইবা দশাগী ঙানা আয়ুঃ লৈতহুনা রাবগুম্না, প্রেম-লৈত্রবা ভক্তনা অহুম্না রাৱে। নোংগোবীগী গতিদি নোং-নী: মাগী রীতিদি অস্থুম্না একান্তনী (পান্দম অমতমক লৈবনী)। রীতিসী খঙবা মহাক অহুতনা অনুরাগদা (নোংহৌনহুনতা লৈবা প্রেমদাদা) লৈবনী। মিহৌচাওবা খোইমুগী মতৌগুম্মী, থাজগা নোংইনগা ওইনরিবা মওংগুম্বনী, মপুরোইবা নীঙবীগা মপুরোইবগা লোয়নবগুম্বনী, মাগী মন অহু অতোপ্পা মফমদা চংতে, লৈরেতবগী লনগুম্না লেঙদে, মতৌ অসিগুম্বনী প্রেমভক্তিগী রীতিসু।

প্রেমভক্তিনা সাধনার-নী হায়বা রাকমসী শৌগৎনবা রায়-রামানন্দনা মখাদা কৌশংলিবা শ্লোক অনীসী থীরম্মী।

মূল ৬৯

তথাহি পদ্যাবল্যাম্ (১৩)—

নানোপচার-কৃত-পূজনমার্তবন্ধোঃ
প্রেম্নৈব ভক্ত হৃদয়ং সুখবিদ্রুতং স্যাৎ॥
যাবৎ ক্ষুদস্তি জঠরে জরঠা পিপাসা
তাবৎ সুখায় ভবতো নমু ভক্ষ্যপেয়ে॥ ৬৯॥

**শব্দার্থ**

নানা-উপচার-কৃত-পূজনম্—পোৎলম মথল মখা য়াওবা তৌরবা পূজা; আর্তবন্ধোঃ—তোত্নবশী মরূপকী (শ্রীকৃষ্ণগী); প্রেম্না এব—প্রেমখক্তা

লোয়নবা ; ভক্ত—হে ভক্ত ; হৃদয়ং—থম্মোই ; সুখবিক্রন্তং—নুংঙাইবনা শৌদোকপা (পেথবা) ; স্যাৎ—ওই ; যাবৎ—মতমতুমখৈ ; ক্ষুৎ—অরাম্বা ; অস্তি—লৈ : জঠরে—চাকথাওদা ; জরঠা—পাঙ্গল-কন্‌বা ; পিপাসা—খৌরাংবা ; তাবৎ—মতমতুমখৈ ; সুখায়—নুংঙাইনবগী ; ভবতঃ—ওই ; নমু—অওইবমক ; ভক্ষ্য—অচাপোৎনা ; পেয়ে—অৎক্‌পোৎনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভক্ত ! পোৎলম মথল মথা লোয়নবা পূজা শৌরবদি আর্ত্তবন্ধু (তোল-ত্তারবগী মরূপ) শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইদো নুংঙাইবনা শৌদোকয়ি—মতুদি চাক্‌থাওদা অরাম্-খৌরাঙগী মৈ চাক্লিবমখৈ চাক্কা-ঈশীঙগা অনীসী নুংঙাই-নবগী মরমগীদমক্তা ওই ।

নক্রগা

হে ভক্ত ! পোৎলম মখল মথা য়াংনা পূজা তৌদ্রবসু প্রেমতনা আর্ত্তবন্ধু শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইদু নুংঙাইহনা পেৎলী । মতুদি চাকথাওদা অরাম-খৌরাংগী মৈ চাক্লিবমখৈ চাক্কা-ঈশীঙগা অনীসী নুংঙাইনবা মরমগী-দমক্তা ওই ।

## নৈনরোল

শ্লোকসিগী তাৎপর্য্যাদি অসিনী মতুদি—য়াম্না কন্না লামদ্রবদি অমসুং খৌরাংদ্রবদি অহাওবা, মনম নুংশিবা অতৃগা য়েংবদা ফজরবা অচাপোৎ অমদি অথকপোৎ অমতা লৌনীঙদে ; মতৌ অতুৎম্না প্রেম য়াওদ্রগদি পোৎলম মথল মথেনগা লোয়নবা পূজা তৌরবসু শ্রীকৃষ্ণনা মতুদা পেন্দে ; অমরোমদা, অরাম-খৌরাং য়াম্না লৈরবদি অচম্বা অচাপোৎ অমসুং অথক-পোৎনা য়ৌনা পেল্‌হনঙম্বগুম্, ভক্তগী থম্মোইদা প্রেম লৈরবদি মহাক্না পীবা অচম্বা পোৎনসু—কয়ি হায়রী করিগুম্বা পোৎলম অমতা থিদুনা ভক্তদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌবা ওমদ্রবসু, মহাক্কী প্রেম অতুতনা—শ্রীকৃষ্ণনা য়ৌনা পেল্লী । পৌনা হায়বা তারগদি, ভক্তগী প্রেম-তনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হন্‌বা ঙম্মী । পূজাগী পোৎলমতু ভক্তগী প্রেমগা তিন্নরগদি ভগবান্না মতু লৌয়ি, নত্রগদি লৌবিদে ; ভগবান্‌গীদি অম্বাৎপা লৈতে ; শীঙলাক্-ঙমদবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটীগী মপু মহাক্নী, স্বয়ং লক্ষ্মীনা মাগী চরণ-সেবা তৌরিবনী ; মাগীদু কয়ি বাৎকনী ? মাগী অকাপকী ধর্ম্ম ওইবা মরম্না অদুম

পূম্নমক্তা জীৱগী প্রেম অচুতবু থৌরাবেনী। মরমসিনা থোইদোক্লা শেংলবা ( বিশুদ্ধ ) প্রেম উবা মকমক্তুদত্তা মহাক লৈবনী।

শ্লোকসিদা দৃষ্টান্ত অমসুং দার্ষ্টান্তিক-গী মরমদা খিত্তং খন্নফম থোকয়িহায়না খল্লী। দৃষ্টান্তদা ( খুদমদা ) অরাম-থৌরাংবা য়ৌরবদি অচা-অথক পূম্বদুনা নুংঙাইবা পী হায়না হায়রী দৃষ্টান্তদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী অদুদি— অরাম-থৌরাংলিবা মীদুনা চাবদা থকপদা নুংঙাইবা ফংঙী: অচা-অথক য়েন্বা মীনা ল্যাম্নরা-থৌরাংলবদা ভোক্তাদুনা ( চারি-থক্লিবা মীদুনা ) নুংঙাইবা ফংদে, ভোক্তানা লাম্নবদা থৌরাংলবদদা চারগা থক্লগা মানা নুংঙাইবা ফংবনী। অদুবু দার্ষ্টান্তিকদা ( উপমেয়দা ) উবা ফংবদি অসিনী মদুদি—উপচারগা ( পোংলমগা ) লোয়ননা পূজা তৌগদৌরিবা মীদুগী থম্মোইদা প্রেম য়াওরবদি ভগবানগী থম্মোই পেংলী—মসীদি পরিবেশক-ক্সী ( অচা-অথক-য়েন্বা মীগী ) অরাম্বা ( ক্ষুধা ) লৈরবদা ভোক্তানা চাবদা পেল্লী হায়বগুম্মনী। মফম অসিদা হেক উবদা খনবদি অসিনী— দৃষ্টান্তগা দার্ষ্টান্তিক কা যুং চানদ্রে। থাঙ্গৈশংবা হায়রগদি মদু নত্তে। যুং চানৈ, সঙ্গতি লৈ। অদুম্নদি ওইরগা সঙ্গতিদু খজিক্কুং লোৎপদৌনা লৈ। পূজক ( পূজা তৌরিবা মী ) অদুগী চিত্তদা প্রেম—কৃষ্ণপ্রীতিনা মূল ওইবা অকনবা সেবা-বাসনা লৈরবদি সেবা-বাসনা অদুনা ভক্তবৎসল ভগবানগী চিত্তদসু সেবাদু লৌননবা অয়ৌবী লালসা পোক্হল্লী। পূজক অদুগী হায়বদি ভক্তদুগী ভগবৎ-প্রীতিদুনা ( ভগবানবু নুংশিরদুনা ) অদুক্কী মতীক কনশল্লক্লগা ভগবানগী সেবা-গ্রহণ-বাসনাসু (ভক্তগী সেবাদু লৌনীঙবদু) অদুক্কী মতীক কনশল্লকয়ি ; কনশল্লক্লিবা সেবা-গ্রহণ-বাসনাসিনা প্রেমগা লোয়ননা কংলকপা পোংলম লৌবদা ভগবানগী নুংঙাইনবগী মরম ওই। অরাম থৌরাংবনা ভোক্তাগী মনূঙদা লৈবগুম্না সেবা-গ্রহণ-বাসনাসিসু অকৎ-পোৎ-লৌরিবা ভগবানগী মনূঙদা লৈ। মতৌ অসুম্না দৃষ্টান্তগা দার্ষ্টান্তিক-গা অনীদা সঙ্গতি লৈরে। শ্লোক অসীদা ভগবানগী সেবা-গ্রহণ-বাসনাসি পন্দদুনা ভক্তগী প্রেমগী রাদমক পনবগী মরমদি অসীনী মদুদি—ভক্তগী চিত্তদা প্রেম লৈত্রবোইদি ভগবানগী চিত্তদসু সেবাগ্রহণগী বাসনা পোক্তে। ভক্তগী চিত্তদা লৈবা প্রেমদুনা মপাঙ্গল কনখৎলক্লুনা ভগবৎ-সেবাগীদমক ভক্তবু থোয়না ওইহল্লকপা মতমদা আর্ত্তবন্ধু (ভক্ত-চান্নবা)

ভগবানগী চিত্তদসু ভক্তপ্রেমছগা চাংমান্নবা সেবাগ্রহণবাসনা পোকয়ি ; মসিমক আর্ত্তবন্ধু শব্দগী খোঙ্গাংনী ( তোতনা-নী )।

মূল ৭০

কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা মতিঃ ।
ক্রীয়তাং যদি কুতোঽপি লভ্যতে ।
তত্র লৌল্যমপি মূল্যমেকলং
জন্মকোটি সুকৃতৈর্ন লভ্যতে ॥ ৭০ ॥

**শব্দার্থ**

কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা—কৃষ্ণভক্তিরসগা লোয়ননা অমতা ওইগ্রবা ; মতিঃ—বুদ্ধি ; ক্রীয়তাং—( পোং লৈবগুম্না ) লৈয়ু ; যদি - বদি : কুতঃ অপি - করিগুম্বা মরমদগী ; লভ্যতে - ফংডী ; (যদি লভ্যতে— ফংলবদি) ; তত্র—ক্রয় ( পোং-লৈবা ) তৌবগী মতাংদা ; লৌল্যম্—পাম্শন্বা (.লালসা ) ; অপি—সু : মূল্যম - মমল : একলং—অমতা ডায়বা ; জন্ম-কোটিসুকৃতৈঃ—মপোক কোটিগী অফবা থবক্‌ : ন লভ্যতে— ফংদে ।

মৈতৈলোন্দা ঋন্দোকপা

করিগুম্বা ( সংসঙ্গনচিংবগুম্বা ) মরম অমদগী ফংবা থোক্লবদি কৃষ্ণ-ভক্তিরসগা অমতা ওইগ্রবা মতি ( বুদ্ধি ) অদু ক্রয় তৌও ( পোংমমল পীদুনা লৈবগুম্না লৈ-ও ) : ক্রয় তৌবসিদা ( পোং লৈবগুম লৈবসিদা ) ওইরিবা অমতা ডায়বা মমল্দি মছামক্কী লালসাদুনী ( য়েনা পাম্বা মপাম্-দুনী ) ; অদুবু মপোক কোটীদা তৌরকপা পুণ্যগী কর্ম্মগী ফলত্তনসু লালসাদু ( অপাম্বদু ) পোকহন্‌বা ঙমদে ।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা মতিঃ**—কৃষ্ণভক্তিগী মশক ওইবা মচুম্না চঙলবা (ভাবিতা ওইরবা) মতি হায়বদি বুদ্ধি । কবিরাজশিংনা পান-মনাগী মহীনা হীদাক-গুলিদা মচুম চঙহল্লী ( ভাবনা পী ) হায়বদি করিগুম্বা মওং অমা তৌদুনা পানমনা-মহীত চঙবা ওন্মী ; মসুম্না তৌরগা হায়নবদি—অদিদু পানমনা মহীনা ভাবিত ওইরে ( মচুম্ চঙলে )—অমতা ওইনমক্তে

হায়বসিনী। সিতামিছরী-রসদা ( মহীদা ) হরাই চানা মরূ অমা মতম যাম্না কুইনা তাঙতুনা থম্লগা চানাতুগী মথুন্দা রসতু চঙডী ( মচুম চঙডী ); মংমতুদা চানাগী লুং-পান্দা মাগী অম্ল ( মকুপ ) থুদিঙদা মিছরীগী রসতুনা শম্লে ; ফীভমতুদা চানাতু মিছরীগী রস-না ভাবিত ওইরে ( মচুম চঙলে ) হায়নৈ। মসেৌ অসিগুম্না বনাগুম্বগী বুদ্ধি নত্রগা চিত্তবৃত্তি ( পুক্নীংগী থবক্তো ) কৃষ্ণভক্তিগী মশক ওইবা রসগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ( অমতা ) ওইশল্লবা—মতি নত্রগা চিত্তবৃত্তিতুনা কৃষ্ণোন্মুখী ( কৃষ্ণদা মায়-ওনশনবা ) পুংওই ওইশল্লবদি মতি অদুবু কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা ( কৃষ্ণভক্তি হায়বা মচাগী মচুম চংলবা ) মতি ( বুদ্ধি ) কৌয়ি। কৃষ্ণোন্মুখী ( কৃষ্ণরোমদা ওনশনবা ) ওইবদা পুংওন-ওনশনবা হায়বতুদি সেবা তৌতুনা শ্রীকৃষ্ণবু মংং পুম্নমক্তা থংডাইহন্নীংবা অতুনী; মসিমক প্রেমভক্তি-নী, মরমতুনা কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা মতিংসি প্রেমভক্তি-নী। অসিগুম্বা মতি হায়বদি প্রেমভক্তিবু ( পোৎলৈবদুম ) লৈবু- **যদি কুতোঽপি লভ্যতে**— করিগুম্বা মফমদা ফংলবদি। মসিগী মমলদি করিনো? **লৌল্যং অপি মূল্যং একলং** — মসিগী মমলদি পোৎ অমথক্তনী, মতুদি—লৌল্য হায়বদি লালসা ( হকচন্না পাম্বা ), কৃষ্ণভক্তি ফংনবগী লালসা নত্রগা কৃষ্ণসেবা ফংনবগীদমক অকনবা লালসা ( যাম্না কন্না পাম্বা ): অতৈ করিগুম্বা পোৎ অমগা শিন্নদুনা কৃষ্ণভক্তিরস-ভাবিতা মতি ফংবা যাদে। কৃষ্ণ-সেবাগীদমক অকনবা লালসা হায়বদি উৎকণ্ঠা লৈবা মীতু মতুনা অতৈ কনামতনা মতু ফংবা যাদে, সাধন ভজন মানা তৌগে হায়বনথৈ তৌরবসু কৃষ্ণসেবাগীদমক অকনবা লালসা পোক্ত্রবদি মহাক্না কৃষ্ণভক্তিরস তৌরবসু, মহাক্না কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা মতি নত্রগা প্রেমভক্তি ফংবা ঙম্মাই। লালসাসিমক ঐকান্তিকভজনা ফংজগে হায়না নিজরিবা পোৎনী; মরমসিনা শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না মাগী অয়াম্বা প্রার্থনাগী মনৈ মনৈদা "সেবা অভিলাষ মাগে নরোত্তমদাস" হায়না ইরম্লিবনী। সেবা-অভিলাষসিমক কৃষ্ণসেবাগীদমক তৌবা লালসানী। অদুবু লালসা ( হকচিন্না পাম্বা ) অসি করম্না ফংবা যাই? লালসাসি '**জন্মকোটি সুকৃতৈরপি** ন লভ্যতে—মপোক কোটি কোটিরক্তা তূডশন্নকপা সুকৃতি হায়বদি পুণ্যগী মতুৎ ওইনফাওবা লালসাসী ফংবা যাদে। অতুদি করম তৌরগা ফংগনী? সাধুসঙ্গ নত্রগা মহৎকৃপা অসিমতং মতুনা অতৈ পোৎনদি

কৃষ্ণসেবাগী লালসা ফংবা য়ারোই। **যদি কুতোঽপিলভতে**—বাক্যসিদা হায়রি মতুদি—করিগুম্বা মরমদগী ফংবা তারবদি—মরমসিস্ সাধুসঙ্গ নত্রগা মহৎকৃপা নত্তনা অতৈ করিস্ নত্তে।

মমাঙগী ২/৮/৬৬ মূল পয়ারদা হায়রিবা জ্ঞানশূন্যা ভক্তি শৌগৎনবা **জ্ঞানে প্রয়াসমুদপাস্য**—নচিংবা শ্লোকুদা জ্ঞানশূন্যা ভক্তি তৌরগা ভগবান্না সাধক অতুগী বশ ওই হায়বা রাসী হায়থ্রে। ২/৮/৬৮ মূল পয়ারগী রাতু শৌগৎনবা মথক্তা পল্লিবা শ্লোক অনীদা হায়রি মতুদি—ভগবান্‌দি প্রেম-ভক্তিদনা বশ ওই, অতৈ করিমতনা বশ ওইদে; মরমসিনা প্রেম-ভক্তি ফংননবা পুঙনোম নোম্বা তারে। রা হায়ববো অসীনী—মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা জ্ঞানশূন্যা ভক্তিনা প্রেমভক্তি ওইখৎলক্রবদি মতুনা কৃষ্ণব্ বশ তৌবা য়াগনী, অতৈ মরম্নদি য়ারোই। মসী মমাঙগী পয়ারগী উক্তিদগী হেন্‌বা অকোন্‌বা পয়ারসিগী বৈশিষ্ট্য-নী।

শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী "সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্য্যসংবিদো ভবন্তি হৃৎকর্ণ-রসায়ণাং কথাঃ। তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি শ্রদ্ধা রতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি॥ ৩/২৫/২৫"—শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—সাধুশিংগী চীন্দগী ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌর-তৌরগা অহান্‌বদা শ্রদ্ধা (থাজবা) পোকয়ি। ("তাবৎ কর্ম্মানি কুর্ব্বীত ন নির্বিদ্যেত যাবতা। মৎকথা শ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে। শ্রীভা, ১১/২০/৯॥— শ্লোকসিগী টীকাদা মহাক্লা অমূক্কা হায়রম্মী—"ভগবৎ-কথা শ্রবন্নচিংবা তৌবনা এহাক মহৈ-য়ান্‌বা ঙম্লোই।" মসিগুম্না চেৎনা থাজবতু শ্রদ্ধানী; শুদ্ধ ভক্তগী সঙ্গদগীদা অসিগুম্বা শ্রদ্ধা ওইবা ঙমগনী। "শ্রদ্ধা চেয়মাত্যন্তিকৈব জ্ঞেয়া সা-চ ভগবৎ-কথাশ্রবণাদিভিরেব কৃতার্থীভবিষ্যামীতি ন তু কর্ম্মজ্ঞানাদি-ভিরিতি দৃঢ়ৈবাস্তিক্যলক্ষণৈব তাদৃশশুদ্ধভক্তসঙ্গোদ্‌ভূতৈ জ্ঞেয়া।)" অদুগী তুংদা শুদ্ধভক্তগী নীঙথিবা সঙ্গদগী কান্নদবনু কোকহন্‌বা (অনর্থ-নিবর্ত্তিকা) ভগবৎ-কথা ওইরকয়ি॥ সাধারণ ময়ামগা লোয়ননা মনাক্তা চৎথোক-চৎশীন তৌবা, মনাক্তা ফম্বা, সাধুশিংগী আচরণ ওইবা পাউতাক নাকোঙনা তাবা অসিনচিংবা ওই; অসিগুম্বা সঙ্গ মতাগী প্রভাব-তি ভজনক্রিয়াদমক ওইথোকপা য়াই, থম্মোই-নাকোঙ-পেন্‌বা (হৃৎকর্ণরসায়ণ) ওইবা কথাদি ওইরে। সতাংপ্রকৃষ্টাৎ সঙ্গাৎ মম-কথা ভবন্তীত্যাদাবপ্রকৃষ্টাৎ সঙ্গাৎ

ভজনক্রিয়ামাত্রং ন তু কথাঃ। ততঃ প্রকৃষ্টাৎ সঙ্গাৎ অনর্থনিবর্ত্তিকাঃ কথাঃ ভবন্তি।" প্রকৃষ্ট ( নীংথিনা মায়-ওসনবা ) সঙ্গ তৌহুনা সাধুগী সেবা তৌহুনা সাধুবু পেল্হনবা য়াই, মতুম তৌরগা সাধুহুগী তুংইনজরিবা ওইনা রা হংজরবা মীতুদা সাধুগী কৃপা ওই ; মতুদা থম্মোই-নাকোঙ-পেন্নভাই হরি-কথা হৌদোকয়ি ; শ্রদ্ধাগা ( থাজবগা ) লোয়ননা হরি-কথাহু শ্রবণ তৌবদা অনর্থ ( কান্নদবা সংসার য়ুম্নিঙবা ) কোক্কনী। মতমতুদা অসিগুম্বা ভগবৎ-কথানা নিষ্ঠা (থাজবা) পোক্হনগনী অমসুং ভগবানগী মহাত্ম্যগী অনুভব ( খঙবা ) পোকহনগনী। "ততস্তা এব কথা নিষ্ঠামুৎপাদয়ন্ত্যো মম বীর্য্যস্য মন্মাহাত্ম্যস্য সম্বিৎ সম্যগ্বেদনং যতস্তথাভূতাভবন্তি।" অতুগী তুংদা ভগবৎ কথাদা রুচি (পাম্বা) পোক্লবদি মতু থম্মোই-নাকোঙ-পেন্নভাই ওইরে। "ততো রুচিমুৎপাদ্যন্ত্যো হৃৎকর্ণরসায়ণা ভবন্তি।" অতু ওইরবদি অসী উবা ফংলে মতুদি—সাধুগী প্রকৃষ্টসঙ্গদগী ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌবগী ফল ওইনা অহানবদা ভগবৎ কথাদা নিষ্ঠা, অতুগী তুংদা রুচি পোক্লগদি মতু থম্মোই-নাকোঙ-পেন্নভাই ওইরে অতুগা থম্মোই-নাকোঙ পেন্নভাই ওইনা অনুভব তৌরবা মতুংদা প্রীতিগা ( নুংশিবগা ) লোয়ননা ভগবৎ-কথাহু আস্বাদন তৌর-তৌরগা ভগবান্দা অহানবদা শ্রদ্ধা ( আসক্তি ), অতুগী তুংদা রতি (প্রেমাঙ্কুর—নুংশিবগী চোংবা ময়োন) অতুগা অতুগী তুংদা ভক্তি ( প্রেমভক্তি ) মথং মনাও নাইনা পোক্কনী। "ততস্তাসাং কথানাং জোষণাৎপ্রীত্যা আস্বাদনাৎ অপবর্গো বর্ত্মনি এব যস্য তস্মিন্ ভগবতি শ্রদ্ধা আসক্তিঃ রতির্ভাবঃ ভক্তিঃ প্রেমা অনুক্রমিষ্যতি অনুক্রমেণ ভবিষ্যতি।" আলোচনাসিগী মফম অসীদা শ্রদ্ধাগী রা ফংঙী। অহানবদা ফংবা শ্রদ্ধাহুনা প্রাথমিকী শ্রদ্ধানী হায়বদি ভগবৎকথা শ্রবণ তৌরগা ঐহাক মহৈ য়ানবা ( কৃতার্থ ) ওইগনী হায়বা অচেৎপা থাজবগী মশক ওইবা শ্রদ্ধানী। শুদ্ধ-ভক্তগা সঙ্গ তৌবগী মপান্না শ্রদ্ধাসী ওইবা য়াই। শ্রদ্ধাসিগা লোয়ননা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌর-তৌরগা মহৎকী প্রকৃষ্টসঙ্গ মপান্না ভগবৎ-কথাদা নিষ্ঠা, অতুদগী রুচি পোক্লবদি প্রীতিগা লোয়ননা কথাহু আস্বাদন তৌর-তৌরগা পোক্লকপা শ্রদ্ধাহু ভগবান্দা তৌবা শ্রদ্ধা-আসক্তি হায়বহুনী। ভগবান্দা অসিগুম্বা আসক্তি পোক্লগা মথংমনাও নাইনা রতি ( প্রেমাঙ্কুর ) অতুগী তুংদা প্রেমভক্তি পোক্লদদা ভগবান্না ভক্তগী মখা পোন্বা ( বশ

ওইবা ) য়াই, অদুগী মমাঙদা য়াদে। ভক্তিবশঃ পুরুষঃ। হৌজিক্তি তশেংনা খঙবা ঙম্মে মতুদি—সাধুগী নাক্তা লৈরগা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তেক তৌবদদা ভগবান্না ভক্তগী বশ ওইদে, মতমচানা প্রেমভক্তিগী কৃপা ওইরবদদা ভগবান্না বশ ওই। জ্ঞানশূন্যা ভক্তিদগী প্রেমভক্তিনা হৌরী হায়রবতু অসিনি। জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী পরিণতি ( অনৌংলক্লগা মমৈদা ওইবা ফল ) অদুনি প্রেমভক্তিদি।

## মূল ৬৮

প্রভু কহে- এহো হয়, আগে কহ আর।
রায় কহে—দাস্যপ্রেম সর্ব্বসাধ্যসার ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; এহো হয়- মসিমা ওইরে; আগে—মতুংদা; কহ—হায়থরকো; আর—অতৈ; রায় কহে রায়-রামানন্দনা হায়রম্মী; দাস্যপ্রেম—মনাই ওইনা নুংশিবা; সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মসীসু (প্রেমভক্তিনা সাধ্য মক্কোক্কী হায়বসিসু) য়াৎ, অদুবু অতৈ মথা করি লৈরি হায়থরকউ। রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—দাস্যপ্রেম্না ( মনাই ওইনা নুংশিবদুনা ) সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

## নৈনরোল

রায়-রামানন্দনা প্রেমভক্তিগী রাজ্য সাধারণ ওইনা হায়রনী, বিশেষ ( থোইদোকপা ) ওইনা নাকোঙদা তারগে হায়দুনা প্রভুনা হায়রম্মী—**আগে কহ আর**—মথা করি লৈরি হায়রকখো। জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী রা নৈনরকপদা, মরু ওইনা বিষয় অনীদা জ্ঞানশূন্যা ভক্তিগী থোইদোকপা মতৌ ( বিশেষত্ব ) কোঙদোকহনগে খন্দুনা প্রভুনা হায়রম্মী—**আগে কহ আর**—অহানবদা ভক্তগী মথা-পোনবগী ( ভক্তবশ্যতাগী ) বিশেষত্ব অমসুং [illegible] সাধুগী চীন্দা ভগবৎ-কথা শ্রবণ হেক তৌরগা ভগবান্না ভক্তগী বশ ওইবগা নক্রগা ভগবৎ-কথা-শ্রবণ তৌবা-তৌরগা শ্রোতাগী (নাকোঙনা

ভাৱিবা মীতুগী) বিশেষ অবস্থা ( থোইদোকপা ফীভম ) অমা ওইরক্লবদা ভগবান্না শ্রোতাগী বশ ওইবরা। মতুগী তুংদা রামানন্দরায়না হায়রবা প্রেমভক্তিগী রা নৈনবদা উই মতুদি—সাধুগী চীন্দগী ভগবৎ-কথা হেক শ্রবণ তৌবগা ভগবান্না ভক্তগী বশ ওইদে : শ্রবণ তৌর তৌরগা প্রাথমিক্কী শ্রদ্ধা (অহানবগী শ্রদ্ধা—থাজবা), সাধুগা প্রকৃষ্ট সঙ্গ তৌবনা ভগবৎ কথাদা নিষ্ঠা, রুচিনচিংবা পোক্লবদি মতুগী তুংদা প্রীতিগা লোয়নবা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌর-তৌরগা ভগবান্দা আসক্তি পোক্লবদি, মতুগী তুংদা প্রেমাঙ্কুর ( লুংশি-ময়োন্ ) অমসুং অতুগী তুংদা প্রেমভক্তি পোক্লবদি ভগবান্গী ভক্তবশ্যতা ( ভক্তগী মখা পোন্বা হায়বদো ) ওইরকপা য়াই। মসুম্না তৌবসিনা প্রভুনা পাম্লিবা মথক্তা হায়খিবা বিশেষত্ব অনীগী মনুংদা অমখক্কী রারোল ফংলে : অতুবু ভক্তবশ্যতাগী বিশেষত্বগী রাদি হৌজিকফাওবা ফুম্লি। বিশেষত্ব অতুগী রাদু যুগায়না হায়রক্হল্লবগীদমক প্রেমভক্তিগী রা পল্লবা মতুংদসু প্রভুনা হায়রম্মী—“এহো হয়, আগে কহ আর—মসিসু য়ারে, অতুবু মখাদুক হায়গরক্খো।”

ভক্তবশ্যতাগী বিশেষত্বদি প্রেমভক্তিগী বিশেষত্বগী তুং ইনবনী। প্রেম-ভক্তিগী বিশেষত্ব ওইরক্-ওইরক্পা মংং মতুং ইন্না ভগবানগী ভক্তবশ্যতাগী বিশেষত্বসু মংং মংং ওইরকয়ি। মরমসিনা প্রেমভক্তিগী বিশেষত্ব নৈনরগা ভক্তবশ্যতাগী বিশেষত্বগী মরম খঙবা ঙমগনী।

সাধক-কী পূর্বাঙেগী মংংগী প্রাধান্য মতুং ইন্না প্রেমগী হায়বদি প্রেম-ভক্তিগী মখল মথেল য়াম্মী। চাউরাক্পা প্রেম মখল অনী, মতুদি—মাহাত্ম্যজ্ঞানযুক্ত (ভগবানগী মতীক-ময়াই খঙবগা লোয়নবা) অমসুং কেবল-( করিমতা য়ান্দবা ) “মাহাত্ম্যজ্ঞানযুক্তশ্চ কেবলশ্চেতি স দ্বিধা। ভ, র, সি ১/৪/৭/” বিধিমার্গ-চৎপা, মীশিংগী চিত্তদা আ লোইবফাওবসু শাস্ত্র-শাসন নত্রগা ভগবৎ-মাহাত্ম্যগী ভাব অতুনা মরু ওইনা লৌরবদি মখোয়গী প্রেম অদু মহিমা-জ্ঞান-য়াওবনী ; অতুগা রাগানুগা-ভক্তি-চৎপা মীশিংগী প্রেমদি কেবল হায়বদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-য়াওদবা প্রেম হায়বনী। “মহিমা-জ্ঞানযুক্তঃ স্যাদ্বিধিমার্গানুসারিণাম্। রাগানুগাশ্রিতানান্ত প্রায়শঃ কেবলো ভবেৎ॥ ভ, র, সি, ১/৪/১০॥” ভক্তশিংগী থমোয়দা ভগবানগী মাহাত্ম্যগী নত্রগা ঐশ্বর্য্যগী জ্ঞান অতুনা মরুওইনা লৌরবদি মখোয়গী সিদ্ধ ওইরবদা

সালোক্য-নচিংবা মখল মরিগী মুক্তি ফংতুনা বৈকুণ্ঠদা চংলী। বৈকুণ্ঠভক্ত-শিংগী মনূঙদা শান্তরতি লৈ। অদুগা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদবা কেবল-প্রেমগী মপান্না ব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংঙী ( রাগানুগা-মার্গগী ভজন-দসু সাধক অদুগী চিত্তদা সম্ভোগ ফংনীঙবনা হেল্লবদি মহাক ব্রজদা ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী সেবা তৌবা ফংলোই, মহাক্না ( মধুর ভাবকী উপাসক ওইরবদি ) দ্বারকাদা মহিষীশিংগী মনাইনুবী ওইবা ( কিঙ্করীত্ব ) ফংগনী। "রিরংসাং সুষ্ঠু কুর্ব্বন্ যো বিধিমার্গেণ সেবতে। কেবলেনৈব স তদা মহিষীত্বমিয়াৎ পুরে॥ ভ. র. সি. ১/২/১৫৭॥" বৈকুণ্ঠগী শান্তভক্তশিংগী সালোক্য-নচিংবা মখল মরিগী মুক্তিসু অনী থোক্না লৈ : সুখৈশ্বর্য্যোত্তরা মুক্তি— অসিদনা ভক্তগী চিত্তদা নুংঙাইনীঙবগী অমসুং ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা) পাম্বনা মরু ওই ; অদুগা প্রেমসেবোত্তরা—অসিদনা ভক্তগী চিত্তদা উপাস্যবু (নোংনঙাই মপুত্ববু ) সেবা তৌনীঙবতনা মরু ওই। "সুখৈশ্বর্য্যোত্তরা সেয়ং প্রেমসেবোত্তরেত্যপি। সালোক্যাদি দ্বিধা তত্র নাদ্যা সেবাজুষাং মতা॥ ভ, র, সি, ১/২/২৯॥" কেবল প্রেমভক্তিগী মাধুর্য্য চুপ্লবা একান্তী ভক্তশিং পূম্নমক্না সালোক্য, সার্ষ্টি, সারূপ্য, সামীপ্য অমসুং সাযুজ্য হায়বা মখল মঙাগী মুক্তিসিসু পামদে। "কিন্তু প্রেমৈকমাধুর্য্যভুজ একান্তিনো হরৌ। নৈবাঙ্গীকুর্ব্বতে জাতু মুক্তিং পঞ্চবিধামপি॥ ভ. র. সি. ১/২/৩০॥" হায়রিবসীগুম্বা মাধুর্য্য চুপ্লবা একান্তী ভক্তশিংগী মরক্তা কনাগুম্বগী মন অদুবু শ্রীগোবিন্দগী খোঙ-থম্বান্না ঢুগ্রব, অদু ওইরবদি মখোয়গী মন-বু বৈকুণ্ঠাধিপতি নারায়ণগী করি হায়নী দ্বারকানাথগী প্রসন্নতানসু ( পেন-বিবনসু ) ঢুবা ঙমদে। "তত্রাপ্যেকান্তিনাং শ্রেষ্ঠাগোবিন্দহৃতমানসাঃ। যেষাং শ্রীশপ্রসাদোঽপি মনোহর্ত্তুং ন শক্নুয়াৎ॥ ভ. র. সি. ১/২/৩১। অত্র শ্রীশঃ পরব্যোমাধিপতিঃ উপলক্ষণত্বেন শ্রীদ্বারকানাথোঽপি। শ্রীজীব গোস্বামিকৃতা টীকা॥" মতৌ অসুম্না ঐখোয়না প্রেমভক্তিগী মখলমথেল লৈ হায়বসি ঐখোয়না উরে। শ্রীগোবিন্দগী লীলা-মফম গোলোক হায়বদি ব্রজদদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-য়াওদবা কেবলা প্রেমভক্তি ঙাক্লনী ; দ্বারকা-মথুরাদনা ঐশ্বর্য্যগা য়ান্নবা প্রেমভক্তি অদুগা বৈকুণ্ঠদনা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্না মরু ওইনা য়াওবা প্রেমভক্তি ঙাক্লী। প্রেমভক্তিগী মখল খুদিঙমক্তা সেব্য-সেবক হায়বগী য়াসী মপুঙ ফানা লৈ ; সেবা-তৌনীঙবগী মঙং মতৌগী হেন্দোক-হেনজীনগী মতুং ইন্না প্রেম-ভক্তি বিকাশগীসু হেন্দোক-হেনজিন্

তৌবগী রা লৈ। ঐশ্বর্য্যজ্ঞান হায়বদি মাহাত্ম্যজ্ঞান অমসুং লম্নাই-মুংঙাইবা থিবনা সেবা-তৌনীঙবগী বিঘ্নি ওই। বৈকুণ্ঠগী শান্তভক্তশিংগী চিন্তদা "পরংব্রহ্ম-পরমাত্মাজ্ঞান প্রবীণ ॥ ২/১৯/২১৫ ॥ —ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্না মরুনী। মরমসিনা মখোয়গী সেবা তৌনীঙলকপগী লম্বীদা ঐশ্বর্য্যনা থংলী, শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনী হায়বা (মমতা) বুদ্ধিত্থু থোরকপা ঙমদে। "শাস্তের স্বভাব—কৃষ্ণ-মমতাগন্ধহীন ॥ ২/১৯/২১৫ ॥" মরমত্থুনা মখোয়না মথন্নাই পুঙহৈ-হৈজনবা সেবা তৌবদি ওইথোক্তে। দ্বারকাদনা মাধুর্য্যগা ঐশ্বর্য্যগা লোয়নননা লৈ; ঐশ্বর্য্যজ্ঞান অত্থুনা মরু ওইবা মতমদা সেবা তৌনীঙবত্থু রাংথরকয়ি—বিশ্বরূপকী ঐশ্বর্য্য উবদা অর্জ্জুনগী সখ্যভাব অত্থু হন্থরম্মী, কংসগী কৈথুমশঙদা খুংমরি-লোঙবা মূর্ত্তিগী ঐশ্বর্য্য উবদা দেবকী-বসুদেবগী বাৎসল্য-প্রেম হন্থরম্মী; অত্থুগা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দা মহাক্কি হকচাঙ-য়ুম অনীনকপু থোশাদে হায়বা, নুপী-অঙাঙ-লম্থুম অমতা পামদে হায়বা অত্থুগা মহাক আত্মারাম-নী হায়বা পুন্নমকসী রুক্মিণী দেবীনা মনাকোঙনা তারুবদগী মহাক্কী কান্তাপ্রেমত্থু হন্থরম্মী। অত্থুগা ব্রজদদি "কেবলার শুদ্ধ প্রেম—ঐশ্বর্য্য না জানে। ঐশ্বর্য্য দেখিলেও নিজ সম্বন্ধ সে মানে ॥ ২/১৯/২০২ ॥" "পুন কৃষ্ণরতি হয় দুই ত প্রকার। ঐশ্বর্য্যজ্ঞানমিশ্রা, কেবলা ভেদ তার ॥ গোকুলে কেবলা রতি ঐশ্বর্য্যজ্ঞানহীন। পুরীদ্বয়ে বৈকুণ্ঠাদ্যে ঐশ্বর্য্য প্রবীণ ॥ ঐশ্বর্য্যজ্ঞানপ্রাধান্যে সঙ্কোচিত প্রীতি। দেখিলে না মানে ঐশ্বর্য্য—কেবলার রীতি ॥ ২/১৯/১৮০—১৮২ ॥" সেবা-তৌনীঙবত্থু রাংথরকপগা লোয়নননা প্রীতিগী ময়েংসু তাথরকয়ি। অত্থুগা লম্নাই-মুংঙাই-নীঙবনসু কৃষ্ণসেবা বাসনাগী বিকাশ ওইগদৌবদা বিঘ্নি ওইহল্লী, মরমত্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তবশ্যতাগী বিকাশদসু বিঘ্নি ওইহল্লী। হান্নসু হায়খ্রে—বৈকুণ্ঠদা সুখৈশ্বর্য্যোত্তরা রতি লৈ; প্রেমসেবোত্তরাদসু সালোক্যনচিংবা পাম্বত্থু [অওইবদি অপ্রধান ওইনা (মরু ওইবা নত্তনা) য়াওরি]। দ্বারকাদসু মহিষীশিংগী কৃষ্ণরতিত্থু করি কয়িগুম্বা মতমদা সম্ভোগ তৌনীঙবনা ভেদ (খেন্নবা) ফংঙী; অত্থুম ওইরবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী বশ্যতাত্থু দুষ্কর (পাঙথোকপদা রাবা) ওইরকয়ি। "সমঞ্জসাতঃ সম্ভোগ-স্পৃহয়া ভিন্নতা যদা। তদা তদুত্থিতৈর্ভাবৈর্বশ্যতা দুষ্করা হরেঃ ॥ উ, নী, ম, স্থা, ৩৫ ॥ ব্রজপরিকরশিংগী প্রীতিদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান খুজিন্মুকফাওবা য়াওদবগুম্না লম্নাই-মুংঙাইনীঙবগী মগম ফাওবা লৈতে। মরমসিনা মখোয়না

কৃষ্ণবু সুখশিবত্তুবু কেবলা-প্রীতি ( সুখশিবগীদমক্তা সুখশিবা ) হায়না কৌরিবনী। শ্রীকৃষ্ণনা কেবলা-প্রীতিসিগী মপৃক্ত-ফানা মখা পোল্লী।

সেবা তৌনীঙবা লৈখৎলকপগী অথোই-অহেনগী চাং মতুং ইন্না প্রেমভক্তিগী মখলসু য়াম্মী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগীসু ভক্তবশ্যতাগী অথোই-অহেন্ নাই। রায় রামানন্দনা প্রেমভক্তিগী রাতু সাধারণ ওইনা হায়বত্তুদা প্রেমভক্তিগী হেক্কৎ-নাইবা বিশেষত্বগী রা ফোঙদোকহনগে হায়দুনা প্রভুনা হায়রম্বনী—"আগে কহ আর—মসীগী মতুঙদা করি হায়নঙাই লৈবগে, মতু হায়য়ু।"

প্রভুগী রা মনাকোঙনা তারগা রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—"দাস্যপ্রেম সর্ব্বসাধাসার—মীনাই ওইনা সুখশিবনা পান্দম মকোল্লী।"

দাস্যপ্রেমদি সাধারণ ওইনা হায়রিবা প্রেমভক্তিগী বৈশিষ্ট্য হায়বদি মখল অমনী। রায়-রামানন্দনা প্রেমভক্তিগী বিশেষ বিবরণ পীবা হৌরগা ইহান্-হান্বদা দাস্যপ্রেমগী রা হায়রম্মী। "ভগবান্না সেব্য ( সেবা-তৌফম্নী, ঐনা মাগী সেবক ( সেবা-তৌবা মনাইনী ): ভগবান্না প্রভুনী ( মপুনী ), ঐনা মাগী দাস-নী (মনাইনী)— হায়বা অসিগুম্বা ভাব-তু **দাস্যভাবনী**। দাস্যভাব-সী থোরক্পদা পোক্পা সেবা-বাসনাদো **দাস্যপ্রেম**-নী ; জীবগী স্বরূপকী ওইবা ভাব-তি দাস্যভাব-নী। ভগবৎ-স্বরূপ শীঙনাইদনমখে লৈরিবসিদা স্বরূপ খুদিঙগী লীলা পরিকর ( লোইয়িন্ ) লৈ ; লীলা-পরিকরশিংসিগী চিত্তদসু দাস্যভাব লৈ অমসুং স্বরূপ খুদিঙগী লীলাতুম্তদা স্বরূপতুমক্কী পরিকরশিংনা মহাক্কী সেবা তৌরি। মতৌ অসুম্না উবা ফংঙী মতুদি ভগবান্ অমনা প্রভু-নী সেবা-নী, অতুগা অতৈ পুম্নমক্না মহাক্কী সেবক দাস-নী ( সেবা-তৌবা মনাইনী )। "এক কৃষ্ণ সর্ব্বসেব্য জগত-ঈশ্বর। আর যত সব তাঁর সেবকানুচর॥ ১/৬/৮৩॥" লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী সেবকানুচর ( সেবা-তৌবা লোইয়িন্ ) ওইরবসু সেবা-তৌনীঙবগী মচাঙগী অথোই-অহেন্ নাইরগুম্না দাস্য-প্রেম লৈবগী মচাঙগীসু অথোই-অহেন্ লৈ। মরমদুনা রায়-রামানন্দনা হায়রম্বা দাস্যপ্রেমগী রাতুদি সাধারণ-উক্তিনী হায়বা য়াই।

পরব্যোমদা লৈবা ভগবৎ-পরিকরশিংগী রতিদি শান্তরতিনী। মথোয়গী

বুদ্ধিতু ভগবান্দা নিষ্ঠা ফংলবনী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ করিগুম্বা পোৎ অমতনা মখোয়গী চিত্তবু হূবা ঙমদে। মরমসীনা শান্তবুসু কৃষ্ণভক্ত কৌবনী। "শান্তরসে স্বরূপবুদ্ধ্যা কৃষ্ণৈকনিষ্ঠতা। শমোমন্নিষ্ঠতা বুদ্ধেঃ ইতি শ্রীমুখগাথা॥ কৃষ্ণবিনা তৃষ্ণাত্যাগ তার কার্য্য মানি। অতএব শান্ত কৃষ্ণভক্ত এক জানি॥ ২/১৯/২০৮-২০৯॥ অদুবু শান্তভক্তগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মমতা-বুদ্ধি ( শ্রীকৃষ্ণসে ঐগীনী হায়বা বুদ্ধি ) লৈতে। "শান্তের স্বভাব — কৃষ্ণে মমতা-গন্ধহীন। পরংব্রহ্ম—পরমাত্মাজ্ঞান প্রবীণ॥ ২/১৯/২১৫॥ সেবা বাসনাগী মপূঙ্ফাবা বিকাশ লৈতবনা শ্রীকৃষ্ণদা মমতাবুদ্ধি লৈতবনী ; মরমদুনা শান্তভক্তগী সেবাসু থোইদোকপা মওং ( বিশিষ্ট রূপ ) অমা লৌবা ঙমদে ; মরমদুনা পরব্যোমদা ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান-য়াওবা দাস্যপ্রেম পোক্তে।

দ্বারকা মথুরাদা দাস্যপ্রেম লৈ, সেবা লৈ ; অদুবু হান্নসু হায়খ্রে — মফম অনীসিগী দাস্যপ্রেমদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞানগা তিন্নবনী। ব্রজগী দাস্যপ্রেমদি ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান য়াওদে অমসুং দাস্য-দুগী লন্নাই নুংঙাইনীঙবগী রাস্য লৈতে।

ব্রজগী দাস্যপ্রেম ( হায়বদি সেবা-বাসনা ) অদুগী বিকাশ ওইরকপগী লম্বীদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান মদুগা লন্নাইগী নুংঙাইবা-থিবা হায়বদুনা বাধা পীদে। ব্রজগী দাস্যভক্তশিংগী শ্রীকৃষ্ণদা মমতা-বুদ্ধি ( শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী লন্নাই ওইবা মীনী হায়বা বুদ্ধি ) লৈ। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতিগীদমক মাগী সেবা তৌনীঙবনী অদুগা ভক্তশিংদুগী সেবাসু লৈ। শান্তদা লৈবদি কৃষ্ণৈক-নিষ্ঠতা অদুভনী ; অদুগা দাস্যদা লৈরমা—কৃষ্ণৈকনিষ্ঠতা অমসুং সেবা, অনীসি। মরমসীনা শান্তদগী দাস্যনা হেন্নবনী। অদুগা অমুক দ্বারকা-মথুরাগী দাস্য-দগী ব্রজগী দাস্যনা হেল্লী ; মরমদি দ্বারকা-মথুরাদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-চিংবনা দাস্যপ্রেমদু হস্তরকয়ি। ব্রজদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান ( কৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খঙবাদো ) লৈতে হায়দুনা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-দগী পোক্পা সঙ্কোচ ( হঙ্গোইবা, অখুবা, পীক্শল্লক্পা ) অদু ব্রজপ্রেমদা চঙলক্পা ঙমদে।

রায় রামানন্দনা মফমসীদা দাস্যপ্রেমগী মরমদা সাধারণ ওইনা হায়রক-বসু দাস্যভাব-তি প্রেমগী মথল পূন্নমক্তা য়াওদুনা লৈ ; মরমদি প্রেমগী মথল পূন্নমক্কী শক্তমদা সেবা-তনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতি পোক্নবগী বাসনা অমসুং

হোৎনবা য়াওরি। সেবা-বাসনা-বিকাশগা লোয়ন-লোয়ননা দাস্যভাবকী বিকাশ ওইদুনা প্রেমভক্তিগী শক্তম মখল-মখা লৌয়ি (অসিগুম্বা মীৎয়েংদা বিচার তৌরগনু রায়-রামানন্দনা মফমসীদা দাস্যপ্রেমগী রা হায়রিবসী সাধারণ ওইনা হায়বনী হায়বদি বিশেষত্ব য়াওদ্রি হায়না থল্লী।

দাস্যপ্রেমগী মরমদা রামানন্দনা হায়রিবা রাসী শৌগৎনবা হায়দুনা মহাক্না মখাদা শ্লোক অনীথক পল্লম্মী।

মূল ৭২

তথাহি ( ভাঃ ৯/৫/১৬ ) –

যন্নামশ্রুতিমাত্রেণ পুমান্ ভবতি নির্ম্মলঃ

তস্য তীর্থপদঃ কিংবা দাসানামবশিষ্যতে ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

যৎ – মহাক্কী ; নাম—মিং ; শ্রুতিমাত্রেণ—নাকোঙনা তাবমক্তদা ; পুমান্—মী অমনা ; ভবতি—ওই ; নির্ম্মল – শেংবা, মোৎবা ; তস্য— মহাক্কী ; তীর্থপদঃ—ভগবান্গী ; কিং—করি ; বা—হেন্না ; দাসানাম্ —মনাইশিংগী ; অবশিষ্যতে—লেম্হৌরিবগে ?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দুর্ব্বাসা ঋষিনা অম্বরীষ মহারাজদা হায়রম্মী— মাগী মিং নাকোঙনা তাবদা মী অমনা উপাধিপূম্বা কোক্তুনা মোৎতবা ওই, অদুগুম্বা তীর্থপদ ভগবান্গী মনাইশিংগী ফংগদবা করি রাৎলিবগে ?

নৈনরোল

ভগবান্গী নাম শ্রবণ তৌবগী ফল ওইনা জীবনা মায়া-লাংদগী নাম্থোকপা ঙম্মী হায়বদি উপাধি পুম্নমক কোকৃয়ি, মতমদুদা মহাক্কী চিত্তদু মোত্তরে—বিশুদ্ধ ( শেংবা ) ওইরে—শুদ্ধসত্ব পোক্লবগী মতীকচারে ; অদুদগী চিত্তদুদা শুদ্ধসত্ব পোক্লদুনা মদুনা প্রেম ওইখৎলকয়ি ; মতমদুদা মহাক প্রেমগী অধিকারী ওইরে ; প্রেমসীনা পাঙ্গল ওইনা মহাক শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা ঙম্মী—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা ঙম্মী ; শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবা মী মহাক্কীদি অরাংপা করিমত্তা লৈত্তরে।

## মূল ৭৩

তথাহি যামুন মুনিবিরচিতে স্তোত্ররত্নে ( ৪৬ )

ভবন্তমেবানুচরন্নিরন্তরঃ
প্রশান্তনিঃশেষ-মনোরথান্তরঃ ।
কদাহমৈকান্তিকনিত্যকিঙ্করঃ
প্রহর্ষয়িষ্যামি সনাথজীবিতঃ ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থনচিংবা ২/১/২০৫ মূল শ্লোক অতুগীদা য়েংবিয়ু ।

## নৈনরোল

"লন্-থুম-পাম্বা পৃথা থাদোক্লনা কদোইডৈ ঐকান্তিক ওইবা অমসুং মতমপুম্বগী ওইবা ননাই ওইরগা নঙগী সেবা তৌরগা পুন্সী মহৈ য়ানবা ঙমগদগে"— অসী হায়বা প্রার্থনা তৌরি ।

মথক্তা পল্লিবা শ্লোক অনীমকসীদা সাধারণ ওইনা দাস্যপ্রেমগী রা হায়রি ; দাস্যপ্রেমগী শরুাইবা মওঙ ( বিশেষত্তর ) অমগী রা হায়ত্রি ; মরম অসীনা শ্লোক অনীসিগী মর্ম্মদি দ্বারকা-মথুরাগী দাস্য অমসুং ব্রজগী দাস্য হায়বা মখল অনীমক্কী ওইনা চৎনবা য়াই । দাস্যভাবকী মরমদা শ্লোক অনীসিগী মর্ম্মতু সাধারণ ওইরবসু মসী হান্না পনখিবা প্রেমভক্তিগী মরমদা বিশেষত্ব-তাকপনী ; মরমতুনা প্রেমভক্তিগী মতুংদা মসীবু পনবদি নাইতে মচায় ।

## মূল ৭৪

প্রভু কহে—এহো হয়, আগে কহ আর ।
রায় কহে—সখ্যপ্রেম সর্ব্বসাধ্যসার ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এহো—মসী ; হয়—ওইরে ; আগে—মখাতানা ; কহ—হায়খো ; আর—অতৈ ; রায় কহে—রায় রামানন্দনা হায় ; সখ্যপ্রেম—মমান্নবা ওইবগী প্রেম ; সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রকয়ি—মসীসু য়াগে, অহুবু মখা করি লৈখিবগে হায়থ-রক্লো। অদুদগী রায় রামানন্দনা থুম্লম্মী— সখ্যপ্রেম-না ( শ্রীকৃষ্ণবু মমান্নব-দোনা হুংশিবা অদুনা ) সাধ্য পূর্ণমক্কী মকোক্নী।

## নৈনরোল

রামানন্দগী ৱা তারগা প্রভুনা হায়রম্মী—"রায় ! দাস্যপ্রেমগী ৱা হায়রিবহ্ নাতে চারে। অদুবু খরমুক্কা হায়খো।" প্রভুনা অসুম্না হায়বগী মরমদি অসিনী। রামানন্দ-রায়না হায়রিবা দাস্যপ্রেমসে দ্বারকা মথুরাগী দাস্য প্রেম-সু ওইবা য়াই, ব্রজগী দাস্যপ্রেমবুসু ওইবা য়াই। দ্বারকা-মথুরাদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লৈ হায়দুনা সেবা-বাসনাহ্ন মপূড-ফানা শাংকায়রবদি ওইথোক্তে হায়না মমাঙদা হায়খ্রে ; শাংকায়রবহুসু ঐশ্বর্যজ্ঞান অদুনা শক্-উংলক্পদা খুজল্লক্খিবা য়াই ; মরমদুনা ফজনা তৌরকপা সেবাহুংসু হন্থরকপা য়াই : অদুগা ব্রজদা ঐশ্বর্য্য জ্ঞান লৈত্রবসু, ব্রজগী দাসভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর-নী হায়না খন্দ্রবসু, শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা মখোয়গী মমহ-বুদ্ধি ( ঐগীনা হায়বা বুদ্ধি ) লৈরবসু দাসভক্তশিংসীগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী প্রভুনী হায়বা গৌরব-বুদ্ধি ( চাওবা হেল্লী হায়না খল্লবা ) অমা লৈ। শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞান্না ওইবা গৌরব-বুদ্ধিনী। "শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী প্রভুনী (মপূনী), ঐনা মওঙ খূদিঙমক্তা মনাইনী। ময়াথঙ ঙাক্পা হায়বা সেবাহু তৌবা ঙমগনী, অদুদসু নত্তনা ময়াথঙ য়াওদ্রবফাওবা মহাক্না য়াখ্রোইদৌবা নত্রবদি, মহাক্কী হুংঙাইনবা ঐনা পাম্বা সেবাসু ঐহাক তৌবা ঙম্মী। মহাক্কী সম্মতি ( অয়াবা ) য়াওদবা নত্রগা সম্মতি লৈরোই হায়না ঐনা থাজৱবা সেবা মতাহ্ন, তশেংনমক মহাক্কী হুংঙাইনবা ওইগনী হায়না ঐনা থাজরবসু ঐনা তৌনীঙ-তৌনীঙনা তৌবা ঙমদে। মরমদি মহাক্তি ঐগী প্রভুনী ( মপুনী ) মাগী সম্মতি ফংদ্রবদি নত্রগা মানা য়াদবা নত্তে হায়বা খঙদ্রগদি ঐনা করিনত্তা তৌবা ঙমদে।" ব্রজগী দাস্যদা অসিগুম্বা গৌরব-বুদ্ধি অমসুং সম্ভ্রম ( উশীংপা. হুনা তৌবা ) লৈ ; মরমদুনা হঙ্গোয়বদগী ( সঙ্কোচ তৌবদগী ) মতম পূম্বদা তৌনীঙ-তৌনীঙবা সেবাহু তৌবা য়াদে। সেবা-বাসনাহ্ন ওইনীঙ-ওইনীঙ তৌরবসু থবক ওইনা থোরক্পা য়াদে...

দ্বারকা-মথুরাগী দাস্যদগী ব্রজগী দাস্যভাবকী থোইদোকপদি (বিশেষ-ত্বদি) অসিনী—অতানবদা, ব্রজদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লৈতে হায়রুনা শ্রীকৃষ্ণদা মমত্ববুদ্ধি ( শ্রীকৃষ্ণসে ঐগীনী হায়বা বুদ্ধি ) পোকপা য়াই অদুগা মমত্ব-বুদ্ধি অদু হন্থদবা চাংদা লৈবা য়াই : অনীশুবদা, সেবা-বাসনা ওইরক্পা শরুক্তো হন্থদরে অদুগা থোরক্লিবা সেবা বাসনাদু থবক ওইনা থোরকপা শরুকমখেৎনী চাংদু হন্থবা লৌদ্রে। অদুমন্দি ওইরগা গৌরববুদ্ধি লৈবা মরম্না সেবা-বাসনাদু হেঙ্গৎলক্পদি ঙমদে।

ঐশ্বর্য্যজ্ঞান ( ঈশ্বরনী হায়বা খঙবা ) লৈরবদি শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনী হায়বা ( মমত্ব ) বুদ্ধিদুগী বিকাশ ওইদে; তদীয়তামম ভাব ( ঐ মহাক্কীনী—মহাক্কা চান্‌বিকম থোকপা থা-থোংবনী হায়বা ভাব ) পোক্কনী। ঈশ্বরদি পূর্ণবস্তুনী ( মপুঙ-ফাবা অরাংপা-লৈতবা পোংনী ), অতোপ্পদগী সেবা লৌনঙাই-লৈতে হায়বা বুদ্ধিদুনা সেবা-বাসনাদু হন্দোকয়ি। ব্রজদদি অসিগুম্বা বুদ্ধি লৈতে। জাতিদা প্রেমগী জাতি য়েংলগদি ব্রজগী প্রেমগা অতৈ ধামগী প্রেমগা খেন্নে। ব্রজপ্রেমগীনা খ্বাইগা মান্নদবা বৈশিষ্ট্য ওইবনা ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান-য়াওদবনী। ব্রজগী লেপ্‌-ফংদবা প্রেম-সমুদ্রদা স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ঈশ্বরত্ব-জ্ঞান অদু আ ঈনুং-থাদা লুপ্তুনা লৈখিবগুম্মে। মরমদুনা ব্রজদা তদীয়তামম ভাবকী মফম লৈতে, মদীয়তামম ( ঐগীনী হায়বা ) ভাবদুদা মতম পুম্বদা ঈন্থৌদুনাদা লৈ।

দাস্যপ্রেমদা সেবা-বাসনাগী মপুঙ-ফাবা বিকাশ লৈতে হায়বনীনা প্রভুনা হায়রম্মী—"আগে কহ আর - মথা তানা হায়থরকথো।"

**সখ্যপ্রেম**—মুংশিবা হেন্‌বনা (প্রেমাধিক্য ওইবনা) শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গা মান্নৈ হায়না খন্‌বা, করিগুম্বা মওঙদা মখোয়দগী শ্রীকৃষ্ণনা হেন্দে হায়না খন্‌বা অদুগুম্বা মখোয়দুবু শ্রীকৃষ্ণগী সখা ( মমান্নবা, মরূপ মপিজা ) হায়না কৌয়ি। বিশ্রম্ভ ( বিশ্বাস—থাজবগী ) রতিবু সখ্যপ্রেম কৌয়ি। প্রেমসীদা শান্তগী একনিষ্ঠ ওইবা অমসুং দাস্যগী সেবা অনীমক য়াওরে, অদুদগী হেন্দোক্তুনা "ঐনা কৃষ্ণগী মুংঙাইহন্নবগীদমক ভোগদবু শ্রীকৃষ্ণনা লেপ্পক্ক প্রীতিগা লোয়ননা য়াগনী।"—হায়বা বিশ্বাসময় ( থাজবনা থল্লবা ) ভাব

অতুস্মু য়াওয়ি—মসী দাস্যদদি য়াংদে। সখ্যদা দাস্যগী গৌরববুদ্ধি, সম্ভ্রম (সম্মান) অতুগা সেবাগী হঙ্গোইবা (সঙ্কোচ) হায়বত্থু য়াংদে।

শ্রীকৃষ্ণগী কনাগুম্বা সখা অমনা উহৈ অমা চানা চানা উহৈত্থু য়াম্না থুম্নে হায়না খঙলে : অতুদগী হেক্তা উহৈ লূক্‌থাক্ অতু শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্নুংদা কোক্ ইন্‌শন্নগা হায়রম্মী—"ভাই কানাই,, উহৈসে য়াম্না থুম্বনী হাউবনী, নঙ চাও য়েংগেসে!" কৃষ্ণগী য়াম্নুংদা মাগী লূক্‌থাক্ পীজরি হায়বগী করিমতা চিংনবা (সঙ্কোচ) পোক্লোই অতুবু কনাগুম্বা দাস-না মতৌ অসিগুম্না শ্রীকৃষ্ণদা লূক্‌থাক্ পীজবদি লায়রত্থুনা পীজগে হায়না মপুক্লীংদা খন্‌বফাওবা তৌরোই ; মরমদি শ্রীকৃষ্ণবু গৌরববুদ্ধিদা মানা য়েংঙী। সখ্যদা লৈবা মমতাবুদ্ধিদু দাসাদা লৈবদগী হেন্‌বা মরম্না অস্মুম্না তৌরিবনী। "শান্তের গুণ, দাস্যের সেবন—সখ্যে দুই হয়। দাস্যে সম্ভ্রম গৌরব সেবা সখ্যে বিশ্বাসময়॥ কান্ধে চড়ে কান্ধে চড়ায় করে ক্রীড়ারণ॥ কৃষ্ণ সেবে, কৃষ্ণে করায় আপন সেবন॥ বিশ্রম্ভ-প্রধান সখ্য গৌরব-সম্ভ্রম-হীন। অতএব সখ্যরসের তিনগুণ চিন॥ মমতা অধিক কৃষ্ণে, আত্মসম জ্ঞান। অতএব সখ্যরসে বশ ভগবান॥ ২/১৯/২১২-২১১॥" হ্না অমগা। দাস-সখ্য-নচিংবা ভাব অসী অাং অনী অনীনী—অমনা ঐশ্বর্য্যাত্মক অতুগা অমনা শুদ্ধমাধুর্য্যাত্মক-হায়না হান্নসু হায়গ্রে। ঐশ্বর্য্যাত্মক ভাব-তা শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরনী, স্বয়ং ভগবান্নী হায়বা জ্ঞান অসী শ্রীকৃষ্ণগীসু লৈ অমসুং মাগী পরিকরশিংগীসু লৈ। অতুগা মাধুর্য্যাত্মক ভাব তনা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী হায়বা জ্ঞান অসী মাগী পরিকরশিংগী লৈতে, শ্রীকৃষ্ণ মছামক্-সু মতমপুম্বদা মত্থু খঙদে। দ্বারকা-মথুরাদদি ঐশ্বর্য্যাত্মক ভাব-নী। অতুগা ব্রজদনা শুদ্ধ মাধুর্য্যাত্মক (পুঙশেং-শেংবা মাধুর্য্যাত্মক) ভাব অতুনী। দ্বারকানচিংবদদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংত্থু ঐশ্বর্য্যাত্মিকা দাস্যরতিগিনী ; অতুগা ব্রজদনা রক্তক-পত্রক-নচিংবা মনাইশিংগীনা শুদ্ধদাস্যরতিনী। অর্জ্জুন-গোয়গীনা ঐশ্বর্য্যাত্মিকা সখ্যরতিনী। দেবকী-বসুদেবনচিংবগীনা ঐশ্বর্য্যাত্মিকা বাৎসল্যরতিনী, অতুগা নন্দযশোদাখোয়গীনা শুদ্ধমাধুর্য্যাত্মিকা বাৎসল্যরতিনী।

সখ্যপ্রেমগী মরমদা মানা হায়খিবা রাফমত্থু শোগৎনবা হায়ত্থুনা রায়-রামানন্দনা শ্রীমদ্‌ভাগবতমদগী পুখোরকপা শ্লোক অতুদা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজ-পরিকর-লক্তা য়াওবা সখাশিংগী আচরণগী রাদমক হায়রম্বনী। মসীদগী

তশেংনা খঙবদি ব্রজগী সখ্যপ্রেমতুগী মরমদদা রামানন্দরায়না হায়নীঙ-লম্বনী। দ্বারকা-মথুরাগী সখ্যদদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞানগা তিন্নবা মরম্না সেবা-বাসনাগী বিকাশতু মপূঙ-ফানা ওইদে হায়তুনা অমসুং ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লাকপদা, বিকাশ-তৌরম্বা সখ্যসু হন্দোকৃখি হায়তুনা, অতুগী মথক্তা মহাপ্রভুনা পাম্নম্বা রাসু সেবাবাসনাগী মপূঙফাবা বিকাশ-তুনী হায়তুনা, রায় রামানন্দনা দ্বারকা-মথুরাগী সখ্যগী রা হায়দতুনা ব্রজগী ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-য়াওদবা শুদ্ধমাধুর্য্যগী ওইবা সখ্যভাব-কী রাতুদমক হায়রম্বনী। মসীদি দ্বারকা- মথুরাগী দাস্যদগীবুদি মহেল্লবনী, অতুদগী হেন্দোক্লুনা ব্রজগী দাস্যভাব-তগীসু হেল্লিবনী ; মরমদি, ব্রজগী সখ্যদা প্রেম হেন্‌বদগী পোল্লকৃপা মমত্ববুদ্ধি ( ঐগীনী হায়বা বুদ্ধি ) হেন্‌বা মরম্না, দাস্যগীগুম্না গৌরব-বুদ্ধি অমসুং সম্ভ্রম লৈতে—লৈরিবদি শ্রীকৃষ্ণগা ঐগা মান্নে অমতনী ( সমত্ববুদ্ধি ) হায়বতুনী। সমত্ববুদ্ধিসী কয়ামুক য়োপ্রবগে হায়ববু, কনাগুম্বা সখা অমনা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবদা পাঙ্গল পোরবদি শ্রীকৃষ্ণবু মানা মরেঙ্‌বান্দা কাহল্লী ; অতুগা অমুক শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবদা মায়থীরবদি পোম্থানখিবা মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী মরেঙ্‌বান্দা কাদুনা তোংবদা হঙ্গোইদে ( সঙ্কোচ তৌদে )। দাসাভাব-তদি শ্রীকৃষ্ণগা অম্পুন্না তরোংখাদনবদি ওইথোক্তে।

মথাদা লাক্লিবা শ্লোকসীদা শ্রীকৃষ্ণগা মাগী ব্রজসখাশিংগা য়ৌশন্না তরোংখাদনবগী মতৌ খঙবা ঙম্মী।

মূল ৭৩

তথাহি ( ভাঃ—১০/১২/১১ )—

ইত্থং সতাং ব্রহ্মসুখানুভূত্যা
দাস্যং গতানাং পরদৈবতেন।
মায়াশ্রিতানাং নরদারকেণ
সার্দ্ধং বিজহ্রুঃ কৃতপুণ্যপুঞ্জাঃ ॥ ৭৫ ॥

শব্দার্থ

ইত্থং—মতৌ অম্পুন্না ; সতাং—জ্ঞানীশিংগী মফমদা ; ব্রহ্মসুখানুভূত্যা ব্রহ্মসুখবু অনুভব তৌবগী মশক ওইবা ; দাস্যংগতানাং—দাস্যভাব-তা

ভজন তৌবা মীশিংগীনা ; পরদৈবতেন – লাংনডাই-মকোক দেবতা ওইবা ; মায়াশ্রিতানাং— মায়াগী মথাপোনবশিংগী মফমদা ; নরদারকেণ— মীরয়েনগী অঙাঙ ওইনা লৌবা ; সার্দ্ধং – লোয়ননা ; বিজহ্রুঃ—বিহার তৌখি ( শান্নখি ) ; কৃতপুণ্যপুঞ্জাঃ—য়াম্না লাইবক ফবা গোপমচাশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা হায়রম্মী – জ্ঞানীশিংগী মফমদা ব্রহ্মসুখ অনুভবকী মশক ওইবা, দাস্যভাব-তা ভজন-তৌবা ভক্তশিংগী মফমদা লাংনডাই-মকোক দেবতা ওইবা, মায়া-লাংদা থুমবা মীশিংগী মফমদা নরবালক (মীরয়েনগী অঙাঙ) ওইনা লৌবা – শ্রীকৃষ্ণতগা লোয়ননা য়াম্না লাইবক-ফরবা গোপমচা পুন্নমক্না মতৌ অসুম্না শান্নরম্মী।

## নৈনরোল

সাধকশিংগী মনুঙদা সাধারণ ওইনা মখল অহুমগী মীত্না উনা ফংঙী, মহুদি—জ্ঞানী, কর্ম্মী অমসুং ভক্ত ; মখোয়গীনা স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণ অহুতবু মখোয় মখোয়গী সাধন মতুং ইন্না তেঙ্গান্ তোঙানবা মওংদা অনুভব তৌয়ি। মখোয়সীগী মরক্তা কনানা করি হায়রনা শ্রীকৃষ্ণবু অনুভব তৌবগে হায়বদু হায়রগা সখ্যভাব-পুবা ব্রজবালকশিংগী য়াম্না ফবা লাইবক্কুবু থাগংলি – নৈনরিবা শ্লোকসিদা। সতাং—জ্ঞানীশিংগী ; ভক্তিমার্গগী মতেঙ লৌরগা জ্ঞানমার্গগী উপাসনা তৌরিবা মখোয়গী। মখোয়সী নত্তবা অতোপ্পা জ্ঞানী সাধকশিংনা ব্রহ্মসুখ-অনুভব তৌবদি ওইথোক্তে হায়দুনা মফমসিদা সতাং-শব্দনা ভক্তিগা লোয়ননা জ্ঞানমার্গগী উপাসকশিংবুদা খঙহল্লিবনী। ব্রহ্মসুখানুভূত্যা – কৃষ্ণসুখবু অনুভব তৌনবগী মশক ওইবা। জ্ঞানীশিংনা নির্ব্বিশেষ ( শক্তাইদবা ) ব্রহ্মবু পরতত্ত্ব ( তত্ত্বমকোক ) ওইনা খন্দুনা ব্রহ্মদুগা লোয়নবা তিনবা ( সাযুজ্য ) অদুদা পামজে ; সাধন তৌবদা সিদ্ধ ওইরগা মখোয়না আনন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী অনুভব ফংঙী ; স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদু মখোয়গী মফমদা আনন্দস্বরূপ ব্রহ্ম হায়বদুতনী – মতৌ অসুম্না মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু অনুভব তৌরি অদুম্না শ্রীকৃষ্ণদু মখোয়দা অদুগুম্বা অনুভূতিদু পীনবী ; মরমদি "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্"—হায়বা গীতাবাক্যসীগী

মতুং ইন্না মহাক্কী সাধক খুদিংমক্তা মাগী মাগী সাধন-তুগী ওইবা অনুভব মতাদু পীনবী। "জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংনা নির্বিবশেষ ব্রহ্ম ওইনা মহাকপু পাম্বনীনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নবনচিংবা তৌবদি ফংদ্রে। **দাস্যং-গতানাং**—দাস্যভাব-তা ভজন-তৌবা ভক্তশিংগী সম্বন্ধদা **পরদৈবতেন**—পরদেবতা হায়বদি ইষ্টদেবতানী, লাৎনডাই দেবতা মকোক্নী। দাস্যভাব-তা ভজন-তৌবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু গৌরব-বুদ্ধিদা য়েংবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নবদি ওইথোক্তে। মান্ন-মান্নবা ভাব লৈত্রবদি শান্নমিন্নবা য়াদে। মতৌ অসুম্না দাস্যভাবকী ভক্তশিংগী সম্বন্ধদা পরদেবতাগা পাংথক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তো অমসুং **মায়াশ্রিতস্য**—মায়াগী মথাপোন্বশিংগী সম্বন্ধদা **নরদারকেণ**—মীরম্নেনগী অঙাঙ ওইবা মহাক। মায়াগী মথাপোন্বা কর্মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নরবালক ( মীওইবাজাতিগী নুপামচা ) অমনী হায়না খল্লী। মায়াশ্রিত ওই হায়তুনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু নরবালক-নী হায়না খল্লী হায়তুনা মথোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌদে অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতিসু লৈতে; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নবগী রাদি লাপ্না থমগত্রতুনা, শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা মওং অমতদা অনুভূতি তৌদে। শ্রীভগবান্দি থাইগা মান্নদবা স্বরূপ-ঐশ্বর্য্য-মাধুর্য্য-চেন্‌বা তত্ত্ব বিশেষনী। স্বরূপপা মহাক পরমানন্দনী ( থমগৎংবা নুংঙাইবগী মশক্নী ), মাগী ঐশ্বর্য্যগা মান্নবসু মথক্‌থোংবসু লৈতবা ( অসমোর্দ্ধ ) ভমথৈ লৈতবা মপু মওইনী ( অনন্ত প্রভুত্বনী ) অদুগা মহাক্কী মাধুর্য্যনা পুক্নীংহুনডাই-ওইবা রূপ-গুণ-লীলা-নচিংবগী মান্নবসু-মথক্কু-লৈতবা মফজ জাৎতুনী। জ্ঞানগী সাধনদনা মহাক্কী স্বরূপকী ( আনন্দ-সত্তাদুতগী ), গৌরব-য়াওবা প্রীতিদা মহাক্কী ঐশ্বর্য্যগী অমসুং শুদ্ধা প্রীতিদা (নুংশিবগীদমক্তা নুংশিজবদা) মাগী মাধুর্য্যগী অনুভব তৌবা য়াই। সাধন মথল অহুমদগী অমত্তসু তৌদবা মায়াশ্রিত ওইবা মীতাশিংগীদি য়াম্না তাঙনা করিগুম্বা অংশদা ফোঙবা মশেকতমক ( আভাসমাত্র ) ফংবা য়াই। তত্ত্ব-ফোঙলকপদি ওইথোক্তে; মরমদি মায়া-চুরবা চিত্তনা মায়াগী রাংমদা লৈবা তত্ত্ববস্তুগা শম্নবদি ওইথোক্তবনী। "নাহং প্রকাশঃ সর্বস্য যোগমায়া-সমাবৃতঃ। মূঢ়োহয়ং নাভিজানাতি লোকো মামজমব্যয়ম্ ॥ গীতা ৭/২৫ ॥" অসিগুম্বা মায়াশ্রিত ওইবা অপঙবশিংনা নরাকৃতি ( মীওইবগী মূর্ত্তি-লৌবা ) পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণবু মীগী অঙ্গা পোকপনী ( মানুষ-নী ) হায়না লৌয়ি। "তং ব্রহ্ম পরমং সাক্ষাদ্

ভগবন্তমধোক্ষজম্ । মনুষ্যদৃষ্ট্যা তুষ্প্রজ্ঞা মর্ত্ত্যাত্মনা ন মেনিরে॥ শ্রীভা, ১০/২৩/১১॥" মখোয়সিগুম্বনা ভগবানবু অনুভূতি তৌবদি ওইথোক্তবনী। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা কৃত-পুণ্য পুঞ্জাঃ— মপৈ-পৈরবা পুণ্যনা মখোয়গী ওইবা অতুগুম্বশিংগী ! ব্রজগী সখ্যভাব-চেনবা গোপবালকশিংবুনী কৃতপুণ্যপুঞ্জাঃ হায়রিবনী— ধ্বনিদি (খেগ্গৎদি) অসীনী, - জ্ঞানমার্গগী উপাসকশিংনা নির্ব্বিশেষ-ব্রহ্ম ওইনা অনুভব তৌবা, মহাক্কা লোয়নন। শান্নবা ফংদবা ; দাস্যভাবকী ভক্তশিংনসু মহাক্কা লোয়ননা শান্নবা ফংদবা, কর্ম্মীশিংসু মহাক্কী অনুভূতি করিমত্তা ফংদবা—অতুগুম্বা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মমান্নবা ওইনা শান্নরিবা মখোয়তুনা পুণ্য কয়ামুক তৌরকপা ! পুণ্যগী রা হায়রিবসী মীওইবা খ্বায়না হায়নৈ হায়বগী হায়বনী। স্বয়ং ভগবানগা লেংমান্ননা শান্নমিন্নবগী অধিকার ফংবা য়াননবা পুণ্য জাৎ অমত্তা লৈত্তে। ব্রজগী রাখালশিংনা করিগুম্বা পুণ্য নত্রগা সাধনগী ফল ওইনা অধিকার অসী ফংবা নত্তে। মখোয়দি নিত্যসিদ্ধ ভগবৎ-পরিকরনী, অনাদিকাল-দগী মখোয়সে মত্তৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা বিহার তৌতুনা লাক্লবনী। ভগবানমক্কা সখ্য-রস চৃপাকে হায়তুনা সখাময়ামসে ওইতুনা অনাদিকালদগী আত্মপ্রকট তৌরগা ( মচাব ফোঙদোক্লগা ) ডান-থোইহরিবনী। অসিগুম্বা ব্রজবালকশিংগী লাইবক ফমনবসী ফোঙদোক্লবা হায়তুনা মখোয়বু কৃতপুণ্যপুঞ্জ কৌরিবনী। নত্রগা, কৃতানাং চরিত্রানাং ভগবতঃ পরমপ্রসাদহেতুত্বেন পুণ্যাশ্চারবঃ পুঞ্জা যেষাং তে—ইত্যর্থঃ ( শ্রীপাদসনাতন )। কৃত-শব্দগী অর্থদি ( সখাশিংগী ) চরিত, আচরণ। পুণ্য—চঙখোনবা (চারু)। সখাশিংগী আচরণদি শ্রীকৃষ্ণগী পুঙপেন পেন্নবগী মরম্মী হায়তুনা পুণ্য-নী, হায়বদি চঙখোনবনী, পুক্নীঙ-তুনঙাইনী। পুঞ্জ— মপৈ। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা গাঢ়প্রেমদগী পোকপা মমূন-ফারবা মমত্বনুদ্ধি সখাশিংগী লৈ, মতুগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা গৌরববুদ্ধি-য়াওদবা হঙ্গোয়নদবা ( নিঃসঙ্কোচ ) মওংদা শান্নমিন্নবনী। অসুম্না হঙ্গোয়নদবা মত্তৌদা শান্নবসীনা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পেনজে। মরমসীনা মখোয়গী অসি-গুম্বা আচরণদো শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা য়োনা নুংঙাইনঙাইনী ( পুণ্য চারু ), অসিগুম্বা আচরণ-দি মখোয়সীদি অমা-অনীবক-কুম্বদা নত্তে, মনীঙ নাইদ-বনী—অনন্তনী ( পুঞ্জ-নী ) ; অসিগুম্বা আচরণ-চৎপা সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা

লোয়ননা শান্নখিবনী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরম্বা মওংদো করম তৌরম্মী ? ইথং—মতৌ অসূন্না ; শ্রীমদ্ভাগবতম্গী ১০/১২/৪-১০ শ্লোক-শিংদা য়াওবা মতুং ইন্না হায়রগদি—মখোয় পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম্না—উনা অমদি লৈরাংনা লৈতেং তৌদুনা মছা মছাবু শেন্নম্মী, অমনা অমগী শাঙ্গে-বেণু-শিঙা-নচিংবা হুরান্নরম্মী, ফাগনী হায়বগী কিবনা তুংদা লৈরম্বা সখাশিংগী মথৃক্তা থৈদোক্লম্মী ; করিগুম্বা মরম অমগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা খরা লাপ্না চৎখরবদি মাবু হান্না শোক্লবা মখোয় মশেল হোৎনরম্মী, মতুংগীদমক চেন্-খোংতুনা তৌরম্মী : শিঙা-বেণু খোংতুনা অমদি রাহোংগী মখোল মান্না খোংলম্মী : রাহোংগা লোইননা জগোইশাবা, ঈশীং-মনাক্তা ফম্লম্বা উরোক-শিংগুম্না ফম্বা, অপাইবা উচেক্কী মমিগা লোয়ননা লমজেন তান্নবা ; য়োংগী মমৈ পায়দুনা চিংবা, মখোয়গী তুং ইন্দুনা উ কাবা, মখোয়গী মতৌ তম্দুনা চীন পৈথোক-পৈশিন শান্নবা, হংভোইগী মতৌ তম্দুনা ফন্-ফন্ চোংবা, মছাগী মমিগা লোয়ননা মূক্লবা চাংয়েংনবা ; অসিনচিংবা মওং মওংগী মশান্না কয়া রাখালশিংনা শান্নরম্মী।

সখ্য-দগী হৌরদুনা রায়-রামানন্দনা মথং মথং বাৎসল্যপ্রেম অমসুং কান্তা-প্রেমগী রা হায়রম্মা অদুগা মানা হায়রম্বা রা শোগৎনবা হায়দুনা উৎলম্বা শাস্ত্র-প্রমাণ পুন্নমক্তো শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা নিত্য-পরিকরশিংগী মরমদনী। অদুবু সখ্যপ্রেমগী মমাঙ ফাওবদা পন্খিবা শাস্ত্র-প্রমাণ পুন্নমক মরু ওইনা সাধক জীবগী মরমদনী। সখ্যপ্রেম, বাৎসল্য-প্রেম অমসুং কান্তাপ্রেমগী মরমদা স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা নিত্য-পরিকরশিংগী খুদম উৎপগী মরমদি মতৌ অসুন্না ওইরমাল্লে নীঙঙী। সেবাবাসনাগী খমথেংবা বিকাশ ওইরবদা সাধ্যবস্তুগীসু খমথেংবা বিকাশ ওইরিবনী॥ সেবা-বাসনাসি মথল অনীগী ওইবা য়াই মদুদি—স্বাতন্ত্র্যময়ী (মনীঙ তম্বা) অমসুং আনুগত্যময়ী (তুং-ইন্বা)। জীবদি কৃষ্ণগী নিত্যদাস ওইবনা আনুগত্যময়ী সেবাদা মাগী অধিকার লৈ ; মরমদুনা আনুগত্যময়ী সেবা তৌনীঙবদি জীবগী ওইথোকয়ি। অদুবু স্বরূপশক্তিগী বিলাস ওইবা (স্বরূপশক্তিগী মূর্তি লৌবা) পরিকরদি, স্বরূপশক্তিগী মূর্তিনী হায়দুনা মখোয়গী মনুংদা স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা তৌনীঙবসু লৈ অদুগা স্বাতন্ত্র্য-ময়ী সেবাসু লৈ অমসুং কনা কনাগুম্বা পরিকরদা ( মদুদি কান্তাভাব-তা

শ্রীরূপমঞ্জরী-মচিংবদা ) স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা ওইথোকপদা মতেঙ ওইবা আনুগত্যময়ী সেবাসু লৈ। মরমদুনা অসিগুম্বা নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী আচরণদা মথল-অনীমক্কী সেবা-বাসনাগী থৃদম উবা ফংঙী। সেবাবাসনাগী মায়কৈ-শুবা বিকাশ ওইরবদদা সাধ্যবস্তুগী মপূঙফাবা বিকাশ ওই, অদুগা অসিগুম্বা বিকাশ তুবু প্রভুনা হায়হন্নীঙবনী খন্দুনা রায় রামানন্দনা নিত্যসিদ্ধপরিকরশিংনা থৃদম ওইহল্লগা সাধ্যগী রা হায়রম্বনী। থোইদোক্না, স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবাতদা সেবা-বাসনাগী পূময়ৌ-য়ৌবী বিকাশ ওইয়ে। স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবাসী মমাঙদা পল্লিবা নিত্যসিদ্ধ পরিকর নত্তনা অতোপ্পা কনামতদা ওইথোক্তবনীনা মথোয়গী থৃদম্না সেবাবাসনাগী পূময়ৌ-য়ৌবী বিকাশ উংপা য়াই, মরমদুনা সাধ্যবস্তুগী মপূঙফাবা বিকাশ-সু উংপা য়াই। আনুগত্যময়ী সেবাতদা ( স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবাগী তেঙবাঙবা ওইনা ) অধিকার লৈবা মথোয়দুগী সেবাবাসনাগী বিকাশসু স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা-বাসনাগী মতৌগুম্না ওইবা য়াই। মরমসীনা স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা-বাসনাগী বিকাশ মওইদুদা আনুগত্যময়ী সেবা-বাসনাগীসু বিকাশ ওইগনী। থৃদম ওইনা হায়রগা বাৎসল্যভাব। বাৎসল্যভাবকী সেবাদা শ্রীশ্রীনন্দযশোদাগী-দমক্তি স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবাদা মথোয়গী অধিকার নী। বাৎসল্যভাবকী উপাসক-না ভগবৎ-কৃপাদগী সাধন-দা সিদ্ধি ফংলবদি মহাক শ্রীনন্দ-যশোদাগী আনুগত্যদা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা ফংগনী; হায়বদি শ্রীনন্দ-যশোদাগী স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবাদা তেঙবাঙগনী: মহাক্কী সেবা-বাসনাসু আনুগত্যময়ী সেবাগী মতীক চাননবা বিকাশ ফংগনী অমসুং মদু শ্রীনন্দ-যশোদাগী সেবাবাসনাগুম্ ওইগনী। মতৌ অসুম্না সখ্য-ভাবকী নত্রগা কান্তাভাবকী উপাসকশিংগী সেবা-বাসনাসু ব্রজসখা নত্রগা ব্রজ-কান্তা-শিংগী স্বাতন্ত্র্যময়ী সেবা-বাসনাগী তুং ইনবা ওইনা অদুগা মদুগুম্না বিকাশ ফংগনী।

## মূল ৭৬

প্রভু কহে—এহোত্তম, আগে কহ আর।
রায় কহে—বাৎসল্যপ্রেম সর্ব্বসাধ্যসার ॥ ৭৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; এহোত্তম—মসিসু ফবনী; আগে কহ—

মথংদা হায়থরক্খো ; আর—অতৈ ; রায় কহে— রায়-না হায় ; বাৎসল্য-প্রেম—মচা ওইনা মুংশিবনা ; সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী হায়রিবদো অফবা অমনী। অদুবু মথণ্ড করি অমা লৈরিবগে মহু হায়থরক্খো। প্রভুগী বা তারগা রায়-রামানন্দনা খুম্নম্মী—বাৎসল্যপ্রেম্না ( মচা ওইনা মুংশিবনা ) সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

## নৈনরোল

এহৌত্তম— সখ্যপ্রেমবু মহাপ্রভুনা সাধ্য অফবা ( উত্তম ) অমনী হায়রম্মী। মসিগী মমাংদা সাধ্য অমতবু উত্তম-নী হায়রমদে। সখ্য-প্রেমবু উত্তমনী হায়বগী মরম করিনো ? শ্রীকৃষ্ণ মছামক্তা হায়রম্মী—"আপনাকে বড় মানে আমাকে সমহীন। সর্ব্বভাবে হই আমি তাহার অধীন॥ ১/৪/২২ ॥ কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মহাক্ ঐডোন্দগী হেন্না চাউয়ি হায়না খল্লবা, ঐহাক্পু মডোন্দগী হেন্না হন্থে হায়না খল্লবদি ঐ মওং থ্দিংমক্তা মহাক্কী মথা পোল্লী। ঐবু মডোন্দগী হেন্না হন্থে হায়না খল্লগনু ঐগা মান্নে হায়বত্তদি খল্লবা, করিমত্তদা মডোন্দগী হেন্না চাওয়ি হায়না খন্দবা, অদুগুম্বা ভক্তগী মথক্তু ঐহাক পোল্লী। সখাশিংনা সখ্যভাব-তা কৃষ্ণবু মখোয়না মান্নে হায়না খল্লা, কৃষ্ণবু মখোয়দগী হেন্না চাওয়ি হায়না কাদৌডৈদসু খন্দে ; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণ সখ্যপ্রেম্না সখাশিংগী মথা পোল্লী। মরমসিনা মহাপ্রভুনা সখ্যপ্রেমবু উত্তম-নী হায়রিবনী। শান্ত-দাস্যনচিংবদা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তশিংনা মখোয় মহাকদগী হেন্না চাওয়ি হায়না লৌয়ি অদুগা ভগ্না মহাকবু পীক্থি হায়না লৌয়ি ; মসিদদি শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ততুগী মথা পোন্দে। "আমারে ঈশ্বর মানে আপনাকে হীন। তার প্রেমে বশ আমি না হই অধীন॥ ১/৪/১৮ ॥" ( নীঙশীঙবিগদবা, রাহৈশিংসে নিত্যসিদ্ধ ভগবৎ-পরিকরগী মরমদা হায়বনী ; সাধক জীবগী মরমদা হায়বা নত্তে। সাধক-অমগী হৌজিক-হৌজিক-লৈরিবা দেহদদি দাস্যভাব-তনা অকুনবনী।

সঙ্কোচ (হঙ্গোয়বা) লৈতবা মরম্না সখ্যপ্রেমবু উত্তম প্রেম-নী হায়বনী। মসিদা সেবা-বাসনাসু য়ৌনা য়াওরি।

অদুদগী মহাপ্রভুনা হায়রম্মী, সখ্যপ্রেমসি উত্তম ওইরবসু মসিদগী হেন্না মমুন্-ফাবা প্রেমগী ফীভম লৈবা থোক্লবদি মহু হায়য়ু।

প্রভুগী রা তারগা রাম-রায়না হায়রম্মী—"বাৎসল্যপ্রেম-না সর্ব্ব-সাধ্যসার-নী।"

**বাৎসল্যপ্রেম** মমা-মপা ওইনা মচা-মচাবু শ্রীকৃষ্ণগী গুরুজন ওইরী হায়না খন্বা অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না চান্‌বিকম য়োক্‌পনী খন্‌বা অদুগুম্বা ভক্তশিংগী রতিবু বাৎসল্যপ্রেম ( মচা ওইনা নুংশিবা ) কৌয়ি। রতিসিদা সখ্যদগী হেন্না মমতা লৈ, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না য়োক্তপবনী হায়বা (পাল্য) জ্ঞান-দা অদুগা মখোয়বুনা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকপনী (পালক-নী) হায়বা জ্ঞানদা নন্দ-যশোদানচিংবনা শ্রীকৃষ্ণবু ফুবা, চৈবা, থুনবনচিংবা কৌয়ি। মসিদা শান্ত, দাস্য অমসুং সখ্যগী নিষ্ঠা, য়োকপা হায়বা সেবা, অসঙ্কোচ ( হঙ্গোইদবা ) ভাব-তুসু য়াওয়ি, অদুগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণবু পাল্যনী অদুগা মখোয়বুনা পালক নী হায়বা জ্ঞান অদুসু য়াওরে। মরমসিনা সখ্য-দগী বাৎসল্য-না হেল্লী। "বাৎসল্যে শান্তের গুণ দাস্যের সেবন। সেই সেবনের ইহাঁ নাম পালন॥ সখ্যের গুণ অসঙ্কোচ অগৌরব সার। মমতাধিক্যে তাড়ন ভৎর্সন ব্যবহার॥ আপনাকে পালক-জ্ঞান কৃষ্ণকে পাল্য-জ্ঞান। চারি রসের গুণে বাৎসল্য অমৃত সমান॥ সে অমৃতানন্দে ভক্ত ডুবেন আপনে। **কৃষ্ণভক্তবশ** গুণ কহে ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানীগণে॥ ২/১৯/২২১॥ সখ্যদা শ্রীকৃষ্ণবু মমান্নবনী হায়না খল্লী ; অদুবু বাৎসল্যদদি মমতা য়াম্না হেন্না য়াওবনা শ্রীকৃষ্ণবু হন্থবনী খন্দুনা অদুগা মচাবনা অহন্না হায়না খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক, মঙ্গলগীদমক ফুবা-চৈবনচিংবফাওবা তৌয়ি। সখ্যদদি ফুব-চৈবনচিংবা তৌননবা হেন্দোকপা মমতাদু লৈতে ; মরমসিনা সখ্যদগী বাৎসল্যনা হেল্লী।

## মূল ৭৭

তথাহি ভক্তের ( ১০/৮/৪৬ )—

নন্দঃ কিমকরোদ্‌ব্রহ্মন্ শ্রেয় এবং মহোদয়ম্।
যশোদা বা মহাভাগা পপৌ যস্যাঃ স্তনং হরিঃ॥ ৭৭

### শব্দার্থ

নন্দঃ—নন্দ মহারাজনা ; কিম্—করি ; অকরোৎ—তৌরকৃখিবা ; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ ; শ্রেয়ঃ—মঙ্গলগী থবক ; এবং—অসিগুম্বা ; মহোদয়ম্

—মহাপুণ্য-ওইবা ; যশোদা —যশোদানা ; বা—নত্রগা ; মহাভাগা— লাইবক-য়াম্না ফবী ; পপৌ—থকখী ; যস্তাঃ—মহাক্কী ; স্তনং—খোম্নাং অমৃত ; হরিঃ—হরিনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরীক্ষিৎ মহারাজনা শ্রীশুকদেবদা হায়রম্মী—হে মুনিদেব, নন্দ-মহারাজনা মহাপুণ্যগী ওইবা করম্বা থবক তৌখিবনো ( মতুগী ফল ওইনা মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংখিবা ) ? অদুগা লাইবক-য়াম্না-ফবী যশোদাদুনা করম্বা মঙ্গলগী থবক তৌখিবনো (মতুগী ফল ওইনা) শ্রীহরিনা মহাক্কী ( মচানুপা ওইবদা য়াদ্রেনা ) খোম্নাং-অমৃত থকখিবা ?

## নৈনরোল

শ্লোকসিদা বাৎসল্য-রসগী আশ্রয় ( তুঙফম ) ওইবা নন্দ-যশোদানা শ্রীকৃষ্ণগী নফমদা লুৎশিবা (প্রীতি) অমসুং মমতা-বুদ্ধি তেন্না তৌয়ি হায়বদু উৎলী । শ্রীকৃষ্ণদা মখোয়গী প্রীতি অমসুং মমতা-বুদ্ধি অসুক্কী মতীক চেন্নম্বগে হায়বদু অনন্তকোটি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী অমতা-ভায়বা মপু ( অধীশ্বর ) স্বয়ং ভগবান্, স্বয়ং গর্গাচার্য্যনসু মখোয়দা মহাক্কীদি **নারায়ণসমো গুণৈঃ** হায়রম্লিবা, মহাক্কা ঐশ্বর্য্যবিকাশ অয়াম্বা মখোয়না উথ্রবা, অদু-গুম্বা স্বয়ং ভগবানবু মখোয়গী মচানুপা খক্তা ওইবনী হায়না—মখোয়না য়োক্কদবনী ( লালনী ), মখোয়না চানবিফম থোক্পা অমনী হায়না শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না খল্লম্মী । শীংনাইদবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী পালন-তৌবা মপু অদুগী মখোয়না পালক ওই হায়না খল্লম্মী । অদুগা পূম্নমক্কী থোরক্ফম ( সর্ব্বযোনি ), পূম্নমক্কী তুঙফম্ ( সর্ব্বাশ্রয় ), শক্তি-পূম্বা-পায়বা ( সর্ব্বশক্তিমান্ ) পূম্নমক্কা সরাচন্না লৈরিবা ( সর্ব্বব্যাপক বিভুতত্ত্ব ), পূম্নমক্কী লাৎনফম্ ( সর্ব্বপূজ্য ), পরম-ব্রহ্ম, স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু মখোয়গী বাৎসল্য-প্রেমনা বশ ওইখিবনা মখোয়গী মচা ওইনা মখোয়না চৈবা-য়ৈববু য়াবিখি, নন্দবাবাগী খোঙ-উপ্ মকোক্তা হাপ্তুনা পুখি, যশোদামাতাগী খোম্নাং-অমৃত থকখি অদুগা মখোয়না পীবা শাস্তি-গাসু য়াখি ।

নন্দ মহারাজগা যশোদা মাতাগসু নিত্যসিদ্ধ ভগবৎ-পরিকরনী ; বাৎসল্যরস চুপ্পনবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী সন্ধিনী-শক্তিনা নন্দ অমসুং যশোদা

ওইনা আত্মপ্রকট তৌদুনা অনাদি কাল-দগী ভাক্তোইবক্লবনী। শ্লোকসিদা মখোয়গী মহোদয়ং ( মহাপুণ্যগী ওইবা থবক ) হায়না পল্লিবসিদি লৌকিক ওইবা লোনচংকী মহায়বা রানী— মখোয়গী নাইবক ফবদু খঙহন্নবা হায়দুনা।

মূল ৭৮

তথাহি তত্রৈব ( ১০।৯।২০ )—

নেমং বিরিঞ্চো ন ভবো ন শ্রীরপ্যঙ্গসংশ্রয়া।
প্রসাদং লেভিরে গোপী যত্তৎপ্রাপ বিমুক্তিদাৎ॥ ৭৮॥

## শব্দার্থ

ন—নত্তে; ইমং—অসী ( ভগবৎ-প্রেম ); বিরিঞ্চঃ—ব্রহ্মা; ন—নত্তে; ভবঃ—( শিব, মহাদেব ); ন—নত্তে; শ্রীঃ—লক্ষ্মী; অপি—সু; অঙ্গসংশ্রয়া—হকচাঙগা নল্লিবী ( পবাক-তোংবী ); প্রসাদং—চানবা; লেভিরে—ফংঙী; গোপী—গোপীনা ( যশোদানা ); যৎ—মদু; তৎ—মদু; প্রাপ—ফংখি; বিমুক্তিদাৎ—অরান্-খুবম-পীনবিবা শ্রীকৃষ্ণদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরীক্ষিৎকী মফমদা শ্রীশুকদেবনা হায়খি বিমুক্তিদাতা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী গোপী যশোদানা ফংখিবা প্রসাদ ( চানবীবা ) অদু ব্রহ্মানা ফংখিদ্রি, শিবনা ফংখিদ্রি, করি হায়নী (শ্রীকৃষ্ণগী) থবাক্ ভানবী লক্ষ্মীনসু ফংখিদ্রি।

## তৈনরোল

শ্লোকসিগী লক্ষ্যাদি দামবন্ধন-লীলা ( থোরীনা পুনবা লীলা ) অদুনী। যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু শৃঙ্খলদা পুনখি অমসুং লোইনমক্কী অরান্-খুবম-পীবা ওইরবসু স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাবু পুনবহু য়ারম্মী—শৃঙ্খগী যশোদাগী প্রেমগী মথা পোল্লুবা মরম্না। দামবন্ধন-লীলাদি শ্রীকৃষ্ণবু প্রেম্না বশ তৌমি হায়বা তাক্লবনী। কনাগী মতীক লৈবগে—স্বয়ং ভগবান্ বিভুবস্তু শ্রীকৃষ্ণবু পুনবা ঙম্বদি? মহাক মচানা পুনহল্লগদি মাবু পুনবা য়াই। মাদি প্রেমগী বশ-নীং শৃঙ্খলনী প্রেম-তনা মহাকপু পুনবা য়াই। যশোদাগী প্রেম্না মাবু অসুক্কী মতীক বশ ওইহনখি, অদুনা যশোদানা পুনবহুদা মহাক য়াখি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—"মমতা ( ঐগীনীকো হায়বা ) বুদ্ধিনা হেঙ্গৎলক্পা মরম্না কনাগুম্বা ভক্তনা মছাবু ঐঙোন্দগী চাওবা হেল্লী হায়না অতুগা মঙোন্দগী ঐনা পীক্পনী হায়না খল্লবা, অদু ওইরবদি ভক্ততুগী প্রেম-না ঐব্ বশ তৌখিত্নুনা মগুঙশুনা ঐহাক মাগী মখা পোল্লী।" যশোদানা মচান্নুপানী হায়দুনা কৃষ্ণব্ অপীক্পা অঙাঙনী—"মানা য়োকফম থোক্পনী (লাল্য-নী) হায়না খল্লী, মছাব্না কৃষ্ণগী লালিকা মাতানী ( অয়োকপী মমানী ) হায়দুনা মছান্ কৃষ্ণগী ঙাক্শেন্বীনী ( পালনকর্ত্রী-নী ) হায়না খল্লম্মী ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক মাব্ রারাক্কে (শাসন-তৌগে) হায়বগীদমক মাব্ পুল্লম্বনী। যশোদানা খল্লম্মী—"কৃষ্ণদি অঙাঙ-পিথক্নী, অক্ষ-ফত্তা করিমত্তা খঙবা নত্তে ; মরমদুনা দধি-চফু থুগায়বনচিংবা তৌরিবনী ; হৌজিক্তগী রারাক্হৌদ্রবদি অস্থুম অস্থুম তুংদা লম্-হেন্বা হেঙ্গৎলক্কনী অদুনা তুংদা মাগী অমঙ্গল য়াম্না থোক্লবা য়াই। ঐদি মমানী, ঐনা রারাক্লবদি কনানা মাবু রারাক্পিগনী ?" মসিনা উৎলিবদি যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু মাগীনী হায়বা ( মমতা ) বুদ্ধিদু য়াম্না হেন্খিবননী। মমতা য়াম্শন্বা অসী যশোদাগী নৈরম্মী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বশ ওইরগা মমাগী খুৎনা পুনহন্খিবনী ; মসী যশোদাবু মহাক্না চান্বনী। ( অনুগ্রহ তৌবনী )। যশোদানা ফংলিবা অনুগ্রহসী অতোপ্পা কনামত্তনা ফংদে—করি হায়নী শ্রীকৃষ্ণগী মচান্নুপা ওইনমক ব্রহ্মানস্থু অনুগ্রহসী ফংখিদে, আত্মভূত ওইনমক শিবনস্থু ফংখিদে, মতমপুম্বদা কৃষ্ণগী থবাক-ঙান্বী ওইবিবী স্বয়ং লক্ষ্মীদেবীনা ফাওবা অসিগুম্বা অনুগ্রহসী ফংখিদ্রে। স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তবাৎসল্যদগী ভক্তগী বশ ওই হায়বসী খ্বায় পুম্বনা খঙনরবা রানী অমস্তুং **অহং ভক্তপরাধীনঃ**—নচিংবা রাহৈনা মহাক মছানস্থু য়ারবা রানী। মাগী ভক্তবশ্যতা ( ভক্তগী বশ ওইবসী ) কয়ামুক ওইহন্বা য়াবগে হায়ববু ভক্তগী থৌরীনা পুন্বা ফাওবা য়ারিবসিনী, মসী শ্লোকগী দামবন্ধন-লীলাদদা উৎখি। মসী ভক্তবশ্যতাগী খম্থেংবা মতাঙ-নী।

মথক্তা পল্লিবা শ্লোক অনীসিবু খরদং নৈনরগদি নন্দযশোদাগী বাৎসল্যপ্রেমদু কয়ামুক য়োবগে হায়বা ময়েক খরা লানা খঙবা য়াগনী। নরমসিনা মফমসিদা খরদং নৈনবা য়ারি।

নৈখোম্-চাবগী লীলাদা যশোদা মাতানা শ্রীকৃষ্ণগী মাকুংদা রিশ্

পূম্বা, ব্রজধাম, শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং মহাক মচামকপুম্ব য়াওনা উখি, মতম অতুদা য়াম্না খল্লবা মতুংদা মহাক্না খন্খি-- মসী পুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী অচিন্ত্য ঐশ্বর্য্য অমনী। মতমতুদা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লাক্পদা মাগী বাৎসল্যপ্রেম হন্থ-রক্খি। অতুবু যশোদামাতাগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যজ্ঞান—শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-জ্ঞান-লৈরবোইদি রসিক-শেখর শ্রীকৃষ্ণনা বাৎসল্য-রস চূপকে হায়বতু য়ারোইদৌরি ; মরমতুনা লীলাশক্তিনা যশোদামাতাগী ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান-তু কুপ্‌ছন্দুনা থম্খি, কুপ্‌চল্লবা অতুদা বাৎসল্যগী মপাঙ্গল কন্খৎ-লক্পনা যশোদা মাতানা শ্রীকৃষ্ণগী য়াল্লংদা উংখিবা পোৎ পুম্নমক্তো কাউখিবগুম্খি ; কনা কনাগুম্বনা মতংদা উবা পোংকী রা কাউবগুম্বনী। মতমতুদা মহাক্না পরম ব্রহ্ম স্বয়ং-ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু মহাকনরা পোক্নবা মচানী হায়না খন্বা হৌখি। শ্রীপাদশুকদেবগী মুখদগী রাসী নাকোংনা তারগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী ওকপা হায়বতু খন-থেংখি। বিভুতক্ষ শ্রীকৃষ্ণবু যশোদামাতানা করম্না মানা পোক্পনী ( আত্মজনী ) হায়না খল্লিবনো হায়বসিদা পরীক্ষিৎনা ওক্পনী। মরমতুনা মহাক্না শুকদেবদা হংখি নন্দঃ কিমকরোদব্রহ্মন্--অসিনচিংবা রাহং। নন্দ মহারাজনা করি মহৎপুণ্য তৌরকপনা স্বয়ং ভগবানবু মচান্নপা ওইনা ফংখিবনো ? লাইবক-ফরেন্-ফবী ( মহাভাগ্যবতী ) যশোদানা করি তৌভনল ওইনা পূর্ণংম ( মপুং-ফাবদা ফারেন্-ফাবা ) ভগবান্নস্থ মাগী খোল্লাং-অমৃত ফান্খিবা ? পরী-ক্ষিৎকী রাহংসি তারগা শ্রীশুকদেবনা খুম্খি—অষ্টবসুগী ( বসু নীপানগী ) বসু মকোক্ ওইবা দ্রোণ অমস্তুং মাগী লৈমা ধরাদা ব্রহ্মানা— 'মখোয়না পৃথিবীদা পোক্লুরগা মথুরামণ্ডল-দা শন্‌য়োক্পগী শিন পায়রু অতুগা বসুদেবগী সখা ওইরু'— অস্মুন্না হায়রবদা মখোয়না ব্রহ্মাগী য়াথং ভাক্লগে হায়না শেম-শারগা ব্রহ্মাদা হায়রম্মী—ঐখোয়না পোক্লুরগা অঙকপগী মশক ওইবা মধুরলীলাগী মকুংডো, পুম্নমক্কী পুক্নীঙ হুংঙম্বা, বিশ্বগী মপু ভগবান্দা অয়েৌবী ( পরমা ) ভক্তি লৈনবা বর পীনসিনু। ধরা-দ্রোণগী প্রার্থনা তারগা ব্রহ্মানা হায়রম্মী—"তথাস্তু—অতুমক ওইরসন্নু।" মরম-সিনা মহা-লাইবক-ফবী ধরাদেবীনা যশোদা ওইনা ব্রজদা পোকুখি।" শ্রীশুকদেবগী রাহৈসিদগী খঙবা ওহদি ব্রহ্মাগী বর-না দ্রোণ অমস্তুং ধরা-অতু ব্রজদা নন্দ অমস্তুং যশোদা ওইনা পোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু মচান্নপা ওইনা

ফংখিবনী হায়বশিনী। হংবা রাহংনে থুম্বা পাউখুম্নে চপ মান্নে। ধরা-দ্রোণগী উপাখ্যান নীঙশীঙবা মীতাশিংগী ওইনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা রাহংসী হংবা মাল্লী। শ্রীশুকদেবনা মহু খঙবা মতাগুম্না পরীক্ষিৎকী মফমদা নাচুংদবা শাহুনা মথক্তা হায়রিবা পাউখুমসী পীরম্বনী। অহুনা পাউখুমসী রাহংগা চপ চাবনী। রাহংগী মনূঙদা নন্দ যশোদাগী মমাঙেঙদা তৌখিবা সাধনগী ইঙ্গিত য়াওরি, পাউখুমদস্তু সাধনগী রাহুমক তরংনা উংলী। তৌবগীদি মসী অওইবা পাউখুমদি নত্তে। অওইবা পাউখুমদি— মসিগী মতূঙ হেক থংনবদা শ্রীশুকদেবনা দামবন্ধন-লীলা-বর্ণনাগী মতাঙদা নেমং বিরিঞ্চো ন ভবঃ—নচিংবা শ্লোক অহুদা ফোঙদোক্লে। শ্রীশুকদেবনা পীবা মথক্কী ধরা-দ্রোণগা মরী-লৈনবা উপাখ্যান গীস্থ সমাধান অমা ফংলে। স্বরূপকী হায়রগদি দ্রোণ শ্রীনন্দগী অংশনী, অহুগা ধরানা শ্রীযশোদাগী অংশনী। ব্রহ্মাণ্ডদা মখোয়না কৃমথরকপদি নরলীল- ( মীওইবা ওইনা লীলা শান্নবা মহাক ) শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবগী উপক্রম-নী। মখোয়গী চিত্তদা নিত্যসিদ্ধ ওইবা বাৎ-সল্যপ্রেমদো ভংতনা লৈ : মখোয়না ব্রহ্মাণ্ডদা অবতার তৌবা মতমদস্তু মখোয়দা প্রেমহু লেঙদনা অহুম লৈরম্মী। প্রেমগী হৌনবী দৈন্য অমস্তুং মহুদগী পোকপা অয়োবী উৎকণ্ঠা লৈবনা শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিগীদমক-মচানুপা ওইনা ফংননবগীদমক হৌনবী বাসনাহুমা মখোয়গী লৈরম্মী। অহুবু মখোয়না ব্রহ্মাগী মফমদা বর নিরম্বা মতমদা ভগবানগী ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান-প্রধান ওইবা মুনি য়াম্না লৈরম্মী। মখোয়গী মমাঙদা ধরা-দ্রোণ অনীনা মখোয়গী থম্মোইনা পামজবা রাহু ফোঙদোকপদা হঙ্গোইরম্মী, মরমহুনা "পরমা ভক্তি ফংবগী ইচ্ছা না কৃষ্ণগা রাহু ফোঙলম্বনী। 'পরমা ভক্তিগী' অর্থ অস্মন নাকোঙনা ত নদা অমা ওইরবস্তু, ধরা-দ্রোণগী থম্মোইগী অর্থদি অসিনী, মহুদি—তশেংবা বাৎসল্যময়ী প্রীতিহুনী, মখোয়গী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণব মতম্বাক্তা পমজবনী।' নন্দযশোদানা স্বয়ং ওইনা অবতার তৌবা মতমদা মখোয়গী অংশ ওইবা দ্রোণ ধরাস্তু অংশীগা লোয়ননা তিনখি— দ্রোণ তিনখি মাগী অংশী শ্রীনন্দগা লোয়ননা অহুগা ধরানা তিনখি মাগী অংশী শ্রীযশোদাগা লোয়ননা। মসী তৌনবীনী। অংশীনা জগত্তা কৃম্মকপা মতমদা মাগী অংশ পূম্নমক মহাক্কা তিন্নরে। ধরা-দ্রোণ-দা ব্রহ্মানা বর-পীবনী হায়রগা ভক্তনী লীলাদা প্রকাশ তৌবনী। অওইবদি ব্রহ্মাগী বরনা

কনামতনা শ্রীকৃষ্ণগী মপা মমা ওইবা ঙমদে ; অদুমক "নেমং বিরিঞ্চো ন ভবঃ"-নচিংবা শ্লোক অদুদা শ্রীশুকদেবনা ইঙ্গিতনা উৎলী। শ্লোকসিদা হায়রি— স্বয়ং ব্রহ্মামক্তা ফংবা ঙমদবা প্রসাদ অদু, মহাক্কী বর না ফংবদি কনামতনা ঙম্মোই। শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংননবগী বর পীবদা ব্রহ্মা মছামক্কম্ত মতীক চায় হায়না থনজদে। মরমদি "তদ্ভূরিভাগ্যমিহ জন্ম কিমপ্যটব্যাং যদ্গোকুলেঽপি কতমাঙ্ঘ্রিরজোঽভিষেকম্। যজ্জীবিতন্তু নিখিলং ভগবান্ মুকুন্দস্ত্বদ্যাপি যৎপদরজঃ শ্রুতিমৃগ্যমেব॥ শ্রীভা, ১০/১৪/৩৪॥"—নচিংবা রাইদা স্বয়ং ব্রহ্মামক্তা হায়খি— বেদ পম্মক্তা মাগী খুয়া-উৎফুল মরিক অমত্তং ফংগে হায়না পান্নরিবা, অদুগুম্বা মুকুন্দনা মখোয়গী থরাই ওইরিবা, অদুগুম্বা ব্রজবাসীশিংগী মবক্তগী অমথক্কী খুয়া-উৎফুল-মরীক অমত্তং ফংনা য়াগদ্রা হায়দুনা গোকুল দা কইরিনে। অমা ওইনা পোক্লবদি লাইবক য়াম্না ফবনী হায়নরিবনী। মসিদা উরিবনু, শ্রীনন্দ-যশোদাগী রাদি লাপ্পা থম্থদুনা, ব্রজগী কনানো অমা হেক্তগী খুয়া-উৎফুল মরীক অমত্তা ফংববু ঙমজরগদি ব্রহ্মানা মাগী মপোক মহৈ যাম্লে হায়না খল্লৈ। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংনা য়াননবা বর পীবদা ব্রহ্মানা মছাবু মতীকচাবা অমনী হায়না থনজদে হায়রসী উকায়-লায়না খল্লবা ঙম্মী। নন্দ-যশোদাগী রাদি থম্থদুনা, ব্রজবাসী কনানো অমদগী ফাওবা ব্রহ্মানা মছাবু হন্থনা (হীন ওই হায়না) থনজে। অদু ওইবনদি মহাক্কা ধরা-দ্রোণ অনীনা তৌরম্বা প্রার্থনাগী পাউখুমদা তথাস্তু হায়রম্বগী হেতুদি অসী ওইরম্বা য়াই। অহান্বদা, চুম্না ভাবগী অর্থ-লৌরগদি— ধরাদ্রোণ অনীনা শ্রীহরিদা ভক্তি লৈবা অদু প্রার্থনা তৌবনী। জগদ্‌গুরু ব্রহ্মাম্তু তথাস্তু হায়খিবনী—নখোয়গী ভক্তি লৈসনু। মসিগী অর্থদি "নখোয় শ্রীকৃষ্ণবু নচা ওইনা ফংজো" হায়বা নত্তে। অনীশুবদা, ব্রহ্মানা খল্লী— ধরাদ্রোণদি নন্দ-যশোদাগী অংশনী ; মখোয়গী নিত্যসিদ্ধ সম্বন্ধগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণদি মখোয়গী মচা ওইদুনা মরৈবনী অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা জগত্তা অবতীর্ণ ওইবা মতমদা মাগী মমাগুদা নন্দ-যশোদানা অবতীর্ণ ওইরগা ধরা-দ্রোণ-দো মখোয়গা তিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম্বাক্তা মফংগদবনী। মতৌ অসুম খল্দুনা ব্রহ্মানা মবুক্কুদা অসী খল্লম্মী, মদুদি—"কৃষ্ণদি নখোয়গী নচামক্কী, মহাক্কা অবতীর্ণ ওইবা মতমদা নন্দযশোদাগা নখোয়গা তিন্নদুনা

অমত্তা ওইরগা নখোয়না নতম্বাক্তা কৃষ্ণবু পম্বা মফংগদৌরিবনী। অদুমকপু বাৎসল্যগী পরম-উৎকণ্ঠাদুনা নচা ওইনা নখোয়গী কৃষ্ণবু ফংনবগী ৱাহৈদু ঐগী ঈচীন্দগী তারগা মপুক্নীঙ পেনজগনী হায়রবোইদি—ঐসু তথাস্তু হায়রগে। শোয়দনমক লেপ্লবা ৱাদুবু তথাস্তু হায়বা ৱাহৈনা ব্রহ্মানা প্রকাশ তৌখিবনী।

তশেংবদি নন্দযশোদা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ পরিকরনী। মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী অপোকপা-অপোকপীনী হায়না অনাদি-সিদ্ধ অভিমান মখোয়না তৌরিবনী, অদুগুম্না মখোয়গী বাৎসল্যপ্রেমসু অনাদিসিদ্ধনী। করিগুম্বা সাধন অমা তৌদুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী অপোকপা-অপোকপী ওইখিবা নত্তে। কনামত্না অদু ওইবা ঙম্বা নত্তে। ব্রহ্মানা ফংবা ঙমখিদবা, শিবনসু ঙমখিদবা, করি হায়নী ভগবান্গী থবাক-ভানবী লক্ষ্মীনসু ঙমখিদবা—অঙকপা প্রসাদ (চান্‌বিবা) অমা শ্রীকৃষ্ণদগী যশোদানা ফংখি—অনাদি-কালদা। প্রসাদ অসী করিনো? প্রসাদসিগী মপান্না বিভুতত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু থোৱীনা পুন্‌বা, পূমহেন-হেন্না মমূনফারবা বাৎসল্যপ্রেম্না বশ ওইখিবনা বিভুতত্ত্ব ওইনা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু থোৱীনা পুন্‌বদা য়ারিবা অদুগা য়ারিবগা থমথোনা কুংঙইনা ফংখিবা। পরমপ্রসাদ অসী সাধন তৌবনা ফংবা য়াবা পোৎ নত্তে। মচাগী বাৎসল্যরস চপ্লীঙমনবনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীকৃষ্ণগী মমানী হায়রজনীংবী যশোদাবু অনাদি কালদা লাইবক-মফ অসীনা লাইবক-ফবী ওইহন্দুনা থমথ্রবনী। মসী মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংলম্বা ৱাহংগী চপ চাবা পাউথুম্নী। মসীনা যশোদা মাতাগী বাৎসল্য-প্রেমগী অয়েৌবী থাক অদুসু তাক্‌য়ি অমসুং সেবা-তৌনীংবগী অয়েৌবী বিকাশ-সু তাক্‌য়ি। [ কনাগুম্বনা হংবা য়াই, বাৎসল্যপ্রেমসে সাধন তৌরগা ফংঙমদনা পোৎ ওইরবোইদি বাৎসল্য-ভাবকী উপাসকশিংগী সাধন-দি অরেম্বদা তৌবা তারবরা? মখোয়গী উপাসনাদু কান্নদবা নত্তে। যশোদাগী বাৎসল্যগী মতৌগুম্বা বাৎসল্যদি মখোয়না ফংবা য়াদে; অদুবু বাৎসল্যদুগী আনুগত্যময় (তুং-ইনবা) বাৎসল্য-প্রেম মখোয়না ফংগনী। যশোদামাতাগী আনুগত্যনা বাৎসল্যভাব তা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা ঙমগনী। ]

## মূল ৭৯

প্রভু কহে—এহোত্তম, আগে কহ আর।
রায় কহে—কান্তাপ্রেম সর্ব্বসাধ্যসার ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এহোত্তম মসীসু অথোইবনী ; আগে—মথা তানা ; কহ—হায়খো ; আর—অতৈ ; রায় কহে—রায়না হায়রম্মী ; কান্তাপ্রেম—নুপী ওইবগী প্রেম ; সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পুম্নমক্কী মচিনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—বাৎসল্য-প্রেম অসু উত্তম ওইবা সাধ্যনী। অসুবু মসু নত্তবা অতৈ করি অমা লৈরিবগে হায়থরক্‌খো। অসুদা রায়না হায়রম্মী—কান্তাপ্রেম না সাধ্য পুম্নমক্কী মকোক্নী।

## নৈনরোল

**এহোত্তম**—বাৎসল্যরতিদদি শ্রীকৃষ্ণবু হন্থবা (হীন) অসুগা মচানা অহেন্‌বা অচৌবা ( বড় ) ওইনা থল্লী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মরম পুম্বদা মথা পোল্লী (অধীন ওই), মরমসীনা রতি জাত্তাসীবু উত্তম (অফবনী) হায়রম্মী। মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—বাৎসল্যপ্রেমদগী হেন্‌বা প্রেমগী মমুন্‌-ফাবা অবস্থা অতৈমা লৈরবদি, মসু হায়যু।

প্রভুগী ৱা তারগা রায়না হায়রম্মী—"কান্তা প্রেমতনা সাধ্য পুম্নগী মচিনী।"

**কান্তাপ্রেম**—শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী প্রাণবল্লভ-নী ( থৱাইগী নুংশি-থোইবনী অসুগা মখোয়বুনা শ্রীকৃষ্ণনা উপভোগ তৌননবা কান্তা-নী হায়না থল্লগা মছাগী নুংঙাইনবা বাসনা পুম্নমক থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণতগী নুংঙাইনবগী-দমক্তা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা সম্ভোগ তৌনবগী লালসা ( লম্‌য়োনা খৌরাংনা পাম্বা ) অসুবু কান্তাপ্রেম কৌয়ি। কান্তা হায়রগা মফমসিদা পরকীয়ভাব-চেন্‌বী ব্রজগোপীশিংবু খঙহল্লী। মরমদি মথঙদা লাক্লিবা নায়ং শ্রিয়ো-ইঙ্গ—নচিংবা শ্লোক অসুদা ব্রজদেবীশিংগী কান্তাপ্রেমনা অথোইবনী

হায়বত্তু প্রমাণ তৌরি। বাৎসল্যপ্রেম-না হেঙ্গৎলক্লগা **অনুরাগ**-ফাওবা কাখৎলী ; অদুগা কান্তাপ্রেমদি **ভাব অমসুং মহাভাব**-ফাওবা কাখৎলী ; মরমসীনা বাৎসল্যপ্রেমদগী হেল্লিবনী।

কান্তাপ্রেমদা শান্তগী নিষ্ঠা, দাস্যগী সেবা, সখ্যগী অসঙ্কোচ ( হঙ্গোই-দবা ) ভাব, বাৎসল্যগী লালন ( য়োকপা ) অমসুং মমতাগী ( ঐগী হায়বা অদুগী ) অহেন্বা অদু পুম্নমক য়াওবগী মথক্তা কৃষ্ণগী ফুঙাইনবগী-দমক্তা নিজ-অঙ্গ পীথোক্তুনা তৌবা সেবাসু য়াওয়ি, মরমসীনা পুঙথোই-থোইবনী। "মধুর রসে কৃষ্ণনিষ্ঠা সেবা অতিশয়। সখ্যে অসঙ্কোচ লালন মমতাধিক্য হয়॥ কান্তাভাবে নিজাঙ্গ দিয়া করেন সেবন। অতএব মধুর রসে হয় পঞ্চগুণ॥ আকাশাদির গুণ যেন পর পর ভূতে। এক-দুই ক্রমে বাড়ে পঞ্চ পৃথিবীতে। এইমত মধুরে সব ভাব সমাহার। অতএব স্বাদাধিক্যে করে চমৎকার॥ ২/১৯/২২৮-২৩১॥" শ্রীকৃষ্ণ মাছামক্না হায়রম্মী—"প্রিয়া যদি মান করি করয়ে ভর্ৎসন। বেদস্তুতি হইতে সেই হরে মোর মন॥ ১/৪/২৭/" "পরিপূর্ণ কৃষ্ণপ্রাপ্তি এই প্রেমা হৈতে। এই প্রেমার বশ কৃষ্ণ কহে ভাগবতে॥ ২/৮/৮৮/" শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী ১০শুবা স্কন্ধদা ৩২ অধ্যায়গী ২২শুবা শ্লোক অদুদা ( **ন পারয়েঽহং**—নচিংবা শ্লোক অদুদা ) শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না হায়রম্বদি অসীনী মদুদি— মহাক গোপীশিংগী প্রেমগীদমক মখোয়গী মফমদা মতম পুম্নগীদমক লমন্‌ তোল্লবনী। লমন্‌ অসী শিংননবা মাগী উপায় করিমত্তা লৈত্রে। মরমদুনা কান্তাপ্রেম অসিনা খ্বাইদগী পুঙ্‌হেন্‌ হেন্‌বনী।

দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্য-ভাব অহুমসিগী পরিকরশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমদি লৈনৈ। দাস্যভাবকী ভক্তশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রভুনী ( মপুনী ), অদুগা মখোয়না মাগী দাসনী ( মনাইনী )। সখ্যভাবকী ভক্তশিংগনা শ্রীকৃষ্ণগী সখ্যভাব-কী সম্বন্ধনী। বাৎসল্যভাবতনা নন্দ-যশোদা শ্রীকৃষ্ণগী মপা মমানী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়না পোকপা মচানী। ভাব অহুমসীগী থৃদিংমক্কা সম্বন্ধগী তুং ইল্লী ; ভাব অহুমসীগী ভক্তশিংনা তৌবা শ্রীকৃষ্ণসেবাদি মখোয়গী লৈনরিবা সম্বন্ধগী তুং-ইন্‌বনী ; সম্বন্ধগী ঙমখৈ লান্থোক্তুনা করিগুম্বা সেবা অমত্তা মখোয় তৌবা ঙমদে, তৌনীঙবসু পোক্তে। ভাব অহুমসিগী পরিকরশিংগী মরক্তা সম্বন্ধগী ঙমখৈনা মরুনী ;

মখোয়গীদি হায়রি। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা মখোয়গী সম্বন্ধ লৈনমিন্নবা, অদুদগী সম্বন্ধগী অনুকূল ওইবা সেবা-নি। মরমসিননা মখোয়গী কৃষ্ণরতিবু সম্বন্ধানুগা রতি ( সম্বন্ধগী তুংইনবা প্রেম ) কৌয়ি। মখোয়গী সেবা তৌনীঙবদু হেঙ্গৎলক্কে তৌনবা সম্বন্ধ না পল্ ওইদুনা থিডেট : মরমসিনা মখোয়গী সেবা তৌনীঙবদু পন্দবা মতেন্ অমা হেঙ্গচবা ঙমদে। অদুগা কান্তা ভাবচেননা ব্রজসুন্দরীশিংগী ভাব-তি ইকোপ-ওৎপী। মখোয়গা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণগী সম্বন্ধ অমদি কান্তাকান্ত সম্বন্ধ লৈরিবনা : অদুবু সম্বন্ধনীনা মরু ওইবা পোৎতি নত্তে, মখোয়গী মরু ওইরিবদি সেবা বাসনা ( সেবা-তৌনীঙবা ) অদুনী। মখোয়গী সেবা-বাসনাদি সম্বন্ধগী তুংইনদে, সম্বন্ধদুনা সেবাবাসনাগী তুংইল্লী। মখোয়গী কৃষ্ণসেবা তৌনীঙবদি অচিংবা লৈতনা বিকাশ ফংবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণসেবাগী বাসনা নত্তনা করিগুম্বা হৌরম অমত্তনা মখোয়গী চিত্তদা থোইগৎপা ঙমদে। কৈনো অমা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা অদুত্তনা মখোয়গা অমতা-ডায়দা পামজদা হায়বদু ; মরমদুনা বেদধর্ম্ম, লোকধর্ম্ম, স্বজন, আর্য্যপথ-নচিংবা থাদোকপদফ'ওবা মখোয় নাচুংদে, মদু পুম্নমক অমতা খল্লুদে। সেবা তৌনীঙবগী খোরাংবনা বেদধর্ম্ম-কুলধর্ম্মনচিংবা মদুগী ওইবা মরম পুম্নমক আ ল'প্পা চংহনখি, মদু মখোয়না মীংচিনফাওবা য়েংল্লুদে। শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক তৌগদবা অদুতা তৌগদোবগী খোয়রাঙডী ; চঙদনা য়াদ্রবদি মচাগী অঙ্গ কাওবা য়াওনা সেবা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহল্লী। মতৌ অসুম্না মচাগী অঙ্গ-না সেবা তৌনবা তানজাগীদমক্তা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা কান্তাকান্ত সম্বন্ধতু লৌখৎলম্বা মত্তাগুম্মী। মখোয়গী সম্বন্ধসী সেবা মখল পুম্নমক তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মওং-পূম্বদা নুংঙাইহনগে হায়বগীদমক্নী। মখোয়গী অপনবা-লৈতবা সেবা-বাসনাগী ফল ওইনা ওইখিবা সম্বন্ধনী কান্তা-কান্ত-সম্বন্ধসী। মরমসিনা সম্বন্ধসী মখোয়গী সেবা-বাসনাগী তুংইনবনী। মরমসীনা ব্রজগোপীশিংগী কৃষ্ণরতিসিবু কামানুগা রতি কৌয়ি—কৃষ্ণসেবা-বাসনাগী ( কৃষ্ণসেবা-কামনাগী ) তুংইনবী রতি হায়রিবনী। ব্রজগোপীশিংগী সেবা-বাসনাগী বিকাশদা বাধা পীননবা করিমতা লৈতে। মরমসীনা কান্তা-প্রেমদদা সেবা-বাসনাগী বিকাশ অদু পুমক্নেন্ হেল্লিবনী। মসিমক্না কান্তা-প্রেমগীদি খ্বায়দগী পুঙহেন-হেনবা ময়ৌ ( উৎকর্ষ্য ) অদুনী।

মূল ৮০

তথাহি তত্রৈব ( ১০।৪৭।৬০ )

নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ ।
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠ—
লব্ধাশিষাং য উদগাদ্ ব্রজসুন্দরীণাম্ ॥ ৮০ ॥

শব্দার্থ

ন—নত্তে; অয়ং—মসি; শ্রিয়ঃ—লক্ষ্মীদেবীগী ; অঙ্গে—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা ( ওইথংবা থবাক্তা ); উ—লেপ্পমক ; নিতান্তরতেঃ—( কৃষ্ণবু ) থংশিজরিবী ; প্রসাদঃ—চানবীবা ; স্বঃ—স্বর্গগী ; যোষিতাম্—নুপীশিংগী ; নলিন—থম্বালগী ; গন্ধ—মণম্ ; রুচাং—হক্চাঙগী মঙাল ; কুতঃ—কদায়দগী ; অন্যাঃ—অতৈশিং ; রাস-উৎসবে—রাস-উৎসবকী মতমদা ; অস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; ভুজদণ্ড—পাম্বোম্না ; গৃহীত—কোল্লবা ; কণ্ঠ—ভক্তো ; লব্ধ আশিষাং—আশীষ ফংলবা ; যঃ—মদু ( প্রসাদ ) ; উদগাৎ—প্রোরকখি ; ব্রজসুন্দরীণাম্—ব্রজগী শক্হেনবীশিংগী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাস উৎসবদা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম্না ভক্তো কোন্বিরবদা মখোয়গী নীংবা পুংখিবদা ব্রজগী শক্হেনবীশিংনা ফংখিবা প্রসাদ ( মচান্ ) অদু—শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা থবাক্তা মংলন পুম্বদা ভাল্লিবী লক্ষ্মীদেবীনফাওবা ফংখিদ্রি, অদুগা থম্বালগী মণম-নম্বী অমদি থম্বালগী কান্তি ( মঙাল ) ফংবী স্বর্গগী সুজাশিংনসু ফংখিদ্রি ; মখোয়সী নত্তবা অতৈ নুপীশিংগী রাদি করিম্ক হায়রকনী ?

## নৈনরোল

লোকশিংদা সাধারণ নুপীশিংনে, স্বর্গগী দেবীশিং অমসুং অপ্সরাশিংনে, ভগবৎস্বরূপকী কান্তাশিংনে, করি হায়বনী স্বয়ং লক্ষ্মীদেবীনা—মখোয় পুম্নমকশিদগী হেন্না শ্রীকৃষ্ণদা কান্তাভাব-চেন্বী ব্রজগোপীশিংগী মরায়বক ফবনা য়াম্না হেল্লী হায়বদু বর্ণন তৌরি। কান্তাভাব-না পুঙহেন্ হেল্লী

হায়ননবা শ্লোক অসী **কান্তাপ্রেম সর্ব্বসাধ্যসার** হায়বা বাফমনীগী প্রমাণ্নী।

### মূল ৮১

তথাহি তত্রৈব ( ১০/৩১/২ )—

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ।
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥ ৮১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৫/৩১৩ মূল-অতূদা য়েংবিরো।

### মৈনরোল

শ্লোকসিদসু শ্রীকৃষ্ণদা কান্তাভাবচেন্‌না ব্রজগী শক্‌হেন্‌বা শিংগী য়েৌনা ফবা লাইবক্কী রা হায়রি ; মখোয়গী কৃষ্ণ-কায়নবগী মৈচাক্তু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা লোংলম্বত্থু ঙমদরে ; থুনমক গোপীশিংগী মরক্তা থোরক্তুনা মখোয়গী মহৈ য়াল্‌হন্‌খি। শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যগী অয়েৌবী নিকাশদি সাক্ষাৎ মন্মথ-মন্মথগী ( মদনদেবব শুম্বা মদনদেবগী ) রূপ অতূর্না ; কান্তাভাব নত্তেনা অতৈ করিগুম্বা ভাব অমত্তনা কৃষ্ণমাধুর্য্য অসী অনুভব তৌবা য়াদে হায়বত্থু শ্লোকসীনা তাক্লি।

### মূল ৮২

কৃষ্ণপ্রাপ্তোর উপায় বহুবিধ হয়।
কৃষ্ণপ্রাপ্তোর তারতম্য বহুত আছয় ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রাপ্ত্যের—কৃষ্ণফংবগী ; উপায়—পাম্বৈ ; বহুবিধ—মখল য়াম্বা ; হয়—ওই ; কৃষ্ণপ্রাপ্ত্যের—কৃষ্ণফংবগী ; তারতম্য—চাংদমগী অথোইঅহেন্ ; বহুত—য়াম্না ; আছয়—লৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ ফংননবগী পাম্বৈগী মখল য়াম্মী। কৃষ্ণ ফংবা-চাংদমগী অথোইঅহেনসু য়াম্মী।

### মৈনরোল

**কৃষ্ণপ্রাপ্ত্যের উপায়**-নচিংবা—কৃষ্ণবু ফংননবা সাধন মখলমখানী ;

অতুর্ তোঙান্-তোঙানবা সাধনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবস্তু তোঙান্ তোঙানবা মওংদা ফংঙী, মওং অমতদা ফংদে। জ্ঞানমিশ্রাভক্তিনা সাধন ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-কান্তি হায়বা ব্রহ্মবু ফংঙী ; ঐশ্বর্য্য মিশ্রা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপ নারায়ণবু ফংঙী, শুদ্ধাভক্তিনা স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণবু ফংঙী। মতৌ অসূন্না ফংবগী মখলদা খেন্নরি। অমূক দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য মধুর-নচিংবা ভাব তোঙান্-তোঙান্ বনা শ্রীকৃষ্ণ অমতুংবু ফংজেদি হায়বব ফংবা মফংগীস্তু অমূক অথোই অহেন্ নাই। কনামনা প্রভু ওইনা ফংঙী ; কনামনা সখা ওইনা ফংঙী, কনামনা মচানুপা ওইনা ফংঙী ; লোইনমক্না মওং অমতদা ফংদে।

## মূল ৮৩

কিন্তু যার যেইভাব—সে-ই সর্ব্বোত্তম।
তটস্থ হঞা বিচারিলে আছে তরতম ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

কিন্তু—অদুগা ; যার—মাগী ; যেইভাব—ভাব অদু ; সে-ই—মদুতনা ; সর্ব্বোত্তম—খ্বাইদগী ফেন্না ফবনী ; তটস্থ—মীচঙ-চঙদবা ; হঞা—ওইদুনা ; বিচারিলে—বিচার তৌরগদি ; আছে—লৈ ; তর—হেঙ্গৎপা ; তম—পুংহেন্ হেনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুবু (কৃষ্ণ ফংননবা সাধন তোঙান্-তোঙান্নবস্তু) মানা মানা পুবা ভাব অদুতনা মাগীদমক্তি খ্বাইদগী পুংহেন্-হেনবনী। অদুগা মীচঙ-মীথায় নাইদবমখৈ য়েংদুনা বিচার তৌরগদি সাধনশিংগী মরক্তা অথোই-অহেন্ লৈ।

## মূল ৮৪

ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে

স্থায়িভাবলহর্য্যাম্ (৫/২১)—

যথোত্তরমসৌ স্বাদবিশেষোল্লাসময্যপি।

রতির্বাসনয়া স্বাদ্বী ভাসতে কাপি কস্যচিৎ ॥ ৮৪ ॥

শব্দার্থনচিংবা ১/৪/৪৫ মূল অদুগীদা য়েংবিয়ু।

## তৈনবোল

তোঙান্ তোঙান্বা মীওয়গী তোঙান্-তোঙান্বা মহাও লৈ ; মরমদুনা কান্তাপ্রেম না পুঙচেন্-চেন্বা ওইরবস্থু ভক্ত লোইনমক্না কান্তাপ্রেমগী উপাসনা তৌদে ; দাস্য-সখ্যনচিংবা রসগী মনুংদা মানা মানা পাম্বা রস-তুগীদা উপাসনা তৌরি, মদু শ্লোকশিদা হায়রি। মসী মমাঙদা থংনরিবা পয়ারগী অহানবা তংখায়গী প্রমাণনি।

## মূল ৮৫

পূর্ব্ব পূর্ব্ব রসের গুণ পরে পরে হয়।
দুই-তিন গণনে পঞ্চপর্যন্ত বাড়য়॥ ৮৫॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বপূর্ব্ব—মমাঙ মমাঙ থংবা ; রসের গুণ—রসগী গুণ ; পরে পরে—মতুঙ মতুংদা ; হয়—ওই ; দুই-তিন—অনী অহুম ; গণনে—শীংথাবদা ; পঞ্চ পর্যান্ত—মঙাফাওবা ; বাড়য়—হেন্গৎলকি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙ মমাঙ থংবা রসগী গুণ অদু মতুঙ-মতুংদনা লাক্লি। গুণ অদু অনী-অহুম হায়না শীংথাবদা ( মধুররসতাদি ) মঙা ফাওবা কায়।

## তৈনবোল

**রস**—শান্ত-নচিংবা কৃষ্ণরতিনা বিভাব-নচিংবগা মিন্নরগা অতোপ্পা ফংনা হাওবা অয়োৌবী মহাও অমা ফংদুনা রস ওইখৎলকি। মসৌ অমুন্না বিভাব-অনুভাবনচিংবগা তিন্নরগা শান্তরতিনা শান্তরস, দাস্যরতিনা দাস্যরস, সখ্যরতিনা সখ্যরস, বাৎসল্যরতিনা বাৎসল্যরস অদুগা মধুরা রতিনা মধুর রস ওইখৎলকয়ি।

**পূর্ব্বপূর্ব্ব রস**—মমাঙ মমাঙ-থংবা রস। শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা রস মঙাসিগী মনুংদা বাৎসল্যনা মধুরগী মমাঙদা, সখ্যনা বাৎসল্যগী মমাঙদা, দাস্যনা সখ্যগী মমাঙদা, অদুগা শান্ত-না দাস্যগী মমাঙদা। **পূর্ব্ব পূর্ব্ব রসের গুণ ইত্যাদি**—শান্তগী গুণ দাস্যদা, দাস্যগী গুণ সখ্যদা, সখ্যগী গুণ বাৎসল্যদা অমসুং বাৎসল্যগী গুণ মধুরদা লৈ।

দুইতিন ইত্যাদি--শান্তগী গুণ অমা, দাস্যগী গুণ অনী, সখ্যগী গুণ অহুম, বাৎসল্যগী গুণ মরি অহুগা মধুরগী গুণ মঙা। পয়ারসিদস্মু হায়রি—গুণ-মশীঙ হেনবগী হায়রগস্মু কান্তাপ্রেম-না খ্বায়দগী হেনবনী।

মূল ৮৬

গুণাধিক্যে স্বাদাধিক্য বাঢ়ে প্রতিরসে।

শান্ত-দাস্য-সখ্য বাৎসল্যের গুণ মধুরেতে বৈসে ॥ ৮৬ ॥

**শব্দার্থ**

গুণ-আধিক্যে—গুণ হেনবনা ; স্বাদ-আধিক্য—মহাও হেনবা ; বাঢ়ে--হেল্লী ; প্রতিরসে - রসখুদিঙদা ; শান্ত-দাস্য-সখ্য-বাৎসল্যের গুণ—শান্তগী গুণ, দাস্যগী গুণ, সখ্যগী গুণ, বাৎসল্যগী গুণ ; মধুরেতে—মধুরদা ; বৈসে লৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ হেনবনা মহাও হেনবহ্ন রস-খুদিঙদা হেঙ্গৎলী। শান্তগী, দাস্যগী সখ্যগী, বাৎসল্যগী গুণ (মরিমক) মধুর-দা লৈ (য়াওয়ি)।

## নৈনরোল

**গুণাধিক্যে** নচিংবা—গুণ অহুক্কী মতীক হেন্না য়াওরগা মহাওস্মু অহুক্কী মতীক হেল্লী ; মরমহুনা শান্তদগী দাস্যগী মহাওনা, দাস্যদগী সখ্যগীনা, সখ্যদগী বাৎসল্যনা, বাৎসল্যদগী মধুরগী মহাওনা হেল্লী।

**শান্তদাস্য**-নচিংবা—শান্ত নচিংবা রস-শিংগী গুণ পুন্নমক মধুরদা লৈ ; মরমহুনা রস পুন্নমক্কী মহাওস্মু য়াওরে। পয়ারসিদা হায়রি—মহাও হেনবগীদমক্স্মু কান্তাপ্রেমনা পুংহেল-হেল্লী।

মূল ৮৭

আকাশাদির গুণ যেন পর পর ভূতে।

দুই-তিন ক্রমে বাঢ়ে পঞ্চ পৃথিবীতে ॥ ৮৭ ॥

**শব্দার্থ**

আকাশদির গুণ—আকাশ-নচিংবগী গুণ ; যেন—গুম্না ; পর পর

—মতুঙ মতুঙ থংনবা ; ভূতে—ভূত দা ; দুইতিন—অনী অহুম ; ক্রমে—মথঙমনাও নাইনা ; বাড়ে—হেন্গৎনী ; পঞ্চ—মঙা ; পৃথিবীতে—পৃথিবী হায়বা ভূত অদুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আকাশ-নচিংবা গুণশিংনা মতুঙ মতুঙ থংবা ভূতগী মনুঙদা লৈবগুম্না অনী-অহুম নাইনা মথং মথং হেন্গৎলকপনা পৃথিবী হায়বা ভূত অদুদা মঙা গুনা লৈরে।

## লৈনরোল

অকাশাদি—আকাশ ( অতিয়া, অহাঙবা - লোয়ন ), মরুৎ (নুংশীৎ), তেজ ( মৈ ), অপ্ (ইশীঙ), পৃথিবী ( ক্ষিতি ) অসী ভূত মঙানী। গুণ—শব্দ ( খোন্ ), স্পর্শ ( শোক্পা ), রূপ ( শক্ ), রস ( মহী ), গন্ধ (মণম্), মঙাসী ভূত মঙাগী গুণ মঙানী। আকাশগী গুণ্না শব্দনী ; মরুৎকী গুণ্না শব্দ অমসুং স্পর্শ ; তেজগী গুণ্না শব্দ, স্পর্শ অমসুং রূপ ; অপ্-কী (ইশীঙগী) গুণ্না শব্দ, স্পর্শ, রূপ অমসুং রস ; পৃথিবীগী গুণ্না শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ। পৃথিবীসিদা মমাঙথংবা ভূত মরিগী গুণ য়াওনা মরম্নাই গুণ গন্ধ-সু লৈবগুম্না কান্তাপ্রেমদা শান্ত, দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্যগী গুণ মরি য়াওনা কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক মচাগী অঙ্গ সীদুনা সেৌব সেবাসু য়াওরি।

## মূল ৮৮

পরিপূর্ণ কৃষ্ণপ্রাপ্তি এই প্রেমা হৈতে।
এই প্রেমের বশ কৃষ্ণ—কহে ভাগবতে ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

পরিপূর্ণ—মপুঙ ফাবা ; কৃষ্ণপ্রাপ্তি—কৃষ্ণসেবা ফংবা ( ওই ) ; এই প্রেমা—কান্তাপ্রেমসি ; হৈতে—দগী ; এই প্রেমের—কান্তাপ্রেমসিগী ; বশ—মখাপোল্লী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; কহে—হায় ; ভাগবতে—ভাগবতমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কান্তাপ্রেমসিদগী কৃষ্ণসেবা মপুঙফানা ফংঙী। শ্রীকৃষ্ণদি কান্তা-প্রেমসিগী বশ ওই হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায়।

## নৈনরোল

পরিপূর্ণ-কৃষ্ণ-প্রাপ্তি – দাস্য নচিংবা প্রেমনা মাগী মাগী গুণ গুণগী ওইনা ফংফম্থোক্পা সেবা ফংঙী ; অদুবু কান্তাপ্রেমদা দাস্য-নচিংবা প্রেম পূম্নমক্কী গুণ খিবিক্ লৈ—অদুদগী গুণ অমগা হেন্না য়াওবনীনা, প্রেম অসীনা মপূংফাবা সেবা ফংবা য়াই। কান্তাপ্রেম্না মপূংফানা কৃষ্ণসেবা ফংবা য়াই হায়রবনা, প্রেমসী **সর্ব্বসাধ্যসারনী**।

কান্তাপ্রেমগী সেবাদা দাস্য-নচিংবা প্রেম লোইনমক্কী সেবাতুমক লৈ ; শান্তগী গুণ কৃষ্ণনিষ্ঠানী, **কৃষ্ণ বিনা তৃষ্ণাত্যাগ**, কান্তাপ্রেম চেন্বী ব্রজগোপীশিংদসু মদু লৈ—মখোয়না কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ করিমতা পামদে, মরমদুনা মখোয়না কৃষ্ণগীদমক্তা হকচাং-যুম আত্মীয়স্বজন লোইনমকপু থাদোকয়ি। মখোয়না মীনাইগুম্না (দাস-গুম্না) সেবা মখল পূম্নমক্তু তৌয়ি ; সখাশিংগী শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হঙ্গোয়বা লৈতবগুম্না মখোয়গীসু লৈতে, গৌরববুদ্ধি লৈতে, প্রণয় (নুংশিবা) হেন্মনখিবনা কান্তাপ্রেমবতী ব্রজগোপীশিংসু শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা খেন্নদে হায়না খল্লী। বাৎসল্যগী মচি ওইবা শক্তি মচাগী মঙ্গল ওইবা পাম্বা, স্নেহগী (নুংশিবগী) মখা পোন্দুনা পীজ-পীথক তৌদুনা পেল্হন্বনী ; মদু ব্রজসুন্দরীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগীদমক তৌয়ি। অদুদগী হেন্দোকুনা মশাগী অঙ্গ না কান্তা ওইনা সেবাসু মখোয় তৌয়ি। দাসগী সেবা, সখাগী সেবা, মমাগী সেবা অমসুং কান্তাগী মতৌগুম্বা সেবা—লোইনমক কান্তাপ্রেমদা লৈ। সেবাগী (সেবা-তৌফমগী) পেন্নবা সেবা মখল লৈরিবমখৈ দাস্য-নচিংবা ভাব মরিগী সেবাগী মনূঙ চল্লী ; মধুর প্রেমগী সেবা অমথকসীগী মনূংদা সেবা পূম্নমক্তো উবা ফংঙী। মরমদুনা হায়রিবনী- কান্তাপ্রেমগী সেবানা শ্রীকৃষ্ণগী মপূংফাবা সেবা ওই।

খ্বাইদগী হেন্না সেবা-ফংবা ওইনসু কান্তাপ্রেমনা পূংথোই থোই হায়বসী পয়ারসীদা হায়রি।

কান্তাপ্রেমদগী পরিপূর্ণ কৃষ্ণসেবা ফংঙী হায়বা অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি কান্তাপ্রেমসীগী বশ মপূংফানা ওই হায়বা য়াসীগী প্রমাণ মতুংগী শ্লোক অদুদা পীরি।

## মূল ৮৯

তথাহি ( ভাঃ ১০/৮২/৪৪ )—

ময়ি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে।

দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ ॥ ৮৯ ॥

শব্দার্থনচিংবা ১/৪/২৩ মূলগীদা য়েংবিয়ু।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগী বশ ওইবদা কয়ামুক ওইবগে হায়বদা, মহাক্না লৈরুবা মফম অমদা থওয়দে অমদা থওয়দে, গোপীশিংগী প্রেমনা মাল চিংদুনা মখোয়গী মনাক্তা পুবক্পা ওইদ্রী হায়বনী শ্লোকসীদা উৎলি। অসিগুম্বা শক্তি দি দাস্য নচিংবা অতৈ প্রেমগী লৈতে।

## মূল ৯০

কৃষ্ণের প্রতিজ্ঞা দৃঢ় সর্ব্বকাল আছে।

যে যৈছে ভজে কৃষ্ণ তারে ভজে তৈছে ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ; প্রতিজ্ঞা—ৱাশক ; দৃঢ়—অচেৎপা ; সর্ব্বকাল—মতম পুম্বদা ; আছে—লৈ ; যে—মহাক অদুনা ; যৈছে—মদুগুম্না ; ভজে—নীংজী ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; তারে—মহাক্তুবু ; ভজে—নীংজী ; তৈছে—মদুগুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী অচেৎপা ৱাশক অমা লৈ মদুদি—ভক্তনা ভক্তিহুনা তৌবা ভজন মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনসু মহাক মহাক্তুবু নীংজী।

## মূল ৯১

তথাহি শ্রীভগবদ্গীতায়াম্ ( ৪/১১ )—

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।

মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥ ৯১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/২০ মূলদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৯২

এই প্রেমার অনুরূপ না পারে ভজিতে।

অতএব ঋণী হয়—কহে ভাগবতে॥ ৯২ ॥

## শব্দার্থ

এই - অসী ; প্রেমার—প্রেমগী (কান্তাপ্রেমগী) ; অনুরূপ—মান্নবা ; না পারে—ঙমদে ; ভজিতে—ভজন তৌবা ; অতএব—মরমতুনা ; ঋণী—লমন্ তোন্বা ; হয়—ওই ; কহে ভাগবতে—ভাগবতমদা হায়রি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গোপীশিংনা) কান্তা ওইনা তৌরিবা প্রেম (নুংশিবা) অসিগী মান্নবা ( শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু ) ভজন তৌবা ঙমদে। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী লমন্ তোন্নী হায়বসী ভাগবতমদা হায়রি।

## মৈনরোল

এই প্রেমার—কান্তাপ্রেমসিগী। কনাগুম্বনা মাগী লন্নাই নুংঙাইবা ফংনীঙবদগী শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অনীঙবতু ফংহন্দুনা মওং অমদা মান্নবা ( অনুরূপ ) মীতুবু নীঙভী। নত্রগা, কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তা হোংনরবদা শ্রীকৃষ্ণনা মীতুগী পেন্নবা তৌরবদি মতুনা অনুরূপ ( মান্নবা ) ভজন ওইবা য়াই। মথক্তা হায়রিবা উপায় অনীসিগী উপায় অমনা গোপীশিংগী ভজনগা অনুরূপ (মান্নবা) ওইবা ভজন শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা ঙমদে। মতুগী মরমদি অসিনী—অহান্বদা, গোপীশিংগীদি মরন্নাই নুংঙাইনীঙবগী রা মচেং অমফাওবা লৈতে ; মরমতুনা মখোয়গী অনীঙবা (বাসনা) থুংহন্দুনা মখোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা পীনঙাই করিমতা লৈতে। মখোয়গী অনীঙবদি—শ্রীকৃষ্ণতগী নুংঙাইবা অতুতনী ; অনীঙবসী থুংহল্লগা শ্রীকৃষ্ণতগী তোংজৈ, গোপীশিংদদি করিমতা পীবা য়াওদে। অনীশুবদা, গোপীখুদিঙনা মখোয়গী হায়বা পুন্নমক থাদোক্লগা অতৈ করিমতা থন্দবমথৈ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাতদা মছাবু শীজন্নগ্রে ; অতুবু শ্রীকৃষ্ণদি গোপী অমখক্তীদমক লোইনমক থাদোকপা ঙমদে ; অতৈ গোপীশিংবু থাদোকপা ঙমদে ; মরমতুনা মহাক্তা রাখল অতৈ থাদোক্তুনা গোপী অমথক্তগী সেবাদা মছাবু শীজন্নবা ঙমদে। মরমসীনা মহাক্তা গোপীশিংনা মাবু ভজন তৌবতুগা মান্নবা তৌবা ঙমদে। মসীগী প্রমাণদি মতুংদা লাক্লিবা শ্লোকসিনী।

মূল ৯৩

তথাহি ( ভাঃ ১০/৩২/২২ )—

ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং

স্ব সাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।

যা মাভজন্ দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলাঃ

সংবৃশ্চ্য তদ্ বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থনচিংবা ১/৪/১৮১ মূলদা য়েংবিয়ু।

গোপীশিংগী প্রেমগা মান্নবা ভজন তৌবা ঙমদত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী লমন্ তোন্দুনা লৈরে হায়বগী প্রমাণ্নী শ্লোকসী। শ্লোক অসিনা তাকৃয়ি কান্তাপ্রেমনা পুঙহেন্ হেল্লী হায়বতু ; মরমদি দাস্যনচিংবা ভাব অতৈগী প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণবু মতৌ অসিগুম্না লমন্-তোন্বা ওইহন্বা ঙমদে।

শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌনবগী শক্তিতু কান্তাপ্রেমদা পুঙহেন্-হেন্না লৈ হায়বনসু কান্তাপ্রেমনা পুঙথোই-থোইবা প্রেমনী হায়বগী প্রমাণদি শ্লোকসিনে অতুগা ৯২ মূল পয়ারসিনে অনীসিনী।

মূল ৯৪

যদ্যপি রূপসৌন্দর্য্য—মাধুর্য্যের ধুর্য্য।

ব্রজদেবীর সঙ্গে তাঁর বাঢ়য়ে মাধুর্য্য ॥ ৯৪ ॥

**শব্দার্থ**

যদ্যপি—বসু ; কৃষ্ণসৌন্দর্য্য—কৃষ্ণগী শক ফজবা ; মাধুর্য্যের—হায়বদা থোক্তবা মফজগী ; ধুর্য্য—খ্বায়দগী হেন্বা ; ব্রজদেবীর সঙ্গে—ব্রজদেবীগা লোয়নবদদি ; তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; বাঢ়য়ে—হেঙ্গৎলকৃয়ি ; মাধুর্য্য—মাধুর্য্য।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

**শ্রীকৃষ্ণগী শক ফজবসী মাধুর্য্যগী খমথেংবা হায়বতুনী ; অতু ওইরবসু ব্রজসুন্দরীশিংগা লৈমিন্নবা মতমদা মাগী মাধুর্য্যতু হেঙ্গৎলকৃয়ি।**

## মৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য ( শক-ফজবা ) অদুনা মাধুর্য্যগী থমথেংবা ময়ৌ হায়বদুনী ; মাগী সৌন্দর্য্যগা মাধুর্য্যগা অনীসী পরিপূর্ণনী (মপুঙ-ফাবনী), মরমদুনা হেঙ্গৎনঙাই লৈত্রবনী। অদুবু কান্তাপ্রেমগী রাখল্লা লাকুঙমদবা অঙকপা শক্তি অমা লৈ, মদুনা ব্রজগোপীশিংগী মমাঙদদি শ্রীকৃষ্ণগী মপুঙ-ফাবা সৌন্দর্য্য অমসুং মাধুর্য্য অসী অসুম অসুম হেঙ্গৎলকৃয়ি। মসীদগীসু খঙবা ঙম্মী মদুদি কান্তাপ্রেমনা প্রেমপুম্বদগী পুঙহেন্-হেল্লী।

কান্তাপ্রেমনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য হেঙ্গৎহন্বগী মতাঙদসু প্রেম পুম্নমক্তগী হেল্লী হায়বসী নৈনরিবা পয়ারসিনা হায়রি।

## মূল ৯৫

তথাহি ( ভাঃ—১০/৩৩/৬ )—

তত্রাতিশুশুভে তাভির্ভগবান্ দেবকীসুতঃ

মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামারকতো যথা ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা (রাসমণ্ডলদা) ; অতিশুশুভে—য়াম্না হেন্না ফজরম্মী ; তাভিঃ—মখোয়গা লোয়নবনা ( সনা-অহিংবা কুচুগী ব্রজগোপীশিংনা কোয়শল্লবদা ) ; দেবকীসুতঃ—দেবকীনা পোক্চবা মচা ; মধ্যে—ময়ায়দা ; মণীনাং—মনি-শিংগী ; হৈমানাং—সনানা শাবা নত্রগা সনাগী মচুগুম্বা ; মহামারকতঃ—মহামারকত ; যথা ( শোভতে )—ফজবগুম্না।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসমণ্ডল অদুদা, সনা মচুগী মনিশিংগী ময়ায়দা মহামারকত-না ফজবগুম্না সনাকুচুগী ব্রজসুন্দরীশিংনা কোয়শল্লম্বা নত্রগা কোন্শল্লম্বা ভগবান্ দেবকীগী মচানা য়াম্না ফজনা ঙাক্লোইরম্মী।

## মৈনরোল

হৈমানাং মণীনাং—সনামচুগী মণি ময়াম মরক্তা নত্রগা ময়ামদা নত্রগা, সনানা শাবা মতুম-তাবা পোৎশিং—য়েংবদদি মনিমান্বা—মখোয়গী মরক্তা। মহামারকতঃ—মারকত-দি ইন্দ্রনীলমণি-নী ; মহামারকতদি

শংবাম্নবা মরকত মণি-নী। শ্রীকৃষ্ণগী কুচুস্তু মহৌশানা ইন্দ্রনীলমণিগী মচুগুম্না শংবায়ে ; রাসস্থলীদা সনা-অহিংবগী কুচুগী গোপীশিংনা কোন্‌বদগী মথোয়গী সনামচুমান্‌বা কান্তিগী মঙান্না য়েবদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্যামল ( অমুবা ) কুচুছু পাথরক্তুনা মাগী কুচুদো মতমতুদা ইন্দ্রনীলমণি-গী মচুদগী খরা হস্থনা মুই হায়বদি মুৱৈনরম্মী, মতমছুদা মহাকপু শংবাম্নবা ইন্দ্রনীলমণিগুম্ উরম্মী। নাপুমচুগী মঙান্না য়ৈরবা ইন্দ্রনীলমণিদি শ্যামল ( মুবা ) খরা হস্থরকয়ি, অতুগুম্বা ইন্দ্রনীলমণিবু মফমসিদা মহামারকত হায়রিবনী। ইন্দ্রনীলমণিগী মহৌশাগী ফজলছু সনামচুগী মণিলক্তা অমূক হেন্না ফজরকপগুম্ নোংহৌ মান্না মুবা ( নবঘনশ্যামল ) শ্রীকৃষ্ণগী ফজবস্তু ( শোভাস্থ )—রাসস্থলীদা সনা-অহিংবা কুচুগী ব্রজসুন্দরীশিংনা কোনশল্লম্বছুদা য়াম্না হেঙ্গৎলম্মী—অতিশুশুভে। ভগবান্ — শব্দশিনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণদো ঐশ্বর্য্যপূম্বনা থল্লম্মী অতুগা ফজবা পূম্বনা তিল্লম্মী হায়বনা মাগী মহৌশানা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যস্থু থম থেংনা য়োরম্মী হায়না তাকপনী। দেবকীসুতঃ—দেবকীনা পোকপা মচানুপা। ময়াম্না দেবকীনন্দন হায়না খঙনবদো শ্রীকৃষ্ণবুনী। নত্রগা, যশোদাগী মিং অমস্থু দেবকী কৌরম্মী ; অর্থ অসী লৌরগদি দেবকীসুতগী অর্থ যশোদানন্দন (যশোদানা পোকপা মচা) হায়বস্থু য়াই।

শ্লোকসিদা হায়রিবা লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা থোক্লম্বছু মূর্ত্তি অমখক্তরা নত্রগা মূর্ত্তি ময়াম থোক্না চোংথোক্লম্বরা হায়না হংনঙাই অমা লৈ। শ্লোকসীদা হৈম-মণি ময়াম অতুগা মহামারকত ( শ্লোকসীদা মহামারকত শব্দসী একবচনান্তনী হায়দুনা ) অমতমক পল্লী, অতুগা অমূকস্থু ( তাভিঃ শব্দনা উৎলিবা ) ব্রজসুন্দরী ময়াম অমস্থুং দেবকীসুত অমখক্তা পল্লী ; মসীনা থন্‌বা য়াবদি—হৈমমণি ময়ামগী মরক্তা মহামারকত অমতং য়ানবগুম্না ব্রজসুন্দরী ময়ামগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণ ঙাস্তোইরম্মী হায়বসীনী। অতুবু শ্রীমদ্ভাগবতমদা নৈনরিবা শ্লোকসীগী মতুং থংনবা শ্লোক অতুদা ব্রজসুন্দরীশিংনা মেঘচক্রে বিরেজুঃ হায়বা পল্লী। মফমসীদা মেঘচক্র শব্দগী টীকাদা শ্রীধরস্বামিচন্না নানামূর্ত্তিঃ কৃষ্ণো মেঘচক্রমিব হায়না ইরম্মী। মসীনা অশেংনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণ মূর্ত্তি ময়াম থোক্না—গোপী অমমমগী নাকল্দা মূর্ত্তি অমমম ওইনা চোংথোকুনা—রাসস্থলীদা ঙাল্লম্মী হায়বসীনী।

থৌদোক্না মমাঙথংবা "রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডলমণ্ডিত। যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাং মধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ॥ শ্রীভা, ১০/৩৩/৩॥" শ্লোক অদুদা তশেংনা হায়রি মতুদি, গোপী অমী অমীগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মূর্ত্তি অমমম ওইনা ভাল্লম্মী। মতু ওইরবদি—মহামায়রকতশব্দবু সামান্য ওইনা একবচনান্ত ওইনা থম্বনী হায়না খন্বা তারে।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইবলসু, নৈনরিবা শ্লোকসিনা—ব্রজ-সুন্দরীশিংগী সঙ্গ-মপান্না শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদু য়াম্না য়াম্না হেঙ্গৎলী হায়বদুগী প্রমাণনী। ৯৪ পয়ারগী প্রমাণনী শ্লোক অসী।

৮১-৯৫ মূল পয়ারশিংদা প্রমাণ তৌরিবদি—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা মপুঙফানা ফংবগী উপায় ওইনা, গুণ হেন্বগী ওইনা, স্বাদ (মহাও) হেন্বগী ওইনা, শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌনবগী শক্তিদা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মান্নবা-লৈতনা রাংবা সৌন্দর্য্য-মাধর্য্য হেঙ্গৎহন্বা ওইনা কান্তাপ্রেমনা খ্বাইদগী পুংহেন্ হেল্লী।

মূল ৯৬

প্রভু কহে—এই সাধ্যাবধি সুনিশ্চয়।
কৃপা করি কহ যদি আগে কিছু হয়॥ ৯৬॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা; কহে—হায়; এই—মসিনা; সাধ্য-অবধি—সাধ্যগী খম্থেংবী ঙমখৈনী; সুনিশ্চয়—শোয়দনমক; কৃপা করি—চান্বিদুনা; কহ—হায়য়ু; যদি—বদি; আগে—মথাদা; কিছু—খরা; হয়—লৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মসিনা সাধ্যগী ঙমখৈ শোয়দনমক ওইরে। অসিগী মথা-খরা লৈরগদি চান্বিদুনা হায়বিয়ু।

মূল ৯৭

রায় কহে—ইহার আগে পুছে হেনজনে।
এতদিন নাহি জানি আছয়ে ভুবনে॥ ৯৭॥

শব্দার্থ

রায়—রামানন্দ রায়না; কহে—হায়: ইহার—মসিগী; আগে—মথা

তানা; পুছে—হংঙী; হেনজনে—অসিগুম্বা মী; এতদিন—অস্থুক কুইবসি; নাহি জানি—ঐ খঙদে ; আছয়ে—লৈ ; ভুবনে—জগত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—মমাঙদা ঐনা হায়খিবা সাধ্য অসিদগী মখা তাথনা হংবা কনামতা লৈ হায়না ঐনা জগৎতা অস্থুক কুইবসী খঙলক্ত্রি।

মূল ৯৮

ইহার মধ্যে রাধার প্রেম—সাধ্যশিরোমণি।

যাহার মহিমা সর্ব্বশাস্ত্রেতে বাখানি॥ ৯৮ ॥

শব্দার্থ

ইহার—মসিগী; মধ্যে—মনূঙদা; (ইহার মধ্যে—কান্তা প্রেম অসিগী মনূঙদা); রাধার প্রেম—শ্রীরাধিকাগী প্রেমনা; সাধ্যশিরোমণি—সাধ্যশিংগী কোক্কী মণিনী হায়বদি মকোক্নী ; যাহার—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) ; মহিমা —মতিক-ময়াই ; সর্ব্বশাস্ত্রেতে—শাস্ত্রপূম্নমক্তা ; বাখানি—শীঙথানৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কান্তাপ্রেমসিগী মনূঙদা রাধাগী প্রেমনা ( কৃষ্ণবু রাধানা নুংশিবনা ) সাধ্য-মকোক্নী। রাধাপ্রেমগী মহিমাদি শাস্ত্রপূম্নমক্তা শীঙথানৈ।

## নৈনরোল্

**ইহার মধ্যে**—কান্তাপ্রেমসিগী মনূঙদা। মূল ৭৯ পয়ারদা সাধারণ ওইনদা কান্তাপ্রেমগী রা হায়খিবনী। কান্তাপ্রেম হায়রগা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কৃষ্ণকান্তা-ব্রজগোপীশিংগী প্রেমবু খঙহল্লী। রসগী বৈচিত্রী ( মখল-মথেল, খেন্নবা ) পোক্হন্নবগীদমক ব্রজগোপীশিংগী ভাব-কৌস্তু বৈচিত্রী লৈ ; অষ্টমকপু মখোয় খুদিঙমক্কী প্রেমদি দাস্য-সখানচিংবদগী হেল্লী; ভাবকী বৈচিত্রী ( খেন্নবা ) মতুঙ ইন্না ব্রজগোপীশিংগী প্রেমগীসু অথোই-অহেন্ ( তারতম্য ) লৈ হায়বছু হৌজিক হায়থরক্লি।

**সাধ্যশিরোমণি**—সাধ্যবস্তুগী মখল-পূম্নমক্কী শিরোমণিগা ( কোকথক্কী মণিগা ) মান্নবা ; পূঙহেন্-হেনবা সাধ্য। সাধ্যবস্তু অতৈদগী

ব্রজগোপীশিংগী প্রেমনা পুঙথোই-থোইবনী। ব্রজগোপীশিংগী মরক্তস্থ অমূক শ্রীরাধাগী প্রেমনা পুঙহেল হেল্লী ; মরমসিনা শ্রীরাধাগী প্রেমতনা পুন্নমক্তগী হেল্লী।

মূল ৯৯

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে উত্তরখণ্ডে (৪৫)—পদ্মপুরাণবচনম্।

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা।
সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥ ৯৯ ॥
শব্দার্থনচিংবদি ২।১৬-মূলদা য়েংবীয়ু।

মূল ১০০

তথাহি ( ভাঃ ১০/৩০/২৮ )—

অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ ॥
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥ ১০০ ॥
শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/৮৯ মূলদা য়েংবিয়ু।

## নৈনরোল

মথক্কী শ্লোক অনীসিদা শ্রীরাধাগী খ্বায়পুন্নমক্তগী হেনবা মাহাত্ম্যতু উংলী।

"অনয়ারাধিতোনূনং"—শ্লোকসী শারদীয় মহারাসগী মরমদা হায়বা শ্লোক-নী। শ্রীকৃষ্ণনা গোপসুন্দরীশিংগা নীঙতম্না শান্নরম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণদগী সম্মান অমদি প্রণয় ফংবদা ব্রজসুন্দরীশিংগী মরক্তা কনা কনাদি লাইবক ফবগী নাপল তৌজরম্মী; মতমতুদা মখোয়গী নাপল কোক্হন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ অন্তর্ধান ওইখি। রাসস্থলীদা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্রবদা মহাকপূ থিননবা হায়তুনা গোপীশিংনা রাসস্থলী থাদোক্তুনা কোয়চৎ চৎলম্মী। মফম অমদা থুংলগা শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ন ( খোঙ্গুল ) তাবতু উরম্মী, মতুগা লোয়ননা ন্থুপী অমগী খোঙ্গুনস্থ তারম্মী; পদচিহ্নতুগী মপু শ্রীরাধানী হায়বা মহাক্কী যূথগী গোপী শিংনা খঙলম্মী ; মতমতুদা শ্রীরাধাগী লাইবক ফবদো থাগংতুনা মখোয়না "অনয়ারাধিত"-নচিংবা শ্লোক অসু হায়রম্মী।

মূল ১০১

প্রভু কহে—আগে কহ, শুনি পাইয়ে সুখে।
অপূর্ব্ব অমৃতনদী বহে তোমার মুখে ॥১০১॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে —প্রভুনা হায়রম্মী ; আগে —মথা তানা ; কহ—হায়ম্মু ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; পাইয়ে— ফংঙী ; সুখে—নুংঙাইবা ; অপূর্ব্ব—মমাঙৈঙদা থোকৃখিদ্রিবা ; অমৃতনদী—অমৃতগী তুরেন ; বহে—চেন্থৈ ; তোমার মুখে—নচীন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী— মথা তাথরক্‌খো ; নাকোঙনা তাবদা নুংঙাইনে। নঙগী চীন্দা অমুক্তা-থোক্‌খিদ্রিবা অমৃত-তুরেল চেন্থরকয়ি।

### মূল ১০২-১০৩

চুরি করি রাধাকে নিল গোপীগণের ডরে।
অন্যাপেক্ষা হৈলে প্রেমের গাঢ়তা না স্ফুরে॥ ১০২ ॥
রাধালাগি গোপীরে যদি সাক্ষাত করে ত্যাগ।
তবে জানি রাধায় কৃষ্ণের গাঢ় অনুরাগ ॥১০৩॥

### শব্দার্থ

চুরি করি—লোন্না ( গোপী অতৈ খঙহন্দবমথৈ ) ; রাধাকে নিল—রাধাবু (কৃষ্ণনা)পুখি ; গোপীগণের ডরে—গোপীশিংবু কিহুনা ; অন্যাপেক্ষা—অতোপ্পা য়াওবা ; হৈলে— ওইরবদি ; প্রেমের—প্রেমগী ; গাঢ়তা—নঙশনবা ; না স্ফুরে—থোরক্তে ; রাধা-লাগি—রাধাগীদমক ; গোপীরে—গোপীশিং অতৈবু ; যদি—বদি ; সাক্ষাত—ইফোং ফোংনা ; করে ত্যাগ—থাদোকয়ি ; তবে—অদু ওইরবদি ; জানি—খঙঙী ; রাধায়— রাধাদা ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; গাঢ়—নং-নং নংশনবা ; অনুরাগ—প্রেম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংবু কিবদগী শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু লোন্না পুখি মবমদি অতৈ য়াওরগদি প্রেমগী গাঢ়তা ( নঙশনবদু ) ওইথোক্তে। রাধাগীদমক হায়হুনা গোপী অতৈবু ইফোং ফোংনা থাদোক্লবদি কৃষ্ণনা রাধাবু গাঢ় অনুবাগ তৌয়ি হায়বসী ঐনা খঙগদবা।

## নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতকী "তাসাং তৎসৌভগমদং বীক্ষ্য মানঞ্চ কেশবঃ। প্রশমায় প্রসাদায় তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥ ১০/২৯/৪৮ ॥" শ্লোকসিদা য়াওরিবা শ্রীশুকদেবগী উক্তিদগী খঙবা ঙম্বদি গোপীশিংগী নাপল (গর্ব্ব) মাঙহন্নবগী-দমক অমসুং মান কোকহন্নবগীদমক (মানপ্রসাদনগীদমক) শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থ-লীদগী অন্তর্ধান ওইখি। অন্তর্ধান ওইবা মতমদা মহাক্কা কনা লোয়নখি হায়বত্তুদি মথক্তা পল্লিবা শ্লোকসিদগী খঙবা ঙমদে। তুংদা লাকপা "অপ্যেণপত্ন্যুপগতঃ প্রিয়য়েহ গাত্রৈস্তন্বন্ দৃশাং সখি সুনির্বৃতিমচ্যুতো বঃ। কান্তাঙ্গসঙ্গকুচকুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ কুন্দস্রজঃ কুলপতেরিহ বাতি গন্ধঃ ॥ শ্রীভা, ১০/৩০/১১ ॥" হায়বা শ্লোকসিদা য়াঙবা গোপীশিংগী উক্তিদগী খঙবা ঙম্বদি—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মাগী প্রিয়া (নুংশিজবী) কনানো অমদি য়াওরম্মী (প্রিয়য়া সহ অচ্যুতঃ) হায়বসিনী। অমূক অদুগী মতুঙদা গোপী পূম্নমক্কা খঙনরবা ধ্বজ-বজ্র-পদ্ম-অঙ্কুশ-যব-নচিংবনা চিহ্ন ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ন (খোঙ্গুল) অদুগা মদুগী মথঙদা পদচিহ্নদুগী নাকন্দা লৈরম্বা নুজা অমগী পদচিহ্নসু থায়ন মৈচাক-লাংবী গোপীশিংনা উখি। নুজাসি মমাঙদা পন্খিবা শ্রীকৃষ্ণপ্রিয়া অদুনী হায়বদা করিমতা চিংনমঙাই লৈতে। তুংদা লাক্পা "অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ। যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥ শ্রীভা, ১০/৩০/২৮ ॥" শ্লোকসিগী উক্তিদগী খঙবা য়াবদি শ্রীকৃষ্ণপ্রিয়া গোপীদো শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবীনী। শ্রীকৃষ্ণবু থিরিবা গোপীশিংনা থরমূক চৎথরগা কৃষ্ণনা হুন্দোক্লম্বী কৃষ্ণগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবী অদুবুসু থেংনরে। গোপী লোইনমক্কী মনূঙদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়তমা-নী (খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবী অদুনী)। মরমসিনা শ্রীরাধাসু পুদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলীদগী অন্তর্ধান তৌখিবনী হায়বত্তু খঙবা য়াই। অদুবু শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা রা অসী পল্লমদ্রিবা করিগীনো হায়বগী মরমদা শ্রীজীবগোস্বামীনা মমাঙদা থাঙ্গৎখিবা "অপ্যেণপত্ন্যুপগতঃ— নচিংবা শ্রীভাঃ ১০/৩০/১১—শ্লোক অদুগী বৈষ্ণব-তোষণী টীকাদা হায়রম্মী - শীঙলাকঙমদবা ভগবৎ স্বরূপকী মনূঙদা মাধুর্য্য-ঘনবিগ্রহ ওইবা স্বয়ং ভগবান্ ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীশুকদেবগী পরম আগ্রহ (থমথোংবা থোয়রাঙবা) লৈরম্মী ; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী শীঙলাকঙম-দবা পরিকরশিংগী মনূঙদা ব্রজপরিকরশিংদা-- মথোয়গী মনূঙদা অমূক

শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী-গোপীশিংদা অমসুং মখোয়গী মনুংদসু কৃষ্ণপ্রেয়সীশিরোমণি ( কৃষ্ণগীনুংশিথোইবী ) শ্রীরাধাদা পরম আগ্রহ লৈরম্মী অদুগা শ্রীরাধাগা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদুদা মথম্মোই তাবা হেল্লী। লীলাসী পরম রহস্যময়-নী ( থুপ্লেন-থুপ্পনী ) হায়দুনা মহাক্না ( শুকদেব গোস্বামীনা ) সাক্ষাৎ ওইনা ফোঙদোক্লমদে ; শ্রীরাধাগী—করি হায়নী গোপী অতৈ অমতগী মিংসু ফোঙদোক্লমদে। ৱারী মতাঙ লাক্পদা ইঙ্গিতনা অতোপ্পা গোপীশিংগী মচীন্দা প্রিয়তমাগা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান তৌয়ি হায়বদু হায়হন্খি। শ্রীজীবনা অতৈসু ইরম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলীদগী অন্তর্ধান তৌখিবা মতমদা—শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু লোয়নননা পুথমাল্লে হায়না শ্রীরাধাগী যূথগী গোপীশিংগী চিত্তদা নিংকোক্পা অমা তৌরম্মী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু রাসস্থলীদা উরমদবা মতমদা শ্রীরাধাবসু উরমদে ; মরমদুনা মখোয়গী নিংকোক্পা অদু ওইখিবনী। অমবু ওইরবসু, মখোয়না অতোপ্পা গোপী-শিংদগী খাইদোক্তুনা চৎখি। অতৈ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী, অদুগা মখোয়না শ্রীরাধাকৃষ্ণবু থিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্নগা লোয়নননা গোপী অমগী পদচিহ্নগা উবদুদা শ্রীরাধাগী যুথগী গোপীশিংনা পদচিহ্নসিগী মপু গোপীদু শ্রীরাধানী অতৈ কনামা নত্তে হায়বা হেক্ত খঙখি। গোপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-সেবা তৌয়ি ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণচিহ্ন মখোয় লোইনমক্না খঙলম্মী ; তৌইগুম্বসুং শ্রীরাধাগী যূথ দা য়াওবী গোপীশিং নত্তনা কনাগুম্বী গোপী অতৈ অমনা শ্রীরাধাগী পদচিহ্নদু খঙলমদে ; মরমদি, অতোপ্পা কনামতগী লাইবক্তা শ্রীরাধাগী পদসেবা তৌবা ফংখিদে। পদচিহ্ন উরুবা মতুংদদি শ্রীরাধাগী যুথদা য়াওবী গোপীশিংনা চেৎনা থাজরম্বদি, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু পুদুনা অন্তর্ধান তৌখি হায়না মখোয়না খল্লম্বদো চুম্লে হায়বসিনী। অমবু ওইরবসু, নৈনরিবা ৱারোলদগী খঙবা ঙম্বদি, শ্রীরাধাবু লোয়নননা পুদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান তৌখি হায়বসিনী ; অদুবু মহাক্না শ্রীরাধাবু পুখিরম্মী হায়বসে অতোপ্পা গোপী অমতনা খঙলমদে, করি হায়নী শ্রীরাধাগী যুথগী গোপীশিং ফাওবনা অহানবদদি চিনদবমখৈ খঙলমদে। পুম্নমক্না খঙদবমখৈ মহাক্না শ্রীরাধাবু পুরগা থোক্খিবনী। মসিবু হায়পে মতাগুম্না প্রভুনা হায়রম্মী—"চুরি করি রাধাকে নিল গোপীগণের ডরে।—গোপীশিংবু কিবদগী লোম্না ৱাধাবু পুখি।"

শ্রীরামানন্দ রায়না হায়রম্মী—'রাধাপ্রেমনা সাধ্যশিরোমণিনী, মাগী

মহিমা শাস্ত্র পূন্নমক্না লাউরি। রাধাপ্রেম তশেংনমক সাধ্য-মকোক ওইর-বদি লেপ্পমক মাগী মহিমাস্থ খ্বাইদগী হেন্‌বা ওইগনী। রাধাপ্রেমগী মহিমানা পূঙহেন্‌-হেন্‌বগী রাসী রায় রামানন্দগী চীন্দা ফোঙদোকহনগে হায়বগীদমক প্রভুনা য়েৎপগী রাফম অমা থাঙ্গৎলকপা মতৌগুম্মী। প্রভুনা হায়রম্মী—"রায়, রাধাপ্রেমনা সাধ্য-মকোক ওইরগদি, মাগী মহিমানা খ্বাইদগী পূঙহেন-হেন্নবোইদি মতুদা অতোপ্পা রা অমা ঙাইফম্ থোক্কে, অতোপ্পা রা ঙায়রবদি ( অন্যাপেক্ষা লৈরবদি ) প্রেমগী-সেবা তৌনীঙবগী-বিকাশ ওইবহু অপন-অরাক-য়াওদবা ( অবধা ) ওইরোই। অহুব্ রাধা-প্রেমদদি অন্যাপেক্ষা লৈ হায়না খল্লী। অন্যাপেক্ষা লৈত্রগদি করিগীনো শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতৈব্ কিবদগী মখোয়ব্ খঙহন্দবমখৈ শ্রীরাধাবু লোম্না অতোপ্পা মফমদা পুরিবা? শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবহু গাঢ় অনুরাগ ওইরগদি অতোপ্পা গোপীশিংনা করি হায়গদগে হায়বহু ঙাইদবমখৈ মখোয়গী মমাঙমক্তগী শ্রীরাধাব্ পুরমগদবনী; নত্রগা শ্রীরাধাগা লোয়ননা মিলন ওইনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা ইফোং-ফোংনা অতৈ গোপীশিংবু থাদোক্লম-গদৌবনী। অহুমক শ্রীকৃষ্ণনা তৌরমদবনীনা শারদীয়-মহারাসদা গোপী অতৈব্ খঙহন্দবমখৈ শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু পুহুনা চেন্‌খিবসিনা তশেংনা তাক্‌পদি শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবহু গাঢ় অনুরাগ নত্তে হায়না উরে।

চুম্না হেক উবদদি প্রভুগী রাহংসী অঙকপা অমা হায়বদি নাতৈ-হুক্তবা অমা ওইনা তৌবগুম্মী। প্রসঙ্গদি রাধাপ্রেমগী মরমদনী; রাধাপ্রেমদা অন্যাপেক্ষা য়াওদবরা হায়বসী পুথোক্লবা হোৎনবনী; অহুব্ প্রভুনা রাধাপ্রেমগী ( শ্রীকৃষ্ণব্ শ্রীরাধানা নুংশিবগী ) রা হায়বহুনা আপত্তি থাঙ্গৎলম্মী—শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবগী মরমদা। মরমসিনা প্রভুগী আপত্তিহু প্রসঙ্গগা নাতৈ চানদ্রে হায়না খল্লে। থাঙ্গৈশেংবদি মহু নত্তে। আপত্তিসী তৌদ্রবদি রাধাপ্রেমগী ( শ্রীকৃষ্ণবু রাধানা নুংশিবগী ) মহিমাহু মপুঙ ফানা ফোঙদোক্লমগদরা হায়বহু চিংনমঙাইনী। শংশংনা উদবা পোৎ খঙগে হায়রবদি পোৎতুগী প্রভাব উরগদা খঙগনী। লাইহৌবু উবা ফংদে, অহুগা লাইহৌ লৈ হায়বহু খঙবদি হকচাঙদা লাইহৌগী তৌরক্‌পা প্রভাব অহুনা পাম্বে ওইরগা, লাইহৌনা হকচাঙ শাগৎহন্‌বগী চাংদা অহুনা লাইহৌগী চাংদাস্থ অস্থক ওইরে হায়বহু লেপ্পে। শ্রীরাধাগী প্রেমহুস্থ

উবা য়াবা-পোক্তা নত্তে। প্রেমশিগী মহিমা খঙগে হায়রবদি প্রেমগী বিষয় ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা প্রেমতুগী প্রভাব করম তৌবগে হায়বদু খঙবা তাই। নোং-ঙ্গুংশীং কয়ামুক কল্লী হায়বদু খঙননবা উপায়দি উ-রা নোম্বগী মচাঙনী, মতৌ অদুগুম্না রাধা প্রেমগী মহিমা খঙবদি মাগী প্রভাব অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা খোয়রাঙবগী চাংদা অদুনা উপায় ওইরগদবনী। শ্রীকৃষ্ণবু রাধানা ঙ্গুংশিবদুনা নোং-ঙ্গুংশীং ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু ঙ্গুংশি-বদুনা সমুদ্র-ঈপাক ওইরগা, হায়রিবা নোং ঙ্গুংশীংতু তৌরকপা মতমদা হায়রিবা সমুদ্র-ঈপাকলিদা কারকপা ঈংক অদুগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা-রাধাবু ঙ্গুংশিবদুনা বিকাশ তৌরকপা বাথাবিম্বিদু উংফূল ওইনা তৌইহল্লগা কাওশীঙ মচা অমত্র ঈচেন-কন্না চেম্থাক্তুনা লাপ্পা তাম্থোকপা ওয়ুনদদা রাধাপ্রেমগী মহিমাগী প্রভাব-তুবু-- খ্বায়দগী হেন্দনী হায়না খঙবা ঙম্গনী।

মসীগী মরমদি, ভক্তগী মফমদা ভগবান্না চেল্লিবা ভাব অদু ভগবান্গী মফমদা ভক্তনা চেল্লিবা ভাব অদুগী ভুংইন্বনী ; মরমদুনা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা নন্দযশোদাগী মফমদা বাৎসল্যাগী বিষয় ওই, সুবল-মধুমঙ্গলখোয়গী মফমদনা সখ্যগী বিষয় ওই, অদুগা ব্রজগোপীশিংগীনা প্রাণবল্লভ ( থরাইগী ঙ্গুংশিজবা মী ) ওই। ভক্তগী প্রেমনা শাক্তায়নগী মতীক ভগবান্সু প্রেমবশ্য হায়বদি ভক্তগী মথা পোন্বা অদুক্কী মতীক ওইগনী, মদু খঙবদি ভক্তগী মরমদা ভগবান্না তৌরকপা আচরণ অদুনা ঙম্গদবনী। সাধ্যশিরোমণি ওইগদবা প্রেমদদি অন্যাপেক্ষাগী রা লৈফম থোক্তে, শ্রীরাধাগী প্রেমনা সাধ্যশিরোমণি ওইরবোইদি, প্রেম পূর্ণমক্তগী হেল্লবোইদি, শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা ঙ্গুংশিবা ( প্রেম ) অদুম্থু ভক্ত অতৈবু ঙ্গুংশিবদগী, অতৈ গোপীশিংবু ঙ্গুংশিবদগী পুঙ্হেন্ হেন্গদবনী-- মদুদা অতোপ্পা গোপীশিংগী রাঙাইবা ( অপেক্ষা ) হায়বগী মরম লৈগদবা নত্তে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী মতাঙদা চৎলম্বা আচরণসিদদি অপেক্ষা য়াওদে হায়বগী প্রমাণ-দি উবা ফংদে। শ্রীকৃষ্ণদি রাসস্থলীদগী শ্রীরাধাসু পুহনা চেন্খিরম্মী—গোপী অতৈগী মমাঙদগী ফোংনা শ্রীরাধাবু পুদুনা রাসস্থলী থাদোকপগী থৌনাদু লৈখিদে—করিগীনো হায়ববু তুংদা গোপী অতৈমা শাউখিগনী হায়না কিবদগী। মরমসিনা মখোয়বু খঙহন্দবমথৈ লোম্না শ্রীরাধাবু মহাক্না পুথোকৃখি। মসীদগী খঙবদি শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতৈবু

অপেক্ষা তৌয়ি, ইফোং ফোংনা মহাক্না গোপীশিংত্থুবু থৌশাদবা ঙমখিদে— হায়বদি শ্রীরাধাগীদমক্তা থৌশারমদবা নত্তে— অতৈ গোপীশিংসু মহাক্না কিরম্বদগীনী। অসিগুম্বা অপেক্ষা ( অঙায়বা ) লৈরগদি গাঢ় প্রেম ওইবদি য়াদে। শ্রীরাধাগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ইফোং ফোংনা অতৈ গোপীবু থৌশাদবা ঙম্মবদি, মখোয়গী মমাঙমত্তদগী শ্রীরাধাব পুথো কখিবা ঙম্মবদি, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু গাঢ় অনুরাগ— গাঢ় প্রেম—তৌয়ি অদুগা গাঢ় প্রেমসীনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণব শ্রীরাধানা গাঢ় প্রেম তৌয়ি—রাধাপ্রেমসীনা সাধ্য-শিরোমণি ওই হায়বগী প্রমাণ্ডী হায়বসী খঙবা ঙমগদবনী। অদুবু মতুদি ওইদ্রবনীনা রাধাপ্রেমঙনা সাধ্যশিরোমণি-নী হায়বসী করম্না খঙগনী?

### মূল ১০৪-১০৫

রায় কহে— তবে শুন প্রেমের মহিমা।

ত্রিজগতে নাহি রাধাপ্রেমের উপমা ॥ ১০৪ ॥

গোপীগণের রাসনৃত্য-মণ্ডলী ছাড়িয়া।

রাধা চাহি বনে ফিরে বিলাপ করিয়া ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

রায় কহে— রামানন্দরায়না হায় ; তবে অতু ওইরবদি ; শুন— নাকোঙনা তাবিয়ু ; প্রেমের রাধাপ্রেমগী ; মহিমা— মতীক-ময়াই ; ত্রিজগতে —মরোন অহুমদা ; নাহি—লৈতে ; রাধাপ্রেমের— রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবগী ; উপমা— চাংদম ; গোপীগণের —গোপীশিংগী ; রাসনৃত্য-মণ্ডলী —জগোইরাসগী পরেংদু ; ছাড়িয়া—থাদোকুনা ; রাধা চাহি—রাধাবু থিদুনা ; বনে—বন মনুঙদা ; ফিরে—কোয়না চৎলী ; বিলাপ—তেংথাবা ; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুগী আগত্তি তারগা ) রায়-রামানন্দনা হায়রম্মী— অদু ওইরবদি রাধাপ্রেমগী মহিমা কৰিনো হায়বতু তাবিয়ু। মরোন অহুমদা রাধাপ্রেমগী ( রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবগী ) চাংদম লৈতে। গোপীশিংগী রাসনৃত্য-মণ্ডলীদু থাদোকুনা রাধাবু থিদুনা বিলাপ তৌনা তৌনা বন-মনুঙদা কৃষ্ণনা কোয়লেঙ লেঙলম্মী।

## তৈনন্নোল

রামানন্দ-রায়না য়াম্না হৈশিংনা প্রভুগী আপত্তিছু বল্লম্মী। রায়না হায়রম্বদি অসিনী— প্রভু, শারদীয়-মহারাসদা গোপী অতৈবু থঙহন্দবমথৈ শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু পুরগা লেংলম্মী হায়বসী সতানী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতৈগী অপেক্ষা ( অঙায়বা ) থম্মী হায়বসিস্থু প্রমাণ তৌরে হায়বা রাসিস্থু লৌদবা য়াদে। অদুবু প্রভু, শ্রীকৃষ্ণগী আচরণ খুদিংমক্তা অসিগুম্বা অন্য-অপেক্ষা উরবোইদি, করিগুম্বা মতমদস্থু মহক্না অপেক্ষা তৌদ হায়বছু উদ্রবোইদি, শ্রীকৃষ্ণসে করিগুম্বা মতমদস্থু অন্য-অপেক্ষা-লৈতবা নত্তে হায়না লৌবনা নাতৈ চাগনী। অদুবু প্রভু, শ্রীকৃষ্ণগী আচরণ-দি মতৌ অদুগুম্বা নত্তে। শ্রীরাধাগী সম্বন্ধদা শ্রীকৃষ্ণগী লমচং মতাদা করি করিগুম্বা মতমদা অস্থুম্না থল্লী, মহাক গোপী অতৈগী অপেক্ষা ( রা ঙাইবা ) তৌবোইনা হায়না; অদুবু চপ চানা খন্থবগদি উবা ফংগনী মদুদি— মহাক্না অদুগুম্বা অন্য অপেক্ষা উংলদ্বগী মরমদি রসবৈচিত্রীবিশেষ ( রস মথেল ) ফোঙদোক্কে হায়বা অমা নত্রগা অতোপ্পা থোইদোকপা মরম অমা ওইরম্বা য়াই। শারদীয় মহারাসদা শ্রীকৃষ্ণনা খংমাঙ মাঙবগী উদ্দেশ্যদি— বনাগুম্বগী মপুক্নীংদা মান নত্রগা লাইবক ফবগী নাপল পোক্লম্বা মখোয়দুগী চিত্তদগী মান অমম্থং গক্ব ( নাপল ) মাঙহন্বা, উবা ফংদবগী অকন্বা মৈচাক অদুগা উৎকণ্ঠা ( থৌরাংবা ) হেঙ্গৎহন্দুনা মখোয় পূম্নমক্কী চিত্তবু রাস লীলারস থোরক্নবগী মপুঙফানা মতীক চাহন্বা— অসীনী। অদুবু মখোয়গী মনাঙনক্তদা মহাক্না শ্রীরাধাবু পুদুনা অতোপ্পা মফমদা চংলম্লবোইদি মখোয়গী মান কোক্লোই, কোকপরা হায়ববু থোইনা কলক্পদুন্ পোক্কনী; অদু ওইরবদি রাসলীলাদি ওইরমদবা তারে। মরমদুনা মহাক্না মখোয়বু থঙহন্দবমথৈ শ্রীরাধাবু পুথিরম্বনী। মসিদদি হেক উবদা মহাক গোপী অতৈগী অপেক্ষা থম্মী হায়না খন্বা য়াই; তৌবদি তশেংবা মদু নত্তে, মহাক অপেক্ষা থমদে। অপেক্ষা থমদে হায়বসী জয়দেবনা লেংলম্বা বসন্তরাসগী থোদোক্তগী চিংনবা লৈতনা প্রমাণ তৌবা য়াই। থোদোক্তি অসিনী। গোপসুন্দরী কোটি চামাগা লোয়নননা বসন্তরাসলীলা হৌরে। থঙহৌদবমথৈ করিগুম্বা মরম অমদগী ( তুংদা লাকপা পয়ারদা মরম তাক্নী ) শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অভিমানিনী ওইরদুনা শ্রীরাধানা রাসস্থলী-থাদোক্তুনা চংথোকখরে।

শ্রীরাধা মা অমখক্তং নত্তনা অতৈ গোপী কোটি-চামা লৈহৌরিবনী রাসস্থলীদা। অদুম ওইনমক মধ্যাহ্নগী মুমীৎনা য়াচংখিবগুম্নম্মী ; রাসলীলা-রসগী থোরককম অদু খঙলেপ লেপ্‌খিবগুম তৌখি। মুংঙাইবগী ইচেন চেম্লমদবগুম্নে। করিগীনো অসুম তৌখিবা ? শ্রীকৃষ্ণ উরকখি, রাসমণ্ডলীদা রাসেশ্বরী লৈরমদ্রে। থূদক্তা মহাক্না শ্রীরাধাবু নীঙশীঙ নীঙশীঙনা রাসস্থলী থাদোক্তুনা শ্রীরাধাবু থিবা চেনখি। গোপী কোটি চামাদু রাসস্থলীদা ভাক্তুনা লৈহৌরে। শ্রীকৃষ্ণ মখোয়গীরেমদা হন্নমুক্তা য়েংলমদ্রে ; মখোয়গী মমাঙমক্তদগী মহাক থোক্‌খিবনী। থোক্লমদাইদসু রাধাবু থিবা চংলিবনী, মখোয় ঙাইহাক ঙাইরমখো হায়বসু তৌরমদে। মসীদগী খঙবদি-শ্রীরাধাগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ইফোঙ ফোঙনা গোপী অতৈবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্মী, গোপী কনা অমগীদমক অপেক্ষা মহাক তৌরমদে হায়বসীনী। শ্রীরাধার শ্রীকৃষ্ণনা গাঢ় প্রেম তৌয়ি হায়বদু মসীনা প্রমাণ ওইরে। অমনা ওইরবসু অমবু ওইরবসু, শ্রীরাধাগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা ইফোঙ-ফোঙনা গোপী অতৈবু থাদোক্তুনা লেঙখি হায়বগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীজয়দেব কবিগী গীতগোবিন্দগী শ্লোক অমী পল্লী।

## মূল ১০৬

তথাহি শ্রীগীতগোবিন্দে ( ৩/১/২ )—

কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধশৃঙ্খলাম্।
রাধামাধায় হৃদয়ে তত্যাজ ব্রজসুন্দরীঃ ॥ ১০৬ ॥

শব্দার্থ নচিংবা ১/৪/২২০ মূলদা য়েংবিয়ু।

## নৈনরোল

শ্রীরাধানা রাসলীলাগী পরমাশ্রয়নী ( মরু ওইবা য়ুমফম্নী ) হায়বদু শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মী। মহাক্না রাসস্থলীদগী চৎথরবদা রাসলীলা তৌবা য়াররোই খন্দুনা শ্রীরাধাগীদমক চিন্তা পুদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলী থাদোকখি—শ্রীরাধা নত্রসু ব্রজসুন্দরী অতৈ শীঙনাইদবমথৈ রাসস্থলীদুদা লৈরম্মী ; মখোয়গী রূপ-গুণ-মাধুর্য্য পুল্লপসু অদুগা মখোয় লোইনমক্তী প্রেম-পুল্লপসু শ্রীকৃষ্ণবু রাসস্থলীদা ফাদুনা থম্বা ঙম্লমদে ; মহাক্না লোইনমকপু থাদোক্তুনা শ্রীরাধাবু থিবা চৎখি।

## মূল ১০৭

ইতস্ততস্তামনুসৃত্য রাধিকা-
মনঙ্গবাণ-ব্রণখিন্নমানসঃ।
কৃতানুতাপঃ স কলিন্দনন্দিনী-
তটান্তকুঞ্জে বিষসাদ মাধবঃ ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

ইতস্ততঃ— মায়কৈ মরিদা; তাম্—মহাকপু (শ্রীরাধিকা); অনুসৃত্য—থিহুনা; রাধিকাম্—রাধিকাবু; অনঙ্গ-বাণ— কামদেবগী তেন্জৈনা; খিন্নমানসঃ—পুক্নীঙ-বারবা; কৃত-অনুতাপঃ—তুংদা চাকহৌরবা; সঃ— মহাক; কলিন্দনন্দিনীতটান্তকুঞ্জে—যমুনা তোর্বান্দগী কুঞ্জদা; বিষসাদ— থরাই ৱারম্মী; মাধবঃ— মাধবনা ( শ্রীকৃষ্ণনা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কামদেবগী তেন্জৈনা পাল্লবা মরম্না থরাই ৱারবা শ্রীকৃষ্ণহুনা শ্রীরাধাবু মায়কৈমরিমক্তা থিহুনমক্ ( ফংদ্রবদা ) কৈর্নাউচিং ফংহুনা ৱানা ৱানা যমুনা তোর্বান্দা লৈবা কুঞ্জতুদা অৱাবা ফোঙদোক্লম্মী।

### মৈনরোল

অনঙ্গবাণব্রণখিন্নমানসঃ—কামদেবগী বাণ ( তেন্জৈ ), মহুনা খিন্ন ( ৱাহল্লবা ) মানস-না ( পুক্নীঙনা ) মাগী ওইনা, শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীরাধানা রাসস্থলী থাদোকুম্না চংশ্রবদা নুংশি-লাইনানা য়াম্না কন্না খোরাংনা লৈখি; রাসস্থলীদা অতৈ গোপী কোটি চামা লৈরম্মী হায়রমসুমত্তায়, শ্রীরাধা নত্তনা মখোয়শিংতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নীঙ্ঙজবসু থুংহনদ্রবা ওন্নমদে। মরমমহুনা মদন-দেবনা নৈতংলবা নুংশি-ইখৌ-লাংলম্বা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাব কোয়থি থিরকখি; অমসু খিবা মফংলত্রুবদা শ্রীরাধাগী মফমদা মানা চৎখিবা ব্যবহারমত্তাম্ নীঙ্শীঙলগা অনুতাপ ( তৌখিবা থবক্কী তুংদা নুংঙাইতবা ) তৌখি। ( গোপী অতৈদগী শ্রীরাধানা শক্তক য়াম্না হেল্লবসু— শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতৈদা তৌরম্বা ব্যবহারমক শ্রীরাধাদসু তৌরম্মী। মরমহুনা শ্রীরাধানা মান তৌহুনা রাসস্থলী থাদোকখিননী। শ্রীকৃষ্ণনা

হৌজিক মাগী ব্যবহারদ্রু লাক্লে হায়বা খঙলয়ে, অদুনা মহাক্না অনুতাপ তৌখিবনি।) অদুন্না অনুতাপ-না চাক্লবা থম্মোইগা লোয়ননা কোয়চং চংলুরগা। **কলিন্দনন্দিনীতটান্তকুঞ্জে**—কলিন্দগী মচানুপীগী ( যমুনাগী ) তটান্তকুঞ্জে—তোর্বান্দা লৈবা কুঞ্জদা লেঙলকখি; মক্ষমচুদা শ্রীরাধাবু ফংগনি হায়না খল্লম্বা য়াই ; ফংদ্রবুনা মফমদুদা ফম্না ফম্না শ্রীকৃষ্ণনা বিষাদ ( থরাই-রাবা ) উংখি।

"রাধা চাহি বনে ফিরেন"—নচিংবা পয়ার-তংখাইগী প্রমাণ্নী শ্লোকসী। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু থিরুগে হায়বগীদমক রাসস্থলী থাদোক্নুনা লাকখি—লোম্না শ্রীরাধাবু লোইননা অচীকপা মফমদা বিহার তৌননবা হায়দুনা শ্রীরাধাগা লোয়ননা লাকখিদে—হায়বসী শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌরি।

মূল ১০৮

এই দুই শ্লোকের অর্থ বিচারিলে জানি।

বিচারিতে উঠে যেন অমৃতের খনি ॥১০৮॥

শব্দার্থ

**এই দুই শ্লোকের**—শ্লোক অনীসিগী ; **অর্থ বিচারিলে**—অর্থ নৈনরগদি; **জানি**—খঙঙী ; **বিচারিতে**—নৈনবদা ; **উঠে**—থোরকয়ি ; **যেন**—গুম ; **অমৃতের খনি**— অমৃতগী খোং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গীতগোবিন্দগী ) শ্লোক অনীসিগী অর্থ নৈনরগদি ( রাধাপ্রেমগী মহিমা ) খঙঙী, নৈনরকপদা অমৃতগী খোংমাই কাখৎলকয়ি।

মূল ১০৯—১১০

শতকোটি গোপীসঙ্গে রাসবিলাস।

তার মধ্যে এক মূর্ত্তি রহে রাধা-পাশ ॥ ১০৯ ॥

সাধারণ প্রেম দেখি সর্ব্বত্র সমতা।

রাধার কুটিল প্রেম হইল বামতা ॥১১০॥

**অন্বয়**-( শ্রীকৃষ্ণ শতকোটি-প্রকাশমূর্ত্তিতে ) শতকোটি গোপীর সঙ্গে রাসবিলাস করেন ; তার (সেই শতকোটি-প্রকাশমূর্ত্তির) মধ্যে (শ্রীকৃষ্ণের)

এক মূর্ত্তি শ্রীরাধার পার্শ্বে থাকেন। সাধারণ প্রেমের সর্ব্বত্র সমতা দেখিয়া রাধার বামতা ( উপস্থিত ) হইল ; কারণ প্রেম কুটিল। ( "কুটিল প্রেম" —পাঠও দৃষ্ট হয় ; তখন অন্বয় —রাধার কুটিল প্রেমে--কুটিল প্রেমবশতঃ— বামতা উপস্থিত হইল। )

শব্দার্থ

শতকোটি—কোটি চামা ; গোপীসঙ্গে—গোপীগা লোয়ননা ; রাসবিলাস—রাসলীলা শান্নবা ( তৌয়ি ) ; তার—শ্রীকৃষ্ণগী শতকোটি প্রকাশ-মূর্ত্তি অদুগী ; মধ্যে—মনূঙদা ; একমূর্ত্তি—মূর্ত্তি অমদি ; রহে—লৈ ; রাধাপাশ—শ্রীরাধাগী নাক্কন্দা ; সাধারণ প্রেমগী –লোইনমক্কী চপমান্নবা চৎপা শাজৎকী প্রেম ; দেখি—উদুনা ; সর্ব্বত্র—মফম পুম্বদা ; সমতা— মান্নবা ; রাধার—রাধাগী ; কুটিল প্রেম—প্রেম খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংনৈ ; বামতা—বারৌবা, শাউবা ( ওইখি )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা প্রকাশমূর্ত্তি কোটি চামা লৌদুনা ) গোপী কোটি চামাগা রাস শান্নে। শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিশিংদুগী মনুঙদা অমা শ্রীরাধাগী নাক্কন্দা লৈরম্মী। মফম পুম্নমক্তা চৎলম্বা প্রেম চপমান্নরম্বদু উবদা শ্রীরাধানা শাউখি, মরমদি প্রেম হায়বসিদি কুটিল ওই ( চুমচৎ-চত্তে )।

## নৈনরোল

**শতকোটিগোপীসঙ্গে**-নচিংবা—মফমসিদা রা অমা হায়হৌফম থোকয়ি। ব্রজদা ঐশ্বর্য্যগা মাধুর্য্যগা চাংদা মপুঙ-ফানা লৈরবস্তু মাধুর্য্যগী তুংইনবা ওইনা ঐশ্বর্য্যনা লোন্না লৈরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য্যশক্তিবু থাদোক্লগা মাধুর্য্য মপুঙগা লোয়ননা ব্রজদা ভালম্বনী। অদুবু, ঐশ্বর্য্যবু থাদোক্লবস্তু মপুরোইবনা থাদোক্লবী মপুরোইবা-নীঙবী নুপীগুম্না ঐশ্বর্য্য-শক্তিসিনা মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) থাদোক্লমদে ; ঐশ্বর্য্যশক্তিনা লোন্না মাগী তুংইল্লম্মী। মপুরোইবনদি থাদোক্লবী মপুরোইবদদি মথরাই কংখ্রবী নুপীনা তানজা ফংলবদি মপুরোইবনদি খঙদবা মতৌদা মপুরোইবগী সেবা তৌয়ি, মদুগুম্না ব্রজদা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা তানজা হেক ফংবগা, শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা-শক্তিগী ইঙ্গিত হেক ফংবগা শ্রীকৃষ্ণনা উদবা মওংদা মাগী সেবা তৌয়ি ;

রাসলীলাদসু মতুমক থোক্লিবনী। রাস শান্নবগীদমক গোপী কোটি চামা তিল্লরে, মখোয় খুদিংমক্কা লোয়নননা জগোই-শামিন্ন-ঈশৈ- শকমিন্নগদৌব-গীদমক রসিকশেখর শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা পোকখি ; ইচ্ছাসিগী ইঙ্গিত হেক ফংবগা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা গোপী কোটি চামগী নাকল-নাকন্দা শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তি কোটিচামা থোকহন্‌খি ; শ্রীরাধাগী নাক্তসু শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তি অমা লৈরম্মী। অদুবু গোপী অমমমগী নাকন্দা শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তি লৈরম্বসি যোগমায়াগী খুজিন্না শ্রীকৃষ্ণ খঙলমদে, গোপীশিংসু খঙলমদে; খুদিংনা খল্লম্বদি শ্রীকৃষ্ণতু মাগী মনাক্তদা লৈরম্মী অতোপ্পা কনামগী মনাক্তা লৈরমদে হায়বা অসিনী। পূর্ণানন্দঘনমূর্ত্তি রসিক-থোইবা শ্রীকৃষ্ণবু মনাক্তা ফংবতুদা অতোপ্পা গোপীরোমদা য়েংলুবগী তানজাসু গোপী অমতনা ফংলমদে। অদুবু লাই-নোংদমদগী মণ্ডলীদা য়াৎবী গোপী অমবু শ্রীমতী রাধিকানা য়েংশল্লুরে ; মতুদা মহাক্না উখি—শ্রীকৃষ্ণনা গোপীতুগা শান্নরম্বতু ; মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণতু মহাক্কী মনাক্তসু লৈ হায়বা যোগমায়াগী থৌরাংনা শ্রীরাধানা খঙবা ঙমখিদরে। মতুঙদা অতোপ্পা গোপী অমবু উরুবদা মহাক্কী লৈরম্বা শ্রীকৃষ্ণদো অমূক উখি; মহু উবদা খন্‌খি, হান্না-উখিবা গোপীবু থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসিগী মনাক্তা লাকখিবনী হায়না ; মতৌ অসুম্না শ্রীরাধি-কানা উরু-উরুবা গোপী খুদিঙগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণবু উই ; উরগা খল্লী—“কৃষ্ণ কয়াদা লৌনম-চাউরিবা ! মসী লম্পট-নী ! মায়াবী অমনী। ঐগী ইমাঙমক্তদা গোপী অমুক য়াম্বগা বিহার তৌরিনেসে !” অসি খন্‌বদগী কলক্‌খম্বনবা হায়বত্ত পোকখি। মনাক্তা মিংয়েং হেক তাবকালদা কৃষ্ণ লৈবতু উখি। অদুদা অমূক হেন্না শাউখি ; মরমদি অসুম্না খল্লম্মী—“ঙসাইমখৈ ইমীৎকী মাঙমক্তদা অতৈ গোপীশিংগা বিহার তৌরুরগা কোম্বংদা ঐগী নাক্তা লাকপীরিনেসে”। মহাক্না অমূক মখা তানা খল্লম্মী—“অতোপ্পী গোপী কোটি চামাগা জগোই-রাস শান্নরুবগুম ঐগমূক শান্নদৌবগী লাক্লিনেসে ; অদু ওইরবদি গোপী অতৈদা তৌবা ভাব অদুগা ঐঙোন্দা তৌবা ভাবকা অমতা ওইরে ; ঐবু নুংশিবদা থোইদোকপা অমদি লৈত্রে, লোইনমক মহাক্না চপ মান্ননা উবগী ভাব লৈরে।” অসুম্না খন্‌বদগী প্রেমময়ী শ্রীরাধাগী কুটিল প্রেমদুনা বাম্যভাব লৌখরে ; মহাক মান তৌদুনা শাউনা শাউনা রাসমণ্ডলী থাদোকুনা চৎখরে।

প্রেমদি কুটিল ওই হায়বদি চুমচৎ-চৎত্তে হায়বসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা পীরি। প্রেমনা কুটিল ভাব লৌবদি রস হেন্‌গৎনবগীদমক্কী।

মূল ১১১

তথাহি উজ্জ্বলনীলমণৌ ; শৃঙ্গারভেদকথনে ( ৫২ )

অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাবকুটিলা ভবেৎ ।
অতো হেতোরহেতোশ্চ যূনোর্মান উদঞ্চতি ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

অহেঃ— লিনগী ; এব—গুম্বা ; গতিঃ— শাজং ; প্রেম্নঃ প্রেমগী, মুংশিবগী ; স্বভাবকুটিল—মহৌশানা খোয়ড্রিং-খোড্রাংনবা ; ভবেৎ —ওই ;অতঃ—মরমদুনা ; হেতোঃ— মরম লৈরবস্তু ; অহেতোঃ— মরম লৈত্রবস্তু ; চ—অমস্তুং ; যুনোঃ যুবক-যুবতীগী ; মানঃ ( ওইনবা ) ; উদঞ্চতি— থোরকয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লিনগী শাজংকুম্না প্রেমগী শাজংস্তু কুটিল ওই (খোয়ড্রিং-খোযড্রাংঙী )। মরমদুনা , মরম চাবা-চাদবা লৈতনা যূবক-যুবতী অনীগী মান হেক্না থোরকয়ি ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী লোইনমক্না চপমান্নবা চংলবা মতৌদুদা শ্রীরাধানা শাউদুনা মান তৌখিবনী । মরমদি প্রেমগী লীচংতি মরম চাগে চাও চারোই তোকউ মহৌশানা তাঙজ-লিনগী শাজংকুম্নী ।

মূল ১ ১২

ক্রোধ করি রাস ছাড়ি গেল মান করি ।
তাঁরে না দেখিয়া ব্যাকুল হৈলা শ্রীহরি ॥ ১১২ ॥

শব্দার্থ

ক্রোধ—শাউবা ; করি—তৌদুনা ; রাস—রাস জগোই ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; গেলা—চংখি ; মান করি—ওইনদুনা, মান তৌদুনা ; তাঁরে —মহাক্পু ( শ্রীরাধাবু ) উৎরবদা ; ব্যাকুল হৈলা—খোয়রাংলম্মী ; শ্রীহরি —শ্রীকৃষ্ণ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতি রাধিকানা শাউরহুনা রাস-জগোই থাদোক্নুনা মান-তৌহুনা চংখিরম্মী। মাবু উদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা খোয়রাঙলম্মী।

## নৈনরোল

ক্রোধ করি—শ্রীরাধাগী লন্নাই-মুংঙাইবা হায়বহুগী মণম ফাওবা লৈরমদে। মহাক্তি কৃষ্ণনা মুংঙাইরগা মুংঙাইজবনী। শ্রীকৃষ্ণনা গোপী কোটি চামাগা লোয়নননা শান্নরগা মুংঙাইরবোইদি মহুদা শ্রীরাধানা শাউরিবা করিগীনো? মসিগী পাউখুমদি অসিনী—খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংনবা স্বভাব-না মাগী ওইবা অহুগুম্বা প্রেমগী হৌনশা বামতা ওইবনা শাউবনী, রাধাগী মরম্নাই-মুংঙাইনবগী ডাক নত্তে।

সমুদ্রগী ঈথক্তি সমুদ্রগী অঙ্গ (কায়াৎ) মখল অমনী, তোঙানবা মফমদগী লাকপা নত্তে; মতৌ অহুগুম্না কুটিলতা, বামতা-নচিংবসী প্রেমগী অঙ্গবিশেষনী, মরমহুনা মখোয়সিনা প্রেমবু মোৎহন্বা ঙমদে; অহোয়নহুম মখোয়সিনা প্রেমগী মহাওহুম হেঙ্গৎহল্লী।

## মূল ১১৩

সম্যক্ সার বাসনা কৃষ্ণের রাসলীলা।

রাস-লীলা-বাসনাতে রাধিকা শৃঙ্খলা॥ ১১৩॥

### শব্দার্থ

সম্যক্—মপুঙ ফাবা; সার—মচি ওইবা; বাসনা—অপাম্বা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; রাসলীলা—জগোইরাসনী; রাসলীলা-বাসনাতে—রাস-লীলা-বাসনাদা (রাস শান্ননীঙকসীদা); রাধিকা—শ্রীরাধানা; শৃঙ্খলা—য়োহ্লিং-কোহ্লোনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসলীলা শান্নবদি শ্রীকৃষ্ণগী মচেৎ-মকায়-তাদবা মপুঙনবা মচিগী ওইবা অপাম্বা অহুনী। রাসলীলা পাম্বসিদা শ্রীকৃষ্ণবু পুন্দুনা থম্নবা য়োহ্লিং-কোহ্লোদি শ্রীমতী রাধিকানী।

## নৈনরোল

মথক্তা পন্‌খিবা **কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধ-শৃঙ্খলা-** নচিংবা শ্লোকসিদা য়াওরিবা **সংসার-বাসনা**—শব্দগী অর্থ **সম্যকসার বাসনা** হায়না হল্লি। শ্লোকসিগী **সংসার-বাসনা**-শব্দগী অর্থদি—মপুঙফানা মচি ওইবা নত্রগা মচিঙাত্তগী ওইবা অপাম্বা হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণগী বাসনা লৈরম্বা পুম্নমক্কী মনুঙদা রাসলীলাগী বাসনা ( পাম্বা ) অদুনা 'সম্যক ওইনা সারভূত ওইবা বাসনানী'—খ্বাইদগী পুঙহৈন্ হৈন্‌বা বাসনা-নী ( অপাম্বনী )। স্বয়ং ওইনা অদুগা তোঙান্-তোঙানবা ভগবৎস্বরূপ ওইনা শাম্নবা শ্রীকৃষ্ণলীলাদি শীঙলাকপা ঙম্বা নত্তে ; লীলা খুদিংমক মাগী পূর্কীঙ-হুবনী ; অদুবু রাস-লীলানা মপূর্কীঙ হুবা মহুদি খ্বাইপুম্নমত্তগী হেল্লী। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কা হায়রম্মী—রাসলীলাগী মহাও তংবগী রাদি থম্বু থমগ্রদুনা রাসলীলাগী রা নীঙশীঙবদদা মপূর্কীঙদু করম তৌবগে হায়বর্ কীভমদু শ্রীকৃষ্ণ মছানফাওবা ফোঙদোকপা ঙমদে। "সন্তি যদ্যপি মে প্রাজ্যা লীলাস্তাস্তা মনোহরাঃ। ন হি জানে স্মৃতে রাসে মনো মে কীদৃশং ভবেৎ॥ ভ, র, সি, ২/১/১১১-ধৃত বৃহদ্‌বামনপুরাণ-বচনম্॥" রাসলীলা-সিদি শ্রীকৃষ্ণগী ঙকপা হেঙ্গৎহন্‌বনী। "হরেরপি চমৎকৃতিপ্রকরবর্দ্ধনঃ কিন্তু মে বিভর্ত্তি হৃদি বিস্ময়ং কমপি রাসলীলারসঃ॥ ভ, র, সি, ১/১/১১১॥" শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদি লীলা পুম্নমক্কী লূহূপ-মণি-নী ; মরমসিনা রাসলীলা পাম্বনা ( বাসনা-না ) মাগীদি খ্বাইদগী হেন্‌বা বাসনা-নী।

**রাসলীলা-বাসনাতে রাধিকা শৃঙ্খলা**—করিগুম্বা পোৎ অমবু ফাগে-পুন্‌গে হায়রবদি শৃঙ্খল ( য়োংলী ) অমনা পুন্‌বা তাই : শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা পাম্নিবসিবু পুন্দুনা থম্মনবা হায়বদি চেৎহন্নবা য়োংলী অমা চঙভী, য়োংলীদুদি শ্রীরাধানী। হায়বদি শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী রাস শাম্নবগী অমত-ভায়বা উপায়নী ; শ্রীরাধিকা রাস-শাম্নবীঙবগী (বাসনাগী) আশ্রয় মকোক্নী। শ্রীরাধিকা নত্তনা রাস-ক্রীড়া ওইথোক্তে, মসিনী ভাবার্থদি।

### মূল ১১৪

তাঁহা বিনা রাসলীলা নাহি ভায় চিতে।
মণ্ডলী ছাড়িয়া গেলা রাধা অন্বেষিতে॥ ১১৪॥

## শব্দার্থ

তাঁহা—মহাক (শ্রীরাধা) ; বিনা—নত্তনা ( য়াওপ্রবদি ) ; রাসলীলা — জগোই-রাস ; নাহি ভায়—থোরক্তে ; চিত্তে—চিত্তদা ; মণ্ডলী ছাড়িয়া —রাসমণ্ডলী থাদোক্তুনা ; গেলা—লেঙখি ; রাধা—শ্রীরাধাবু ; অন্বেষিতে —থিবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধিকা য়াওদনদি রাসলীলাদা নুংঙাইকম খঙলমদে । মরমন্থনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসমণ্ডলী থাদোক্তুনা শ্রীরাধাবু থিরুনবা থোকখি ।

## নৈনরোল

শ্রীরাধানা থোকথরবা মতুঙদা শ্রীরাধা নত্তনা অতৈ গোপী লোইনা নৈরম্মী ; অদুমক্তদা রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী পূর্ণ্ণতা নৈতারমদে ; শ্রীরাধা য়াওদবগী নুংঙাইতবদো অতৈ গোপী কোটি চামা নৈন-নৈনমক কোক্লমদে ; মরমন্থনা শ্রীরাধাবু থিরুনবা শ্রীকৃষ্ণ মছামক রাসস্থলী থাদোকখি— লোন্না থোকখিদে, গোপী পুম্নমক্কী মমাঙদগী মথোয়না খোইরাংনা মহাক য়েংহৌ-য়েংহৌনমক, মথোয় নৈরম্বদো থোশাদবমখৈ—শ্রীকৃষ্ণ লেংখি ; গোপীশিংন্থনা—শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলিবদো করি মরমগীনো কদায়দনো— হায়বন্থ খঙলম্মী ।

মমাঙগী মূল ১০৩-১০৪ গী উক্তিগী পাউথুম পয়ারসিদ্দা পীরে। অহান্‌বদা হায়রি—মফমসিদদি শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু চুরি তৌন্থনা ( লোন্না হূরান্দুনা ) পুরমদে । মান তৌন্থনা শ্রীকৃষ্ণবু শাউন্থনা শ্রীরাধানা হান্নন রাসস্থলী থাদোক্তুনা চৎখিবনী ; মহাক শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিতনা শ্রীকৃষ্ণগা রা তানন্থনা চৎখিবা নত্তে । অনীশুবদা হায়রি—শ্রীরাধাবু উত্রবদা অতোপ্পা গোপী কোটি চামগী মমিৎ-মাঙদগী মথোয়না উনা উনা—মথোয়না খঙনা খঙনা—মথোয় লোইনা নৈরম্বন্থবু থোশাদন্থনা শ্রীকৃষ্ণনা—শ্রীরাধাবু থিবা থোকখিবনী ; মসিনা তশেংনা তাকপদি—শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিন্নবসে অতৈ গোপীশিংবু ভাইবগী ( অপেক্ষা তৌবগী ) রা য়াওদে । মরমন্থনা শ্রীরাধাগী প্রেমদি সাধ্যশিরোমণি-নী হায়বগী মরমদা শ্রীমহাপ্রভুনা য়েৎলম্বদো নাত্তে চাদে হায়ন্থনা প্রমাণ তৌরে হায়বসী তশেংনা খঙলে ।

## মূল ১১৫

ইতস্ততঃ ভ্রমি কাহাঁ রাধা না পাইয়া।
বিষাদ করেন কাম-বাণে খিন্ন হৈয়া ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

ইতস্ততঃ— মায়কৈ মরিদা ; ভ্রমি— কোয়কুরগা ; কাহাঁ— কৈদসু ; রাধা না পাইয়া—শ্রীরাধাবু ফংদ্রবনা ; বিষাদ করেন—তেংথারম্মী ; কাম-বাণে—অপাম্বগী তেন্না পান্‌বদা ; খিন্ন হৈয়া— রারবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাইকৈ মরি কোয়না থিবদা শ্রীরাধাবু ফংখিদে। অদুদা কামগী ( অপাম্বগী ) তেন্না পান্দুনা রারম্বনা তেংথারম্মী।

### নৈনরোল

মমাঙদা পন্‌খিবা **ইতস্ততস্তামনুসৃত্য**—নচিংবা শ্লোক অদুগী হন্দোকপা পয়ারনী অসী। **কামবাণে খিন্ন হৈয়া**— শ্লোক অদুদা য়াওবা **অনঙ্গবাণ-ব্রণখিন্নমানসঃ**—শব্দগী অর্থনী।

মফমসিদা পল্লিবা কাম অসী প্রাকৃত কাম নত্তে, মসী প্রেমগী শকওং-মথল অমনী। কামগী হায়ববু মছাগী নুংঙাইবা হায়বসিনী : শ্রীকৃষ্ণদি মছাগী নুংঙাইনববগীদমক লাংতক্তনা শ্রীরাধাবু থিরম্বা নত্তে : শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীডবগুম শ্রীকৃষ্ণসু শ্রীরাধাবু নুংঙাইহন্নীডলম্মী ( উৎকণ্ঠা পোকখি ); শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা প্রেমদসী—উৎকণ্ঠা অসী পোকপনী অদুগা প্রেমদগী পোকপা উৎকণ্ঠাসিবু মফমসিদা কাম হায়না কৌরিবনী। শ্রীরাধানা মছাগী অঙ্গনা সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্‌বা পাম্মী; মাগী প্রেমনা বশ তৌখিবদগী শ্রীকৃষ্ণসু—মছাগী অঙ্গনা সেবা তৌদুনা—মত্রগা শ্রীরাধানা হায়জবা সেবা তৌহন্দুনা শ্রীরাধাবু নুংঙাইহন্নবা উৎকণ্ঠা তৌখি। প্রাকৃত কামদদি শারমচৎকী থবক য়াওরি; শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজ-গোপীশিংগী শাজৎতদি শারমচৎ য়াওদে। উজ্জ্বলনীলমণিগী সম্ভোগ-প্রকরণগী—"দর্শনালিঙ্গনাদীনামানুকুল্যান্নিষেবয়া। যূনোরুল্লাসমারোহন্ ভাবঃ সম্ভোগ ঈর্য্যতে ॥" —হায়বা শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা

ইরম্মী—**সানুকূল্যাদিতি কামময়ঃ সম্ভোগো ব্যাবৃত্তঃ।** অমসুং চক্রবর্ত্তিপাদনা ইরম্মী—"যূনোর্ণায়িকানায়কয়োঃ পরস্পর-বিষয়াশ্রয়য়োর্দর্শনালিঙ্গন চুম্বনাদীনাং নিতরাং যা সেবা বাৎস্যায়ন-ভরত-কলাশাস্ত্রোক্ত-রীত্যা আচরণং তয়েতি। পশুবচ্ছৃঙ্গারো ব্যাবৃত্তঃ। আনুকূল্যাৎ পরস্পর-সুখতাৎপর্য্যকত্বেন পারস্পরিকাদিত্যর্থঃ।" শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজসুন্দরীশিংগী শাজত্তা অমগা অমগা নুংঙাইননবগীদমক মখোয় মশেল দর্শন-আলিঙ্গন-চুম্বন-অসিনচিংবা তৌরিদি হায়ববু শাগুম্বগী শৃঙ্গার-দি য়াওদে। প্রিয়গী ( নুংশিজবা নুপাগী ) নুংঙাইনবগীদমক প্রিয়ানা ( নুংশিরবা নুপীনা ) অদুগা প্রিয়াগী নুংঙাইনবগীদমক প্রিয়না আলিঙ্গননচিংবা তৌনীঙঙী ; আলিঙ্গন-নচিংবসী তৌনীঙবসু হ্লাদিনীশক্তিগী বৃত্তি মখল অমনী—প্রেমগী মখল মথেল অমনী। চাক্লামদবা মীদা চাক পীজহনা অদুগা ঈশীঙ খৌরাংদবা মীদা ঈশীঙ পীথক্তুনা পীজ-পীথক তৌহন্নবগী উৎকণ্ঠাহ্ পেন্‌বা য়াদে। অরাম-খৌরাংবনা অতুক্কী মতীক কন্‌খৎলক্লগা, পীজ-পীথক তৌরবদা পীজ-পীথক তৌনীঙবগী হায়বদি উৎকণ্ঠাগী অপেন্‌বা অদুক্কী মতীক ওইগনী, মসী হৌনবী নিয়মনী। মরমতুনা ভগবান্‌দি স্বরূপকী মতুং ইন্না নির্ব্বিকার ( ফীভম-কায়দবা ) অমসুং আত্মারাম ( মথন্তনা নুংঙাইবা ) ওইরবসু, কনামত্তদগী সেবা লৌনঙাই লৈত্রবসু, ভক্তগী মফমদা অনুগ্রহ ( চান্‌বা ) ফোঙদোরক্‌বগীদমক—ভক্তগী মহৈ য়ানজনবগীদমক—চিচ্ছক্তিগী থৌদৌনা ভক্তদগী সেবা লৌনীঙবা অমসুং লৌফম থোকয়ি হায়বগী অনুভব অদু ভগবান্‌গী চিত্তদা পোকহল্লী। অমুক, ভগবান্দি **রসো বৈ সঃ**—রস ওইনা মহাক ভক্তগী তংনঙাইনী অমসুং রসিক (রস-চুপ্পা) ওইনা মহাক ভক্তগী প্রেমরসনির্য্যাসনচিংবগী আস্বাদক-নী ( মহাওত্তংবা মী হায়বনুনী )। মাগী নুংদা আস্বাদন পামদ্রবদি আস্বাদন তৌবগী নুংঙাইবা হায়বদু ফংলোই অদুগা মানা রসিক ওইবা হায়বদুসু অরেম্বা ওইবা তারে ; মরমসিনা লীলারস আস্বাদন তৌননবগীদমক আস্বাদন-তৌনীঙবা হায়বদু মাগী লীলাশক্তিনা মাগী নুংদা পোকহল্লী। হেক য়েংবদদি অপাম্বা পূম্নমক অসে মছাগীদমক ওইবা মাল্লবনু—অপাম্বা অসী মপুক্তকামা থুংবদা নুংঙাইবা অমসুং অপেন্‌বা পোকপা পূম্নমক্তো শ্রীকৃষ্ণ মছামকীনী হায়না খল্লবসু মমৈদদি ভক্তগী পেম্নবগী ওইরকয়ি ; শ্রীকৃষ্ণনা পেন্‌বদু উরগা ভক্তনা পেল্লী—মরমতুনা ভক্তবৎসল ( ভক্তবু মচাগুম নুংশিহৈবা ) শ্রীকৃষ্ণগী

চিত্তদা লৈবা লীলাশক্তিগা কৃপাশক্তিগনা অপাম্বা পুম্মকসী থোকহন্বনী, করিগীনো হায়বদু ভক্তনা থরাই য়েনা য়াওনা থোনা য়েনা পুথোক্তুনা মহাক্কী সেবা তৌদুনা ধন্য ওইবা ওম্নবনী অদুগা মতুম তৌবনা রসস্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগী শক্ চু-ফজবা অমদি মাধুর্য্যনচিংবা আস্বাদন তৌরগা মহৈ-য়ান্বা ওমজনবনী। গোপীপ্রেমগী (গোপীনা নুংশিবগী) বিশেষত্বগী (থোইদোকপা মতৌগী) মরমদা হায়—"অদ্ভুত গোপীভাবের স্বভাব। বুদ্ধির গোচর নহে যাহার প্রভাব॥ গোপীগণ করে যবে কৃষ্ণদরশন। সুখবাঞ্ছা নহে, সুখ হয় কোটিগুণ॥ গোপিকা-দর্শনে কৃষ্ণের যে আনন্দ হয়। তাহা হৈতে কোটিগুণ গোপী আস্বাদয়॥ তাঁসভার নাহি নিজ সুখ অনুরোধ। তথাপি বাড়য়ে সুখ, পড়িল বিরোধ॥ এ বিরোধের এক দেখি সমাধান। গোপিকার সুখ কৃষ্ণসুখে পর্য্যবসান॥ * * অতএব সেই সুখে (গোপীসুখে) কৃষ্ণসুখ পোষে। এই হেতু গোপীপ্রেমে নাহি কামদোষে॥ ১/৪/১৮৬-৯৬॥"—শ্রীকৃষ্ণগী মরমদসু মথক্কী রাসিমক হায়বা য়াই। ভক্তনা তৌবা সেবা লৌনীঙবা অমদি লীলারস চুপ্পীঙবা থুংলবদা শ্রীরাধানা নুংঙাইবদুনা ভক্তগী নত্রগা লীলাপরিকরশিংগী নুংঙাইবদু য়োক্খৎলী, মরমসিনা মসী কাম নত্তে। সম্ভোগ পাম্বগী তাৎপর্য্যাদি মতৌ অনুগুম্বনী মতুদি—পরস্পরসুখতাৎপর্য্যকত্বেন পারস্পরিকাদিত্যর্থঃ—চক্রবর্ত্তী। উঃ নীঃ সম্ভোগ প্রকরণ। ৪ শ্লোক্কী টীকা॥ মদ্ভক্তানাং বিনোদার্থং করোমি বিবিধাঃ ক্রিয়াঃ॥ মসী শ্রীকৃষ্ণনা হায়বনী।

ভক্তগী থম্মোইনা মতম পূম্বদা ভগবান্গী সেবা তৌনীঙবগুম ভগবান্না মতম পূম্বদা ভক্তগী সেবা লৌনীঙঙী হায়বদি ভক্তগী প্রেমরসনির্য্যাসদু ভগবান্গী থম্মোইনা মতম পূম্বদা আস্বাদন তৌনীঙঙী। ভক্ত মখল মখলগী মনাক্তা ভগবান্না লৈরুবা মতমদা ভক্ত ভক্তদুগী ভাব মতুং ইন্না মাগী সেবা লৌনীঙবা অমদি মাগী প্রেমরসনির্য্যাস ভগবান্না তৌনীঙবদো য়াম্না কল্লী, ভক্তনা মদু খঙবা ওমতুনা ভক্তদুগী ভাব কা চানবা সেবা তৌদুনা ভগবান্গী পেন্নবা তৌয়ি। ভগবান্না পাম্বা সেবাদু তৌবা ওমত্রগদি ভক্তনা উৎকণ্ঠাদা থরাই রাই। মতৌ অদুগুম্না নুংশিবা ভক্তগী সেবা লৌবা ওমত্রগসু—নুংশিবা ভক্তদুগী প্রেমরস-নির্য্যাস আস্বাদন তৌবা ওনত্রগসু—ভক্ত-চানবা ভগবান্না লীলাশক্তিগী থৌইনশিন্না থরাই রাই। (মতৌ অসুম তৌত্রগদি ভক্তগী প্রেম অদুগা ভগবান্গী ভক্তবাৎসল্য হায়বদুগগী অর্থ লৈরম্লোয়)।

রাসস্থলীদা ব্রজগোপীশিংগী মনাক্তা লৈবদগী কান্তাভাব-কী সেবা লৌবা অমস্তুং কান্তারস আস্বাদন তৌবা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বদি হৌনশানী ; খমথেংবী প্রেমগী মূর্ত্তি ওইবী মহাভাব-স্বরূপিনী শ্রীরাধিকাগী নাক্তা লৈবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বসী খমথেংগনী অদুগা খমথেংবা অপাম্বসিদগী পোকপা উৎকণ্ঠাস্তু খমথেংগনী ; মরমদি শ্রীরাধানা সেবা তৌনীঙবস্তু খ্বাইগা মান্নদবা অমস্তুং মথক্তা লৈত্রবা অমনী। শ্রীরাধানা রাসস্থলী থাদোক্তুনা থোকখিবদুদা মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্বা লম য়োবা সেবা লৌবা ঙমদ্রবদুনা শ্রীকৃষ্ণগী থরাই য়াম্না রাখি ; মসিনী শ্রীকৃষ্ণনা কামবাণে খিন্ন ওইবগী রাদি। কামগী অর্থ বাসনা (পাম্বা) হায়বনী, মফমসিদা কান্তালক্কী মকোক শ্রীরাধানা তৌবা সেবা পাম্বনী ; অপাম্বদুনা ওইবা তেন্‌জৈবু কামবাণ কৌবনী ; কামবাণ অদুনা পান্দুনা খিন্ন ওইরে। তেন্‌জৈনা পাল্লবা মীনা চৈনা ফংদুনা রাবগুম কান্তা রাধাগী সেবা লৌবগী আশা অমস্তুং শ্রীরাধাবু পেল্‌হন্নবগী আশা কায়বনস্তু শ্রীকৃষ্ণ থরাইদা চৈনা ফংখি— মসীনী তাৎপর্য্যাদি।

মূল ১১৬

শতকোটি গোপীতে নহে কাম নির্ব্বাপণ।
ইহাতেই অনুমানি শ্রীরাধিকার গুণ ॥ ১১৬ ॥

শব্দার্থ

শতকোটি গোপীতে—গোপীকোটি চামনা ; নহে—ওইদে ; কাম নির্ব্বাপণ—অপাম্বা মৃৎপা ; ইহাতেই—মসিমক্তনা ; অনুমানি—করি ওইগে হায়বদু খন্থরকপনী ; শ্রীরাধিকার গুণ—শ্রীরাধিকাগী গুণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপী কোটি চামনা শ্রীকৃষ্ণগী কান্তাপ্রেমরস আস্বাদন তৌনীঙবগী মশক ওইবা মৈচাক মৃথৎপা য়ারমদে। মসিমক্তনা শ্রীরাধিকাগী গুণ অদু করিনো হায়বা ঐখোয়না অনুমান তৌবা ঙম্মী।

টৈনমল্লোল

কাম—নুংশিবীগী সেবা লৌবগী নত্রগা কান্তাপ্রেম আস্বাদন তৌবগী

বাসনা (অপাম্বা)। নির্ব্বাপণ—মুৎথৎপা, মৈ মুৎথৎপগুম মুৎথৎপা। কাম-নির্ব্বাপণ—কামগী মশক ওইবা মৈবু মুৎথৎপা। ভক্ত অমগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরুবা মতমদা ভক্তদুগী ভাব মতুং ইন্না ভক্তদুগী সেবা লৌন-ঙগী—মাগী প্রেমরস আস্বাদন তৌনবগী—বাসনা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তদা পোকখি। রাসস্থলীদা কান্তাশিংনা কোয়শনবনে কোনবনে তৌরম্বদুদা কান্তাপ্রেম আস্বাদন তৌবগী বাসনাদু শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তদা পোকখি; রাস-ক্রীড়ানা বাসনাদু মপুঙ ফানা পূরণ ওইননবা তৌরম্বনী; খঙহৌদনা শ্রীরাধানা রাসস্থলী থাদোকুনা চংখিবদুনা শ্রীকৃষ্ণনা কান্তাপ্রেমরস আস্বাদন তৌবগী বাসনাদুসু খঙহৌদবমখৈ শান্থীবা অসুম অসুম হেঞ্জৎলক্লমী। কয়ামুক হেঞ্জৎলম্লবগে হায়রবু ঘী তৈবা মৈনা মৈচাক ফনা চাকপগুম্নয়ে; শ্রীকৃষ্ণনা মৈচাক অদু মুৎথৎপা ঙমদবা অমা ওইরকখি। মকমদুদা রাসস্থ-লীদা রাস শান্নবদা থরাই-লুপ্পবী গোপী কোটি চামা লৈরম্মী— লৈরমদবা হায়রবু শ্রীরাধাদনী। গোপী শকুহেনবী কোটি-চামসী লৈন-লৈনমক শ্রীকৃষ্ণগী কান্তাপ্রেমরস চুম্নগী বাসনা কোক্লমদে; মখোয়না কোকুহনবা ঙম্নী হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা উখিদে; মহাক্না খঙলম্লে মদুদি—শ্রীরাধানা তৌবা সেবা নত্তনা, শ্রীরাধাগী প্রেম-রসনা খিক্পা নত্তনা মৈচাক অদু মুৎপা য়াররোই। মরমদুনা রাসস্থলীদা লৈরম্বা গোপী কোটিচামবু থৌশাদবমখৈ শ্রীরাধাবু থিবনী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ চেনখি। শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তদা পোক্লম্বা কান্তাপ্রেমরস আস্বাদন তৌনবগী বাসনাগী চাংদি গোপী কোটিচামনা পেলহন্-ঙম্বা চাংদগী য়াম্না হেল্লম্মী; য়াম্না-হেনবা চাংসিগী বাসনাদু গোপী কোটি চামগী সঙনা পোকহনবা নংলমদে; মখোয়না পোকহনবা ওইরম্ল-রোইদি মখোয়না পেলহনবা ঙম্নমগদৌবনী। ঙমদ্রবসিদগী ঐখোয়না খঙগ-দৌবদি—শ্রীরাধানা রাসস্থলীদা লৈরম্বা মতমদা—শ্রীরাধানা সেবা তৌবগী বাসনাগী খোম্থাং ওইনা শ্রীরাধাগা লৈমিন্নরম্বদগী—শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তদা চাংদা অহেনবসিগী কান্তাপ্রেম আস্বাদন তৌবগী বাসনা পোকখিবনী; মরমদুনা শ্রীরাধা নত্তনা কনামতগী, করি হায়নী গোপী কোটিচামগী পুন্না তৌবা সেবানসু—শ্রীকৃষ্ণগী বাসনাবু পেলহনবা ঙম্নমদে। মসীদগী তশেংনা খঙবদি—গোপী কোটিচামগী প্রেম পুম্নমক পুনশিনবগা ওইরম্বদুদগী শ্রীরাধা মথন্তগী প্রেমনা য়াম্না হেল্লী হায়রবসিনী। মরমদুনা শ্রীরাধাগী প্রেমনা সাধ্যশিরোমণি ওইবনী।

মূল ১১৭

প্রভু কহে—যে লাগি আইলাঙ তোমাস্থানে।
সেই সব রসবস্তুতত্ত্ব হৈল মোর জ্ঞানে ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; যে লাগি মরমহুগীনী হায়না ; আইলাঙ—লাক্লম্বা ; তোমাস্থানে—নঙগী নফমদা ; সেই সব—মহু পুম্বা ; রসবস্তুতত্ত্ব—প্রেমরস কৌবা পোৎকী রা ; হৈল—ওইরে ; মোর—ঐগী ; জ্ঞানে—খঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী - নঙগী নফমদা রসবস্তুতত্ত্ব খঙগে লাক্পনা তত্ত্ব পুম্বদো ঐ খঙলে।

মূল ১১৮

এবে সে জানিল সেব্য সাধ্যের নির্ণয়।
আগে আর কিছু শুনিবার মন হয় ॥ ১১৮ ॥

শব্দার্থ

এবে—হৌজিক্তি ; সে - মহু ; জানিল—খঙলে ; সেব্য—সাধ্যের—সেবা- তৌফম অহুগা সাধন তৌরগা ফংগে তাঙ্খিবা পোৎ অহুগী ; নির্ণয়—অরেপ্পা রা ; আগে —মথাদা ; আর—অতৈ ; কিছু—খরা ; শুনিবারে—নাকোঙনা তাগে হায়না ; মন হয়— পুক্নীঙনা থল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেবা করিনো সাধ্য করিনো হায়বগী অরেপ্পা রাফমদু হৌজিক্তি ঐহাক খঙলে, অদুবু মথা অতৈ খরা তানীঙলি।

নৈনরোল

এবে—হৌজিক্তি, নঙোন্দগী তত্ত্বকথা তারগা। সেব্য-সাধ্য—সেব্যদি (সেবা-তৌফমদি) শ্রীকৃষ্ণনী অহুগা সাধ্য ( সাধন তৌদুনা ফংগে খংগে তাঙ্খিবা পোৎতি) শ্রীরাধাপ্রেম (শ্রীরাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবা) অহুনী।

রায়গী চান্দগী মথক্তা হায়রিবা ৱারোল নাকোংনা তারগা রাধা-প্রেমগী খ্বাইদগী হেন্বা মহিমাগী ৱা খঙলগা প্রভুনা য়ৌনা পেল্লম্মী—মহাক্লা পেল্লবা খোন্দাদা রামানন্দদা হায়রম্মী—"যে লাগি আইলাম তোমা স্থানে। সেই সব রসবস্তুতত্ত্ব হৈল জ্ঞানে ॥ এবে সে জানিল সেব্য-সাধ্যের নির্ণয় ॥"—সেব্য ওইবা পোৎ করিনো সাধ্য ওইবা করিনো হায়বছু লেপ্লে। অদুবু প্রভুগী খঙনীঙবদি লোইবা নাইরমদ্রি। মরমদুনা প্রভুনা হায়রম্মী—"আগে আর কিছু শুনিবার মন হয়।"—প্রভুনা মখা খরগা তানীঙলম্মী। রাধাপ্রেমগী মহিমাগী মরমদা মখা খরগা তানীঙলম্ববা খনবনী। অদুবু প্রভুনা হংলকপদদি রায়ো অমা ওইনা হংবগুম তৌরম্মী।

মূল ১১৯

কৃষ্ণের স্বরূপ কহ—রাধিকাস্বরূপ।
রস কোন্ তত্ত্ব, প্রেম কোন্ তত্ত্বরূপ ॥ ১১৯

শব্দার্থ

কৃষ্ণের স্বরূপ—কৃষ্ণগী স্বরূপ ; কহ—হায়য়ু ; রাধিকাস্বরূপ—রাধিকাগী স্বরূপ ; রস কোন্ তত্ত্ব—রস হায়বসিনা করি পোৎনো ; প্রেম কোন্ তত্ত্বরূপ—প্রেমগী স্বরূপ করিনো ?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী স্বরূপ, রাধিকাগী স্বরূপ-কী মরমদা হায়য়ু। রস হায়বসিনা করি তত্ত্বনো অদুগা প্রেম হায়বসিনা করম্বা তত্ত্বনো ?

## নৈনরোল

প্রভুনা কৃষ্ণগী স্বরূপ, রাধিকাগী স্বরূপ, রসগী তত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্ব করিনো হায়না হংলিবা ৱাফমসী তাবদা ঐখোয়না খনবা য়াই, মতুংদি—সাধ্যতত্ত্ব অমসুং রাধাপ্রেমগী মরমদা প্রভুনা খঙনীঙলম্বা পূম্নমক খঙলেনা ; হৌজিক অতোপ্পা ৱাফম অমা থাঙ্গৎলক্লিবমাল্লে হায়বসিনী। খল্লম্বা য়াই—সেব্যগা সাধ্যগা অনীগী মরমদা তত্ত্ব খঙদ্রগদি সেবাদা অমসুং সাধন-দা চঙশন্নীঙেদ্রাই। মরমসিনা প্রভুনা সেব্যগা সাধ্যগা অনীগী স্বরূপকী-বিষয় ওইবা অমসুং রসগী তত্ত্ববিষয় ওইবা ৱাহং হংলম্বা য়াই। অদুবু প্রভুগী ৱাহংগী

পান্দমদি মচু নত্তবা মাল্লে হায়না খল্লী। মতুঙদা লাক্লিবা পয়ারশিংদগী খঙবদি—হৌজিক ফাওবা সাধ্যতত্বগী মরমদা প্রভু খঙনীঙবচু য়োনা খঙদ্রি হায়বসিনী। রায়-রামানন্দনা রাধাপ্রেমবু সাধ্য মকোক্নী হায়খ্রে :মতাংচুদা প্রভুনা রাধাপ্রেমগী মহিমা খঙনীঙখি ; খঙনীঙবগী উদ্দেশ্যদি—রাধাপ্রেমগী মহিমাগী খমথেংবা বিকাশ ওইরবদদা রাধা-প্রেমনা সাধ্যমকোক ওইবা হায়বচু ওইবনী হাব়বসী উৎপগী মতাগুম্মী। রাধাপ্রেমগী মহিমাগী মরমদা অসিগী মমাঙদা প্রভুনা রাহং অমথক্তমক পূর্ব্বপক্ষগী মওংদা থাঙ্গৎখি। বসন্তরাসনা খুদম ওইনা রাহংচুগী সমাধান রায় রামানন্দনা তৌখ্রে। সমাধানসিনসু প্রভুবু পেলহন্খরে ; অচুবু রাধাপ্রেমগী মহিমাচু প্রভুনা খঙনীঙবদি মতমচুফাওবা অচুম লৈরম্লি। মরমচুনা প্রভুনা অসিতমক হায়রম্মী—"এক্ষণে সাধ্যের নির্ণয় জানিলাম-হায়বদি রাধাপ্রেমতনা চরম ( অয়োবী ) সাধ্যবস্তুনী হায়বচু ঐ খঙলে।" অচুবু "রাধাপ্রেম যে সাধ্যশিরোমণি. তাহা এতক্ষণে বুঝিলাম—রাধাপ্রে-মনা সাধ্যমকোক্নী হায়বচু হৌজিক খঙলে।" হায়নদি প্রভুনা হায়খিদ্রি। প্রভুগী পূক্নীঙগী ভাব অচুদি অসী ওইরবা মাল্লে—"অন্যনিরপেক্ষতা-না ( অতোপ্পগী রা ঙাইদবনা ) প্রেমগী মহিমাগী পরিচয়-নী হায়বা চুম্মী ; অচুগা শ্রীরাধাগী প্রেমদি অন্যনিরপেক্ষনী হায়বসু চুম্মী। অচুবু অন্যনির-পেক্ষতাদনা রাধাপ্রেমগী চরমতম (খমথেংবা) বিকাশগী পরিচয়নী হায়বদি নত্তে। রাধাপ্রেমনা চরমতম বিকাশগী ঙমখৈ য়োরে হায়বচু খঙদ্রিবমখৈদি প্রেম অচুবু সাধ্যশিরোমণিনী হায়বদি নাতৈ চাদে। তশেংনমক রাধা-প্রেমগী বিকাশ খমথেংলে হায়বদি রায়রামানন্দগী মুখদা ফোঙদোকহনগে হায়না প্রভুনা খন্দুনা হায়রম্বনী—"আগে আর কিছু শুনিবার মন হয়। —মথা খরসু তানীঙঙী।" অচুবু ইফোং-ফোংনা করিগুম্বা পূর্ব্বপক্ষ থাঙ্গৎপদি তৌদচুনা কৌশল ( লৌ ) অমগী মতেঙ লৌরম্মী। কৌশলসিগী অহানবা স্তবকদি কৃষ্ণতত্ব, রাধাতত্ব, প্রেমতত্বনচিংবগী মরম হংবদা ফোং-দোকখি। অতুগা স্তবক অমনা বিলাস-তত্বগী ( শাস্ত্রবগী ) রা হংবদা ফোঙদোকনী।

শ্রীরাধাগী প্রেমনা মপুঙ ফানা বশ তৌরবা কৃষ্ণ, অন্যাপেক্ষা লৈহন্দ্রব। অচুগুম্বা কৃষ্ণগী তত্ব খঙদ্রগদি রাধাপ্রেমগী মহিমাগী ময়ো অচু মপুঙফানা খঙবা য়ারোই। মরমচুনা কৃষ্ণতত্বগী মরমদা প্রভুনা হংলম্বনী। মুংশীং মমলকপদা নাপীলীঙনা লেঙঙী উ-রাসু লেঙঙী অচুগা উজাওসু

মকুফুরি। উজাওফাওবা ফুকপা ওম্বা তুংশীংকী শক্তমদো অমুগী মপাঙ্গল হায়বদি মহিমা য়াম্না হেল্লী। মরমতুনা তুংশীং-শক্তমগী শক্তি চাং খওবা তারবদি মাগী শাফু ফংলিবা পোৎকী স্বরূপ খঙগদবা ওই—পোৎ অদু অপীকপা নাপীরা, উজাওরা হায়বা খঙবা য়াদে।

মাগী প্রেমতুনা শ্রীকৃষ্ণবু মথক্তা হায়খিবা ফিভমদা পুরকখিবা, অদুগুম্বা রাধাগী তত্ত্ব খঙদ্রগনু মহাক্কী প্রেমগী মহিমা মপুঙফানা খঙবা য়াদে। মরমতুনা রাধাতত্ত্বগী মরমদা প্রশ্ন হংবনী। মখল পুন্নমক্কী রসগোলাগী মহাও লৈবা ভাত্তনী; অদুবু রোসগোলা-শাবা কনা কনা-গুম্বগী রসগোলা হাওবদা অঙকপনী। মরমসিনা রসগোলাগী মহাও অঙকপত্তু খঙগে হায়রবদি রসগোলা-শাবা কনানো হায়বদুসু খঙবা য়াদে।

অদুগা, অঙকপা প্রভাব-লৈরিবা প্রেমতুগী তত্ত্ব, প্রেমতুগী স্বরূপ য়েংলগা প্রেমতু কবি পোত্তানো হায়বদু খঙদ্রগদি প্রেমতুগী মহিমা মপুঙফানা খঙবা ঙমদে। মরমতুনা প্রেমতত্ত্বগী মরমদসু হংবনী। ইনক নক্রা লংলিবা মণিতু লিলগী-মকোক্কী মণি-বা, নত্রগা খোংদগী ফংবা মণি-র, নত্রগা স্পর্শমণিরা—হায়বদু লেপ্পমক খঙলগদা মণিগী মমল্লচিংবা চপচানা লেপ্পা ঙমগদবনী।

রসস্বরূপ শ্রীকৃষ্ণদা রসগী বিকাশ ওইবা মতাংওদা বসতুগী তত্ত্ব খঙদ্রগনু প্রেমগী মহিমা মপুঙ ফানা খঙবা য়াদে; মবমদি পরিকর-ভক্তশিংগী প্রেমগী ময়াইনা ( প্রভাব-না ) রসতত্ত্বগী ( রস-ওইবগী ) বিকাশনী। রাধাপ্রেমগী প্রভাব অতুনা শ্রীকৃষ্ণসুংদা রসতত্ত্বগী বিকাশ ওইবনী। রাধাপ্রেমগী প্রভাব অতুনা শ্রীকৃষ্ণসুংদা রসতত্ত্বগী বিকাশ ফংলিবতুগী স্বরূপ খঙবা ঙম্লগদি রাধা-প্রেমগী মহিমাসু খঙবা ঙমগনি। মরমতুনা রসতত্ত্বগী মরমদসু প্রশ্ন হংলম্বনী।

রায় রামানন্দনা মথঙ মথঙ য়াম্না শম্না রাফম পুন্নমকসী ফোঙদোক্লম্মী।

মূল ০১২

কৃপা করি এই তত্ত্ব কহ ত আমারে।

তোমা বহি কেহ ইহা নিরূপিতে নারে॥ ১২০॥

শব্দার্থ

**কৃপা করি**—চান্‌বীদুনা; **এই তত্ত্ব**—তত্ত্বসী; **কহ ত**—হায়য়ুল্লে;

আমারে- ঐহোন্দা ; তোমা বহি— নহাক নত্তনা ; কেহো—কনামতনা ; ইহা - মসী ; নিরূপিতে—লেপ্পা ; নারে—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী চান্বিত্নুনা ঐহোন্দা তত্ত্ব অসী হায়যুনে। নহাক মত্তনদি মসী লেপ্পা কনামতনা ঙম্মোই।

মূল ১২১

রায় কহে - ইহা আমি কিছুই না জানি।
যে তুমি কহাও সেই কহি আমি বাণী॥ ১২১॥

শব্দার্থ

রায় কহে—রায় না হায়রম্মী ; ইহা—মসীদি ; আমি—ঐ ; কিছুই—খজিক্তসু ; না জানি—খঙদে ; যে—মত্নু ; তুমি কহাও—নঙনা হায়হন্বা ; সেই—মত্নুনক ; কহি—হায় ; আমি—ঐনা ; বাণী—ৱাহৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায় রামানন্দনা খুম্মী—ঐ মসিগী ৱা করিমত্তা খঙদে। নঙনা হায়হন্বা ৱাহৈশিংদা ঐনা হায়বনী।

মূল ১২২

তোমার শিক্ষায় পড়ি—যেন শুকের পাঠ
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি, কে বুঝে তোমার নাট॥ ১২২

শব্দার্থ

তোমার শিক্ষায়—নঙনা তাক্পিবদো ; পড়ি—থীবনী , যেন—গুম্না ; শুকের—তেন্ৱাগী ; পাঠ—মথীদো ; সাক্ষাৎ—চংচংবা ; ঈশ্বর তুমি—নঙদি ঈশ্বরনী ; কে—কনানা ; বুঝে—খঙগনী ; তোমার নাট—নঙগী লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না হায়—নঙনা তম্বীবা অত্নুদা ঐনা তেন্ৱাগুম্না থীজবনী। নঙদি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী ; কনানা নঙগী লীলাবু খঙগনী ?

### তৈনবোল

তেনবাদা তথীবতু তেনবাক্লুনা হম্না হায় : অতুবু মঙোন্দা তম্বীবা রাজুগী অর্থদি মহাক খঙদে। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা রায়গী চিত্তদা সিদ্ধান্ত মখল মখাগী জ্ঞান হাপ্‌চল্লম্মী অতুগা প্রভুনা থোদোক্লুনা মতু প্রকাশ তৌহনবনী হায়রম্মী অঙহইবনী।

### মূল ১২৩

হৃদয়ে প্রেরণ কর, জিহ্বায় কহাও বাণী।
কি কহিয়ে ভাল মন্দ কিছুই না জানি॥ ১২৩॥

### শব্দার্থ

হৃদয়ে—থম্মোইদা ; প্রেরণ—থৌজন্‌বা ; কর—নঙনা তৌরি : জিহবায় —লৈয়েঙদা : কহাও—হায়হল্লী ; বাণী—ৱা ; কি—করি : কহিয়ে—ঐনা হায় ; ভাল—অফবা ; মন্দ—ফত্তবা ; কিছুই—কৈছু : না জানি—ঐ খঙদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না মখা হায়রম্মী—ঐগী থম্মোইদা নঙনা থৌজল্লী, ঐগী লৈয়েংবু ৱা ঙাঙহল্লী। ঐনা করি হায়রিবনো, অফবরা ফত্তবরা হায়রবহ্ ঐহাক কৈছু খঙদে।

### মূল ১২৪-১২৭

প্রভু কহে—মায়াবাদী আমি ত সন্ন্যাসী।
ভক্তিতত্ত্ব নাহি জানি, মায়াবাদে ভাসি॥ ১২৪॥
সার্ব্বভৌম-সঙ্গে মোর মন নির্ম্মল হৈল।
কৃষ্ণভক্তি তত্ত্বকথা তাঁহারে পুছিল॥ ১২৫॥
তেঁহো কহে—আমি নাহি জানি কৃষ্ণকথা।
সবে রামানন্দ জানে, তেঁহো নাহি এথা॥ ১২৬॥
তোমার ঠাই আইলাঙ তোমার মহিমা শুনিঞা।
তুমি মোরে স্তুতি কর সন্ন্যাসী জানিঞা॥ ১২৭॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে — প্রভুনা হায়রম্মী ; মায়াবাদী — মায়াবাদী ; আমি ত— ঐদি ; সন্ন্যাসী— লম্বোইবনী ; ভক্তি-তত্ত্ব— ভক্তিগী ৱা ; নাহি জানি— ঐ খঙদে ; মায়াবাদে মায়াবাদদা ; ভাসি —তাউয়ি ; সার্ব্বভৌম-সঙ্গে —সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যগা লোয়নবদগী ; মোর মন— ঐগী পুক্কীঙ ; নির্ম্মল — মোত্তবা ; হৈল — ওইখি ; কৃষ্ণভক্তি— কৃষ্ণদা লৈবা ভক্তি ; তত্ত্বকথা— তত্ত্বগী ৱা ; তাঁহারে — মঙোন্দা ; পুছিল— ঐনা হংখি ; তেঁহো— মহাক্না ; কহে — হায় ; আমি— ঐ ; নাহি জানি— খঙদে ; কৃষ্ণকথা— কৃষ্ণগী মরম ওইবা ৱা ; সবে— মথন্তমক ; রামানন্দ জানে —রামানন্দনা খঙই ; তেঁহো— মহাক (রামানন্দ) ; নাহি লৈতে ; এথা— মফমসীদা ; তোমার ঠাঁই—নঙগী নফমদা ; আইলাঙ্—লাকপনী ; তোমার— নঙগী ; মহিমা শুনিঞা—মহিমা তাদুনা ; তুমি—নঙনা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; স্তুতি কর— থাগৎলি ; সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসীনে হায়বা ; জানিঞা—খঙদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ঐদি মায়াবাদী সন্ন্যাসীনী ; ভক্তিতত্ত্ব খঙদে, মায়াবাদদা তাউরি । সার্ব্বভৌমগা সঙ্গ তৌবদগী ঐগী পুক্কীঙসে মোংপা ফরে । কৃষ্ণভক্তিনচিংবা তত্ত্বকথা মঙোন্দা হংলম্মী । মহাক্না হায়খি— "ঐদি কৃষ্ণকথা খঙদে । রামানন্দদমক খঙবনী । মহাক অসীদা লৈতে ।" ঐহাক নঙগী মহিমা নাকোঙনা তারুবদগী নঙগী নাক্তা লাকপনী । নঙনা ঐবু থাগৎলি সন্ন্যাসীনী খঙদুনা ।

## নৈনরোল

পয়ার খরসী প্রভুনা মচাবু লোৎননবা দৈন্য-উৎপা ৱাঙাঙনী । মমাঙগী ১/৮/৪৫ পয়ারদা মায়াবাদী শব্দগী তাৎপর্য্য য়েংবিয়ু ।

**মসী পূম্বমক প্রভুগী দৈন্যোক্তিনী, মহাক্তি মায়াবাদী নৎলমদে হায়বগী প্রমাণদি অসিনী মতুদি —বাসুদেব-সার্ব্বভৌম অমসুং প্রকাশানন্দ সরস্ব-**তীগা লোয়নননা বেদান্তবিচারনা মহাক্না মায়াবাদবু কক্তুনা পরব্রহ্মাদি সবিশেষনী হায়না অমসুং পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ মূর্ত্তি লৈ হায়না প্রমাণ তৌখি. জ্ঞানযোগ কর্ম্মনচিংবদগী **ভক্তিমা কেন্নী হায়বগী**

অমসুং শ্রীকৃষ্ণপ্রেমদি পরম পুরুষার্থনী হায়না প্রমাণ তৌরম্মী অদুগা প্রেম ফংননবা উপায়দি ভক্তিমার্গ সাধন-তনা ওইগদবনী হায়না পাউতাক পীখি।

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু প্রভুনা মচাগী মায়ানা শুমহৎতুনা সার্ব্বভৌমগী মচীন্দা ভক্তিগী মাহাত্ম্য ফোঙদোকহল্লম্মী হায়না শ্রীবৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা মহাক্কী শ্রীচৈতন্যভাগবত-দা বর্ণনা তৌরম্মী ; প্রভুনা মসীদা মহুগী ইঙ্গিত উৎলম্বা মাল্লী। মসীসু প্রভুগী দৈন্য-উৎপা উহিনী।

প্রভুনা নীলাচল-দগী দক্ষিণ কোয়গে হায়না বাত্রে। তৌবা মতমদা রায়-রামানন্দগা উননবা হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা প্রভুদা হঙ্গৎখি। রাকমতু প্রভুনা দৈন্য-না কুপ্পবা রাঙাওদা মফমসীদা পল্লম্বনী।

সন্ন্যাসী জানিয়া- ঐহাক সন্ন্যাসী নী হায়দুনা। ঐনা সন্ন্যাসীনী নঙনা গৃহীনী ( য়ুম্বান্‌বনী ) ; মরমদুনা নঙনা খল্লিনে- ঐঙোন্দা পাউতাক পীবগী অধিকার নঙগী লৈতে। অদুনুনে হে রায়, নঙনা খল্লিবদু নাতে চাদে। কৃষ্ণতত্ত্ববু খঙলবদি পাউতাক পীবদা মখীক চারে। বর্ণ নত্রগা আশ্রমতনা মতীক চাই হায়না লৌবা য়াদে। নঙদি কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবনী, শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা পরোক্ষ অমসুং অপরোক্ষ জ্ঞান মখল অনীমক নঙগী লৈরিবনী ; মরমদুনা কৃষ্ণতত্ত্বগী মরমদা উপদেশ পীবা ঙম্বনী। পরমমার্থগী মরমদা ঙম্বতুঙনা অধিকার পীবনী। কৃষ্ণকথা শ্রবণ তৌকনবা হায়দুনা প্রদ্যুম্ন মিশ্রবু রায় রামানন্দগী নাক্তা থাদুনা প্রভুনা মহুমক উৎখি।

মূল ১২৮

কিবা বিপ্র কিবা ন্যাসী শূদ্র কেনে নয়।

যেই কৃষ্ণতত্ত্ব-বেত্তা—সে-ই গুরু হয় ॥ ১২৮ ॥

শব্দার্থ

কিবা—করি ; বিপ্র- ব্রাহ্মণ ; কিবা—করি ; ন্যাসী- সন্ন্যাসী ; শূদ্র—শূদ্র ; কেনে - কদোনা ; নয়—নত্তে ; যেই—মহাক ; কৃষ্ণতত্ত্ব-বেত্তা —কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা ; সে-ই—মহাক্মক্তা ; গুরু হয় —গুরুনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ হায়বা লৈতে, সন্ন্যাসী হায়বা লৈতে, শূদ্র হায়বা লৈতে ; কৃষ্ণ তত্ত্ব খঙবা মীহুতনা গুরু ওইবা ঙম্মী।

### তৈরবয়োল

**কিবা বিপ্র কিবা ন্যাসী**—নচিংবা ব্রাহ্মণ, সন্ন্যাসী, শূদ্র ওইনীঙবা অমা ওইসন্থু, শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা মী অদুতনা গুরু ওইবা য়াই। মফমসিদা গুরু শব্দসিনা শিক্ষাগুরু অমসুং দীক্ষাগুরু অনীমকপু খঙহল্লী। কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা শূদ্রনা ব্রাহ্মণগী মন্ত্রদাতা গুরু ওইবা য়াবরা হায়না হংবা য়াই। পাঠথুম—**কিবা বিপ্র**-নচিংবা পয়ারনা হায়নীঙলিবদি কৃষ্ণতত্ত্ব-খঙবা শূদ্রনসু ব্রাহ্মণগী মন্ত্রদাতা-গুরু (দীক্ষাগুরু) ওইবা য়াই হায়বসিনী। শূদ্রবংশদা পোকপা কৃষ্ণতত্ত্ব-খঙবা মহাপুরুষ অয়াম্বগী ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয় জাতিগী মরক্তা মন্ত্রশিষ্য য়াম্না লৈরম্মী। নরোত্তমদাস ঠাকুর-মহাশয় কায়স্থনী, শ্যামানন্দ ঠাকুর মহাশয় সদ্‌গোপ-নী; ব্রাহ্মণক্ষত্রিয় ময়াম অমা মখোয়গী মফমদগী দীক্ষা লৌরম্মী; ঙসিসু মখোয়গী মন্ত্রশিষ্য-পরিবার পুম্নমক লৈরি। শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসদা গুরুগী লক্ষণগী মরমদা মন্ত্রমুক্তাবলীদগী লৌখৎলকপা প্রমাণচুদা জাতি-বিশেষগী রা পল্দে, অবদাতান্বয়াদি গুণ থরদমক পল্লী; মতুদগী খঙবদি হায়রিবা গুণশিংচু চেন্বা মীচুনা—ব্রাহ্মণ ওইরবসু অদুগা শূদ্র ওইরবসু—মন্ত্রগুরু ওইগদবনী। মনুসংহিতাদসু মতু য়াবগী প্রমাণ ফংঙী। মনুসংহিতানা হায়—শ্রদ্দধানঃ শুভাং বিদ্যামাদদীতাবরাদপি। অন্ত্যাদপি পরং ধর্ম্মং স্ত্রীরত্নং দুষ্কুলাদপি॥ ২/২৩৮॥ শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ইতরলোকশিংগী (অতোন্বা মীগী) মফমদগীসু শুভবিদ্যা (য়াইফনবা বিদ্যা) লৌগদবনী। অন্ত্যজ-চণ্ডালশিংগী মফমদগীসু পরমধর্ম্ম লৌগদবনী অদুগা স্ত্রীরত্ন (মুপীলক্তা রত্নগুম্বী অদু) শাগৈ ফত্তদবদা পোকপী (দুষ্কুলা) ওইরবসু লৌগদবনী।" শ্লোকসিগী টিকাদা কুল্লুকভট্টনা **অন্ত্যাৎ**-শব্দগী অর্থ ইরম্মী—"অন্ত্যশ্চণ্ডালঃ তস্মাদপি—অন্ত্যজচণ্ডালদগীসু পরমধর্ম্ম লৌগদবনী।" অদুগা **পরংধর্ম্মং** বাক্যগী অর্থ ইরম্মী—পরংধর্ম্ম মোক্ষোপায়মাত্মজ্ঞানম্—মোক্ষ (অরান্ খুভম) ফংনবগী উপায় ওইবা আত্মজ্ঞান।" অন্ত্যজ চণ্ডালসু মতীক চারবদি মোক্ষ ফংননবগী উপায়-ওইবা আত্মজ্ঞাম পীবগী অধিকারী ওই হায়বদি মহাকসু দীক্ষাগুরু ওইবা য়াই—হায়বসী মনুবচন অসিদগী খঙবা ঙম্মী। অদুবু য়াহং অমদি হংবা য়ারি; অগস্ত্যসংহিতাদা হায়রি—উত্তম ব্রাহ্মণতনা গুরু ওইবা য়াই; অমূক নারদপঞ্চরাত্রদা হ.য়রি—ক্ষত্রিয়না ব্রাহ্মণগী অমসুং শূদ্রনা ক্ষত্রিয়গী অমসুং ব্রাহ্মণগী গুরু ওইবা য়াদে।

মসীগী তাৎপর্য্যনা করিনো ? পাওখুম—অগস্ত্যসংহিতাদা অদুগা পঞ্চ-রাত্রদা য়াওরিবা বিধিশিংদি সাধারণবিধিনী ; জাতিশিংদমক মাপল-চাউবা মীশিংশিংগীদমক সাধারণবিধিনী । অদুগা জাতিনচিংবগী মাপল লৈতবা, শুদ্ধভক্তি-লৈবা মীগীদমক মন্ত্রে বিধিনী । কৃষ্ণতত্ত্ব-খঙবা, ভজন-খঙবা রসিকভক্ত অমবু মখোয়না গুরু ওইনা থন্বা য়াই, মহাক্নো শূদ্র ওইগে ওইসনু অদুগা ব্রাহ্মণ ওইগে ওইসনু, মহুগী য়া খল্লুবা নৈতে । মরমদি মখোয়না হায়—তঙ্গংনা হায়বা তারবদি সংসারদা জাতি হায়বদুদি অনী-থক্কনী অমনা শ্রীকৃষ্ণভজন-তৌবা মী, অমনা শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবা মী । শ্রীকৃষ্ণ ভজন-তৌবা মীদুনা শাগে কৈনো অমদা পোক্লবসু মহাক গুরু ওইনা য়ারে । "দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ । বিষ্ণুভক্তঃ স্মৃতো দৈব আসুরস্তদ্বিপর্য্যয়ঃ ॥ পদ্মপুরাণ । হায়বদি জগৎসীদা দৈব অমসুং আসুর হায়বা প্রাণী মথল অনী লৈরনী ; অনীসিগী মনুঙদা বিষ্ণুভক্তশিংনা দৈব-নী অদুগা বিষ্ণুভক্তি-লৈতবা মীশিংনা আসুরনী ।"

গুরুগী মরমদা শ্রুতিনা হায়—"তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিৎপাণিঃ শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম্ ॥ মুণ্ডক ১/২/১২ ॥ —ব্রহ্ম অদুবু খঙনবগীদমক সমিৎ-পাণি ( থুম্বা শীঙ পায়দুনা ) বেদ-খঙবা অমসুং ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা গুরুদা চঙজগদবনী ।" শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দসু য়াম্নক হায়রি মদুদি—"তস্মাদ্‌গুরুং প্রপদ্যেত জিজ্ঞাসুঃ শ্রেয় উত্তমম্ । শাব্দে পারে চ নিষ্ণাতং ব্রহ্মণ্যুপশমাশ্রয়ম্ ॥ ১১/৩/২১ ॥ — অখোইবা শ্রেয়ঃ ( মঙ্গল. মোক্ষ ) করিনো খঙনবগীদমক বেদ অমদি বেদগী তুংইন্বা শাস্ত্রশিং-পুম্বা হৈরবা অমসুং পরব্রহ্ম ভগবান্দা অপরোক্ষ ( হকথেংনবা ) অনুভব তৌরবা অদুগা অপাম্বগা অশাউবগনা লাকথবা-ঙমদবা গুরুদেবদা চঙজ-গদবনী ।" টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—শাব্দে ব্রহ্মণি বেদতাৎপর্য্যজ্ঞাপকে শাস্ত্রান্তরে নিষ্ণাতং নিপুণম্—বেদদা অমসুং বেদগী তাৎপর্য্য কোত্তোকপা অতৈ শাস্ত্র হৈবা ( গুরুদা চঙজগদবনী ) । শিষ্যনা চিংনবা শুম্মকপু কোক্‌হন্‌বা ঙম্বা গুরুনা শাস্ত্র-খঙবা ওইকম থোকয়ি ; শিষ্যগী চিংনবনু কোকহন্‌বা ঙমদ্রগদি শিষ্যদুনা ভজনগী মরমদা মপূক্নীঙ চঙদবা য়াই, অদুগা মানা থাজরমহৈদ্র কোমখোক্করকনী । "শিষ্যস্য সংশয়চ্ছেদকত্বাভাবে ত্বশক্তৈশ্চ—সতি কস্মিংশ্চিৎ শ্রদ্ধা শৈথিল্যমপি সম্ভবেৎ ।"

অদুগা গুরুনা পরব্রহ্ম ভগবান্দা অপরোক্ষ অনুভব তৌরগদি মহাক্কী কৃপাসু মহৈ য়াম্লরোই। "পরে ব্রহ্মণি চ নিষ্ণাতম্ অপরোক্ষানুভবসমর্থম্ অন্যথা ফলবতী ন স্যাৎ।" কাম-ক্রোধ-লোভ-না লাকথুব্রবদা পরব্রহ্মগী অনুভূতি থওবা ঙমগনী। "পরব্রহ্মনিষ্ণাতত্বদ্যোতকমাহ উপশমাশ্রয়ম্ ক্রোধ লোভাদ্যবশীভূতম্।" মতৌ অসুম্না শ্রুতি অমসুং শ্রীমদ্‌ভাগবতমদগীসু থওবা ওয়ে মদুদি—শাস্ত্র থওবা অমসুং ভগবানবু অপরোক্ষ অনুভব তৌবা মী মহাক্তুদনা গুরু ওইবদা মতীক চায়, মহাক অদু কৈনো বর্ণ অমদা পোক্কে পোক্লনু নত্রগা আশ্রম কৈনো অমদা লৈগে লৈশনু, মদুনা করিসু থিংবা লৈতে।

**কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তা**—পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বথওবা মী। তত্ত্বথওবা মথল অনী শুই মদুদি—তত্ত্বগী মরমদা পরোক্ষ জ্ঞান হায়বদি শাস্ত্রজ্ঞান-লৈবা মীদুসু তত্ত্বথওবা মীনী; অদুগা তত্ত্বগী মরমদা অপরোক্ষ হায়বদি সাক্ষাৎ অনুভূতি লৈবা মীসু তত্ত্বথওবা মীনী। তত্ত্বজ্ঞান মথল অনীসিগী মনুঙদা অপরোক্ষ জ্ঞান (হকথেংনবা থওবা) অদুনা হেল্লী—মসী বিজ্ঞান-নী। অদুগা পরোক্ষ জ্ঞান (হায়বদি শাস্ত্রগী আক্ষরিক জ্ঞান) হায়বদুনা জ্ঞান (চুম্না থওবা) হায়বদুনী। অপরোক্ষ জ্ঞান পোক্রগদি পরোক্ষজ্ঞানগী মর্ম্মসু মপূঙফানা থওবা য়াদে। পয়াবসিদা কৃষ্ণতত্ত্ববেত্তা-শব্দনা থওহল্লিবদি শ্রীকৃষ্ণগী অপরোক্ষ-অনুভূতি-লৈবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব-নচিংবগী মরমদা শাস্ত্রজ্ঞান লৈবা মীদনী। শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান অনীমক লৈবা মীদুনা কৃষ্ণতত্ত্বথওবনী অমসুং গুরু (দীক্ষাগুরু অমসুং শিক্ষাগুরু অনীমক) ওইবদা মতীক চাবনী—মগী বর্ণ অমসুং আশ্রমদি ওইনীঙবা ঙমা ওইববসু করিমতা কায়দে।

মূল ১২৯

সন্ন্যাসী বলিয়া মোরে না কর বঞ্চন।

রাধাকৃষ্ণতত্ত্ব কহি পূর্ণ কর মন॥ ১২৯॥

শব্দার্থ

সন্ন্যাসী বলিয়া—সন্ন্যাসীনী হায়দুনা; মোরে—ঐবু; না কর—তৌগনু; বঞ্চন—ফংহন্দবা; রাধাকৃষ্ণতত্ত্ব—রাধাকৃষ্ণগী তত্ত্ব; কহি—হায়দুনা; পূর্ণ কর—থল্লহল্লু; মন—পূকীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাসীনী হায়ত্থনা ঐবু ফংহন্দবা তৌগনু। রাধাকৃষ্ণতত্ব হায়ত্থনা ঐমী পুক্লীঙ পেল্‌হল্লু।

## মূল ১৩০-১৩১

যদ্যপি রায় প্রেমী মহাভগবতে।
তাঁর মন কৃষ্ণমায়া নারে আচ্ছাদিতে ॥ ১৩০ ॥
তথাপি প্রভুর ইচ্ছা পরম প্রবল।
জানিতেহো রায়ের মন হৈল টলমল ॥ ১৩১ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্থ ; রায়—রায় রামানন্দ ; প্রেমী—কৃষ্ণবু নুংশিবা ভক্ত ; মহাভাগবতে—ভক্তমকোক ; তাঁর মন—মাগী মন-ত্থুবু ; কৃষ্ণমায়া—শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা ; নারে—ঙম্মোই ; আচ্ছাদিতে—কূপ্পা ; তথাপি—অত্থুম ওইন-মক ; প্রভুর—প্রভুগী ; ইচ্ছা—অনীঙবদি ; পরম—য়েৌনা ; প্রবল—কন্‌বনী ; জানিতেহো—খঙলবস্থ ; রায়ের মন—রায়গী মন ; হৈল—ওইখি ; টলমল—ফীভম-কায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দ রায় মহাভক্ত অমনী অত্থুগা কৃষ্ণবু নুংশিবা (প্রেমী) অমনী। মাগী মন অত্থুবু কৃষ্ণগী মায়ানা কূপ্পা ঙম্মদ্রবস্থ কূপ্পত্থু প্রভুনা কন্না পামখিবনা রায়না প্রভুবু ভগবান্নী খঙলবস্থ রায়গী মন অত্থুনা ফীভম-কায়বা (টলমল) ওইখি।

## তৈনকোল

**যদ্যপি রায় প্রেমী**-নচিংবা—ইখঙ-খঙবা মহৈ-তম্বা অভাঙ অমনা রা হংবদা অখঙবা মীনা থুম্বগুম্না মহাপ্রভুগী রাহংগী পাওখুমস্থ রায়না পীরম্মী। অত্থু ওইরবদি মহাপ্রভুদো স্বয়ং ভগবান্নী হায়বা রামানন্দনা খঙবা ঙমখিদবরা? মহাক্না মহাপ্রভুবু শিক্ষার্থী (তম্নীঙবা) সন্ন্যাসী অমা ওইবতনী হায়না থল্লম্বরা? অত্থুদি ওইথোক্রোই। মরমদি মায়ানা মপুক্লীঙ শুম্নবা মীশিংনা স্বয়ং ভগবানবু শংশনো উরকাগুবদা শক্‌খঙবা ঙমদে। মায়ানদি রায়রামানন্দগী চিত্তবু শোকপা ঙমদে ; মরমদি, মহাক অমম্মোমদা

মহাভাগবত অমনী, অদুদগী অমুক মহাপ্রেমী অমনী ; মরমদুনা মহাক্না মহাপ্রভুবু খঙবা ঙম্লমদে হায়বসিস্তু থাজকম থোক্কে। তৌজিক মদুগী রাতূপ্ ( মীমাংসা ) করম্না তূপ্ কনী ? **তথাপি প্রভুর ইচ্ছা**-নচিংবা পয়াবদা পাউথুম পীরি। পরমভাগবত মহাপ্রেমী রামানন্দ-রায়গী মন অদুব মায়না শোকপা ঙমদে হায়বসী অওইবনী, অদুবু রামানন্দ-রায়না প্রভুবু চপচানা খঙবা ঙমদনবা হায়দুনা মহাক্কী মন অদুবু কূপ্ শন্নবগীদমক প্রভুগী ইচ্ছাস্তু খমথেংনা কল্লম্মী। মহাক্কী প্রেমগী ময়াইনা মহাপ্রভুগী স্বরূপতত্ত্ববু খঙবা ঙম্লবস্তু, মহাপ্রভুগী কল্লবা ইচ্ছাগী ফল ওইনা মন অদু টলমল (থীভম-কায়বা) ওইখি, মরমদুনা রায়না মহাপ্রভুবু চপচানা খঙলবস্তু মরক মরক্তা কাউবা য়াওয়ি। মরমদুনা রায়-রামানন্দনা প্রভুনা হংলম্বা বাগী পাউথুম পীবদা য়াদবা তৌরমদ্রিবনী। প্রভুগী মরীগী ওইবা তত্ত্বজ্ঞান অদু মরক মরক্তা রায়গী চিত্তদা কূপশন্নমন্ত্রবদি গৌরববুদ্ধিদগী রায়না প্রভুনা বা হংলকপদা পাউথুম পীবা ঙম্লোইদবনী। ঙমদনবা থীভমসি রায়গী ওইদনবা হায়দুনা প্রভুগী ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিত ফংদুনা মহাক্কী লীলাশক্তিনা প্রভুগী স্বরূপ-তত্ত্ববু মরক মরক্তা রায়গী চিত্তদা কূপ্ শন্দুনা থম্লম্বনী।

**প্রভুর ইচ্ছা**--রাযগী মন অদুবু কুপশন্নবগী মহাপ্রভুনা তৌবা ইচ্ছা। **জানিতে হো**—মাগী কৃষ্ণপ্রেমনা পাঙ্গল ওইদুনা রায়-রামানন্দনা মহাপ্রভুনা স্বয়ংভগবান্‌নী হায়না খংবা ঙম্লবস্তু। **টলমল**- থীভম-কায়বা; প্রভুগী স্বরূপ খংহন্দ্রগী থীভম ফায়বা হায়নবদি খঙেক্তবা।

মূল ১৩২

রায় কহে আমি নট, তুমি সূত্রধার।

যেমত নাচাহ, তৈছে চাহি নাচিবার॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

রায়—রায় রামানন্দনা ; কহে —হায় ; আমি নট—ঐ জগোই-শাবনী ; তুমি—নঙনা ; সূত্রধার—ইঙ্গিত পীবা নাটক য়াওবা থোইদোকপা পাত্র অমা ; যেমত নাচহ—অদুম্না শাও হায়না জগোই শাহন্‌বদো ; তৈছে—মদুগুম্না ; চাহি —ঐনা পাম্মী ; নাচিবার— জগোই শাবা।

নৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না হায়রম্মী– “ঐনা জগোই-শাবনী, নঙনা সূত্রধার নী ( জগোই

শাহন্নবা ইঙ্গিত পীবনী )। নঙনা শাহনবা মতংদা ঐস্থু শাবা পাম্মী।

মৈনরোল

সূত্রধার—নাটক অমগী পাত্রবিশেষ অমনী; নাটকী নান্দীবচন তৌরবা তুংদা সূত্রধার লাক্কুনা নাটক অহুগী বিষয় তাক্যি। সূত্রধার-না তৌবা-ইঙ্গিত মতুং ইন্না নট-না জগোই শাগদবনী, নটনা মরন্নাই ওইনা শাবা য়াদে।

মল্লগা, নট—জগোই-শাবা হং। সূত্রধার—হংগী লং পায়দুনা লং অহু শান্নরগা হংবু জগোই শাহন্‌বা মী। হং-জগোইদা থরাই-পান্দবা হংদুনা মরন্নাই করিমতা তৌবা ওমদে, লংগী মতেংনা হংবু জগোই শাহন্‌বা মীদুনা তৌবঙাক্কুনী। মতৌ অদুগুম্না প্রভুনা হংলম্বা রাহংগী পাওখুম পীবগী মতাংদা রায় রামানন্দনা মরন্নাই করিমত্তা পীবা ওম্বা নত্তে, প্রভুনা হায়হন্‌বা রাদুদা হায়রম্বনী হায়না রায়না হায়রম্মী।

মূল ১৩৩

মোর জিহ্বা বীণাযন্ত্র, তুমি বীণাধারী।
তোমার মনে যেই উঠে তাহাই উচ্চারি ॥ ১৩৩ ॥

শব্দার্থ

মোর—ঐগী; জিহ্বা—লৈয়েংনা; বীণাযন্ত্র—বীণা কৌবা ঈশৈ-যন্ত্র; তুমি নহাক্না; বীণাধারী—বীণাপায়রবনী, বীণাখোংবনী; তোমা-র—নঙগী; মনে—পুক্নীঙদা; যেই—মদু; উঠে—থোরক্যি; তাহাই—মদুতা; উচ্চারি—উচ্চারণ তৌয়ি (খোম্থোকয়ি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না মখা তানা হায়রম্মী—হে প্রভু, ঐগী লৈয়েংনা বীণাযন্ত্রনী, নঙনা বীণা-খোঙবনী। নঙনা নীঙক্‌-নীঙলক্‌পদুদা ঐনা উচ্চারন তৌয়ি।

মূল ১৩৪-১৩৬

ঈশ্বর পরম কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্।
সর্ব্বঅবতারী সর্ব্বকারণ-প্রধান ॥ ১৩৪ ॥

অনন্ত বৈকুণ্ঠ আর অনন্ত অবতার।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড ইহা সভার আধার ॥ ১৩৫ ॥
সচ্চিদানন্দতনু ব্রজেন্দ্র-নন্দন।
সর্ব্বৈশ্বর্য্য-সর্ব্বশক্তি-সর্ব্বরসপূর্ণ ॥ ১৩৬ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বর পরম — পুঙথোই-থোইবা ঈশ্বরনী ; কৃষ্ণ — শ্রীকৃষ্ণনা ; স্বয়ং — মহামক ; ভগবান্ — ভগ ওক্কী মবুংঙোনী ; সর্ব্ব-অবতারী — অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নী ; সর্ব্বকারণ — থোরকফম পুম্নমক্কী ; প্রধান — মকোক্নী ; অনন্ত বৈকুণ্ঠ — শীঙনাইদবা বৈকুণ্ঠনী ; আর — অতুগা ; অনন্ত অবতার — শীঙনাইদবা শায়োন্নী ; অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড — শীঙনাইদা ব্রহ্মাণ্ডনী ; ইহাসভার — মখোয় পুম্নমকসিগী ; আধার — তুঙফম্নী ; সচ্চিদানন্দতনু — শ্রীকৃষ্ণগী তনুদি ( হকচাঙদি ) সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ হায়বা মচাক অহুমশিনা শাবনী ( প্রাকৃত জীবগী-গুণ ঈ শদোংনা শাবা নত্তে ) ; ব্রজেন্দ্রনন্দনা — ব্রজনিংথৌগী মপারি ; সর্ব্বৈশ্বর্য্য — ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্না তিন্‌বনী ; সর্ব্বশক্তি — শক্তি পুম্নমক্কী মপুনী ; সর্ব্বরসপূর্ণ — রস পুম্নমক্না থনবনী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি পুঙথোই-থোইবা ঈশ্বরনী ; স্বয়ং ভগবান্দুমক্কী ; মহাক অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নী ( অবতারী-নী ) ; মহাক থোরকফম পুম্নমক্কী থোরকফম্নী ( সর্ব্ব কারণকারণ হায়বতুনী)। বৈকুণ্ঠ মশীঙ থীবা ঙমদবমখৈ লৈ অতুগা অবতারগী মশীঙসু ঙমখৈ নাইদে। থীঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসিগী তুঙফমদি শ্রীকৃষ্ণনী। মহাকী হকচাঙদি সৎ, চিৎ, আনন্দনা মচাক ওইরগা শাবনী। মহাক ব্রজ-নিংথৌগী মপারি-নী। ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্না, শক্তি পুম্নমক্না অমসুং রস পুম্নমক্না মঙোন্দা তিল্লি।

## নৈনরোল

মমাঙগী ১১৯ পয়ারদা প্রভুনা চৈরম মরিথক থঙনীঙখি — মতুদি, কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব, রসতত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্ব। রায়না মথঙ মথঙ তত্ত্ব মরিসী ফোঙলম্মী। ইহান্ হান্‌বদা ১৩৪-১৪৮ মূল-দা কৃষ্ণতত্ত্বগী রা হায়রি।

**সচ্চিদানন্দতনু** — শ্রীকৃষ্ণগী তনু-দি (হকচাঙদি) প্রাকৃত ওইবা ঈ-

শদোঙনা শাবা নত্তে ; সৎ, চিৎ, অমসুং আনন্দ ঙাক্তনা—শুদ্ধসত্ত্বময়-নী। পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙগী ৱাদি শ্রুতিদসু উবা ফংঙী। "যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বৃণুতে তনূং স্বাম্॥ মুণ্ডক। ৩।২।৩॥" গোপাল তাপনী শ্রুতিনসু হায়—শ্রীকৃষ্ণ "সৎপুণ্ডরীকনয়নং মেঘাভং বৈদ্যুতাম্বরম। দ্বিভুজং জ্ঞানমুদ্রাঢ্যং বনমালিনমীশ্বরম্॥ পু, তা।২।১॥" গোপালকৃষ্ণ অসীমক পরব্রহ্ম-নী, "ওঁ যোঽসৌ পরংব্রহ্ম গোপালঃ ওঁ॥ উত্তরগোপাল তাপনী॥ ৯৭॥ ব্রজেন্দ্রনন্দন - শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজেন্দ্রনন্দন-স্বরূপ অদুদুনা স্বয়ং ভগবান্নী, সর্ব্বকারণ-কারণ (থোরকযম থোকইনবা থোরবন্নী), অতোপ্পা স্বরূপ অমতনা স্বয়ং ভগবান্ নত্তে। সর্ব্বশক্তি-মচিংবা—স্বয়ংভগবান্ ব্রজেন্দ্রনন্দন-অদুদুনা সর্ব্বশক্তিমান্নী, সর্ব্বৈশ্বর্য্যপূর্ণনা অমসুং সর্ব্বরসপূর্ণ-নী।

মতাঙসিদা রা অমা খন্নরাই লৈ। ২।৮।১১৯ মূল অদুদা প্রভুনা তত্ত্ব মরি খঙনীঙঙী হায়রনী, মবিদুদি কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব, প্রেমতত্ত্ব অমসুং রস-তত্ত্ব-নী। অদুবু অদুম উবদদি রায়-রামানন্দনা মরু ওইনা কৃষ্ণতত্ত্বপা রাধাতত্ত্বগা অসীসিদমক বর্ণন তৌয়ি হায়না উই। ১৩৪-১৪৮ মূল অদুদা কৃষ্ণতত্ত্ব অমসুং ১৪৮-১৫৮ মূল অদুদা রাধাতত্ত্ব বর্ণন তৌয়ি। অওইবমক রাধাতত্ত্ব-বর্ণন মতুংদা ১৫৭-১৬০ মূল অদুদা প্রেমতত্ত্বসু বর্ণন তৌয়ি মতুঙদা লাকপা ১৮৬ মূল পয়ারদা প্রভুনা হায়রম্মী—"জানিলু কৃষ্ণ রাধা প্রেম-তত্ত্ব॥—কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্ব খঙলে"। রসতত্ত্বগী মতমদি প্রভুসু করিমত্তা হংলমদ্রে। মসিগী তাৎপর্য্য করিনো ?

তাৎপর্য্যাদি অসী ওইরম্বা য়াই। মায়গী মচান্দা শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ণতমহেনবগী রা ( পরম উৎকর্ষ ) ফোঙদোকই হৌগা শ্রীরাধাগী প্রেমমহিমাগী চরম ( খমথেংবা ) উৎকর্ষ ফোঙদোকহনবা অদু প্রভুগী অপাম্বনী। শ্রুতিনা পরব্রহ্মবু রস-স্বরূপ-নী হায়—রসোবৈ সঃ—রসো ব্রহ্ম। গীতানসু হায় ; শ্রীকৃষ্ণতনা পরব্রহ্ম-নী, "পরংব্রহ্ম পরংধাম॥ গীতা ১০।১॥" মরমসিনা শ্রুতিনা পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণবু রস-স্বরূপ নী হায়। রসতত্ত্বনা ( রস ওইনা হায়রতুনা) পূঙশাং-শাংপা কীতমদা ব্রহ্মতসু ( ব্রহ্ম-ওইনা হায়রতুসু ) পূঙশাং শাংলী। রসতত্ত্বগী পূঙশাং-শাংপা ওইরিবদি ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণনী। মরমদুনা রসতত্ত্বসু শ্রীকৃষ্ণতত্ত্বগী মনুংচন্নবনী, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণতত্ত্বসু রসতত্ত্বগী মনুংচন্নব-নী ; রস ওইবদুনা কৃষ্ণনী, কৃষ্ণ ওইবদুনা রস নী। মরমদুনা কৃষ্ণ-তত্ত্ববর্ণনগী মতুংদা ১৩৬-৪৮ মূল অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরস-রূপত্বগী ( রস

স্বরূপ ওইবগী ) রা নত্রগা রসস্বগী (রস ওইবগী) রা য়াওরি। রস-শব্দগী অর্থ অনীনী—আস্বাদ্য (মহাও তংনভাই) অতুগা আস্বাদক (মহাও তংলিবা মী) : আস্বাদ্য ওইনা শ্রীকৃষ্ণ থুম্লেন্নী ( পরম মধুর-নী ), পূর্ক্নীংহূবলক্তা মকোক্নী ( পরম-চিত্তাকর্ষক-নী ) অতুগা আস্বাদক ওইনা মহাক পরম রসিক-নী ( রস-চূম্লেন্নী )। ১৩৬-৪৮ মূল অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা আস্বাদ্য ওইবগী রাতুমক থোইদোক হেন্দোক্না বর্ণন তৌরি, মরম্বদি রাধা-প্রেম-মহিমাগী উৎকর্ষ ফোঙদোকপদা আস্বাদ্যত্বগী রাসী পন্দবা য়াদবনী। মরম্নাইগী মাধুর্য্যনা মছামক্কী চিত্তফাওববু আকর্ষণ তৌরিবা মহাকপু রাধাগী প্রেমনা চিংতুনা রাধাগী মথা পোন্থিবা অচুগুম্বা প্রেমগী অঙকপা মত্তৌ অমা লৈ হায়বসী য়াদবা য়াদে। মহাক্কী রসিক ওইবগী ( রসিকত্বগী ) বর্ণনা শূকয়াও-য়াওদে হায়বদি নত্তে ; ১৪১-মূলদা মহাকপু রসগী বিষয়-নী হায়বতুনা মহাক্কী রসিকত্বগী রাতু তরং তরংনা হায়রবনী। অতৈ পয়ারশিংদসু প্রচ্ছন্ন ওইনা ( কূপশনব মওংদা ) য়াওরিবনী। মরমতুনা কৃষ্ণতত্ত্বগী বর্ণনাগী মতাঙদা রসতত্ত্বগী বর্ণনাসু য়াওরবনী ; রায়-রামানন্দনা প্রভুগী রাহং মরি পাউথুমক পীরবনী।

শ্রীকৃষ্ণদদি মাধুর্য্যাদমক শাংলেন-শাংলনমদে, ঐশ্বর্য্যসু মওোন্দা শাংলেন-শাংলম্মী হায়বসী ১৩৪-৩৫ পয়ারদা উৎলি। মহাক পরম-ঈশ্বর-নী, ঈশ্বর পুম্নমক্কীসু ঈশ্বর নী, স্বয়ংভগবান্নী, অতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপশিংগী ভগবত্তাতু ( ভগবান ওইবতু ) মওোন্দগী ওইরকপনী, সর্ব্ব-অবতারী (অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নী ), পুম্নমক্কী থোরকফম মূল অতুনী অমসুং অমতা-ভাষবা কারণ অতুনী ( থোরকফম্নী ); মাগী থোরকফম তোঙানবা অমা লৈত্তে,. মহাক স্বয়ংসিদ্ধনী, মহাক আশ্রয়তত্ত্বনী ( তূভফম্নী )—অনন্ত ভগবৎ-স্বরূপ, অনন্ত ভগবৎস্বরূপকী অনন্তধাম অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকসী মাগী মনুঙদা লৈবনী। মহাক য়াম্না চাওবা বিরাটতত্ত্বনী, বিরাট তত্ত্বনী ; অসিগুম্বা বিরাটতত্ত্ব ওইন-ওইনমক মহাক শ্রীরাধাগী প্রেমগী মথা পোল্লী।

অসিগুম্বা বিরাট তত্ত্ব ওইন-ওইনমক, লোইনমক্কী আধার-নী (তূভফম্নী) হায়তুনা সর্ব্বব্যাপক তত্ত্ব ওইন-ওইনমক মহাক সচ্চিদানন্দতনু-নী ( সৎ-চিৎ-আনন্দ-না মচাক ওইবা দেহনা মাশ্নীনী ), মরবপু-না ( মীওইবগী শক্ল-ওংনা ) মহাক্কী বপুনী ; ভূমখৈবা-মান্বা (পরিচ্ছিন্নবৎ প্রতীয়মান) মরবপুনা মাগী ওইরবসু মহাক ভূমখৈ-নাইদবা সর্ব্বব্যাপক-নী ( পুঙজন-শর্কনী )।

অনাদি ( মশোন্দগী হান্‌বা লৈত্রবা ) অমসুং সর্ব্বকারণ-কারণ (খোরককম পুম্নমক্কী খোরককম) ওইরবসু মহাক ব্রজেন্দ্র-নন্দন—ব্রজ-নিংথৌমপারিনী। তশেংবদি নন্দমহারাজ অমদি যশোদা মাতাতু শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য পরিকরনী, মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী শক্‌তোঙ মথল অমনী; অতুবু অনাদিকাল-দগী হৌনা মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী মমা-মপানী হায়বগী অভিমান অতু মখোয়গী লৈরম্মী; অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাবু নন্দ-যশোদাগী মচানুপানী হায়বা অভিমান অতু তৌরম্মী। সম্বন্ধসী অভিমান-দগী পোক্‌পনী, তশেংনা পোক্‌পগী ওইবা সম্বন্ধ নত্তে; শ্রীকৃষ্ণদি অজ-নী ( পোকপা-নাইদবনী ) নিত্য-নী। বাৎসল্যরস চুপকে হায়বগীদমক অভিমান অসী শ্রীকৃষ্ণগী ওইথিবনী। ব্রজেন্দ্র-নন্দন হায়বা শব্দসিনা শ্রীকৃষ্ণগী রসিকত্বগী বাৎসল্য-রসগী আস্বাদক ওইবগী রাতু—মরুম থুপ্না য়াওরিবনী।

ঙকপগী রাদি অসিনী — নন্দ যশোদাগী লুনা য়োক্কদবা, চানগদৌবা, অমদি ফু-চৈনঙাই ওইবা মচানুপানী হায়তুনা মহাব খন্ন-খন্নমক শ্রীকৃষ্ণনা **সর্বৈশ্বর্য্য-সর্ব্বশক্তি-সর্ব্বরসপূর্ণ** ওইবা, নন্দ যশোদাগী মুংশিজবা অঙাঙ-অপীথক ওইনসু মহাক অতুম স্বয়ং ভগবান্ ওইবা! অওইবমক স্বয়ং ভগবত্তাগী জ্ঞানতুসু মশোন্দা থুপ্না মরৈবা; লীলাশক্তিগী ময়াইনা মহাক ভগবান্নী হায়বতু মহাক খঙদবা; অতুগা মতু নন্দযশোদানসু খঙদে: খঙলবোইদি ব্রজ-নিংথৌনী হায়বা—মাগী অভিমানতু পোক্লোই, বাৎসল্য-রস আস্বাদন তৌবসু য়ারোই অতুগা মহাক্কা রসিক ওইনতুসু য়ারোই। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যতু মপুঙফারেন-ফানা লৈরবসু ঐশ্বর্য্যগী স্বাতন্ত্র্য ( লম্নাই লেপ্পা ) হায়বতু লৈতে; মফমসিগী ঐশ্বর্য্যাদি মাধুর্য্যগী তুংইনবনী, মাধুর্য্যনা পুম্‌চোৎ-চোৎলবনী, মাধুর্য্যনা কুপ্লবনী, মরমতুনা পরম ( য়েনা ) মধুর নী; অকীবা নত্রগা হঙোইবা খোক্‌হন্দে: মাধুর্য্যগী তুংইনবনী হায়তুনা মাধুর্য্যবু সেবা তৌবনা ব্রজগী ঐশ্বর্য্যগী ধর্ম্মনী; মাধুর্য্যনা পুমচোৎ-চোৎলবা অমসুং লৈতেংলবা ওইতুনা ব্রজগী ঐশ্বর্য্যনা—মাধুর্য্যময়ী লীলাদা মাধুর্য্যবু সেবা তৌতুনা লৈ—লীলারসবু য়োকখৎতুনা। ব্রজদা মাধুর্য্যনা প্রধান ওইবসে সর্ব্বাতিশায়ী ( পুম্নমক্কী য়াম্না হেন্‌বা ) ওইনা লৈবনীনা ঐশ্বর্য্যনা মাগী তুংইন্‌বনী। মাধুর্য্যগী পূর্ণতম বিকাশ ওইবদা রসত্বগীসু পূর্ণতম বিকাশ ওইবনী। মতৌ অসুম্না ১৩৬ মূল অতুদা শ্রীকৃষ্ণগী রসস্বরূপত্ব ওইবা মশুইরকা তাক্লি।

## মূল ১৩৭

তথাহি ব্রহ্মসংহিতায়াম্ ( ৫/১ )—

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ ।
অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/২/১০৬ মূলদা য়েংবিয়ু।

১২৪-১৩৬ পয়ারগী প্রমাণি শ্লোকনী ।

## মূল ১৩৮

বৃন্দাবনে অপ্রাকৃত নবীনমদন ।
কামগায়ত্রী কামবীজে যাঁর উপাসন ॥ ১৩৮ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনে - বৃন্দাবন্দা : অপ্রাকৃত—প্রাকৃত নত্তবা, চিন্ময় ; প্রকৃতিদগী থোরকৃপা নত্তবা ; নবীন—অনৌবা, মতম পুম্বদা নৌত্নদা লৈবা ; মদন—কামদেব ; কামগায়ত্রী—অপ্রাকৃত কামদেব শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌনবা গায়ত্রী ; কামবীজে—অপাকৃত কামদেব শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌনবা বীজনা, বীজমন্ত্রনা ; যাঁর—মহাক্কী ; উপাসন—পূজা, সেবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণদি প্রাকৃত-নত্তবা মতম পুম্নমক্তা নৌত্নদা লৈবা কামদেবনী । মাগী উপাসনা তৌবদি কামগায়ত্রী অমসুং কামবীজ মন্ত্রনা তৌয়ি ।

## নৈনরোল

**মদন**—ময়াই-কাহল্লিবা মহাক । কামনা ( অপাম্বা ) পোক্হন্বা মহাক অত্বু কাম কৌয়ি । উদ্দাম ( অপন-অরাক- লৈত্রবা ) কামনা পোক্হন্তুনা ময়াই কাহন্বা মহাক অত্বু মদন কৌয়ি । প্রাকৃত ওইবা পোত্তা—হকচাঙ অমদি হকচাঙগী ওইবা পোত্তা—কামনা পোকহন্বা মহাক অত্ব প্রাকৃত কাম-দেব-নী । প্রাকৃত ওইবা পোত্তা উদ্দাম-কামনা পোকহন্দুনা ময়াই কাহন্বা মহাক অত্বু প্রাকৃত মদন কৌয়ি ; অত্না প্রাকৃত-নত্তবা পোত্তা উদ্দাম-কামনা (হায়রবদি অকন্বা ইচ্ছা) পোকহন্দুনা

ময়াই কাহনবা মহাক অতুবু অপ্রাকৃত মদন কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণদি অপ্রাকৃত বস্তুনী ; মহাক্কী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যসু অপ্রাকৃত বস্তুনী ; অপ্রাকৃত বস্তুদা— মছামত্তা, মছামক্কী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংববু আস্বাদন তৌনবগী— কামনা পোকহল্লী হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা অপ্রাকৃত কামদেবনী অতুগা কামনাবু উদ্দাম ওইহল্লগা ময়াই কাহল্লী (ভাওহল্লী) হায়বগীদমক মহাক **অপ্রাকৃত মদন** কৌয়ি। প্রাকৃতজগত্তা ঐখোয়মা উরিবদি অসিনী— অপাম্বা পোৎ ( কাম্যবস্তু ) ফংলবা তুদ্দা পোৎ অদুবু ফংনীত্তবা ( প্রাপ্তিলালসা ) অতু কোক্‌য়ি, অফভবা পোৎতু আস্বাদন তৌরবা মতুঙদা আস্বাদন-লালসাসু কোক্‌য়ি—লালসাতুদা অতুগা আস্বাদন-তুদা অনৌবা করিমত্তা লৈত্রে ; তৌইগুম্বসু শ্রীকৃষ্ণগী মতাঙদদি— অপ্রাকৃত বস্তুগী মতাঙদদি—মতৌ অতু নত্তে ; কৃষ্ণ ফংলবদা কৃষ্ণ ফংবগী লালসা—কামনা ( অপাম্বা ) থোইনা হেন্গৎলকয়ি ; শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবদসু আস্বাদন-বাসনা হস্তরক্রে, অহোয়নহুম বাসনাতু হেন্গৎকয়ি ( তৃষ্ণা শান্তি নহে, তৃষ্ণা বাঢ়ে নিরন্তর। ১/৪/১৩৫ )। কৃষ্ণ ফংলবা মতুঙদা অমদি কৃষ্ণমাধুর্য্যনচিংবা আস্বাদন তৌরবা মতুঙদসু শ্রীকৃষ্ণ অমস্তং মাগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংবতু মীৎকুপ্ খুদিঙগী নৌত্নদা—নিত্য নৌখৎলক্তুনদা লৈবোই মীঙৌ, মীৎকুপ্ খুদিঙদা মতু পূম্মক ফংনবগী অমস্তং আস্বাদন তৌনবগী কামনাতু সুম হেন্গৎলক্তুনা নৌখৎহল্লকয়ি— নৌনা নৌনা শক্তি হেন্গৎলক্তুনা, নৌনা নৌনা উদ্দাম ওইতুনা, নৌনা নৌনা ময়াই কাহল্লী। মসী পূম্মক্কী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অচিন্ত্যশক্তিগী প্রভাব-না ওইহল্লিবনী হায়তুনা মহাকপু অপ্রাকৃত-নবীন-মদন কৌয়ি। অপ্রাকৃত নবীন মদনগী ধামদি শ্রীবৃন্দাবন-নী।

অতুবু শ্রীকৃষ্ণদি অপ্রাকৃত নবীন মদন ওইরবসু, মাগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংবনা য়াম্না কম্না লোইনমক্কী চিত্তবু চিংশল্লবসু, মায়ানা শুদ্ধবা জীবগী চিত্তবু চিংলকপদা তুমিন্না লৈহন্দনবগী মতৌক চাহনগে হায়রবদি উপাসনা হায়বদি সাধন তৌগদবনী ; উপাসনাতু করম্না তৌগদগে হায়বদা— কামগায়ত্রী কামবীজনা তৌগদবনী হায়ব্রি।

**কামগায়ত্রী—অপ্রাকৃত কামদেব—শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌনবগী গায়ত্রী। "গায়ন্তং ত্রায়তে যস্মাৎ গায়ত্রী ত্বং ততঃ স্মৃতা।—গায়ত্রীমন্ত্র পাঠ তৌবা জীবা [illegible] গায়ত্রী কৌবনি।"**

করিগুম্বা ভাব অমবু প্রধান ওইহল্লগা করিগুম্বা দেবতাবু উপাসনা তৌরবা, অদু ওইরবদি ভাব অদু খঙহন্‌বা—স্বরূপ ফোঙদোকপা—ধ্যান অদুনা মথী-বোং ওইবা মন্ত্রদো গায়ত্রী নী। শ্রীকৃষ্ণদি অপ্রাকৃত-নবীনমদন—অপ্রাকৃত কামদেব-নী : মাগী ওইবা স্বরূপ তাকপা গায়ত্রীমন্ত্রনা কামগায়ত্রীনী— কাম-দেবগী গায়ত্রী-নী। গায়ত্রীগী জপ তৌবগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী অপ্রাকৃত-নবীন-মদন রূপ অদু জপ-তৌবা মীগী চিত্তদা ভাল্লগনী অদুগা মহাকপু ফংননবা উদ্দাম কামনা পোক্কনী : মরমদুনা গায়ত্রীসিগী মমিং কামগায়ত্রী কৌরিবনী। কামগায়ত্রীগা কামবীজগা গুরুদগী খঙদোকফম্ থোকয়ি। কামগায়ত্রীগী অর্থদি ২/২১/১২৫-৩৫ মূল ত্রিপদীদা য়েংবিয়ু।

ক্লীঁ হায়বসী কামবীজ-নী ; ক, ল, ঈ, ঁ ময়েক খরসী তিল্লগা কাম-বীজনী। বৃহদ্‌গৌতমীয় তন্ত্রনা হায়—কামবীজগী মনুঙ-চনবা ক-কারগী অর্থ—সচ্চিদানন্দবিগ্রহ পরমপুরুষ শ্রীকৃষ্ণ—হায়বনী ; ঈ-কারগী অর্থনা—নিত্যবৃন্দাবনেশ্বরী পরমা-প্রকৃতি ( সর্ব্বপ্রেয়সী-শিরোমণি, সর্ব্বশক্তিবরী-য়সী ) শ্রীরাধানী ; ল-কারগী অর্থনা—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী আনন্দভাক্কুগী ওইবা প্রেমসুখ-নী ; নাদবিন্দুগী ( ঁ-গী ) অর্থনা—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী মহৈ মহৈ হোৎনবা চুম্বনচিংবদা নুংঙাইবগী মাধুর্য্য হায়বনী। "ক-কারঃ পুরুষঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। ঈ-কারঃ প্রকৃতী রাধা নিত্যবৃন্দা-বনেশ্বরী॥ পশ্চানন্দাত্মকং প্রেমসুখং তয়োশ্চ কীর্ত্তিতম্। চুম্বনানন্দমাধুর্য্যং নাদবিন্দুঃ সমীরিতঃ॥" প্রমাণ অসিদগী খঙনরি—কামবীজনা লীলা-বিলসিত-শ্রীশ্রীরাধামাধবকী পরম মধুর ওইবা যুগলিতস্বরূপতুবু তাক্লিবনী। শ্রুতিনা হায়—ক্লীঁ-গা (মন্ত্রগা ক্লীমগা) অমসুং ওঙ্কারগা অমতনী, করিমতা থেন্নদে। "ক্লীমোঙ্কারস্যৈকত্বং পঠ্যতে ব্রহ্মবাদিভিঃ॥ গো, তা, উ ৫৯॥" ওঙ্কারদগী বিশ্বগী সৃষ্টি ওইবগুম্না ক্লীম্‌দগীসু বিশ্বগী সৃষ্টি ওইবগী রা ময়ান্না খঙনৈ। বৃহদ্‌গৌতমীয়তন্ত্রনা হায় "ক্লীঙ্কারাদসৃজদ্ বিশ্বমিতি প্রাহ শ্রুতেঃ শিবঃ। —শ্রুতিনা হায়, ভগবান্না ক্লীম্ হায়বা কামবীজসিদগী বিশ্ববু সৃষ্টি তৌখিবনী।" মসীনা কামবীজগা প্রণব-কা অমতনী হায়বা তাকয়ি। অদুবু অনীসী অমতনী থেন্নদবনী হায়রবসু কামবীজনা শ্রীশ্রীরাধা-কৃষ্ণগী পরম-মধুর যুগলিত স্বরূপ অদুবু অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মদনমোহন রূপ অদুবু—অপ্রাকৃত নবীন-রূপ অদুবু ইফোং ফোংনা তাকয়ি হায়দুনা কাম-বীজবু প্রণব-কী রসাত্মক রূপ-নী হায়না খনবা য়াই। মতৌ অসুম্না কাম-গায়ত্রীসু সাধারণ বৈদিক-গায়ত্রীগী রসাত্মক রূপ নী।

মমাঙগী ১৩৬ মূল অতুদা বাৎসল্যভাবকী ওইবা রসতগী বিকাশ ওইবগী রা হায়গ্রে ; বাৎসল্যভাবমূর্ত্তি ওইবা নন্দযশোদাদা। শ্রীকৃষ্ণগী বাৎসল্যভাবকী হৌনবী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌয়ি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনশু মখোয়গী বাৎসল্যরস অদু আস্বাদন তৌয়ি : শ্রীকৃষ্ণদি বাৎসল্যভাবকী আস্বাদ্য (তংনঙাই) রস নী অমসুং বাৎসল্যরসকী আস্বাদক-রস অদুসুনী। অদুবু বাৎসল্য-ভাবকী ওইবা রসদগী হেন্‌বা পরম বিকাশগী রা ১৩৭ মূল পয়ারসিদা হায়রি। পরম বিকাশ অসিদি মধুরভাবকী হায়রবদি কান্তা-ভাবকী ওইবা বিকাশনী। শ্রীকৃষ্ণসী স্বরূপকী হায়রগদি মাদর্নাদন বিগ্রহ (মাদর্নানা থং-থং লাউবা দেহনা মাগী ওইব।) ওইরবসু মাগী পরিকর-শিংগী প্রেমদুনা মাগী মাধুর্য্য মাপান্থোংদা পুথোরক্তুনা ঈথক ইপোমহন হৌহনবা ঙম্মী। পরিকর অমদা ওইবা প্রেমগী বিকাশ অদুথক শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা লৈবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগীসু অদুথক বিকাশ ওই। মহাভব-চেন্‌বী কৃষ্ণকান্তা ব্রজসুন্দরীশিংদা প্রেমগী বিকাশ ওইবসী খ্বাইদগী হেল্লী (সর্ব্বাতিশায়ী-নী) ; মরমদুনা মখোয়গী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যসু সর্ব্বাতিশায়ী বিকাশ ফংঙী—কয়ামুক হেন্‌বগে হায়বর্ মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণ অপ্রাকৃত-নবীন-মদন ওইনা ঙাম্থোইয়ে। অপ্রাকৃত-নবীন মদনসিগী থোইদোকপা মতৌগী রাদি তুংদা লাক্‌পা পয়ারশিংদা ফোংদোক্লি।

শ্রীকৃষ্ণ রসঙাক্তগী বিগ্রহনী, ভাব-ঙাক্তগী বিগ্রহনী ; মরমদুনা মমা মনাক্তা লৈরু লৈরুবা রস-রসদুগী ভাবকী মনাক্তা লৈবা মতমদা রস-রসদুগী হৌনবী ধর্ম্মদুমক শ্রীকৃষ্ণদা থোরকয়ি। মরমদুনা যশোদা-মাতাগী তম্পাক্তা মহাক খোম্লাং-চিংবা থাদকী অঙাঙনী, ব্রজসুন্দরীশিংগী নাক্তুনা মহাক নবকিশোর নটবরনী। জীবগী প্রাকৃত দেহদা মতৌসিংগা ভাব-তুংইন হোংদোক-হোংজিন যাদে ; য়াম্না-হৈবা অভিনেতাগী মচান্দা মাগী মমুংগী ভাব অদুনা মমি-শামি ওইনা খজিক্কং থোকহনবদি য়াই ; তৌইঙমসু ভগবান্ অমদি মাগী নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী দেহদি শুদ্ধ-সত্ত্বঙাক্তনী হায়দুনা অমসুং মখোয়গী ভাব-সু শুদ্ধসত্ত্বগী বিলাস-বিশেষনী (শককোঙ মথল অমনী) হায়দুনা—মরমদুনা মখোয়গী ভাব কা দেহগা পোক্তা অমতনী হায়দুনা—মখোয়গী দেহশিংসু ভাবকী তুংইন্‌বা ধর্ম্মদু মপুঙফানা লৌবা ঙম্মী—। ভগবতী-ভাবকী আবেশদা মহাপ্রভুনা ভগবতীগী রূপ (শক) লৌখি, অদুগা মথাদগী খোম্লাং-অমৃত চেন্‌খি।

**অপ্রাকৃত নবীন-মদন ওইনা শ্রীকৃষ্ণদি আস্বাদ্য-রস অমসুং ব্রজ-সুন্দরীশিংগী কান্তারসগী আস্বাদক-সুনী হায়রবসে পয়াররসিনা তাক্লে।**

লৌকিক রা অমদি হংনরাই লৈ—পয়াররসিগী অহানবা তংখাইদা শ্রীকৃষ্ণবু অপ্রাকৃত-নবীন মদন কৌবদ, মহাক্কী মাধুর্য্যগী—মরমচুনা রসত্বগী-খমথেংনা বিকাশ ওইবগী রাস্তু হায়রী; মসী নাতৈচাবনী; অদুবু পয়ারগী অনীশুবা তংখাইদা মাবু উপাসনা তৌবগী বিধিগী রা হায়রিবসিবু নাতৈ-চাবরা মতাঙদা? শ্রীকৃষ্ণগী রসত্ব-বিকাশগী প্রসঙ্গদা (রা মতাঙদা) মাগী উপাসনা-বিধিগী রা করিগী হায়রিবনো? মতুগী পাউখুমদি অসিনী। উপাসনাগী মন্ত্রগা বীজগদি উপাস্য দেবতা ওইরিবা অদুগী পরিচয় তাকপনী। প্রণব-তি ব্রহ্মস্বরূপ-নী, মরমচুনা খমথেংনা ব্যাপক (শীনথুংবা) ওইবনী; প্রণব না অনন্ত (ঙমখৈ-লৈতবা) ভগবৎ স্বরূপ অদুবু তাকয়ি; মরমদি অনন্ত ভগবৎ-স্বরূপ-না প্রণবাত্মক পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী শকফোঙ মথেল ময়ামনী। অদুগা অমূক প্রণবকা কামবীজগদি পোত্তা অমতনী করিনন্না খেন্নদে। খেন্নদবা ওইরবস্তু কামবীজদি প্রণবমক্কী রসাত্মক রূপ-নী। রসত্বগী অমসুং ব্রহ্মত্বগী মপূঙ-ফারেন-ফবা বিকাশ ওইবা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী মনুংদা শীঙলাকঙমদবা ভগবৎস্বরূপশিং মখোয়গী শীঙল কচমদবা বৈকুণ্ঠ ময়াম, শীঙলাকঙমদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংনা ঙাম্নোইনা লৈবগুম কামবীজগী মনুংদস্তু প্রণবগী অর্থ পূম্নমক য়াওরি। অদুম ওইনমক লোইনমক্কী তুঙফম (আধার) ওইদুনস্তু রসস্বরূপ ব্রজেন্দ্রনন্দন মানা অপ্রাকৃত-নবীন-মদন-খমথেংবা রসময় ওইবগুম্না প্রণবগী অর্থনা থল্লবা কামবীজস্তু খমথেংনা মধুর ওই অমসুং খনথেংনা পূক্নীঙচঙম্মী। মরমসিনা কামবীজগা প্রণবকা অনীসী পোত্তা অমত্তা ওইরবস্তু কামবীজগী রূপ-তি শুদ্ধরস-ঙাক্তগীনী। অনন্ত-ভগবৎস্বরূপশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তপুম্ববু হুঙস্বা পরমমধুর ওইবা শক্তি মরূমদা লোৎতুনা লৈবগুম ওঙ্কারগী শক্তৌবা প্রণবকী শীঙলাকঙমদবা অর্থস্তু কামবীজগী পরম-মধুর ওইবা শক্তী মরূম থুপ্তুনা লৈ। গায়ত্রীগী মতাঙদস্তু মসীমক্কী। খ্বাইগী জপ তৌনঙাই বৈদিক গায়ত্রীগী রস ঙাক্তগী ওইবা রূপ-তি কামগায়ত্রীনী। খ্বাইগী বৈদিক গায়ত্রীগী অর্থ অমদগী হেন্না লৈবা য়াই। **করি করিগুম্বা অর্থদা পরব্রহ্মগী** মাধুর্য্যময় স্বরূপকী মতুত্তা কিনঙাই ওইবা ঐশ্বর্য্যপ্রধান ওইবা রূপ তাদুস্ত থঙহন্দবা য়াই: অমূক **করি করিগুম্বা**

অর্থদস্মু ব্রহ্মবু নত্রগা ভগবানবু খঙহন্দবস্মু য়াই ; অদুবু কামগায়ত্রীগীদি অর্থ মখল অমতমক য়াই, অর্থদুদি—অপ্রাকৃত-নবীন মদন হায়বসিনী। অপ্রাকৃত নবীন মদনসিনী মনুঙদা অনন্ত ভগবৎস্বরূপ-নচিংবা লোইনমক পুল্লগা য়াওবগুম্না সাধারণ জপ বৈদিক গায়ত্রীগী অর্থ পুন্নমকস্ম কাম-গায়ত্রীগী মনুঙদা চল্লী : অদু ওইরবস্মু কামগায়ত্রীসীনা পবিচয় পীরিবদি অপ্রাকৃত নবীন-মদনগীনী ; মরমদুনা বৈদিক গায়ত্রীগা কামগায়ত্রীগা—প্রণবকা কামবীজগুম্না শেন্নদ্রবস্মু কামগায়ত্রীগী রূপ-তি রসময নী মসী বৈদিক গায়ত্রীগী রসাত্মক রূপ অদুনি। রসাত্মক কামবীজনে অদুগা রসাত্মক কামগায়ত্রীনে অনীসী শোল্লগা উপাসনা তৌফম ওইরিবা মহাক্তুদি পরম রসময়-নী, পরম-মধুর-নী, পরমচিত্তাকর্ষক-নী হায়নসিদা করিমতা চিংননঙাই নৈতে। অসীগুম্বা কামবীজ অমস্মুং কামগায়ত্রীনা থুংলাই ওইরগা উপাসনা-তৌফম ওইরিবা মহাক্কী পরমস্বরূপতত্ত্বগী পরিচয়দি—ঐশ্বর্য্যনা মপুঙ-ওইবা ভাব খিবিক ফোংবা বীজগা গায়ত্রীগনা থুংলাই ওইরগা তৌবা উপাসনাদা ফংবা ঙমদে ; অদুগুম্বা অপ্রাকৃত-নবীন-মদনগী অঙকপা মতৌ তাক্লনবা হায়দুনা মহাক্কী উপাসনা-বিধিগী অঙকপা মতৌগী রা হায়রিবনী। উপাসনাতত্ত্বগী থোইদোকপা মতৌনা ( বৈশিষ্ট্যনা ) উপাস্যতত্ত্বগী ( লাংনঙাই ওইবা মাগী ) বৈশিষ্ট্যদু তাকৃয়ি ; মরমসিনা নৈনরিবা ১৩৮ মূল-সিগী অনীশুবা তাখাইদা উপাসনা তৌবগী বিধি-নিয়ম পন্‌বদি নাইতেচাদনা নত্তে। মসিমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী রসজ্ঞিকাংশগী থ্বাইগা মান্নদনহু তাকরি।

মূল ১৩৯

পুরুষ যোষিৎ কিবা স্থাবর জঙ্গম।
সর্ব্বচিত্তাকর্ষক সাক্ষাৎ মন্মথ মদন ॥ ১৩৯ ॥

শব্দার্থ

পুরুষ—নুপা ; যোষিৎ—নুপী ; কিবা—নত্রগা ; স্থাবর—চংতনা ; জঙ্গম—অচংপা ; সর্ব্বচিত্ত—চিত্তপুম্নমকপু, পুম্নমক্কী চিত্তবু ; আকর্ষক—চিংলিবা মহাক ; সাক্ষাৎ—চংচংবা ; মন্মথ—কামদেবগী ; মদন ময়াই-কাহনবা মহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি অপ্রাকৃত মদন ওইবনা নুপা-নুপী, অচৎ-চক্তনচিংবা পুন্নমকী চিত্তবু চিংঙী, করি হায়নী মী পুন্নমকী মন নৈহৎলী হায়রা কামদেববুসু শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্যনা শুমহৎলী।

## নৈনরোল

"মন্মথ-মদন"-শব্দনা মদনমোহন-বু খঙহল্লী। "রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ"—প্রমাণ অসিনা পাঙ্গল ওইহনা শ্রীরাধাগী নাক্তা লৈবা মরমনা শ্রীকৃষ্ণনা মদনমোহন (কামদেববু শুম্বা) ওইবনী; অপ্রাকৃত-নবীন-মদন ওইবগী খমথেংবা বিকাশ, মাধুর্য্যগী ( মরমদুনা আস্বাদ্য-রস ওইবগী) খমথেংবা বিকাশ—ওইথোক্লিবনী ; শ্রীরাধাগী খ্বাইদগী-হেন্‌বা-প্রেমতনা অসিগুম্বা মাধুর্য্যবিকাশ ওইবগী মরম্নী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মদনমোহন রূপসিনসু শ্রীরাধাপ্রেমগী মহিমা তাক্লিবনী।

শ্রীকৃষ্ণসী মন্মথ-মন্মথ ( মন্মথগী মন্মথনী—কামদেবগী কামদেবনী ) নত্রগা মন্মথমদন-নী হায়বগী প্রমাণ ওইনা "তাসামাবিরভূৎ"-নচিংবা শ্লোক অমু মথাদা পল্লি।

মূল ১৪০

তথাহি ( ভাঃ-১০/৩২/২ )—

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ।

পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥ ১৪০ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৫/২১৩ মূল শ্লোক অমুদা য়েংবীয়ু।

মূল ১৪১

নানা ভক্তের রসামৃত নানাবিধ হয়।

সেই সব রসামৃতের বিষয় আশ্রয় ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

নানা ভক্তের—মখল মখা ভক্তগী ; রসামৃত—সুধ্যারস মঙা অমুগা

গৌণরস তরেৎমক অমুতথা মান্নবনী ; নানাবিধ— মখল মখা ; হয়— ওই ; সেইসব রসামৃতের— রসামৃত পুন্নমকসিগী ; বিষয়— অতম্মফম্নী ; আশ্রয়— তুংকম্ নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত মখল মখা য়াম্বা মরন্না মখোয়গী ভক্ত-ভুম্বা রসশিংস্তু মখল মখানী। ( শ্রীকৃষ্ণ ) রসামৃত পুন্নমক্কুগী বিষয়স্তু আশ্রয়স্তু অনীমক ওই।

## নৈনরোল

নানা ভক্তের—শান্ত দাস্যনচিংবা ভাব মখল মখাগী ওইবা ভক্ত মখল মখা ওাক্কনী।

**নানাবিধ রসামৃত**—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর মুখ্যরস মঙাসিনে অতুগা হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত হায়বা গৌণরস তরেৎসিনে—পুম্নমক রস তরানীথোইনী।

**বিষয়-আশ্রয়**—শ্রীকৃষ্ণদি রস তরানীথোইসিগী বিষয় ( অতম্মফম ) অমসুং আশ্রয় (আধার—তুংকম) অনীমক্কী। শান্ত-নচিংবা রসগী ভক্তশিংনা মাগী মাগী ভাব-কা চান্নগদবা সেবানা মহাক্কপু শান্তনচিংবা রস আস্বাদন তৌহনবা মতমদা মহাক রসশিংগী বিষয়-নী ; ভক্তশিংগী তেৎবক্কুম্না শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী শান্তনচিংবা ভাব কী ভক্তশিংবু মখোয় মখোয়গী নুংই ভাব-কী ওইবা রস আস্বাদন তৌহনবা মতমদা মহাক রসশিংদুগী আশ্রয় নত্রগা আধার (তুংফম) নী। শান্নবদা পাঙ্গল-পোরহুনা সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কেংবন্দা তোংহনবা মতমদা নত্রগা কনাগুম্বা সখা অমনা নুংশিনা খন্দুনা মহাক্কী য়ান্নুংদা উইহে-লুখাক ইনশিনবা মতমদুদা মহাক সখ্যরসগী বিষয়-নী। অতুদগী অমূক মহাক্না শান্নবদা পোবতুনা সখাশিংবু মবেংবান্দা তোংহনবা, অতুগা নুংশিবদগী কনাগুম্বা সখাগী য়ান্নুংদা উইহে-লুখাক ইনবা মতমদুদা মহাক সখ্যরসগী আশ্রয়নী। রস অতৈগী মতাংদস্তু অসিংদাক্নী। বিষয় ওইবা মতমদা মহাক আস্বাদক-নী ( মহাক-তংগা মীনী ) অতুগা আশ্রয় ওইবা মতমদা মহাক আস্বাদ্যনী ( মহাক-তংনঙাই হায়রন্দুনী )।

পয়ারসিদা হায়বা খংগী প্রমাণদি মথাদা লৌথংলিবা শ্লোকসিনী।

মূল ১৪২

অসাহ্রি-ভক্তিরসামৃত-সিন্ধৌ পূর্ববিভাগে সামান্যভক্তিলহর্য্যাম্ (১)-

অখিলরসামৃতমূর্ত্তিঃ প্রসৃমররুচিরুদ্ধতারকাপালিঃ
কলিতশ্যামাললিতো রাধাপ্রেয়ান্ বিধুর্জয়তি ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

অখিল-রসামৃতমূর্ত্তিঃ—রস পূম্নমক্কা তিন্বা মূর্ত্তি ; প্রসমর—হুন্দোরকপা ; রুচি মতাম্না ; রুদ্ধ—থংলবা ; তারকা—তারকা কৌবী গোপী ; পালিঃ—পালি কৌবী গোপী ; কলিত—লৌশল্লবা, চূপশল্লবা ; শ্যামা—শ্যামা কৌবী গোপী ; ললিতঃ—ললিতা কৌবী গোপী ; রাধা-প্রেয়ান্—রাধাগী নুংশিথোইবা ; বিধুঃ—থাজ (শ্রীকৃষ্ণ) ; জয়তি—জয়যুক্ত ওইসনু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শান্তনচিংবা রস পূম্নমক্কী আশ্রয়না মহাক্কী পরমানন্দময় মূর্ত্তি ওইবা, শন্দোক্না হুন্দোরক্লিবা কান্তিনা তারকা অমসুং পালিকা কৌবী গোপী অনীবু থূহমচল্লিবা মহাক, শ্যামা অমসুং ললিতাবু মহাক্কী ওইনা লৌশল্লবা মহাক অতুগা শ্রীরাধাগী নুংশিবা মহাক, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা জয় ওইসনু !

নৈনরোল

ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী চৈকোক অহৌবদা শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্লোক-শিনা মঙ্গলাচরণ তৌরম্মী—শ্রীকৃষ্ণগী জয়-কীর্ত্তন তৌদুনা । শ্লোকসিগী মূল বাক্যদি—বিধুঃ জয়তি—বিধুনা জয় ওইসনু, থমথেংনা ভানসনু—হায়বা অসিনী । বিধুঃ—বিধুনোতি খণ্ডয়তি সর্ব্বদুঃখং অতিক্রামতি সর্ব্বাণ্যপি যদ্বা, বিদধাতি করোতি সর্ব্বসুখং সর্ব্বত্র (শ্রীজীব) । অরাবা পূম্নমকপু কক্থৎপা, পূম্নমকপু হোন্দোক্না লাম্হোক্লবা মহাক (মরমদুনা থায় পূম্বদগী হেন্না চাউবা, মাম্নবসু মথক্তগী অমা লৈত্রবা মহাক) ; নংগা নুংঙাইবা পূম্নমক থোরাবা, লোইনমক তৌরা (বিধান তৌবা) মহাক বিধুনী । হায়রিবা অর্থ পূম্নমক্কিগী পগাবসানদি (অরোইবী ওমথৈদি) শ্রীকৃষ্ণদমী ; মরমদি, মহাক্না অসুরশিংদা মুক্তি পীদুনা মথোইগী সংসারদা লৈবগী অরাবদু লোকথোকপী ; মরমাই প্রভাব-না পূম্নমকপু লাম্হোকয়ি (হায়বদি মহাক্কী প্রেমবক্কী মমম্না অতৈ লোইনমক্কী প্রেমবান-শিংনা মায়থীবা

ফংঙী ) মানা বিষয় ওইবগা মরী-লৈমবা প্রেমগী মহাসুখ শন্দোক্লনা পূম্নমকপু পরমানন্দগী মহাসমুদ্রদা লুপ্‌হল্লী। অথ ময়ামসিগী খজিক খজিক্তুং লৌকিক চন্দ্রদসু উই। মহুদি, নোংদোন-থাজনা অমম্বদগী পোক্পা অরানবু হুরাল্লী, মহুম তৌদুনা অমম্বা অমম্বুং ংশাবা মৈচাক্লা রারবা মীশিংবু লুংঙাইহল্লী ; পূর্ণচন্দ্রদা ( মপৃঙ-ফাবা থাজদা ) গুণ অমী খ্বাইদগী হেন্না বিকাশ ফংঙী। সূর্য্যনা অমম্ববু তাম্থোকয়ি অমুগা মুংশাগী মৈচাক্লা পীবা অরাবদি কোক্‌হনবা ঙমদে, করিগুম্বা মতমদা অহোইনহুম মৈশাহু হেঙ্গৎহল্লী ; মরমসিনা বিধু শব্দনা সূর্য্যবু খঙহন্দে। মতৌ-অসুম্না উবা ফংলে বিধু-শব্দগী অর্থ-অনী চন্দ্র অমসুং স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণ, কৃষ্ণচন্দ্র। ভগবান্‌ অমসুং মাগী মাহাত্ম্যদি মীওইনগী প্রাকৃত বুদ্ধিনা লাপ্না ফংদবনী. করি করিগুম্বা গুণগী আভাসগা লোয়ননা ঐথোয়না খঙবা করিগুম্বা পোং অমগী মগুণগা মান্নবা উববদি পোৎভুগা লোযননা চাংদম্নহুনা ভগবান্‌গী গুণগী পরিচয় পীনবা হোৎনরবদি ঐথোয়গী ৱাথন্না লাম্বদা খুদোং চাগনী হায়না থন্দুনা শ্লোক-লেংবা মীহুনা চন্দ্রগা ( থাজগা ) লোয়ননা চাংদম্নহুনা শ্রীকৃষ্ণহু অরাবা-কোক্‌হনবনী অমুগা মুংঙাইবা-পীবনী হায়নহু খঙহন্নবা হোৎনরম্বনী। মতৌ অসুম্না উবা ফংবদি শ্লোক অসিগী অর্থ অনী ওইবা য়াই হায়বসিনী— অর্থ অমনা শ্রীকৃষ্ণগী ওইনা, অর্থ অমনা চন্দ্রগী ওইনা। শ্রীজীবগোস্বামীগী টীকাগী মতুং ইন্না অর্থ মখল অনীহু ফোঙদোক্লগা মফমসিদা হোৎনরি। বিধু অহু করম তৌবনো ? মহু বিশেষণ কয়ামুক্না ফোঙদোক্লবা তৌরি। **অখিলরসামৃতমূর্ত্তিঃ** ( কৃষ্ণগী ওইনা ) অখিল ( পূম্নমক ) রস ( শান্ত-নচিংবা রস তরানীথোইগী পুম্নপ মচেৎ তাদবা ওইনা ) মঙোন্দা লৈ, অমৃত অহুনা ( নত্রগা ) পরমানন্দহুনা মাগী মূর্ত্তি ওই,—মাগী পরমানন্দঘন বিগ্রহহু শান্তনচিংবা রস পূম্নমক্কী আশ্রয় ( তুঙঙকম )-নী। নত্রগা, শান্ত-নচিংবা রস-তরানীথোইগী মশক ওইবা অমৃতগী ( পরমাস্বাদ্য বস্তুগী—থমথেংনা মহাও-তংনঙাই ওইবা পোৎকী ) মূর্ত্তি ওইবা মহাক অদো শ্রীকৃষ্ণনী। ( শ্রীকৃষ্ণদি রস পূম্নমক্কী তুঙঙকমনী—আশ্রয়নী হায়বদো বিশেষণ-সিনা উৎলে )। হায়রিবা বিশেষণসিগী অর্থ চন্দ্রগী ওইনদি অসিনী—অখিল ( মচেৎ-তাদবা মপূম ওইবা—অখণ্ড) রস (মহাও—আস্বাদ) য়াওবা অহুগুম্বা অমৃতগী মশক ওইবা মূর্ত্তি ( মণ্ডল )-না মাগী ওইবা ; মাগী মণ্ডল-দি লোইনমক মহাকী মশক ওইবা অমৃতগা পাং-থকু ওইবা, চন্দ্র (থাজ)অহু। আস্বাদ্য (মহাও তংনঙাই) ওইবগী মতাঙদদা

কৃষ্ণগা চন্দ্রগা খজিন্নুং মান্নে। চন্দ্র ঈঙঙী, নুংঙাইনঙাইনী ; শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দগী ঙমথৈ-নৈতনা ঈঙঙী ( স্নিগ্ধ ) অমসুং নুংঙাইনঙাইনী ( রস-ণীয়-নী )। বিধ অদু করম্নমুক তৌয়ি ? **প্রস্থমর-রুচি-রুদ্ধ-তারকা-পালিঃ**—( কৃষ্ণগী ওইনা ) প্রস্থমর ( শন্দোক্কনবা ) রুচি (কান্তি-মঙান) না থৃংলাই ওইদুনা রুদ্ধা ( খুদুম-চল্লবা বশীকৃত ) ওইহল্লে তারকা অমসুং পালিব ( তারকা অমসুং পালিকা কৌবী গোপী অনীবু ) মহাক্না : মহাক্কী পুন্নমক্কী-চিন্ন হনা কান্তিবু উবদা তারকা অমসুং পালিকানা মঙোন্দা আত্মসমর্পণ তৌরে, মহাক্কী মধুর কান্তি-লাঙদা মখোয় থুরে, অদুগুম্বা কৃষ্ণচন্দ্রনী। শ্রীকৃষ্ণগী শীঙলাকঙমদবা নুংশিবী ( প্রেয়সী ) মরক্তা ভবিষ্যোত্তরগী মতে মতুং ইন্না তরাথক মুখ্য-নী, মখোয়হুদি—গোপালী, পালিকা, ধন্যা, বিশাখা, ধনিষ্ঠিকা, রাধা, অনুরাধা, সোমাভা, তারকা অমসুং দশমী ( দশমী হায়বসি মী অমগী মমিংনী ) ; নত্রগা বিশাখাগী মফমদা বিশাখা-ধনিষ্ঠিকা হায়বা অতোপ্পা পাঠ অমসু উবা ফংঙী ; অতোপ্পা পাঠনিদা বিশাখাগী মতুঙদা ধনিষ্ঠিকাগী মিং লৈগনী অমসুং দশমী-না 'তারকা'-গী বিশেষণ ওইগনী— অর্থনা দশম (তরাশুবা) মফমদা লৈবা গোপীগী মিং তারকা- হায়না অর্থ ওইগনী। স্কন্দপুরাণগী মতুং-চননা প্রহ্লাদ-সংহিতাদা দ্বারকামাহাত্ম্যদা রাধা, ধন্যা, বিশাখানচিংবগী মিং পল্লগা ললিতা, শ্যামলা, শৈব্যা, পদ্মা অমসুং ভদ্রাগী মিংসু পল্লী। হৌজিকম্নুক চন্দ্রগী ওইনা অর্থ হল্লসি। মাগী শন্দোক্কনবা কান্তি-না ( মঙাম্না ) তারকা ( থরাম্নচাক ) পুন্নমক্কী পালিবু ( শ্রেণী পরেংবু ) থংগ্রে মহাক্না অদুগুম্বা চন্দ্র ( থাজ )। অতিয়াদা পূর্ণচন্দ্রগী মায়কৈ মরিদা তারকা ( থরাম্নচাক ) শীঙনাইদনা ঙাল্লী, মখোয়দু চন্দ্রগী মধুর ওইবা মঙাম্না লাং ওইদুনা লাংহুদা পন্দুনা মফমদুদা লৈবগুম তৌয়ি, মখোয় মফমদুদগী লাপথোক্না চংপা ঙমদবগুম তৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা চিংখিদুনা তারকা পালিকা না ( মখোয়গী উপলক্ষণদা ব্রজসুন্দরী পুন্নমক ) শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তগী অতোপ্পা মফমদা চংপা ঙম্নমদ্রে। বিধু অদু অমুক্কা করম তৌয়ি ? **কলিত-শ্যাম-ললিতঃ**—(কৃষ্ণগী ওইনা) কলিত—চপ্‌শনথবা শ্যামা অমসুং ললিতাবু ( উপলক্ষণদা গোপীপুন্নমকপু ) মহাক্না। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা চিংখিবনা মখোয়দু মহাক্কী মফমদা আত্মসমর্পণ তৌখি। চন্দ্রগী ওইনা—কলিত ( অঙ্গদা তিনথবা ) ওইরবা শ্যামাগী ( অহিংগী )

ললিতবু ( বিলাস-শকউৎপু ) মানা উৎতুনা ( বিশ্বপ্রকাশদা উবা ফংঙী, শ্যামা-শব্দগী অর্থ অমদি অহিং হায়নৈ ) ; অহিংদা পূর্ণচন্দ্রনা থোরক্লবদা নক্ষত্রশিংগা বিলাস তৌখিদুনা অতিয়াগী ফজবত্ত চেঙ্গংহল্লী। শ্রীকৃষ্ণস্সু অহিংদা গোপসুন্দরীশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবনদা বিহার তৌয়ি। মতাঙসিদা অহিংদা বিলাস তৌবদা অনীমক্কী মাল্লবা উবা ফংঙী। বিম্ অত্ত অমুক্কা করম তৌবনো ? **রাধাপ্রেয়ান্**—( কৃষ্ণগী ওইনা ) শ্রীরাধাগী য়াম্না পেন্নবা তৌবা মী ( প্রীতিকর্ত্তা ) অমনী, মহাক্না মপাঙফানা শ্রীরাধাগী পেন্ননবা তৌয়ি ; শ্রীরাধাগী নুংশিবা ( প্রিয় ) থরাইগী নুংশিজবা ( প্রাণবল্লভ ) ওইবা মহাক অদুদি শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনী। চন্দ্রগী ওইনা রাধাদা ( বিশাখা কৌবী তারকাদা ) প্রেয়ান্ ওইবা ( হায়বদি থোইনা হেন্না নুংশিবা—প্রীতিমান্ ওইবা ) ; বৈশাখী পূর্ণিমাগী চন্দ্রদি বিশাখা নক্ষত্রদা লৈ ( বিশাখা নক্ষত্রগী অতোপ্পা মিং অমনা রাধা-নক্ষত্র কৌয়ি ) ; মরম-দুনা মতমদুদা ( ঋতুরাজ বৈশাখ-তুদা ) চন্দ্রনা বিশাখাগী মনাক য়াম্না নকশন্না লৈ হায়দুনা চন্দ্রবু বিশাখা-নক্ষত্রদা খ্বাইদগী হেন্না প্রীতিমান্ ওই হায়। চন্দ্রনা বিশাখানক্ষত্রগী মফমদা য়াম্না য়োনা প্রীতিমান ওইবগুম্না শ্রীকৃষ্ণস্সু শ্রীরাধাগী মফমদা য়াম্না য়োনা প্রীতিমান্ ওই। প্রীতিমান্ ওইবদা অনীসী মান্নে। মমৈদা পল্লিবা বিশেষণ অহুমসিগী বিশেষণ অমদা তারকা অমসুং পালিকাগী রা, অতোপ্পা বিশেষণ অমদনা শ্যামা অমসুং ললিতাগী রা অদুগা ইকোন কোন্‌বা বিশেষণদনা শ্রীরাধাতগী রা হায়রি। মদুগী তাৎপর্য্যদি মতৌ অসুম তৌয়ি। ভাব-বিকাশ ওইবগী রা খন্নবগা কৃষ্ণ-কান্তা গোপসুন্দরীশিংগী মনুঙদা শ্রেণী কয়ামূক থোক্লা থায়রি ; মফম-সিদা মকোক ওইবা শ্রেণী অহুমগী রা পল্লী, মদুদি—তারকা অমসুং পালিকাসি শ্রেণী অমগী মুখ্যানী (মকোক্লী), অদুগা শ্যামা অমসুং ললিতানা অতোপ্পা শ্রেণী অমগী মুখ্যানী। অদুগা শ্রীরাধানা মথন্তা শ্রেণী অমনী। তারকাগা পালিকাগনা য়াওরিবা শ্রেণীদুদগী শ্যামাগা ললিতাগনা অতোপ্পা শ্রেণী অমগী মুখ্যানী। অদুগা শ্রীরাধা মথন্তনা শ্রেণী অমনী। তারকাগা পালিকাগনা য়াওরিবা শ্রেণীদুদগী শ্যামাগা ললিতাগনা য়াওবা শ্রেণীনা হেন্না রাংঙী ; শ্যামাগা ললিতাগা অনীগী শ্রেণীদগী শ্রীরাধানা পুঙহেন হেন্না রাংঙী (পরমোৎকর্ষময়ী ওই) ; শ্রীরাধিকাদি কৃষ্ণকান্তাশিংগী কোকথোক্ত-মনি-নী ( শিরোমনি-নী )—শক্তা ( রূপ-তা ), গুন-দা, মাধুর্য্যদা, বৈদগ্ধীদা

( রসিকা ওইবদা ) গুণ পূল্লমক্তা পূল্লমক্তগী হেন্‌বীনী ; মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখা পোন্‌বস্তু ( বশ্যতাস্তু ) খাইদগী পূংহেন্‌-হেল্লী। বিশেষণ অহুমসিনা অসিমস্তু তাক্লি মহুদি শ্রীকৃষ্ণদি মধুররসগী ( অতুগা মহুগী উপলক্ষণদা অতৈ রস পূল্লমকীস্তু ) বিষয়-নী। মমাঙগী ১৪১ পয়ারগী প্রমাণ্নী শ্লোক অসী।

## মূল ১৪৩

শৃঙ্গার রসরাজময়-মূর্তিধর।

অতএব আত্মপর্যান্ত সর্ব্বচিত্তহর ॥ ১৪৩ ॥

### শব্দার্থ

শৃঙ্গার—মধুর রস ; রসরাজ—রস পূল্লমকী নিংথৌ ; শৃঙ্গার-রস-রাজময়—রস-নিংথৌ শৃঙ্গার রসনা মচাক ওইরগা শাবা ; মূর্ত্তিধর—মূর্ত্তি ( অহু ) লৌবা ( শ্রীকৃষ্ণ ) ; অতএব—মরমহুনা ; আত্ম পর্য্যন্ত—মহামকপু যাওবা ; সর্ব্বচিত্তহর—মী পূল্লমকী চিত্ত হূপা হূবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রস পূল্লগী নিংথৌ ওইবা ( মকোক ওইবা ) শৃঙ্গার-রসগী মূর্ত্তি লৌবা শ্রীকৃষ্ণনী। মরমহুনা মহামক যাওবগী য়াওনা মী পূল্লমক্কী চিত্তবু হূপা হূরিবা মহাক্নী।

## নৈনরোল

**শৃঙ্গাররসরাজ**—শাস্ত্রনচিংবা রস পূল্লমক্তগী শৃঙ্গার ( মধুর ) রসনা পূংহেন্‌ হেল্লী হায়হুনা মসীবু রসগী নিংথৌ কৌরিবনী। **শৃঙ্গার-রস-রাজময়মূর্ত্তিধর** রসগী রাজা ( নিংথৌ ) ওইবা শৃঙ্গার-রস অহুগী শ্রীকৃষ্ণনা প্রতিমূর্ত্তি-নী ; শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদি শৃঙ্গার-রস-ভাক্তগীনী। হান্নস্তু হায়রে—"সচ্চিদানন্দতনু ব্রজেন্দ্র-নন্দন" ; হৌজিক হায়রিবনা "শৃঙ্গার-রসরাজময়-মূর্ত্তিধর," বাক্য অনীসিগী সমন্বয় তৌরগা যংবা অর্থদি অসী ওইগনী, মহুদি—শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদি সচ্চিদানন্দময় অমসুং শৃঙ্গারসরাজ-ময় নী। মসীনা শ্রীকৃষ্ণগী ওইরিবা শৃঙ্গার-রসরাজময়-মূর্ত্তিনা প্রাকৃত ওইবদো থিংখরে। শ্রীকৃষ্ণগী সচ্চিদানন্দময় বিগ্রহদি শৃঙ্গার-রসগী প্রতি-মূর্ত্তিস্বরূপ নী, মূর্ত্তি লৌবা শৃঙ্গার-রসনী। **অতএব**—মরমহুনা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদি শৃঙ্গার-রসগী মূর্ত্তিনী হায়বা মরম্না। **আত্মা**—মহামক ; মফমসিদা

শ্রীকৃষ্ণ। **আত্মপর্য্যন্ত**—অতেগী রাধিকা থমখ্রদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী মহামক্কী ফাওবা। **সর্ব্বচিত্তহর**—মীপুম্নমক্কী চিত্তবু হূবা মহাক্কী। **সর্ব্বচিত্ত** হায়রগা মফমসিদা শৃঙ্গার-রস-ভাবিত (শৃঙ্গার-রস না হুং-পান্ থীংলবা) ওইবা মখোয়গী চিত্তবুনী, শ্রীকৃষ্ণন্ মখোয়গী প্রাণবল্লভনী (থরাইগী লুংশিংবনী) হায়না খন্জবা মখোয় অদুতবু খঙনবনী; (চক্রবর্ত্তী)। মরমদি, মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শৃঙ্গার-রসরাজ ওইনা মখোয়গী থম্মোই হূরবা—মখোয়দুগী রানী হায়রিবদি: শান্ত, দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্য ভাব-কী আশ্রয় ওইরিবা ভক্তশিংগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী শৃঙ্গার রসরাজ রূপ (শক্তম) অসী ফাওরক্তে; ফাওরকপস্তু য়ারোই; মরমদি, শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনচিংবদি ভক্তশিংনা মহা মহাগী প্রেমগী মতুং ইন্না অনুভব তৌবনী। অদুগা, শ্রীকৃষ্ণদি মূর্ত্তি-লৌবা শৃঙ্গার রসনী হায়দুনা শৃঙ্গার-রসনা থীংলবা চিত্তনা মখোয়গী ওইরিবা, অদুগুম্বা মখোয়গী চিত্তবু শ্রীকৃষ্ণনা আকর্ষন তৌয়ি (চিংঙী)—মখোয়শিংদুনা কান্তা ওইনা মহাগী অঙ্গ কংদুনা মহাক্কী সেবা তৌনীঙবনা খোং-খোং-খোংলী হায়বদি খৌরাঙঙী; অদুদগী হেন্দাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহা-মকপুফাওবা মহাগী শৃঙ্গার-রসরাজ রূপ অদুনা আকর্ষণ তৌয়ি; শ্রীরাধানা তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণ মহাস্ত মহামক্কী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-নচিংববু আস্বাদন তৌনীঙবনা খোয়রাঙঙী। ২।৮।১৪৮॥ **নত্রগা**, মধুরা রতিদা শান্ত দাস্যনচিংবা রতিগী গুণ লৈ হায়দুনা মধুর-রসদা হায়বদি শৃঙ্গার-রসদস্তু শান্ত দাস্যনচিংবা রসগী গুণ-স্ত য়াওয়ি। মধুর রসবু রসরাজ কৌবগী তাৎপর্য্যাস্ত অদুমক্কী; মধুর রসনা হায়বদি শৃঙ্গার-রসনা রস পুম্নমক্কী রাজা ওইবনীনা অতৈ রসশিংদু মাগী পরিকরগী (লোইন্-খম্ইনগী) মশক ওইরে। রাজা লৈবা মফমদা রাজ পরিকর লৈবগুম্না শৃঙ্গার-রস লৈবা মফমদা শান্ত নচিংবা রস অতৈস্তু লোইনা লৈগনী। মতৌ অম্দুম্না শ্রীকৃষ্ণদা রস পুম্নমক লৈবনীনা মখল পুম্নমক্কী ভক্তশিংনা মরম্নাই ওইবা ভাব-কী মতুং-ইনবা মাধুর্য্যনচিংবদো শ্রীকৃষ্ণদা আস্বাদন তৌবা ঙমজে অদুগা মখোয়গী ভাব-কী ওইবা মাধুর্য্যদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় লোইনমক্কী ভাব পুম্নমক্কী ভক্তশিংগী চিত্তবু আকর্ষন তৌয়ি। মতৌ অদুম্না অর্থ হল্লগদি **সর্ব্বচিত্তহর**—শব্দগী মতুং-চন্বা **সর্ব্ব**-শব্দনা শান্ত-দাস্য-নচিংবা ভাব পুম্নমক্কী ভক্তবু খঙহন্বা য়াই। অসিগুম্বা অর্থনা হেন্না নাতৈ চায় হায়না খন্বা য়াই।

## মূল ১৪৪

তথাহি গীতগোবিন্দে ( ১/১১ )—

বিশ্বেষামনুরঞ্জনেন জনয়ন্নানন্দমিন্দীবর-
শ্রেণীশ্যামলকোমলৈরুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্ ।
স্বচ্ছন্দংব্রজসুন্দরীভিরভিতঃ প্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ
শৃঙ্গারঃ সখি মূর্তিমানিব মধৌ মুগ্ধো হরিঃ ক্রীড়তি ॥ ১৪৪ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/২২৫ ॥ মূলদা য়েংবিয়ু ।

## মূল ১৪৫

লক্ষ্মীকান্ত-আদি অবতারের হরে মন ।
লক্ষ্মী-আদি নারীগণের করে আকর্ষণ ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

লক্ষ্মীকান্ত-আদি—লক্ষ্মীগী মপুরোইবা (নারায়ণ) নচিংবা ; অবতারের—অবতারগী ; হরে—হুই ; মন—পুক্নীঙ ; লক্ষ্মী-আদি—লক্ষ্মীনচিংবা ; নারীগণের—নুপীশিংগী ; করে—তৌই ; আকর্ষণ—চিংবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলক্ষ্মীদেবীগী মপুঙো শ্রীনারায়ণচিংবা অবতারগী পুক্নীঙবু ( শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্যনা ) হুইরে । শ্রীলক্ষ্মীনচিংবা নুপীশিংগী পুক্নীঙ হুইরে ।

### নৈনরোল

নারায়ণগী থবাক্তা চানবা, অমসুং মপুরোইবা নীঙবদা মকোক-থইবী লক্ষ্মী মহাককসু শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্যনা আকর্ষণ তৌখিবনা মপুরোইবা নারায়ণগা সঙ্গ তৌবগী কুংহাইবা পুন্নমক থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংননবা শাথীবা তপস্যা তৌখিরম্মী ; মসীগী প্রমাণ ওইনা মথাগী **কস্যানুভা-বোহস্যঃ**-নচিংবা শ্লোক অসী লৌখৎলি ।

পয়ারসিগী টীকাদা চক্রবর্তীপাদনা ইরম্মী—কৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যদা মিহৌ-মনখিদুনা লক্ষ্মীদেবী কৃষ্ণবু ফংননবা হায়দুনা তপস্যা তৌরম্মী ; মতমদুদা **শ্রীকৃষ্ণনা মাগী নাক্তা পুংলদুনা মহাক্তা তপস্যা তৌবগী মরম করিনো**

হংখি। মতমদুদা লক্ষ্মীনা হায়রম্মী—গোপী ওইনা গোষ্ঠদা বিহার তৌনীঙঙী। মদু তারগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—মত্তুদি ফংবদা রাবা পোৎনী। লক্ষ্মীনা অমুক হায়রম্মী—হে নাথ! অদু ওইরবোইদি সনাগী লৈই (স্বর্ণরেখা) ওইনা নহাক্কী থবাক্তা লৈনীঙঙী। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—তথাস্তু (নীঙবত্তু ওইরসনু)। মতমদুদগী লক্ষ্মীদেবীনা স্বর্ণরেখা ওইনা ভানথ্রিবনী। "শ্রীঃ প্রেক্ষ্য কৃষ্ণসৌন্দর্য্যং তত্র লুব্ধা ততস্তপঃ। কুর্ব্বতীং প্রাহ তাং কৃষ্ণঃ কিং তে তপসি কারণম্॥ বিজিহীর্ষে ত্বয়া গোষ্ঠে গোপীরূপেতি সাব্রবীৎ। তৎদুর্ল্লভমিতি প্রোক্তা লক্ষ্মীস্তমব্রবীৎ। স্বর্ণরেখৈব তে নাথ বস্তুমিচ্ছামি বক্ষসি। এবমস্ত্বিতি সা তস্য তদ্রূপা বক্ষসি স্থিতা॥ সদা বক্ষঃস্থলস্থাপি বৈকুণ্ঠেশিতুরিন্দিরা। কৃষ্ণোরঃস্পৃহয়া সৈব রূপং বিবৃণুতেঽধিকম্॥"

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা নারায়ণচিংবা পুরুষ-অবতারশিংগী অমসুং লক্ষ্মী-নচিংবী নুপীশিংগী পুক্নীঙ ফাওববু হূথ্রবদা অতৈগী রাদি করি হায়রুরনী?

## মূল ১৪৬

দ্বিজাত্মজা মে যুবয়োদ্দিদৃক্ষুণা
ময়োপনীতা ভুবি ধর্ম্মগুপ্তয়ে।
কলাবতীর্ণাববনের্ভরাসুরান্
হত্বেহ ভূয়স্ত্বরয়েতমন্তি মে॥ ১৪৬॥

### শব্দার্থ

দ্বিজ-আত্মজাঃ—ব্রাহ্মণগী মচাশিং; মে—ঐনা; যুবয়োঃ—নখোয়-নীবু; দিদৃক্ষুণা—উনীঙতুনা; ময়া—ঐনা; উপনীতা—পুরকখি; ভুবি—মালেমদা; ধর্ম্মগুপ্তয়ে—ধর্ম্ম-ভারুবগীদমক্তা; কলা—শক্তি পূম্নমক্কা লোয়ন-নিবা; অবতীর্ণৌ—লোংথম্লকখি; অবনেঃ—মালেমগী; ভরা—পোৎলুম-ওইবা; অসুরান্—হিংচাবশিংবু; হত্বা—হাৎলগা; ইহ—মফমসিদা; ভূয়ঃ—অমুক হন্না; ত্বরয়া—থুনমক; ইতম্—লেংলকউ; অন্তি—নাক্তা; মে—ঐগী।

### চৈতন্যনা [illegible]

ধর্ম্ম-ভারুনরবীশিংগী পূর্ণ ওইনা (শক্তি পূম্নমক্কা লোয়নবা) লোংথম্লবা

হে কৃষ্ণার্জুন ! মখোয় অনীগী দর্শন ফংনীঙবনা ঐনা ব্রাহ্মণগী মচানুপা-শিংবু ঐগী পুরু অসিদা পুরকখিবনী ! অমুক হৈনা নখোয়মীনা পৃথিবীগী পোৎলম ওইবা হিংচাবশিংবু হাৎলগা থুনমক ঐগী নাক্তা থারকউ ( ঐগী-দিদা লাক্লগা মখোয মুক্তি ফংগনী )।

## মৈনরোল

দ্বাপরয়ুগীগী মনাক্তা ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপা মাপল মথঙ মথঙ শিখিবদা ব্রাহ্মণদু থরাই হুংঙাইত্তনা মতম লেপ্লম্মী। মচানুপা খুদিংনা হেক শিরগা অশিবা মচাদু পুদুনা নিংথৌগী থোঙজীন্দা য়ৌরম্মী, অদুবু নিংথৌদগী প্রতিকার অমতা ফংদ্রবদা মহাক্কা থনখি—মচাশিংনা শিবদো নিংথৌগী দোষ-ননী। শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈরম্বা অর্জুননা পাও অসী থঙলদুনা ব্রাহ্মণদুদা হায়রম্মী—"ঐ নচানুপাব রক্ষা তৌগনী, ঙমদ্রগদি মৈনুংদা চঙদুনা থরাই থাগনী।" মতম থরা লৈরগা ব্রাহ্মণীদু মীরোল্লক্লে, অদুদা ব্রাহ্মণদুনা অর্জুনদা খঙহল্লরে অদুগা অর্জুননু গর্ভদা-লৈবা অঙাঙদুবু রক্ষা তৌনবগীদমক্তা লেঙ্গেগী লাংনা চারোকশঙদু কুপ্পুনা থন্‌খি। মতমচানা ব্রাহ্মণীগী মচানুপা পোক্লগা কয়ারক্লো কপ্লম্মী অদুগা খুদক্তা মাগী হকচাঙদুমক্কা লোয়ননা আকাশলোমদা মাঙখিরম্মী। মতমদুদা ব্রাহ্মণ অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংলগা অর্জুনবু চৈদুনা হায়রম্মী—"ওইদবা-ঙাঙবা হে অর্জুন ! তোপ্লিদা নঙসে ! বাসুদেব, বলরাম, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ কাওবনা ঐগী ইচাশিংবু রক্ষা তৌবা ঙমখিদে, অদুগা নঙনদুদি মখোয়বু করম্না কনগনী ! ঐগী শিখ্রবা ইচাশিংবু অতোপ্পা লোক-তগী পুরকদৌরি নরা ?" ব্রাহ্মণগী ৱাসী তারগা অর্জুননা খুৎলাই পায়দুনা যমপুরীদা থুংখরে ; মানা থল্লক্বদি যমপুরীদা ব্রাহ্মণগী অঙাঙশিংদু লৈরম্‌গনী হায়ব-সিনী। মফমদুদা মখোয়দো ফংদ্রদুনা অদুম অসুম মথঙ মথঙ তৌদুনা ঐন্দ্রী, আগ্নেয়ী, নৈর্ঋতী, সৌম্যা, বায়ব্যা অদুগা বারুণী পুরীদা অদুদগী রসাতল, স্বর্গ, ব্রহ্মাগী মফম্দচিংবা পুম্নমক্তা অর্জুননা অঙাঙশিংদু থিরম্মী। মফম কৈদমু ব্রাহ্মণগী মচানুপাশিংদু ফংদ্রবদা রাগী ডাকপা ঙমদ্রদুনা মৈনুংদা চঙদুনা শিরাগে নীঙলক্লে, অতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা করি করিনো হায়দুনা শিন্দনবা থাম্লম্মী অদুগা অর্জুনগী মপুরীও লুখৎলগা হায়রম্মী—"ঐহাক নঙোন্দা ব্রাহ্মণ-মচাশিংদো উইনগে।" মতমদুদা অর্জুনগী

লোয়নন। দিবা-ওইবা শগোন্নচিংবা রথ নেৎলদুনা শ্রীকৃষ্ণনা চীঙ-শাৎ-তুরেন, সমুদ্রনচিংবা কয়া লাম্বোকুনা মহাকালপুরীদা থুংখি, মফমদুদা লৈবা ভূমাপুরুষন। শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগবু সম্বোধন তৌদুনা হায়রম্বা বাদো নৈনবিবা শ্লোক সিদা হায়রিবসিনী। মহাক্না হায়রম্বা বাগী মর্মদি অসিনী - ব্রাহ্মণগী মচাশিংদো মহাক্না মনাক্তা লৈ, মহাক্না মখোয়দুবু মফম-দুদা পুবকপনী মখোয়বু থিবনী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণার্জুন মফমদুদা লাকনী, মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা ঋংগনী হায়বা বাসীনা মহাক্না ব্রাহ্মণ কুমারশিংদুবু পুবকখিবনী। মসীদগী খঙবা ঙম্বদি—ভূমাপুরুষ অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদু দর্শন তৌনবা যাম্না খৌরাংখি—হায়বসিনী। মসীদা হায়রিবা মহাকালপুর কৌবা লমদমসি পরব্যোমগী অধিপতি নারায়ণগী কারণার্ণবগী ঈনুঙদা লৈবা ধামদুনী ; অদুগা ভূমাপুরুষ হায়বসিনা মহাকালপুরদা পরব্যোমাধিপতি নারায়ণদুমক্নী।

শ্রীকৃষ্ণনা ভূমাপুরুষ নারায়ণগী- মদুগী উপাসকশংদা ভগবৎ-স্বরূপ পূম্নমক্নী - পুরুীও দুঙ্গ হায়বগী প্রমাণী নৈনরিবা শ্লোক অসি।

মূল ১৪৭

তত্রৈব ( ১০।১৬।৩৬ ) -

কস্যানুভাবোঽস্য ন দেব বিদ্মহে

তবাঙ্ঘ্রিরেণুস্পর্শাধিকারঃ।

যদ্বাঞ্ছয়া শ্রীর্ললনাচরত্তপো

বিহায় কামান্ সুচিরং ধৃতব্রতা॥ ১

শব্দার্থ

কস্য — করিগী ; অনুভাবঃ — ফল ; অস্য — মহাক্না (কালীয়-নাগগী) ; ন — নত্তে ; দেব — হে দেব ; বিদ্মহে — খঙভী ; ( ন বিদ্মহে — খঙদে ) ; তব — নহাক্নী ; অঙ্ঘ্রি — খোঙগী ; রেণু — উৎফুল ; স্পর্শ-অধিকার — শোকপগী হক্ ; যৎ-বাঞ্ছয়া — মদু ( খুয়া-উৎফুল শোক্পগী অধিকার ) পাম্বনা ; শ্রীঃ — লক্ষ্মী ; ললনা — নুপী ; আচরৎ — তৌখি ; তপঃ — তপ ; বিহায় — থাদোকুনা ; কামান্ — অপাম্বা পূম্নমক ; সুচিরং — মতম শাংনা ; ধৃতব্রতা — ব্রত-চেংলবী ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কালিয়নাগগী মুপীনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—"হে দেব! লক্ষ্মীনা মতম শাংনা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা ব্রত-চেৎলবী ওইদুনা তপ তৌরগা তাল্লকপা নথুয়া-উৎফুল অদুবু ফংননবা অধিকারদু কালিয়-নাগ অসীনা করি পুণ্য তৌদুনা ফংলিবনো হায়বদু ঐখোয় খঙজদে।"

## তৈনবোল

কালিয়-দমন-লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা কালিয়দা দণ্ড পীখিবা মতমদুদা কালিয়-নাগগী মুপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অশাউবদু নেমথহন্নবা হায়দুনা স্তুতি তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খিরম্বা রাদু নৈনরিবা শ্লোক অসিদা ফোঙদোক্লী। মখোয়গী উক্তিগী মর্ম্মদি অসীনী—"হে দেব, নঙনা কালিয়-নাগগী মরৈ খুদিঙদা নেৎলগা জগোই শাদুনা নঙগী খুয়া-উৎফুল শোকপগী অধিকারদু মঙোন্দা পীবিরি; করি পুণ্য তৌরক্লুনা কালিয়না লাইবক-ফবসিগী অধিকারী ওইরিবনো হায়বদু ঐখোয়দি খঙবা ঙমজদে; মসী করিগুম্বা তপস্যাগী ফল ওইরোই; মরমদি ঐখোয় খঙঙী—মহাপাপী কালিয়-নাগগী রাদি থাপ্পা থমগ্রদুনা—নারায়ণ-স্বরূপকী থবাক-ভান্‌বী, পবিত্রতাগী থোরক্‌ফম্ ওইরিবী অদুগা ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না ধ্যান তৌরিবা লক্ষ্মী-দেবী অদুনা মেঙবা-তপ্নদা থমথেংবী ওইরবসু অকনবা ব্রত লৌদুনা মতম শাংনা বৃন্দাবনবিহারী নঙগী পদরেণু শোক্‌পগী অধিকার ফংননবগীদমক তৌরম্মী; অদুনু মহাকফাওবা ফংখিদে; করম্না ফবা লাইবক্না কালিয়না অস্পৃক-তাঙবা খুয়া উৎফুলবু ফংলিবনো হায়বদু ঐখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদরে।"

স্বয়ং লক্ষ্মীদেবী ফা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা আকর্ষণ তৌরি হায়বগী প্রমাণ্নি শ্লোক অসী; মাধুর্য্যনা চিংখিবনা মাধগাদুন্ মহাক্ত থংননবগী অধিকার ফংননবগীদমক মহাক্না তপস্যা তৌখিবনী।

## মূল ১৪৮

আপন মাধুর্য্যে হরে আপনার মন।
আপনে আপনা চাহে করিতে আলিঙ্গন ॥ ১৪৮ ॥

## শব্দার্থ

আপন মাধুর্য্যে—মশামক্কী মাধুর্য্যনা; হরে—হুই; আপনার—

মছামক্কী ; মন—পুক্কীগুবু ; আপনে—মহাক্না, আপনা—মছাবু ; চাহে—পাম্মী ; করিতে—তৌবা ; আলিঙ্গন—কোন্শনবা ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী মাধুর্য্যনা মহামক্কী পুক্কীগুবু হূজে। মহামক্কা মহা-মক্‌পু কোন্‌শন্‌বা পামজৈ।

তাৎপর্য্য

মিংশেল্লচিংবদা শ্রীকৃষ্ণনা মশক অতু উরম্লগা করানুক য়াম্না শুমহৎলম্বগে হায়ববু, শ্রীরাধানা মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবগুম্না মহাক মছাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মছামক্কী মাধুর্য্যদু আস্বাদন তৌনীতজৈ। তুংদা লাক্লিবা শ্লোকসিনা মতুংগী প্রমাণনী।

মূল ১৪৯

তথাহি ললিতমাধবে ( ৮।৩২ ) —

অপরিকলিতপূর্ব্বঃ কশ্চমৎকারকারী
স্ফুরতি মম গরীয়ানেষ মাধুর্য্যপূরঃ।
অয়মহমপি হন্ত প্রেক্ষ্য যং লুব্ধচেতাঃ
সরভসমুপভোক্তুম্ কাময়ে রাধিকেব ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থনচিংদদি মধ্য ১/৪/১৪৭ অতুদা য়েংবিয়ু।

মূল ১৫০

সংক্ষেপে কহিল এই কৃষ্ণের স্বরূপ।
এবে সংক্ষেপে কহি শুন রাধাতত্ত্বরূপ ॥ ১৫০ ॥

শব্দার্থ

সংক্ষেপে—শম্পংনা ; কহিল—হায়জরে ; এই—অসি ; কৃষ্ণের স্বরূপ—কৃষ্ণগী স্বরূপ ; এবে—হৌজিক্কি ; সংক্ষেপে—শম্পংনা ; কহি—হায়গে ; শুন—তাও ; রাধাতত্ত্বরূপ—রাধাগী স্বরূপতত্ত্ব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণস্বরূপ তত্ত্বগী শম্পংনা হায়জরে। হৌজিকসু শম্পংনা রাধা স্বরূপ তত্ত্ব হায়জগে তাবিয়ু।

মূল ১৫১

কৃষ্ণের অনন্তশক্তি, তাতে তিন প্রধান— ।
চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি,—জীবশক্তি নাম ॥ ১৫১ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; অনন্তশক্তি—ভমথৈনাইদবা শক্তিনী ; তাতে—মদুদা ; তিন অহুম্না ; প্রধান—মকোক্নী : চিচ্ছক্তি—চিৎশক্তি ; মায়াশক্তি—মায়া কৌবা শক্তি ; জীবশক্তি—জীব কৌবা শক্তি ; নাম—মিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ভমথৈ নাইদবা শক্তিনী, মদুগী মনুঙদা মকোক ওইবা শক্তি অহুম্নী । মকোক অহুমদুগী মিংদি—চিৎশক্তি, মায়াশক্তি অদুগা জীবশক্তি কৌয়ি ।

মূল ১৫২

অন্তরঙ্গা, বহিরঙ্গা, তটস্থা কহি যারে ।
অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি—সভার উপরে ॥ ১৫২ ॥

শব্দার্থ

অন্তরঙ্গা—মনুঙগী ওইবা ; বহিরঙ্গা—মপাম্বোংগী ওইবা ; তটস্থা—তোর্বান্থাবা ; কহি—কৌয়ি : যারে—মখোয়বু ; অন্তরঙ্গা-স্বরূপশক্তি—অন্তরঙ্গনা স্বরূপশক্তিনী ; সভার উপরে—পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিৎশক্তিবু অন্তরঙ্গাশক্তি, মায়াশক্তিবু বহিরঙ্গা শক্তি অদুগা জীবশক্তিবু তটস্থা শক্তি হায়নসু কৌয়ি । অন্তরঙ্গা শক্তিদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিনী ; মসীনা শক্তি পুম্নমক্কী মকোক্নী ।

মূল ১৫৩

তথাহি বিষ্ণু পুরাণে ( ৬/৭/৬১ ) —

বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা ।
অবিদ্যা কর্ম্ম সংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥ ১৫৩ ॥

শব্দার্থকী চিংবদি মধ্য ১/৭/১১৯ অদুদা য়েংলিয়ু ।

## মূল ১৫৪-১৫৫

সচ্চিৎ-আনন্দময়—কৃষ্ণের স্বরূপ।
অতএব স্বরূপ শক্তি হয় তিনরূপ ॥ ১৫৪ ॥
আনন্দাংশে হ্লাদিনী, সদংশে সন্ধিনী।
চিদংশে সংবিৎ—যারে—'জ্ঞান' করি মানি ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

সচ্চিৎ-আনন্দময় সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ চাকুগানী : কৃষ্ণের স্বরূপ—কৃষ্ণগী স্বরূপ-তি ; অতএব—মরমদুনা ; স্বরূপশক্তি—অন্তরঙ্গা শক্তি ; হয়—ওই ; তিনরূপা—মখল অহুম্মী ; আনন্দ-অংশে—আনন্দ শক্তক্তা ; হ্লাদিনী—হ্লাদিনী ( হরাওবগী ওইবা ) : সদংশে সন্ধিনী—সংকী শক্তক্তা সন্ধিনী কৌয়ি ; চিদংশে সংবিৎ চিৎকী শক্তক্তা সংবিৎ কৌয়ি ; যারে—মাবু ( চিৎপু ) ; জ্ঞান করি—জ্ঞান হায়বদুনী হায়দুনা ; মানি—লৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-তি সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ-ভাকুনী ; মরমদুনা অংশ অহুমসী তিন্‌বনা মহাক্কী স্বরূপ শক্তিসু মখল অহুম থোক্কা ফোংডৈ : আনন্দগী অংশনা হ্লাদিনী, সংকী অংশনা সন্ধিনী অদুগা চিৎকী অংশনা সংবিৎ কৌয়ি : ( সংবিৎ ) অসীদী জ্ঞান হায়বদুনী হায়না লৌয়ি।

## মূল ১৫৬

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে ( ১/১২/৬৯ )—

হ্লাদিনী সন্ধিনী সংবিৎ ত্বয্যেকা সর্ব্বসংশ্রয়ে।
হ্লাদতাপকারী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥ ১৫৬ ॥

শব্দার্থনচিংবগীদি মূল ১/৪/৬৪ শ্লোক অদুদা য়েংনবু।

## মূল ১৫৭

কৃষ্ণকে আহ্লাদে—তাতে নাম হ্লাদিনী।
সেই-শক্তিদ্বারে সুখ আস্বাদে আপনি ॥ ১৫৭ ॥

**শব্দার্থ**

কৃষ্ণকে—শ্রীকৃষ্ণবু; আহ্লাদে—হরাওহল্লী; তাতে—মরমদুনা; নাম-হ্লাদিনী—মিং হ্লাদিনী কৌয়ি; সেই শক্তিদ্বারে—(হ্লাদিনী) শক্তি অদুনা; সুখ—নুংঙাইবা, আনন্দ; আস্বাদে—মহাও তংঙী; আপনি—মশাননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু হরাওহল্লী হায়দুনা শক্তিসিগী মিং হ্লাদিনী কৌরিবনী। শক্তি অসী শীজিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না নুংঙাইবা (আনন্দ) ভোগ তৌয়ি।

নৈনরোল

হ্লাদিনী-শব্দগী অর্থদি আহ্লাদিনী, আহ্লাদিনী, আহ্লাদ-দাত্রী (হরাওহনবী) হায়বনী। শক্তিসীনা শ্রীকৃষ্ণবু (অদুগা ভক্তশিংবু) হরাওহল্লী হায়দুনা মাগী মিং হ্লাদিনী কৌরিবনী।

মূল ১৫৮

সুখরূপ কৃষ্ণ করে সুখ-আস্বাদন।
ভক্তগণে সুখ দিতে হ্লাদিনী কারণ॥ ১৫৮॥

**শব্দার্থ**

সুখরূপ—আনন্দ-স্বরূপ (নুংঙাইবগী মশক ওইবা); কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা; করে—তৌয়ি; সুখ-আস্বাদন—নুংঙাইবগী মহাও তংবা; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা; সুখ দিতে—নুংঙাইবা পীননবা; হ্লাদিনী—হ্লাদিনী শক্তিনা; কারণ—মরম ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আনন্দস্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা আনন্দ আস্বাদন তৌয়ি (নুংঙাইবা ফংঙী)। হ্লাদিনী শক্তিসিনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তশিংবুসু নুংঙাইহল্লী।

মূল ১৫৯

হ্লাদিনীর সার অংশ—তার 'প্রেম' নাম।
আনন্দচিন্ময়-রস-প্রেমের আখ্যান॥ ১৫৯॥

## শব্দার্থ

হ্লাদিনীর — হ্লাদিনী শক্তিগী ; সার অংশ — মচি-ওইবা শরূক ; তার — মাগী ; প্রেম — লুংশিবা ; নাম — মিং-নী ; আনন্দচিন্ময় রস — আনন্দ আস্বাদন তৌববু চিন্ময়রস কৌয়ি ; প্রেমের আখ্যান — প্রেমগী খ্যাতিনী ( মিংচৎনী )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হ্লাদিনী শক্তিগী মচি-ওইবা শরূক অমা লৈ, মতুদ প্রেম ( লুংশিবা ) কৌয়ি। আনন্দ আস্বাদন ( অনুভব ) তৌববু চিন্ময়রস কৌয়ি ; আনন্দ-অনুভবসিনা প্রেমগী মিংচৎনী ( খ্যাতিনী, কীর্ত্তিনী )।

## নৈনরোল

**আনন্দচিন্ময়রস** — আনন্দবু অনুভব তৌবগী মশক ওইবা চিন্ময়রস। **আখ্যান** — খ্যাতি, কীর্ত্তি, মিংচৎ। আনন্দবু অনুভব তৌবা নত্রগা আস্বাদন তৌববু চিন্ময় রস কৌরে ; আনন্দানুভব ( লুংঙাইবা ) অসিনক প্রেমগী মিংচৎনী ( খ্যাতিনী, কীর্ত্তিনী ). প্রেম-না ( লুংশিবনা ) আনন্দগী অনুভবনী পোকহল্লী হায়রহুনা আনন্দানুভবসিনা প্রেমগী খ্যাতি হায়বদি কীর্ত্তি ( মিংচৎ ) ওইরিবনী ; হায়বদি প্রেমতনা আনন্দানুভবকী মশক-ওইবা চিন্ময় রস পোকহল্লী হায়বদি প্রেমতনা আনন্দস্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলারস আস্বাদন তৌহল্লী ; প্রেম লৈত্রবদি কনামতনা লীলারস আস্বাদন তৌবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণনসু হায়রম্মী — "আমার মাধুর্য্য নব নব হয় + স্ব স্ব প্রেম অনুরূপ ভক্ত আস্বাদয় /১/৪/১৪৩॥ অমুকসু "প্রৌঢ় নির্ম্মলভাব প্রেম সর্ব্বোত্তম। কৃষ্ণের মাধুর্য্য আস্বাদনের কারণ॥ ১/৪/৪৯॥"

**নত্রগা**, আখ্যান — অখ্যা, নাম, মিং। প্রেমগী মিং অমনা আনন্দ-চিন্ময়রস কৌয়ি। হ্লাদিনীগী সার নী ( মচি-নী ) হায়রহুনা প্রেম-দি স্বরূপতঃ আস্বাদ্য-নী ( মহাও তংনঙাইনী )। শান্তদাস্যনচিংসা রতি মখল মঙাদি প্রেমগী তোঙান-তোঙানবা বৈচিত্রীনী ( মখল্লী ) — মখোয়সীসু আস্বাদ্যনী। বিভাব-অনুভাবনচিংবগা হিন্নরগা মখোয়সীনা চমৎকৃতিজনক ( অঙকপ ফংলবা ) হাওরেন-হাওনেঙাই-ওইবা ( পরম আস্বাদ্য ) রস ওইরকয়ি ; মতৌ অসুম তৌনা, প্রেমসু সামান্যতঃ ( ইচম-চম্বা ওইনা ) পরম আস্বাদ্য রস-নী ; অদুবু মসী চিচ্ছক্তি-হ্লাদিনীগী সার না ( মচিনা )

ওইবা পোংনীন। চিন্ময়-রসনী—জড়-প্রাকৃত রস নত্তে। অমুক, সচ্চিদানন্দময়-শ্রীকৃষ্ণগী আনন্দাংশগী শক্তিদুমক্তা হ্লাদিনী ওইরিবনী ; শক্তিগা শক্তিমানগা খেন্নদে হায়দুনা হ্লাদিনীসু হ্লাদিনীগী সার-ওইবা প্রেমসু আনন্দস্বরূপ নী। মতৌ অসূম্না প্রেম-না আনন্দরূপ চিন্ময়রস ওইরিবনী। মরমসীনা আনন্দচিন্ময়রস-না প্রেমগী মিং অমা ওইরিবনী। পয়ারসীদা সাধারণ ওইনা প্রেমবু আনন্দচিন্ময়রস কৌরসীনা খঙবা ভুম্বদি—প্রেমগী বৈচিত্রী (মওং) থুদিংমক আনন্দচিন্ময়রসনী হায়বসিনী ; মরমসীনা ভাব পুন্নমক্কী প্রেমরসদুমক রসিক শেখর শ্রীকৃষ্ণগী আস্বাদ্য-নী (মহাওতংনভাইনী)। ব্রহ্মসংহিতাগী আনন্দচিন্ময়রস প্রতিভাববিভাতি-নচিংবা শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা আনন্দচিন্ময়রস-শব্দগী অর্থ—পরমপ্রেমময় উজ্জ্বলরস—হায়না ইরম্মী ; মরমদি, ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেমগী বাদমক শোক-লীদা হায়বনী অমসুং মখোয়গী মরক্তা প্রেমগী বৈচিত্রী (মখল) লৈরিবদো উজ্জ্বলপ্রেমনী ; কান্তা-প্রেমদি উজ্জ্বল-প্রেমনী। নত্রগা, আখ্যান— বিশেষ বিবরণ (থোক্তদোকপা ৱারী নত্রগা ৱারোল)। প্রেমগী মাহৌ আনচিংবদু বিশেষ ওইনা লীরবদি খঙবা ভুমগনী মদুদি—প্রেম-দি আনন্দচিন্ময় রস-নী, আনন্দরূপ পরম আস্বাদ্য ওইবা চিন্ময় ওইবা পোংনী।

পয়ারসিদা শম্পাংনা প্রেমগী স্বরূপ-লক্ষণ অমসুং তটস্থ-লক্ষণ তাক্লী—স্বরূপলক্ষণা প্রেমদি হ্লাদিনীগী সার-নী ; অদুগা মাগী তটস্থলক্ষণা (মাগী থবক্তা) অসিনী মদুদি প্রেমনা আনন্দস্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা মরী-লৈনবা চিন্ময়রসগী মহাওতংহল্লী, নত্রগা প্রেমসী পরম আস্বাদ্য ওইবা চিন্ময়-ওইবা পোংথমনী।

মূল ১৬০

প্রেমের পরম সার—'মহাভাব' জানি।

সেই মহাভাবরূপা রাধাঠাকুরাণী ॥ ১৬০ ॥

শব্দার্থ

প্রেমের—প্রেমগী ; পরম—খনথেংবা ; সার—মচি ; মহাভাব জানি—মহাভাব হায়না খঙউ ; সেই—অদু ; মহাভাবরূপা—মহাভাবকী মূর্তি ; রাধাঠাকুরাণী—রাধা ইরেম্মানী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমগী থমথেংবা মচিদি 'মহাভাব' হায়না খঙডী। মহাভাবমূর্ত্তি অদুদি শ্রীরাধা ইবেম্মনী।

**মৈনরোল**

মহাভাবরূপা— মহাভাবমূর্ত্তি। শ্রীকৃষ্ণদা আনন্দ পীবা শক্তিগী মমিং হ্লাদিনী কৌয়ি; হ্লাদিনীগী সার-না মহাভাব হায়বনুনী; মরমতুনা সচ্চিদানন্দময় ওইবা অমসুং শৃঙ্গার-রসরাজময়-মূর্তিধর ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু, শৃঙ্গার-রসানন্দ অদুবু অনুভব তৌহন্বা পরম-শক্তি-ওইবা মহাক্তো মহাভাব স্বরূপা (মহাভাবকী মূর্ত্তি ওইবা) রাধাঠাকুরাণীনুনী।

**মূল ১৬১**

তথাহি উজ্জ্বলনীলমণৌ—রাধাচন্দ্রাবল্যোঃ

শ্রেষ্ঠতাকথনে ( ১ )

তয়োরপ্যুভয়োর্মধ্যে রাধিকা সর্বথাধিকা।

মহাভাবস্বরূপেয়ং গুণৈরতিবরীয়সী ॥ ১৬১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৪/৭১-দা য়েংবিয়ু।

শ্রীরাধিকানা মহাভাবস্বরূপা নী হায়বগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

**মূল ১৬২**

প্রেমের স্বরূপ দেহ প্রেমবিভাবিত।

কৃষ্ণের প্রেয়সী শ্রেষ্ঠা জগতে বিদিত ॥ ১৬২ ॥

**শব্দার্থ**

প্রেমের স্বরূপ প্রেমগী মূর্ত্তিগা পাংথক্লী; দেহ—শ্রীরাধাগী হকচাঙদি; প্রেমবিভাবিত প্রেমনা ফোঙদোকপা নত্রগা প্রেমনা থোইদোকপা অমা ওইনা পুথোকপা নত্রগা শাগৎলবা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; প্রেয়সী—নুংশিবী; শ্রেষ্ঠা—মকোক; জগতে বিদিত— জগৎনা খঙনরিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধাগী দেহদি প্রেমগী মূর্ত্তিশ্বরনী, মাগী দেহতু প্রেমতনা তাহৎলগা শাবনী। মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবীনী হায়না জগৎতা খঙনরিবনী।

মূল ১৬৩

তথাহি ব্রহ্মসংহিতায়াম্ ( ৫/৩৭ )

আনন্দচিন্ময়রস প্রতিভাবিতাভি

স্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।

গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো

গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি ॥ ১১৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৪/৭২-দা য়েংবিয়ু। শ্রীরাধাগী দেহদি প্রেম-বিভাবিতনী হায়বগী প্রমাণ্ণী শ্লোক অসী। শ্লোকসিদা শ্রীরাধাগী দেহসু প্রেমবিভাবিত-নী হায়রি।

মূল ১৬৪

সেই মহাভাব হয় চিন্তামণি সার।

কৃষ্ণবাঞ্ছা পূর্ণ করে—এই কার্য্য যার ॥ ১৬৪ ॥

শব্দার্থ

সেই মহাভাব—মহাভাব অদুনা ; হয়—ওই ; চিন্তামণি সার—চিন্তামণিগী মচি ; কৃষ্ণবাঞ্ছা—কৃষ্ণগী অনীঙবা ; পূর্ণ করে—পুংহন্নী ; এই কার্য্য—থবকসী ; যার—মহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভাব অদু চিন্তামণিগী মচিনী। মাগী মথৌদি কৃষ্ণগী নীঙবা থুংহনবনী।

নৈনরোল

মহাভাবস্বরূপ-ওইবী শ্রীরাধামা করি তৌয়ি হায়বদু অসিদা হায়রি। চিন্তামণিনা অনীঙবা পূম্নমক থুংহনবগুম্না মহাভাব স্বরূপা-ওইবী শ্রীরাধাসু শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পূম্নমক থুংহল্লী। নত্রগা, মহাভাব-তি শ্রীরাধাগী বাসনা পূম্নমক থুংনবগী মরম্নী।

মূল ১৬৫

মহাভাব চিন্তামণি—রাধার স্বরূপ।

ললিতাদি সখী তাঁর কায়ব্যূহরূপ ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

মহাভাব চিন্তামণি—মহাভাবং কৌবা চিন্তামণি ; রাধার স্বরূপ—রাধাগী স্বরূপ-নী ; ললিতাদি—ললিতানচিংবা ; সখী—সখীনা ; তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী) , কায়ব্যূহ— কায়গী (হকচাঙগী) শন্দোকপা (ব্যূহ) ; কায়ব্যূহরূপ—কায়ব্যূহগী মশক্কী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভাব কৌবা চিন্তামণিনী রাধাগী স্বরূপ তি । ললিতানচিংবী সখীশিংনা মহাক্কী ( রাধাগী ) কায়ব্যূহগুম্বনী ।

## নৈনরোল

শ্রীরাধা মথন্তনা কৃষ্ণগী বাঞ্ছা পূর্ণমক থুংহনবা ঙম্লবাইদি অতৈ অতৈ গোপী কোটি চামা লৈবগী করি কান্নে ? শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়—শ্রীকৃষ্ণনা গোপী কোটি চামগা বিলাস তৌখি । অদুক শ্রীকৃষ্ণসু রূপ-তা, গুণ-দা, শক্ ওংদা, শাজংতা খেন্নবা কান্তা ময়ামগা বিলাস তৌবদগী ওইরকপা রসদু আস্বাদন তৌনীঙঙী. অসিগুম্বা বাঞ্ছাসিবু শ্রীরাধা মথন্তনা করম্না থুংহনবা ঙমগনী ? মাহংসিগী পাউখুম ওইনা হায়রি—“ললিতাদি সখী তাঁর কায়ব্যূহরূপ।” —ললিতানচিংবী সখীশিংদি মাগী ( শ্রীরাধাগী ) কায়ব্যূহনী ( হকচাঙনা শন্দোকপা ঙাক্নী ) । ললিতানচিংবী গোপী কোটি-চামগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা মখোয়দো শ্রীরাধাদগী লোঙানবা ( স্বতন্ত্রা ) নত্তে ; মখোয়দি শ্রীরাধামক্কী কায়ব্যূহনী, হায়বদি শ্রীরাধানা গোপী কোটি চামদুগী রূপ লৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা কান্তা ময়ামগা সঙ্গম ওইবগী রস (নুংঙাইবা) আস্বাদন তৌনীঙবদো থুংহনখি ; মরমসিনা শ্রীরাধা মথন্তনা স্বয়ং ওইনা অমসুং ললিতানচিংবী সখী ময়াম ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পূর্ণমক থুংহল্লী । কান্তা ময়ামগা লোয়ননা বিলাস তৌবদগী পোকপা রস শ্রীকৃষ্ণনা আস্বাদন তৌনীঙবদুবু থুংহন্নবগীদমক শ্রীরাধানা ললিতানাচিংবী কান্তা ময়ামগী রূপ লৌবা তাখী ।

চিন্তামণি অমথক্কনা শকয়াম লৌদুনা অপাম্বা-নিরবা মীশিংনা পামজবা মগল মথা থুংহল্লী ; মরমসিনা শ্রীরাধা মথন্তনা, ঙশেংনা হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণগী বাঞ্ছা পূর্ণমক থুংহল্লী হায়বসিদা করিমত্তা নাইতে-চাদবা য়াওদে ।

প্রসঙ্গ অসিদা ললিতানচিংবী সখীশিংগী তত্ত্ব করিনো হায়বদু হায়রি, মদুদি শ্রীরাধাগী কায়ব্যূহনী হায়রদুনা মখোয়সু মরাভাববরূপকী মশকী।

**কায়ব্যূহরূপ**—মতম অমতদা থবক ময়াম তৌননবা হায়দুনা মশাগী দেহ ময়াম ওইনা প্রকাশ তৌয়গদি প্রকাশ তৌরকপা দেহশিংদুবু কায়ব্যূহ কৌয়ি; কায়ব্যূহগী আকার-নচিংবদু মূল দেহগা মাপ্পৈ। ব্রজদা ললিতানচিংবী সখীশিংগী আকার-নচিংবদু শ্রীরাধিকাদগী তোঙান্নী, মরমদুনা মখোয়বু কায়ব্যূহ কৌদদুনা "কায়ব্যূহরূপ" হায়রম্মী; আকারনচিংবদা মখোয় শ্রীরাধাগী অনীশুবা রূপ-নী।

**সখী**—প্রেমলীলাবিহারাণাং সম্যগ্‌বিস্তারিকা সখী। বিশ্রম্ভরত্নপেটীব। উঃ নীঃ সখী ১॥ হায়বদি প্রেমলীলাবিহারনচিংববু বিস্তার (শন্দোকপা) তৌবীবু সখী কৌয়ি; সখীদু থাজবা (বিশ্রম্ভ) কৌবা রত্নবু হাপ্পনা লুবাক্নী।

মূল ১৬৬

রাধাপ্রতি কৃষ্ণস্নেহ সুগন্ধি উদ্বর্তন।

তাতে অতি সুগন্ধি দেহ উজ্জ্বলবরণ॥ ১৬৬॥

শব্দার্থ

রাধাপ্রতি—রাধাগী মফমদা; কৃষ্ণস্নেহ—কৃষ্ণনা থুংশিবদি; সুগন্ধি—মণম-থুংশিবা; উদ্বর্তন—মুরা-কোরবা হীদাক; তাতে—অদুগী মথক্তা; অতি—য়াম্না; সুগন্ধি মণম-থুংশিবা; দেহ—হকচাঙ; উজ্জ্বল বরণ—লংত্রিক লংবা কুচুগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাগী মফমদা কৃষ্ণগী স্নেহদি মণম-থুংশিবা হক্‌-তৈ হীদাক্নী (উদ্বর্তন অমনী)। অদুগী মথক্তা রাধাগী দেহদু লংত্রিকলংবা কুচুগীনী অমসুং মণম-থুংশিবনী।

## নৈনরোল

শ্রীরাধাদি মহাভাবমূর্তিনী, প্রেমগী মশক্নী অমসুং প্রেমনা শাবনী, মদুগীমতীক-চাবা প্যোংনা মহাকবিনা বর্ণনা তৌরগা উৎলি। ২/৮/১৬২ মূল পয়ারদা হায়রি—শ্রীরাধাগী দেহদি প্রেমনা মচাক ওইরগা শাগৎপনী,

## মৈমরোল

প্রেমগী মূর্তিবিগ্রহনী মহাক। মহাক্কী শীজন্নবা পোৎ পুন্নমক প্রেমগী বিলাসনী হায়বদি থোইদোক্পা মথল অমনী ; মহুমক ২/৮/১৬৬-তগী হৌরগা পয়ার কয়ামুক্তা উৎলি। তশেংবমক ভগবৎ পরিকরশিংনা শীজন্নবা পোৎ পুন্নমক চিন্ময় (প্রাকৃত-নত্তবা) ভাক্কী, চিচ্ছক্তিগী বিলাস-নী ; শ্রীরাধানা শীজন্নবা পোৎচৈপুম্বা চিচ্ছক্তিনা ইকোন্-কোনবদা ওন্থৎলকপা (চরমতম পরিণতি) প্রেমগী মথল-মথা শকউৎনী।

উদ্বর্ত্তন—হকচাঙগী অম্মোৎপা কোক্রবা হক্-তৈ হীদাক অমনী। মসী তৈরগা হক্চাঙ মেঙডী অমসুং ইঙডী। উদ্বর্ত্তনগা কুম্কুমচিংবা মণম নুংশিবা পোৎকা য়ানশন্নরগদি মহু তৈবদা হকচাঙগী মণমসু নুংশি। শ্রীকৃষ্ণগী স্নেহনা (নুংশিবনা) উদ্বর্ত্তন ওইরগা মহুদা সখীশিংগী প্রণয়-না (নুংশিবগী) থাক অমনী) মণম-নুংশিবা কুম্কুম্গা য়ানশন্নরগা শ্রীরাধাগী মণম য়াম্না হেন্না নুংশিবা উদ্বর্ত্তন শেম্বনী। উদ্বর্ত্তন অসী শীজন্নবদা মহাক্কী দেহ মণম-নুংশিবা অমসুং লংত্রিক-লংবা ওইখি। চিত্তবু পেৎহন্-ডম্বা গাঢ়-প্রেমবু স্নেহ-কৌয়ি ; আরুহ্য পরমাং কাষ্ঠাং প্রেমা চিদ্দীপদীপনঃ। হৃদয়ং দ্রাবয়েন্নষ স্নেহ ইত্যভিধীয়তে॥ উঃ নীঃ স্থা, ৫৭/ হায়বদি প্রেমদুনা পরম উৎকর্ষদা (কাখৎপগী থমথেংবা মতাঙদা) কারক্লবদা চিদ্দীপদীপন হায়বদি প্রেম-বিষয়বু উপলব্ধি তৌরে হায়বা তাকয়ি অমসুং চিত্তবু শোঁদোকহল্লী, মতমদুদা প্রেমদুগী মমিং স্নেহ কৌয়ি। স্নেহ পোক্রবদি শক উনরগা পেনবা য়াদে। সুগন্ধি উৎবর্ত্তন শীজন্নরগা হকচাঙ থোৎপা, ঈঙবা অমসুং লংবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী স্নেহ অমসুং সখীশিংগী প্রণয় ফংবদসু শ্রীরাধাগী দেহ ঈঙবা (সিগ্ধ), মণম-নুংশিবা (সুগন্ধি) অমসুং লংবা (উজ্জ্বল) ওইয়ে।

"রাধাপ্রতি কৃষ্ণস্নেহ"—নচিংবা পয়ার কয়ামুক্তা পণনা তৌরিবা বিষয়দু শ্রীমদ্দাস গোস্বামীগী" প্রেমাম্ভোজমকরন্দাখ্যস্তবরাজ-দা" য়াম্না ফজনা বর্ণন তৌয়ি ;মফমসিদা স্তবরাজদু লৌখৎলিঃ "মহাভাবোজ্জ্বলচিন্তারত্নোদ্ভাবিতবিগ্রহাম্। সখীপ্রণয়সদ্গন্ধবরোদ্বর্ত্তন-সুপ্রভাম্॥ ১॥ কারুণ্যামৃতবীচীভিস্তারুণ্যামৃতধারয়া। লাবণ্যামৃতবন্যাভিঃ স্নাপিতাং গ্লপিতেন্দিরাম॥ ২॥ হ্রীপট্টবস্ত্রগুপ্তাঙ্গীং সৌন্দর্য্যঘুসৃণাঞ্চিতাম্। শ্যামলোজ্জ্বল কস্তুরী-বিচিত্রিত কলেবরাম্॥ ৩॥ কম্পাশ্রুপুলক-স্তম্ভ-স্বেদ-গদ্গদ-রক্ততা। উন্মদোজ্জাড্যমিত্যেতৈ রত্নৈর্নবভিরুত্তমৈঃ॥ ৪॥ কৢপ্তালঙ্কৃতি-সংশ্লিষ্টাং গুণালীপুষ্পমালিনীম্॥ ধীরাধীরাত্বসদ্বাসপটবাসৈঃ পরিষ্কৃতাম্॥৫॥

প্রচ্ছন্নমানধম্মিল্লাং সৌভাগ্যতিলকোজ্জ্বলাম্ । কৃষ্ণনামযশঃ-শ্রাবাবতংসোল্লাসিকর্ণিকাম্ ॥ ৬ ॥ রাগতাম্বূলরক্তৌষ্ঠীং প্রেমকৌটিল্যকজ্জলাম্ । নর্ম্মভাষিত-নিঃস্যন্দ-স্মিতকর্পূরবাসিতাম্ ॥ ৭ ॥ সৌরভান্তঃপুরে গর্ব্বপর্য্যঙ্কে পরি লীলয়া । নিবিষ্টাং প্রেমবৈচিত্ত্য-বিচলত্তরলাঞ্চিতাম্ ॥ ৮ ॥ প্রণয়ক্রোধ সচ্চোলীবন্ধগুপ্তীকৃতস্তনাম্ । সপত্নীবক্ত্রহৃচ্ছোষি যশঃ শ্রীকচ্ছপীরবাম ॥ ৯ ॥ মধ্যতাপ্তসখীস্কন্ধ-লীলান্যস্তকরাম্বুজাম্ । শ্যামাং শ্যামস্মরামোদ-মধুলী-পরিবেশিকাম্ ॥ ১০ ॥ ত্বাং নত্বা যাচতে ধৃত্বা তৃণং দন্তৈরয়ং জনঃ । স্বদাস্যামৃতসেকেন জীবয়াম্ং সুদুঃখিতম ॥ ১১ ॥ নমুঞ্চেচ্ছরণায়াতমপি দুষ্টং দয়াময়ঃ । অতো গান্ধর্ব্বিকে ! হাহা মুঞ্চৈনং নৈব তাদৃশম্ ॥ ১২ ॥

মূল ১৬৭

কারুণ্যামৃত-ধারায় স্নান প্রথম ।

তারুণ্যামৃত-ধারায় স্নান মধ্যম ॥ ১৬৭ ॥

শব্দার্থ

কারুণ্য অমৃত—চানবীহৈবা কৌবা অমৃতগী ; ধারায়—ঈচেন্দা : স্নান প্রথম -অহানবা স্নান ; তারুণ্য অমৃত-ধারায়—অনৌবা যৌবন কৌবা অমৃতগী ঈচেন্দা : স্নান মধ্যম—ময়ায়গী স্নান ( মধ্যাহ্নগী স্নান) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধিকানা চানবীহৈবা কৌবা অমৃতগী ঈচেন্দা অহানবা স্নান তৌয়ি । অদুগা নব-যৌবন কৌবা অমৃত ধারাদা মধ্যাহ্ন স্নান তৌয়ি ।

## নৈনরোল

**কারুণ্য-** "পরদুঃখাসহো যস্তু করুণঃ স নিগদ্যতে" । ভ-র, সি ২/৫/৬৪/ অতোপ্পগী অরাবা উবদা খাঙবা ঙমদবা মহাক্তবু করুণ ( মীচুং-শিখঙবা. চানবীহৈবা ) কৌয় ; করুণ ওইবগী ভাব অদুবু কারুণ্য কৌয়ি । **স্নান প্রথম**—অহানবা স্নান হায়বদি প্রাতঃস্নান ( অয়ুকঙগী ঈরুজবা) । তুরেনগী ঈচেন্দা প্রাতঃস্নান তৌগদবনী । শ্রীমতী রাধিকা কারুণ্যগী মশক ওইবা অমৃতগী ঈচেন্দা প্রাতঃস্নান তৌবগুম্মী । শ্রীরাধাগী প্রাতঃস্নানসিনা মহাক্কী চহীমতাংগী অসুক হায়বদি বয়ঃসন্ধি ( শৈশবকা

যৌবনগগী তাইনবা ) মতাওহু অমন্থুনা হায়বনী। অমুডা তুরেন্গী ঈচেন্দা স্নান তৌরবদি হকচাঙ স্নিগ্ধ ( মুংঙাইনা ঈডবা ) ওইবঙুন্না বয়-সন্ধিগী মতাঙদা অঙাঙ-নারা ওইবগী পুক্নীঙ-তয়াংবা ( বাল্য চাপল্য ) লৈরক্কবগুম্না অমস্তুং মতুগা লোয়ন-লোয়ননা কারুণ্য (করুণা) পোক্লক্কপদা শ্রীরাধাগী দেহগী স্নিগ্ধ ওইবহু হেক্কংলম্মী।

তারুণ্য—যৌবন, মথোক্ক-কাবা মতাও। স্নান মধ্যম—মধ্যাহ্ন মতমগী স্নান।

সুকুমারীশিংনা নুমংগী থবক তৌননা মধ্যাহ্নগী মতমদা তুরেন্দা কুমতুনা স্নান তৌবা ঙমদবা মরম্না দাসীশিংনা পুরকপা ঈশীঙনা অয়ামা মতমদা যুমদা মধ্যাহ্ন-স্নান তৌনৈ। শ্রীমতীরাধিকাসু সখীশিংনা পুরকপা ঈশীঙনা হায়বদি যৌবন হৌরকপা ভাব কী মশক ওইবা অমৃত ধারাদা মধ্যাহ্ন স্নান তৌয়ি। সখীশিংনা কৃষ্ণদর্শন তৌহনগা মতমগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ থাত্নুনা শ্রীমতী রাধিকাগী মপুক্তা নব-যুবতী ওইবগী হৌনবা ভাব ময়ামতু লৈশাং ফনা শাংপগুম শাংহল্লম্মী, ভাব পুন্নমকশিংদো থোরকপদা মহাক্কী দেহগী কমনীয়তা ( পামঙাই ওইবা, ফজবা ) ওইবা অদু মধ্যাহ্নস্নান তৌরগা ওইবা স্নিগ্ধতাগা ( মুংঙাইনা ঈঙবগা ) চাংদন্নবনী।

মূল ১৬৮

লাবণ্যামৃতধারায় তদুপরি স্নান।

নিজ লজ্জা-শ্যাম-পট্টশাটি পরিধান॥ ১৬৮ ॥

শব্দার্থ

লাবণ্য-অমৃত—শকফজবগী রাশি কৌবা অমৃতগী ; ধারায়—ঈচেন্দা ; তদুপরি—মদুগী মথক্তা ; স্নান—ঈরুজবা ; নিজ—মশাগী ; লজ্জা—ঈকাইবা ; শ্যাম—শঙবাম্নবা ; পট্টশাটী—পাট্কী শাড়ী ; পরিধান—থোম্নবা থাঙচেং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**অদুগী মথক্তা লাবণ্যগী মশক ওইবা অমৃতগী ঈচেন্দা অমুক শ্রীমতী রাধানা স্নান তৌয়ি। অতুদগী মশাগী ঈকাইবা কৌবা শঙবাম্নবা মচুগী পাট্কী শাড়ীমু থোল্লী।**

## মৈনরোল

লাবণ্য--মুক্তাফলেষু ছায়ায়া স্তরলত্বমিবান্তরা। প্রতিভাতি যদঙ্গেষু লাবণ্যং তদিহোচ্যতে। হায়বদি মুক্তাগী মনুঙদা মঙানগী ইপোম থোরকপাগুম্না হকচাঙদা মঙানগী ( কান্তিগী ) ইপোম থোরকপা অদুবু লাবণ্য ( রাশি ) কৌয়ি।

ত্রিবি স্নান--মধ্যাহ্নস্নানগী মতুঙগী য়াচঙবা মতমগী স্নান। য়াচঙবদা কালেন-হুংশাগী মৈচাক মাঙহন্নবা ঈরুজবা। শ্রীরাধাগী সায়াহ্নস্নানদি লাবণ্যগী মশক ওইবা অমৃত ধারাদা হৌয়ি। হায়বদি সায়াহ্নগী অবগাহন ( ঈরুপ্পা ) স্নান-দা হকচাঙ পুম্না ঈশীঙদা লুপ্পগুম্না যৌবন হুংলারবদা শ্রীরাধাগী অঙ্গ পুন্নমক লাবণ্য-গী ঈচেন্দা লুপ্লম্মী হায়বদি মহাক্কী অঙ্গ পুন্নমক্তা লাবণ্যগী তরঙ্গ ( ইপোম ) কারম্মী।

মতম অহুমগী স্নানসিনা খঙহনবদি অসিনী মহুদি— শ্রীরাধাগী দেহদি কারুণ্যনে, নবযৌবননে অমসুং লাবণ্যনে-অহুমসি তুঙঙকম মরুনী।

নিজলজ্জাশ্যাম-পট্টশাটী—মহাক্কী লজ্জাগী মশক ওইবা শ্যামবর্ণগী পাটনা শাবা শাড়ীনা শ্রীমতীরাধাগী থোম্নবা ফিনী। মসিনা তাকপবু শ্রীরাধাদি য়াম্না ঈকাই-থীগনবীনী ( লজ্জাবতীনী ) হায়বসিনী। শেংনবা ফিগী মতৌগুম্না লজ্জানা ( ঈকাইথীবা হায়বদুনা ) মহাক্কী দেহ পুন্নমকপু কুপ্পুনা থনম্মী।

লজ্জা--ঈকাইবা (ব্রীড়া)। নবীন-সঙ্গমাকার্য্যস্তবাবজ্ঞাদিনা কৃতা। অধৃষ্টতা ভবেদ্ব্রীড়া॥ নবসঙ্গম (নৌনা তিন্নবা), অকার্য্য (তৌহৈদবা থবক), স্তব ( থাগৎপা ) অমসুং অবজ্ঞা ( থঙহৈদবা ), অসিনচিংবনা মরম ওইদুনা ধৃষ্টতা-বিরোধী (ঈকাই থঙবগী ওইবা) ভাব পোকপদুবু ঈকাইবা ( ব্রীড়া, লজ্জা ) কৌয়ি। ভঃ রঃ সিঃ ২/৪/৭৬॥

শ্যাম—শংবান্নবা মচু ( নীলবর্ণ ) ; শৃঙ্গার-রসবুস্ শ্যামরস কৌয়ি।

মূল ১৬৯

কুঙ্কুম-অনুরাগ দ্বিতীয় অরুণ বসন।

প্রণয়-মান-কঞ্চুলিকায় বক্ষ আচ্ছাদন॥ ১৬৯॥

### শব্দার্থ

**কৃষ্ণ-অনুরাগ**—কৃষ্ণদা তৌবা অনুরাগ (নোংহৌমদুনদা লৈবা মমুংশি); **দ্বিতীয়**—অনীশুবা ; **অরুণ**—অঙাঙবা মচুগী ; **বসন**—ইন্নবা ফি ; **প্রণয়**-মুংশিবা হেন্গৎলকপগী মতাঙ অমগী মিং ; **মান**—প্রেম হেন্গৎলকপগী মতাঙ অমগী মিং ; **কঞ্চুলিকায়**—থাখুম-না ; **বক্ষ**—থবাক ; **আচ্ছাদন**—কুপ্পা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণবু মুংশিবা মখল অনুরাগ হায়নদুনা অনীশুবা অঙাঙবা মচুগী ওইবা ইন্নবা ফিনী (উত্তরীয়বস্ত্রনী)। প্রণয় অমসুং মান কৌবা মুংশিবগী মতাঙ অনীদুনা থাখুম ওইবগা থবাক খুমলম্মী।

### নৈনরোল

**অনুরাগ**—সদানুভূতমপি যঃ কুর্যান্নবনবং প্রিয়ম্। রাগোভবন্নবনবঃ সোঽনুরাগ ইতীর্যতে ॥ রাগ হায়বদুনা অমুক অমুক নোংখৎলকুনা মতম-পুম্নমক্তা অনুভব তৌরবা মুংশিজরবা মীদুগী রূপ (শক)-নচিংববু মতম পুম্নমক্তা অনৌবা ওইদুনদা উৎপা, অদুগুম্বা রাগবু অনুরাগ কৌই। উঃ নীঃ স্থাঃ ২০১।

**দ্বিতীয় অরুণ বসন**—ফি অমনা অশংবা শাড়ী, অতোপ্পা অমনা অঙাঙবা ইনফি। মতমপুম্বনা অনুভব তৌরবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপগুণচিংবদু অমুক খুদিঙগী শ্রীরাধাগী মনাক্তা নোংদুনদা লৈহনবা, অদুগুম্বা অনুরাগনা শ্রীরা-ধাগী মচু-ঙাঙবা উত্তরীয়গা (ইনফিগা) পাংখরী।

**মান**—স্নেহস্তূৎকৃষ্টতা ব্যাপ্ত্যা মাধুর্যং মানয়ন্নবম্। যো ধারয়ত্য-দাক্ষিণ্যং স মান ইতি কীর্ত্যতে। স্নেহ কৌবা মুংশিবগী মতাঙদুনা হেন্গৎ-লকপনা হান্নবা অনুভব তৌহল্লগা নপাঙ্গোংদনা কুটিলতা (ওইনচাঙবা, শাঙবা) উৎপা মতাঙদুবু মান কৌই। খুদমদি—শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা বন মনুঙদা বিহার তৌরম্মী ; মতুদা প্রেম হেন্গৎলকুনা শ্রীরা-ধাগী থম্মোই পেত্থরকপনা মীৎমুদগী পিরাং শিন্তরকখি। মনোমদা শঙ্গ শজীক চারম্মী, অদুদা উৎফুল হৌরম্মী। পিরাং শিন্তবগী মরমদু লোৎপা য়াননবা উফুল অদুবু নরম ওইহন্দুনা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী— "উৎফুল ময়ামসিনা এগী মীত্তা চঙদুনা মীত্তগী পি তারে।" মতমদুদা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী "কদায়, ঐ উৎকুলদু দু লাউনা কাম্‌থোকপীগে।" অসুম হায়রগা উৎকুল কাম্‌থোক্কে তৌরদা শ্রীরাধানা হায়রম্মী—"হৌজিক ঘাইথো। নহাকী কপট (তৌশন্না) প্রেম অসী ঐদি পামজদে।" অসী হায়রুনা শ্রীরাধাদু মানবতী (মান-তৌবী) ওইখরে। মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণমাদ্‌গী অনৌবা ওইনা অনুভব তৌবদগী নীংগ্রৈদা পিরাং শিন্থরম্বনী। মপাঙ্গোইদা কুটিলতা উৎকুনা শ্রীকৃষ্ণনা উৎকুল কাম্‌থোক্কে হায়বদু থিংলগা মচাক্কা লাম উৎলম্মী।

**প্রণয়**—মানো দশানো বিস্রম্ভং প্রণয়ঃ প্রোচ্যতে বুধৈঃ॥ মান হায়বদুনা বিস্রম্ভ (বিশ্বাস—থাজবা) ধারণ তৌরবদি মহাকপু প্রণয় কৌয়ি। উঃ নীঃ স্থাঃ ৭৮। বিশ্বাস অসী লৈবনা মহামকী প্রাণ, মন, বুদ্ধি, দেহ অমসুং ফীজোম্নচিংবগা কাম্বগী প্রাণ, মন, বুদ্ধি, দেহ অমসুং ফীজোম্নচিংবগা থেমদবগী জ্ঞান পোকহল্লী। খুদমদি শ্রীকৃষ্ণনা সম্ভোগ তৌরগা রাধাগী মফিমরোল মশৎমদা শেমজনবা লোইরগা মাগা লোয়নবা কুঞ্জগী মাঙ্গোলদা ফাঙাইনা ফম্লুই শ্রীরাধাবু অরাপ্পনী বোললগা রূপমঞ্জরীনা হায়রম্মী—"সখি, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী কুচ-নাক যৌমা থোক্কনা পায়রে; শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবাম্না মচক থম্বগা লৈরে অদুগা মীৎচিনা যেংদুনা শীশূম শূক্লে; অদুগা অমুক হন্না তুঙ্কংবী ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সনা-ফীগেনা মহাকী মায়থোঙ- প্রমোদগী (শান্নবগী) পিরাংনা চাম থোক্কবা মায়থোঙ—অদু তৈথোক্কনাঙ্গোক্‌পীরে।" মফমসিদা ভ্রুকুটী তৌবনা (শীশূম-শূক্লোকপনা) মরম ওইদুনা শাংডমদগী মরম্না তৌবা মান অদুনী। চিত্ত পেথনা মরম্না শান্নবগী পিরাং শিন্থবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ফৈজোম্না মাগী মায়থোঙ তৈথোক্‌পা মরম্না হাঙ্গোয়বা লৈত্তবদগী অমতা ওইনখিবা অসী প্রণয়নী।

**প্রণয়মান-কঞ্চুলিকায়**—প্রণয় অমসুং মান অনীমা থাখুম (কঞ্চুলিকা) ওইদুনা শ্রীরাধাগী থবাক খুমজল্লম্মী। থাখুম্না থোঙ্গাং-তুঙ্ডফম খানীদু খুমজল্লীদি হায়বর থোঙ্গাং তুঙ্ডফম (স্তন) অনীদু লৈ হায়বদো লোৎপা ওনদবগুম, মান তৌনা মবন্না মপাঙ্গোইদা কুটিলতা উৎলবসু শ্রীরাধানা থম্মোইদুংগী ভাব অদু লোৎনবা হোৎন-হোৎননা প্রণয়-মা মরম ওইদুনা মাগী থম্মোইগী ভাব অদুবু লোৎপা ঙম্মিদে; অহোইনদুম মাগী ভাব অদু মান হায়রদুনা কৃপগী অমুক হৈবা মধুর ওইবা হেন্‌গৎতুমা ফজরকপি।

মূল ১৭০

সৌন্দর্য্য-কুঙ্কুম, সখীপ্রণয় চন্দন ।
স্মিত-কান্তি কর্পূর—তিনে অঙ্গ-বিলেপন ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

সৌন্দর্য্য—শক ফজবা ; কুঙ্কুম—কেশর ; (সৌন্দর্য্যকুঙ্কুম—শক ফজবমা ওইবা কুঙ্কুম) : সখীপ্রণয় চন্দন—সখীশিংগী প্রণয়গী মশক ওইবা চন্দন ; স্মিত-কান্তি-কর্পূর—মোমোন্-নোকপগী মজামগী মশক ওইবা কর্পূর ; তিনে—অহুমসিনা ; অঙ্গবিলেপন—হকচাঙদা হৈবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শক ফজবমা কুঙ্কুম ওইরগা, সখীপ্রণয়-মা চন্দন ওইদুনা, মোমোন্-নোকপা হাইনোক্লা কর্পূর ওইরগা—পোংলম অহুমসিমা হকতৈ-হীদাক ওইরম্মী ।

হৈনবলোন

কুঙ্কুম, চন্দন অমসুং কর্পূর কৌবা পোংলম্ অহুমসিমা তিনরগা হকতৈ-হীদাক ( অঙ্গ-বিলেপন ) শেম্মী । শ্রীরাধাগী মহাগী সৌন্দর্য্য (শক ফজবা), সখীশিংদু মাগী তৌবা প্রণয় নত্রগা সখীশিংমা মাবু তৌবা প্রণয় অমসুং মাগী মেকনা-থুম্না নোকপা, পোংলম অহুমসিনা হকতৈ-হীদাকী মতৌগুম্না মহাকী দেহবু স্নিগ্ধ ( চঙবা ) ওইহল্লী, লংহল্লী (উজ্জ্বল ওইহল্লী), পামজাই ( কমনীয় ) ওইহল্লী । অঙ্গপ্রত্যঙ্গকানাং যঃ সন্নিবেশ যথোচিতম্ । সুশ্লিষ্ট-সন্ধিবন্ধঃ স্যাত্তৎ সৌন্দর্য্যমিতীর্য্যতে । হকচাঙ-কায়াংগচিংদবু মফম চানা পানবা অমুগা অতেং-অতুদা মপোপ-মতাও চানা নোয়পেন্নববু শকফজবা ( সৌন্দর্য্য ) কৌই । উঃ নীঃ উদ্দী /১৯/ থূদমদি—শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকয়ি—"হে রাধে ! নঙগী শক ফজবগী ( সৌন্দর্য্যগী ) রাদি করি হায়গনী ? নঙগী মায়থোঙদি থাজ-মকোয় শংখেবনী, রাংলমা কুচ ( থোয়াং-তুংথম ) অনীহুনা নখবাক অমু য়েংনজাই ওইনা ফজহল্লী, খাঙমা খুদাপ মুক্তা চাউনা চেংডী, নিতম্ব ( নীঙ ) অম্বুনা পাক চাউরিবা, নপাখোম অনীনা লেঙবান্দনী চোম্বরকয়ি, খৈন্ন-অনীনা অসুম চইথয়রুনা য়েংবদা ফজজাই ওইনা ফজথরে । হে মুংশিথোইবী ! নঙগী থেহদি মমাইতেঙদা উথিত্রিবা পামজাই-ওইদা অমা ওইনা উরে ।"

থরা উংলে ( শাউরে ), অমুক মীং থোক্টমুনা মায়গী হৃৎপল্লগী থোইচী থক্পা মরম্না মপাম্বোংদা দাক্ষিণ্য ( শাক্তিদ্রবা ) থম্বহল্লে। দাক্ষিণ্য অসিনা বাম্যভাব-পু লোংননবা হেনংনরি।

**ধম্মিল্ল** - ফজনা পুন্না অচুগা লৈ-মুক্তামচিংনা লৈতেংলগা শমচিং। অরোংপা মান হায়বহুনা শ্রীরাধাগী শমশেম্পী ( কেশবিন্যাস-গী। পৈরপ-তোবা শমদি য়েংবদা রাম্না ফজে হায়দুনা মান-বাম্যবু ধম্মিল্ল কৌরিবনী। হৃদয়দা শাম্বী মপাম্বেগীদা দাক্ষিণা ভাব মতাম্ম য়াম্না ফজে।

**ধীরাধীরা**– ধীর, অধীর তু মরক্তোক্তো নবাপ্পা বদা প্রিয়ম। খণ্ডিতা (অতোপ্পা নুপীগা লৈমিন্নরবগী চিহ্ন উবদা থম্বন্নু চাউবী) ওইবী নায়িকানা পিরাং শিম্বরগা মাগী নুংশিথোকইবা নুপাদা অশাউবা ঙাংলো শীজম্মবা মতমদা মহাকপু ধীরাধীরা কৌরি। উঃ নীঃ নায়ি ১১/ থুদম – শ্রীরাধানা হায়রম্মী "ওহে গোপ নিংথো-মপাবি! চংশ্রো, চংশ্রো, ঐগুম্বী নীবু অমুক কপ হল্লমু। নংনা অসিদা কুইনা লৈথরবদি নংগী থম্মোই-পুবী দেবীনা শাউগনী, নংগী কোক-লৈতেং ওইবা মাল্য-চন্দনা মহাকী খোঙ-থগাংলগী আলতা-চাউবদো হুরাহন্নে, অসি অমুক লৈগী মালাচুনা মহাক্কী খোঙ অনীত্তু লৈতেংবিরগা ; হায়বদি ঐগী খোঙদা তুররগা কদোগনী, মহাক্কী খোঙদা হনজন হনজন খুক্রমজরক।" – মসী ধীরাধীরা নায়িকাগী বাঙ্ডগনী।

ধীরাধীরা নায়িকাগী ওইরিবা গুণ অসিনা শ্রীরাধাগী অঙ্গদা শীজম্মনবা **পটবাসম্**গা (গন্ধচূর্ণগা – চন্দন মকূপকা) পাংথক্নী। পটবাসনা পূর্কাও হূনা ফজবগুম ধীরাধীরা নায়িকাগী ভাব শু শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তবু হূজে ; মরমদুনা ভাব অসিবু পটবাসগা চাংদম্নারবনী।

## মূল : ৭৩

রাগ-তাম্বুলরাগে অধর উজ্জ্বল।

প্রেমকৌটিল্য নেত্রযুগলে কজ্জল ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

রাগ-তাম্বুলরাগে – রাগগী (নুংশিবগী, প্রেমগী) মশক্ক ওইবা তাম্বুলগী

( পান-মনাগী ) রাগনা ( অঙাঙ্বা মচুমা ) ; অধর—চীন্নান্ ; উজ্জল—লংনা ফজে ; প্রেমকৌটিল্য—থুংশিনবগী খোইচংনবনা ; নেত্র—মীৎ ; যুগলে—অনীদা : কজ্জল—কাজল (ওই) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগ-গী মশক-ওইবা তাম্বুলগী অঙাঙবা মচুনা চীন্বান্দু লংলম্মী । প্রেমগী খোয়ৗিং-খোয়দাঙনবা মতৌনা মীৎ অনীগী কাজল ওইরম্মী ।

## নৈনরোল

**রাগ**—দুঃখমপ্যধিকং চিত্তে সুখত্বেনৈব ব্যজ্যতে । যতস্তু প্রণয়োৎকর্ষাৎ স রাগ ইতি কীর্ত্যতে ॥ প্রণয়গী উৎকর্ষ ওইথৎলকপা মরম্না য়াম্না হেন্বা অৱাবহুসু চিত্তদা সুংঙাইবদোনা থোকপা অদুবু রাগ কৌয়ি । উঃ নীঃ স্থাঃ /৮৪/ খুদম—নুঙ-ঙাক্তগী চীঙ-য়ানী ; থাঙদোনা থোবা মচীন্-পান্বা নুঙমচা মচানা শরা শম্না লৈবনা চীঙয়াত্তু চংথোক-চংশিন্-য়াদবা অমা ওইরম্মী ; কালেম্বাগী মধ্যান্গী নুংশাদা নুঙ মচা মচাশিংদু মৈগা মাম্না শারম্মী ; মদুগী মথক্তা খোঙ থাবদি য়োৗনা ওইথোক্লমদে । অদুবু শ্রীরাধাদি ঈলায়-লায়না চীঙয়াত্তুদা লেপ্লগা খোরাংলবা মমীৎতুনা শ্রীকৃষ্ণগী বদন-অমৃতদু থক্লম্মী । মাগী খুয়া থাদা লৈবম্বা নুঙশিংগী খাঙজনদবমখৈ শাবা অমসুং থাঙশাঙগী নতোন্শুম্না থোরবা মথোত্তু মচাক করিমত্তা খঙলমদে : চন্দন-কর্পূর-চাইরবা কনা ঈঙলবা লৈগী কয়ূঙদা মাগী নীঙখিনা মেঙ-থোংচরিবা খুয়া অনীদু থম্লগা লেপ্লগুম্না অদুম লেপ্লগুম তৌরম্মী । মকম-সিদা মৈদোনা শাবা অদুগা মচীন্-থোবা অকন্বা নুঙ থেংনবগী দুঃখ-দো সুখ ওইনা থোক্লিবসি রাগ হায়বা প্রেমগী মতাঙতুগী লক্ষণী ।

**প্রেম-কৌটিল্য**—প্রেমগী খোইচংনবা । শ্রীরাধাগী প্রেম-কৌটিল্যনা মমীৎকী কাজলগা পাংথক্লি । মত্তৌশানা অয়াম্বা কুটিলতা উৎপসী মীৎনা ক্ষোঙদোকয়ি হায়দুনা কুটিলতাবু মীৎকী কাজল হায়তুনী হায়রিবনী ।

**প্রেম**—সর্ব্বথা ধ্বংসরহিতং সত্যপি ধ্বংসকারণে । যদ্ভাববন্ধনং যূনোঃ স প্রেমা পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ধ্বংসগী ( মাঙ-তাক্নবগী ) মরম লৈরবফাওবদা যুবক-যুবতী অনীগী মচেৎ অমকাওবা ধ্বংস-লৈতবা ভাব-বন্ধন ( থুংশি-লৈপুন ) অদুবু প্রেম কৌয়ি । উঃ নীঃ স্থাঃ ৪৬ ।

## মূল ১৭৪

উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব হর্ষাদি সঞ্চারী।
এই সব ভাব-ভূষণ সব অঙ্গে ভরি ॥ ১৭৪ ॥

## শব্দার্থ

উদ্দীপ্ত—মীওথিজনা ঙানবা ; সাত্ত্বিক ভাব—কৃষ্ণগা মরী লৈনবা সাত্ত্বিকভাব ; হর্ষ-আদি—হর্ষা ওবনচিংবা ; সঞ্চারী—সঞ্চারীভাব ; এই সব ভাব—ভাব পুম্নমক সিনা ; ভূষণ—লৈতেং ; সব অঙ্গে—হকচাঙ পুম্বদা ; ভরি—থম্না

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব অদুগা হর্ষনচিংবা সঞ্চারীভাব পুম্নমক সিনা হকচাঙ পুম্নমক থম্না লৈতেংলম্মী।

## টৈনমচোক

উদ্দীপ্ত— সাত্ত্বিকভাব মীপানুগী অহুম, মরি নত্রগা মঙাথক মতম অমতদা কম্না থোরক্লবদি অদুগা মদুবু থাম্না উমত্রবদি মতমদুদা মদুবু দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব কৌই।

নারদনা মমাঙদা লৈনা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন তৌবদা প্রেম-না মাগী অঙ্গহু বশ তৌবা উমখিদে, মীকুমনবনা মহাক বীণা খোঙবা উমদরে, বা ঙাঙবদা লকক্ লকক্ লাউবনা স্তুতি তৌবা উমদরে, মীৎতু পিনা থুমখিদুনা দর্শন তৌবা উমদরে। মতাঙসিদা নারদগী দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব হায়বনি।

সাত্ত্বিকভাব মঙা নত্রগা লোইনমক মতম অমন্দা থোরক্লবদি, মদুবু উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব কৌই।

শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা গোকুলগী মীয়ামদু হুমাঙ-না চোৎতুনা থক-থক নীক্লুনা অমসুং তু থ্যাও থ্যাও চুংহুনা উথোঙঙুম চপ-তিংনা লেপ্লম্মী, চাটু (মিথ্যানা প্রিয় ওইবা) বাক্যনা তেংথাবম্মী ; হকচাঙ য়াম্না শাগৎহুনা মকশল্লম্মী অদুগা পিরাংনা ইচোং-চোৎতুনা পঙথরম্মী। মতৌসি গোকুলবাসীশিংগী উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব-নী।

উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব অসী মহাভাবকী মতাংদা সুদ্দীপ্ত ওই। মহা-ভাব-তদি সাত্ত্বিক ভাবশিংগী থমথেংবা সীমা ওয়ৌরি।

সাত্ত্বিকভাব—মূল ১/২/৭১ অদুগী টীকা য়েংনিউ।

সঞ্চারী—সঞ্চারীভাব। সাক্না ( য়াইহেনা ), পীশুম্না, মীংনচিংবনা অমসুং সত্ত্বদগী থোরকপা ভাবশিংনা ফোঙদোকপা ভাবশিংবু ব্যভিচারী ভাব কৌয়ি। ব্যভিচারী ভাবশিংসিনা ভাবকী থোঙথাঙবু য়াঙহন্না হায়হুনা ( সঞ্চারণ তৌয়ি হায়হুনা ) মথোয়বু সঞ্চারী ভাব হায়নসু কৌয়ি। সঞ্চারী ভাব কুনথ্রাহুমদোইনী।

হর্ষাদি সঞ্চারী—হর্ষনচিংনা সঞ্চারী ভাব কুনথ্রাহুমদোই। মথোয়গী মিংদি অসিনী :— নির্ব্বেদ, বিষাদ, দৈন্য, গ্লানি, শ্রম, মদ, গর্ব্ব, শঙ্কা, ত্রাস, আবেগ, উন্মাদ, অপস্মৃতি, ব্যাধি, মোহ, মৃতি, আলস্য, জাড্য, ব্রীড়া, অবহিত্থা, স্মৃতি, বিতর্ক, চিন্তা, মতি, ধৃতি, হর্ষ, ঔৎসুক্য, ঔগ্র, অমর্ষ, অসূয়া, চাপল্য, নিদ্রা, সুপ্তি অমসুং বোধ।

নির্ব্বেদ, বিষাদ, হর্ষ অমসুং ধৃতিগী লক্ষণদি ২/২/৭৬ মূলগী টীকাদা য়েংবিয়ু। ঔৎসুক্য, চাপল্য, দৈন্য, অমর্ষ অমসুং উন্মাদগী লক্ষণদি ২/২/৬৩ মূলগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

গ্লানি—শ্রম ( অনোন-কনবা ), মনঃপীড়া ( পুক্নীঙ নাবা ) অমদি রতি-নচিংবনা ওজঃ-ধাতু ময়েং তাথরগা হকচাঙ শোম্বব গ্লানি কৌয়ি। ওজঃ-ধাতুদি শুক্রদগীসু ( ফম্বীদগীসু ) হেঙ্গৎপা ধাতু ( হকচাঙগী মচাক ) মথক্ল অমনী ; মসীনা হকচাঙগী পাঙ্গল হাপ্পী অদুগা হকচাঙ য়োক্থংলী ; চন্দ্রনা ( নোংদোন থাজনা ) ধাতুসিগী অধিষ্ঠাতৃ-দেবতানী। গ্লানিদা নীকৃপা, কুংবংনবা, তাইকেং-তাইবা, য়াঙকংবা অদুগা মীংথকপা অসিন-চিংবা ওই।

শ্রম—লম্বী চংপা, জগোই শাবা অমদি রমণ তৌবদগী পোকপা অৱাবা ( খেদ )। তূম্নীঙবা, হুমাং, অঙ্গগ্রহ ( হকচাঙগী ভাঙ ভাঙদা মাৱা নত্রগা পাম্লোম চোংবদোনা চোংবনচিংবা ), হাকাম চল্বা, কুশালোয় শাংনা হোনবা, অসিনচিংবসী শ্রম-গী লক্ষণী।

**মদ**—অসান মাঙহন্নবা শহবাউ (মদ্য)। মদীগী মথল অনীনী ; অমনা যু-থকপদগী পোকপা মদ ( মরাই-কাবা ), অমনা কন্দর্পবিকারাতিশয়দগী ( হুংশিইথোনা ফীজ্ঞম কায়বদগী ) ওইবা মদ। চংপদা অমদি রাঙাঙবদা খুদি-থীবা, মীং ডোরোং ডোরোং ওনবা, ডাংশং ডাঙবা—অসিনচিংবা মদ-গী লক্ষণী।

**গর্ব্ব**—লাইমক ফবা, শক, তারুণ্য ( নবযৌবন ), গুণ, খ্যাইদগী থোইবা চঙজফম ফংবা অমদি অপাম্বা পোৎ ফংবনা মী অতৈবু উশীং-থওইদববু গর্ব্ব (নাপল) কৌয়ি। করেম্-কথায়নবা রাঙাঙ, পাউখুম পীদবা, মছাগী হকচাঙ য়েংবা, মছাগী অনীঙবা লোংপা, অতোপ্পনা ঙাওজকপা রা মমাংকোংদা ঙাম্বা অসিনচিংবদি গর্ব্বগী লক্ষণী।

**শঙ্কা**—মছানা হুরানবা তৌবগী মীনা থীনা ফাঙনবা মরাল. অমসুং অতোপ্পনা ক্রূরথিনা তৌরকপদগী মছাগী মাঙগদবদু উবা অত্তর শঙ্কা (চিংনবা) কৌয়ি। মায় কংশনবা, তাইরেং-তাইবা, মায়কৈ য়েংবা. লোংপা অসিন-চিংবসী শঙ্কাগী লক্ষণী।

**ত্রাস**—নোংথাঙ, অকিবগী মশক ওইবা জীব. অতুপা অয়াকপা শব্দগী ( খোন্দগী ) থুকংপা পোকপত্তগী মমিং ত্রাস কৌয়ি। নাক্তা লৈবা পোৎ পায়বা, তুতুংবা. নীকপা, স্তম্ভ ( পঙথবা ), ভ্রম ( কাউবা ) নচিংবা ত্রাস-গী লক্ষণী।

**আবেগ**—মিপাক্তইহনববু আবেগ কৌয়ি। আবেগ অসী প্রিয় (অপাম্বা), অপ্রিয় (পামদবা), মৈ, নোংজু, উৎপাত (থক্-খা ওনবা), শামু অমসুং য়েরুব-দগী পোকখি, অতুনা মথল নীপাম্মী। প্রিয়দগী পোকপা আবেগ-তা তুজং-হয়াওবা, হুংশিবা রাঙাঙ, পৃক্লীঙ তয়াংবা ( চাপল্য ), অভ্যুত্থাননচিংবা ( সম্মান তৌবগীদমক ফম্ফমদগী হৌগংপা ) ওই ; অপ্রিয়দগী পোকপা আবেগ-তা নৈলপাক্তা তুবা ( ভূনিপতন ), খঙলাউ লাউবা খোন. ভ্রমণ ( কোয়চৎ চৎপা ) ওই ; মৈদগী পোকপা আবেগ-তা লাঙতক্কবা খোঙথাঙ, নীকপা, মীৎ-উইশনবা, পিরাং শিন্দবনচিংবা ওই ; হুংশিংতগী পোকপা আবেগ-তা হকচাঙ কুপ্‌শনবা, পুনা চৎপা, মীৎ তৈথোকপনচিংবা ওই ; উৎপাত-না পোকহনবা আবেগ-তনা মাই তাইরেং তাইবা, ওকপা, কিবা

য়াম্না নীকপনচিংবা ওই ; শামুনা পোক্তহনবা আবেগ-তা চেনবা, য়াম্না নীকপা, কিবা, তুংলোমদা য়েংব-নচিংবা ওই ; নর্ধাদগী ( নোংচুবদগী ) পোকপা আবেগ-তা নীকপা, ঈশ্বরগী সুংঙাইতবনচিংবা ওই : য়েক্লবদগী পোকপা আবেগ-তা চুক্লোয়. খুংনাইনচিংবা লৌবা. য়ুমদগী চংথোকপনচিংবা লক্ষণী ।

অপস্মৃতি—অরানবগী ধাতুগী ফীভম কায়রবদগী পুক্নীঙ লাঙউরুবা । মৈপাক্তা তাইথবা, কোয়চেন চেনবা. থবাক্তা না-য়েকপা. ভ্রম ( শেরাম্নবা নত্রগা নীঙশীঙদবা ). নীকপা. চীনবান্দা কোক্সোন থোকপা. পাম্বোমচোংবা অতুগা খোল্লাউ লাউবনচিংবা অপস্মৃতিগী লক্ষণী ।

ব্যাধি— য়াম্না চাউবা দোষনা অমদি কায়নবনচিংবদগী লাইহৌনচিংবা ওইবন ব্যাধি কৌয়ি : অত্তু অফমসিদদি মতুদগী থোরকপা তাপ-প ব্যাধি কৌয়ি । স্তম্ভ ( চপতিংবা ). হকচাঙ তিকতোকপা. সোর ফুইনা হৌনবা হকচাঙ শাগংপা, গ্লানি ( শোন্থবা )-নচিংবা ব্যাধিগী লক্ষণী ।

মোহ—হরাওবা. থাউন-মৈচাক. অকিবা, থরাই-হাবনচিংবনা মরম ওইতুনা পুক্নীচনা পঙথবা ( পোংশক থঙদবা ). অতুগী মমিং মোহ কৌয়ি । মৈপাক্তা হাইথবা, ইন্দ্রিয়বু লাকপা ঙমদবা, কোয়না চংপা. করিমতা চেকনোক লাউদবা ( হৈনীঙদবা ) অসিনচিংবসি মোহগী লক্ষণী ।

মৃতি—বিষাদ (থরাই-রবা). ব্যাধি (অনায়েক). ত্রাস (য়াম্না কিবা). প্রহার ( ফুবা ) অমসুং গ্লানি ( শোন্থবা ) নচিংবনা থরাই-থাবা. অতুগী মিং মৃতি কৌয়ি । লোক্ল শেংনা ঙাউদবা, কুচ তাইবা. সোপ থক্তিক থক্তিভমক হোনবা অমসুং শগোকপনচিংবসী মৃতিগী লক্ষণী । নিত্যপরিকরশিংগী মৃতিদদি শিমগুম্বা ( মরণদং ) ফীভম্ থঙহল্লী ।

আলস্য—পোত্থোক্পা ( তৃপ্তি ) অমসুং নোম্না-খোংপদগী ( শ্রমনচিংবদগী ) অভম্বা থবক তৌদবব আলস্য ( তনবা ) কৌয়ি । হকচাঙ থেক্মুকপা, হাকাম্ চনবা. থবক য়েংথীবা, মীং নোইসা-( মর্দ্দন ), হিস্না থম্বা, উইবা, অমসুং তুম্বা ( নিদ্রানচিংবা ) আলস্যগী লক্ষণী ।

জাড্য— অপাম্বা অমসুং পামদবা (ইষ্ট অমসুং অনিষ্ট) শ্রবণ (তাকোঙবা

তাবা), উনবা অমসুং কায়মবদগী (বিরহনচিংবদগী) পোকপা বিচার-লৈতববু জাড্য কৌয়ি ; মসী মোহগী মমাঙ অমসুং মতুঙদা ওইবা অবস্থানী, মীৎ কুপ্পবা, তুমীন্ লৈবা অমসুং কাউবা ( নীঙশীঙদবা ) অসিনচিংবা জাড্যগী লক্ষণী

ব্রীড়া— নব সঙ্গম ( নৌনা উনবা ), অকার্য্য (তৌহৈদবা থবক), স্তব (থাগৎপা) অমসুং অবজ্ঞা (থৌশাদবা)-নচিংবদগী পোকপা অধৃষ্টতা (ঈকাইবা) অদুবু ব্রীড়া কৌয়ি। মৌন ( ৱা ভাঙদবা ), চিন্তা, মুখাচ্ছাদন ( মায় থুপ্পা ) ; ভূমি-লিখন ( লৈপাক্তা ইগোৎপা ), অধোমুখতা ( মরায় লুকপা ) অসিনচিংবা ব্রীড়াগী লক্ষণী।

অবহিত্থা— ওইদবা ভাব অমনা লোৎনভায় ওইবা ভাব-কী অনুভাব কুপ্ শন্নবু অবহিত্থা কৌয়ি। ভাব-ফোঙগদবা হকচাঙ-কায়াং লোৎশন্বা ; মায়কৈ অমরোমদা য়েংথোকপা, থৌরেম তৌবা ( বৃথাচেষ্টা ), ৱাভাঙগী মওংমতৌ ওক্লোকপনচিংবা অবহিত্থাগী লক্ষণী।

স্মৃতি—মান্নবা পোৎ উবা, নত্রগা কন্না হৈনবকপদগী পোকপা মমাঙৈঙদা শঙঙবা অর্থ থোরকপা, অদুগী মিং স্মৃতি ( নীঙশীঙবা ) কৌয়ি। কোক-নীকপা, পীশুম লংখৎপনচিংবনা স্মৃতিগী লক্ষণী।

বিতর্ক—হেতু (করিগুম্বা অমগী থোরকফম) নৈনবা অদুগা চিংনবগী-দমক হায়নরকপা ৱায়েং (তর্ক) অদুবু বিতর্ক কৌয়ি। পীশুম শুকপা, কোক হাইবা অদুগা খুদোন্বী হাইবা অসিনচিংবা বিতর্কগী লক্ষণী।

চিন্তা—পামজবা পোৎ ফংদবা অদুগা পাম্দবা পোৎ ফংবদগী থোরকপা ৱাখন অদুগী মমিং চিন্তা কৌয়ি। সোর শাংনা হোন্বা, মায় লুকথবা, লৈপাক খোৎপা, তুমদবা (নিদ্রা-শূন্যতা), তেংথোবা (বিলাপ), থৱাই চাক্পা ( উত্তাপ ), য়াও কংশন্বা ( কৃশতা ), কপ্কদৌনগী মীত্রা ঈরা চেন্বা ( বাষ্প ), তোন্থবা ( দৈন্য ) অসিনচিংবসী চিন্তাগী লক্ষণী।

মতি— শাস্ত্রনচিংবা বিচার তৌবদগী থোরকপা অর্থ লেপ্পবু মতি ( ৱারেপ ) কৌয়ি। চিংনবা অমসুং অৱাণ্বা ( ভ্রম ) ককথৎতুনা তৌফম-থোকপা থবক তৌবা, শিক্তশিংদা পাওতাক পীবা ; তর্কবিতর্কনচিংবসী মতিগী লক্ষণী।

উগ্র—অপরাধ অমসুং খোন্না-থীনচিংবদগী পোকপা অশাউবা। হাৎপা, থিংবা ( বন্ধ ), কোক নীকপা, চৈবা, ফূব-নচিংবা উগ্রগী লক্ষণী।

অসূয়া—মীগী লাইবক-ফবা অদুগা গুণ লৈবা উবগা য়েংথীববু ( দ্বেষবু ) অসূয়া কৌয়ি। কলকপা (ঈর্ষা), তরাম তরাম তৌদবা (অনাদর), চৈবা ( আক্ষেপ ), গুণ পুম্বদা দোষ হাপ্ চন্বা, থীনা ভাঙবা ( অপবাদ ), পৈথোক্নুনা য়েংবা, পীশূম-শূক্‌তোক্পনচিংবা অসূয়াগী লক্ষণী।

নিদ্রা—চিন্তা, তন্বা, স্বভাব অমদি হকচাঙ রানা নোম-খোৎপদগী মাপানগী ইরাঙ খঙদববু নিদ্রা ( তুম্বা ) কৌয়ি। হকচাঙ তীঙলী-য়াংলীবা ( অঙ্গভঙ্গ ), হাকাম-চন্বা, মুংশাসোর শাংনা হোন্বা, জড়তা ( ইক্কক-ফকচন্বা ), মীৎ উমশন্বা, অসিনচিংবা নিদ্রাগী লক্ষণী।

সুপ্তি মথল মথাগী চিন্তা অদুগা মথল মথাগী বিষয় অনুভব তৌবগী মশক ওইবা নিদ্রা ( তুম্বা ) অদুবু সুপ্তি ( মঙ মঙবা ) কৌয়ি। ইন্দ্রিয় চোকথবা, মুংশাসোর শাংনা হোন্বা, মীৎ উমশন্বনচিংবা সুপ্তিগী লক্ষণী।

বোধ—অবিদ্যা (অজ্ঞান—খঙদবা), মোহ (পন্তথবা) অমসুং নিদ্রান-চিংবা মাঙহনখিত্নুনা জ্ঞান ( খঙবা ) লাকপা অদুবু বোধ কৌয়ি।

সুদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক .... ভরি—সুদ্দীপ্ত ওইবা সাত্ত্বিক ভাব অমসুং হর্ষ-মচিংবা সঞ্চারী ভাবশিংগী মশক ওইবা ভূষণ ( লৈতেং ) শ্রীরাধানা মহাক্কী অঙ্গ ( হকচাঙ কায়াৎ ) থুদিঙদা থোল্লম্মী। ভাব পুম্নমকসিনা অলঙ্কারগী (লৈতেংগী) মতৌগুম্না মহাক্কী ফজবদু (শোভাদু) হেঙ্গৎহল্লম্মী।

অপাম্বা ফংবদগী পোকপা হেন্না নুংঙাইবা হায়বদু হর্ষদা য়াওবা মরম্না হর্ষব্ আদি তৌদুনা মফমসিদা হায়রিবনী।

মুল ১৭৫

কিলকিঞ্চিতাদি—ভাব-বিংশতি-ভূষিতি।

গুণশ্রেণী-পুষ্পমালা—সর্ব্বাঙ্গে পূরিত ॥ ১৭৫ ॥

শব্দার্থ

কিলকিঞ্চিতাদি—কিলকিঞ্চিত-নচিংবা ; ভাব-বিংশতি—ভাব কুন্না ;

ভূষিত— লৈতেংবা (ওই) ; গুণশ্রেণী — গুণময়ায়া ; পুষ্পমালা— লৈপরেং ; সর্ব্বাঙ্গে—অঙ্গ পুম্নমক্তা ; পূরিত—থল্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা ঙস্লোকপা

কিলকিঞ্চিতনচিংবা ভাব-কুন্না শ্রীরাধাগী অঙ্গগী লৈতেংগী মশক্কী অহুগা মাধুর্য্য-নচিংবা গুণ পুম্নমক্কা মাগী ওকী লীক্লাং-পরেং ওইরম্মী । অসুম্না লৈতেং ময়ামসিগা মাগী অঙ্গ পুম্বা থল্লম্মী ।

## মৈমখোল

"যৌবনে সত্ত্বজাস্তাসামলঙ্কারাস্তু বিংশতিঃ । উদয়ন্ত্যদ্ভুতাঃ কান্তে সর্ব্বথাভিনিবেশতঃ ॥ উঃ নী অনু । ৫৭ ।" হায়বদি নায়িকাশিংগী যৌবন-মতাঙদা কান্তদা পূক্নীঙ শূপ খিবা মরম্না সত্ত্বতুদগী পোকপা ভাব মথক্ত কুনথক্ থোরকুয়ি, মখোয়হু নায়িকাশিংগী অঙকপা লৈতেংগী মশক্কী, হায়বদি লৈতেংদোনা দেহগী ফজবদো হেঙ্গৎহল্লী ।

ভাবকী মশক ওইবা অলঙ্কার কুন্দি অসিনী—হাব, ভাব, অমসুং হেলা অহুমসীনা অঙ্গজ-নী (হকচাঙদা পোক্পনী) । শোভা, কান্তি, দীপ্তি, মাধুর্য্য, প্রগল্ভতা, ঔদার্য্য অমসুং ধৈর্য্য হায়বা তরেৎসিনা হোৎনকবা লৈতনা ওইরকপনী ( অযত্নসিদ্ধগী ) হায়বদি হেৎনচিংবগী যত্ন য়াওদ্রবসু অহুম মথক্তা ওইরক্পনী । লীলা, বিলাস, বিচ্ছিত্তি, বিভ্রম, কিলকিঞ্চিত, মোট্টায়িত, কুট্টমিত, বিব্বোক, ললিত অমসুং বিকৃত হায়বা তরাসিনা স্বভাব-তগী পোক্পনী ।

ভাব— শৃঙ্গার-রসদা ফীভম কায়দবা চিত্তদা বতি কৌবা স্থায়ীভাব থোরক্লবদা চিত্তগী অহানবা ফীভম কায়বতুর ভাব কৌয়ি ।

মতুদি - কনাগুম্বা মখানা মাগী বৃথশ্বরীগী মপুক্নীঙগী ভাব লেপ্পনক খঙলতুনা লৌশিং তৌদ্রনা মতু ফোঙদোক্হন্নবগীদমক কহিরমতা থঙদবা শারতুনা হায়রম্মী - 'সখি ! খাণ্ডব-বন-মনুঙদা, মখোয়গী পিতাগী গোষ্ঠদা লৈরাং মথল মথল শাংতুনা হায়নঙাই লৈতনা ফজহল্লম্বা মতমতুদা মফমতুদা দেবরাজ ইন্দ্রবু উরকাওবদা নপূক্নীঙ লাঙগিরমদে, মতু ঐ ইমীংমক্কা উহৌবনী । অতুবু নঙনা নকূবোকী মূখদা লাক্রগা মাঙদা লৈবা বৃন্দাবন্দা বিহার-তৌবা মুকুন্দ-লোমদা নমীং ঙৈরাং তৌরা কল্লিখীনো ? মনাকোঙগী

থম্মোক্তুমক্কা ইন্দ্রীবরগুম্বা ওইথিবা করিগীনে। ? মুকুন্দকোমদা মীৎ-ঈরাং তৌবগী মশক ওইবা অহান্বা চিত্তবিকার মূথেশ্বরীগী ওইরিবগী মূথেশ্বরীগী ভাব হায়বছুনী। ১ ॥

**হাব**– ওক পৈথোক্তহন্‌বা, পীশূম-মীৎনচিংবা বিকাশ তৌহন্‌বা, অদুগা ভাব-ভঙ্গী খজিত্তং হেম্না ফোঙদোকহন্‌বা, অদুবু হাব কৌয়ি। মদুদি— শ্যামানা শ্রী রাধাদা হায়রম্মী "হে তাঙ্গোবী! মীৎচিনা য়েংবদা পেত্রছুনা ওইরোমদা ওক পৈথোক্তুনা থম্মি, মতুদা নঙগী মীৎ-থোইমুনা কোয়চং চংলগা কর্ণন্তোগী মায়কৈদা চংলি, পীশূম্বা হাইফেং কম্নহুনা জগোই শারি; মরমদুনা হে সখি, যমুনা তোর্বানসিদা সুমনস (লৈরাং, পক্কদা সুন্দরী) পূম্ববু হরাওহন্‌বা বনপ্রিয়বন্ধু (কোকিল, পক্কদা রমণীবন্ধু) মাধব (বসন্ত, পক্কদা কৃষ্ণ) তঙ্গং তরংনা নমাঙদা থোরক্লে।" মফমসিদা শ্রীরাধানা ফোঙদোক্লিবা লক্ষণ পূম্নমক হাব হায়বছুনী। ২ ॥

হেলা– হাব অদুনা শৃঙ্গার উৎকলবদি মদুবু হেলা কৌয়ি। মদুদি— বিশাখানা শ্রীরাধাদা হায়রম্মী "প্রিয় সখি! বেণু মথোন তারগা নঙগী তোঙলবা থোমগী থবাক অদুনা অমুক নেম্থ অমুক রাংথং তৌরি। পৈরপ-য়েংবা মীৎয়েংদুনা অমসুং তুজং হরাওবা নাম্মদুনা নঙগী মায়থোঙগী ফজবদু শান্দোরক্লি, নঙগী জঘন দেশদা (খ্বাং মথাগী পুক-শরুক অদুদা) নিবী (কিশি) নাম্বে ক্রুমন্নু হুমাংনা কি চোংপনা নপুনা লৈ। মরমদুনা হে রাধে, থৌশা-রাশাদনা তৌরমু (নত্রগা রাথোক ওইহল্লু), য়েংজুনেসে, ওইরোমদা গুরুজন লৈরিবে।" মফমসিদা শ্রীরাধাগী হেলাগী (থৌশা-রাশাদনগী) লক্ষণ উৎলি। ৩ ॥

শোভা– রূপ (শক) অমসুং ভোগ লন্-নচিংবনা ওইবা মোত্তেং শোভা (ফজবা) কৌয়ি। মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা সুবল-সখাদা হায়রম্মী— হে ইতাও, বিশাখানা অদুক ওঙ্গাদা মমীৎ কোইক্ক কোইক্ক য়েংলদুনা তাংডানবা পুৎপানা কদম্ব-উশা পায়দুনা লতামণ্ডপ-দগী থোয়রক্লি; মাগী লেংবান্দা তারক্লিবা তংথাই-নাম্বোকপা বেণীদু নাকুয়েং হাইরম্মী। ইতাও, বিশাখাগী শক্তমদু ঐগী থম্মোইদা নপুনা লৈরেনে, ওসিফাওবা থোকথরো হায়বা রাম্রেনে।" মফমসিদা বিশাখাগী শোভাগী (ফজবগী) লক্ষণী। ৪ ॥

নাতোন্দা য়াল্লিবা মৌক্তিক-তু থাংগৎশনহুনা থুম্লিবা ? করিগীদমক্কো হায়বা, নহাক্কা হাইফেৎ থোরকপা রাগী মঙাম্নুনা থাজগী থাবম্মা ওইবা মাধুরীগী মীঙবা কায়হল্লী ?" মফমসিদা শ্রীরাধাগী বিলাস হায়বহু কোঁকলি। ১২ ॥

বিচ্ছিত্তি- ফিজেৎ শেম্বহু খজিত্তমক শেম্বা ওইরবস্তু হকচাঙগী কান্তিবু ( মঙান্-ফজবব্ ) য়োকথৎলবদি মহুবু বিচ্ছিত্তি কৌয়ি। মহুদি— বৃন্দানা নান্দীমুখীদা হায়রম্মী "শ্রীরাধানা মুকুন্দগী চিত্তবু হরাওহন্নবা হৈনৌগী অঙাঙবা মচুগী নানৌ অমনা নাগী লৈতেং শেন্থরে ; অদুবু ওক্লিবদি অসিনী, নানৌদু মুংশীংনা হুম্বদা খজিত্তং নীকুনা রাধাগী বদনহুনা পূক্লীঙ হুবদো হেঙ্গংহল্লে।" ৬৩ ॥

বিভ্রম থরাইগী মুংশিজবা মহাক্কী মনাক্কা অভিসারগী মতমদা মদন-গী ময়াই কনশল্লকপানা লীক্লাং অমদি মাল্যানচিংবা মফম শেরান্-তুরান্নবা থম্ববু বিভ্রম কৌয়ি। মহুদি— ললিতানা শ্রীরাধাদা হায়রম্মী— "সখি ! ওসি নঙগী শম্জীদা মণি-শংগী লীক্লাঙ থেৎপা, খোম্মাং পুন্ অনীদা থম্বাল্ শংগী মনা পরেংনা শেম্বা গর্ভক ( শম্জিরৈ-পরেং ) অদুনা লৈতেংবা, হকচাঙদা কাজল তৈশন্‌বা, মীত্তা কস্তুরী হাপ্পা অদু উরি, মসিগী মরম করিনো ? কংসগী য়েক্লবগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) অভিসারদা লাঙতক্লবনা জগৎ অসিব্ কাউরমাল্লে।" মফমসিদা শ্রীরাধাগী বেশ ওম্ন-তৈনবদা বিভ্রমগী লক্ষণ ওইরে। ১৪ ॥

কিলকিঞ্চিত— হরাওবগী গর্ব (নন্ লৈবনচিংবগী নাপল), অভিলাষ ( সম্ভোগ পাম্বা ), রোদন ( কপ্পা ), হাস্য ( নোকপা ), অসূয়া ( খন্নবা ), ভয় ( অকিবা ) অমসুং ক্রোধ ( শাউবা ) হায়বা তরেংগী মতম অমতদা থোরক্লবদি মহুবু কিলকিঞ্চিত কৌয়ি। মহুদি শ্রীকৃষ্ণনা সুবল-দা হায়রম্মী—"মরূপ, ঐনা হরাওরহুনা শ্রীরাধাগী লৈরাং-অপোম্বা মান্‌বা কুচ ( খোম্মাং তূঙফম ) অনীহু নমহুনা ঐগী থুৎ-থম্বাম্না মাগী সখী ময়ামগী মমাঙদা মেৎলুরে। মহুদা মানা তুজুং হরাওবগা লোয়ননা পীগুম-শূক্লকপা, পৈরম্বা য়াঙাঙবা অমসুং খজিতং লৈশল্লক্লগা নোক্লম্বা অদুগা কপ্পগা অদুদা নাগী মায়খোঙনা কুজরবহুদি হেক্কো থৌবনী ; মরমহুনা ইতাও, শ্রীরাধাগী মায়খোঙ অদু ঐনা নীঙশীঙলক্লে।" মফমসিদা পীগুম শূকপহুনা অসূয়া

অমস্তুং ক্রোধ, তুচুংবক্তুনা অভিলাষ, পৈথোকুনা তাক্তাভবক্তুনা গর্ব্ব, খজিক্কং লৈশিল্লক্তবক্তুনা ভয়, হাস্য অমস্তুং রোদন— তারেৎসী পুম্নমা মতম অমত্তদা থোরকয়ি হায়বক্তুনা কিলকিঞ্চিত ওইরে। ১৫ ॥

মোট্টায়িত— কান্তবু নীংশীংবা অমুগা পাওনচিংবা শ্রবণ তৌরগা কান্তগী ওইবা স্থায়ীভাব অমু থনবনা থম্মোইদা অভিলাষ ( সম্ভোগপাম্বা ) পোক্লবদি মমুবু মোট্টায়িত কৌয়ি। মমুদি- বৃন্দানা হায়রম্মী—"হে পীতাম্বর ( কৃষ্ণ )! সখীশিংনা পান্দা নাগী অরবগী মরম হম্না হম্না হংলবক্তা ওবদা মান করিমত্তা হায়ত্রনবতুদদি সখীশিংনা লৌশিং তৌহুনা নমাঙ্কদ কৃষ্ণগী না তৌদোকখি। অমুদগী চীনবান ভাউবী পালীনা কৃষ্ণকথামু ভাইহাক শ্রবণ তৌরগা হাইবেং মকাক্তাম্বা-মারথোতদা চুংলম্বা তুজংনা লৈশাংগী কদম-কৈরাংদগী হেন্দোক্খি।" মকমসিদা পালীগী মোট্টায়িত ভাব হায়বমু ওইরে। ১৬ ॥

কুট্টমিত—স্তন ( খোম্লাং-ভুতফম )পায়বদা অমস্তুং অধর (চীনবান) চুম্বন থম্মোইদা কুংভ ইনবগু চঙ্গে ঊইদগী চৈমা-ফংবা অমস্তম্না মপাম্ভোংদা অশাউবা উৎপবু কুট্টমিত কৌয়ি। মমুদি— নোংমা মীপোং-কৈবা মফম অমদা লাক্লবী শ্রীরাধাগী ওঙ্গু। কোম্লগা হরিকৃষ্ণনা হায়রম্মী— "হে কুশিনী, নীশূং শুক্রিবা করিগীনো? করিগীদমক্কো ঐগী থূং লাতুনা হুন্দোক্লিবা? হে শকহেনবী! তরু ও কুন্তুলিবা নাম্বগী মায়থোঙমু থিংলগমু; বাক্লগী লৈর হেৎপা ( নাক্লগীহক্লা ফো টুমবা ) নচীনবান্ অথুম্বমুদা মধুসূদন (খোইম্নু, মথমসিদা শ্রীকৃষ্ণ) অনিংবা খোঙ্গী চুপ্পুনা পেনজশনু।" মকমসিদা কুক্কু বা নাম্ন না থম্মোইদা কুড্রোইদ উৎবী, মমুন্ পীশুন শূকপতুনা অমস্তুং কৃষ্ণগী থূং লংখোবকপতুনা চৈনা কাবা নীগী মতৌগুম্না মাপাম্ভোংগী লক্ষণ উৎলী হায়ত্মুন কুট্টমিত ভাব ওইরে। ১৭ ॥

বিব্বোক গর্ব্ব ( নাপল ) নম্ভগা মান তৌবদগী কান্তগী মফমদা নম্ভগা কাহুন পীবা থুদোন্-পে হপু মানা তৌদবা অমুবু বিব্বোক কৌয়ি। মমুদি লৈ হেক্লা হেক রূপমঞ্জরীনা বকুলমালাদা উৎতুনা হায়রম্মী— "সখি। য়েংউ, বিপক্ষরমণীগী মনতম হায়বদি সন্ধ্যা দেবীগী পূজা-পর্ব্ব-দিন দা রাধাগা চন্দ্রাবলীগা নত্তনা ব্রজ-শকহেনবীশিং-তিনবদা রাহোং-চূড়া থোনবা শ্রীকৃষ্ণনা চীরোনবী রাধৈ লাথ লাথ ভাওতুনা মথুক্কনা লেংবা

লৈপরেং অমা শ্যামাবু লৌহন্থি ; অদুবু মালাদু থম্মোইনা য়াম্না পামজবা ওইরবসু হাইফেৎতং মণম ণম্নগা আ লাপ্না লংথোকখরে।" মক্মসিদা শ্যামাগী গর্ব্বনা মরম ওইদুনা বিব্বোক উৎলয়ে।

ললিত— হকচাঙ-কায়াৎ পুম্নমক্কী মপোপ-মতাঙ চানা পান্বা, থোং-নৌবা অমসু পীশূম শূকপনা পুক্কীঙ হূনঙাই ওইবা, অদুবু ললিত ( ফজবা ) কৌয়ি। শ্রীরাধাবু হরাওহন্নবগীদমক লৈরাং হেক্না হেক্না অর্‌প্পদগী শ্রীরাধাবু উদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"আহা! শ্রীরাধানা উরী পুম্ববু কন্দর্পগী অপোক্পীনী হায়বা খঙদুনা—হায়বদি কন্দর্পনা ( কামদেবনা ) উরী পুম্বদুগী লৈরাংশিংনা তেথৈ শারদুনা য়াম্না মুংশি-হৈতনা পাল্হল্ল— মরমদুনা মখোয়সী ঐগী য়েক্কবী ঙাক্কী ; অসি হায়দুনা মখোয়দুদা য়েংলম্মী ; হরাওবনা খোঙ-থম্বাল অদুবু থাংদোক-থাংজিন তৌদুনা মণম্ন চিংলকপা থোইমুশিংবু মেঙলবা থৃং-থম্বাম্না নীঙবা কায়হল্লি। কয়াদা ঙকথ্রবনো। মহাক বৃন্দাবনীয় লঙ্মীগী মতৌগুম নিকুঞ্জগী কোম্-য়াদা ঙাক্লে ইরী।" মক্মসিদা শ্রীরাধানা ললিত ওইবদু উৎলি। ১৯॥

বিকৃত ঈকায়বা, মান, থব্বনুব নচিংবা ওইবনা হায়নীঙবা ৱাক্ম ফোঙদোক্তবা অদুগা মায়তা নাতানা খেঙথৃংনা ( চেষ্টানা ) ফোঙদোকপা অদুবু বিকৃত কৌয়ি। মদুদি সুবলনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—"মুকুন্দ! ঐগী ইচীন্দগী নঙগী প্রার্থনা ( হায়বদি হে মুংশিথোইবী! ঙসি চান্বিদুনা গোবর্দ্ধনগী কোম-দা ঐনা শাবা অঙকপা লাই য়েংবগীদমক চৎলু হায়বা প্রার্থনাসী ) শ্রীরাধাগী মনাকোঙনা তাবদা রাহৈনা তরাম তরাম করিমতা তৌরমদে, অদুবু মাগী তুজুংবা নাম্নদি মুংঙাইবা ফোঙদোক্লম্মী।" ২০॥

কিলকিঞ্চিতাদি—কিলকিঞ্চিত হায়বা ভাব অসিদা ভাব তরেৎ তিন্নবগী ফজবদু ওইবনা মদুবু আদি-নচিংবা ওইহল্লিবনী।

গুণশ্রেণী-নচিংবা —লৈ পরেংনা দেহগী ফজবা হেঙ্গৎহন্বগুম্ রাধাগী গুণ পরেংনসু মহাক্কী শোভাদু (ফজবদু) হেঙ্গৎহল্লী ; মরমদুনা লৈপরেংগা গুণশ্রেণীগা চাংদম্নবিব্নী।

শ্রীরাধাগী গুণশিং—মাধুর্য্য ( থোয়শুব্নবা ), নববয়স ( চহীনৌবা ),

অপাঙ্গগী চঞ্চলতা, ( মীংচিনা লাণ্ডবা ), উজ্জ্বল-স্মিতত্ব (নোকপদা ফজবা), মনোহর সৌভাগ্য-রেখা-যুক্তত্ব ( লাইবকফবগী রেখা-য়াওবহু পুক্নীঙ-হুবা ), গন্ধোন্মাদিত মাধবত্ব (মাধব-পু গন্ধনা ভাওহনবা) সঙ্গীত প্রবরাভিজ্ঞত্ব (ঈশৈ অথোইবা হৈবা), রম্যবচন (পেন্নবা-ৱা-ঙাঙবা), নর্ম্মপাণ্ডিত্য ( ফাগি-জুগাই তৌনা মুংঙাইহন্‌না ঙম্বা ), বিনীতত্ব (মরু-লুকপা) ; করুণা-পূর্ণত্ব (অতোপ-অতান্‌ মুংশিনবা ), বিদগ্ধতা ( রসিকতা ), পটুতা (হৈশিংবা), লজ্জাশীলতা ( ঈকাই-খীগনবা ), সুমর্য্যাদা ( হৌনবী ব্যবহার থঙবা ), ধৈর্য্য ( অথাঙ-কনবা ) সুবিলাসতা ( শাম্নহৈবা ), গাম্ভীর্য্য ( চীঙলেম্বা ), মহাভাব-পু শমথেংনা খৌরাংবা, গোকুলপ্রেম বসতিত্ব ( গোকুলপ্রেমদা ময়ুম ওইবা ), জগৎ শাংনা ফাওবা মীংচৎ, গুরুজনবু স্নেহ তৌবা, সখীপ্রণয়বশত্ব ( সখীগী মুংশিনবগী মথাপোন্‌বা ), কৃষ্ণপ্রেয়সীসমূহমুখ্যত্ব ( কৃষ্ণগী মুংশিজবীলক্তা মকোক ওইবা ) মতম পূম্বদা বচনাধীনকেশবত্ব ( কেশব-পু মাগী ৱাহৈ মথা পোল্‌হন্‌বা ) ময়ামসী নত্তবা গুণ অতৈম্ব শ্রীকৃষ্ণগীদমক শ্রীরাধাগী শীঙনাইদনা লৈরম্মী । ২/১৩/৮৬- ৯০ ॥ শ্লোকশিংগী টীকাগা য়েংবিয়ু ।

মূল ১৭৬

সৌভাগ্যতিলক চারুললাটে উজ্জ্বল ।
প্রেমবৈচিত্ত্য রত্ন হৃদয়ে তরল ॥ ১৭৬ ॥

শব্দার্থ

সৌভাগ্যতিলক- লাইবকফবা কৌবা তিলক-না ( চন্দন থিন্‌বনা ) ; চারু ফজরবা ; ললাটে লাইবক্তা ; উজ্জ্বল- লঙঙী ; প্রেম-বৈচিত্ত্য — নক্তা লৈন -লৈনা কায়নরক্কদরা হায়বা ৱুক্কিদা থম্মোই য়েক্‌পা ( কৌবা ) ; রত্ন—রত্ননা ; হৃদয়ে - থবাক্তা ; তরল - লীক্লাঙ, লীক্লাঙ পরেংগী মণি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধিকাগী ফজরবা লাইবক্তা লাইবকফবা কৌবা তিলক অহুনা ইলং-লংলম্মী । প্রেমবৈচিত্ত্যগী মশক ওইবা রত্ননা থবাকী লীক্লাঙগী মণি ওইনা ঙাল্লম্মী ।

নৈনরোল

সৌভাগ্য—লাইবকফবা । মপুরোইবনা য়ামা নুংশি তৌবীবনু শকহেন্‌বী নুপীশিংনা মথোয়গী সৌভাগ্য-নী হায়না খল্লী ।

**প্রেমবৈচিত্ত্য**—প্রিয়স্য সন্নিকর্ষেঽপি প্রেমোৎকর্ষ স্বভাবতঃ। যা বিশ্লেষধিয়ার্তিস্তৎ প্রেমবৈচিত্ত্যমুচ্যতে॥ হায়বদি শুংশিবা মীগী মনাক্তা লৈন-লৈনমক প্রেমগী অয়োবী স্বভাব হৌনশা কায়নরকনী হায়বগী বুদ্ধিদা থম্মোই য়েকপা অদুবু প্রেমবৈচিত্ত্য কৌয়ি। উঃ নীঃ প্রেমবৈচিত্ত্য ৫৫॥ প্রেমজনিত বিচিত্ততা- চিন্তগী লৈতাদবা।

**তরল**— লীক্লাঙপারেং। মহীক্লাঙবা পোৎকুম্মা থজিল্লুং শোকপদা লেঙগী হায়দুনা লীকপু তরল কৌবনি। লীক্লাঙগী পারেংগী মধ্যমণিবু তরল কৌয়ি। লীক্কী মধ্যমণি (হৌড়িক্কালদা লোকেট হায়মরিবদো) তরল কৌয়ি। মফমসিদা তরলগী অর্থদি লীক্কী মধ্যমণি অদু ওইনা লৌজনরিবনি। **প্রেমবৈচিত্ত্য**-না শ্রীরাধাগী লীক্লাঙ পারেংগী মধ্যমণি ওইনা কত্তবা হেঙ্গৎহল্লী।

মূল ১৭৭

মধ্যবয়স্থিতি-সখীস্কন্ধে কর-ন্যাস।
কৃষ্ণলীলা মনোবৃত্তি সখী আশ পাশ॥ ১৭৭॥

শব্দার্থ

মধ্যবয়সস্থিতি— কৈশোরবয়সদা লৈবা অদুনা : সখী— লোয়নবীগী : স্কন্ধে— লেংবান্দা : কর— খুৎ : ন্যাস— থম্বা : কৃষ্ণলীলা— কৃষ্ণলীলাগী : মনোবৃত্তি— পুক্নীংগী থবকশিংনা (ওইবা), সখী— নখোয়না, আশ-পাশ — মায়কৈমরিদা (লৈ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লেপ্তনা (নিত্য) কৈশোর-বয়সগী মশক ওইবী সখীগী মরেঙপান্দা শ্রীরাধাগী খুৎ থনম্মী। কৃষ্ণলীলাগী মরমদা চেনখৎ-থোকপা পুকচেল মগা মশুনা সখী ওইদুনা শ্রীরাধাগী মায়কৈ মরিদা কোয়হৌনা লৈরম্মী।

টৈনটোল

**মধ্যবয়স**—কৈশোর বয়স (নোমা মথোক কারকপগী চহী মতাঙ)। **মধ্যবয়স-স্থিতি**—লেপ্তবা মধ্যবয়স হায়বদি নিত্যকৈশোর বয়স। **মধ্যবয়স-স্থিতিসখী**—নিত্যকৈশোরগী মশক ওইবী সখী। নিত্য-কৈশোরগী মশক ওইবী সখীগী লেংবান্দা শ্রীরাধানা মখুৎতা থনম্মী।

হায়বদি শ্রীরাধাদি নিত্যকিশোরী নিত্যযৌবনা ওইবীনী (মতম পুম্বদা কিশোরী ওইদুনা মথোক-কাবী অনৌবীদা ওইবীনী)। কৃষ্ণলীলা মনো-বৃত্তি সখী আশপাশ—কৃষ্ণলীলাগী মরমদা চেন্‌ফম থোকপা পূকচেল ময়ামদুনা সখী ওইমা শ্রীরাধাগী মায়কৈ মরিদা কোয়শল্লমী। হায়বদি কৃষ্ণলীলাগী মরমগী ওইবা রাখল নত্তনা অতৈ রাখল অমা রাধাগী লৈরমদে।

মূল ১৭৮

নিজাঙ্গ সৌরভালয়ে গর্ব্ব-পর্য্যঙ্ক।

তাতে বসি আছে সদা চিন্তে কৃষ্ণসঙ্গ ॥ ১৭৮ ॥

শব্দার্থ

নিজ-অঙ্গ—মহামকী হকচাঙগী ; সৌরভ—মণম-মুংশিবা (কৌবা) ; আলয়ে--য়ুমদা ; গর্ব্ব—(লৈরে হায়বগী মতীক তৌবা) নাপল (কৌবা) ; পর্য্যঙ্ক—কাংথোন-নী : তাতে—মদুদা ; বসি—ফমদুনা ; আছে—লৈ ; সদা--মতম পুম্বদা ; চিন্তে—খল্লী ; কৃষ্ণসঙ্গ--কৃষ্ণগা লোয়নবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মহামকী হকচাঙগী মুংশিবা মণম্না ওইবা য়ুম্না গর্ব্বগী মশক ওইবা কাংথোন্ ওইরগা মদুদা শ্রীরাধানা ফমদুনা লৈ অমসুং মতম পুম্বদা কৃষ্ণসঙ্গগী না খল্লী।

## তাৎপর্য

**গর্ব্ব**--সৌভাগ্যরূপতারুণ্যসর্ব্বোত্তমাশ্রয়ৈঃ। ইষ্টলাভাদিনা চান্য-হেলনং গর্ব্ব ঈর্য্যতে ॥ হায়বদি সৌভাগ্য (লাইবকফবা), রূপ (শক), তারুণ্য (নৌনা মথোক কাবা), সর্ব্বোত্তম আশ্রয় (খ্বাইদগী-ফেন্‌বা চঙজফম) অমসুং ইষ্টলাভ (অপাম্বা ফংবা), অসিনচিংবনা মরম ওইদুনা অতৈবু থৌশাদবা অদু গর্ব্ব কৌয়ি। ভঃ রঃ সিঃ ২/৪/ ॥

মূল ১৭৯

কৃষ্ণনাম-গুণ-যশ-অবতংস কাণে।

কৃষ্ণনাম-গুণ-যশ প্রবাহ বচনে ॥ ১৭৯ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; গুণ-যশ—গুণ অমসুং মিংচৎ ; অবতংস—নাকোঙগী লৈতেং ; কাণে নাকোঙদা ; কৃষ্ণনামগুণ-যশ—কৃষ্ণগী মিং, গুণ, মিংচংনা ; প্রবাহ—ঈচেন ( ওই ) ; বচনে—রাঙাওদা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মিং, গুণ অমসুং মিংচংনা মনাকোঙগী লৈতেংনী। শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, যশগী ঈচেন্না শ্রীরাধাগী বচন-দা চেন্থরম্মী।

## মৈনরোল

অবতংস- শক ফজবী লুপীশিংনা অবতংস ( নাকোঙগী লৈতেং ) য়ান্‌গদবগী খোয়রাওবগুম্ শ্রীরাধাসু শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, অমসুং মিংচৎকী রা তানীঙবনা খোয়রাওলম্মী।

প্রবাহ বচনে—শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, অমসুং যশগী রা ভাক্তা শ্রীরাধাগী চীন্দগী ঈচেন্‌গুম্না চেন্থরম্মী। হায়বদি মহাক মতমপুম্বদা কৃষ্ণগী নাম, গুণ অমসুং যশগী রা ভাক্তা ভাওই।

মূল ১৮০

কৃষ্ণকে করায় শ্যামরস-মধুপান।
নিরন্তর পূর্ণ করে কৃষ্ণের সর্ব্বকাম ॥ ১৮০ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণকে শ্রীকৃষ্ণবু ; করায়—তৌহল্লী ; শ্যামরস-মধু—অশংবা-মচুগী শৃঙ্গাররসনা কন্দর্পবু ভাওহনবগী মশক ওইবা খোইহী ; পান—থকপা ; নিরন্তর—অতং-অখম নাইদবমথৈ ; পূর্ণ করে—থুংহল্লী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; সর্ব্বকাম—অনীঙবা অপাম্বা পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু শ্যাম-রস-মধু ফাল্‌হল্লী। মতমপুম্বদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা পুম্নমক থুংহল্লী।

## মৈনরোল

শ্যামরস-মধু—শৃঙ্গার-রসনা কন্দর্পবু ভাওহনবগী মশক ওইবা

শ্যাইদগী হেন্দোকপা গুণ-লৈবী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু শৃঙ্গার-রস না কন্দর্প বু ময়াই কাহনবগী মশক ওইবা খোইহী ফালহল্লমী। শৃঙ্গার-রসগী মচুদি শ্যামনী ( শংবনী ) অমসুং বিষ্ণুদৈবত-নী ; মরমহুনা শৃঙ্গার রসবু শ্যামরস কৌরিবনী। শ্যামবর্ণোঽয়ং বিষ্ণুদৈবতঃ॥ সাহিত্যদর্পণে তৃতীয় পরিচ্ছেদে ২১০ কারিকা।"

মূল ১৮১

কৃষ্ণের বিশুদ্ধ-প্রেম-রত্নের আকর।

অনুপম-গুণগণ-পূর্ণ-কলেবর॥ ১৮১॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণের— শ্রীকৃষ্ণগী ; বিশুদ্ধ—মকুবা ; প্রেম-রত্নের—প্রেমগী মশক ওইবা রত্নগী ; আকর— খোং, খোরকুফম, পোকুফম ; অনুপম— চাংদম্নভাই-লৈতবা ; গুণ-গণ—গুণশিংনা ; পূর্ণ—থল্লবা ; কলেবর— হকচাঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা মকুবা-প্রেমগী মশক ওইবা রত্ন-পোকফম খোং হায়বহুনী। চাংদম্নভাই-লৈতবা গুণশিংনা শ্রীরাধাগী দেহবু থল্লিবনী।

## নৈনরোল

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা পীরী।

মূল ১৮২

তথাহি শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে ( ১১/১২২ )—

কা কৃষ্ণস্য প্রণয়জনিভূঃ শ্রীমতী রাধিকৈকা

কাস্য প্রেয়স্যনুপমগুণা রাধিকৈকা ন চান্যা।

জৈহ্ম্যং কেশে দৃশি তরলতা নিষ্ঠুরত্বং কুচেঽস্যাঃ

বাঞ্ছাপূর্ত্যৈ প্রভবতি হরে রাধিকৈকা ন চান্যা॥ ১৮২॥

শব্দার্থ

কা – কনী-কনা ; কৃষ্ণস্য—শ্রীকৃষ্ণগী ; প্রণয়জনিভূঃ—প্রণয়গী (প্রেমগী

মঙাক্‌ঙ প্রণয় কৌরছল্লী) পোকক্কম ; শ্রীমতী রাধিকা— শ্রীমতী রাধিকা ; একা—মথন্তুনী ; কা—ছুপী কনা ; অস্যা—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; প্রেয়সী—নুংশিবী ; অনুপম-গুণা চাংদমন্‌ঙাই-লৈতবা-গুণ-চেন্‌বী ; রাধিকা—শ্রীমতী রাধিকা ; একা—মথন্তুনী ; ন—নত্তে ; চ—অমসুং ; অন্যা—অতোপ্পা ; জৈহ্ম্যং— খোইবা ; কেশে—শম্লাঙদা , দৃশি—মীংয়েংদা ; তরলতা— তথক্‌পা ; নিষ্ঠুরত্বং— কন্‌বা ; কুচে—খোয়াঙ-তুঙফমদা ; অস্যা — মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) ; বাঞ্ছাপূর্ত্তৈ— অনীঙবা থুংহন্‌বা ; প্রভবতি—ঙম্মী ; ন চ অন্যা— অতোপ্পী কনানসু ঙমদে।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী প্রণয় পোক্‌কম ওইবী কনানো ? শ্রীমতী রাধিকা মথন্তুনী। শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবী (প্রেয়সী) কনানো ? চাংদমন্‌ঙাই-লৈতবা-গুণ-চেন্‌বী শ্রীরাধিকা মথন্তুনী, অতোপ্পা কনামা লৈতে। শ্রীরাধাগী শম্লাঙদা খোয়খোয়বা, মীৎতা তথক্‌পা, থোম্‌দা চগায়বা লৈ ; শ্রীরাধা মথন্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঞ্ছা পূর্ণমক থুংহন্‌বা ঙম্মী, অতোপ্পী কনামনা ঙম।

## নৈনরোল

শ্রীরাধা চাংদমন্‌ঙাই-গুণ-চেন্‌বীনী হায়দুনা, শ্রীরাধা শম্লাঙ খোইখোইবীনী হায়দুন—হায়বদি শ্রীরাধাদি য়োনা যজবীনী ( পরমাসুন্দরীনী ) অমসুং মথোক কারকপদা ঙায়বী তনোবীনী হায়দুনা অমসুং শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পূর্ণমক থুংহল্লী হায়দুনা মহাক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবীনী ( প্রেয়সীনী )।

শ্রীরাধাগী গুণ-দি চাংদমন্‌ঙাই লৈতে হায়বা ১৮০ পয়ারসিগী প্রমাণ শ্লোক অসিনী।

মূল ১৮৩

যাঁহার সৌভাগ্যগুণ বাঞ্ছে সত্যভামা।
যাঁর ঠাঞি কলাবিলাস শিখে ব্রজরামা ॥ ১৮৩ ॥

## শব্দার্থ

যাঁহার— মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) ; সৌভাগ্যগুণ —লাইবকক্কবা

হায়বা গুণ ; বাছে—পায়ৈ ; সত্যভামা—শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী সত্যভামানা; যাঁর—মহাকী ( শ্রীরাধাগী ) ; ঠাঞি—মফমদা ; কলাবিলাস—পুড-ঈশৈনচিংবা 'কলা' ৬৪ ; শিখে—তম্মী ; ব্রজরামা—ব্রজগোপীশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী লাইবক-ফবা হায়বা গুণ অদুবু সত্যভামানা মিহৌয়ি ; মহাকী ( শ্রীমতী রাধাগী ) মফমদা ব্রজগোপীশিংনা কলা পুমমক তম্মী।

নৈনরোল

খ্বায়দগী হেন্‌বা মীশিংনা শ্রীরাধিকাগী চাংদমন্তাই নৈতবা গুণশিংছ ফংননবা প্রার্থনা তৌয়ি হায়বস্থ উংলি।

সৌভাগ্যগুণ—মপুরোইবনা য়াম্না নুংশি তৌববু সৌভাগ্য কৌয়ি। মুপী হায়বী জাংকী মরক্তা সত্যভামাতনা খ্বায়দগী হেন্না সৌভাগ্যবতীনী। "সত্যভামোত্তমা স্ত্রীণাং সৌভাগ্যে চাধিকা ভবেৎ॥ শ্রীকৃষ্ণ সন্দর্ভধৃত হরিবংশবচন।" শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী সত্যভামানা খ্বায়দগী হেন্না সৌভাগ্যবতী ওইরবসু শ্রীরাধাগী সৌভাগ্যগুণ অদু ফংনীগুণী।

ব্রজরামা—ব্রজগোপীশিংনা কলাবিলাসদা সুপণ্ডিত ওইদুনসু শ্রীরাধাগী মফমদগী কলাবিলাস তম্মী।

কলা - পুড-ঈশৈনচিংবা বিদ্যা ৬৪॥

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০/৪৫/৩৬—শ্লোক অদুগী শ্রীধরস্বামীনা তৌখা টীকাদা লৌখৎপা শিবতন্ত্র-দা হায়বা কলা ৬৪ গী রাদি অসিনী:—(১) গীত, (২) বাদ্য (য়ৈনবা-খোংনবা যন্ত্র), (৩) নৃত্য (জগোই), (৪) নাট্য (৫) আলেখ্য (লাইয়েকপা), (৬) বিশেষকচ্ছেদ্য, (৭) তণ্ডুল-কুসুম-বালি-বিকার, (৮) পুষ্পাস্তরণ (৯) দশন-বসনাঙ্গরাগ, (১০) মণিভূমিকাকর্ম্ম, (১১) শয়নরচন, (১২) উদকবাদ্য, উদকঘাত, (১৩) চিত্রযোগ, (১৪) মাল্যগ্রথনবিকল্প, (১৫) শেখরাপীড়যোজন, (১৬) নেপথ্যযোগ, (১৭) কর্ণপত্রভঙ্গ, (১৮) সুগন্ধযুক্তি, (১৯) ভূষণযোজন, (২০) ঐন্দ্রজাল, (২১) কৌচুমারযোগ, (২২) হস্তলাঘব (২৩) চিত্রশাকাপূপভক্ষ্যবিকারক্রিয়া, (২৪) পানক-রস-রাগাসব-যোজন, (২৫) সূচবায়কর্ম্ম, (২৬) সূত্রক্রীড়া, (২৭) বীণাডমরুকবাদ্যাদি, (২৮) প্রহেলিকা, (২৯) প্রতিমালা (৩০) দুর্ব্বচকযোগ, (৩১) পুস্তকবাচন ;

(৩২) নাটকাখ্যায়িকাদর্শন, (৩৩) কাব্যসমস্যাপূরণ, (৩৪) পট্টিকাবেত্র-বাণবিকল্প, (৩৫) তর্ককর্ম্মসমূহ, (৩৬) তক্ষণ, (৩৭) বাস্তুবিদ্যা, (৩৮) রূপ্যরত্ন পরীক্ষা, (৩৯) ধাতুবাদ, (৪০) মণিরাগজ্ঞান, (৪১) আকার জ্ঞান, (৪২) বৃক্ষায়ুর্ব্বেদযোগ, (৪৩) মেষ-কুক্কুট-শাবক-যুদ্ধবিধি, (৪৪) শুক-সারিকাপ্রলাপন, (৪৫) উৎসাদন, (৪৬) কেশমার্জ্জনকৌশল, (৪৭) অক্ষরমুষ্টিকাকথন, (৪৮) ম্লেচ্ছিতকুতর্ক-বিকল্প, (৪৯) দেশভাষাজ্ঞান, (৫০) পুষ্পশকটিকানিমিত্তজ্ঞান, (৫১) যন্ত্রমাতৃকাধারণমাতৃকা, (৫২) সম্পাট্য, (৫৩) মানসীকাব্যক্রিয়া (৫৪) অভিধানকোষ, (৫৫) ছন্দোজ্ঞান, (৫৬) ক্রিয়াবিকল্প, (৫৭) ছলিতকযোগ, (৫৮) বস্ত্রগোপন, (৫৯) দ্যূতবিশেষ, (৬০) আকর্ষক্রীড়া, (৬১) বালক্রীড়নক, (৬২) বৈনায়িকীবিদ্যাজ্ঞান, (৬৩) বৈজয়িকীবিদ্যা জ্ঞান, (৬৪) বৈতালিকীবিদ্যা জ্ঞান।

মূল ১৮৪

যাঁর সৌন্দর্য্যাদি গুণ বাঞ্ছে লক্ষ্মী-পার্ব্বতী।
যাঁর পতিব্রতা-ধর্ম্ম বাঞ্ছে অরুন্ধতী ১৮৪।

শব্দার্থ

যাঁর—মহাক্কী (শ্রীরাধাগী) ; সৌন্দর্য্য-আদি গুণ—শকুফজবন-চিংবা গুণ ; বাঞ্ছে—পামজৈ ; লক্ষ্মী-পার্ব্বতী—লক্ষ্মীনা অমসুং পার্ব্বতীনা ; যাঁর—মহাক্কী ; পতিব্রতা-ধর্ম্ম—মপুরোইবগী নীংচৎপী শীডং (আচার) ; বাঞ্ছে—পামজৈ ; অরুন্ধতী—মহামুনি বশিষ্ঠগী মুপীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী ককব-নচিংবা গুণশিংছু লক্ষ্মী অমসুং পার্ব্বতীনা পামজৈ। মহাক্কী পতিব্রতাগী নীংচৎপু (আচারবু) বশিষ্ঠমুনিপত্নী অরুন্ধতীনা পামজৈ।

নৈনরোল

পতিব্রতা—মপুরোইবা-নীংবী। পতিব্রতাগী লক্ষণদি অসিনী— আর্ত্তার্ত্তে মুদিতে হৃষ্টা প্রোষিতে মলিনা কৃশা। মৃতে ম্রিয়েত যা পত্যৌ সা স্ত্রী জ্ঞেয়া পতিব্রতা॥ হায়বদি মপুরোইবনা থবাই বারগা বাবী, মপুরোইবনা হরাওরগা হরাওবী, মপুরোইবনা লংকে চৎপগা চমোৎনবী (মায়থোং-

মকান্নাম্‌দবী) অহুগা ঋাঙগঙবী ওইবী, মপুম্নোইবন্না শিম্নগা শিন্নিবী অদুবু পতিব্রতা কৌয়ি।

মূল ১৮৫

যাঁর সদ্‌গুণগণের কৃষ্ণ না পায় পার।
তাঁর গুণ গণিবে কেমনে জীব-ছার ? ১৮৫ ॥

শব্দার্থ

যাঁর—মহাক্কী; সদ্‌গুণগণের—অফবা গুণশিংগী; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা; না পায়—ফংদে; পার—অমথৈ; তাঁর—মহাক্কী; গুণ—গুণ; গণিবে—শীঙথাক্নী; কেমনে—করম্না; জীব ছার—কৈছু-লৈতবা জীবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মাপী অফবা গুণশিংগী ওমথৈ ফংদবা অহুগুম্বা মহাক্কী (শ্রীরাধাগী) গুনশিংবু কৈছু-লৈতবা জীবশিংনা করম্না মশীঙ লাকপা ঙম্‌গনী?

মূল ১৮৬

প্রভু কহে—জানিল কৃষ্ণরাধা-প্রেমতত্ত্ব।
শুনিতে চাহিয়ে দোঁহার বিলাস-মহত্ত্ব ॥ ১৮৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; জানিল—(ঐ) খঙলে; কৃষ্ণরাধা-প্রেমতত্ত্ব—কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্ব; শুনিতে—নাকোঙনা তাবা; চাহিয়ে—পাম্মী; দোঁহার—মখোয় অনীগী; বিলাস—শান্নবা, লীলা; মহত্ত্ব—মাহাত্ম্য, মতীক-ময়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়—কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্ব ঐ খঙলে। মখোয় অনীগী বিলাস-মাহাত্ম্য ইনাকোঙনা তানীঙঙী।

নৈনরোল

কৃষ্ণরাধা প্রেমতত্ত্ব—১৩৪-১৪৯ মূল-দা কৃষ্ণতত্ত্ব, ১৫১-১৮১ মূলদা রাধাতত্ত্ব অমসুং ১৪৯-১৫৯ মূলদা প্রেমতত্ত্ব বর্ণন তৌয়ি।

রাধাতত্ত্বগা প্রেমতত্ত্বগা বর্ণন তৌরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী ওমথৈ-নাইদবা

শক্তিগী মনুঙদা চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি অমসুং জীবশক্তি হায়বা শক্তি অহুম-সিনা মকোক্কী হায়না হায়রি (২/৮/১৫১)। অহুমসিগী মনুঙদা অমুক চিচ্ছক্তি হায়বদি অন্তরঙ্গা-স্বরূপ-শক্তিনা প্রধান ওই (১/৮/১২২)। হায়রি-বসিনদি স্বরূপ শক্তিনা শক্তিপুম্বগী মকোক্কী। স্বরূপশক্তিগী বৃত্তি অহুম্নী। মখোয়দি—হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ (২/৮/১৫৩-১৫৪)। বৃত্তি অহুম-সিগী মনুঙদা হ্লাদিনীনা হায়বদি হ্লাদিনী-অংশনা প্রধান-ওইবা-স্বরূপ শক্তিগী উৎকর্ষ-না ( য়াংবনা ) থ্বায় পুম্বগীদগী হেল্লী। অদু ওইরবদি, শক্তি শোইনমক্তগী হ্লাদিনীনা পুঙথোই থোইরে। শক্তিমানবু (শক্তিচেন-ববু ) চাওহনবা ঙম্বদি মাগী শক্তিতননী, শক্তিদুনা অদুক্কী মতীক চাউরি-বমখৈ শক্তিদুগী মঙম্মা শক্তিমানসু অদুক্কী মতীক চাউবা ঙম্মী। হ্লাদি-নীনা শ্রীকৃষ্ণগী অনন্ত শক্তিগী মরক্তা থ্বায়দগী পুঙহেন্ন হেল্লী হায়বনীনা হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণবু থ্বায়পুম্বদগী পুঙহেন্ন হেন্না চাউহনবা ঙম্মী। করিগুম্বা পোৎ অমনা চাউবসে পোৎতুগী স্বরূপবিকাশ ওইরবদনী। স্বরূপকী হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণদি আনন্দ অমসুং রসগী স্বরূপনী; মহাক্না আনন্দস্বরূপ অমসুং রসস্বরূপ ওইবগী মহৈ য়ানবদি হ্লাদিনীতগী মপাঙ্গনা ওইথোক-পনী। হ্লাদিনীগী মপান্থনা শ্রীকৃষ্ণনা (ভক্তশিংনা য়োনা মহাও তংনঙাই ওইবা ) স্বরূপ অমসুং ( মহাক্না মহাক্কী স্বরূপানন্দবু অমসুং ভক্তগী প্রেমরস-বু আস্বাদন তৌবগী মুংঙাইবদু ওইথোকহল্লী হায়দুনা) রসিক-স্বরূপ ওইবনী। অসিগুম্বী হ্লাদিনীগী সার ওইবা অংশ হায়বদি পং-পং-লাউরবা বিলাস অদুনা প্রেমগী স্বরূপ ওইরিবনী (২/৮/১২৯)। পরব্রহ্মবস্তু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অদুবু মহৈ য়ালহন্দুনা চাওহনবা ঙম্লিবা পোৎ অদুগী গাঢ়তম ওইবা শক্তমদি প্রেম-নী। মসিনা প্রেমগী তত্ত্ব অমসুং প্রেমগী স্বরূপকী থোইদোকপা শক্তম উৎলে। অসিগুম্বা থ্বায়দগী হেনবা স্বরূপকী থোইদোকপা শক্তম প্রেমগী লৈ হায়বা মরম্না শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌরিবনী। —শ্রীকৃষ্ণনা থ্বায়গীগা মান্নদবা ঐশ্বর্য্য-মাধুর্য্যগী মপু ওইরসু, অমসুং মরমদুনা পুম্নমক্কী চিত্তবু চিংবা অমসুং পুম্নমকপু বশ তৌবা ঙম্নবসু [প্রেমগী মথা পোনবনা শ্রীকৃষ্ণগী নীংতম্বগী ( স্বাতন্ত্র্যগী ) অমাংবা করিগু লৈতে মরমদি হ্লাদিনীদি মাগী শক্তিনী; স্বতন্ত্রগী অর্থদি লম্নাই শক্তিতনা সহায় (স্বশক্ত্যেকসহায়) ওইবা হায়বনী; লম্নাই শক্তি নত্তনা অতোপ্পা করিমতবু ঙাইদবা হায়বনী]। প্রেম হায়বসিনা মাগী স্বরূপ-নসু ( মঙম্মসু) প্রভাবনসু থ্বায়দগী হেন্না অচৌবা ( পরম মহীয়ান্ ) হায়বদুনী হায়বদো উৎলি।

অসিগুম্বা পরম মহীয়ান্ প্রেমগী থম-থেংবা বিকাশ-দি মহাভাব কৌয়ি ; মহাভাবসিগী মূর্ত্তবিগ্রহদি শ্রীরাধা-নী ; শ্রীরাধাসি শক্তি পুম্নমক্কী অমসুং প্রেমগী মবেম্মনী ( অধিষ্ঠাত্রী দেবীনী ) ; মহাক্তি প্রেম-ঘন-বিগ্রহা হায়বত্রনী ; মহাক্কী দেহ, চিত্ত, ইন্দ্রিয়নচিংবা, মহাক্লা শীজয়নবা পোৎ পুম্নমক প্রেম-তনা শাবনী (প্রেম-বিভাবিত নী) অত্থনা প্রেম-তনা মুং-পান পুম্হা-হাবনী। মাগী চিত্তদসু থমথেংনা বিকাশ তৌরবা প্রেমতনা পুঙথন্-থন্বনী। প্রেম অসিনা থুংলাই ওইত্থনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌত্থনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হল্লী –কৃষ্ণবাঞ্ছাপূর্ত্তিরূপ করে আরাধনে॥ ১/৪/৮৮॥ কৃষ্ণবাঞ্ছা পূর্ণ করে এই কার্য্য তার॥ ২/৮/১৬৪॥ মসিনী শ্রীরাধাগী তত্ত্বদি। অসিগুম্বী শ্রীরাধানা অমসুং মহাক্কী প্রেম অত্থনা শ্রীকৃষ্ণগী আনন্দস্বরূপত্বগী অমসুং রসস্বরূপত্বগী পূর্ণতম বিকাশ ওইহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মদনমোহন ওইবত্থ ফোঙদোকয়ি। পরব্রহ্মদি স্বরূপা ব্রহ্ম-নী ( চাউরেন্ চাউবনী ) ; অত্থবু মহাকপু প্রভাবতসু ব্রহ্ম ( চাউরেন্-চাউবা ) ওইহন্‌বা ঙম্মী মহাক্কী স্বরূপ শক্তি অত্থমত্তনা ( নির্বিশেষ-ব্রহ্মস্বরূপা ব্রহ্মনা চাউরেন্-চাউবা ওইত্থনসু মঙোন্দা শক্তিগী বিকাশ লৈতে হায়ত্থনা প্রভাবতসু ব্রহ্মত্থ চাউরেন্-চাউবা নত্তে )। অসিগুম্বী স্বরূপশক্তিগী মহিমাসু শ্রীরাধাদা পূর্ণতম ওইনা বিকাশ ওই ; মরমত্থনা শ্রীরাধাগী মপান্থনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-কী ঐশ্বর্য্যগী, মাধুর্য্যগী, রসত্বগী – রাহৈ অমত্তদ হায়রগা মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মহিমাগী মওং গুনা পূঙহেন্-হেন্‌বা বিকাশ ওই। মরমসিনা স্বরূপকী অমসুং প্রভাব-কী হায়র-গসু শ্রীরাধাদি মথন্ত-ঙাইবা বিরাট তত্ত্বনী। অসিগুম্বা তত্ত্বনা আধার (ভূগুফম) ওইরিবা প্রেমত্থগী মহিমাদি সর্ব্বাতিশায়ী ওইগনী হায়বদা করি চিংনঙাই লৈগদগে ?

রাধাতত্ত্ব অমসুং প্রেমতত্ত্বগী ৰারোল্‌সিনা শ্রীরাধাপ্রেমগী মহিমা ফোঙদোকয়ি হায়বত্থ উবা ফংলে।

বিলাসমহত্ত্ব— রাধাপ্রেমগী মহিমা লংত্রিক লংনা ফোঙদোকথরে। অত্থবু প্রভুদি মত্থনসু পেল্লমদে ; মহাক্লা থল্লম্মী রাধাপ্রেমগী মহিমা য়াম্না মক্কনা হায়রে, অত্থবু মপুঙফানা ফোঙদোকপা হায়বত্থদি হৌজিক্কাওবা লৌত্রি, মৌপদোবা থরা ৰাংলী হায়বগী মতাগুম্মী। শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনীগী কেলিবিলাসদা রাধাপ্রেমগী মহিমা থোইদোকপা মত্তৌ অমা ফোঙদোকয়ি

শ্রীকৃষ্ণগী মথোয়গা লোয়ননা শান্নে হায়বা অর্থসি লৌবা তাই। নিরন্তর শব্দগী অর্থ মফমসিদসু হান্নগীগুম্না "সর্ব্বদা দিবারাত্রিগী মনুঙদা মতম পুম্বদা" অসুম্না হন্নগদি য়েংনবা রাফম অমা থাজংনরকপা য়াই। শ্রীকৃষ্ণনা দিবারাত্রিগী মনুঙদা মতম পুম্বদা গোপীশিংগা লোয়ননা ক্রীড়া তৌরগদি মহাক্কী শন-শেনবনচিংবা অতৈ লীলাদি করম্না পাঙথোকনী ? আপত্তি অসী করকনবা নিরন্তর-গী অর্থ যুংচাগদবা মতম মতমগী মতম পুম্বদা হায়মা হন্বা তারে।

নত্রগা। অসুম্নসু অথ হন্বা য়াই।

নিরন্তর মতমপুম্বদা, দিবারাত্রিগী মতম পুম্বদা।

কামক্রীড়া - গোপীশিংগা লোয়ননা তৌবা বিহার-নচিংবা। শ্রীকৃষ্ণনা দিবারাত্রিগী মনুঙদা মতম পুম্বদা প্রেয়সীশিংগা (নুপীশিংগা) শান্নে।

অহুদি হংলকপা য়াই—দিবারাত্রি চুপ্পী মনুঙদা মতমপুম্বদা মহাক্না প্রেয়সীশিংগা শান্নবদি শন-শেনবনচিংবদি করম্বা মতমদা তৌবা ? পাউখুম - শন-শেনবনচিংবহুসু প্রেয়সীশিংগা লোয়ননা শান্নবগী অঙ্গ (শরীক) অমনী। শ্রীকৃষ্ণনা নন্দনশোদাগা লৈমিন্নবা মতমদা, সখাশিংগা লোয়ননা শন-শেনমিন্নবসু, মতম পুম্বদা প্রেয়সীশিংদগী লাপ্পা লৈরগা মথোয় মশেল মিলন ওইননবা মথোয়গী অসমু কৃষ্ণ মচামক্কী উৎকণ্ঠা হেন্নংহন্দুনা মিলনগী মধুর ওইবহুত্থন হেন্নংহল্লী ; মরমহুনা শনশেনবনচিংবা লীলা অতৈনা উৎকণ্ঠা হেন্নংহল্লগা মিলনগী মধুরতাব য়োকখংলী হায়হুনা অতৈ লীলা-শিংহুনসু প্রেয়সীশিংগা লোয়ননা শান্নবা কামক্রীড়াগী অঙ্গ-বিশেষ-নী হায়বা য়াই। অমুক, শনশেনবদি শংশংবা প্রেয়সীশিংগা মিলন ওইবদা থুদোং চাহল্লী, মরমদি শনশেনবনী হায়শন্নহুনা শ্রীকৃষ্ণনা অয়ুক-নুংথিল্দা বন মনুঙদা চেঙহুনা প্রেয়সীশিংগা উনপে হায়বা য়াই।

মসৌ অসুম্না, শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা প্রেয়সীশিংগা কামক্রীড়া তৌরি হায়বা য়ারে। মসিনসু তাক্লি—শ্রীকৃষ্ণনা ধীরললিত-নায়ক-নী হায়হুনা প্রেয়সীগী মথা পোল্লী হায়বহুসু।

নত্রগা, লঙনগনবা-হৈবা (পরিহাস-পটু) শ্রীকৃষ্ণনা প্রেয়সীশিংগা

পরিহাসগী ইরাঙ তৌনবগীদমক শন্-শেন্‌বনী হায়শন্নরগা অতোপ্পা মখমদা মাঙখিবস্থ য়াই হায়নস্থ হায়বা য়াই।

## মূল ১৮৮

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ, দক্ষিণবিভাগে বিভাবলহর্য্যোম্ (১/১২৩) —

বিদগ্ধো নবতারুণ্যঃ পরিহাসবিশারদঃ।
নিশ্চিন্তো ধীরললিতঃ স্যাৎ প্রায়ঃ প্রেয়সীবশঃ ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

বিদগ্ধঃ কলাবিলাস-দা হৈশিংবা ; নবতারুণ্যঃ—পাখঙ শোইনৌ ওইবা ; পরিহাস-বিশারদঃ—করেম্-কথায়নবদা হৈশিংবা ; নিশ্চিন্তঃ—চিন্তা-লৈতবা ; ধীরললিতঃ—নায়ক মখল অমা ; স্যাৎ—ওই ; প্রায়ঃ—লোম ; প্রেয়সীবশঃ—প্রেয়সীনা খুত্থম চন্‌বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলাবিলাসদা হৈশিংবা পাখঙ তনৌবা, করেম্-কথায়নবা হৈগন্‌বা, চিন্তা-লৈতবা ( নীঙঙাইদবা ), অয়াম্বদা প্রেয়সীনা খুত্থম-চন্‌বা, অদুগুম্বা নায়ক-পু ধীরললিত কৌয়ি।

## মূল ১৮৯

রাত্রিদিন কুঞ্জক্রীড়া করে রাধাসঙ্গে।
কৈশোর-বয়স সফল কৈল ক্রীড়ারঙ্গে ॥ ১৮৯ ॥

### শব্দার্থ

রাত্রিদিন—দিবানিশি, অহিং-নুংথিল ; কুঞ্জক্রীড়া—নিভৃত নিকুঞ্জদা শান্নবা ; করে—তৌয়ি ; রাধা সঙ্গে—শ্রীরাধাগা লোয়ননা ; কৈশোর-বয়স—কিশোর ওইবগী চহীমতাঙ ; সফল—মহৈ-য়ানবা ; কৈল—ওইহনখি ; ক্রীড়ারঙ্গে—শান্নবগী ইরাঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং নুংথিল অনীমক্তা শ্রীমতীরাধাগা লোয়ননা কুঞ্জক্রীড়া শান্নি। কৈশোর-বয়সবু ক্রীড়ারঙ্গ তৌদুনা মহৈ য়ানহল্লী।

মূল ১৯০

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে ১ মবিভাবলহর্য্যাম্ (১/১২৪)—

বাচা সূচিতশর্ব্বরীরতিকলাপ্রাগল্ভ্যয়া রাধিকাং
ব্রীড়া-কুঞ্চিতলোচনাং বিরচয়ন্নগ্রে সখীনামসৌ
তদ্বক্ষরুহচিত্রকেলি মকরীপাণ্ডিত্যপারংগতঃ
কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন্ কুঞ্জে বিহারং হরিঃ ॥১৯০॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/১১৮ মূল-দা য়েংবিয়ু।

"কৈশোরং বয়স" নচিংবা ১৮৮ পয়ার-তংখাইগী প্রমাণ ওইনা শ্লোকসী হাপ্লিবনী।

মূল ১৯১

প্রভু কহে— এই হয়, আগে কহ আর।
রায় কহে—ইহা বই বুদ্ধিগতি নাহি আর ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে —প্রভুনা হায়; এই হয়—মসী ওইরে; আগে—মথা; কহ—হায়য়ু; আর—অতৈ; রায়—রায় রামানন্দনা; কহে—হায়; ইহা বই— মসী নত্তনা; বুদ্ধিগতি—বুদ্ধিথোকপা; নাহি—লৈতরে; আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মসী ওইরে; অদুবু মথা অতৈ তাথরক্‌খো। রায়না হায়রম্মী —মসী নত্তনা বুদ্ধিনা লাপ্পা ফংবা অতৈ লৈতরে।

## নৈনরোল

প্রেমনা গাঢ় ওইশল্লক্লবদি—শ্রীকৃষ্ণবু মওংশুনা মুংঙাইহন্নীঙলবদি—বিলাস (শান্নবা) তৌনীঙ্ঙী অতুগা বিলাস-নী হায়শন্নরগা প্রেমগী মহিমা ফোঙ্গলকয়ি; মরমচুনা প্রভুনা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাসমহত্ত্ব শ্রবণ

তৌনীঙবনী। বিলাসমহত্ত্ব বর্ণন তৌবদা রায়রামানন্দনা শ্রীকৃষ্ণনা ধীরললিত ওইবগী বা হায়রম্মী। ধীরললিত ওইবগী লক্ষণ ময়াম মক্তাক্লা হায়রগদুনা রাধাপ্রেমদগী পোকপা বিলাসগী মাহাত্ম্যমক তাকয়ি। সর্ব্বযোনি (পুম্নমক্কী থোরকফম) সর্ব্বাশ্রয় (পুম্নমক্কী তুঙফম) সর্ব্বশক্তিমান্ (শক্তি পুম্নমক্কী মপু) ওইবা মহাক, বেদ পুম্নমক্কী প্রতিপাদ্য (প্রমাণ তৌনঙাই) ওইবা মহাক; সর্ব্বগ (মফম খুদিঙ শীনথুংবা) অনন্ত, বিভু ওইবা মহাক; যুগ যুগান্তর চুপ্না খিদুনসু শ্রুতিশিংনা মহাক্কী মহিমাগী ভমখৈ লাকপা ঙমদ্রবা মহাক; অদুগুম্বা পরমতত্ত্ব (খমথোক্না মনীঙ-তম্বা) পরম-ব্রহ্ম স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদুগী থম্মোইগী মুংদা রস পাম্হন্নগা মহাকপু প্রেয়সীগী মথক্তা পোনখ্রা ওইহল্লিবা বিলাসতর্কেও মক্তেক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ওমহৎপা ঙম্বা বিলাস অদুনা সর্ব্বনাগী তত ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রেয়সীগী সঙ্গ পামহন্দুনা নিভৃতনিকুঞ্জদা লেলহল্লী; অদুগুম্বা বিলাসগী মহিমাদু কনানা হায়বা ঙমগদগে? শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাসগী অতক চাউরবা মহিমাগী রাহু রায়রামানন্দদি হায়রম্মী; অদুবু মতমসু প্রভু পেল্লমদে, মথা অতৈ মা তানীঙখি। প্রভুনা হায়রম্মী—"হে রামানন্দ! নঙনা হায়খিবা রাধাকৃষ্ণগী বিলাসগী খ্বায়দগী-মান্নদবা মতত্ত্ব থোরকহল্লে হায়বসু চিংনমঙাই করিসু লৈরে; অদুবু রামানন্দ, বিলাসমহত্ত্বগী বা পূর্ণতম শুনা হায়দ্রবগুম্মী; অদুগুম্বা খরমক লৈরিমল্লে; মদু থম্নীঙঙী। হায়সু রামানন্দ।"

প্রভুগী বা তাবগা রামানন্দনা হায়রম্মী—"ঐনা হায়ঙমিবদুগী মথক্তা করিগুম্বা অমতা বুদ্ধিনা লাক্তা লৈত্রে।" অদুগুম্বা লীলাসার কৈরী মরমদা অমতা কনাগুম্বগী বুদ্ধিনা লাক্তা ঙমদে; মদুদি ভগবানগী কৃপানা অমুভব তৌগদবা মতাং।

মূল ১৯২

যেবা প্রেমবিলাস বিবর্ত্ত এক হয়।

তাহা শুনি তোমার সুখ হয় কি না হয় ॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

যেবা—মদু; প্রেমবিলাস—প্রেমনা ইনশল্লকপুনা শান্নবা; বিবর্ত্ত—বিলাসগী মপূৰ্ণতম; এক—অমা; হয়—ওই; তাহা—মদু; শুনি—নাকোঙনা তাবগা; তোমার সুখ—নঙগী নুংঙাইবা; হয় কি না হয়—ওইগদ্রা ওইরোইদ্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিবনা ইন্‌শল্লক্তনা শাম্নবনা মপুঙ্‌ফাবা মওং অমা লৈরিবসী নঙনা শ্রবণ তৌরগা পেনগদবা পেল্লোইদরা খঙদে।

## নৈনরোল

প্রভুগী বা তারগা রামানন্দনা হায়রম্মী--"প্রভু, বিলাসমহত্ত্বগী হেল্লা থুপ্পা রাতুদি ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ঙমদে হায়বসী অওইবনি; অদুবু নহাক্কী কৃপানা মতম অমদা ঐহাক খজিক্কং অনুভব তৌবা ঙমখি রাধাকৃষ্ণগী বিলাসমহত্ত্বগী থুপ্নেন্-থুপ্পা রহস্য অমা লৈ হায়বতু। মতুগী ঈঙ্গিত পীননবা ঐনা লেংজবা ঈশৈ অমদা হোৎনখি। ঈশৈতু ঐনা শক্লগা প্রভুদা তাহন্‌জগে। ঈশৈসিদা পীরিবা রহস্যগী ইঙ্গিত অদু প্রেমবিলাসবিবর্ত-নী। 'আহা দেনি' ইত্যাদি— অদুবু প্রভু ঐনা লেংবা ঈশৈসিদা ইঙ্গিত অদুবু মতৈ য়ালহনবা ঙম্নবরা. বিলাসমহত্ত্বগী থুপ্নেন-থুপ্পা রহস্যতু তায়দোকপা ঙম্নবরা হায়রগু ঐ খঙজদে। ঙমদ্রবদি ঈশৈতু তারগা নঙ নুংঙাইরোই; নত্রগা, নঙনা ফোংদোকখ্রবীরিবা রহস্যতুগী ইঙ্গিত ঐগী ঈশৈদা য়াওদ্রগসু নহাক নুংঙাইরোই। মতুগী বাসনানা থুংলোয়। মরমতুনা প্রভু, ঈশৈতু তারগা নহাক নুংঙাইগদবা হায়না চিংনবা অমা পোক্‌য়ি। অদুগ ওইনমক, ঐগী ঈশৈ ঐ-ন্তাম্নরা শক্লগা তাহনজগে: প্রভু, তানিয়ু; নঙনা পামজবা-লৈবাং অদু ঈশৈসিদা য়াওবরা য়েংনিয়ু।"

মখাদা ঈশৈ মূল পয়ার ১৯৪-১৯৬ দা উদ্ধৃত তৌরি। ঈশৈসিগী মনমো ফাওবিদা-- "না সো রমণ না হাম রমণী। দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি।" অংশসিগী মনদা বিলাস-মহত্ত্বগী থুপ্নেন-থুপ্পা রহস্যতু ফুম্মী।

অদুগ রহস্যদি করিনো? "প্রেমবিলাসবিবর্ত"-শব্দগী অর্থ নৈনরগা রহস্য ফোঙবদা খুদোং চাগনি।

প্রেমবিলাস - প্রেমগী পোকপা বিলাস হায়বদি কেলি (শান্নবা); লন্নাই-নুংঙাইনীঙবগী মথম লেন্দবা প্রেমগী বিষয় (মুংশিফম) ওইরিবা নহাক অদুগী নুংঙাইনবা থৌরাংনীঙবা (বাসনা) (মসি প্রেম-নী, প্রেমসিদগী) থোরকপা অমসুং বাসনাতুনা ইন্‌শনবদগী থোকপা বিলাস (শাম্নবা)। মসী লন্নাই নুংঙাইনীঙবনা ইন্‌শনবা বিলাস নত্তে; মতুগুম্বা বিলাসগী মিংদি কামবিলাস কৌরি; কামবিলাসদি শা-ভাঙ্গুম্বগী বিলাস-নী, মতুগীদি

মহত্ব করিসু লৈতে, থোইনতুম তুক্কচনৈ। প্রেমবিলাস-শব্দদা য়াওরিবা 'প্রেম'-শব্দসিমক্না কামবিলাসগী রা য়াওব্রবনী। প্রেমবিলাসবিবর্ত— প্রেমদগী পোকপা বিলাসগী বিবর্ত। বিবর্ত-শব্দগী অর্থ করিনো? বিবর্ত-শব্দসী মনুঙদা রহস্য ফুম্বা শব্দনী।

বিবর্ত—নৈনরিবা পয়ারসিগী টীকাদা শ্রীপাদবিশ্বনাথচক্রবর্ত্তীনা বিবর্ত-শব্দগী অর্থ "বিপরীত" (এন্নতৈনবা) হায়না হল্লম্মী। উজ্জ্বল-নীল-মণিগী উদ্দীপন-বিভাব-প্রকরণদা ২২-শুবা শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীপাদ জীবগোস্বামীনা "বকারে সুমুখি নববিবর্ত্তঃ" অদুগীদা বিবর্ত-শব্দগী অর্থ "পরিপাকঃ" (মপুঙফাবা, মমূন-ফান থুম্বা)। মী খ্বাইনা খঙনবা বিবর্তগী অর্থ অমসু লৈ, মদুদি—"ভ্রম" (কাউবা)। অদুনা হৌজিক বিবর্ত-শব্দগী ব্যাখ্যা তৌরকপা মতাঙদা অর্থ অনুম্মক লৌখৎপা য়াই। পরিপাক হায়বা অর্থনা মুখ্য-নী অদুগা বিপরীত অমসুং ভ্রম হায়বা অর্থ অনীসিনা আনুষঙ্গিক ওইননী (লোয়নবা ওইননী)—হায়বদি মুখ্যার্থ ওইরিবা পরিপাক অসিগী বহিল্লক্ষণ-সূচক (মপাম্ভোংগী মতৌ-মরাং তাক্পা) ওইনা। "পরিপাক"-অর্থনা অঙ্গী, অদুগা "ভ্রম" অমসুং "বিপরীত"-না মাগী অঙ্গ-নী।

বিবর্ত-শব্দগী মথক্তা পনখিবা মুখ্য অর্থ লৌরবদি "প্রেম-বিলাস-বিবর্ত"--শব্দগী অর্থদি—প্রেমদগী পোকপা বিলাসগী মমূন-ফাবা (পরিপক্কতা) হায়বদি উৎকর্ষগী খমথেংবা ফিভম। উৎকর্ষগী খমথেংবা ফিভমসিদা লক্ষণ অনীখক থোকয়ি--অমনা ভ্রম (কাউবা); অমনা বৈপরীত্য (এন্নতৈনবা)। মীৎনচিংবা ইন্দ্রিশিংনা উবা ফংদবা পোৎপু মপাম্ভোংগী লক্ষণ্না খঙবা য়াই। প্রেমবিলাসগী উৎকর্ষগী খমথেংবা ফীভমসু মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা য়াবা পোত্তা নত্তে; মপাম্ভোংদা উৎলক্পা লক্ষণশিংনা খুৎলাই ওইরগা পোত্তু লৈ হায়না অনুমান তৌবা তাই। মরমদুনা চক্রবর্ত্তীপাদনা লক্ষণ অমা পল্লম্মী মদুদি—বিপরীত নত্রগা বৈপরীত্য (এন্নতৈনবা)। লক্ষণ অমনা ভ্রম হায়বদি ভ্রান্তি (কাউবা); ভ্রান্তিদগী বৈপরীত্য পোক্পনী। করম্না পোক্পনো হায়বদু উৎচরি।

কাব্যপ্রকাশগী চতুর্থ উল্লাসদা "ধন্যাসি যা কথয়সি" শ্লোক অদুগী টীকাদা ইরি মদুদি—বিলাসমাত্রৈক-তন্ময়তা (বিলাস অদুমতদা লুপ্না,

বিলাস-ওন্‌থ্রবা ) ওইরবদদা কামক্রীড়াগী খমথেংবা ফীভম্নী। বিলাসগী খমথেংবা ফীভমদা বিলাসমাত্রৈকতন্ময়তা পোকপা মতমদা— বিলাস অহুমতং নত্তনা অতৈ থবক অমতদা, করি হায়নী, মখোয় মছা মছা লৈরিবা অহুফাওবা নায়ক-নায়িকানা থিরুবা লৈত্রবদা— মখোয়না নীঙশীঙবা অহুগা থিরুবা বিষয়দি বিলাস অহুমতনী। করম তৌরগা বিলাসহু চঙখোয়া ওইবা য়াগদে নত্রগা মথল মথেল থোকহন্‌বা য়াগদগে, করম তৌরগা বিলাসগী মুংঙাইবহু হেঙ্গংহনগদগে হায়বা অহুত্তনী মখোয়নীনা থিবা বিষয়দি : অহুম্নদি ওইরগা কনানা থিরিবনো হায়বগী অনুভূতিহুশু (খঙবশু) মখোয়নীগী লৈরক্তবা মতম অহুমক্তদা অশুম-অশুম-হেঙ্গংলকপা উৎকণ্ঠা-হুনা মখোয়নীগী মরক্তা বৈপরীত্য ( ওয়তৈনবা )—নায়ক-নায়িকানা তৌথোরকপা থবক্কী বৈপরীত্য—ওইবা য়াই। মতুঙদা লাক্কদৌরিবা ঈশৈগী না সো রমণ না হাম রমণী—বাক্যদা বৈপরীত্যগী ইঙ্গিত ফংঙী। চক্রবর্ত্তী-পাদনা বিবর্ত্তশব্দগী অর্থ বৈপরীত্যসিগী মা হায়বা ওইরম্বা তাই। বৈপরীত্যসিগী হেক থংনবা হেতুদি ভ্রান্তি নী ( অকাওবনী )—হায়বদি নায়ক নায়িকাগী আত্মবিস্মৃতিনী (মছাবু কাউথোকপনী), ভ্রান্তিসী বিলাস-মাত্রৈক-তন্ময়তাগী ফল-নী। বিলাসমাত্রৈক-তন্ময়তানা বিলাসগী উৎকর্ষগী খমথেংবা ফীভম তাকপনী, ফীভমসী ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বৈ ওইরগা খঙবা ঙমদে হায়হুনা ফীভমসিদগী পোকপা ভ্রান্তিনা অমসুং ভ্রান্তিদগী পোকপা বৈপরীত্যনা পাম্বৈ ওইরগা ফীভমসিবু খঙনা ঙম্মী।

অহুবু বৈপরীত্য হায়বসী— তৌথোরকপদা ওইবা বৈপরীত্য নত্রগা বিপরীত (ওয়তৈনবা) বিহার (শান্নবা)—প্রেমবিলাসগী খমথেংবা উৎকর্ষগী ফীভমদা ওইবা মপাম্বৈংগী লক্ষণ ওইবতনী ; মসিমক্তা খমথেংবা উৎকর্ষগী ফীভম হায়বহুমক্তি নত্তে। অহুগা অসিগুম্বা বৈপরীত্যসি প্রেমবিলাস-বিবর্ত্ত বিশেষ ( থোইদোকপা ) লক্ষণ হায়বহুসু নত্তে : অবস্থা পূম্নমক্তা বৈপরীত্য অসিনা প্রেমবিলাসগী খমথেংবা উৎকর্ষগী অবস্থা-নী হায়নসু তাক্তে। মসী নায়ক নায়িকানা তৌনীঙনা তৌবা ( ইচ্ছাকৃত ) ওইরবদি বৈপরীত্য-সিনা বিলাসগী খমথেংবা উৎকর্ষগী অবস্থাগী শক্তাকপা ওইরোয়। বিলাস-মাত্রৈকতন্ময়তাগী ফল ওইনা পোক্লকপা ভ্রম হায়বদি নায়ক-নায়িকাগী মপুঙফানা আত্মবিস্মৃতি ওইবদগী মখোয়না শঙবা নত্তনা স্বতঃস্ফূর্ত্ত ( অহুম

কথত্তুনা থোরক্লপা ) ওইরবদি বৈপরীত্যসী প্রেমবিলাস-বিবর্ত্তগী শক্তাকপা ওইরনী, অতৈ মওং ওইরবদি শক্তাকপা ওইদে।

বিলাসমাত্রৈক-তন্ময়তাদগী পোক্‌পা আত্মবিস্মৃতি ( মহাবু কাউবা ) হায়রবদি ভেদজ্ঞান-রাহিত্যদগী (খেনৈ হায়বা খত্তদবদগী) পোকপা বিপরীত বিহার অদুনা বিলাসমহত্তগী থমথেংবা উৎকর্ষহু তাকয়ি হায়বনী। শ্রীজীব-গোস্বামীগী গোপাল চম্পুগ্রন্থগী পূর্ব্বচম্পুগী সর্ব্বমনোরথপূরণ-কৌষা ৩৩-শুবা পূরণ-দগীসু খঙবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নবগীদমক চপ্‌ যুংবা উৎকণ্ঠাদগী ব্রজগী তমোৌবী যুবতীশিংনা মুমীৎ থুদিংগী থয়াইগী মুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা বিলাস তৌহুনদা লৈ; মহুগী লেপ্পা থম্বা নাইদে, বিলাস তৌনীঙবদো নেমথরকপা লৈতে; অহোইনহুম নোংম-নোংমগী বিলাসগী বাসনাহু অসুম অসুম হেক্সংলকয়ি। শুক্তোক্‌ তোক্লীঙদবা, কৃষ্ণগী মুংঙাইহন্নবগীতা ওইবা বিলাসহু মখোয়গী পুম্নীগী ব্রত ওইবদৌনা লৈখি। সেবা তৌনীঙবসীগী অসুম অসুম তেক্সংহুনদা লৈবদি শ্রীমতী রাধাদনা খ্বাইদগী হেন্নী, মরমদি প্রেম লৈবসী মঙোন্দনা খ্বাইদগী হেন্নী। মাগী সেবা তৌনীঙবগী অয়োবী উৎকণ্ঠাহুনা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইহুংদসু সেবাহু তৌহন্নীঙবগী অয়োবী উৎকণ্ঠা পোকহল্লী। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌহন্নীঙলিবসিসু তশেংবদি শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজগী শকহেন্‌বীবু পেন্‌হ-নীঙবগী উৎকণ্ঠানী; মরমদি মহাক্কী লীলা তৌরম্মথে মাগী ভক্তশিংগী থম্মোই পেন্‌হন্নবগীদমক্তনী, রাক্ষম অসী শ্রীকৃষ্ণনা ফোংদোকখিবনী। "মদ্ভক্তানাং বিনোদার্থং করোমি বিবিধাঃ ক্রিয়াঃ ॥ পদ্মপুরাণ ॥" ভক্তনা তৌরকপা সেবা লৌবসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মহাগী মুংঙাইবা থিবগী ওইরবদি সেবা লৌবগী মাত্রাস্বা লৈত্রে। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী সেবাহু লৌনীঙবা—অনীসিমক্তা চপ মান্ননা মপুঙ ফারক্তুনা অয়োবী উৎকণ্ঠা হায়বহু ওইরকপা মতমদা মগোয়নীগী প্রেম-বিলাসহু মপুঙ ফানা মহান্‌ ওইবা ঙমগনী। মস্তৌসিগুম্বা থমথেংবা উৎকণ্ঠানা ইনশক্লক্তুনা নায়ক-নায়িকানা লীলাগী চৈচেন্দা তাওথন্নিবা মতমদা অন্যোন্যং রহসি প্রয়াতি মিলতি স্নিগ্ধত্যলং চুম্বতি। ক্রীড়ত্যুল্লসতি ব্রবীতি নিদিশত্যুত্তুবয়ত্যুদ্বহম্‌॥ গোপীকৃষ্ণযুগং মুহুর্ব্বহুবিধং কিন্তু স্বয়ং মোহতে। শশ্বৎ কিং নু করোমি কিং ষককরবং কুর্ব্বীয় কিং বেত্যপি॥—

মখোয় অমনা অমবু পুহনা অয়োংবা মফমদা চংলী, তিরে, মখোয় মশেল কোন্মিরে, চুপে, মশেল হুরাগুহরে, মশেল রতিকথা হায়নৈ, ঐগী শয়াং শেম্মু—হায়না মশেল য়াম্না তৌথনৈ, অমমসু অমনী মশম শেম্মু মতৌরি। মতৌ অসুম্না মখোয়গী হন্না হন্না কেলি-বিলাস মথল মথল মথা য়াম্না শারে ; অমসুং বিলাসকী বিষয়দা য়োনা তন্ময় ওইখিবনা—করি তৌরিবা, করিতৌগনবা, করি তৌবা তমগদৌরিবা—অমিমচিংবা মখোয় খংবা নৈতে। গোপাল-চম্পূ, পর্ব্ব ৩৩/৫ ॥” মতাংসিদা নায়ক-নায়িকা অনীগী আত্ম-বিস্মৃতি হায়বদি ভেদজ্ঞান নৈতবা অদু তাকলি। অন্যোঽন্যং—শব্দসিনা থক্তহল্লিবদি চুম্না-কোন্বনচিংবগী থবক্তসু, অদুগা বেশরচনাগী য়াথং পীবগী থবক্তসু শ্রীকৃষ্ণনমক তায়বা হায়রী অদুগা অমুক শ্রীরাধানা হায়বা হায়রী, মসিনা মখোয়গী বিলাসকী বৈপরীত্য হায়বদি বিলাসবিবর্ত্তদু তাক্লী। কনানা রমণ হায়দুনা কনানা রমণী-নো-কনানা কান্তনো, কনানা কান্তানো—হায়বগী ভেদজ্ঞান মখোয়নীমক্কী মাংখিরম্মী—বিলাসমাত্রৈক-তন্ময়তা ( বিলাসদুগা অমতা ওইদুনা লূম্না ) হায়বদু ওইবা মরম্না। মসিমক তুংদা শাক্কদৌরিবা চৈশিংগী “না সো রমণ না হাম রমণী” হায়বা বাক্যগী মখলনী। প্রেমনা থমখেনো হেক্কৎলকপনা মহৈ মহৈ অমনা অমবু চুংগাই-চল্লীগুবনা খাগ্না য়াদবমশৈ হোংনখিবনা নায়ক-নায়িকানা কেলি-বিলাসদা য়োনা তাংখৎলকপা মতমদা মখোয়গী চিত্ত অনীদু কেলিবিলাস-বাসনাগা লোয়ননা তাদাত্ম্য (অমতা) ওইখিদুনা মখোয়নী তোঙান্নদবগুম থোকখি। মসীমক “দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি।” হায়রা বাক্যগী তাৎপর্য্যনী।

মথক্তা হায়খিবসিগুম্না বিলাস-নচিংবদি সাক্ষাৎ ওইনা পাঙথোক্লবগু উৎকণ্ঠা-না য়োবা মরম্না মখোয়গী মফমদা মগুগী ওইনা থোকখি। পুস্তহেন্-হেনবা প্রেমগী উৎকণ্ঠাগী ফল ওইনা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা উনন্নবগু উনদবগুম, উনত্রবসু উনবগুম, মুহু বন ওইনা, বন-বু মুহু ওইনা, তুম্ববু তুমদবা ওইনা, অঙৈববু অশাবা ওইনা, অশাববু অঙৈবা ওইনা খল্লী। অসিগুম্বা কীতম ওইনা মতমদা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগসু কান্তা কান্ত ওইবগী স্বভাব-তা ওন্নতেনবা ( বৈপরীত্য ) হায়বদু থোকলী। কান্তস্যাচরণং কান্তায়াং কান্তায়াঃ কান্তে এতদ্বৈপরীত্যং জ্ঞেয়ং জাতম্। রমণগী রমণ ওইবগী ভাব অদু রমণীদা অদুগা রমণীগী রমণী ওইবগী ভাব অদু রমণ-দা

চণ্ডশল্লী—চণ্ডশন্‌বহু মখোয়নীদি খঙনরমদে। মসিনী বিলাসগী বৈপরীত্য হায়রবদো। বৈপরীত্যসী ওইবদি অয়োবী থাক-কারবা প্রেমগী মচাগী হৌনশা ধর্ম্মদগী পোকপা মহৈ মহৈ পেল্‌হল্লবা হোৎননবা হায়কম থোক্তবা অদুগা খাম্বদা রাবা উৎকণ্ঠা অদুদগী পোকপা—বিলাস-সুখতুমন্তদা তন্ময় ওইবগী মপাঙ্থোংগী মাওঙ-নী। উনবদা উমদবা, উনদবদা উনবা অদুনা অয়োবী উৎকণ্ঠাগী মপাঙ্থোংগী লক্ষণ ওইবগুম্বা বিলাস-বৈপরীত্যসু প্রেমনা থমথেংনা ঙাওবদগী বিলাস সুখ অতমতদা তন্ময় ওইরে হায়বগী মপাঙ্থোংগী লক্ষণী। লক্ষণ অসিনা পোংশক তাকপা রামানন্দ রায়না পাম্লম্মী। মানা তাক্লীঙবদি বিলাস-বৈপরীত্য অদুতা নত্তে—বিলাস বৈপরীত্য ওইবগী মরম ( হেতু ) অদুমক্কী। প্রেমবিলাস সুখতুমন্তদা তন্ময় ওইবতুনী মহাক্কা তাক্লীঙবা পোত্তি।

শ্রীরাধাগী প্রেমগী অঙকপা মতৌ (বৈশিষ্ট্য) অদু ফোঙদোক্লবা তৌবদা মহাপ্রভুনা রামানন্দগী মচীন্দা প্রেমসিগী বিষয় ( সুংশিফম ) ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী বৈশিষ্ট্য ফোঙদোকহন্‌খি। শ্রীকৃষ্ণনা অখিলরসামৃত গী মূর্ত্তি ওইবা, শৃঙ্গার কৌবা রসরাজগী মূর্ত্তি ওইবা, শংশংবা মন্মথগী মন্মথ ( কামদেবগী কামদেব ) ওইবা, প্রাকৃত-নত্তবা নৌতুনদা-লৈবা মদন ওইবা, কৃষ্ণ মচামক্কী চিত্তবু ফাওবা শুমহৎপা অসীনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী বৈশিষ্ট্যনী। অদুগী তুংদা প্রেমতুগী আশ্রয় ( তুঙফম ) ওইবী শ্রীরাধাগী বৈশিষ্ট্যসু রামানন্দগী মুখদা—মহাপ্রভুনা ফোঙদোকহন্‌খি। শ্রীরাধানা মহাভাব-রূপ ওইবা, আনন্দ-চিন্ময়রস ওইবা, মাগী দেহ অমসুং ইন্দ্রিয়নচিংবা প্রেমতনা মচাক ওইনা শাগৎপা (প্রেমবিভাবিতত্ব), থোইদোক্লা শেংবা কৃষ্ণ-প্রেমগী ঈপাক ( রত্নাকর ) ওইবা, শ্রীরাধাগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-সৌভাগ্যনচিংবসী মহাক্কী বৈশিষ্ট্য ওাক্লী। মত্তৌ অসুম্না প্রেমগী বিষয় ওইনা অমসুং আশ্রয় ওইনা খ্বাইদগী পুঙহেন্‌-হেন্‌বতু ফোঙদোকহল্লগা—অখণ্ড-রসবল্লভ ওইবা শ্রীনন্দনন্দনগী অদুগা অখণ্ডরসবল্লভা ওইবী শ্রীভানুনন্দিনীগী বিলাসমহত্ত্ব ফোঙদোকহন্‌গে হায়না মহাপ্রভুনা নীঙখি। মহাপ্রভুগী ইঙ্গিতনা অমসুং প্রেরণা-না লাইবক ফবা রায়-রামানন্দনা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাস-মহত্ত্ব বর্ণন তৌগে তৌরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী ধীরললিতত্ব বর্ণন তৌরগা ইঙ্গিতনা খঙহল্লম্মী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণগীনী হায়রতুনা মথক্তা পল্লিবা বৈশিষ্ট্যগী অরোইবা

মতাংদি মহাক্কী ধীরললিত ওইবা মতাংদুনী, অমসুং শ্রীকৃষ্ণদি ধীরললিত ওইবনা বিলাস মথেলগী থমথোংবা মতাংদা চংগদবা গুণ পূম্নমক্কা শ্রীকৃষ্ণদা ডাক্লম্মী—হায়নসু খংহল্লম্মী। মতুংগী তুংদা রামানন্দ তুমিন্ লৈরম্মী। নায়ক অমসুং নায়িকা অনী য়াওরগা বিলাস তৌরিবনী। মরমদুনা নায়কতুদগী থমথোংবা-উৎকর্ষগী বিলাসগী চংগদবা গুণশিংদু লৈরগদা বিলাস-মহত্ত্ব মপুং ফারোই। নায়কতুদা লৈবগুম্মা নায়িকাগী গুণ ময়ামদু লৈগদবনী॥ অদুনু শ্রীরাধিকাদা গুণ পূম্নমক অদু লৈ লৈতে হায়বা অমসুং মথক্তা পল্লিবা শ্রীরাধাগী বৈশিষ্ট্য পূম্নমক্কী নতোন্নোমক্তম কদায়দনো হায়বা ফোংদোক্তবমখৈ রামানন্দ রায়না মাগী ডাংগদবা ৱা লোইরে হায়বা মতাংগুম্না উৎনখ্রী। তৌবগীবুদি, শ্রীরাধাগী গুণগী বৈশিষ্ট্য অমগী হায়বুদি মতাক্তা মমাংদা হায়খরে, মতুদি অসিনী—“শত কোটি গোপীতে নহে কামনির্ব্বাপন। তাহাতেই অনুমানি শ্রীরাধিকার গুণ॥”—নচিংবা রাইদা। অদুমকপু মতুদসু প্রভুনা নীংবা থুংলমদ্রি; মরমদুনা অমুক হন্না হায়রম্মী “আগে আর কিছু শুনিবার মন হয়। —মখা অতৈ থরসু তানীংঙী।” অসিগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী বৈশিষ্ট্যগা লোয়ননা শ্রীরাধাগী বৈশিষ্ট্যগী ৱাসু রামানন্দ-রায়না হায়বগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বৈশিষ্ট্য মতোন্নোমক্তম কদায়দনো হায়বদুসু ফোংদোক্লম্মী; অদুনু শ্রীরাধাগী বৈশিষ্ট্যগী মতোন্নোমক্তম কদায়দনো হায়বগী মরমদদি করিমত্তা হায়দবমখৈ মহাক তুমিন্না লৈথোকপগুম তৌরম্মী। কনাগুম্বনা হংবা য়াই— “শতকোটি গোপীতে নহে কাম-নির্ব্বাপন—গোপী কোটি চামনা (শ্রীকৃষ্ণগী) কামগী (মৈ) মুথংপা ওইথোক্তে।”—হায়বা ৱাফমসিনা শ্রীরাধাগী বৈশিষ্ট্য করিনো হায়বদু তাক্লে, অদুদগী হেন্না করিমক তাক্তবাই লৈবগে? পাউখুম ওইনা হায়বা য়াই—অতৈ হায়নবাই লৈরিনা। গোপী কোটি চামদা লৈতবা কৈনোমা শ্রীরাধাদা লৈ।” উক্তিসিনা শ্রীরাধাগী প্রেমদি সর্ব্বাতিশায়ী ওই হায়বগী ইঙ্গিত অমা পীরি; অদুনু সর্ব্বাতিশায়ী প্রেমসিনা প্রেমবতী রাধাবু কদায়-ফাওবা পুবা ডম্মী, পরম-উৎকর্ষ করম্বনো পীবা ঙম্লিববো হায়বদুদি মপুং ফানা হায়রমদে। বিলাসমহত্ত্বগী থম-য়োবা মতাং ফংনবা হোৎনবদা নায়ক মানা ধীর-ললিত ওইফম থোকপগুম্না নায়িকানসু স্বাধীনভর্ত্তৃকা ওইফম থোকহৌ। “স্বায়ত্তাসন্নদয়িতা ভবেৎ স্বাধীনভর্ত্তৃকা।” স্বাধীনভর্ত্তৃকা ওইনী নায়িকানা করিমত্তা হঙ্গোইবা লৈতনা

নায়ক অদুদা হায়বা য়াই—"রচয় কুচয়োঃ পত্রং চিত্রং কুরুষ কপোলয়ো র্ঘটয় জঘনে মঞ্চস্রজা কবরীভরম্। কলয় বলয়শ্রেণীং পাণৌ পদে কুরু নূপুরা-বিতি।" প্রেম-পরিপাক-দা (মমূন ফারবদা) স্বাধীনভর্তৃকা ওইবনা খমথেংবা মতাঙ য়োরবা মতমদা ফীভম করি ওইবগে হায়বদু শ্রীগোপালচম্পূগী উক্তিদা উংলি। হৌজিকফাওবা শ্রীরাধানা স্বাধীনভর্তৃকা ওইবগী মরমদা মাদন কৌবা মহাভাবকী অঙকপা প্রভাব-না স্বাধীনভর্তৃকা ওইবা মতৌসী কদায়দা মতোল-লোমগদৌরিবনো হায়বদুগী থোইদোকপা করিমতা রামানন্দনা পল্লমদ্রি। হায়দোকপদা রারবা বৈশিষ্ট্যসী তাকপা হৌগৎলক-পদা খ্বায়গা মান্নদবা রহস্যগী পূকৈ-থোঙজীন্-য়োরগা রায়-না খংলেপ-লেপ্নগুম তৌখিরম্মী। রামানন্দগী কায়দা অসী প্রভুনা মতুঙ হায়হন্নীঙ-লম্লোইদরা হায়বগী মতৌগুন্নম্মী। মরমদি মসী রাফমগী থুপ্লেন্ থুপ্নী (পরম-রহস্যময়-নী)। অর্জ্জুনগী মফমদা গীতাগী অরোইবা রা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্বদুনু 'সর্ব্বগুহ্যতম বচঃ'-নী (থুপ্লেন্-থুপ্পা রানী) হায়রম্মী; অদুনু প্রেমবিলাসবিবর্ত্তদি মদুদগী য়াম্না য়াম্না হেন্না গুহ্যতম ওইবনী; মরমদুনা মদু ফোঙদোকপদা রায় রামানন্দনা হঙ্গোইরম্মী। মানা হঙ্গোইবদু খঙদুনা প্রভুনা "এই হয়—আগে কহ আর" হায়রকপা মতমদা মদু রায়না ফোঙদোক্লম্মী।

মদুমা লৈরমন্তু, প্রেমবিলাসবিবর্ত্তদা শ্রীরাধাগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা বিলাস তৌখিবগী রাদুদা ফোঙলম্মী। শ্রীরাধাদি মহাভাবস্বরূপা-নী; মহাভাব-কী খমথেংবা মতাঙদি মাদন কৌবা মহাভাব হায়বদুনী, মাদন-কৌবা মহাভাবসী শ্রীরাধাদা লৈরম্মী। মহাভাবকী বৈশিষ্ট্য মাদন অসিনী। প্রেমগী খমথেংবা বিকাশ ওইবা মতাংদো প্রেম বিলাসগী খম-থেংবা মথেল অদু থোরকপনী; মতাঙদুদনী খমথেংবা বিকাশ। রামানন্দ রায়দা হংলম্বা প্রভুগী ইকোন্-কোন্বা রাহংদি বিলাসমহত্বগী মরমদনী। রামানন্দরায়গী পাউথুমস্তু মপূঙ ফারম্মী মহাক্কী প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত-উংপা পহিলহিরাগ নচিংবা ঈশৈদুনা। ঈশৈসী শ্রবণ তৌরবা মতুঙদা বিলাস-মহত্বগী মরমদা প্রভুনা রাহং অমত্তসু হংলমদ্রে। অদু তারগা অসিদুম প্রভুনা হায়রম্মী—"সাধ্যবস্তু অবধি এই হয়। তোমার প্রসাদে ইহা জানিল নিশ্চয়॥ ২/৮/২০০॥" মতমসিতদা সাধ্যবস্তুতত্ত্ব খঙনবা প্রভুনা পৌরাংলম্বদো পূঙকোক্ কোক্খি, অদুগা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাসমহত্ত্ব

খঙনীঙলম্বদুসু পুঙপেন্-পেন্না খঙলম্নে। মসিদগী খঙবদি অসিনী মদুদি— প্রেমবিলাসবিবর্ত্তনা বিলাস-মহত্ত্বগী খমথেংবা বিকাশনী—মরমদুনা প্রেম-গীসু খমথেংবা বিকাশনী অমসুং মহাভাবকী বৈশিষ্ট্যগীসু খমথেংবা বিকাশনী অমসুং মহাভাবকী বৈশিষ্ট্যগীসু খমথেংবা বিকাশনী হায়বদি মাদন-কৌবা মহাভাবকীসু খমথেংবা বিকাশনী—রাধা-প্রেমগী মহিমাগীসু খমথেংবা বিকাশনী।

বিলাস-মহত্ত্বগী খমথেংবা উৎকর্ষদা ভেদ (খেন্নবা) লৈতবগী রা হায়-রিবসী নির্ভেদব্রহ্মনু থিবা জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংগী ভেদ-লৈতবা হায়বা মরৈক্তা অদু নত্তে।

মমাঙৈঙদা হায়গ্রে— প্রেমবিলাসনা মপুঙ ফারবা মতাঙদা বিলাস-মাত্রৈক-তন্ময়তা ওইবনা ভ্রম (মছাবু কাউথোকপা নত্রগা ভেদ-জ্ঞান লৈতবা) অমসুং বৈপরীত্য পোকয়ি, অদুগা ভ্রমগা বৈপরীত্যগসী প্রেম-বিলাস পরিপক্কতাগী (মমূন্‌ফাবগী) মপান্থোংগী লক্ষণ অনীনী; অদুগা বৈপরীত্যসী বিশেষ লক্ষণ নত্তে হায়লসু হায়খ্রে। ভেদজ্ঞান-লৈতবা হায়ব-সিদি প্রেমবিলাসগী মমূন্‌ফাবগী বিশেষ লক্ষণনী। ভেদজ্ঞান-লৈতবসিবু কনিরূর্ণপুরনা পরৈক্য (অমগা ওইবা অয়ৌবী) হায়না কৌরম্মী— পরৈক্য-কন্দনা শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মন (পুক্নীঙ) অনীদো মপূঙফানা একমা (অমতা) ওইবা হায়বদি একরূপতা (মান্নবা) ওইরে হায়বা খঙহল্লী। প্রেমগী প্রভাব-না মখোয়নীগী মন শৌদোতুনা তিন্নরগা অমতা ওইখরে, ঈশৈগী তুংদা লাকপা “রাধায়া ভবতশ্চ-নচিংবা শ্লোক অদুদা য়াওরিবা” নির্ধূতভেদভ্রমম্—হায়বা অবস্থাদু ফংগ্রে, চাদুম্ (লাক্ষাখণ্ড) অনী মৈশা অকন্‌বনা শৌদোকহল্লগা অমতা ওইনা তিন্নবগুম্বনী। মসিনী শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী পরৈক্য হায়বা অবস্থাদু, মসিনী ভেদজ্ঞান-লৈতবা হায়বদো; পুক্নীঙগী ভেদ লৈতে হায়দুনা জ্ঞানগী (খঙবগী) ভেদসু লৈত্তে, মখোয়নী তোঙান্-তোঙান্ লৈবদুবু খঙলমদ্রে, তোঙান্নদি লৈরিবনী: মরমদি তোঙান্‌বদু নিত্যনী; তোঙান্না লৈ হায়বদুদনক—করি হায়নী মখোয় মছা মছামক লৈ হায়দফাওবা—খঙলমদে, হায়বদি মদুগী অনুভূতি লৈরমদ্রে।

হৌজিক হংবা য়াই, মথক্তা হায়রিবা পরৈক্য-অবস্থাসিনা

প্রেমবিলাস-বিবর্তগী থোইদোকপা লক্ষণ ওইরবদি, রায়-রামানন্দনা লেংবা ঈশৈগী অরোইবা শরুক্তা—অব সোই বিরাগ— নচিংবা বাক্যদা বিরাগ হায়রবদি বিরহগী ( কায়নবগী ) রা হায়রিবা করিগীনো ? পরৈক্য-অবস্থাদা বিরহগী জ্ঞান পোকপদি মতৌ করম্না ওইরিবনো ? মসীগী পাউখুম অমীখক ওইবা য়াই। অহানবদা অসুম্না ওইবসু য়াইমা, মতুদি—ঈশৈতুগী অহান্বা তংখাইগী মতুংচন্‌বা না সো রমণ-হায়রনচিংবা পদশিংদুনা পরৈক্য-তাকপা হায়বদি প্রেমবিলাসবিবর্ত খণ্ডহন্‌বা পদ ওইবা য়াই ; অরোইবা তংখাইদুদনা বিরহ-খণ্ডহন্‌বা ওইনা য়াই। বিরহগী-অবস্থাদা থরাই মুংঙাইতবগা লোয়ননা মনাইংগী বিলাসমাত্রৈকতন্ময়তা-দগী পোকপা পরৈক্যগী রা, অদুগুম্বা ফীভমদা মাপা-লৈতবা অমদি মথক্তসু লৈত্রবা মুংঙাইবা মতৌদুগী রা পল্লগা বিরহ-যন্ত্রনাগী খাংহনদবা রাত্ হায়বনী। কবি-কর্ণপূরগী নাটক অদুদা হায়বা অদুনদি মথক্তা হায়রিবা তাৎপর্য্যসী ওইগদবা হায়না খনবা য়াই। মথুরাগী রাজসিংহাসন মথক্তা ফম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শ্রীরাধাগী দূতীগী মচান্দা ফোংদোকপা শ্রীরাধাগী উক্তিগী মরমদা কর্ণপূরনা হায়রম্মী—"অহং কান্তা কান্তস্ত্বমিতি ন তদানীং মতিরভূৎ মনোবৃত্তির্লুপ্তা ত্বমহমিতি নো ধীরপি হতা। ভবান্ ভর্তা ভার্যাহমিতি যদিদানীং ব্যবসিতিস্তথাপ্যস্মিন্ প্রাণঃ স্ফুরতি ননু চিত্রং কিমপরম্। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রি – নংনা ব্রজদা লৈরিংদা মিলনগী মতমদা ঐনা নংগী কান্তানী অদুগা নংনা ঐগী কান্তনী— হায়বা অসিগুম্বা জ্ঞান মতমদুদা লৈরমদে ; মতমদুদা ( ভেদ-খেন্নবগী জ্ঞান ওইবগী ) মনোবৃত্তি ( পূকচেল ) মতাদো মাংখিরম্মী ; "নং অমসুং ঐ" হায়বা অসিগুম্বা বুদ্ধি ফাওবা ঐখোয়গী ( নংগী অমসুং ঐগী ) লৈরমদে ( মসী-ফাওবা পরৈক্যগী রা, ঈশৈদা য়াওবা না সো রমণ--নচিংবা বাকাগী তাৎপর্য্য ফোংদোক্লে। অসীগী তুংদা মতমদুগী বিরহগী—কায়নবগী রা হায়রি )। হৌজিক্তি নংনা ভর্তানী ( ইপুবোইবনী ) অদুগা ঐনা নংগী ভার্য্যানী ( তানোইনী ) হায়বা অসিগুম্বা বুদ্ধি অমুক থোরক্লে : অদুম ওইনমক ঐগী দেহদা থরাই মিহুন্ হুল্লিবসে, অসিদগী হেন্না ঙকঙাই মরম করিমুক লৈবা য়াবগে ?—চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক /৭/১৬—১৭॥" নাটক অদুগী উক্তিসিং রামানন্দ রায়গী ঈশৈতুগী সংস্কৃত অনুবাদনী হায়রবসু য়াই।

অনীশুবদা, ঈশৈ মপুম লোইনমক্তুবু প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত তাকপনী হায়না খল্লগদি অস্থুম্না লৌবা তাই মতুদি—মমাউঙদা গোপালচম্পূগী উক্তিদগী বৈপরীত্য গী লক্ষণ অম উংখি - সংযোগ-দা অসংযোগ ওইবগী ভাব, ঈশৈগী অরোইবা শরুক্তা মতুগী খুদম পীতুনা উংলী। মসী তশেংনা থোকপা (বাস্তব) অসংযোগ তায়রবদি বিরহ নাক্কু, বিরহগী ভ্রান্তি হায়রতুনী। মাদন,খা মহাভাবতস্থু মিলন-দস্থ বিরহগী ভাব মরৈ।

অত্থু অহানবদা হায়রিবা সমাধানসিংক কবিকর্ণপূরনা পাম্বনী হায়না খল্লী। মহাক্কী নাটক তা, মথক্কী অহং কান্তা কান্তস্ত্বমিতি—নচিংবা বাকগী মতুঙদা, প্রভুনা বাম নন্দরায়গী চীন্ খুমজীনবা মতাঙদা, কর্ণপূরনা হায়রম্মী—"নিরুপাধি হি প্রেম কথঞ্চিদপি উপাধিং ন সহতে ইতি পূর্ব্বার্দ্ধে ভগবতোঃ কৃষ্ণরাধয়োঃ নিরুপাধিপ্রেম শ্রুত্বা তদৈব পুরুষার্থীকৃতং ভগবত্যা মুখপিধানম্ অস্যাস্য তত্ত্বপ্রকাশকম্॥ ৭।১৭॥ (মতুঙদা লাক্কিবা মূল ১৯১-গী টীকাদা মসীগী অর্থ নৈনরিবতু য়েংবিদু।" নাটকসিগী উক্তিদগীসু থংবা উম্মী—ঈশৈগী অহানবা তংখাইদা নিরুপাধিক—পরম পুরুষার্থ-রূপকপা পরৈক-শহরনবা অদগা হন্দীশুনা তংখাইনা সোপাধিক—ভেদজ্ঞান (তোপ্পা ঈম্ব ও রুনা খল্লবতু) রূপকপা হায়রতুনা পরৈকজ্ঞান-য়াওদবনী /২/৮/ ১৯১-মলগী টীকা য়েংবিদু।

মূল ১৯৩

এত কহি আপনকৃত গীত এক গাইল।
প্রেমে প্রভু স্বহস্তে তার মুখ আচ্ছাদিল॥ ১৯৩॥

## শব্দার্থ

এত—অসিখক; কহি—হায়রগা; আপন—মহামক্কা; কৃত—লেংবা; গীত—ঈশৈ; এক—অমা; গাইল—শক্লম্মী; প্রেমে—প্রেম পোক্তুনা; প্রভু—প্রভুনা; স্বহস্তে—মখুৎমক্কা; তার—মাগী; মুখ—চীন্; আচ্ছাদিল—মেল্লম্মী।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অসিখক হায়রগা রায় রামানন্দনা মহামক্কা লেংবা ঈশৈ অমা শক্লম্মী। ঈশৈতু শ্রবণ তৌবদা প্রেম-না লাকখুথিবনা প্রভুনা মখুৎমক্কা রায়-গী চীন্ মেল্লম্মী।

### তৈনবোক্স

**গীত এক** তুংদা লাক্লিবা **পহিলহি রাগ**— নচিংবা ঈশৈ। মসী রামানন্দ রায় মহামক্না লেংবনী।

**প্রেমে প্রভু**-নচিংবা—ঈশৈশু শ্রবণ তৌরগা প্রভুনা মখূংনা রামানন্দগী চীন্ মেল্লম্মী, মরমদি রায়না মখা হায়থরক্কনবগীদমক্কী। প্রভুনা রায়গী চীন্ মেনবদি—রামানন্দনা হায়খিবজুদা প্রভুনা পামদনা য়ান্দনা নত্তে, প্রেমাবেশ ওইনা মরয়নী। রামানন্দগী ইঙ্গিত তৌরম্বা রহস্যশু প্রভুনা অদুম্বা পামম্বা পোংনী ; রহস্যসী থংগে হায়বগীদমক্তা প্রভুনা রামানন্দদা হায়রম্বনী "আগে কহ আর—মখা অতে হায়খো।" রামানন্দরায়গী ঈশৈদা রহস্যগী ইঙ্গিত ফংলজুনা প্রভু য়োনা লুংচাইখি, প্রেমাবেশ-সু য়াম্না য়োখি। প্রেমাবেশসী ওইদনা প্রভুনা রায়গী চীন্ মেল্লম্বনী ; নত্তে'ঙাইবদি হৌজিক্তগুম থুরেমখৈ রায়গী চীন্ মেন্‌খি, মরমদি রায়না মখা হায়রকপা হায়রুনা। অদুবু করিগীনো ?

মসীগী মরমদা কবি কর্ণপূরনা মহাক্কী শ্রীশ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক অদুদা হায়রি—"মরৈ শা হা তম্না লিম্না ঙিন্-পুনা সীগী ঈশৈ তাবগুম্না প্রভুসু পুরীগী চহনা য়াম্না পেম্না রায়গী বাশু তারম্মী। মতুংগী তুংদা অতুংম্বা রাগী মনুংদা কৃষ্ণা ভাব অমত্তা ফাংদোকপগী মতম ওইজিংবনা খন্দুনা নংগা প্রেমাবেশনা লাকপ্খিজুনা—মখূংমক্তা প্রভুনা রামানন্দগী চীন্ মেন্‌খিবনী। বাষ্পিকরণয়া বা আনন্দবৈবশ্যতো বা প্রভুরপি করপদ্মেনাস্যাইপদধত্ত॥"

মরমসিদা কবিকর্ণপূরনা মসীগী নাটক-তুংদা অসুম্ন হায়রম্মী—"নিরুপাধি হি প্রেম কথঞ্চিদপি উপাধিং ন সহতে ইতি পূর্বরাগে ভগবতোঃ কৃষ্ণরাধা-য়োরনুপাধিপ্রেম শ্রুত্বা তদেব পুরুষার্থীকৃতং ভগবতা মুখপিধানঞ্চাস্য তদ্রহস্যস্য প্রকাশকম্॥ ৭/১৭॥—নিরুপাধি ( কপটতা-হীনতা-য়াওদবা ) কজনা মোত্তবা প্রেমনা কদায়দসু উপাধিবু ( কপটতা—তাংখায়াওবা ) খাঙবা ঙমজদে। মরমসিনা ( নাহং কান্তা কান্তস্ত্বমিতি না সো রমণ না হাম রমণী—মহাক হুপা নত্তে ঐহাক হুপী নাত্তে-নচিংবা বাক্যগী ) অহানবা তংখাইদা শ্রীশ্রীরাধামাধবকী নীওথিনা শেংলবা প্রেমগী বা তারগা প্রভুনা মসিবু পরমপুরুষার্থ ওইনা লৌবগা রায়-রামানন্দগী চীন মেনখিবনী।

পরম পুরুষ-তাকপা অহানবা-হংখাইগী বাকাতু পরমরহস্যনা থনবনী হায়বসে প্রভুনা রামানন্দগী চীন্ মেল্লম্বতুনা তাক্পনী।

প্রভুনা রামানন্দরায়গী চীন্ মেনবগী মরম অনীথক কবিকর্ণপূরনা পল্লম্মী। মবমতুনা প্রভুনা আনন্দ ( নুংঙাইবা ) ফংবদা বিবশ ওইরম্বনী। রামানন্দগী ঈশৈদা ইঙ্গিত পীরম্বা পরমরহস্যতু অনুভব তৌদুনা রাধাভাবা-বেশ-ওইবা প্রভুনা আনন্দ বিবশ ওইবদি হৌনশানী। বিবশ ( লাঙতক্লবা ) ওইবগী ভাব অসিন্ মতম পুম্বদা মছাম্ লোৎনবদা তৌরিবা প্রভুনা হোৎনরগা লোৎপা ঙমদ্রগদৌবনী। মতমতুদা বিবশতাতু মপুঙ ফারমদ্রিবা মাল্লে মপুঙফাবতু মপান্ থোরক্ত্রিবা তাই ; মরমতুনা প্রভুনা খুৎ থাঙ্গৎপা ঙমখিবনী, খুৎ থাঙ্গৎলগা রামানন্দগী চীন্ মেন্বা ঙমখিবনী। অদুগ রামানন্দনা মসা কাথনা হায়দুনা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত অদু মকা-ফম্না হায়নবা হোৎনরবদি প্রভুগী চিত্তদা ঈংহৌরকপা ভাব অদু থাম্বা ঙম্মদবা যাবনী। মরমতুনা প্রভুনা রায়গী চীন্ মেন্খিবনী।

কবিকর্ণপূরনা পীবা অনীশুবা মরম্না অসীনী। রামানন্দগী ঈশৈদা ইঙ্গিত পীরিবা অদুগী রহস্যনা থনবনী। অদুদুম্ শুপ্নাইনা হায়দোকপগী মতমদ ওইরমদ্রি। মরমতুনা, রায়না হেন্জন্না খরমক হায়থরক্তুনবা হায়দুনা প্রভুনা চীন্ মেন্খিবনী।

"মতমতু ওইবমদ্রি" হায়বা রাফমগী তাৎপর্য্য করিনো ? করম্বা মতমদা মতমতু ওইদৌরিবা ? রামানন্দনা ইঙ্গিত পীরম্বা অদুতু হেক্না হায়দোক্লবদি প্রভুগী স্বরূপ-তত্ত্বদা ফোঙলগনী। হায়রিবদি প্রেমবিলাস-বিবর্ত্তগী মূর্ত্তবিগ্রহদি শ্রীমন্মহাপ্রভুনী। রামানন্দগী মফমদা অদুমী ফোঙথ্র-বদি থুদক্না মতাক প্রভুগী স্বরূপ ( প্রভু কনানো হায়বতু ) থঙথ্রগনী : অদু ওইরবদি মাখায়নীনা রা নৈনবগদো লেপ্থ্রগনী। অদুব রা নৈনবদি লোইরমদ্রি — প্রাইদোক্লা র্জাদগী যম্না কান্নগদৌবা সাধনতু নৈনবা হৌরমদ্রি। মরমতুনা রামানন্দনা প্রভুব খঙবতু প্রভুনা পাম্লমদে। অদুব্ প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত নৈনরম্বগী প্রেমাবেশ ওইদুনা শোয়দনা থঙলগনী— কনাগনো মহাক্না রা ভাঙনরিবসে হায়বা। মবমতুনা প্রভুনা মাগী চীন্ মেন্শনবনী।

**নিরুপাধি হি প্রেম কথঞ্চিদপি উপাধিং ন সহতে**-মচিংবা বাকাসীনা কবিকর্ণপূরনা চীন্ মেনবগী মরম অমন্থ অমূক উৎপগুম্ তৌরি। নিরুপাধি প্রেমগী উপাধি অমতা লৈবা য়াদে। উপাধি-লৈতবা পোৎনী নিরুপাধি ওইবা পোত্তি। অদুবু উপাধি হায়বদি করিনো ? উপাধি-শব্দগী অর্থদি ১/২ ৫৩—মূলগী টীকা য়েংবিয়ু। উ চোংনবদি উদুদগী থোরকপা মৈদুদা মৈখু য়াওরি। মরমসিনা মৈখু খুদগী মরমদি উ চোংপনদা ; মদুম-সিদা উ চোংপনা মৈগী উপাসিনী অদুগা মৈখু চেন্‌বা মৈদুনা উপাধি-য়াওবা ( সোপাধিক ) মৈনী : অদুগা মৈখু-চেন্দবা মৈনা উপাধি য়াওদবা ( নিরুপাধিক ওইবা ) মৈনী। মতাওসিদা মৈগী মখল ( ভেদ ) অনী ফংলে মদুদি - মখুম ( মৈখু-চেন্‌বা ) অমসুং খুমঙীন ( মৈখু চেন্দবা )। ভেদসিগী মরমদি উপাধিগী মশক ওইবা চোংপা হায়বসিনী। মরমসিনা শ্রীরূপগোস্বা-মীনা হায়রি "গদার্থ-বিভাজ কোপাধিকম্॥" ওইগে মধে ওইত্রসু, বিরহসু ( কায়নবসু ) প্রেমগী বৈচিত্রী অমনী ; সম্ভোগ-না মথরাই ওইবা মিলন-সু ( উনবসু ) প্রেমগী বৈচিত্রী অমনী। উগী মচা মনুংদা মৈ লোংহনা লৈগুম লৈ : করিগুম্‌বা উপন্‌ফাদা মৈদু ফুদোরক্তুনা মৈখু য়াওদবা মৈ ওইনা থোরকয়ি। মঞ্জিষ্ঠারাগবতী শ্রীরাধাদসু স্বভাব-সিদ্ধ হায়বদি নিত্যসিদ্ধ ললনানিষ্ঠ প্রেম লৈ : ইচম চম্বা উপন্‌ফদা প্রেম অদু ঈহৌ-রকয়ি। মতমদুদা মরকাইদনা মীনোংগা অমা চত্তুন্দ্রে - মৈখু-য়াওদবা মৈ থোরকপগীদমক মৈগা উগা নত্তুনা অহোঙ্গা পে হৈ অমসুং চেন্দগুম্লা। মরমদুনা মৈখু চেন্দবা মৈনা উপাধি য়াওদবা ওইরগুম্লা শ্রীরাধাগী মতাংনা ইহৌডরকপা প্রেমসু নিরুপাধিনী ( উপাধি-য়াওদবনী )। অমসুং প্রেমদু মপুঙফারকয়ি প্রেমবিলাসবিবর্তদা — মদুদগী পোকপা পরৈন্দা মৈখু চেন্দবা মৈনা মপুঙ-ফানা চাক্লবা মৈগি ওইরকপগুম্লা। অদুদু উ চোংপা হায়নদুনা মরক্তা হাইজহ্রুগা মৈনা মৈখুগা লোয়ননা সোপাধিক ওইনা মৈখু চেন্‌বা মৈ ওইনা থোরকয়ি : মতৌ অদুগুম্লা নায়ক অমসু নায়িকা অমীগী মনুংদা অমগী কপট-হানা ( উপাধিনা ) মদুগা কপট-হাগী মডান-মশেক্কা (আভাস না) মদুগা কপট-হাগী অনুমান মরক চঙ্‌নবদা বিরহ (কায়নবা) ওইরকয়ি ; মরমদুনা বিরহ দি সোপাধিক ( উপাধি য়াওবা ) প্রেম-নী।

রায় রামানন্দগী উপদেশিনী অহানবা কাখ ইবা নিরুপাধি প্রেমগী রা

অদুগা অয়োইবা তংখাইদা অব সোই বিরাগ-নচিংবা পদ-দা সোপাধিক প্রেমগী রা য়াওরি। নিরুপাধি প্রেমগী রা তারগা প্রভুগী চিত্তদা পোকখিবা আনন্দ—মতুংগী পদ-দা সোপাধিক প্রেমগী মশক ওইবা বিরহগী রাদু শন্দোক্লা তারবদি—মাওখিগনী, অদুদগী হেন্দোক্লা প্রভুগী চিত্তদা ঙমখৈ-নাইদবা অরাবা পোক্কনী। মরমদুনা প্রভুনা রামানন্দগী চীন্ মেন্‌খিবনী, মদুম তৌরগা বিরহগী রা মখা হায়রক্তনবা হায়দুনা, নত্রগা, চীন্-মেন্‌বসিনা বিরহ-তাকপা পদ-শিংদো শক্লমত্রবদি ঋগদৌবা হায়বত্ত খঙহন্‌বনী। নিরুপাধি প্রেমগী খয়েন্ খম্বা মতাঙ শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী পরৈক্য-গী রাদু নাকোঙনা তারগা প্রভুগী ওইখিবা প্রেমাবেশ, প্রেমাবেশদুদা প্রভুনা রায়গী চীন্ মেনখিবা—প্রেমাবেশদুদা পোকপা আনন্দদুবু রায়না ময়েং তাহন্দনবগীদমক্নী। মসীনা চীন্-মেন্‌বগী মরম অমা ওইবা য়াই; অদুবু মসীনা মুখ্য হেতু নত্তবা মাল্লী। রাসস্থলীদগী শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান ওইবগী মতাঙদা মতম খরদং বিরহ ওইবগী রা হাম্নসু হায়থ্রে; মতমদুদা প্রভুনা র'মানন্দগী চীন্ মেন্‌খিদে।

## মূল ১৯৪

তথাহি গীতম্।

পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গে ভেল।

অনুদিন বাঢ়ল—অবধি না গেল॥ ১৯৪॥

## শব্দার্থ

পহিলহি—অহানবদা; রাগ—পাম্বা (আসক্তি) নত্রগা অপাম-মুংশি; নয়নভঙ্গে—মীৎনা কৃপ্পা অমদা; ভেল—ওইখি, পোক্‌খি; অনুদিন—নোংম-নোংমগী; বাঢ়ল—হেন্সৎলক্‌খি; অবধি—ঙমখৈ, লোইখম্বা; না গেল—নাইখিদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা মীৎনা কৃপ্পগী মনুঙদা রাগ পোক্‌খি। রাগদু নোংমা নোংমগী হেন্সৎলম্মী, লোইখম্বা নাইখিদে।

## নৈনরোল

রাগ—পাম্বা (আসক্তি), অপাম-মুংশি। রাগ-শব্দগী পারিভাষিক অর্থ অমসু লৈ। প্রেম-হায়বসিনা অমুম অমুম হেন্সৎলক্‌পনা স্নেহ, মান

অমস্থং প্রণয়গী মতাঙ য়োরকয়ি : প্রণয়-দা মহাক্কী প্রাণ, মন, বুদ্ধি, দেহ অমস্থং ফিজোম্নচিংবগা সুংশিজবা মীতুগী ( প্রীতিগী বিষয় ওইরিবতুগী ) প্রাণ, মন, বুদ্ধি, দেহ অমস্থং ফিজোম্নচিংবগা থেম্নদে হায়বা খল্লবা তৌয়ি। প্রণয়সিনা অসুম কাখৎলক্লুনা থুংলুবা মতাঙ অমদা শ্রীকৃষ্ণদর্শনচিংবা ওইগদৌরবদা য়াম্না হেম্না রারস্বা অন্নাবহুস্থ চিত্তদা সুংঙাইবনী হায়না লৌয়ি ; মতমতুদা ওইবা প্রণয়গী মতাঙতুবু রাগ কৌয়ি। দুঃখমপ্যধিকং চিত্তে সুখত্বেনৈব ব্যজ্যতে। যতস্তু প্রণয়োৎকর্ষাৎ স রাগ ইতি কীর্ত্যতে। উঃ নীঃ স্থাঃ ৮৪ ॥ অদুগা কৃষ্ণবু ফংলোইদোবা লৈরবদি রাগগী মতাঙসিদা পরম-সুখ ওইনবগী পোৎতুস্থ খাইদগী অন্নাবগী মশক ওইনা থল্লী। প্রেম হেক্কৎলক্লুনা ওইথৎলকপা রাগসিগী বৈচিত্রী ( মখল-মথেল ) য়াম্না লৈ। রাগ-শব্দগী ময়াম্না খঙনরিবা অর্থদি বর্ণ হায়বদি মচ হায়বনী। মচুগী মখল-মথেল ( বৈচিত্রী ) য়াম্না লৈ। মতুগী মনুঙদা স্থায়িত্ব ( লেঙদবমখে লৈবা ) নচিংবগী মরমদা নীল ( অশংবা ) বর্ণ অমস্থং রক্ত ( অঙাঙবা ) বর্ণগী বৈশিষ্ট্য ( থোইদোকপা নাওং ) লৈ ; অশংবা অঙাঙবা বর্ণগীস্থ মখল-মথেল য়াম্না লৈ। স্থায়িত্ব ( লেঙদবা ) অমস্থং ঔজ্জ্বল্য ( লংবা )-নচিংবগী মরমদা প্রেমনা ওইখৎলকপা রাগ গা অশংবা অমস্থং অঙাঙবা মচগা খিত্তং মান্নৈ হায়দুনা বর্ণ অনীসিগী মতেঙনা রসশাস্ত্রকারশিংনা রাগগী মখল-মথেলগী (বৈচিত্রীগী) ধর্ম্ম ফোঙদোকয়ি। মখোয়না হায়—প্রেম-দগী পোকপা রাগদি মরু ওইনা মখল অনীনী, মদুদি নীলিমা ( শংবা ) অদুগা রক্তিমা ( ঙাঙবা ) ( উ, নী, স্থা, ৮৬ )। অশংবা মমুনা স্থায়ী ওইরগা থোইনদি উজ্জ্বল ( লংবা ) ওইদবগুন স্থায়ী হায়নদি থুগায়নগী (ধ্বংসগী) মরম লৈন-লৈনমক ধ্বংস খক ওইদবা, অদুগা থোইদোক্লা প্রকাশবান্ ( ফোংদোকপা ) নত্তবা রাগবু নীলীরাগ (অশংবা রাগ) কৌয়ি ; জাস্তাসিনা মছাদা পকপা ( স্বলগ্ন ) ভাব-পু ( মপুক্কীঙগী রাবু ) মান তৌবনচিংবা অদুনা কুপ্পুনা থম্মী। চন্দ্রাবলীনচিংবদা নীলী রাগসী লৈগল্লী। রক্তিমা ( অঙাঙবা ) রাগস্থ মখল অনীগী লৈ—রক্তবর্ণগী ( অঙাঙবা মচুগী ) মতৌংগুম্না – মদুদি কুসুম্ভ রক্তিমা অমস্থং মঞ্জিষ্ঠা-রক্তিমা। কুসুম্ভ লৈরাংগী মচুস্থ ঙাঙবী, মঞ্জিষ্ঠাস্থ ঙাঙবী ( উ, নী, স্থ, ৯৩ )। কুসুম্ভ-লৈগী মচু পাকা (মপুঙফাবা) নত্তে, অতোপ্পা কখায় (অঙাঙবা) পোৎ অমগা শিন্নরগা পাকা ওইনা ওম্মী : শ্যামলানচিংনী সখীশিংগী রাগদি কুসুম্ভ-রাগনী ,

শ্রীরাধাগী সঙ্গিনীশিংগা (লোয়নবীশিংগা) সঙ্গ তৌবদগী ( মথোয়গী সঙ্গী মশক ওইবা কষায়দ্রব্যগা তিন্নবগা ) শ্যামলা-নচিংবীশিংগী কুসুম্ভরাগসু স্থায়ী ওইবা ফংডে। সদাধারবিশেষেষু কৌসুম্ভোহপি স্থিরোভবেৎ। ইতি কৃষ্ণপ্রণয়িষুম্মানিরস্য ন যুজ্যতে। উ, নী, স্থা, ৯৬॥ কুসুম্ভ-বর্ণনা থুনমক ফিদা পক্শনবগুম্না কুসুম্ভরাগসু সাধন-সিদ্ধ ওইত্রনা গোপীদেহ-ফংলবা প্রেমিক ভক্তশিংগী চিত্তদা থুনমক পক্শন্দুনা লৈ। কুসুম্ভ-রাগদগী মঞ্জিষ্ঠা-রাগনা য়াম্না হেন্নী। মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুদি, অশংবা মচুগুম্না স্থায়ী ওই; অদুবু অশংবা মচুদি য়াম্না লঙবা ( উজ্জ্বল ) নত্তে, মাগী ফজবসু পূর্ণরীত্ত হেন্না চিংশন্নভাই নত্তে। অদুবু মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুদি পাকা ওইবগী মতীক লংসু লংডে (উজ্জ্বলসু ওই) ; অদুগা ফজবসু ফজে ; মরমদুনা অশঙবা মচুদগী মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুনা থোইবা হেন্নী। অমুক, কুসুম্ভ-রংদি থজিক্তমক উজ্জ্বল ওই, অদুবু স্থায়ী নত্তে, অদুগা মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুদি স্থায়ী ( লেংদবা ) ওই। অদুনা হৌজিক উবা ফংলে মচুদি স্থায়ী ওইবদা অমসুং উজ্জ্বল ওইবদা মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুনা থ্বায়দগী হেন্নী। মসেৌ অদুগুম্ন, প্রেমগী উৎকর্ষ ওইথংলকপদগী পোকপা মঞ্জিষ্ঠা-রাগনা নীলী-রাগ অমসুং কুসুম্ভ রাগদগীসু পোই। মঞ্জিষ্ঠারাগগী মরমদা উজ্জ্বল-নীলমণি-দা হায় "অহার্য্যোহনন্যসাপেক্ষো যঃ কান্ত্যা বর্দ্ধতে সদা। ভবেন্মঞ্জিষ্ঠ-রাগোহসৌ রাধামাধবয়োর্যথা উ, নী, স্থা ৯৭॥ —করিগুম্বা মওংদসু সুমাঙ-মাঙদবা, অতোপ্পগী মতেঙ ভাইদবা, মাগী কান্তি অদুনা মতম পুম্বদা হেক্নংতুনদা লৈগনবা, অদুগুম্বা রাগবু মঞ্জিষ্ঠা-রাগ কৌয়ি, মদুদি—শ্রীশ্রীরাধামাধব অনীগী মরক্তা লৈনরিবা রাগ ( মুংশিনবা )।" মঞ্জিষ্ঠাগী মচু অঙাঙবদু ঈশিংনফাওবা শিথহনবা ঙমদবগুম্ প্রেমনা কাথং-লক্তুনা ওইব। মঞ্জিষ্ঠা রাগসু সঞ্চারি-ভাব-নচিংবনা মাঙহনবা ঙমদে। মসীগী শ্লোক-তা য়াওরিবা অহার্য্য শব্দনা তাকপদি। মঞ্জিষ্ঠাসী মচু অঙাঙবনী, অদুম মচানা উজ্জ্বল ওইবগুম অদুগা মাসু উজ্জ্বল ওইহনবা অতোপ্পা নং তামা চঙদবগুম প্রেমনা উৎকর্ষ ওইবদগী পোকপা মঞ্জিষ্ঠা-রাগসু অদুন লল্লাই ওইজবনী, রাগসী পোকপদা অতোপ্পা কনামতাগী মতেঙ চঙদে। মসীগী শ্লোক-তা য়াওবা অনন্য-সাপেক্ষ-শব্দগী তাৎ-পর্য্য। মঞ্জিষ্ঠাগী অঙাঙবা মচুগী কান্তিনা ( মঙাল ) অসুম অসুম হেক্নং-লকপগুম প্রেমোৎকর্ষদগী পোকপা মঞ্জিষ্ঠারাগসু নোংম নোংমগী হেক্নংতুনা

লৈ, হেঙ্গৎপগী লোই-খম্বা নাইদে। মসীনা শ্লোক-তা য়াওবা **কান্ত্যা বর্দ্ধতে সদা**-হায়বা বাক্যগী তাৎপর্য্যনী। শ্রীশ্রীরাধামাধব অনীদা উৎকর্ষগী খমথেংবা মঞ্জিষ্ঠা-রাগ অসী লৈ। উজ্জ্বলনীলমণিদা মঞ্জিষ্ঠারাগগী খুদম অমা য়াওরিবত্থু মফমসীদা লৌখৎচরি। "ধত্তে দ্রাগনুপাধিজন্মবিধিনা কেনাপি ন কম্পতে। সূতেত্যাহিত সঙ্কয়ৈরপি রসং ত্তে চেন্নিথো বর্ত্মনে। ঋদ্ধিং সঞ্চিনুতে চমৎকৃতিকরোদ্দাম-প্রমোদোত্তরাম্। রাধামাধবয়োরয়ং নিরুপমঃ প্রেমানুবন্ধোৎসবঃ॥ উ, নী, স্থা, ৯৮॥—দেবী পৌর্ণমাসীগী মফমদা নান্দীমুখীনা রাসগী লক্ষণগী রা হংলম্বদা পৌর্ণমাসীনা মখোন্দা হায়রম্মী—রাধামাধবকী চাংদম্নঙাই-লৈতবা প্রেমবন্ধোৎসবসী উপাধি য়াওদ্রবস্থু য়াম্না থুনমক পোকয়ি; করিগুম্বা বিধি অমনা মাব্রু লেঙহনবা ঙমদে; গুরু-জনদগী পোকপা অকিবা নক্রগা অরাবা মথং মনাও লাক্রবস্থু মতুনা মখোয় মশেলগী লম্বী ফংবগী (মখোয় অনীগী উননবগী) মরম ওইরবদি মতুনস্থু রস পোকয়ি অমস্তুং অস্থুম সমৃদ্ধি (চাওখৎপা) ওইরকপতুনা অঙকপা-ফংবা লাকঙম্ ফাঙমদবা নুংঙাইবা (আনন্দ) অমা থোরক্য়ি।" খুদমসিদগী খঙবা ঙম্মী—(১) মঞ্জিষ্ঠা রাগ য়াম্না থুনা (দ্রাক্) পোকয়ি। (২) রাগসী পোকপদি উপাধি-য়াওদবনী, গুণ-শ্রবণচিংবা অমদি দূতীনচিংবা করিগুম্বা পোং অমতগী মতেঙ য়াওদ্রবস্থু মসী অতুম পোকয়ি; মসীদি স্বতঃসিদ্ধনী, অনন্যসাপেক্ষ-নী (কনাবুস্থু ঙাইদবনী)। (৩) ঋদ্ধিং সঞ্চিনুতে-বাক্যনা সমৃদ্ধি (চাত্তখৎলকপা) ওইবগী রা হায়রি: অস্থুম অস্তুম—নোংমা নোংমগী হাপচন্দুনা তূঙশল্লী: মরমতুনা রাফমসিনা মঞ্জিষ্ঠারাগগী লক্ষণ-দা হায়রিবা **যঃ কান্ত্যা বর্দ্ধতে সদা**—বাক্যগী রা হায়বদি কুমীৎ খুদিঙ হেঙ্গৎ-লকপগী রা হায়রি। (৪) করিগুম্বা বিধি-না লেঙহনবা ঙমদে—বিধিনা কেনাপি ন কম্পতে অমস্তুং "গুরুজনবু কিবা নক্রগা অরাবা মথং-মনাও লাকপনস্থু রস পোকয়ি হায়বা বাক্যনা মঞ্জিষ্ঠারাগ লক্ষণোক্ত **অহার্য্য** ওইবগী রা হায়রি। মতৌ অস্থুম্না মঞ্জিষ্ঠারাগগী মরু-ওইবা লক্ষণ-গী রা খঙবা ঙম্মে মতুদি—দ্রুতসঞ্জাতত্ব (থুনা পোকপা), নিরুপাধিত্ব (উপাধি-লৈতবা) হায়বদি অনন্যসাপেক্ষত্ব (কনামতগী মতেঙ চঙদবা), অনুদিনবর্দ্ধনত্ব (নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকপা) অমস্তুং অহার্য্যত্ব হায়বদি নিত্যত্ব (নিত্য ওইবা)। ১৯৩-পয়ারদা হায়রিবা **রাগ** অসী প্রেমোৎকর্ষদগী পোকপা মঞ্জিষ্ঠা-রাগ-নী হায়বত্থু মথাগী বর্ণনাদগী খঙবা য়াগনী।

নয়নভঙ্গে ভেল--মীং কৃষ্ণদা চঙবা মতমগী মনুঙদা ওইখি ; য়াম্না য়ামদবা মতমগী মনুঙদা রাগ অসী ওইখি। মসিনা মঞ্জিষ্ঠারাগগী থুনা পোকপা হায়বত্ তাকয়ি। মসী কুসুম্ভ-রাগগী মতৌগুম্না অংশ-মাইনা-অসুম অসুম খর-খরা তৌতুনা পোকপা নত্তে, মরমতুনা মসী পোকপদা মতম য়াম্না চঙদে : য়ামখিদ্রবা মতমগী মনুঙদা মসী পোকপনী, ইথঙ-থঙহৌদনা রাগ-সী পোকয়ি হায়বা তাকয়ি। মসী মঞ্জিষ্ঠা-রাগগী লক্ষ্মী। মসী ললনানিষ্ঠ ( রুপীদা মতম পুম্বগী ওইনা লৈবা ) প্রেমগী হৌনখানী। ললনানিষ্ঠ প্রেমদি পোকপদগী অহুম শ্রীকৃষ্ণগী রূপ উত্রবসু অহুগা গুণ-শ্রবণচিংবা তৌত্রবসু মথক্তা পোকয়ি. পোক্লগা থুনমক শ্রীকৃষ্ণদা গাঢ়রতি পোকহল্লী। স্বরূপং ললনানিষ্ঠং স্বয়মুৎকতাং ব্রজেৎ। অদৃষ্টেঽপ্যশ্রুতেঽপ্যুচ্চৈঃ কৃষ্ণে কুর্য্যাদ্দ্রুতং রতিম্॥ উ. নী. স্থা ২৬॥" ব্রজসুন্দরীশিংগী ( ললনা-শিংগী) চিত্তদা প্রেম অসী স্বয়ংসিদ্ধনী (মহামথক্তনা ওইজরকপনী—অনাদি-কালদগী লৈবক্রবনী (নিষ্ঠ--নিত্য ওইনা লৈবনী)। প্রকটলীলাদা মখোয়গী স্বরূপনচিংবগী মবমদা মখোয়গী জ্ঞান অহুব্ কৃপত্রবসু প্রেম অসীবুদি কাপ্তু : প্রেমসীদি মখোয়গী চিত্তদা মৈনা মরৈ মরৈ হা-হা তম্না চাকপগুম অহুম চাক্লনা লৈবগুম্মী : কনানো অমা ফংনীঙলনা খোং খোং খোংতুনা প্রেমসিগী মথাইনা শ্রীকৃষ্ণত্ মরক মবক্তা ফোং ফাওরকপগুম উই, মতুম্না ফোং ফাওরকপগা তেক্তা প্রেমনা মথক্তা য়াকায়রকপগুম তৌয়ি ; অহুগা শ্রীকৃষ্ণ কনানো, মহাক্না কবিনো হায়বনচিংবদি মতমত্ ফাওবদা মখোয় খঙলমদ্রি। ললন নিষ্ঠ প্রেমসিগী খমথেংবা তৃষ্ণমদি শ্রীশ্রীরাধারাণী-নী। শ্রীরাধা অমসুং মহাক্কী য়ুমগী গোপসুন্দরীনা শ্রীকৃষ্ণব্ সুংশিরবদো কয়ামুক সান্দ্র ( নঙশক্লবা ) ওইবসুগ হায়বব্ সেবা-না শ্রীকৃষ্ণব্ সুংহাই-হন্নীঙলম্বনা মখোয়গী কৃষ্ণপ্রীতিতুনা মখোয়গী বেদধর্ম্ম-কুলধর্ম্ম-ইকায়বা -তপথবা পুম্বা ইলাই লাইম মখোয়না থাদোকপত্ তমহন্থি ; মরমতুনা মখোয়গী কৃষ্ণপ্রীতিসিব সমর্থা-রতি (তৌবঙ্গী মক্তংশি) হায়নসু কৌরম্মী। সমর্থারতি-চেন্বী শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংগী ললনানিষ্ঠ প্রেমসীনা মখোয়না পোকপদগী শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌত্রবসু মহাক্তা মরী-লৈনবা কয়িগুম্বা পোংকা (মহাক্কী মিংগা, মহাক্কী খোনগা, মাগী বংশীখোনগা, মহাক্কী ষ্ফূর্ত্তি-ওইবা রূপ-কা নত্রগা মতুগা মরী লৈনবা (পোংকা) সামান্য ওইনা থেংন-ক্লবসু গোপীশিংতুগী বেদধর্ম্ম-কুলধর্ম্ম-নচিংবব্ মপুঙফানা কাউহল্লী, প্রেমত্ মহামক্তা সান্দ্রতম অহোব--লৈতবা—ওইরকয়ি ; মতমতুদা মখোয়গী

কৃষ্ণপ্রীতি ওইহন্নীঙবহুগী মনূঙদা অতোপ্পা নীঙবা অমা চঙবা ঙম্লমদে। "স্বস্বরূপাত্তদীয়াদ্বা জাতো যৎকিঞ্চিদন্বয়াৎ। সমর্থা সর্ববিস্মারিগন্ধা সান্দ্রতমা মতা ॥ উ,নী, স্থা, ৩৮॥" রামানন্দনা লেংবা ঈশৈদা য়াওবা "নয়নভঙ্গে ভেল"—হায়বা বাক্যসিদা সমর্থারতি হায়বা রতি জাত্তাসিগী রা হায়রিবনী—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মায়ৎক্কেভ্রিডৈগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণগী শব্দনচিংবগী হায়ফেৎ তাবদদা, খুদক্তা, মীৎনা কূপ্পগী মনূঙদা, গোপীশিংগী চিত্তদা নৈরম্বা অনাদি কালদগী সিদ্ধ ওইরক্লবা প্রেমদু থোরকয়ি। থোরক্লগা অতৎ-অথম-নাইদবমথৈ অস্নুম অস্নুম হেন্দৎলকয়ি। "নয়নভঙ্গে ভেল" হায়বা বাক্যসিনা মঞ্জিষ্ঠারাগগী ক্রুতসঞ্জাত ওই হায়বা তাক্ন্যি।

অবধি না গেল—ঙমথৈ ফংলমদে। শ্রীরাধানা হায়রম্মী—মতম খজিক্কুগী মনূঙদা—খঙহৌদবমথৈ—শ্রীকৃষ্ণগীদমক ঐগী রাগ (নুংশিবা) পোক্লম্বদো নোংম-নোংমগী তৎপা নৈত্তনা অস্নুম অস্নুম হেন্দৎলকখি; অহুবু মতৌ অহুম্মা হেন্দৎ হেন্দংনা মতু করিগুম্বা ঙমথৈ অমদা থুংবা ঙমখিদে, হায়বদি রাগতুগী তৎপা-নাইদবা হেন্দৎপদো লেয়্‌রা নাইখিদে। মসী বিভু বস্তুগী লক্ষণী। "রাধাপ্রেম বিভু, তার বাড়িতে নাহি ঠাঞি। তথাপি সে ক্ষণে বাড়য়ে সদাই ॥ ১/৪/১২৯ ॥

মূল ১৯৫

না সো রমণ না হাম রমণী।
দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি ॥ ১৯৫ ॥

শব্দার্থ

না—নত্তে; সো—মহাক (শ্রীকৃষ্ণ): রমণ—রতি-শান্নবা নায়ক; না—নত্তে; হাম—ঐ হায়বদি শ্রীরাধা; রমণী—রতি শান্নবগী নায়িকা; দুহুঁমন—অনীগী চিত্তশু; মনোভব—অপাম্বনা (বাসনা-না, মহৈ মহৈ অমনা অমবু নুংঙাইহন্নীঙবা অহুনা; পেষল—কূপ্পা তকৃখায়রগা পুঙতোৎ তোৎশন্দুনা অমতা ওইহনবা; জানি—গুম্মা খঙগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রাগ-গী মতাঙসিদা) (শ্রীকৃষ্ণ) মহাকস্থ রমণ (রতিশান্নবা

নায়ক) নত্তবগুম্লে অদুগা ( রাধা ) ঐহাকস্তু মরুণী রতি-শাস্ত্রবী নায়িকা নত্তবগুম্লে ! ঐখোয় অনীগী চিত্তবু মহৈ মহৈ অমনা অমবু পেল্‌হন্নীত্তবা হায়বদুনা কূপশূ শূগায়রগা তোংত্তুনা অমতা ওইখিবগুম্নী।

## নৈনরোল

দুহুঁ মন—অনীগী চিত্তবু হায়বদি শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীসিগী চিত্তন্।

মনোভব—পুক্লীত্তদগী পোকপা বাসনা ( অনীত্তবা, অপাম্বা ) : মহৈ মহৈ অমনা অমবু লুংত্তাইহন্নীত্তবা। শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীরাধানা লুংত্তাহন্নীত্তবা অদুগা শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা লুংত্তাইহন্নীত্তবা। মখোয় অনীনা অমনা অমবু লুংশিবা ( প্রীতি হায়বদি প্রেম )। শ্রীরাধাগী মপুক্লীত্তদসু লম্লাই লুংত্তাই-নীত্তবগী রা নৈতে অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মপুক্লীত্তদসু মরম্লাই লুংত্তাইনীত্তবগী রা নৈতে। মখোয় অনীগীসিদি মহৈ মহৈ-লুংশিনবী-নী।

অমনা অমন পেল্‌হন্নবগী উৎকণ্ঠানা ( লাত্তত্নবনা ) অত্তে পুম্নমক কাউংগোক্লুনা বিলাসগী থবক্তা মখোয়নীগী পুক্লীত্ত হৈজন্নখি। মতমদুদা মখোয় তোঙ্গান্ তোঙ্গান্ লৈনবদু ফাওবা লৈতবগুম খন্নমী ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রমণ হায়বদি কান্থনী হায়বা বুদ্ধিদু শ্রীকৃষ্ণসু খল্লমদে শ্রীরাধাসু খল্লমদে; অদুগা শ্রীরাধাদো রমণী-নী হায়বদি কান্তানী হায়বসী শ্রীরাধাসু খঙলমদে শ্রীকৃষ্ণসু খঙলমদ্রে। অসিগুম্বা ফীভমগী রাসিবু শ্রীরাধানা কোম্বংদা হায়খিবনী মদুদি —"সখি ন সো রমণো নাহং রমণীতি ভিদাবয়োরাস্তে। প্রেমরসেনোভয়মন ইব মদনো নিষ্পিপেষ বলাৎ। অথবা অহং কান্তা কান্তস্তমিতি ন তদানীং মতিরভূন্মনোবৃত্তির্লুপ্তা ত্বমহমিতি নো ধীরপি হতা ॥ —হে সখি, মহাক্না ( শ্রীকৃষ্ণ ) রমণ অদুগা ঐনা রমণী-নী হায়বা খেম্নবা খঙলম্বদু মাঙখরে, মরমদি, ফক্তনা মদনদেবনা নমহৎত্তুনা ঐখোয় অনীগী পুক্লীত্তবু কূপশূ শুগায়রগা থম্নমাম্লে। শ্রীচৈতন্যচন্দ্রদোয় নাটক /৭/১৬-১৭ ॥" রায়না লেংবা ইশৈগী "না সো রমণ"-নচিংবা পয়ারসিনসু রাকমসী ফোঙদোকরি। রায় রামানন্দগী ঈশৈগী মনুঙদা নৈনরিবা পয়ার-সিনা প্রেমদগী পোকপা বিলাসগী অয়োনী পরিপক্কতা ( মমূন্-ফাবদো ), প্রেমবিলাসবিবর্তগী রাজু হায়বনি।

মূল ১৯৬

এ সখি ! সে সব প্রেমকাহিনী ।
কানু ঠামে কহবি, বিছুরহ জানি ॥ ১৯৬ ॥

শব্দার্থ

এ সখি—হে সখি ; সে-সব—মহু পুম্নমক ; প্রেমকাহিনী—হুংশিনবগী ৱারী ; কানু ঠামে—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ; কহবি—লীক্নচো ; বিছুরহ জানি—কাউবা য়াদেকো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইভা, প্রেমগী ৱারী পুম্বসে শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লীক্নচো ; কাউবা য়াদেকো ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা মতমদা ঈশৈদা হায়রিবা ৱাশিংসে মহাকী মফমদা লীনবগীদমক শ্রীমতীরাধিকানা মাগী সখী অমবু মথুরাদা থারম্মী । মথুরাদা দূতী-ওইবী সখীতুনা চংলগদাইদা মহাক্না শ্রীমতী রাধিকানা থাউমেল্লম্মী—ঈশৈসিদা হায়রিবা ৱাসী হায়রুনা । শ্রীমতীরাধানা হায়রম্মী—হে সখি মথক্তা থোরকপা প্রেমদুনা নোংমা নোংমগী অকুং-অথম-লৈতনা হেক্কংলকপা ব্রজদা ঐখোয়নীগী মিলন ওইনদা ঐখোয়নীগী পরৈকা ( অমতা ওইবদা থমথেংবা ) ওইখিবনা ঐখোয়নীমক্কা—কনানা রমণ, কনানা রমণীনো হায়না জ্ঞান ফাওবা মাঙখি ; প্রেমদুগী ৱাদো নডনা শ্রীকৃষ্ণদা তম্মু ; য়েংঙোই, নঙ কাউবা য়াদেকো ।" "নঙ কাউবা য়াদেকো" হায়বা ৱাসী হায়বগী ৱাঙ্গনাদি অসিনী—মথুরাগী নমহৎঙ্গা গুণ অমা লৈবা মাল্লে, মফম দুদা চংলুবা মীনা মমাইঙেগী ৱা হেক্কা কাউবা ; নত্রগদি ঐগী শ্রীকৃষ্ণগুম্বা নাগরদুনা মথুরাদা মমাইঙেগী মিলন ওইবগী ৱা পুম্নমক্কো কমদৌনা কাউগনী ! নঙস্ত্ অদুগুম্বা মথুরা লমদমদা পাংদোবিবনী ; অদুনা য়েংঙোই, লমদুগী নমহৎ-ঙম্বা গুণা ঐনা হৌজিক শিন্নরিবা ৱাসে কাউথোকহল্লুকো ।" "বিছুরহ জানি" হায়বা ৱাসী শ্রীরাধাগী ৱাক্রোক্তিনী ।

রাঙলবা, অমত্তুনা খোয়রাঙদ্রবা, অত্তু ওইরবদি মরক চেন্দুনা রাপুনবা অহুমশুবা মী অমা চঙঙী ; মিলন ওইনবগী বাসনা অকন্‌বা অমা চেল্লিবা মীত্তুনা দূতী নত্রগা অতোপ্পা মী অমনা হোৎনবিবা হায়বত্তু কোয়থি থি। অত্তুবু অনীমক্কী চপমান্ননা মিলন-বাসনা লৈরবদি অতোপ্পা মী অমা চঙদে ; মখোয়নী অমনা অমবু চিংবনা (আকর্ষণ তৌবনা) মখোয়নীবু উনহল্লী (মিলন ওইহল্লী)। অত্তুনা হে সখি, ঐখোয়নীগী মিলন-স্থ-ওইহল্লী—ঐখোয়নীগী অমগা অমগা তৌনরিবা আকর্ষণ্না, হায়বদি অমনা অমবু স্নুংঙাইহন্নীঙবগী খোয়রাঙবনা।"

হৌজিক হংবা য়াই—মথক্তা হায়রিবা অস্পৃম্না ওইরবোইদি দূতী শ্রীজন্নবগী রাসী লাইরিকনচিংবদা য়াওরিবা করিগীনো ? পাউথুমদি অসিনী মত্তুদি—মিলন-বাসনাতনা মিলনগী মুখ্য হেতুনী। মিলন-বাসনাসী অমগী লৈরগা অমগী লৈত্রবা মতমদা বাসনা-লৈতবা মীগী মপুক্কীঙ থেম্মনবা দূতী নত্রগা কনাগুম্বা মী অমগী মতেঙ চঙবনী ; মতাঙসিদনা দূতীনচিংবা মীত্তুবু মখোয়গী মিলন ওইবগী মুখ্য হেতুনী হায়বা য়াই। অত্তুগা মখোয় অনীমক্কী মপূক্তা মিলন বাসনা চপ মান্ননা লৈরবদি মখোয়গী বাসনা অত্তুতনা মখোয়নী-গী মিলনগী মুখ্য হেতুনী ; মতাঙ অসিদা করিগুম্বা অতোপ্পা মী অমনা মধ্যস্থ ওইরবদি মাগী মধ্যস্থতাত্তুনা উপলক্ষ্য-দমক ওইগনী—মুখ্য হেতুদি নত্তে। মখোয় মশেল মিলন ওইনবগীদমক অনীমক্কী অকন্‌বা লালসা অমা পোকপা অনীমক্কী থম্মোই-মিলন ওইগনী অত্তুগা থম্মোইগী মিলন অসিনা অশেঙবা মিলন হায়বত্তুনী : মসিগুম্বা মিলনগী-দমক মধ্যস্থ অমতা চঙদে। মপাম্বোংগী মিলনগী কবি করিগুম্বদা-মিলনগী মফম মতম খঙহন্নবা মী চঙবা য়াই ; নত্রগা প্রেমগী হৌনশা ওইবা অনীমশেলগী উৎকণ্ঠা হেঙ্গৎলক্‌পগীদমক প্রেমগী বৈচিত্রী বিশেষ বাম্য-বক্রতানচিংবা ভাব লাক্‌পদা মত্তু কোকহন্নবগীদমক মী চঙবা য়াই। মসী পূম্নমক মিলনগী আনুষঙ্গিক ওইবা থবক্নী, তশেংনা থম্মোই-মিলনবু মপাম্বোংগী শক্তম অমা পুহন্নবা হায়তুনা তৌবা উপলক্ষ্যনী। মরমত্তুনা লাইরিক্কচিংবদা দূতী নচিংবগী রা য়াওবি হায়বগী মরমদি—মখোয়ত্তুনা মিলনগী উপলক্ষ্যনী হায়বদি গৌণ হেতু ওইবতনী, মুখ্য হেতুদি মখোয় মশেল মিলন ওইনবগীদমক মখোয়-মখোয়গী থম্মোইদা মথন্তমক থোরক্‌পা অকনবা বাসনা অত্তুনী। মরমত্তুনা শ্রীরাধানা হায়রিবনী—"না খোজলুঁ দূতী"-নচিংবা।

পয়ারসিদা ললনানিষ্ঠ মঞ্জিষ্ঠারাগনা নিরুপাধি ওইবা, অদুগা অনন্যাপেক্ষ ওইবা অমসুং স্বতঃউদ্বুদ্ধ ওইবদু তাকৃয়ি।

মূল ১৯৮

অব সোই বিরাগ, তুঁহু ভেল দূতী।
সুপুরুখ-প্রেমকি ঐছন রীতি ॥ ১৯৮ ॥

শব্দার্থ

অব—হৌজিক ; সোই—মহাক্রুমক্কা শ্রীকৃষ্ণমক্কা ; বিরাগ—রাগ-লৈতবা ওইরে ; তুঁহু—নঙনা ; ভেলি—ওইরে ; দূতী—পাউপুবী ; সুপুরুখ-প্রেমকি—সুপা অফবগী প্রেমগী ; ঐছন—অসুম্বা ; রীতি—মতৌনী, তৌনবী নিয়মনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক শ্রীকৃষ্ণ মহাক্রুমক্কা হায়না লৈরম্বা রাগ অদু থাদোকখরে। মরমসুনা নহাক্কা দূতী ওইবা তারবনী: অফবা সুপাগী প্রেমদি মতৌ-সুপুম্বা নিয়মগী ওইখরেনে।

## নৈনরোল

শ্রীরাধানা খল্লম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা বাবাবু হায়নগীগুম্না সুংশিদবে: মরমসুনা মাবু থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা ওয়রিবনী অদুগা মথুরাদা চংলগা অমুক হল্লক্লিবনী ; মসিনা তাকপদি শ্রীরাধাগা লোয়ননা মিলন তৌনবগী অকনবা বাসনাসু শ্রীকৃষ্ণগী লৈত্রে হায়বসিনী। বাসনাসু লৈরফোইদি শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈথোক্লোইদৌবনী। মরমসুনা মমাঙগী রা নীঙশীঙহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী চিন্তদা শ্রীরাধাগা মিলন ওইনবগী বাসনাসু পোকহন্নবা হায়দুনা শ্রীরাধানা দূতীসিদা নীঙথিজনা তম্বিদুনা মথুরাদা থারিবনী।

অদুগা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা দূতীসী থাবনা তাকপদি, শ্রীরাধাগী চিন্তদা শ্রীকৃষ্ণবু হায়না-গুম্না সুংশিরম্মী হায়বনী। মসীনা মঞ্জিষ্ঠারাগগী অহার্যত্ব ( মাঙবা-য়াদবা ) হায়বদি নিত্যত্ব ( মতম পুম্বগী ওইবা ) অসু তাকয়ি।

সুপুরুখ প্রেমকি ঐছন রীতি—অকবা মুপাগী ( বিদগ্ধমাধব মকোক্কী ) প্রেমগী নিয়মদি অসুম তৌমোইরে। মসী পরিহাসোক্তি ( করেম্বা য়াডাও ) অমনী। মসিগী ব্যঞ্জনাদি অসিনী মহুদি অনুরাগনা থৌইজ্জিন্দুনা অহানবদা মিলন তৌরগা অনুরাগচু মাওথোকহনবদি বিদগ্ধ-নাগরগী প্রেমগী নিয়ম নত্তে।

রায়-রামানন্দনা লৈবা ঈশৈগী প্রকরণগী মরমদা—মসী করম্বা বিষয়গী ঈশৈনো হায়রগী মরমদা—মত্ত খেন্নবা থরা উই। মখাদা মত্ত মথল মখাদু উৎচরি।

(ক) শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী মত্ত মতুং ইন্না ঈশৈসী মাথুর-বিরহগী ঈশৈনী। "পহিলহি রাগ"-নচিংবা ঈশৈগী টীকা হৌরকপদা চক্রবর্ত্তীপাদনা হায়রম্মী—"পহিলহি"-ইতি। মথুরাবিরহবত্যাঃ শ্রীরাধায়া উক্তিরিয়ম্; মসী মাথুরবিরহ ওইবগী শ্রীরাধানা হায়বা বানী। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈরা মতমদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা ( বিরহ ) অদু মাথুর-বিরহনী।

(খ) কবিকর্ণপূরগী শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক অদুদগীসু ঈশৈসী মাথুর-বিরহগী ঈশৈনী হায়রদু থদুবা ঙমী। কবিকর্ণপূরনা হায়—ঈশৈসিদা হায়রিবা বাশিংদু মথুরাগী রাজসিংহাসন মথক্তা ফমুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মমাংদা তম্লবা শ্রীরাধানা দূতী অমমু মথুরাদা থারম্মী।

হৌজিক হংবা য়াবদি অসিনী মহুদি - ঈশৈসিনা মথুরাবিরহগী ঈশৈ ওইরবদি রায় রামানন্দ মহাশয়না করিগীদমক প্রেমবিলাস-বিবর্তগী খুদম ওইনা ঈশৈসিবু মহাপ্রভুগী মফমদা পল্লম্বিবনো? হাংসিগী পাউখুমদি অসী ওইবা য়াই মহুদি—ঈশৈসিগী মমুঙ-চনবা "না সো রমণ না হাম রমণী। দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি॥" মচিংবা বাকাদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী থোক্তোকপা লমদম শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভেদজ্ঞান-রাহিত্য ( খেন্নবগী জ্ঞান মাডবা ) হায়বদি পরৈকাগী ইঙ্গিত য়াওরি হায়দুনা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী খুদম ওইরকপদা ঈশৈসী পল্লম্বিবনী। "অব সোই বিরাগ"-নচিংবা বাক্যনা ভেদজ্ঞানরাহিত্যগী য়া হায়বদি পরৈকাগী য়া তাকপা নাত্তে হায়দুনা প্রেম-বিলাসগী য়াম্ব তাক্তে; মরমদুনা ঈশৈ মপূমনিম্বা প্রেমবিলাসবিবর্তগী য়া তাক্তবসু "না সো রমণ"-নচিংবা বাকদি প্রেমবিলাসবিবর্তগী য়া তাকি।

(গ) শ্রীলরাধামোহন-ঠক্কুর মহাশয়না মহাক্কী 'পদামৃতসমুদ্র' কৌবা সংগ্রহ-গ্রন্থদা কলহান্তরিতা-প্রকরণদা ঈশৈসী হাপ্‌চল্লী। পদামৃতসমুদ্রদা ঈশৈসীগী মমাঙ হেক থংবা ঈশৈদুগা লোয়ননা মসীগা মরী খজিত্তং লৈনৈ, মরমতুনা থংনবা ঈশৈদু অসিদা লৌখৎচরি। শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তগী দূতী অমা লাক্তুনা শ্রীরাধিকাদা হায়রম্মী—"শুনহ রায়ান্‌ঝি। লোকে না বলিবে কি॥ মিছাই করিল মান। সে বিনে জাগল কাণ॥ আনত সঙ্কেত করি। তাঁহা জাগাইলে হরি॥ উলটি করিস্থ মান। বড়ু চণ্ডীদাস গান।—রাধে! মী ময়ামগী নাকোঙ হৌখন্দি করি হায়গনী হায়বোবা। অরেম্বদা মরম লৈতুনা নঙনা মান তৌরি। নঙগা কায়নন্দা কৃষ্ণনা অহিং চুপ্পা মীৎশেল খাঙহনা লৈবে। নঙনা সঙ্কেত তৌতুনা মাবু পুরক্‌পনী, পুরক্লগা নঙনা মাবু অমুক অহিং চুপ্পা মীৎশেল খাঙহল্লে। অমুক নঙনা হনখৎতুনা মান তৌরে॥" দূতীগী বাসী তাবদা শ্রীরাধানা হায়রক্‌য়ি—পহিলহি রাগ—" অসিনচিংবা। "তুমীং য়াম্না লোয়নতুনা লৈরব্রবা মতুংদা মতম খজিক্তুংদা কায়নবগীদমক কৃষ্ণনা হৌজিক নঙবু দূতী ওইনা ঐগী নাক্তা থারক্লি। ঐখোয় অনীবু মিলন ওইহন্নবা হায়দুনা। অতুব হে দূতী তাংকো হায়গে। ঐখোয়না অমগা অমগা খঙন-খেংনদ্রিঙৈ মতমদা ঐখোনীবু মিলন ওইহন্নবগীদমক দূতী চঙলমদে। মীংকা মীংকা চানবদদা ঐখোয়নীগী পূর্বানুরাগ পোক্‌খি: অনুরাগতু মথন্তা অতুম হেক্কংলক্‌খি—হেক্কংলক-পঙ্গী অরোইই-অখম লৈখিদে; অতুদগী ঐখোয়নীগী মরক্তা খেন্নবা লৈবতু খঙলত্তবে (ভেদজ্ঞান মাঙখি); ঐখোয় অনীগী মিলনদা বিলাসদা লুপ্‌খিবনা ঐখোয়নীগী মরক্তা কননা রমণ কনানা রমণী হায়বগা কাউ-থোক্‌খি। ফীভমসী উরতুনা কন্দর্পনা ঐখোয়নীগী মন অনীতু তক্‌থায়রগা অমতা ওইহনখি। সখি, রা পূসসী কানুগী মফমদা হায়ক্‌কো—য়েংঙোই কাউলাক্‌পা য়াদেকে। ঐখোয়নীগী ওইরম্বা ফীভমসীগীদমক দূতী কনামতা নতগা অতৈ কনামতগী নাহেঙ চঙখিবা লৈতে—পথংবাগ্গা মরক্তা লৈরগা ঐখোয়গী মিলন অসী ওইহনখিবনী। হৌজিক্তি কানু নাগী অনুরাগদো লৈত্রমাল্লে, মরমতুনা নঙবু দূতী ওইনা থারক্লিবনী। চুম্মী, সুপুরুষগী প্রেমগী রীতিদি অসুম তৌবোইরে।

উজ্জ্বলনীলমণিদা কলহান্তরিতা নায়িকাগী লক্ষণ অসুম্না পীরি। "যা সখীনাং পুরঃ পাদপতিতং বল্লভং রুষা। নিরস্য পশ্চাত্তপতি কলহান্তরিতা

হি সা ॥ অস্যাঃ প্রলাপ সন্তাপগ্লানি নিশ্বসিতাদয়ঃ ॥ নায়িকাভেদ। ৪৮ ॥—সখীশিংগী মমাঙদা মখোঙদা তুজরবা নুংশিজবা মহাকপু শাউতুনা থাদোক্লগা কোম্বংদা থল্লাই চাক্পী অদুগুম্বী মহাকপু কলহান্তরিতা কৌয়ি ( কলহ—খৎনবা মরম্মা মাগী অন্তর হায়বদি ভেদ—খাইনবা, কায়নবা থোকপা, অদুগুম্বী মুপীদু কলহান্তরিতা-নী। প্রলাপ ( চোইরোন্ ), সন্তাপ ( থল্লাই চাক্পা ), গ্লানি ( শূক্থবা, চোক্থবা ), নুংশাসোর মপী হোন্বা—অসিনচিংবসী কলহান্তরিতাগী লক্ষণী।" উজ্জ্বলনীলমণিদা কলহান্তরিতাগী উদাহরণ পীরিবদুগী মর্ম্মদি অস্মুম তৌয়ি মদুদি—শ্রীরাধানা হায়রম্মী—"হে ইতাশা, ঐগী লাইবক মথী অসী য়েংঙু ( গ্লানি অমসুং সন্তাপ ), শ্রীকৃষ্ণ মছামক লেঙলতুনা লৈপরেং পুরক্লগা খুদোন পীরম্বনী, অদুবু ঐহাক্না থৌশাদতুনা লংশেক্খি; মহাক্না নুংশি-রাহৈশিংদুবু ইনাদা হাপ্খিদে; মহাক্নে ইখোঙদা তুরম্বনী, মদুফাওবদা ঐনা মাবু মীৎচিনফাওবা য়েংখিদে। অপরাধ পূম্নমকসীগীদমক ঐগী মন অসী চাক্থোঙ চফুদা হাপ্পা সনালুপাগুম্না প্রোক প্রোক চাক্তুনা লৈরেনে।"

মথক্তা হায়রিবা কলহন্তারিতাগী লক্ষণশিংসী রায় রামানন্দগী গীতসীদা তশেংনা উদ্রবসু পদামৃত সমুদ্রদা লৌখৎলিবা গীতসীগী মমাঙদা লৌখৎলিবা মাঙ-থারিবা **শুনহ রায়ান্** ঝি নচিংবা ঈশৈগা চুংশন্নতুনা খন্তনরগদি রামানন্দগী গীতসিবু কলহন্তারিতা-প্রকরণদা হাপ্চনবগী পক্ষদা শ্রীপাদ রাধামোহন ঠকুরগী মপূক্নীঙগী ভাব অদু মথাগী অসীগুম্বা ওইগনী হায়না খল্লী। শ্রীরাধানা থৌশাবিদ্রবা অদুগা ইকাইবা পীরবদা শ্রীরাধাগা উননীঙবগী উৎকণ্ঠানা কন্খিবনা শ্রীকৃষ্ণনা দূতী অমা শ্রীরাধাগী নাক্তা থাখিরম্মী। ( গীত অদুদা পল্লিবা দূতী শ্রীকৃষ্ণনা থাখিবা দূতীনী হায়বসী শ্রীলঠকুর মহাশয়গী গীতকী টীকাদা ইরি। অদুবু মতমদু ফাওবদা শ্রীরাধাগী মান অদু পূম্নম নেম্নমদ্রি; মরমদুনা মহাক্না গীত অদুদা পল্লিবা বক্র-উক্তিশিংদু ফোঙদোক্লম্বনী। অনীগুম্বা বক্রোক্তিদি মান-তৌবী থীরাধীরা নায়িকাগী লক্ষণী। "ধীরাধীরাতু বক্রোক্ত্যা সবাষ্পং বদতি প্রিয়ম্॥ উঃ নী, নায়িকা /২২ ॥" লৌখৎলিবা ধীরাধীরা নায়িকাগী লক্ষণ-দা বক্রোক্তি হাপ্পগী মতমদা পিরাংশিন্থবগী রা উবা ফংঙী ( সবাষ্পম্ ); অদুবু রামানন্দগী গীত অদুদদি শ্রীরাধানা পিরাংশিন্থবগী

রা য়াওদে ; য়াওদবগী মরমসু লৈ। উজ্জ্বলনীলমণিদা ধীরাধীরা নায়িকাগী উদাহরণ পীবা মতাঙদা **তামেব প্রতিপক্ষকামবরদাং সেবস্ব**-নচিংবা ২৩শুবা শ্লোককী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথচক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী– ধীরা-অধীরা নায়িকা মখল্ অনীনী ; মখল অমদনা ধীরতাগী ( তপ্পগী ) শরুক্কা হেল্লী, অতোপ্পা মখল অমত্তুদনা অধীরতাগী ( ফিঙ্গৎপগী ) শরুক্কা হেল্লী ; অধীর-তাগী শরুক্কা হেন্‌বা মতমদনা পিরাং শিন্নদবা য়াই। রামানন্দগী গীত অতুগী মান-তৌবী শ্রীরাধাদা অধীরতা হেন্না ওইবনা পিরাং ৱাংপনী। গীতসীগী টীকা ইবদসু শ্রীপাদঠকুর মহাশয়সু মত অতুম্না ফোঙবা উই। **অব সোই বিরাগ**-নচিংবসিমক শ্রীরাধাগী বক্রোক্তিনী। শ্রীকৃষ্ণনা দূতী থারকপসিনদি মহাক্না মিলন তৌনীঙভী হায়বা য়াই ; মরমত্তুনা মহাক শ্রীরাধাগী মফমদা বিরাগ—অনুরাগশূন্য—( রাগ-লৈতবা হায়বদি রাধাবু নুংশিদ্রবা হায়বত্তু ) নত্তে, অতুম ওইনমক মান গী হৌনশা কৌটিল্য ( খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংবা )-নচিংবা তৌবা মরম্না শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু **বিরাগ** ওই হায়রিবনী।

শ্রীলরাধামোহনঠকুরনা ঈশৈগী **পহিলহি রাগ** হায়বা পদগী অর্থ **পূর্ব্বরাগ** হায়না হল্লী। পূর্ব্বরাগ-গী পারিভাষিক অর্থ লৌরগদি গীতসিগা চূনদে (সঙ্গতি ওইদে)। পারিভাষিক পূর্ব্বরাগগী লক্ষণদি অসুম তৌয়ি— "রতির্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শনশ্রবণাদিজা। তয়োরুন্মীলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে॥ উঃ নী, শৃঙ্গার ভেদ। ৫॥ —সঙ্গমগী (তিন্নবগী) মমাঙদা উবা-তাবদগী ( দর্শন-শ্রবণচিংবদগী ) পোকপা রতি ( নুংশিবা ) অতুনা বিভাব-নচিংবগা তিন্নরবদা হাউবা থুম্বা ওইরবদি মদুবু পূর্ব্বরাগ কৌয়ি। মসী বিপ্রলম্ভগী মওং অমনী। রামানন্দগী গীতসিগী **পাহিলহি রাগ** অসী দর্শন-শ্রবণ-দগী পোকপা নত্তে, হায়রিবা রসসীদি স্বতঃস্ফুর্ত্তনী ( মথন্তা পোকচরকপনী ) হায়না হান্নসু হায়খ্রে। মরমসীনা মসীবু পারিভাষিক পূর্ব্বরাগত্তুনী হায়বা য়াদে। শ্রীলঠকুরমহাশয়না হায়রিবসী পূর্ব্বরাগ— শব্দনা পূর্ব্বে [ সর্ব্বপ্রথম ( ইহান্‌-হানবদা ) ] জাত ( পোকপা ) হাযবদি স্বতঃস্ফূর্ত্ত ( মথন্তা চেংথোরকপা ) রাগগী রা হায়বা মাল্লী।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইববত্তু গীত অসী কলহান্তারিতাগী গীত ওইরবসু **না সো রমণ**-নচিংবা বাকানা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত মক্কী হায়বত্তু তাক্লী।

শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতমৃতদা ঈশৈসীবু লৌখৎলিবা মতাঙ ( প্রসঙ্গ ) অদুগা শম্বহল্লগা তোঙান্না ঈশৈসীদগী মর্ম্ম নৈনরগদি মসীবু মাথুর-বিরহগী নত্রগা কলহন্তারিতাগী ঈশৈনীসু হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক **না সো রমণ**-নচিংবা বাক্যনা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী রা হায়রিবনী হায়বসীদা চিংনন্তাই করিসু লৈতে।

(ঘ) কনাগুম্বনা হায়-- রায় রামানন্দনা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী উদাহরণ ওইনা মাগী গীত অসী পল্লকপা মতমদা মাগী ঈশৈ মপূম্সীমক—ঈশৈগী শরুক অমতনা ওইবা নত্তে - প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত তাকপনী। মসীদা কনা অমনা য়েংপা য়াই মদুদি প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী থোক্ইদোকপা লক্ষণ পরৈক্য ( অয়ৌনী অমত্তা ওইবগা ) হায়বদি ভেদজ্ঞানরাহিত্যনী ( খেন্নবা লৈ তায়বা থঙদবনী ) ; অদুব গীতসীগী লোইরকপদা **এ সখি সে সব প্রেম-কাহিনী** অমসুং **অব সোই বিরাগ**—নচিংবা পদদা পরৈক্য নত্রগা ভেদজ্ঞানরাহিত্যগী রা য়াওদে : য়াওরিবদি ভেদজ্ঞানগী ( খেন্নবা থঙবগী ) রানী। ভেদজ্ঞান-তাকপা রাশৈশিংসী প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত-তাকপা নত্তবনিনা ঈশৈ মপূমদুনা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত-তাকপা করম্না ওইগনী ? গীতসীগী মলুংচনবা **না সো রমণ**-নচিংবদি পরৈক-তাকপনী মবমদুনা প্রেম-বিলাসবিবর্ত্ত-তাকপনী-হায়দুনা রামানন্দনা মাগী হান্নগা লেংদুনা লৈরম্বা গীতসীবু প্রভুগী মমদা পনখিবনী।

গীতসী লোইনমক মঞ্জিষ্ঠারাগগী পরিচয় পীবনী, মঞ্জিষ্ঠারাগগী অয়ৌনী পোলোইদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত ওইথোকপা মতমদা গীত মপূমসীমক প্রেম-বিলাসবিবর্ত্ত-তাকপা গীত ওইবা য়াই--হায়বা য়ারবদি কম্দোবা ? মদুগী পাউখুমদি অসী ওইবা য়াই—শ্রীরাধা মঞ্জিষ্ঠারাগবতী ওইবা মতমদা বিরহদা ( কায়নবদা ) নত্রগা মিলন-দা অবস্থা পূম্বদা শ্রীরাধাগী মনুংদা মঞ্জিষ্ঠারাগ লৈগনী অদুগা মহাক্কা মরী লৈনবা ভাব পূম্নমক্কী পদদা মঞ্জিষ্ঠারাগগী অয়ৌবী য়োনা ফুগায়রবদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত থোকপা য়ার-বসু মঞ্জিষ্ঠারাগদি প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী থোকইদোকপা লক্ষণ অমা নত্তে ; মবমদুনা গীতসীগী পদ পূম্নমক্তা মঞ্জিষ্ঠারাগগী পারিচয় ফংলবসু মসী মপূম ওইনা প্রেমবিলাস-বিবর্ত্ত তাকপনী হায়বদি য়াদে।

(ঙ) কনা কনাগুম্বনা হায়, ঈশৈসী মাদন কৌবা মহাভাব তাকপা

জাংনী ; মাদন হায়বসীনা অয়োবী য়ৌনা ফংগায়রক্রবদদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত ওইথোক্লক্লবদা গীত মপ্যমসীবু প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত তাক্‌পা জাংনী হায়বা য়াই। অদুবু মসীদসু (ঘ) অনুচ্ছেদদা হায়খিবা আপত্তিশিংসু তৌবা য়াই।

অদু ওইরবসু, গীতসিগী অর্থ মাদনাখ্য-মহাভাব-তাক্‌পা ওইবসু য়াই, মমাংদা মঞ্জিষ্ঠারাগ-তাক্‌পা অর্থগী রা হায়খিবগুম্না। অদুবু গীত মপুমসীনা মাদনাখ্য-মহাভাব-তাক্‌পা ওইববসু মাদনগী থমথেংবা পোলোইদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী রা উংলী—না সো রমণ-নচিংবা বাকানা। মফমসীদা মাদনাখ্য-মহাভাব-তাক্‌পা অর্থ হায়রি।

পর্ন্নিকারি, রাগ অমসুং নয়নভঙ্গ-নচিংবা শব্দগী অর্থ হান্নগীদু গুম্বনী। মীংকুপ অমগী কেন্দ্রবা মতমনুংদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণনা অনী মশেল চিংশন্নবগী রা খঙগে হায়রবদি শ্রীরাধিকাগী প্রেমসম্বন্ধগী রাফম অমা খঙদবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণন কৃষ্ণকান্তাশিংনা—মহিষীশিংনা খঙদে ব্রজসুন্দরীশিংনা খঙদে—নুংশিবদি (প্রেমদি) নিত্যসিদ্ধনী, অনাদি-কালদগী লৈবক্লবনী। প্রকট নত্তবা (ফোংদোত্তবা) লীলাদা প্রেম অসী ওইনা ফোংদোক্লবনী ; অদুবু প্রকট লীলাদা নরলীলা পাংথোক্লবা হায়দুনা যোগমায়াগী মতেংনা প্রেমসী অজ্ঞানবদদি থুপ্না লৈ ; কান্তাগী স্বরূপ খেন্নবগী মতুং ইন্না প্রেমগী অথুপ্পগী চাংসু খেন্নে। রুক্মিনীনচিংবা মহিষীশিংনা প্রকট লীলাদা কুমারী ওইনা লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণচিংবগী রা মনাকোংনা হেক তাবগা শ্রীকৃষ্ণবু প্রেম তৌখি, মদুগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণনা নঙ্গুগা রুপ্না গুম্বা মখোয়নদি খঙদবা নুংশিথোইবা অমনা মখোয়গী থরাক্‌ হুরক্নদি রা খঙলমদে ; শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণচিংবা মনাকোংনা তাবনা মরম্‌ ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী নুংশিথোইবনী হায়বগী অনুভূতি অমা মখোয়দা পোক্‌খি, অদুগা লোয়নবা অনুভূতিদুগী মতীক ওইবা প্রেম-সু পোক্‌খি ; মদুগা মমাংদা মখোয়গী চিত্তদা প্রেম লৈ হায়না মখোয়না অনুভব তৌরমদে ; মরমদুনা প্রেমগী চেনান চিত্তদা থোয়রাংখিহৌগী রা লৈরমদে—মখোয়দা নিত্যসিদ্ধ প্রেম্না থুপ্নদে। অস্মরী মতীক কল্পসী। থাংৈওমক লোংবাদি ব্রজসুন্দরী-নাকিগী রুপ্ম মতুং ইন্না অদুম্না থুপ্নদী য়ারম্বনী। শ্রীরাধিকা-নচিংবী ব্রজসুন্দরীশিংগা কৃষ্ণরতিগী মথুখি চেংথোরী। যোগমায়াগী মতেংনা শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা নৈরম্বা নিত্যসিদ্ধ সম্বন্ধগী রাদু ব্রজসুন্দরীশিংনা

কাউরম্মী হায়বা চুম্মী, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈরম্বা মখোয়গী প্রেমদুদি মখোয়গী থম্মোইদা অদুম লৈরম্মী—তৌবগীদি মুংশিংশীত্তবা লমদা ঈথক-হৌদবা তুরেনগী মতৌগুম্না ঈহৌদবা মতৌদা লৈরম্বনী। মখোয়গী থম্মোইদা মতম পুম্বদা পোক্লিবা প্রেমগী বিষয়দু ( মুংশিরম্বা মীদো ) কনানো হায়বা ব্রজসুন্দরীশিংনা খঙলমদে; অদুম ওইনমক প্রেমদগী পোকপা খোয়রাঙ-খৌরাংবদি মখোয়না অনুভব তৌরম্মী; কনা মঙ্গলাংগী খোয়রাঙবনো, কনানা মখোয়গী থরাইদু চিংলিবনো, কনানা মখোয়গী প্রিয়তম-নো ( মুংশিথোইবনো ) হায়বা মখোয় করিমতা খঙলমদে। অসিগুম্বা মচীঙসে (আকর্ষণসে) য়োৎচাবীগা য়োৎচাবীগা চিংনবগুম্না ওইবা হৌনশানী। য়োৎচাবী অনী মফম অমতদা লৈরবদি অনীমক লোৎনরবসু অমনা অমবু চিংবদি শোয়দবনী। মফম অমদা ফিনা কৃপ্‌শল্লগা অচৌবা য়োৎচাবী অমা থম্লবা অদুগা মদুগী মনাক্তা অপীকপা য়োৎচাবী অমা পুশল্লরবা অদুগা তিংখং অমগী মথক্তা অপীকপা য়োৎচাবীদুনা লৈরগা মায়কৈ মরিদা কোয়রৈ লৈরবদি মদুনা কৈনো ফিভম অমদা লৈরবসু মানা কোয়রৈ লৈদুনা লোৎলিবা অচৌবা য়োৎচাবীগী মায়কৈদা মমায় ওসন্দুনা লৈবা উগনী। অপীকপা য়োৎচাবীদুগী জ্ঞান লৈরবা ইন্দ্রিয় লৈরবা, অদু লৈরবদি অচৌবা য়োৎচাবীনা লোৎদুনা লৈবদগী মশক উবা ফংদ্রবসু অদুগা য়োৎচাবী অমনা মাবু চিংলি হায়বা খঙদ্রবসু অপীকপা য়োৎচাবীদুনা মায়কৈ অদোমদা মাবু চিংলি হায়বদু খঙলমগদবনী—তৌবগীদি করিগী চিংলিবনো হায়বদুদি মহাক লেপ্পমক খঙলোই। ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেমসু অদুগুম্বনী; শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা করি হায়নী মহাকপু উদ্রিঙৈগী মমাঙদা অমসুং মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা অমতা মনাকোংনা তাবা ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদসু খঙদবা-তাদবা মুংশিথোইবা কনা অমগীদমক মখোয়গী চিত্তদা মখোয়বু চিংবগী ঈচেল অমা চেল্লমগদবনী; ঈথক-হৌদবা তুরেনগী ঈথক লৈবা কৌনদে হায়বা চুম্মী; অদুবু সমুদ্র তম্না তুরেন্দুগী ঈচেল অমদি মচেল্লিবনী; মতৌ অদুগুম্না ব্রজসুন্দরীশিংগী স্বভাবসিদ্ধ ( হৌনশা-ওইবা ) প্রেমগী ইহৌ মতমদুদা লৈরমদবা ব্রাই; মরমদুনা কনাগুম্বা খঙদবা তাদবা মুংশিথোইবা অমগী মায়কৈদা প্রেমদুগী গতি ( খোঙচৎতি ) লৈরম্বনী। ব্রজ-সুন্দরীশিংদা প্রেম অসী মতম পুম্বদা অদুম লৈবনী; মরমসীনা মখোয়গী প্রেমসীবু ললনানিষ্ঠ

প্রেম কৌয়ি। "স্বরূপং ললনানিষ্ঠং স্বয়মুদ্বুদ্ধতাং ব্রজেৎ। অদৃষ্টেঽপ্যশ্রুতেঽহ-প্যুচ্চৈঃ কৃষ্ণে কুর্য্যাদ্দ্রুতং রতিম্॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ২৬॥" নিপাগী মরমদা মুপীশিংগী ওইবা আকর্ষণ (চিংবা) মতাংদু নত্তে ব্রজললনাশিংগী আকর্ষণ অসীদি: মরমদি উখিবা-তাখিবা কনাগুম্বা মুপা অথোইবা অমগী রূপ-গুণচিংবনস্থ ব্রজসুন্দরীশিংগী চিত্তবু আকর্ষণ তৌবা ঙমদে অমসুং মদুগুম্বা মুপা কম্মামা উরুবা নত্রগা মাগী রূপগুণ-চিংবগী রা মাকোংনা তারগসু ব্রজসুন্দরীশিংগী চিত্তদা প্রেমদগী পোক্পা খোয়রাঙ-খৌরাংবদু কোক্পা ঙমদে; থোইদোক্লতুম মখোয়গী প্রেমগী শক্তি কয়ামুক লৈরম্বগে হায়ববু প্রেম অসীনা অমুক্তসু উদ্রিবা তাখিদ্রিবা-থঙখিদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণবু ফাওবা মখোয়গী চিত্তদা সাক্ষাৎ ওইনা ফোং চোংথোক্হনবা ঙম্মী (স্ফুর্ত্তি ফংহল্লী) অদুগা মতৌ অসুম্না স্ফুর্ত্তি-ফংলবা কৃষ্ণগী মায়কৈদা মখোয়গী প্রেম-গী ঈচেল অদু চেল্শল্লী।

ললনানিষ্ঠ প্রেমসীগী থোইদোকপা মতৌ অমনা অসীনী, মদুদি প্রেম-লৈবীসীগী প্রেম-দগী পোক্পা পুক্নীঙগী খোয়রাঙ-খৌরাংবদু কনাগীদমক্তা হায়বা মদামক্তা খঙদ্রবসু শ্রীকৃষ্ণ-সম্বন্ধি ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমনা ঈচম্ চম্বা সম্বন্ধ লৈরুবতদা—শ্রীকৃষ্ণগী বংশী-মখোন্ নাকোংনা তাবা, নত্রগা মাগী মিং নাকোংদা চঙলক্পা, নত্রগা মাগী চিত্রপট উরুবদদা—প্রেম অসীনা মরম্নাই ওইনা থম্মোইনুংদা ঈহৌদুনা লৈ। মরমদুনা শ্রীরাধানা মথক্তবু চৈজরদুনা মাগী চাম্নরবী সখীদা হায়রম্মী—"সখি, মুপা অমখক্তী কৃষ্ণ হায়বা মিংগী মযেক নাকোংদা হেক তাবদা ঐগী বুদ্ধি মাঙডী; অতোপ্পা মী অমগী বংশীধ্বনিনা ঐবু পুঙডাও ডাওহন্দুনা লৈ; চিত্রপট উরুবদদা মী অমগী অয়িঙবা নোংহৌমান্বা কান্তিদু পুক্নীঙদা য়েক্তুনা লৈরে। তোল্লিদা ঐহাক্লে। অমরোমদনা অতোপ্পা মুপাদা রতি লৈবা অদুগী মথক্তা মুপা অহুম্না ঐগী চিত্তবু আকর্ষণ তৌরে; মবমদুনা ঐহাক শিবনা ফবে। একস্য শ্রুতমেব লুম্পতি মতিং কৃষ্ণেতি নামাক্ষরম্। সান্দ্রোন্মাদ পরম্পরামপনয়ত্যন্যস্য বংশীকলঃ॥ এষ স্নিগ্ধঘনদ্যুতির্মনসি মে লগ্নঃ পটে বীক্ষণাৎ। কষ্টং ধিক্ পুরুষত্রয়ে রতিরভূন্মন্যে মৃতিং শ্রেয়সীম্॥ বিদগ্ধমাধব। ২/১৯ ॥" কৃষ্ণ হায়বা মিংসীনে, বংশীধ্বনিনে, চিত্রপটনে—অহুমস্মক্সি মী অমখক্তগীনী হায়বদু শ্রীরাধানা খঙলমদে; মরমদি মতমদু-ক্কাওবদসু মুপাদু মত্তাক্তা সাক্ষাৎ উরুদ্রিবনীনা, নত্রগা মুপাহুমগী মরমদা

মঙাক্কী মনাকোংনা, করিমতা ঙাখিদ্রিবনীনা। অদুগদি পোংলম অতোম-সীগী অমতং মহাক্কী ইন্দ্রিয়গা থেংনবদা—খুদক অতুমত্তদা, ইথীল্-থীল্দবমথৈ—মাগী ললনানিষ্ঠ প্রেম অতু মথন্তা ইগৌজরকয়ি। মাগী ললনানিষ্ঠ প্রেম মথন্তা পোক্চরক্য়ি হায়বসী "পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গ ভেল"—পদদা ফোঙদোক্লি। "না খোঁজলু দূতী না খোঁজলু আন। দুঁহু-কেরি মিলনে মধ্যত পাঁচবাণ।"—পয়ারসীদা পনখ্রিবা রাকমতুমক (তথ্য) অদু অমূক হেন্না শেংনা ফোঙদোক্লে। শ্রীরাধাগী প্রেমসী ললনানিষ্ঠ প্রেম্নী হায়দুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী মিলনগীদমক, মখোয় মশেল অমগা অমগা অনুরাগ তৌনহন্নবগীদমক, দূতী কনানতা চঙলমদে, কুজানচিংবগী মতৌগুম্না রূপ-দর্শন, নত্রগা রুক্মিনীখোয়দোনা গুণ-শ্রবণ্নচিংবসু চঙলমদে, প্রেমসীদি মথন্তা ইহৌজবনী। **নধ্যত পাঁচ বাণ**—পঞ্চবাণ্না মখোয়নীগী মিলনগী মধ্যস্থস্বরূপ ওইবনী। **পঞ্চবাণ**—কাম ; ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেমদি কাম হায়না কৌয়ি ; মরমদুনা মফমসীদা পাঁচবাণ হায়বা শব্দসীনা প্রেমবু হায়রিবনী। শ্রীরাধাগী থম্মোইদা মরম পূম্বদা ঙানপোইরিবা ললনানিষ্ঠ প্রেমদুনা, শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কা উনহন্নবগীদমক চপচনা শক্তিচেন্‌বা প্রেম ওইরিবনী ; প্রেম অসীনা মাগী অচিন্ত্যশক্তিগী মপান্না হেক পোক্পদগী শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনবগীদমক, হায়বদি পোক্পদগী শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণগী রা মনাকোংনা তাদ্রিদ্রিবগী শ্রীরাধাগী থম্মোই-লাইযুমদা শ্রীকৃষ্ণবু স্ফূর্ত্তি ওইহনখি। অতৈনা নুংশিবদগী শ্রীরাধানচিংবা ব্রজসুন্দরী-শিংনা নুংশিবনা থোইদোকপগী মরম অমা লৈ, মরমসী মখোয়গী প্রেমগী মছাগী ওইবা হায়বদি জাতিগী ওইবা থোইদোকপা মরম্নী : সমর্থা রতি স্বরূপ-ওইবা ধর্ম্মদি মতৌ অসীগুম্বনী।

ললনানিষ্ঠ প্রেমসীগী থোইদোকপা অমনা অসীনী মদুদি শ্রীকৃষ্ণ-সেবাগীদমক প্রেম অসীনা সম্বন্ধ লৈবা লৈতবা হায়বগী রা ঙাইদে। **কৃষ্ণেন্দ্রিয়-প্রীতি-ইচ্ছার**—সেবা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবা ইচ্ছাগী নমিংদি প্রেম কৌয়ি ; শ্রীরাধিকানচিংবীশিংগী মনুংদা প্রেম অসী ললনানিষ্ঠ প্রেমসী হায়দুনা প্রেম অসী পোক্হন্নবগীদমক রূপদর্শন নত্রগা গুণশ্রবণ ঙাইরিদবা নত্তে, মসী সেবাগীদমক্তু করিমতা ওইগদবা লোকেন্দ্রদাস-পিতা-মাতানচিংবদোনা সম্বন্ধ অমত্তা ঙাইদে, নত্রগা

মহিষীশিংগুম্না আর্য পথনচিংবব্তু ভাইদে—স্বকনানিষ্ঠ প্রেম চেন্‌বী শ্রীরাধিকানচিংবগীদি। ঈচেন্-য়াঙবী তুরেন্না য়েখায়-থিঙায় পুম্নমকপু নাম্থোক্তুনা সমুদ্র-মায়কৈ তম্বগুম্ থিংবা-য়াদবা শক্তি চেন্‌বা ললনানিষ্ঠ প্রেম হায়বসিনা লন্নাই ওইবা মীশিং আর্য্যপথনচিংবা পুম্নবু নাপীগুম্না থওই-দবমখে প্রেমগী সমুদ্র ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈ তম্না চেন্নী, মওং খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তোংনৈ। সম্বন্ধগী তুংইন্‌বা সেবাদি সম্বন্ধগী ভমখে নাম্থোকপা য়াদে; মরমতুনা সেবাতু অপন্ অরাক-নৈতবা হায়বতু নত্তে; অদুগা ললনানিষ্ঠ প্রেমগী সেবাদি অপন অরাক্-শুক্রে-লৈতবা জাংনী—শ্রীকৃষ্ণগীসু পেন্‌গদবা চঙগদবা অদুমক প্রেম অসিনা তৌবা ঙম্মী অদুগা তৌহনদা লে। পিতামাতাদাস-সখ-মহিষীনচিংবগী মতমদদি অহানবদা সম্বন্ধ, অদুগী তুংদা সম্বন্ধদুগী তৌফম থোকপা সেবাদমক তৌয়ি। মরমসিনা মখোয়গী কৃষ্ণরতিবু সম্বন্ধানুগা ( নৈনরিবা মরীগী তুংইন্‌বা ) রতি কৌয়ি; তৌইগুম্বসুং ললনানিষ্ঠ-প্রেম চেন্‌বী ব্রজসুন্দরীশিংগীদি হান্নবা প্রেম, অদুগী তুংদা সেবা-নী। মরমদুনা মখোয়গী রতিবু কামানুগা নত্তগা প্রেমানুগা কৌয়ি। সম্বন্ধানুগাদনা সম্বন্ধদুনা সেবা তৌবা পামহনবনী; কামানুগদনা প্রেমদুনা সেবা তৌবা পামহনবনী; কৃষ্ণকান্তা ওইবগীদমক্তা ব্রজসুন্দরী-শিংনা কৃষ্ণসেবা তৌবা নত্তে; কৃষ্ণসেবাগীদমক্তা মখোয়না কৃষ্ণকান্তা ওইথোক্পনী; সম্বন্ধ অতৈ লৌদদুনা কান্তা ওইবগী মরমদি—কান্তা-ভাব-সিদদি মখোয়না কৃষ্ণসেবাগী অপান্ অবাক-লৈতবা—ভমখৈদবা—সুযোগ ফংজে। রাফমদুমা লৈরমনু ফরে;"পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গে ভেল।" অদুগা "না খোজলুঁ দূতী, না খোজলুঁ আন। দুহুঁকেরি মিলনে মধ্যত পাঁচ বাণ।" হায়বা বাকানা উংলিবা থোইদোকপা রাদি মনাভদা লৈনখরে। হায়রিবা লৈনরোন্দা জাতিগত বৈশিষ্ট্যগী রা হায়গ্রে: তৌজিক প্রেমদুগী চাংদাগী ওইবা বৈশিষ্ট্যতু (মতৌতু) উংলি।

স্বল্প ( নীঙথিনা রাংপা ) ওইবা, সসীম ( ভমখৈনাইবা ) ওইবা পোৎকিদ হ্রাস ( চাংহন্থবা ) লৈ, বৃদ্ধি (চাং হেন্‌গৎপা ) লৈ, বৃদ্ধি লৈরবসু হেন্‌গৎহন্নাঙবা চাংতু য়োনা হেন্‌গৎপা য়াদে: মাগী ভমখৈতু-ফাওবা হেন্‌গৎপা য়াই, অদুগা ভমখৈতুবু লাম্থোকপা ভমদে।

ভূমা ওইবা পোৎ নত্রগা বিভু ওইবা পোৎকী রানা অতোপ্পনী; বিভু বস্তুদি পূর্ণ-নী ( মচেং মকায় অমত্তা হাওদবমখে মপূর্ণকোবনী ); পূর্ণবস্তুগী ধর্মদি অস্রুন তৌয়ি মতুদি নভোন্দগী লৌথোকপা অদুসু পূর্ণনী অদুগা

লৌথোক্লগা লেমহৌবসু পূর্ণ অহুম ওই। “পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে—শ্রুতি।” রাসী ঐখোয়দদি পাউখোঙঙম্না খন্‌বা য়াই, থাজবা য়াদবা রা ওইনা খন্‌বা য়াই ; মরমদি পূর্ণবস্তুগী মরমদা ঐখোয় করিমতা খঙবা য়াওদে ; ঐখোয়না হাম্নবা খঙদবা পোৎকী মরমদা, নত্রগা হাম্ননা খঙপ্রবা রানা যুক্তি তৌদুনসু করিমতা হায়ঙম্‌দবা পোৎকী মরমদা ঐখোয় কনাম-তনা খঙনীঙঙ্‌বা লৈতে। অদুম ওইনমক সত্য ওইবা পোৎতুদি মতম পুম্বদা সত্য ওইদুন লৈ।

বিভু বস্তুগী অঙকপা ধর্ম্ম অমসু লৈ। ঐখোয়গী সাধারণ বুদ্ধিদা বিভু—পূর্ণ ওইবা মাতুদি হেক্কৎলক্লবা মফম লৈতে—হায়বসিনী ; মরমতুনা মা অমুক হেক্কৎলক্লরোই ; অদুবু বিভুবস্তুগী অঙকপা ধর্ম্মদি অসিনী, মতুদি—মাগী স্বরূপ্তা পূর্ণ ওইরবসু—মরমতুনা বৃদ্ধি ওইরকপগী লম লৈত্রবসু—মসিমক ক্ষণ খুদিংদা হেক্কৎতুনদা লৈ। রাসী অমগা অমগা করুবা রানী ( পরস্পর-বিরুদ্ধ ধর্ম্ম উৎপা রানী ) ; অসীগুম্বা বিরুদ্ধধর্ম্মদি বিভুবস্তুদদা লৈগনী—অতোপ্পা পোৎ অমতদা বিরুদ্ধধর্ম্ম অনী লৈবা ঙমদে।

মরমসিনা বিরুদ্ধধর্ম্মসী লৈবা মফমদা বিভুবস্তু লৈ হায়বা খঙগদবনী।

“পহিলহি রাগ”—হায়বা গীতসিদা বিরুদ্ধধর্ম্ম লৈবগী পরিচয় ফংঙী—মরমতুনা মসী বিভুনী। গীতসীগী করম্বা পদদা বিরুদ্ধ-ধর্ম্ম লৈবগী পরিচয় ফংবগে? “অনুদিন বাড়ল—অবধি-না গেল”—হায়বা পদদা। **অনুদিন**—নোংমা নোংমগী : ক্ষণ খুদিংগী ; মতম পুম্বদা। **বাড়ল**—হেক্কৎলী। **অবধি**—ঙমখৈ, বৃদ্ধিগী অরোয়বা ঙমখৈ। শ্রীরাধাগী ললনা-নিষ্ঠ প্রেমতু শ্রীকৃষ্ণগী অহান্‌বা স্ফূর্ত্তিদা প্রেমতুগী বিষয়বু খঙখি, মতু মীৎকুপ খুদিংগী হেক্কৎতুনা লৈরম্লবসু হেক্কৎপগী লোইখম্বা নাইবমদে, ক্ষণ খুদিংগী হেক্কৎতুনা লৈরম্মী। মসিনা তাক্‌পদি শ্রীরাধাগী প্রেমতু বিভুনী হায়বা তাক্‌পনী। “রাধাপ্রেম বিভু, যার বাড়িতে নাহি ঠাঞি তথাপি সে ক্ষণে ক্ষণে বাড়য়ে সদাই /১/৪/১২৯।” মসিগী মরমদি—বিভুবস্তু শ্রীকৃষ্ণ মছামক্লা হায়খি—“আমি যৈছে পরস্পর বিরুদ্ধ-ধর্ম্মাশ্রয়। রাধাপ্রেম তৈছে সদা বিরুদ্ধধর্ম্মময় ॥ ১/৪/ ২৮ ॥” রাধাপ্রেম্না বিভু ওইবনীনা—মরমতুনা পরিমাণ-দসু (চাংদসু) পুম্নমক্কগী য়াম্না হেল্লী হায়বসী “অনুদিন বাড়ল”-নচিংবা বাকানা তাকুম্রি। মসিমক প্রেমসিগী পরিমাণগত (চাংদাগী ওইবা) বৈশিষ্ট্যগী থোইদোক্‌পা মতৌনী।

হৌজিকসুক "না সো রমণ"-নচিংবা পদনা মথক্তা পল্লিবা প্রেমসিগী পরিপাকগত ( পোলোই ওইরকপা ফলগী ) বৈশিষ্ট্য (থোইদোকপা মতৌ) অতুগী রা হায়রী। তুহুঁ মন—অনীগী পুক্নীঙবু। মনোভব—কাম। "প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যাগমৎ প্রথাম্"—হায়বা প্রমাণসি লৈবনা ব্রজগোপীশিংগী প্রেমদু কাম শব্দনা কোঙদোকয়ি হায়দুনা মফমসিদা মনোভব-শব্দনা ব্রজগোপীশিংগী প্রেমদুমকপু খঙহল্লিবনী। নত্রগা, মনোভব—পুক্নীঙদা পোকপা, বাসনা ( অপাম্বা ); কৃষ্ণগী নুংঙাইবা হায়বদুমতগীদমক্তা তৌবা সেবানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতি ( অপেন্‌বা ) ওইহল্ল-বগীদমক ব্রজগোপীশিংগী অমতা ঙায়বা বাসনা-নী; মখোয়গী মন অদুদা মীংকৃপ অমগী ফাওবা অতোপ্পা বাসনা লৈবা য়াদে; মরম অদুনা ব্রজসুন্দরীশিংগী মনোভব হায়রগা মখোয়গী অদুগুম্বা বাসনাদুবু খঙহল্লী; অদুবু কৃষ্ণগী নুংঙাইগদবা হায়বদুমতগীদমক্তা তৌবা সেবামা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হন্নবগী ইচ্ছাগী মমিং প্রেম কৌয়ি, মরমদুনা মনোভব—শব্দনা মফম-সিদা প্রেমদুতবু তাক্‌পনী। পেষল—তক্‌থায়রে, চন্দনগা কর্পূরগা পুল্লপ তক্‌থায়রগা তোংশল্লবদি পোং অনীদুগী তোঙাস্তাবা ফিভম মাঙখি, মখোয়নী তিন্নরগা অয়িঙবা মনম্-নুংশিবা পোং অমা ওইবগুম শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মন অনীদুসু প্রেমগী মপাঙ্গল্না তিন্নখিদুনা অমতা ওইখি। শ্রীরাধানা ওইখি শ্রীকৃষ্ণগী রমণী—মাগী চিত্তদা রমণী ওইবীগী ভাব লৈবদি হৌনশানী। শ্রীকৃষ্ণনা ওইখি শ্রীরাধাগী রমণ—মাগী চিত্তদসু বমণ ওইবগী ভাব লৈবদি হৌনশানী। অদুনু প্রেম্না মনম্ ফাখিবনা মখোয়-নীগী তোঙান্ তোঙান্‌বা ভাব অদু তিন্নখিদুনা অমতা ওইখি। মসিনী প্রণয়গী ( নুংশিবগী ) পোলোই হায়বদো। প্রণয় ওইরবদা মছাগী প্রাণ (থৱাই), মন ( পুক্নীঙ, বুদ্ধি ( লৌশিং ) দেহ (হকচাঙ) অমসুং পরিচ্ছদ ( ফিজেং-লৈতেং )-নচিংবগা কান্তগী প্রাণ, মন, বুদ্ধি দেহে অমসুং পরিচ্ছদগা অমতা ( ঐক্য ) ওই হায়না খল্লী। প্রণয়না অদুক্কী মতীক ণঙ-খংল্লকপগা লোয়নন ঐক্যভাবসিস্তু অদুক্কী মতীক্ ণঙখংলকয়ি, প্রেম-পরিপাক অদুনা হেন্না হেন্না ণঙশল্লকপগা লোয়নন ঐক্যভাবকী নঙশন্‌বসু তেঙ্গংলী; অস্যুম্না সুম তেঙ্গংলকপদুনা মমৈদদি অসিগুম্বা ফিভম অমা লাক্‌য়ি মতাঙহৃদা কান্তা-কান্তগী চিত্তদা খেন্নবা করিমতা উবা ফংদে—মতমদুদা মখোয়গী চিত্তগী খেন্নবদু পুম্নাঙ মাঙখি। মরমদুনা মতমদুদা কান্তগী চিত্তগী রমণী ওইবগী ভাব অমসুং কান্তগী চিত্তগী রমণ ওইবগী

ভাব অমীগী তিন্নখিতুনা অমত্তা ওইবকখি—মতমতুদা চিত্ত অনীতুগী খেন্নবা হায়বদো করিমতা উনখিদে। অবস্থাসিবু নিধুর্ত-ভেদভ্রমগী ( মপুঙফানা মাঙথ্রবা–খেন্নবগী হায়বদি খেন্নবা লৈ হায়বা কাউবগী ) অবস্থা কৌয়ি; হায়বদি অবস্থাসিদদি খেন্নবা লৈ হাযবা খঙবদি লায়রতুনা ভেদভ্রম (খেন্নবা লৈ হায়বতু কাউবগী রা-ফাওবা লৈরক্তে, হায়বদি কাউদুনফাওবা খেন্নবগী রা থোরক্তে। প্রেমগী পোলোইদি মহাভাব-নী। হায়রিবা অতুগুম্বা মহাভাবকী লক্ষণ-দি অসিগুম্বা অবস্থা ওই। "না সো রমণ—"নচিংবা পদনা অসিগুম্বা লক্ষণ তাক্লিবনি। পদসিগী প্রমাণ ওইনা মতুঙদা "শ্রীরাধায়া ভবতশ্চ চিত্তজতুনী—নচিংবা শ্লোক অমা পীরম্বতুদগীসু রাক্ষমসিগী প্রমাণ ওইরবনী। শ্রীউজ্জ্বলনীলমণিদা লক্ষণ উৎপদা শ্লোক অমী লৌথৎতুনা হাপ্লম্মী। শ্লোকসিদা হায়বি—মৈদা শৌদোকপা চাতুম অনীনা তিন্নরগা অমত্তা ওইবগুম্ন। প্রেমপবিপাক ওইবগী মপান্না শ্রীরাধাগী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্ত অনীতু শৌদোক্রতুনা তিন্নরগা অমত্তা ওইখি। মৈশাদগী চা শৌদোকয়ি; মৈশাতু খরদমক শারবদি খরদমক শৌদোকয়ি; খরদমক শৌদোক্রবসু চাতুম অনীমকপু খক্তিক্তং চপ্‌শন্নববদি মছা-মচাদা নপ্-শন্দুনা মখোয় অনীনা মতুম অমতমক ওই। মতৌস্নুন্না অমতমক ওইরবসু মখোয়না তোঙান্না লৈনরম্বা ফিভমতু অতুম খঙবা ঙম্মী। অদুবু চাতুম অনীতুবু ( নত্রগা শন্নতুনা অমত্তা ওইরবা চাতুমতুবু ) পাত্র অমদা লোল্লগা মৈ কন্না থারবদি মৈশা তেঙ্গংলকপগা লোয়ননা মঠা ওইনা লাঙথোক্লক্কনী অতুগা পাত্র অমীগী ঙ্কীং তিন্নবগুম্না চাতুম অনীতুগী তোঙানবা মশক খঙবা ঙম্মরোই। মৈশানা চাতুম শৌদোকহনবগুম্না পেমসু চিত্তবু শৌদোকহল্লী। প্রেম-না অতুকী মতীক নঙশল্লকপগা লোয়ননা চিত্তবু পেংহল্হসু হেঙ্গৎহল্লী; মমৈদা প্রেমগী নঙশনবতুনা থম থেংলবা মতমদা প্রেমনা মহাভাব-কী থাক্তা থোকবা মতমদা প্রেমসিগী প্রভাব না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চিত্তসু শৌদোকুনা তিনখিবদগী অমত্তা ওইরকপনা মখোয়নীতু তোঙান্নবনী হায়বা খল্লক্তে। ফিভমসিদা কনানা রমণ কনানা রমণীনো হায়বতু শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মপুক্কীডদা খনবা ঙমদে। মতমতুদা মখোয়গী চিত্তগী অবস্থাদি নিধুর্তভেদভ্রম ওইবা অবস্থাসিগী রা হায়বদি প্রেমসিগী মহাভাব ওইবতুগী রা তাকয়ি।

মহাভাবকীসু তোঙান-তোঙানবা স্তর ( মরোল ) লৈ -মাদনাখ্যা

( মদন কৌবা ) মহাভাব অদুনা রাংলেন-স্বাংবা স্তর-নী, প্রেমগী নওলেন্-নওবা ফিবম মাদনসিদা প্রণয়গী থমথেংবা মতাঙনী—মরমদুনা নির্ধূত-ভেদ-ভ্রম ওইবগীস্ সু থমথেংবা মতাঙনী ; "দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি"—হায়রবা পদসিগী "পেষল" শব্দগী তাৎপর্য্যনা নির্ধূত-ভেদ-ভ্রমগী থমথেংবা পরিণতি ( ময়ো ) তাক্য়ি, মরমদুনা শ্রীরাধা প্রেমগীস্ সু থমথেংবা ওইবা মাদনাখ্য-মহাভাবত্তমক তাক্য়ি ।

অদুবু কনাগুম্বনা হংলক্পা য়াই মদুদি—নৈনরিবা গীত অসিদা মাদনাখ্য মহাভাবত্তমক তাক্লে হায়ররোইদি "অব সোই বিরাগ"-নচিংবা পদদা বিরহগী (কায়নবগী) পরিচয় ফংলিবসী করিগীনো ? মাদনদদি বিরহ ওইবা য়াদে । "মাদনে বিরহাভাবাৎ । উঃ নী, স্থা ১৫৫-শ্লোকতুগী আনন্দচন্দ্রিকা টীকা ।"

রাহংসিগী পাউখুমদা অনী হায়বা য়াই মদুদি—"অব সোই বিরাগ-নচিংবা পদনা বিরহগী পরিচয় পীরি হায়বা চুম্মী ; অদুবু হায়রিবা বিরহসিদি সাধারণ নত্তে ; মসিদি মাদনমক্কী বৈচিত্র্যী ( শক-৩২ ) থোইদোক্পা অমনী ।

মাদন "সর্ব্বভাবোদগমোল্লাসী"—হায়বদি মাদন অসিনা ভাব পুম্নমক থোক্হন্দুনা মকা-লাম্হল্লী ; মাদনদি সম্ভোগময-নী (উন-তিন্নবগী মশক্কী) : সম্ভোগ-কী হুংভ্রাইবা মতৌ পোকহল্লী (ময়াই কাহল্লী) হায়বগীদমক মাবু মাদন কৌরিবনী । মসিদা কোনবা-চুম্বনচিংবা শীঙনাইদবা লীলাগী সাক্ষাৎ অনুভূতিদু মতম অমতদা থোকয়ি— স্ফূর্ত্তিনস্ত ( আবির্ভাব-নস্ত ) নত্তে—কায়ব্যূহনস্ত নত্তে— স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমক্না সাক্ষাৎ লৈরগা চুম্বা-কোন্নচিংবা তৌবগা শ্রীরাধানা অনুভব তৌবা আনন্দদো ( হুংভ্রাইবদো ) মাদনগী মতাঙ হেক য়োরকপদা মহাক মতমপুম্বদা অদুম অনুভব তৌদুনা লৈ । অদুম ওইনমক মাদনগী অচৌকপা ধর্ম্ম অমা লৈ মধুদি—মাদন হায়বসিনা লাক্লবদা চুম্বা-কোন্বনচিংবা সম্ভোগ-কী হুংভ্রাইবিদৈ মনুঙদস্ত বিরহ ভাবস্ত অনুভব তৌয়ি—লোয়ন লোয়ননা মতম অমতদা । "যদা তু মাদনখ্যঃ স্থায়ী স্বয়মুদয়তে তৎক্ষণ এব চুম্বনালিঙ্গনাদি-সম্ভোগানুভবমধ্য এব বিবিধঃ বিয়োগানুভব ইত্যেকস্মিন্নেব প্রকাশে প্রকাশদ্বয়ধর্ম্মানুভবঃ স চ বিলক্ষণরূপ এবেতি । উঃ নীঃ ১৬০-শ্লোক অদুগী আনন্দচন্দ্র টীকা ।" অথুম্বগা অশীনবগবু মহাও তংবদা মতম অমতদা অথুম্বগীস্ সু অশীনবগীস্ সু মহাও

কাওয়ি ; মতুদা অশীনবনা অথুম্বদগী বৈচিত্রী ( মওং ) অমা থোক্হল্লী ; মতৌ অদুগুম্না মাদন-দা সম্ভোগ তৌবগী মুংঙাইবা ফংবগা লোয়ন-লোয়ননা বিরহগী (কায়নবগী)অনুভবতনা সম্ভোগ-কী মুংঙইবদুগী বৈচিত্রী অমা থোক্হল্লী অদুগা মতুগীদমক্তা মাদন দা ফংবা সম্ভোগকী মুংঙাইবগা লোয়ন-লোয়ননা বিরহস্সু অনুভব তৌহম্‌বা ওইবা ভাই। অসুম্না মাদনগী হৌনশা ওইবা ধর্ম্মনা শীঙনাইদবা সম্ভোগকী মুংঙাইবা ফংবগা লোয়ন-লোয়ননা বিরহগী অনুভবসু অদুম লাক্পদা শ্রীরাধানা "অব, সোই বিরাগ -নচিংবা হায়খি। মরমদুনা "অব সোই"-পদনা তাক্লিবা বিরহসী মাদনগী বৈচিত্রী থোইদোকপা অমনী। গীত অমগী মছামক্তদা "না সো রমণ না হাম রমণী"-নচিংবা পদগা লোয়ননা "অব সোই বিরাগ"-নচিংবা পদ য়াওশনবা মরম্না সম্ভোগকী খমথেংবগা লোয়ননা বিরহগী যৌগপত্যগী (মতম অমতদা ওইমিন্নবগী) ভাব তাক্পনী অমসুং গীত অসী মাদন-কৌবা মহাভাবকীনী হায়বা তাক্পনী হায়বদু তাক্যি ; মরমদি মাদন নত্তবা অতৈ ভাব অমতগী মতমদা সম্ভোগকা বিরহগা পুল্লপ উদে। মাদন-কৌবা মহাভাব অসী শ্রীরাধা মথন্তদা নত্তনা অতৈ কনামদা লৈতে। গীতসিদা শ্রীরাধাগী প্রেমগী জাতিগত ( জাৎকী হৌনবী ), প্রকৃতিগত ( নাওংগী হৌনবা), পরিমাণগত (চাংদাগী হৌনবা) অমসুং পরিপক্কতাগত (মযূন-ফাবগী) খ্বাইগা মান্নদবা বৈশিষ্ট্য ( থোইদোক্পা মতৌ ) অদুগী রা ফোঙদোক্যি।

গীতসিদা প্রেমগী খমথেংবা পরিপক্কতাগী রা অদুগা রাধাপ্রেমগী খ্বাইগা-মান্নদবা, অঙকপা অমসুং হায়বা থোক্তবা বিশেষত্বগী ( থোই-দোকপা মতৌগী ) রা— মতম অমতদা ফোঙলক্পা শীঙনাইদবা মখলগী সম্ভোগ-আনন্দ অমসুং বিরহবু সাক্ষাৎ অনুভূতি তৌবগী রা—হায়রি ; মদু নাকোংনা তাবদা "প্রেমে প্রভু স্বহস্তে তার মুখ আচ্ছাদিল—প্রেম পোক্লুনা প্রভুনা মখুৎমক্তা মাগী ( রায় রামানন্দগী ) চীন্দু মেন্‌শনখি। ১/৮/১৯২ ॥" প্রেমগী আবেগ ( ঈহৌ ) নেমৎপগা প্রভুনা হায়রম্মী— "সাধ্যবস্তু অবধি এই। তোমার প্রসাদে ইহা জানিল নিশ্চয়॥২/৮/২০০॥" হৌজিক্তদা প্রভু পেন্‌খি ; সাধ্যগী মরমদা রা অমুক হংথখিরমদরে।

২/৮/৭৯-৯৫ পয়ারদা সাধারণ ওইনা কান্তাপ্রেম্না পূঙহেল্-হেল্লী হায়বদু উংলগা ২/৮/৯৮-১১৬-পয়ারদা শ্রীরাধাগী প্রেম্না কৃষ্ণকান্তা অতৈগী প্রেমদগী হেল্লী অমসুং "পহিলহি রাগ-নচিংবা

গীত অতুদা শ্রীরাধাগী প্রেমনা পূমহেল্ হেল্লী হায়বগী মহেন্দুগী মওং—রাধাপ্রেমনা অঙকপা ওইবা অতুগা হায়দোকপদা থোক্কবা ওইরিবা মতৌ, মতুদা সম্ভোগলীলা মপূমতুগী অমস্তুং বিরহগী অনুভব মতম অমতদা ওইবগী ভাব উৎলগা—রাধাপ্রেমদি সর্ব্বাতিশয় ( পূম্নমক্কী ওইনা খমথেংনা য়াম্বা )-নী, অমস্তুং সাধ্য-মকোক্কী হায়বতু প্রমাণ তৌরে। "পহিলহি রাগ"-নচিংবা গীত অসিদা পল্লিবা প্রেমগী বিলাস নত্রগা বৈচিত্রীতুমক প্রেমগী মমুন্-ফারবা হায়বদি মপুঙফারবা বৈচিত্রী ( নত্রগা বিলাস )-নী হায়না হায়রিবা ঈশৈসে "প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগীনী" হায়বা তাক্লে ( বিবর্ত্ত—মমূন-ফাবা ফীভম )।

গীত অসি নাকোংনা তারগা প্রভুনা রায় রামানন্দগী চীন্ থুংনা মেল্লম্লিবা করিগীনো হায়না কনাগুম্বনা হংবা য়াই।

মসিগী মরমদি অসী ওইরম্বা য়াই। মাদন-দদি নিত্যমিলন অতং--অথম-নাইদবা সম্ভোগ তৌয়ি। রসরাজ শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং মহাভাবস্বরূপিনী শ্রীরাধা--অনীসী তিন্দুনা ওইখিবা স্বরূপ-তি শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরনী—রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা হৃদিদা শ্রীরাধাগী মাদনাখ্য মহাভাব অতুগা পান্দা শ্রীরাধাগী অঙ্গ কান্তি লৌতুনা তুং-পান্ অনীমক্তা মখোয়নীগী মিলন প্রতিমূর্ত্তি ওইতুনা— তদ্দৃয়ক্টেকামাপ্তুম্ (অনীনা অমা ওইবা হায়বতু) ওইতুনা—গৌর ওইনা প্রকট ওইখিবনী। শ্রীরাধাগী মাদনাখ্য-মহাভাব অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তগা অমত্তা ওইথোবখিরম্মী অতুগা পান্লোমদস্থ শ্রীরাধানা মছাগী অঙ্গ খুদিঙনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গখুদিঙবু কোন্দুনা শ্রীশ্রীশ্যামসুন্দরবু গৌর ওইহনখি ( অঙৌবাকুচ্ ফংহনখি )। মরমতুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দর—তুং-পান্ অনীমক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্যমিলনগী—নিত্যসম্ভোগকী— প্রকট বিগ্রহ-নী (মূর্ত্তিনী); মরমতুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরস্থ মাদন-কৌবা মহাভাবকী প্রকট বিগ্রহনী; গম্ভীরালীলাদা প্রভুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণবিরহগী মৈচাক কন্না চাক্পাগীঙ্গিহুন্ তুন্খিবতুগী বিরহতুম্ মাদনমক্কী বৈচিত্রীবিশেষনী।

প্রভুনা মতমপুম্বদা মশাবু লোৎনীঙবনী; কনাগুম্বা মীনা কৈনো অমা তৌতুনা মহাক্কী স্বরূপ খঙবা ঙম্লতুনা মতু ফোঙদোক্কবা হোৎনরবস্তু প্রভুনা মওং মওং তৌতুনা মীতুবু শুম্হৎতৌবগী হোৎনৈ। মাদন-কৌবা মহাভাব কী প্রকট বিগ্রহ ওইতুনস্থ মহাক্না মছাবু লোৎকদৌবগী তৌতুনত্তা লৈবনা রায় রামানন্দগী চীন্দা মাদনাখ্যভাবকী স্বরূপ-তাক্পা

ঈশৈ মনাকোঙনা তারগা মছামক্কী অথুপ্পা রাফমতু খঙখিদরা—হায়বদি মাগী মছক ফোংদোক্খিগদরা হায়না চিংনবদগী প্রভুনা রামানন্দগী চীন্দু মখুৎমক্লা মেন্‌খিবনী ; চীন্‌মেন্‌বগী তাৎপর্য্যাদি অসিনী মতুদি—রামানন্দ রায়না অতৈ মখা তাথরক্কনবগীদমক্কী ; মখা খরা তাথরক্লবদি প্রভুগী স্বরূপকী রা ফোংদোবক্পা য়াই হায়বগী ওইবা য়াই। রামানন্দগী চীন্ মেল্লগা মতু থীঙল্লম্বনী।

মূল ১৯৮

রাধায়া ভবতশ্চ চিত্তজতুনী স্বেদৈর্বিলাপ্যক্রমাদ্
যুঞ্জন্নদ্রিনিকুঞ্জকুঞ্জরপতে নির্ধূতভেদভ্রমম্।
চিত্রায় স্বয়মন্বরঞ্জয়দিহ ব্রহ্মাণ্ডহর্ম্ম্যোদরে
ভূয়োভির্নবরাগহিঙ্গুলভরৈঃ শৃঙ্গারকারুকৃতী ॥ ১৯৯ ॥

শব্দার্থ

রাধায়াঃ—রাধাগী ; ভবতঃ চ—মহাক্কীগা (শ্রীকৃষ্ণগীগা) ; চিত্তজতুনী চিত্তগী মশক ওইবা চাতুম ; স্বেদৈঃ—তুমাংনা (স্বেদ কৌবা সাত্ত্বিক ভাবকী মশক ওইবা মৈশানা), বিলাপ্য—শোদোকহন্দুনা ; ক্রমাৎ—অস্সুম অস্সুম ; যুঞ্জন্—তিন্‌শিন্নহুনা ; অদ্রিনিকুঞ্জকুঞ্জরপতে—হে গোবর্দ্ধননিকুঞ্জদা নীঙ-তম্না শান্নবা শামুশিংগী মপু ; নির্ধূত—মপুঙফানা লাপ্‌হনখ্রবা ; ভেদভ্রমম্—খেন্নবু শেরান্ননা লৌবা ; চিত্রয়া—লাই ওইনা য়েক্লনবা ; স্বয়ম্—মছামক্লা ; অন্বরঞ্জয়ৎ—মচু থাহুনা য়েক্‌খি ; ইহ—ব্রহ্মাণ্ডনিদা ; ব্রহ্মাণ্ড-হর্ম্ম্য-উদরে—ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা য়ুমসিদা ; ভূয়োভিঃ—য়াম্না য়াম্না ; নবরাগহিঙ্গুলভরৈঃ নবরাগগী মশক ওইবা সিন্দূরনা ; শৃঙ্গারকারুঃ—তুংশিনবগী খুৎনাইবা ( শৃঙ্গার- শিল্পী ) ; কৃতী অহৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে গোবর্দ্ধন গিরিগী নিকুঞ্জদা শামুশিংগী মপুংঙো ; শ্রীরাধিকাগী অমসুং নহাক্কী চিত্তগী মশক ওইবা চাতুম্বু স্বেদ ( তুমাং ) কৌবা সাত্ত্বিক-ভাবকী মশক ওইবা মৈশানা অস্সুম অস্সুম শোদোকহল্লগা খেন্নে হায়না শেরান্ননা লৌববু তাক্তোকখিহুনা ( নখোয়নীগী চিত্তনু ) অমতা ওইহন্দুনা

হৈশিংবা শৃঙ্গার-শিল্পীনা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক-ওইবা অট্টালিকাগী মমুংদা অয়েকপা ওইনা লৈহন্নবগীদমক য়াম্না-য়াম্নবা নবরাগগী মশক-ওইবা হিঙ্গুলরংনা মহাক্কী মচু শঙবিখি।

## নৈনবলোল

শ্লোকসী উজ্জ্বল-নীলমণিদা ( ১৪/১৫৫ ) স্থায়িভাব নৈনবদা য়াওবনী।

গোবর্দ্ধনগিরিগী কুঞ্জ অমদা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা অনীনা অমনা অমগী মাধুর্য্যগা মহাও তংনরিঙৈদা মখোয়নীগী দেহবু উদ্দীপ্ত সাত্বিক ভাব হায়বদুনা লৈতেংলম্মী ; মখোয়নীগী মহাভাব-মাধুরীদুগী বৃন্দাদেবীনা হায়খিবা রাদু নৈনরিবা শ্লোকসিনা ফোঙদোক্লি।

**অদ্রিনিকুঞ্জ-কুঞ্জরপতে**—অদ্রিগী অর্থদি চীঙ হায়বনী ; মফম-সীদনা গোবর্দ্ধন চীঙবু হায়রিবনী। গোবর্দ্ধন-গিরিদা লৈবা নিকুঞ্জদা কুঞ্জর-পতিগা (শামু-লুচিংবগা) মান্নবা—অদ্রিনিকুঞ্জরপতি, সম্বোধনদা (কৌবদা) কুঞ্জরপতে। ময়াই-কাবা শামু নিংথৌনা শামু-অমোমগা লোয়ননা নীঙতম্না বিহার তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণসু প্রেমগী ময়াই কারদুনা শ্রীরাধাগা লোয়ননা গোবর্দ্ধনদা লৈবা নিকুঞ্জদা শান্নরম্মী ; মসীনী অদ্রিনিকুঞ্জকুঞ্জরপতি শব্দনা খঙহন্বা পোত্তি। অসুম্না বৃন্দাদেবীনা শ্রীকৃষ্ণবু সম্বোধন তৌরম্বনী।

প্রেম পরিপাক ওইরবদা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা অনী-মশেল খেন্নবা খঙলম্বদু মাঙখি, শৃঙ্গার-রসনা মখোয়নীগী চিত্তবু তক্থায়দুনা অমতমক ওইহনখি হায়বদু শ্লোকসিদা উংলী। **দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি** হায়বা পয়ারসিদা হায়রিবা রাদুগী প্রমাণী শ্লোক অসী। মসী মহাভাব-কী লক্ষণ অমনী।

মূল ২০০

প্রভু কহে—সাধ্যবস্তুর অবধি এই হয়।
তোমার প্রসাদে ইহা জানিল নিশ্চয়॥ ২০০ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; সাধ্যবস্তুর—(মীওইবা জীবনা) তানগ-দবা পোৎকী ; অবধি—খমথেংবা মতাঙ ; এই- মসীনা ; হয়—ওই ;

তোমার প্রসাদে—নঙনা চান্‌বিবনা ; ইহা—মসী ; জানিল—খঙঙে ; নিশ্চয়—লেপ্পমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধ্যবস্তুগী খম্‌থেংবা মতাঙতু অসীনী । মসী লেপ্পমক খঙলিবসী নঙনা ঐবু চান্‌বিবদগীনী ।

**তৈনবয়োল**

**সাধ্যবস্তুর অবধি**—মীওইপোক্না তানগদবা ( সাধ্য ) পোংকী খম্‌থেংবা ওমখে । **এই হয়**—নঙনা হায়রিবা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তসিমক সাধ্যবস্তুগী খম্‌থেংবা সীমানী, মসীদগী হেন্‌বা অতৈ পোং অমা লৈত্রে মীওইবনা মিহৌনঙাই ওইবা ।

প্রেমবিলাসবিবর্ত্তদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম্না ওইফম থোক্‌পগী অয়োবী ওমখৈগী রা ফোঙদোক্লি । অতুদগী হেন্না অমূক শ্রীরাধাপ্রেমগী অয়োবী মহিমাগী রাস্তু হায়রি । মহিমাসিগী প্রভাব না মখোয়নীগী ভেদজ্ঞান ( কনানা কনানো হায়বতু ) মাঙখি । অতুগা মখোয়নীগী পরৈকা ( য়োনা তিন্নদুনা অমত্তা ওইবা ) হায়বতু পাঙথোক্‌পা ওম্মী । মহিমাদুগী রাতুনা রাধাপ্রেমগী রাহৈনা লাম্বা ফংদবা অঙকপা মহিমাতু প্রভুনা ফোঙদোক-হন্নীওবতু থুংহনখি ; মরমদুনা মসীগী মরমদা প্রভুগী হংনঙাই অতৈ অমা লৈত্রে । অমূক, প্রেমবিলাসবিবর্ত্তদা সেবা তৌনীওবগী অয়োবী মতাঙ ফোঙদোকয়ি ; মরমদুনা সেবা-তৌনীওবগী মতাঙদা অাধার হাইদবগী রা খল্লগস্তু প্রেমবিলাসবিবর্ত্তদা সাধ্যবস্তুগী অবধি য়োবা ওম্মী । মরমদুনা প্রভুনা হায়রম্বনি—সাধ্যবস্তুগী অবধি-দি অসিমক্নী ।

**তোমার প্রসাদে**—নঙগী (বামরায়না) চান্‌বিবনা । ভক্ত ভাব থা প্রভুনা দৈন্য উৎপগী রানী মসী ।

**মূল ২০১**

সাধ্যবস্তু সাধন বিনু কেহ নাহি পায় ।

কৃপা করি কহ ইহা পাবার উপায় ॥ ২০১ ॥

## শব্দার্থ

সাধ্যবস্তু—মীওইবনা পুন্সীদা তানগদবা পোৎ ; সাধন—পাম্বৈ, হোৎনবগী মওং ; বিনু—নত্তনা ; কেহ—কনামত্তনা ; নাহি পায়—ফংদে ; কৃপা করি—চানবিদুনা ; কহ—হায়রু ; ইহা—মসী ( সাধ্যবস্তু ) ; পাবার—ফংননবগী ; উপায়—পাম্বৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধন নত্তনা সাধ্যবস্তুদো কনামত্তনা ফংদে । মহু ফংননবা পাম্বৈদু চানবিদুনা তাকপীয়ু ।

## নৈনরোল

মতাংঙসীদা থম্নগদোবা রা অমা লৈ মতুদি—**না সো রমণ না হাম রমণী**-নচিংবা বাক্যদা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী রা হায়রি. মসীদি সাধন তৌরগা ফংগদবা নত্তে : মসীদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী-শক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবী মহাভাব-স্বরূপিণী শ্রীরাধাগী মরন্নাই ওইবা পোৎনী । শ্রীরাধানা তৌবা সেবাস্মু স্বাতন্ত্রময়ী-নী (মথন্তুগীনা) ; স্বাতন্ত্রময়ী সেবাদা নিত্যদাস ওইবা জীবগী স্বরূপগাত (মচামক্কী ওইবা) অধিকারগ্নু লৈতে ; জীবগী অধিকারদি আনুগত্যময়ী (তুইনরী ওইদুনা তৌবা) সেবাদনী । ব্রজসুন্দরীশিংগী আনুগত্য তৌবগা হায়রিবা প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী মশক-ওইবা লীলাদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগা সেবাত্মক জীবগী সাধ্যবস্তু ওইবা য়াই অমম্মুং সাধ্যবস্তুসী ফংবা য়ানবগী সাধনগী রা তুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা নৈনরিবা-পয়ারসিদা হংলিবদি ।

মূল ২০২

রায় কহে যে কহাও সেই কহি বাণী ।

কি কহিয়ে ভাল-মন্দ কিছুই না জানি ॥ ২০২ ॥

## শব্দার্থ

রায় রামানন্দ রায়না ; কহে—হায় ; যে—মহু ; কহাও তাগহনবা ; সেই—মতুমক ; কহি—(ঐনা) হায় ; বাণী—রা ; কি করি ; কহিয়ে—ঐনা ঙাঙলিবনো ; ভাল মন্দ—অফ ফত্তা ; কিছুই—কবিমত্তা ; না জানি খঙদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—প্রভুনা হায়হনবা রাতুদমক ননাই ঐনা হায়জবনী। করি হায়রিবনো হায়বতুগী অক-ফত্ত ঐদি করিমতা খঙদে।

মূল ২০৩

ত্রিভুবনমধ্যে ঐছে আছে কোন ধীর।

যে তোমার মায়া-নাটে হইবেক স্থির॥ ২০৩॥

শব্দার্থ

ত্রিভুবনমধ্যে—(স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল) মরোল অহুমসিগী মনূঙদা: ঐছে—অতুগুম্বা; আছে—লৈ; কোন—কনা; ধীর—পূক্-তপ্পা; যে—মহাক; তোমার—নঙগী; মায়া-নাটে—শক্তিগী লীলাদা; হইবেক—ওইগনী; স্থির—লেঙদবা (পাখত্তবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বর্গমর্ত্ত্যপাতাল মরোল অহুমগী মনূঙদা নঙগী (শ্রীচৈতন্যগী) মায়া-নাটদা পাখৎলোইদবা পূক্-তপ্পা মী অতুগুম্বা কনা লৈবগে?

মূল ২০৪

মোর মুখে বক্তা তুমি তুমি হও শ্রোতা।

অত্যন্ত রহস্য শুন সাধনের কথা॥ ২০৪॥

শব্দার্থ

মোর—ঐগী; মুখে—চীন্দা; বক্তা—রাঙাঙবা; তুমি—নঙনী; তুমি—নঙনা; হও—ওই; শ্রোতা—নাকোঙনা তাবা মহাক; অত্যন্ত—য়াম্না য়োৌবা; রহস্য—অথুপ্পা; শুন—নাকোংনা তাও; সাধনের কথা—সাধনগী রা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী চীন্দা নহাক্না বক্তানী অতুগা শ্রোতাসু নহাক্নী। অহুমকপু, য়াম্না য়ৌনা অথুপ্পা রা ওইবিবা সাধনগী রা নাকোঙনা তাবিয়ু।

## মূল ১০৫

রাধাকৃষ্ণের লীলা এই অতি গূঢ়তর ।
দাস্য-বাৎসল্যাদি-ভাবে না হয় গোচর ॥ ১০৫ ॥

## শব্দার্থ

রাধাকৃষ্ণের লীলা—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা ; এই—অসী ; অতি—য়াম্না ; গূঢ়তর—থুপ্পেন-থুপ্পনী ; দাস্য—নাই ওইবা ; বাৎসল্য আদি—মচা ওইবনচিংবা ; ভাবের—ভাবকী ; না হয়—ওইদে ; গোচর—উবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাসিদি য়াম্না থুপ্পনী , দাস্য-বাৎসল্য-নচিংবা ভাব-শিংনা উবা ঙম্বা পোং নত্তে ।

## নৈনরোল

**অতি গূঢ়তর**—থুপ্পেন-থুপ্পা । শাস্ত্রিনা হায়—প্রণবপু খঙবা মীওইনা মীদি মানা নীঙবতু থুংঙী । "এতদ্ধ্যেবাক্ষরং জ্ঞাত্বা যো যদিচ্ছতি তস্য তৎ ॥ কঠ /১/২/১৬ ॥" মীনা ইহলোক নত্রগা পরলোক-গী স্বর্গনচিংবা লুংঙাইবা পাম্বা য়াই, নত্রগা সাযুজ্যমুক্তি পাম্বা য়াই নত্রগা ভগবান্‌গী ধাম অমদা মাবু সেবা তৌদুনা লৈবা পাম্বা য়াই—অপাম্বা অমা হেক্তা ফংবা য়াই, মরমতুনা অপাম্বা অনীঙবা ফংবগী মরমদা য়াম্না সাধারণ ওইবা বানী । অমুক হায়রিবা শাস্ত্রিনিংক্রা হেক-থংনবা মতুংগী বাক্য অমদা থোইদোকপা (বিশেষ ওইবা) পামফম থোকপা পোং ফংবগী মরমদা হায়রি—এতদালম্বনং জ্ঞাত্বা ব্রহ্মলোকে মহীয়তে ॥ কঠ /১/২/১৭ ॥ পরম আলম্বনগী ( কায়দোংফমগী ) মশক ওইবা ব্রহ্ম বাচক প্রণবপু ( নামগা নামীগা খেন্নদবা মরম্না এক্ষাবু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু খঙবা ওম্মগদি ব্রহ্মলোকদা মহীয়ান্ ( হেন্না চাওবা ) ওইবা য়াই ।" ব্রহ্মলোক হায়বসিনা পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী শীঙনাইদবা স্বরূপশিংগী শীঙনাইদবা ধামশিংবু খঙনৈ : স্বরূপ ময়ামতুগী মরক্তা অমা হেক্তগী ধামদা ভগবৎ-সেবা ফংবদা জীবনা **মহীয়ান্** ওইবা ফংঙী ; মরমদি সেবা-অমা জীবগী স্বরূপগত ( মচাগী ওইবা ) ধর্মনী : জীবনা সেবাসী ফংদ্রিবফাওবা মতাকপু **মহীয়ান্** কৌবা য়াদে । মতুম্ম ওইরম্ব, "ব্রহ্মলোকে মহীয়তে" হায়না বিশেষণ ক্যাসীস্ত সমাপ্তদা পল্লিবা সাধারণ বাক্যসীগী মরুং

চন্‌বনী—অহুবু থুপ্পা ( প্রচ্ছন্ন ওইনা ) লৈবনী ; মরমদুনা হেক্তা ধাম অমদা ভগবৎ-সেবা ফংবহু থুপ্লেন-থুপ্পা রানী ( অত্যন্ত রহস্য-নী ) ; অহুবু সাধারণ ওইবা অপাম্বগী রা শল্লুবদা মসী অথুপ্পা ওইরবসু সেবাগী মরমদদি মসী সাধারণ ওই ; ভগবৎ স্বরূপ পুম্নমক্কী ধামদদি সেবা তৌবা য়াবগী অবকাশ লৈদি হায়ববু সেবা-পাম্বগী মচাঙগী মতৃঙ-ইন্না সেবা-মাহাত্ম্যগী অথোইঅহেনগী চাঙসু লে । চাওরাক্লা সেবাসী মখল অনীগী ওইবা য়াই মত্তদি—ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-মিশ্রিত ( ঈশ্বরনী হায়বা খঙনা তৌবা ) অমসুং ঐশ্বর্য্যজ্ঞানহীন (ঈশ্বরনী হায়বা খঙদহুনা তৌবা) সেবা । পরব্যোমগী অহুগা দ্বারকা-মথুরাগী ভাব অহু ঐশ্বর্য্যজ্ঞানমিশ্রিতনী, অহুগা ব্রজগী ভাব অহুনা ঐশ্বর্য্যজ্ঞানয়াওদবা মাধুর্য্য-ওাক্তা পুঙশেং-শেংনা ওইবা হায়বহুনী । সাধারণ ওইবা অপাম্বগী রা খল্লুবগদি ভাব মখল অনীসী গূঢ়-নী ( অথুপ্পনী ) ; অহুবু অনীমক্কী গূঢ় ওইরবসু মহিমাগী রারোমদা খল্লগদি মখল অনীসাগী খেন্নবা লৈ । ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্না থুম্‌হৎখিহুনা পরব্যোম দ্বারকা মথুরাদা সেবা-পাম্বা হায়বহু মপুঙ-ফানা বিকাশ ফংবা য়াদে ; ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদে হায়রহুনা ব্রজদদি সেবা-বাসনাহু হেন্না বিকাশ ফংঙী ; মরমদুনা দ্বারকা-মথুরাগী ভাব-তগী হেন্না ব্রজগী ভাব অহুনা হেন্না পাম্নঙাইনী মরমদুনা খোইদোক-হেন্দোক্লা গূঢ় হায়বদি গূঢ়তর ওই । ব্রজভাব কী মরক্তসু অমুক দাস্য-সখ্য বাৎসল্য-ভাব [ হায়বদি সম্বন্ধানুগ ভাব ( মরীগী মতুং ইন্‌বা ভাব ) ] অহুদগী কামানুগকান্তাভাব-তনা সেবা-বাসনাগী বিকাশ ওইবা হেল্লী ; মরমহুনা দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য ভাব-না গূঢ়তর ওইরবদি কান্তাভাব না অতি-গূঢ়তর হায়বদি গূঢ়তম ( থুপ্লেন থুপ্পা ) ওইগনী । মরমসিনা রাধাকৃষ্ণগী কান্তা-ভাবাত্মিকা লীলাবু অতিগূঢ়তর ওই হায়রিবনী ।

**দাস্য-বাৎসল্যাদি-ভাবের না হয় গোচর**—কান্তাভাবাত্মিকা রাধাকৃষ্ণলীলা-দা দাস্য-বাৎসল্যাদি ভাব-না চঙবা ঙমদে । দাস্য-বাৎসল্যান-চিংবা ভাবশিংদা সেবা-বাসনাগী হায়বদি লৈরিবা প্রেমগী চাঙদাহুনা কান্তাভাবকী সেবা য়ৌবা য়াদে । কান্তাভাব-কী পরিকরশিংগী প্রেম ( নত্রগা সেবা-বাসনা ) অহুনা য়ৌবসি মহাভাব-ফাওবা য়ৌয়ি ; মহাভাব নত্তনা রাধাকৃষ্ণগী সেবা ফংবদি ওইথোক্তে । ব্রজগী দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য-ভাব-তা মহাভাব কী বিকাশ লৈতে, মরমহুনা তাম্নবা ভাব থবসিনা

রাধাকৃষ্ণলীলাগী সেবা শুক্ৰং ফংবা য়াদে। ব্রজ-নত্তবা অতৈ ধামদা শুদ্ধ-মাধুর্য্য-ভক্তিগী ওইবা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদবা ভাবসিমক্তি লৈতে ; মরমঅদুনা ধাম অতৈগী পরিকরশিংগী ভাব তা রাধাকৃষ্ণগী লীলাগী সেবাদি শুক্য়া য়াদে। বৈকুণ্ঠগী কান্তাভাব নত্ত মসী ফংবা য়াদে ; মদু য়ারবোইদি বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীদেবীনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংননবা অকনবা তপস্যা তৌরম্লাইদৌবনী। মসী দ্বারকাগী মহিষীশিংনত্ত ফংবদা য়াবনী ; মরমদি, মহাভাব হায়বসীমক মাখোয়গী লৈজদবনী। মহাভাব-কী মরমদা উজ্জ্বল-নীলমণিনা হায়—মুকুন্দমহিষীবৃন্দৈরপ্যাসাবতিদুর্ল্লভঃ। শ্রীরাধারস সুধা-নিধি-কৌবা লাইরিক্তা হায়- "ন দেবৈর্ব্রহ্মাদ্যৈর্ন খলু হরিভক্তৈর্ন সুহৃদা-দিভি র্যদ্বৈ রাধামধুপতিরহস্যং সুবিদিতম্ /২/১৪৯॥—শ্রীরাধামাধবকী রহস্যদি ব্রহ্মানচিংবা দেবশিংনা, (অম্বরীষ-প্রহ্লাদনচিংবা) হরিভক্তশিংনা, করি হায়নী (নন্দযশোদনচিংবা) সুহৃদশিংনত্ত (মধুমঙ্গল খুদবা মীশিংনত্ত) মুন্না খঙদে।"

দাস্য বাৎসল্যাদি-শব্দগী মনুং-চনবা আদি-শব্দনা মফমসীদা ধাম অতৈগী পরিকরশিংগী ভাব-করি হায়নী, দ্বারকা-মহিষীশিংগী কান্তাভাব-পুত্ত লাকই।

মূল ২০৬

সবে এক সখীগণের ইহাঁ অধিকার।

সখী হৈতে হয় এই লীলার বিস্তার॥ ২০৬॥

শব্দার্থ

সবে এক - অমুথক্তনা ; সখীগণের — সখীশিংগী : ইহাঁ— মসীদা ( রাধা কৃষ্ণগী সেবাদা ) ; অধিকার — হক ( লৈ ) ; সখী হৈতে—সখীদগী ; হয় - ওই ; এই লীলার— লীলাসিগী ; বিস্তার—শন্দোকপা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

(শ্রীরাধাগী মহাভাব চেনবী) সখীশিংতগী মসীদা ( রাধাকৃষ্ণগী সেবা তৌবদা ) অধিকার লৈ। সখীশিংনা ( রাধাকৃষ্ণগী ) লীলাসী বিস্তার তৌবিরনী।

## মূল ২০৭

সখী বিনু এই লীলা পুষ্টি নাহি হয় ।
সখী লীলা বিস্তারিয়া সখী আস্বাদয় ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

সখী বিনু—সখী নত্তনা ; এই লীলা—লীলাসী ; পুষ্টি—নোয়-পেনবা ; নাহি হয়—ওইদে ; সখী—সখীনা ; লীলা বিস্তারিয়া—লীলা শান্নহল্লগা ; সখী—সখীনা ; আস্বাদয়—মহাও তংঙী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সখীশিংনত্তনা (রাধা কৃষ্ণগী) লীলাসী নোয়পেল্লু হায়বা য়াদে । সখীশিংনা লীলা শান্নহল্লগা সখীশিংনা মহাও তংজরিবনী (হায়বদি মখোয় নু চংইজে) ।

## মূল ২০৮-২০৯

সখী-বিনু এই লীলায় নাহি অন্যের গতি ।
সখীভাবে তারে যেই করে অনুগতি ॥ ২০৮ ॥
রাধাকৃষ্ণ-কুঞ্জসেবা-সাধ্য সেই পায় ।
সেই সাধ্য পাইতে আর নাহিক উপায় ॥ ২০৯ ॥

### শব্দার্থ

সখী-বিনু—সখী নত্তমা ; এই লীলায়—লীলাসীদা ; নাহি—য়াদে ; অন্যের—অতোপ্পনা ; গতি—চঙবা ; সখীভাবে—সখীগী ভাব-তা ; তারে—মাগী (সখীগী) ; যেই—মীচুনা ; করে—তৌরি ; অনুগতি—তুংইনবা ; রাধাকৃষ্ণ কুঞ্জসেবা-সাধ্য—কুঞ্জদা রাধাকৃষ্ণগী সেবা কৌবা সাধ্য ( তানগদবা পোৎ ) ; সেই—মহাক্তুদনা ; পায়—ফংঙী ; সেই সাধ্য পাইতে—সাধ্য অদু ফংনবা . আর—অতে ; নাহিক—লৈতে ; উপায়—পাম্বৈ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সখীশিং নত্তনা লীলাসীদা অতে অনা চঙবা য়াদে । সখীগী ভাব-তা সখীশিংগী তুং ইন্নবা মহাক্তুদনা রাধাকৃষ্ণগী কুঞ্জসেবা কৌবা সাধ্যদু ফংজে । সাধ্যদু ফংননবা অতৈ পাম্বৈ লৈতে ।

## মৈনক্লোল

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী গূঢ়লীলাসিদা চঙননবা অধিকার সখীশিংগী নত্তনা অতৈ কনামতগী লৈতে। মরমতুনা সখীশিংগী তুংইন্দুনা ভজন তৌবা মীতনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী কুঞ্জ সেবা তৌনবগী অধিকার ফংবা য়াই। অসী নত্তনা উপায় অতোপ্পা অমা লৈত্রে। ( নীঙশিংগদবদি অনীনী—মফমসিদা সখীগী আনুগত্য লৌগদবনী হায়রিবা সখীসে ললিতা বিশাখানচিংবা নত্রগা শ্রীরূপ-মঞ্জরীনচিংববু ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-পরিকর থোইদোকপা অমবু হায়রিবনী। অতুনা ফম্বী-নে ঈনে অসিনা শাবা প্রাকৃত রমণীবু হায়বা নত্তে। সেবা তৌবগী মরমদা তমগে হায়বগীদমক আনুগত্য স্বীকার ( তুংইনবা ) তৌদবা য়াদে : শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-পরিকরশিংতনা শ্রীকৃষ্ণসেবা খঙভী অমসুং তম্বীবা ঙম্মী। অনাদিকালদগী বহির্মুখ ওইরক্লবা প্রাকৃত জীবনা শিক্ষাতু করম পীগনী ? অন্তশ্চিন্তিত ( পূক্নীঙনা খন্দুনা থোক্পা ) দেহদদা সখীশিংগী আনুগত্য তৌগদবনী।

### মূল ২১০

বিভুরপি সুখরূপঃ স্বপ্রকাশোঽপি ভাবঃ
ক্ষণমপি ন হি রাধাকৃষ্ণয়োর্যা ঋতে স্বাঃ।
প্রবহতি রসপুষ্টিং চিদ্বিভূতীরিবেশঃ
শ্রয়তি ন পদমাসাং কঃ সখীনাং রসজ্ঞঃ ॥ ২১০ ॥

### শব্দার্থ

বিভুঃ—চাউরেন-চাউবা ; অতিসুখরূপঃ—য়াম্না নুংঙাইবগী মশক ওইবা ; স্বপ্রকাশঃ—মথন্তা ঙান্জবা ; অপি—বসু ; ভাবঃ—(রাধাকৃষ্ণগী) ভাব ; ক্ষণম্—ক্ষণ অমতা ; অপি—সু ; ন ওইদে ; হি—লেপ্পমক ; রাধাকৃষ্ণয়োঃ—রাধাকৃষ্ণগী ; যাঃ—মখোয়মু ( সখীশিংমু ) ; ঋতে—নত্তনা ; স্বাঃ—মহামক ; প্রবহতি—য়ৌরি ; রস-পুষ্টিম্—রস মপুঙ ফাবা ; চিদ্বিভূতীঃ—চিৎশক্তিনা মপুঙ ফাহল্লী ; ইব—গুম্না ; ঈশঃ—বিভু পরমেশ্বর ; শ্রয়তি ন—চঙজদবগে ; পদম্—খোঙদা ; আসাম্—মখোয়সীগী ; কঃ—কনানা ; সখীনাম্—সখীশিংগী ; রসজ্ঞঃ—রস-খঙবা মীনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বরনা বিভু ওইনমক চিৎ-শক্তি নত্তনদি নোয়পেন্বা ওইদবগুম্না

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভাব-সু য়াম্না চাউরবসু, য়াম্না নুংঙাইবগী ওইরবসু, অদুগা মরন্নাই ঙাল্লবসু মখোয়গী সখীশিং নত্তনদি ক্ষণ অমা ফাওবা মপুঙ-মৱৈ ফাবা ঙমদে। মরমদুনা, রসজ্ঞ ওইবা কনানা সখীশিংগী চরণ-খাদা চঙজদবা য়াওবগে ? ( হায়বদি রসিক ভক্ত খুদিংনা সখীশিংগী চরণ-দা চংজৈ )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি গোবিন্দলীলামৃতদগীনি ( ১০/১৭ )।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভাব হায়বদি প্রেম-দি য়াম্না নুংঙাইবগী মশক্নী, মাগী স্বরূপকী হায়রগদি নুংঙাইবগী খম্থেংবা হায়বদুনী ; মরমদুনা প্রেম অদু আস্বাদন তৌনবগীদমক অতোপ্পগী মতেঙ চংদে : মিছরীনা য়াম্নুংদা লৈর-বদি অদুম মছানা থুম্বগুম্ প্রেমসিগী অধিকারীশিং মখোয় মছা মছানা (রাধা-কৃষ্ণনা) নুংঙাইবদো ( সুখরূপ ওইবদো ) অদুম অনুভব তৌবা য়াই ; অদুম ওইনমক সখীশিংনা চান্‌বিদ্রবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবাসিগী নুংঙাইবদো ( সুখরূপদদু ) মপুঙমৱৈ ফাবা ঙমদে। অমুক প্রেম অসী **বিভু-নী**— মফম খুদিং শীপ্নুংনা লৈবনী অমসু **স্বপ্রকাশ-নী** (মথন্তা ঙানবনী)। বিভু ওইবা পোৎপু নোয়-পেল্‌হন্নবা তৌবগী কান্নবা লৈতে। অদুনা স্বপ্রকাশ ওইবা পোৎপু পুন্নমক্তা উবা ফংডী, মতুদি নুমীৎ,—নুমীৎপু কনামত্না উৎকদবা নত্তে। স্বরূপ শক্তিগী বিলাস-বিশেষনী প্রেমদি। স্বরূপশক্তিদি মছামক্তা বিভুনী--ব্রহ্মবস্তুনী : মাগী বিলাস ওইবা প্রেমদু হায়বদি ভক্তিসু বিভুনী। মরমদুনা শ্রুতিনা হায়—ভক্তিরেব গরীয়সী। তশেংনমক প্রেম নত্রগা ভক্তি হায়বসীনা বিভু ওইদ্রবদি ব্রহ্মবস্তু ওইবা ভগবানবু বশ তৌবা করম্না ঙমগ-দগে ? শ্রুতিনা হায়—ভক্তিবশঃ পুরুষঃ। মহাসমুদ্রসী ঈশীঙনা বিক থল্লবসু নু শীং শীংলকপা মতমদা ঈথক হৌদুনা রাংখংলকয়ি ; নুংশীং য়াওদ্রবদি ঈথক কাদুনা রাংখংলক্তে ; মতৌ অদুগুম্না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমদু বিভু অমসুং স্বপ্রকাশ ওইদুনসু সখীশিংগা লোয়নদ্রবদি পুষ্টি ওইবা য়াদে অদুগা শক্-উংতে ; মসী শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী অমসুং সখী-ভাবকী অদ্ভুত্পা মহিমা অমনী। ঈশ্বরগী পুষ্টি ( মপুঙমৱৈ ফাবা, নোয়পেন্‌বা ) হায়রগা মাগী গুণ-শিংগী অমসুং রস ওইবগী পুষ্টিবু খঙনবনী ; মাগী প্রকাশ হায়রগা মাগী মহিমাগী প্রকাশবু খঙনৈ ; শক্তিগা শক্তিমানগা খেন্নদবা মরম্না চিং-শক্তিনা ঈশ্বরগী গুণ-পুষ্টি অমসুং মহিমাপ্রকাশ ওইবনা মহাক্না বিভু ওইবদা অমসুং

স্বপ্রকাশ ওইবদা ময়েং তাদে। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী মরমদসু অদু মঙায়। শ্রীরাধা অমসুং সখীশিংদি প্রেম-স্বরূপিণী (প্রেমনা ওইবিনী) হায়বদি মখোয় প্রেমগী বিগ্রহনী; হ্লাদিনীগী প্রতিমূর্ত্তিনী; প্রেমগা মখোয়গা করিমতা খেন্নদে; মরমদুনা লীলাদা মখোয় য়াওরগা প্রেমগী পুষ্টি অমসুং প্রকাশ ওইরবসু মদুনা প্রেমগী বিভুত্বগা স্বপ্রকাশত্বগা তত্ত্বরোমদা য়েংলগদি করিমত্তা হন্থবা তৌদে।

"সখী-বিনু এইলীলা পুষ্টি নাহি হয়" হায়বা পয়ার ২০৬-তা হায়রিবদুগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

## মূল ২১১-২১২

সখীর স্বভাব এক অকথ্য কথন।
কৃষ্ণসহ নিজলীলায় নাহি সখীর মন॥ ২১১॥
কৃষ্ণসহ রাধিকার লীলা যে করায়।
নিজকেলি হৈতে তাহে কোটি সুখ পায়॥ ২১২॥

## শব্দার্থ

সখীর স্বভাব—সখীগী মওং মতৌদি; এক—অমা; অকথ্য—হায়ফম-থড়দবা; কথন—মহায়নী; কৃষ্ণসহ—কৃষ্ণগা লোয়নননা; নিজ-লীলায়—মশাগী লীলাদা; নাহি—লৈতে; সখীর মন—সখীগী পুক্নীঙ; কৃষ্ণসহ—কৃষ্ণগা লোয়নননা; রাধিকার—শ্রীরাধাগী; লীলা—লীলা; যে—মদু; করায়—তৌহল্লী; নিজকেলি—মশাগা শান্নবা; হৈতে—দগী; তাহে—মদুদনা; কোটি—শরূক কোটি হেন্না; সুখ—নুংঙাইবা; পায়—ফংঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সখীশিংগী মতৌদি হায়ফম থড়দবা মতৌনী। কৃষ্ণগা মখোয়গা শান্ন-মিন্নবদা পুক্নীঙ চঙদে। কৃষ্ণগা-রাধিকাগা অনী শান্নহন্নগা মদুদা ফংবা নুংঙাইবনা মখোয় মশাগা কৃষ্ণগা শান্নমিন্নবদগী শরূক কোটি হেন্না মখোয়না নুংঙাইজে। (সখীশিংদি মশা মশাগী নুংঙাইবা থিদবা জাৎনী)।

## মূল ২১৩-২১৪

রাধার স্বরূপ—কৃষ্ণপ্রেম-কল্পলতা।
সখীগণ হয় তার পল্লব পুষ্প পাতা॥ ২১৩॥

কৃষ্ণলীলামৃতে যদি লতাকে সিঞ্চয়।
নিজসেক হৈতে পল্লবাদ্যের কোটি সুখ হয়॥ ২১৪॥

## শব্দার্থ

রাধার স্বরূপ—রাধানা ওইরিবা মওইদি ; কৃষ্ণপ্রেম-কল্পলতা—কৃষ্ণপ্রেমগী কল্পলতানী ( পীউ হায়বতা পীবা উরী ); সখীগণ—সখীশিংনা ; হয়—ওই ; তার—লতা অদুগী ; পল্লব—নানৌ ; পুষ্প—লৈ ; পাতা—উনা ; কৃষ্ণলীলা-অমৃতে—কৃষ্ণগী লীলা কৌবা অমৃতনা ; যদি—বদি ; লতাকে—উরীদা ; সিঞ্চয়—খিক্যি ; নিজসেক—মছাদা খিক্পা ; হৈতে—দগী ; পল্লব-আদ্যের—নানৌনচিংবগী ; কোটি—শরূক কোটি হেন্না ; সুখ—নুংঙাইবা ; হয়—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাগী স্বরূপতি কৃষ্ণপ্রেম কৌবা কল্পলতাদুনী। সখীশিংনা লতাদুগী নানৌ-লৈ-উনা-নী। কৃষ্ণলীলা কৌবা অমৃতনা লতাগী মরু-মরাদা খিক্লবদি নানৌনচিংবনা মখোয় মছাদা খিক্পদগী শরূক কোটি হেন্না নুংঙাইবা ফংই।

## লৈনথোক্লগ

শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমকল্পলতাগী স্বরূপ-নী। সখীশিংনা লতাসিগী উনা অমসুং লৈরাংগী মশক্নী। উরীগী মরুদা ঈশীং চাইদদুনা উনাদা অমসুং লৈরাংশিংদা ঈশীঙ চাইরগা নুংঙাইবদো অদুদগী উরীগী মরুদা ঈশীঙ চাইরগা উনাগা লৈরাংগনা শরূক কোটি হেন্না নুংঙাইজে। মতৌ অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মখোয় মছা মছানা শান্নমিন্নবদা নুংঙাইবদুদগী শ্রীকৃষ্ণগা রাধাগা শান্নহন্বনা য়াম্না হেন্না নুংঙাইজে। মরমদি উনাগা লৈরাংগা অনীনা লতাগা খেন্নদবগুম্ সখীশিংসু শ্রীরাধাগা অমত্নী খেন্নদে ; খেন্নদবা অসিনা সখীশিংনা হেন্না নুংঙাইজরিবনী।

কৃষ্ণপ্রেমগী অয়োবী মতাংদি মহাভাব-নী ; শ্রীরাধাদি মহাভাব-স্বরূপিণী ওইরিবনী ; মরমদুনা কৃষ্ণপ্রেমসিনা শ্রীরাধাগী স্বরূপ ওইরিবনী, স্বরূপকী হায়রগদি মহাক কৃষ্ণপ্রেম—মহাভাব হায়বদুনী। কৃষ্ণপ্রেমসিবু কল্পলতাগা চাংদম্নরি ; কল্পবৃক্ষগী মতৌগুম্না লতা অমদা করিগুম্বা অমা নিরুবদা হেত্তা ফংবা য়াবা লতাদুবু কল্পলতা কৌয়ি। কৃষ্ণপ্রেম-না কল্পলতাগুম্বনী।

মূল ২১৫

সখ্যঃ শ্রীরাধিকায়া ব্রজকুমুদবিধোর্হ্লাদিনীনামশক্তেঃ
সারাংশপ্রেমবল্ল্যাঃ কিসলয়দলপুষ্পাদিতুল্যাঃ স্বতুল্যাঃ।
সিক্তায়াং কৃষ্ণলীলামৃতরসনিচয়ৈরুল্লসন্ত্যামমুষ্যাং
জাতোল্লাসাঃ স্বসেকাৎ শতগুণমধিকং সন্তি যত্তন্নচিত্রম্ ॥২১৫॥

শব্দার্থ

সখ্যঃ—সখীশিংনা ; শ্রীরাধিকায়াঃ—শ্রীরাধিকাগী ; ব্রজকুমুদ—থরোগী মশক ওইবা ব্রজবাসীশিংগী ; বিধোঃ—থাজগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; হ্লাদিনীনাম শক্তেঃ—হ্লাদিনী ( নুংঙাইহনবা ) কৌবা শক্তিগী ; সারাংশ-প্রেমবল্ল্যাঃ- মচি ওইবা শরুক্কী মশক-ওইবী প্রেমলতা ( মুংশি-উরী ) মান্নবীগী ; কিসলযদল— মানৌ ; পুষ্পাদি—লৈরাং-নচিংবগী ; তুল্যা—মশক-ওইবা , স্বতুল্যা—( শ্রীরাধা ) মহামক্কা মান্নবা ; সিক্তায়াং—অচোৎপা ; কৃষ্ণগীলীলামৃত-রসনিচয়ৈঃ—কৃষ্ণলীলা কৌবা অমৃতগী মশক ওইবা রস-ঈশীঙ ; নিচয়ৈঃ—পূম্নমক্কা ; উল্লসন্তী হরাওবা ওই ; স্বসেকাৎ—মচাতুদা থিক্পদগী ; শতগুনম্—শরুক চামা ; অধিকং—হেনবা ; সন্তি—ওই , যৎ মতু ; তৎ—মতুদা ; ন চিত্রম্- ঙকঙাই ওইদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগী থবোশিংগী মফমদা থাজ-ওইরিবা হ্লাদিনী কৌবী শক্তিগী মচি-ওইবা শরুক প্রেমদুগী মশক ওইবা লতাগা ( উবীগা ) মান্নবী শ্রীরাধিকানী। অদুগা মাগী সখীশিংনা লতাদুগী নানৌ, লৈ অমদি উনাগা পাংথক্লী অমসুং মথোয়দু শ্রীরাধাগীদি মচামক্কসু পাংথক্লী। মরমদুনা কৃষ্ণলীলামৃতগী মশক ওইবা জলসেবনা ( ইশীং-চাইবা হায়বদুনা ) শ্রীরাধানা চোংলবাদি অমসুং হরাওরবদি মথোয়গী মচামক্কা লীলারূপ অমৃত চাইরগা নুংঙাইবদুদগী শরুক চামা হেন্না নুংঙাইবা হেল্লী হায়বনিদা করি ঙকঙাই লৈবগে ?

## পৈনরেল

শ্লোকসী গোবিন্দলীলামৃতদগীনী (১০/১৬)। মসি পয়ার ২১২-২১৩ গী প্রমাণী।

**ব্রজকুমুদবিধোঃ**—ব্রজ হায়বদি ব্রজবাসী হায়বনী, থোইদোক্না ব্রজসুন্দরীশিংবু হায়রিবনী। ব্রজসুন্দরীশিংগী মশক ওইবা কুমুদ ( থরো ) গা লৈনবা সম্বন্ধদা বিধুগা (থাজগা) পাংথক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ হায়বা মহাক্নী। নোংদোম্বক্তা থা থোক্লগা থরোশিংনা শাংকায়বগুম্ শ্রীকৃষ্ণবু উবদা ব্রজবাসীশিংনা ( থোইদোক্না ব্রজসুন্দরীশিংনা ) থম্থেংনা নুংঙাইতুনা মায়থোং মকা লাম্মী হায়বতুনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজকুমুদবিধু হায়রিবনী। অসি-গুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিগী **সারাংশ প্রেমবল্ল্যা** মচি ওইবা শরূক ওইবা প্রেমগী মশক ওইবা বল্লী ( উরী, লতা ) অতুনা মাগী ওইবা। হ্লাদিনীগী মচি-ওইবা শরূক্তা প্রেম ওইবনী; প্রেমসিগী মশক ওইবা শ্রীরাধানী; শ্রীরাধাসিগী সখিশিংনা লতাতুগী **কিশলয়দল-পুষ্পাদি-তুল্যাঃ**—কিশলয় ( নব-পল্লব; নানৌ ), দল ( উনা ) অমসুং পুষ্পনচিংবগা পাংথক্নী; সখীশিংনা শ্রীরাধাগী **স্বতুল্যাঃ** মছামক্তা পাং-থক্নী। লতাগী পত্র-পুষ্পনচিংবগা মূল লতাগা স্বরূপকী হায়রগদি করিমতা খেন্নবা লৈতে, মতৌঅদুগুম্না শ্রীরাধাগা মহাক্নী সখীশিংগসু মখোয়গী স্বরূপ য়েংলুরগদি করিমতা খেন্নদে; মরমতুনা শ্রীরাধানা নুংঙাইরগা সখীশিংসু নুংঙাই; কৃষ্ণলীলা কৌবা অমৃত-রসগী ঈচাই-ঈথিক ( সেক ) ফংলগা রাধাগী মশক ওইবা লতানা চোৎতুনা হারাওবদি—পত্র পল্লবকী মশক-ওইবা সখীশিংনা মখোযদা খিক-চাইরক্পা ঈচাই-ঈথিক অদুদগী শরূক চাম হেন্না নুংঙাইজে; হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গম ওইরবদা সখীশিংনা নুংঙাইবগী চাংদা অদুদগী শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গম ওইতুবা ওয়ুগা নুংঙাইজবনা য়াম্না হেল্লী। মরমদি মসিদনী মখোয়না পামজবা অমথক্তং লৈজবদি।

মূল ২১৬-২১৭

যদ্যপি সখীর কৃষ্ণসঙ্গমে নাহি মন।
তথাপি রাধিকা যত্নে করায়ে সঙ্গম ॥ ২১৬ ॥
নানা ছলে কৃষ্ণে প্রেরি সঙ্গম করায়।
আত্মকৃষ্ণসঙ্গ হৈতে কোটি সুখ পায় ॥ ২১৭ ॥

**শব্দার্থ**

যদ্যপি—অদুম্ ওইনমক্; সখীর—সখীশিংগী; কৃষ্ণসঙ্গমে—কৃষ্ণগা

উনবদা ; নাহি—লৈতে ; মন—পূর্কীগু ; তথাপি—অত্থুম ওইনমক ; রাধিকা—শ্রীমতিরাধিকানা ; যত্নে—চেকশিন্না ; করায়—তৌহল্লী ; সঙ্গম —উনবা ; নানা—মখল মখাগী ; ছলে—তাংনা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা ; প্রেরি—থাদোক্তুনা ; সঙ্গম করায়—উনহল্লী ; আত্মকৃষ্ণসঙ্গ— মছামক্তা কৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবা ; হৈতে—তৌবদগী ; কোটি সুখ পায়— নুংঙাইবা শরূক কোটি হেল্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগা সঙ্গম তৌনীংবগী রা সখীশিংগী লৈত্রবসু শ্রীমতী রাধিকানা যতন তৌনা রা অনা অনা হায়জন্দুনা কৃষ্ণবু সখীশিংগী নাক্তা থাদুনা সখীশিংগা সঙ্গম তৌহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবা পীল্লী । শ্রীরাধা মছামক্তা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গম তৌবগা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্দুনা ফংবা মছাগী নুংঙাই-বত্থদগী সখীশিংগা লোয়ননা সঙ্গম তৌহল্লগা কৃষ্ণবু নুংঙাইহন্‌বনা শরূক কোটি হেন্না শ্রীরাধানা নুংঙাইজে ।

মূল ২১৮

অন্যোন্যে বিশুদ্ধ প্রেম করে রসপুষ্ট ।
তা-সভার দেখি কৃষ্ণ হয় তুষ্ট ॥ ২১৮ ॥

শব্দার্থ

অন্যোন্যে—অমগা অমগা ( শ্রীরাধাগা মাগী সখীশিংগা মশেল মশেল ) ; বিশুদ্ধ—মত্তবা ( মছাগী নুংঙাইবগী রা য়াওদবা ) ; প্রেম— নুংশিবনা ; করে—তৌয়ি ; রসপুষ্ট—শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবগী রসনু মপুঙ ফাহল্লী ; তা-সভার—মখোয় লোয়নমক্কী ; প্রেম দেখি—প্রেম উরগা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; হয়—ওই ; তুষ্ট—পেন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধা অমসুং মহাক্কী সখীশিংগী অমগা অমগা লৈনরিবা মত্তবা প্রেমদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুঙফানা নুংঙাইহল্লী । মখোয় মখোয়গী প্রেম অত্থু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লী ।

## নৈনরোল

বিশুদ্ধ প্রেম—সখীশিংনা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গম তৌহল্লী,

মতু শ্রীকৃষ্ণতগী নুংঙাইনবগীদমক্তী, অতুগা শ্রীরাধানস্মু নানা ছল তৌদুনা সখীশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গম তৌহল্লী, মতুস্মু শ্রীকৃষ্ণতগী নুংঙাইবগীদমক্তী। সখীশিংনা খল্লী—শ্রীরাধাগা তৌবা সঙ্গমতুনা কৃষ্ণগী নুংঙাইবা হেনগনী ; মরমতুনা মখোয়না রাধাগা লোয়নননা সঙ্গম তৌহল্লী। অমুক শ্রীরাধানা খল্লী—সখীশিংগা লোয়নননা সঙ্গম তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণগী হেন্না নুংঙাইবা ওইগনী, মরমতুনা মহাক্না সখীশিংগা লোয়নননা কৃষ্ণবু সঙ্গম তৌহল্লী। শ্রীরাধা অমস্তুং সখীশিংগী পান্দমদি অমতনী মতুদি— শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাই-হনবা ; মসিদা মখোয়গী মরল্লাই নুংঙাইবা ফংনীঙবগী রা য়াওদে। মরম-সিনা মখোয়গী প্রেমদুবু 'বিশুদ্ধ'-নী হায়রিবনী। মখোয়গী অসিগুম্বা প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবগী পুষ্টি ওই অমস্তুং মখোয় মশেলগী অসিগুম্বা প্রেম উরগস্মু শ্রীকৃষ্ণনা পেনজে।

মূল ২১৯

সহজে গোপীর প্রেম—নহে প্রাকৃত কাম।
কামক্রীড়া-সাম্যে তার কহি কাম-নাম ॥ ২১৯ ॥

শব্দার্থ

সহজে— পোক্তাগী হায়রগদি ( বস্তুতঃ ) ; গোপীর প্রেম—গোপীনা নুংশিবদি ; নহে—নত্তে ; প্রাকৃত কাম— প্রাকৃত ওইবা মপাম ; কামক্রীড়া —কামগীদমক শান্নবগা ; সাম্যে—মান্নবনা ; তার মাগী ; কহি—হায়বনী ; কাম-নাম —কাম হায়বা মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বভাবকী য়েংতুনা হায়রগদি গোপীগী প্রেমদি (মীওইবগীগুম্বা) প্রাকৃত কাম নত্তে। কামগী শান্নবা মওঙদা মান্নে হায়বগীদমক মাগী মিং কাম হায়বনী।

## নৈনরোল

গোপীশিংগা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্গম তৌরিবনী ; মতুদি কাম হায়বদুনা হায়না কনাগুম্বনা হায়বা য়াই। মতুদা থুমগদবদি—"সহজে গোপীর প্রেম"-নচিংবগী রাসে খুমগদবনী। গোপীশিংন শ্রীকৃষ্ণগা তৌবা সঙ্গমসী কাম নত্তে, মরমদি সঙ্গমতু মখোয় মচাগী নুংঙাইনবগীদমক নত্তে,

শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তনী ; মরমসিনা মখোয়গী প্রেমদা কামগী মনম-ফাওবা চঙদে, মখোয়গী প্রেম অসিদি বিশুদ্ধনী। অদুগী মথক্তা স্বভাবকী য়েংলুরগা মখোয়গী প্রেমসী প্রাকৃতস্থ নত্তে। অপ্রাকৃত ওইরবস্থ প্রাকৃত-কাম-ক্রীড়াগা মান্নে হায়বগীদমক গোপীপ্রেমবু কাম কৌবনী ; অশেংবদি মসী কাম নত্তে।

মূল ২২০

প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্।
ইত্যুদ্ধবাদয়োঽপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ॥ ২২০।
মসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোক্পনী ( ১/১৪৩ )।
মসিগী শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/১৬৪ মূল শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

মূল ২২১

নিজেন্দ্রিয়সুখহেতু কামের তাৎপর্য্য।
কৃষ্ণসুখের তাৎপর্য্য গোপীভাববর্য্য ॥ ২২১ ॥

শব্দার্থ

নিজ-ইন্দ্রিয়—মশাগী ইন্দ্রিয়গী ; সুখহেতু—নুংঙাইহন্নবা মরম্নী ; কামের—কাম হায়বদুনা ; তাৎপর্য্য—তাল্লিবদি ; কৃষ্ণ-সুখের—কৃষ্ণগী নুংঙাইহনবগী ; তাৎপর্য্য—তাল্লিবদি ; গোপীভাববর্য্য—ভাব পূম্নমক্কী মক্তদা থ্বাইদগী হেন্বা গোপীভাব, কৃষ্ণকান্তা ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাম হায়বদুনা তাল্লিবদি মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবনী। ভাব পূম্নমক্কী থোইরিবা গোপীপ্রেম হায়বদুনা তাল্লিবদি কৃষ্ণগী সুখ-নী

মূল ২২২

নিজেন্দ্রিয়-সুখবাঞ্ছা নাহি গোপিকার।
কৃষ্ণে সুখ দিতে করে সঙ্গম বিহার ॥ ২২২ ॥

### শব্দার্থ

নিজেন্দ্রিয় —মশা মশাগী ইন্দ্রিয়গী, সুখ-বাঞ্ছা—নুংঙাইনীঙবা হায়বতু; নাহি—লৈতে; গোপিকার—গোপীশিংগী; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা; সুখ দিতে—নুংঙাইবা পীননবা; করে—তৌয়ি; সঙ্গমবিহার—সঙ্গমগী লীলা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংনা মশা মশাগী ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা পামদে। মখোয়না কৃষ্ণগা সঙ্গম তৌবদি কৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবগীনি।

### মূল ২২৩

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষ
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ
কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ॥ ২২৩॥

মসি ভাগবতমদগী তোঙাথোক্পনি (১০/৩১/১৯)।
শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/১৬৫ মূল শ্লোক অদুদা য়েংবীয়ু।

### মূল ২২৪

সেই গোপীভাবামৃতে যার লোভ হয়।
বেদধর্ম্ম লোক ত্যজি সেই কৃষ্ণে ভজয়॥ ২২৪॥

### শব্দার্থ

সেই গোপীভাব-অমৃতে—গোপীপ্রেম-না ওইবা অমৃত অদুদা; যার—কনাগুম্বা অমগী; লোভ—মিহৌবা; হয়—ওই; বেদধর্ম্ম-বেদনা হায়বা বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মনচিংবা; লোক—স্বর্গনচিংবা লোক (মফম), নত্রগা লোক-ধর্ম্ম (লম্-লমগী চৎনবী); ত্যজি—থাদোক্লুনা; সেই—মহাক্তুদনা; কৃষ্ণে-কৃষ্ণবু; ভজয়—ভজন তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগোপীশিংগী মক্তবা প্রেম কৌবা অমৃতসিবু মিহোবা মীস্থুদি বেদ-ধর্ম্ম, স্বর্গনচিংবা পাম্বত্থ পুঙথা থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু তা ভজন তৌয়ি।

মূল ২২৫

রাগানুগামার্গে তারে ভজে যেইজন।
সেইজন পায় ব্রজে ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২২৫॥

শব্দার্থ

রাগ—অপাম্বা পোত্তা যৌনা লৃপ্পবু রাগ ( কৌয়ি ) ; অনুগা—তুং-ইন্‌বা ; রাগানুগামার্গে রাগানুগা ভক্তিদা ; তারে—মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণবু) ; ভজে—নীঙডী ; যেইজন—কনাগুম্বা মীনা ; সেইজন—মীহুতনা ; পায়—ফংঙী ; ব্রজে—ব্রজদা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ-মপারিবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাগানুগাভক্তিদা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা মীহুতনা ব্রজদা ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণবু ফংঙী।

## নৈনরোল

অপাম্বা পোত্তা যৌনা লৃপ্পবু রাগ কৌয়ি। অদুগুম্বা রাগ-না থল্লাই-ওইবা ভক্তিবু রাগাত্মিকা ভক্তি কৌয়ি। রাগাত্মিকা নত্রগা রাগময়ী ভক্তিসী ব্রজ-বাসীশিংদদা ডান্তোইয়ে। রাগাত্মিকা ভক্তিসিগী তুংইন্‌বা (অনুগতা) ভক্তিবু রাগানুগা ভক্তি কৌয়ি। "ইষ্টে স্বারসিকী রাগঃ পরমাবিষ্টতা ভবেৎ। তন্ময়ী যা ভবেদ ভক্তিঃ সাত্র রাগাত্মিকোদিতা। বিরাজন্তীমভিব্যক্তম্ ব্রজবাসি-জনাদিষ্। রাগাত্মিকামনুস্তৃতা যা সা রাগানুগোচ্যতে ॥ ভঃ রঃ সিঃ ১/২/১৩৯।" রাগানুগা ভক্তি চংকে হায়রবদি রাগাত্মিক-ভক্ত ওইবা ব্রজবাসীগী তু-ইন্‌গদবনী ( আনুগত্য স্বীকার তৌগদবনী) হায়বদি অন্তশ্চিন্তিত (পূকুংদা ওইরে হায়না খল্লবা) সিদ্ধদেহদা ব্রজগোপীশিংগী আনুগত্য স্বীকার তৌগদবনী ( নত্রগা মাগী মাগী ভাব মতুং ইন্না ব্রজগী দাস, সখা, পিতামাতাগী অনুগত ওইগদবনী )।

**ব্রজে ব্রজেন্দ্রনন্দন**— ব্রজধামদদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংঙী, অতোপ্পা ধামদা নত্তে। শুদ্ধমাধুর্যাগী মশক ওইবা ব্রজধামদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী থোইদোক্পা নাওং থ্বাইগা মান্নদবা অমা লৈবত্তু অতৈদা ফংবা ঙমদে।

**ব্রজেন্দ্রনন্দন**— নরলীলাশান্নবা শুদ্ধ-মাধুর্যময়-ওইবা নন্দগী মপাবি শ্রীকৃষ্ণ। ঐশ্বর্যমার্গদা ভজন তৌনরগদি বৈকুন্ঠনচিংদদা শ্রীকৃষ্ণগী নারায়ণ-নচিংবগী রূপ অদু ফংঙী ; অদুগা রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌরগদি ব্রজদা স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণবু ফংঙী।

মূল ২২৬

ব্রজলোকের যে-কোন ভাব লঞা যেই ভজে।
ভাবযোগ্য দেহ পাঞা কৃষ্ণে পায় ব্রজে॥ ২২৬

শব্দার্থ

ব্রজলোকের— ব্রজগী ভক্তগী ; যে কোন ভাব— ভাব অমা হেক্তা ; লঞা— লৌদুনা ; যেই— মহাক্না ; ভজে— ভজন তৌরি, ভাবযোগ্য ভাব-তুগা চানগদবা, দেহ— হকচাং ; পাঞা— ফংদুনা কৃষ্ণে পায়— কৃষ্ণবু ফংঙী ; ব্রজে— ব্রজদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগী ভক্তশিংগী ভাব অমা লৌদুনা ভজন-তৌবা মহাক্না মাগী ভাব-তুগা চানগদবা দেহ ফংদুনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংঙী।

## নৈনরোল

**ব্রজলোকের**— ব্রজগী দাস, সখা, মাতাপিতা অমসুং কান্তা হায়বা ভক্ত মথল মারিসিগী।

**ভাবযোগ্য দেহ**— মছাগী পামজবা ভাবকা চানগদবা হকচাং। দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা ভাব মরিসিগী মরক্তা ভাব অমবু সাধক-না পান্নগদি, ভাবতুগা চান-চুনগদবা ভজন তৌথদুনা ভগবৎ-কৃপানা

প্রেম ( মুংশিবা ) পোক্লবদি শিরবা মতুংদা ব্রজধামদা মা-মাগী ভাব অতুগী চানগদবা সেবাগী মতীক-চাবা দেহ ( দাস্যভাবকী সাধকনা দাস-দেহ, সখ্য-ভাবকী সাধকনা সখাগী দেহ, মধুরভাবকী সাধকনা গোপীদেহনচিংবা (সিদ্ধ-দেহ ) ফংঙী।

### মূল ২২৭

তাহাতে দৃষ্টান্ত—উপনিষদ্ শ্রুতিগণ।
রাগমার্গে ভজি পাইল ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২২৭ ॥

### শব্দার্থ

তাহাতে — মদুদা ; দৃষ্টান্ত — খুদম (ওইরিবদি) ; উপনিষদ-শ্রুতিগণ — উপনিষদ্ পীরম্বা শ্রুতি কৌবী দেবতাশিং ; রাগমার্গে — রাগানুগা ভক্তিদা ; ভজি—ভজন তৌদুনা ; পাইল — ফংখি ; ব্রজেন্দ্রনন্দন— ব্রজনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণবু।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মদুগী খুদমদি অসীনী—উপনিষদ্ পীরম্বা শ্রুতি কৌবী দেবতাশিংনা রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌবগা ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণবু ফংখি।

### নৈনরোল

রাগমার্গে — মফমসীদা রাগমার্গে গী অর্থদি রাগানুগাগী লম্বীদা হায়বনী ; মরমদি ব্রজবাসী নত্তুনা মফম অতৈদা রাগভক্তি (হায়বদি রাগাত্মিকা ভক্তি) ওইথোক্তে ; থোইদোক্লা রাগাত্মিকা ভক্তিদি সাধন তৌদুনা ফংবা য়াবা নত্তে। মসীদি নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী মরক্তা অনাদিসিদ্ধ ওইনা লৈবনী।

শ্রুতি কৌবী দেবতাশিংনা রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌদুনা ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী সেবা ফংখিবগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অমা হাপ্পি।

### মূল ২২৮

নিভৃতমরুন্মনোঽক্ষদৃঢ়যোগযুজো হৃদি য-
ন্মুনয় উপাসতে তদরয়োঽপি যযুঃ স্মরণাৎ।
স্ত্রিয় উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ডবিষক্তধিয়ো
বয়মপি তে সমাঃ সমদৃশোঽঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ ॥ ২২৮ ॥

শব্দার্থ

নিভৃত—থুডুম চল্লবা ; মরুৎ—থরাই-লুংশিং ; মনঃ—পুক্নীঙ ; অক্ষ—ইন্দ্রিয়শিং ; দৃঢ়—অচেৎপা ; যোগ—যোগ ; যুজঃ—চংলিবা মীশিং ; হৃদি—থম্মোইদা ; যৎ—মহাক ; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা ; উপাসতে—লাংলী ; তৎ—মহু ; অরয়ঃ—য়েক্কবশিংনা ; অপি—সু ; যযুঃ—ফংঙী ; স্মরণাৎ—নীংশীংবদগী ; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিংনা ; উরগেন্দ্র—লিলাশিংগী ; ভোগ—হক-চাংগুম্বা ; ভুজ—পাম্বোম ; দণ্ড—চৈগুম্বা . বিষক্ত—পুল্লবা ; ধিয়ঃ—মখোয়গী মন ; বয়ম্—ঐখোয় ; অপি—সু ; তে—নহাক্কী ; সমাঃ—মখোয়গা মান্নৈ ; সমদৃশঃ—মিংয়েং-মান্নবা ; অঙ্ঘ্রি সরোজ—খোঙ থম্বালগী ; সুধা—অমৃত ,

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রুতি-কৌবী দেবতাশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—"থরাই, পুক্নীঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শন্দুনা অচেৎপা যোগ তৌরিবা মুনিশিংনা নির্বিশেষ ( শক্লাইদবা ) ব্রহ্ম হায়না খঙনবা তত্ত্ব ফংঙী, নঙগী য়েক্কবশিংনসু ( মসম পুম্বদা নঙগী মাঙননবা রাখন্দা নত্রগা নঙবু কিবদগী মতমপুম্বদা ) নঙবুদা নীংশীংদুনা মহুবু (ব্রহ্ম কৌবা তত্ত্ববু) ফংঙী। অদুগা লিলনিংথৌগী হকচাং-মান্বা নঙগী পাম্বোমদুদা বুদ্ধি-লুপ্পবী শ্রীরাধানচিংবী নঙগী নিত্যকান্তা-শিংনা নখোঙ-থম্বাল-অমৃতবু থবাক্তা থমজবী মখোয়গী আনুগত্য ( তুং-ইনবা ) তৌরগা ঐখোয়সু মখোয়-মান্বা ওইজরে।"

# ৈননরোল

মফমদাদা উল্লেখ তৌবা রাদি অসিনী মতুদি—যাম্না রানা তোংনরগা মুনিশিংনা ফংবা ব্রহ্মলয় অদু ভগবানগী য়েক্কবশিংনসু মাব নীংশীংদুনদা লৈবা মরমদগী ফংঙী ; মুনিশিংনা অতৎ-অখন-নাইদবমখৈ ধ্যান তৌরগা ফংবা অদু ভগবানগী য়েক্কবশিংনসু অতৎ-অখম-নাইদবমখৈ স্মরণ (নীংশীংবা) তৌরগা ফংঙী ; মুনিশিংনা শ্রদ্ধাভক্তি তৌদুনা কৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়বা বুদ্ধিদা লাংতুনা ফংবা অদু মাগী য়েক্কবশিংনা ভগবানবু মীওইবনী থন্দুনা তিংসা তৌরগসু মফংঙী। রাইশিংগী শ্রুতিদেবীশিংনা হায়রগা মথামুক তাথরম্মী, মসিদি—শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম অনীড়ু লিলওম্না ওইথরকুনা মাম্না

হৌজিক : অসিগুম্বা পান্থোক অনীদুদা ব্রজসুন্দরীশিংগী চিত্ত লুপখি। অদু-গুম্বা পান্থোক অনীদুনা কৃষ্ণনা মখোয়দ কোনবিরবদি হায়না ব্রজসুন্দরী-শিংনা খন্দুনদা লৈরম্মী। মসীনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণদু বিভু-অপরিচ্ছিন্ন ওইবা পোত্তো ওইববসু ব্রজসুন্দরীশিংনা মাদু পরিচ্ছিন্ন ওইনা উখি। অসিগুম্বা ব্রজসুন্দরীশিংগী মতৌ তমদুনা কায়ব্যূহনা গোপীদেহ লৌরগা মখোয়গা মান্নবা ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বালগী অমৃতবু শ্রুতিদেবীশিংনা ফংখি।

মফমসিদা ভক্তীভঙ্গীগী মরমদি অসিনি—অহানবদা, গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যপ্রেয়সীনি (হ্লাদিনীনি): মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াথম্বালবু মথবাক্তা থম্বদি মখোয়গীদমক্তি ফৌনশানি; অদুগা শ্রুতিশিংদি নিত্য-প্রেয়সী নত্তবনিনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংবদা বাধাওইনি; অনীশুবদা, ব্রজসুন্দরীশিংগী নাগর ওইবা মরম্না মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু পরিচ্ছিন্ন (ভমথৈরবা) ওইনা খল্লী, অদুগা শ্রুতিশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়না লৌবা মরম্না অপরিচ্ছিন্ন (ভমথৈদবা) ওই হায়না খল্লী; অদুম ওইনমক ব্রজসুন্দরীশিংগী মতৌগুম্না শ্রুতিশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী চরণসেবা ফংখি—ব্রজদা গোপীদেহ ফংখি ব্রজগোপীশিংগী অনুগত ওইবগী মপান্না।

বৃহদ্বামন-পুরাণ-দগী খঙনে - শ্রুতি হায়না কৌবী দেবীশিংনা মতম য়াম্না কুইনা ভগবানবু স্তব তৌখি: মখোয়গী স্তব অদুদা পেল্লদুনা ভগবান্না মশক্তি উত্রগা (দৈববাণী ওইনা) বর নিজো হায়না মখোয়দা তাক্পিখি। মতমদুদা মখোয়না হায়জখি —ব্রজদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা মতৌদা ভজন তৌজনীজরে। মদুদা ভগবান্না হায়বিখি—"হে শ্রুতিশিং! নখোয়না পান্নহৌদি ওইথোকপদা রাগনি; অদুম ওইনমক ঐহাক নখোয়না হায়বদু য়ারগে, নখোয়না নীঙবা থুংগনি। ঐনা ভারতক্ষেত্রদা মথুরামণ্ডলদা অবতার তৌবা মতমদা নখোয়সু ঐগী উপপতিনি (নরাগেন্নী) হায়বা ভাব পুদুনা গৌজমল ফংগনি।" মসীগী মতুংদা শ্রুতিশিংনা মতম কুইনা ভগবানগী রূপ অদু চিন্তা তৌরম্মী অদুগা গোপীদেহ ফংলদুনা মতম চানা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংলম্মী। মখোয়না করম্না ভজন তৌরম্বগে হায়বদু শ্রীভাগবতম্দগী লৌখংলিবা শ্লোকসীদা মখোয়মক্না মচীনমক্তা থোরকখি।

২২৫ শ্লোকদা হায়রিবা রাগী প্রমাণী শ্লোক অসী। ব্রজগোপীশিংগী

ভাব লৌদুনা মখোয়গী তুং ইন্দুনা ( আনুগত্যদা ) ভজন তৌরম্মী হায়বগী-দমক শ্রুতি কৌবী দেবতাশিংনা মখোয় মখোয়না পুরম্বা ভাব অদুগী ওইফম থোকপা গোপীদেহ ফংদুনা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজখি।

মূল ২২৯-২৩০

'সমদৃশ' শব্দে কহে সেইভাবে অনুগতি।
'সমা' শব্দে কহে শ্রুতির গোপীদেহপ্রাপ্তি ॥ ২২৯ ॥
'অঙ্ঘ্রিপদ্মসুধা' কহে কৃষ্ণসঙ্গানন্দ।
বিধিমার্গে না পাইয়ে ব্রজে কৃষ্ণচন্দ্র ॥ ২৩০ ॥

শব্দার্থ

সমদৃশ-শব্দে – সমদৃশ শব্দনা; কহে—হায়; সেইভাবে—ভাব মতাদুদা; অনুগতি— তুংইনবা; সমা-শব্দে—সমা শব্দনা; কহে—হায়; শ্রুতির—শ্রুতিশিংনা; গোপীদেহ প্রাপ্তি—গোপীশিংগী হকচাং ফংবা; অঙ্ঘ্রিপদ্ম-সুধা—অঙ্ঘ্রিপদ্মসুধা শব্দনা; কহে—হায়; কৃষ্ণসঙ্গ-আনন্দ কৃষ্ণগা লোয়নবগী নুংঙাইবা; বিধিমার্গে—শাস্ত্রবিধি মতুং ইনবা ভক্তিনা; না পাইয়ে—ফংদে; ব্রজে—ব্রজদা; কৃষ্ণচন্দ্র—শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'সমদশ' শব্দগী অর্থদি ভাব মতাদুদা তুংইনবা হায়বনী। 'সমা' শব্দগী অর্থনা শ্রুতিশিংনা গোপীদেহ ফংবা হায়বনী। 'অঙ্ঘ্রিপদ্মসুধা শব্দগী অর্থনা কৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবগী নুংঙাইবা হায়বনী। শাস্ত্রবিধি ইন্দুনা তৌবা ভক্তিনা ব্রজদা কৃষ্ণচন্দ্রবু ফংদে।

## নৈনরোল

**সমদৃশ**—শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা শ্রীমদভাগবতমগী টীকাদা **সমদৃশ** শব্দগী অর্থ মসৌ অসূম্না ইরম্মী—সমদৃশঃ সমদৃষ্টয়ঃ তাসাং যস্মিন্ বর্ত্মনি দৃষ্টিস্তস্মিন্নেব বর্ত্মনি তদনুগত্যা দৃষ্টিং দদানা ইত্যর্থঃ। হায়বদি মখোয়গী গোপীশিংগী মিংয়েং তারিবা লম্বীদা মখোয়গী তুং ইন্দুনা লম্বীহু-মক্তা মিংয়েং-তাবী মখোয়মকপু **সমদৃশ** কৌরি।

শ্রীপাদ জীব গোস্বামীনা ইরম্মী—"সমদৃশঃ তদ্ভাবানুগতভাবাঃ সত্য ইত্যর্থঃ।" হায়বদি গোপীশিংগী ভাবকী তুংইনবা ভাব পুবা- মসী সমদৃশ শব্দগী অর্থনী।

**বিধিমার্গ**—বৈধীভক্তি। অনুরাগ য়াৎপা মরম্না শাস্ত্রগী শাসন কিবা মরমতনা মীওইবনা চঙলিবা ভক্তি মচাও অদুবু বৈধীভক্তি কৌয়ি। থরাইনা পাম্বা শ্রীকৃষ্ণ-ভজন-দা চঙলবদি অদুবু রাগানুগামার্গ কৌয়ি; থরাইনদি য়াওদবা অদুগা—শ্রীকৃষ্ণভজন তৌদ্রগদি মনৈদা নরক তাগনী, অসিনচিংবা কিবদগী ভজন তৌবদুবু বিধিমার্গ কৌয়ি।

রাগানুগা মার্গদা ভজন তৌরবদি শ্রীমন্নন্দব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণবু ফংঙী—রাফমসী হায়রগা তৌজিকৃমক হায়রি—রাগানুগামার্গদা ভজন তৌদ-দুনা বিধিমার্গদা ভজন তৌরবদি কদৌউদেসু ব্রজেন্দ্রনন্দনব ফংলোই। বিধি-মার্গগী ভজন তৌরগা বৈকুণ্ঠদা শ্রীকৃষ্ণগী অতৈ রূপ শ্রীনারায়ণচিংবা ফংগনী; অদুগা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু ফংবদি ওইবোই। "বিধিভক্ত্যে ব্রজ-ভাব পাইতে নাহি শক্তি॥ ...... ঐশ্বর্য্যজ্ঞানেতে বিধিভজন করিয়া। বৈকুণ্ঠেতে যায় চতুর্ব্বিধ মুক্তি পায়্যা॥ ১/৩/১৫—১৭॥"

ব্রজপরিকরশিংগী আনুগত্যদা ব্রজগী ভাব লৌবা নত্তনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ-সেবা ফংবা য়াদে হায়বসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অমা পল্লি।

মূল ২৩১

নায়ং সুখাপো ভগবান্ দেহিনাং গোপিকাসুতঃ।

জ্ঞানিনাঞ্চাত্মভূতানাং যথা ভক্তিমতামিহ॥ ২৩১॥

শব্দার্থ

ন—নত্তে; অয়ং—মসী; সুখাপঃ—লায়না ফংবা; ভগবান্—ভগবান্; দেহিনাম্—দেহবু মচানী হায়না খনবশিংগী; গোপিকাসুতঃ—যশোদাগী মপাবি শ্রীকৃষ্ণ; জ্ঞানিনাম্—জ্ঞানীশিংগী; চ—অমসুং; আত্মভূতানাম্ মচাদগী থোরকপশিংগী (ব্রহ্মা-শিব লক্ষ্মীনচিংবা ভগবানগী মচা মক্তদগী থোরকপা স্বরূপশিংনকাওবা); যথা—অদুগুম্না; ভক্তিমতাম্—ভক্তি-লৈবা মীশিংগা; ইহ—ইহলোকতা।

মৈতৈলোনা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা হায়রম্মী—গোপিকাগী মপারি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি-লৈবা মীশিংগী মফমদা লায়না ফংবগুম্না দেহবু মচামক্তী

খনবা মীতাশিংনা, দেহাভিমান-লৈতবা জ্ঞানীশিংনা, করি হায়নী ব্রহ্মা শিব অমদি লক্ষ্মীনচিংবা ভগবান্ মছামক ওইবা ( আত্মভূত ) স্বরূপশিংনফাওবা লায়না ফংবা ঙমদে।

## নৈনবোল

দেহীনাম—হকচাঙ্গ টিংবব্ আত্মানী হায়না লৌবা হায়বদি শেরান্ননা খডবা (দেহদা অভিমান লৈবা, মীশিংগী মায়কৈদা), নত্রগা জ্ঞানিনাং— দেহদা অভিমান লৈত্রবা জ্ঞানমার্গগী মীশিংগী মায়কৈদা, করি হায়নী আত্ম-ভূতানাং—ভগবানগী স্বরূপ ওইবশিংগী মায়কৈদস্থ ( ব্রহ্মাগা শিবগা মছামক্কী অবতারনী হায়দুনা আত্মভূত ওই, লক্ষ্মীনা ভগবানগী স্বরূপ-শক্তিনী হায়দুনা আত্মভূতনী ; অদুবু আত্মভূত ওইবশিংগী মায়কৈদস্থ ) গোপিকাগী মপারি ভগবান্ অসী ভক্তিমান্‌শিংগী মায়কৈদা ওইবহুম্না সুলভ (লায়না ফংনডাই) নত্তে। গোপিকাসুতঃ—যশোদাগী মপারি। খমথেংবা বাৎসল্যগী মশক ওইবী গোপিকা-যশোদাগী নামাদা মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মক্ তাকপগী তাৎপর্যাদি অসিনী মদুদি—শ্রীকৃষ্ণসে বাৎসল্যনা থুন্নবী যশোদাগী প্রেমগী মথাপোল্লী হায়বনী। মসিনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণদি দাস্য, সখ্য অমসুং মধুর ভাবচেনবা ব্রজপরিকরশিংগী প্রেমগী মথা পোল্লী হায়বসু তাকয়ি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজপরিকরশিংগী প্রেমগী মথা পোনবা মবন্না ব্রজপরিকরশিংনা চনবিদুনা শ্রীকৃষ্ণসেবাদা চেংহনবা মীদুগী প্রেমগী মথা পোনবনা শ্রীকৃষ্ণনা মীদুদ্ নৌশনবী। মরমদুনা ব্রজদা কৃষ্ণসেবা ফংগে হায়রবদি ব্রজপরিকরশিংগী আনুগত্য লৌদুনা ভজন তৌগদবনী—মদুদা ব্রজপরিকরশিংনা মাগী আনুগত্যবু য়াবিদুনা শ্রীকৃষ্ণসেবা য়াওহন্নী ঙমকয়ি। মসৌম্না ভজন তৌবা ভক্তিমতাং—ভক্তিমান্‌শিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ য়াম্না লায়না ফংনডাইনী ( সুখলভ্য-নী )।

শ্লোকসিদগী খডনা ওন্থী মদুদি—ব্রজপরিকরশিংগী আনুগত্য লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা মীশিংগী মফমদা কৃষ্ণ ফংবদি লায়না থোক্‌য়ি ; অদুগা আনুগত্য নৌদবা মখোয়দুনা—ব্রহ্মা, শিব, করি হায়নী স্বয়ং লক্ষ্মীদেবী ওইবফাওবদা- ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংলোই। মতৌ অসুম্না অন্বয় অমসুং ব্যতিরেক অনীমক্তা উৎলিবদি অসিনী মদুদি—ব্রজপরিকরশিংগী আনু-গত্যদা রাগানুগামার্গগী ভজন তৌরবদদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংবা য়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাগানুগামার্গগী সাধক অমনা মাগী ) সিদ্ধদেহতু খনজরগা মফম-তুমক্তদা ( শ্রীবৃন্দাবন-দা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা শান্নবমদা ) সেবা তৌয়ি। সেবা তৌনীঙবী মঞ্জরী ( মনাই-নুপী ) ওইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরণ ফংজে।

## নৈনরোল

**সিদ্ধদেহ**—ভাব কা-চনবা অন্তশ্চিন্তিত দেহ। শ্রীগুরুদেবনা দীক্ষা-সেবক অদুগী সিদ্ধদেহ করি ওইরগদে হায়বদু তাক্পিগনী। সখীভাবে—সেবাদা মায়-ওনশনবী মঞ্জরী ( দাসী ) ওইনা রাগানুগামার্গদা গোপীভাব লৌবা সাধক অমনা পামজবা করিনো হায়বদু শ্রীলনরোত্তমদাস ঠাকুর-মহাশয়গী প্রার্থনা ( লালসা ) দগী লৌথোক্পা মখাগী পদশিংনা তাক্লি, মদুদি—"এই নবদাসী বলি শ্রীরূপ চাহিবে। হেন শুভদিন মোর কত দিনে হবে।" শীঘ্র আজ্ঞা করিবেন দাসী হেথা আয়। সেবার সুসজ্জা কার্য্য করহ ত্বরায়॥" "কোথায় পাইলে রূপ এই নব দাসী। শ্রীরূপ মঞ্জরী তবে দোঁহা বাক্য শুনি। মঞ্জুলালী দিল মোরে এই দাসী আনি॥ অতি নম্রচিত্ত আমি ইহারে জানিল। সেবাকার্য্য দিয়া তবে হেথায় রাখিল॥" "সুগন্ধি চন্দন, মণিময় আভরণ, কৌষিক-বসন-নানা-রঙ্গ। এই সব সেবা যার, দাসী যেন হঙ তার, অনুক্ষণ থাকি তার-সঙ্গে॥"

মূল ২৩২

গোপী অনুগতি বিনা ঐশ্বর্য্য জ্ঞানে।

ভজিলেহ নাহি পায় ব্রজেন্দ্রনন্দনে॥ ২৩২॥

শব্দার্থ

গোপী অনুগতি—ব্রজগোপীশিংগী তুংইনবা; বিনা—নত্তনা; —ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানে—ঈশ্বরনি হায়না খন্দুনা; ভজিলেও—ভজন তৌরবসু; নাহি পায—ফংদে; ব্রজেন্দ্রনন্দনে—ব্রজনিংথৌ-মপারিবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগোপীশিংগী মতুং ইন্নবদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞানমার্গদা ভজন তৌরবসু ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণবু সাধক না ফংদে।

## নৈনরোল

**গোপী-অনুগতি বিনে**—কান্তাভাবকী সেবাদা ব্রজগোপীশিংগী আনুগত্য ( তুংইনবা ) নত্তনা। **ঐশ্বর্য্যজ্ঞানে**—শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী, অনন্ত কোটি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী অমতা-ঙায়বা মপুনী, অদুগা ঐহাক্না মহাক্না চাংদম্নবদা লৈঙোইগী লৈচেং অমদগীসু হেন্না পীক্‌য়ি হায়বা ভাব অসী মতম পূম্বদা অসুম খন্দুনা।

মূল ২৩৫

তাহাতে দৃষ্টান্ত—লক্ষ্মী করিলা ভজন।
তথাপি না পাইল ব্রজে ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২৩৫ ॥

শব্দার্থ

তাহাতে—মদুদা ( মদুগী ); দৃষ্টান্ত—খুদমদি ; লক্ষ্মী—বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মী দেবী ; করিলা ভজন—ভজন তৌরম্মী ; তথাপি—অদুম ওইনমক্ ; না পাইল—ফংখিদে ; ব্রজে—ব্রজদা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌমপারিবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মদুগী খুদমদি অসিনী মদুদি—বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মী দেবীনা ভজন তৌরম্মী। তৌন তৌনমক ব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দনবু ফংখিদে।

## নৈনরোল

**তাহাতে দৃষ্টান্ত**—গোপীশিংগী আনুগত্য লৌদ্রগা ঐশ্বর্য্য জ্ঞানতনা ভজন তৌরগা ব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দনবু ফংবা য়াদে হায়বগী খুদমদি লক্ষ্মীনী।

লক্ষ্মীদেবী বৈকুণ্ঠগী মবেম্মনী ; ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা অমসুং মায়কৈ-ঙাক্‌পা লাইশিংনা মহাক্কী চরণ-সেবা তৌরি ; কনামতগী তুংইনবা (আনুগত্য) মহাক হৈনদবীনী ; মবেম্মা ওইবদনী মহাক্না হৈনবদি। মবুংঙো-মবেম্মা ওইবশিং অমতনা অতোপ্পগী তুংইন্দুনা খা-থোংবা হায়বদু খাঙবা ঙমজদে ; মরমদুনা ওইরমান্নে লক্ষ্মীদেবীনা ব্রজগোপীশিংগী আনুগত্য

লৌরমদবা ; মতুগী ফল ওইনা য়াম্না কন্না ভজন তৌতুনস্থ মহাক ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংলম্দে ; মতুগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা লৌখৎলগা থেংলি। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ-সেবা পামতুনা লক্ষ্মীদেবীনা অকন্বা তপস্যা তৌখি হায়বগী প্রমাণ শ্রীমদ্ভাগবতম্দা উবা ফংভী ॥মতুদি—॥১০/-১৬/৩৬ ॥"

মূল ২৩৬

নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ।
স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ।॥
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠ-
লব্ধাশিষাং য উদগাদ্ব্রজসুন্দরীণাম্ ॥ ২৩৬ ॥

মসিগী শব্দার্থনচিংবদি /২/৮/৮০ শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু।

মূল ২৩৭

এত শুনি প্রভু তাঁরে কৈল আলিঙ্গন।
দুইজনে গলাগলি করেন ক্রন্দন॥ ২৩৭ ॥

শব্দার্থ

এত—ময়ামসী ; শুনি—নাকোংনা তারগা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু (রায় রামানন্দবু) ; কৈল—তৌরম্মী ; আলিঙ্গন—কোন্বা ; দুইজনে - অনীতুনা ; গলাগলি—ঙক্-কোন্নতুনা ; করেন-তৌয়ি ; ক্রন্দন—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রা ময়ামসী নাকোংনা তাবগা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মহাক্পু কোল্লম্মী। মখোয় অনী ঙক্-কোয়রগা কপ্ মিন্নরম্মী।

মূল ২৩৮

এই মত প্রেমাবেশে রাত্রি গোঙাইলা।
প্রাতঃকালে নিজনিজকার্য্যে দোঁহে গেলা॥ ২৩৮ ॥

এই মত—মতৌঅসুম্না ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা আবেশ ওইতুনা ;

শব্দার্থ

রাত্রি— অহিং ; গোঙাইলা—লেন্খি ; প্রাতঃ কালে—অয়ুক্তা ; নিজ নিজ —মছা মছাগী ; কার্য্যে—থবক্তা ; দোঁহে— অনীছু ; গেলা— চৎনখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রেমাবেশদা অহিং লেপ্লম্মী । অয়ুক ওয়া লন্নাই-লন্নাইগী থবক্তা অনীদো লেগুখিরম্মী ।

মূল ২৩৯

বিদায়-সময়ে প্রভুর চরণে ধরিয়া ।
রামানন্দরায় কহে বিনতি করিয়া ॥ ২৩৯

শব্দার্থ

বিদায়-সময়ে—কায়নরম্দাইদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণে—খোঙদা ; ধরিয়া—পায়দুনা ; রামানন্দরায়—শ্রীরামানন্দরায়না ; কহে—হায়রম্মী ; বিনতি করিয়া—নোল্লুক্না হঙ্গৎলগা, প্রার্থনা তৌবগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কায়নরম্দাইদা রামানন্দ রায়না প্রভুগী চরণ পায়দুনা নাপোল্লুক্না হঙ্গৎলম্মী ।—

মূল ২৪০

মোরে কৃপা করিতে প্রভুর ইহাঁ আগমন ।
দিন দশ রহি শোধ মোর দুষ্টমন ॥ ২৪০ ॥

শব্দার্থ

মোরে—ঐবু ; কৃপা করিতে—থৌজানবিগে হায়না , প্রভুর—প্রভুগী ( প্রভুনা ) ; ইহাঁ—মফমসিদা ; আগমন—লেঙ্ডকপা (চৎইরগদি) , দিন-দশ—তুমীৎ তরানিরোম ; রহি—লৈরিদুনা ; শোধ—শুদোক-চামথোকপিয় ; মোর—ঐগী ; দুষ্টমন—ফৎত্রবা পুক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবু থৌজানবিগে হায়না মফমসিদা লেঙ্ডকপা ( চৎইরবোইদি ) সুমিৎ তরানিদা লৈথরিদুনা ঐগী ফৎত্রবা পুক অসী শেংদোকপিরো ।

## মূল ২৪১

তোমা বিনা অন্য নাহি জীব উদ্ধারিতে।
তোমা বিনা অন্য নাহি কৃষ্ণপ্রেম দিতে ॥ ২৪১ ॥

## শব্দার্থ

তোমা—নহাক ; বিনা—নত্তনা ; অন্য—অতোপ্পা অমা ; নাহি—লৈতে ; জীব উদ্ধারিতে—জীববু লান্‌বিনবা ; তোমা বিনা—নহাক নত্তনা ; অন্য—অতোপ্পা ; নাহি—লৈতে ; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা ; দিতে—পীবিনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( হে প্রভু ! ) নহাক নত্তনা জীববু লান্‌বিনবা অতোপ্পা কনামা লৈতে । নহাক নত্তনা কৃষ্ণপ্রেম পীবিনবা অতোপ্পা কনামা লৈতে ।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণপ্রেম**—করিগুম্বা গ্রন্থদা **ব্রজপ্রেম** হায়না লৈ । মহাপ্রভুসে স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমকী হায়না রায় রামানন্দনা অনুভব তৌরম্মী ; মরমঅদুনা মানা হায়রম্লিবনী—"তোমা বিনা অন্য নাহি কৃষ্ণ প্রেম দিতে।" মরমদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা ভগবৎস্বরূপ অমতনা ব্রজপ্রেম পীবা ঙমদে। "সন্ত্ববতারা বহবঃ পঙ্কজনাভস্য সর্ব্বতোভদ্রাঃ। কৃষ্ণাদন্যঃ কো বা লতাস্বপি প্রেমদো ভবতি।"

## মূল ২৪২

প্রভু কহে আইলাঙ শুনি তোমার গুণ।
কৃষ্ণকথা শুনি শুদ্ধ করাইতে মন ॥ ২৪২ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; আইলাঙ—ঐ লাকপনী ; শুনি—নাকোংনা তাদুনা ; তোমার গুণ—নহাক্কী গুণ ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী বারী ; শুনি—নাকোংনা তারগা ; শুদ্ধ—শেংলবা ; করাইতে—ওইহনগে হায়না ; মন—পুক্নিঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ঐহাক্ নহুগ তাদুনা লাক্‌পনী—( নঙোন্দগী ) কৃষ্ণকথা তারগা ইপুক শেংদোকহনগে হায়দুনা ।

## মূল ২৪৩

যৈছে শুনিল, তৈছে দেখিল তোমার মহিমা।
রাধাকৃষ্ণপ্রেমরস-জ্ঞানের তুমি সীমা ॥ ২৪৩ ॥

### শব্দার্থ

যৈছে—শুম্না ; শুনিল—নাকোংনা তারকৃয়ি ; তৈছে—শুম্না : দেখিল —উররে ; তোমার—নহাক্কী ; মহিমা—মতীক-মন্নাই ; রাধাকৃষ্ণপ্রেমরস —রাধাকৃষ্ণ মুংশিনবগী রা ; জ্ঞানের—খঙবগী ; সীমা—ভম্‌খৈনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈনাকোঙনা তারকৃপগা মান্ননা নঙগী মহিমা উররে। নঙদি রাধাকৃষ্ণ-প্রেমরস খঙবগী ভম্‌খৈনী।

## নৈনরোল

**যৈছে শুনিল**—সার্বভৌম ভট্টাচার্যাগীদগী প্রভুনা নাকোঙদা তারক-পশুম্না। **জ্ঞানের তুমি সীমা**—রাধাকৃষ্ণগী প্রেমরসগী তত্ত্ব অমসুং মখোয়-নীগী লীলা শাস্ত্রবগী তত্ত্ব নহাক মপুঙফানা খোং-খোংনা খঙঈ।

## মূল ২৪৪

দশদিনের কা কথা যাবৎ আমি জীব।
তাবৎ তোমার সঙ্গ ছাড়িতে নারিব ॥ ২৪৪ ॥

### শব্দার্থ

দশদিনের—তুমীং তরানিদগী : কা—করি ; কথা—রানো ; যাবৎ — মতমতুফাওবা ; আমি—ঐনা ; জীব—হিংগনী ; তাবৎ—মতমতুফাওবা ; তোমার সঙ্গ—নঙগী সঙ্গ ; ছাড়িতে—থাদোকপা : নারিব—ঙম্মোই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীং তরানিদং লৈখো হায়বদো- তরানিদগী রা নত্তে। ঐনা হিংলিব-কাওবা নঙবু থাদোকপা ঙম্মোই।

## মূল ২৪৫

নীলাচলে তুমি-আমি রহিব একসঙ্গে।

সুখে গোঙাইব কাল কৃষ্ণকথা-সঙ্গে ॥ ২৪৫ ॥

## শব্দার্থ

নীলাচলে-- নীলাচলদা ; তুমি-আমি—নঙ-ঐ ; রহিব—লৈগনী ; একসঙ্গে—লোয়ননা ; সুখে-- মুংঙাইনা ; গোঙাইব—লেন্‌গনী ; কাল—মতম ; কৃষ্ণকথারঙ্গে—কৃষ্ণকথাগী মথেন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচলদা নঙগা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নগনী। কৃষ্ণকথা মথেল মথেল ঙাঙনদুনা মতম মুংঙাইনা লেন্‌গনী।

## মূল ২৪৬

এত বলি দোঁহে নিজ নিজ কার্যে গেলা।

সন্ধ্যাকালে রায় পুন আসিয়া মিলিলা ॥ ২৪৬ ॥

### শব্দার্থ

এত অসিথক ; বলি—হায়রগা ; দোঁহে—অনীনা ; নিজ নিজ—মছা মছাগী ; কার্যে—থবক-তা ; গেলা—চৎনখি ; সন্ধ্যাকালে - য়াচঙবা মতমদা ; রায় - রামানন্দ রায় ; পুন অমুক হন্না ; আসিয়া - লাক্লুনা ; মিলিলা—উনরৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রা অসুকৃথক হায়নরগা অনীমক্না মাগী মাগী থবক্কীদমক চৎনরম্মী। য়াচঙবা মতমদা রায় রামানন্দনা অমুক লাক্লুনা উনরৈ।

## মূল ২৪৭

অন্যোন্যে মিলিয়া দোঁহে নিভৃতে বসিয়া।

প্রশ্নোত্তরগোষ্ঠী করে আনন্দিত হঞা ॥ ২৪৭ ॥

## শব্দার্থ

অন্যোন্যে—অমগা অমগা, মশেল মশেল ; মিলিয়া—উনদুনা ; দোঁহে

—অনীদুনা ; নিভৃতে—অচীক্পদা ; বসিয়া—ফমদুনা ; প্রশ্ন-উত্তর—রাহং-পাউখুমগী ; গোষ্ঠী—রারী-রাতাই ; করে—তৌরি; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হঞা—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহৈ মহৈ অমীদু উনরগা অচীক্পদা ফমদুনা রাহং-পাউখুম তৌনদুনা রারী-রাতাই নুংঙাইননা শানৈ।

## মূল ২৪৮

প্রভু পুছে রামানন্দ করেন উত্তর।

এইমত সেই রাত্রি কথা পরস্পর ॥ ২৪৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; পুছে—হংঙী ; রামানন্দ—রায় রামানন্দনা ; করেন উত্তর—পাউখুম পী ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; সেই রাত্রি—অহিং অদুদা ; কথা—রারী ( শানৈ ) ; পরস্পর—অমগা অমগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা রা হংঙী অদুগা রায় রামানন্দনা পাউখুম্মী। মতৌ অসুম্না অহিং চুপ্পদুনা অমগা অমগা রারী শানৈ।

## মূল ২৪৯

প্রভু কহে—কোন্ বিদ্যা বিদ্যামধ্যে সার ?।

রায় কহে—কৃষ্ণভক্তি বিনা বিদ্যা নাহি আর ॥ ২৪৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কোন বিদ্যা—করম্বা বিদ্যানা ; বিদ্যামধ্যে—বিদ্যা মরক্তা ; সার—মচিনো ; রায় কহে—রায়না হায় ; কৃষ্ণভক্তি-বিনা—কৃষ্ণভক্তি নত্তনা ; বিদ্যা—খঙননবা পাম্বৈ ; নাহি—লৈতে ; আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হংলম্মী—করম্বা বিদ্যানা ( খঙননবা উপায়না ) বিদ্যাশিংগী মরক্তা মচি ওইবগে ? রায় রামানন্দনা খুল্লম্মী—কৃষ্ণভক্তি নত্তনা অতৈ বিদ্যা অমা লৈতে।

### শব্দার্থ

সম্পত্তিমধ্যে—লন্‌শিংগী ; মধ্যে—মনুঙদা ; জীবের—জীবগী ; কোন্—করম্বা , সম্পত্তি—লনবু ; গণি—শীংথানগনী ; রাধাকৃষ্ণপ্রেম—রাধাকৃষ্ণবু লুংশিবা ; যার—মাগী ( ওই ) ; সেই—মহাক্তমক ; বড়—অচৌবা ; ধনী—লৈল্লেবনী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হংলম্মী)— লন্থুম ময়ামগী মরক্তা জীবগী করম্বা লনবু শীংথানগনী ? (রায়না খুল্লম্মী)—রাধাকৃষ্ণবু লুংশিবা মহাক্তুমক লৈল্লেবা অচৌবনী ।

### মূল ২৫২

দুঃখ মধ্যে কোন্ দুঃখ হয় গুরুতর ? ।
কৃষ্ণভক্ত বিরহ বিনু দুঃখ নাহি আর ॥ ২৫২ ॥

#### শব্দার্থ

দুঃখ অরাবা মরক্তা ; কোন্ করম্বা ; দুঃখ অরাবনা ; হয়—ওই ; গুরুতর—হেন্না শাথিবা ; কৃষ্ণভক্তবিরহ—কৃষ্ণভক্তপা কায়নবা ; বিনু—নত্তনা ; দুঃখ—অরাবা ; নাহি—লৈতে ; আর—অতৈ ;

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী )—অরাবা মরক্তা করম্বা অরাবনা শাথিবা হেন্নী ? ( রায় না খুম্মী )—কৃষ্ণভক্তপা কায়নবা নত্তনা অতৈ অরাবা অমা লৈতে ।

### মূল ২৫৩

মুক্তমধ্যে কোন্ জীব মুক্ত করি মানি ? ।
কৃষ্ণপ্রেম যার সেই মুক্তশিরোমণি ॥ ২৫৩ ॥

#### শব্দার্থ

মুক্ত—অরান্-খুভম ফংবা মী ; মধ্যে—মরক্তা ; কোন্ জীব—করম্বা জীববু ; মুক্ত করি—মুত্তনী হায়না ; মানি—য়াগনী ; কৃষ্ণপ্রেম যার—কৃষ্ণপ্রেম মহাক্কী ( লৈবা ) ; সেই—মহাক্তুমক ; মুক্তশিরোমণি—মুক্তশিংগী মকোক্কী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুক্তশিংগী মরক্তা করম্বা জীববু মুক্তনী হায়না লৌগনী ? কৃষ্ণপ্রেম লৈবা মাতনা মুক্ত মকোক্নী।

## মূল ২৫৪

গানমধ্যে কোন্ গান জীবের নিজধর্ম্ম ?।

রাধাকৃষ্ণের প্রেমকেলি যে গীতের মর্ম্ম ॥ ২৫৪ ॥

## শব্দার্থ

গান—ঈশৈ ; মধ্যে—মরক্তা ; কোন্ গান—করম্বা ঈশৈনা ; জীবের জীবগী ; নিজধর্ম্ম—মচাগী মথৌনা (ধর্ম্মনো) ; রাধাকৃষ্ণের—রাধাকৃষ্ণগী ; প্রেমকেলি—প্রেমগী লীলা ; যে—করম্বা ; গীতের—ঈশৈগী ; মর্ম্ম—মথরাইনো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংলী ) ঈশৈ ময়াম মরক্তা করম্বা ঈশৈনা জীব মচাগী মথৌনা ( হায়বদি জীবনা শক্কদোবনো ) ? ( রামানন্দনা খুম্মী )—রাধা-কৃষ্ণ গী প্রেম লীলানা (জীবনা শক্কদোবা) ঈশৈচুমক্কী মথরাইনী (মর্ম্ম-নী)।

## নৈনরোল

জীবদি নিত্যকৃষ্ণদাসনী ( মতম পূম্বদা কৃষ্ণগী মনাইনী ) হায়বা মরম্না শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবা তৌবনা জীবগী ধর্ম্মনী হায়বদি মহাক্কী স্বরূপকী মতুং ইন্বা মথৌনী : রাধাকৃষ্ণগী লীলা কীর্তন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্বদি অতৈ থবক্না পেন্বদগী পুক্চেন্ হেল্লী। মরমচুনা রাধাকৃষ্ণগী লীলা শক্-শোন্বনা জীব মচামক্কী ওইবা মথৌনী।

## মূল ২৫৫

শ্রেয়োমধ্যে কোন্ শ্রেয়ঃ জীবের হয় সার ?।

কৃষ্ণভক্তসঙ্গ বিনা শ্রেয়ঃ নাহি আর ॥ ২৫৫ ॥

## শব্দার্থ

শ্রেয়ঃ—মঙ্গল (য়াইফবা) ; মধ্যে—মরক্তা ; কোন্—করম্বা ; শ্রেয়ঃ—মঙ্গল ; জীবের—জীবগী ; হয়—ওই ; সার—মচি ; কৃষ্ণভক্তসঙ্গ—কৃষ্ণগী ভক্তগা তৌবা সঙ্গ ; বিনা—নত্তনা ; শ্রেয়ঃ—মঙ্গল ; নাহি—লৈতে ; আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী )—মঙ্গলগী মরক্তা করম্বা মঙ্গলগী থবক্না জীবগী ফবা থবক্নো ? ( রায়না খুম্মী )— কৃষ্ণগী ভক্তগা মঙ্গ তৌবা নত্তনা মঙ্গলগী থবক অতৈ অমা লৈতে।

## মূল ২৫৬

কাহার স্মরণ জীব করে অনুক্ষণ ? ।

কৃষ্ণ-নাম-গুণ-লীলা প্রধান স্মরণ ॥ ২৫৬ ॥

শব্দার্থ

কাহার—কনাগী (কনাবু) ; স্মরণ—নীংশীংবা ; জীব করে—জীবনা তৌবা চুম্মী ; অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা . কৃষ্ণনামগুণ-লীলা—শ্রীকৃষ্ণগী নাম-গুণ-অমসুং লীলানা ; প্রধান—মথোইবা ; স্মরণ—নীংশীংনবাই (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী ) কনাব নীংশীংগনী মতম পুম্বদা জীবনা ? ( রায়না খুম্মী )—নীংশীংনবাই মখোক ওইবা পোত্তি কৃষ্ণগী নামগা গুণগা অমসুং লীলাগা অসিনী।

## লৈনরোল

**কৃষ্ণনাম-নীংশীংবা**- "স্মর্তব্যঃ সততং বিষ্ণুঃ" ( পদ্মপুরাণ ৭২/১০০ ) হায়বা বচনসিগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণবু নীংশীংবা হায়বা খ্বাইগী মখোক ওইবা অমসুং অমতা হায়না থবকনী। "সাধন স্মরণলীলা, ইহাতে না কর হেলা।" "মনের স্মরণ প্রাণ"—অসিনচিংবসি স্মরণগী মরমদা শ্রীনরোত্তমঠাকুর মহাশয়না হায়রম্বনি।

## মূল ২৫৭

ধ্যেয় মধ্যে জীবের কর্তব্য কোন্ ধ্যান ? ।

রাধাকৃষ্ণপদাম্বুজধ্যান প্রধান ॥ ২৫৭ ॥

শব্দার্থ

ধ্যেয়—ধ্যান তৌনবাই পোৎ ; মধ্যে—মরক্তা ; জীবের—জীবগী ; কর্তব্য—তৌফম থোকপা ; কোন্ ধ্যান—ধ্যান করম্বনো ; রাধাকৃষ্ণ—রাধাকৃষ্ণগী ; পদ-অম্বুজ—খোঙ থম্বাকবু ; ধ্যান—অচুম খন্দুনদা লৌবনা ; প্রধান—মথোইবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী )—ধ্যান তৌনবাই পোল্লক্তা জীবনা তৌকম থোক্পা ধ্যান করম্বনো ? ( রামানন্দনা খুম্মী )—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী খোঙ-থম্বালবু তৌবা ধ্যান অদুনা খ্বাইগী মকোন্নী ।

## মূল ২৫৮

সর্ব্ব ত্যজি জীবের কর্ত্তব্য কাহাঁ বাস ? ।

ব্রজভূমি বৃন্দাবন—যাহাঁ লীলা রাস ॥ ২৫৮ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্ব পুম্নমক ; ত্যজি—থাদোক্লুনা ; জীবের—জীবগী ; কর্ত্তব্য—তৌফমথোক্পা ; কাহাঁ কদায়দা ; বাস—লৈবা ; ব্রজভূমি—ব্রজলৈপাক ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; যাহাঁ—মফমদুদা ; লীলা রাস—রাসলীলা (শান্নে) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী ) জীবনা পুম্নমক থাদোক্লগা কদায়দা পুন্না লেনফম্ থোক্লি । (রামানন্দনা খুম্মী) রাসলীলা শান্নখিবা মফম ব্রজভূমি বৃন্দাবন অদুদা ।

## মূল ২৫৯

শ্রবণমধ্যে জীবের কোন শ্রেষ্ঠ শ্রবণ ? ।

রাধাকৃষ্ণপ্রেমকেলি কর্ণরসায়ন ॥ ২৫৯ ॥

### শব্দার্থ

শ্রবণ নাকোঙনা তাগদবা পোৎশকী ; মধ্যে—মরক্তা ; জীবের—জীবগী ; কোন করম্বনা ; শ্রেষ্ঠ খ্বাইদগী হেন্বা ; শ্রবণ—নাকোঙনা তাগদবা পোৎশকনা ; রাধাকৃষ্ণপ্রেমকেলি—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী নুংশিনবগী লীলা ; কর্ণরসায়ন নাকোঙ-পেন্নহৌহন্নী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী )—নাকোঙনা তাভুনবা লৈগদবা পোৎলক্তা করম্বা পোৎনা খ্বাইপুম্নদগী হেল্লী ? (রামানন্দনা খুম্মী)—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমনা বিষয় ওইবা লীলানা নাকোঙ-পেনবা-হেল্লী ।

## মূল ১৬০

উপাস্যের মধ্যে কোন্ উপাস্য প্রধান ? ।
শ্রেষ্ঠ উপাস্য—যুগলরাধাকৃষ্ণ নাম ॥ ২৬০ ॥

## শব্দার্থ

উপাস্যের—লাংননাইগী ( উপাসনা তৌনমগী ) ; মধ্যে—মরক্তা ; কোন্—করম্বা ; উপাস্য—লাংনফম্বা ; প্রধান—মকোক্কো ; শ্রেষ্ঠ—খ্বাইদগী হেন্বা ; উপাস্য—লাংনফমদি ; যুগলরাধাকৃষ্ণ নাম—রাধাকৃষ্ণ বোৌনা যুগল ( অনীনা পূন্বা ) মতুগা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী মিংলোন ।

### মৈতেলোনদা চন্দোকপা

( প্রভুনা হংঙী )—লাংনফমগী মরক্তা কনানা খ্বাইদগী হেন্বা লাংনফম্নো ? ( রামানন্দ রায়না খুম্মী )—খ্বাইদগী হেন্বা লাংনফমদি যুগলরাধাকৃষ্ণ নাম অদুনী মতুগা রাধাকৃষ্ণ বোৌনা অনীদুনা ।

## নৈনরোল

**যুগলরাধাকৃষ্ণনাম**—রাধা কৃষ্ণ বোৌনা যুগল ( অনী ) ; শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ বোৌনা যুগল ( অনী ) অদুনা খ্বাইদগী হেনবা উপাস্যনী । শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা পুন্নবা ( যুগলিত ওইবা ) স্বরূপ তি পরম স্বরূপনী । হায়রুনা মথৌ য়র্নীনা পরম উপাস্যনী । মতুগা, নামগা ( মিংগা ) অমসুং নামীগা ( মিংগী মপুগা ) খেন্নদবা মরম্না শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী মিংলোন ( নাম ) অদুনা উপাস্য মকোক্নী । "রাধেতি নাম নবসুন্দরশীতমুগ্ধং কৃষ্ণেতি নাম মধুরাদ্ভুতগাঢ়দুগ্ধম্ । সর্বক্ষণং সুরভিরাগহিমেন রম্যং কৃত্বা তদেব পিব মে রসনে ক্ষুধার্তে ॥ 'রাধা' হায়বা মিংলোন অসী অনৌবা অমসুং যঙবা অমৃত শুদ্ধ পূর্কীগু তুবনী ; অদুগা 'কৃষ্ণ' হায়বা মিংলোননি খোৎলা অমসুং অঙকপা গঙ-গঙ লাউবা শঙ্গোমগা পাংথক্লী । হে খৌরাঙনা-থোত্তরবা লৈয়ো, সুরভিরাগ ( অনুরাগ )-শুম্ব হিম-না (চিং) চ উংহন্বা নামদি মতম পুম্বদা থক্উ । দাসগোস্বামীগী অভীষ্টরচন /১০।" শ্রীল নরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—"যুগলচরণে প্রীতি, পরম আনন্দ তথি, রতিপ্রেম হউ পরবন্ধে। কৃষ্ণনাম রাধানাম, উপাসনা-রসধাম, চরণে পড়িয়া পরানন্দে ॥ প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা ॥ ৫৪ ॥ রাধাকৃষ্ণ নাম গান, সেই সে পরমধ্যান, আর না

মতুং ইন্ৱা ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা আনন্দ খরদং ফংডোদি হায়ৱবু ব্রহ্মাদা আনন্দগী মখল-মথেল ( বৈচিত্রী ) লৈতবা মরম্না আনন্দ-বৈচিত্রী অনুভব তৌবদি ঙমদে।

অদুগা, ভক্তি-পাম্বা মীশিংগীদি সিদ্ধাবস্থাদা মচা মচাগী ভাব-ভাব-তুগা চুনবা পার্ষদদেহদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈদুনা ভাব-কা চুনবা লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবা ঙম্মী। মখোয়গী অসিগুম্বা সেবা-ফাববু দেবদেহদা লৈবগা মান্নৈ হায়রি ; মদুগী মরমদি অসিনী, দেবদেহদা-চঙবা জীবশিংনা মনীঙ তম্না মখলমথাগী লুপ্তাইবা ফংবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী পার্ষদভক্তদি মখল-মথেলগী লীলা-রস চপ্লুনা লুপ্তাইবা মথেল মথেল ফংবা ঙম্মী।

মূল ১৬১

অরসজ্ঞ কাক চুষে জ্ঞাননিম্বফলে।

রসজ্ঞ কোকিল খায় প্রেমাম্রমুকুলে ॥ ১৬১ ॥

শব্দার্থ

অরসজ্ঞ—প্রেমরস-খঙদনবা ; কাক—হাক্কা ; চুষে—চুপ্পী ; জ্ঞান-নিম্বফলে—ঈশ্বরগা জীবগা অমত্তনী হায়বা জ্ঞানগী মশক ওইবা নিমগী উচে ; রসজ্ঞ—প্রেমরসখঙবা ; কোকিল—ভক্তগী মশক ওইবা কোকিল হায়বা উচেক্না ; খায়—চায় ; প্রেমাম্রমুকুলে—কৃষ্ণপ্রেমগী-মশক-ওইবা হৈনৌ ময়োন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমরস খঙদবা হাক্কা জ্ঞানগী মশক ওইবা নিমগী উচে চুপ্পী অদুগা কৃষ্ণপ্রেমরস খঙবা ভক্তগী মশক-ওইবা কোকিলখোয়না কৃষ্ণপ্রেমগী মশক হৈনৌ-ময়োন্ ( আম্রমুকুল ) চায়।

লৈনরোল

হাক অমসুং কোকিলগী খুদম্না মুক্তজীবগা থেম্নদ্র উংলি। অরসজ্ঞ কাক—প্রেমরস করিনো হায়বা খঙদ্রবা জ্ঞানমার্গগী সাধক অমগী মশক-ওইবা কাক ; জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংনা সাযুজ্য হায়বা মুক্তি তু পাম্মী, মরম-দুনা মখোয়দি প্রেমরসগী মর্ম করিনো হায়বা খঙদে ; মরমদুনা মখোয়বু হাক্কী হায়রিবনী ; মবমদি, হাকনা অহাওবা হৈনৌ ময়োন্ চাদে ; অদুগী

মতুঙ্গা হাউতবা নিংগী উহৈ চায়। মত্তৌ অদুম্মা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বা জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংনা ভক্তিরস থক্লক্তদে, সাযুজ্যমুক্তি পাম্মী। সাযুজ্যমুক্তিদদি লীলা য়াওদে অমসুং আনন্দগী মখল-মথেলসু য়াওদে। অদুগা রসজ্ঞ কোকিল—কৃষ্ণগী প্রেম-রস-খঙবা ভক্তরূপ কোকিল হায়রিবনী। ভক্তিমার্গগী সাধকশিংনা পামজবা অমখক্তং লৈরিবদি শ্রীকৃষ্ণ-সেবানী। মখোয়বু কোকিলশিংগা পাংথক্লী হায়রি। মরমদি কোকিলনা অহাউবা আম্রমুকুলতবু পাম্বগুম্না মখল-মথেল-নাইবা রসগী থোরক্ফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমতুদবু পাক্ষম থোকপা পোত্তানী হায়না লৌয়ি।

## মূল : ২৬৩

অভাগিয়া জ্ঞানী আস্বাদয়ে শুষ্কজ্ঞান।

কৃষ্ণপ্রেমামৃতপান করে ভাগ্যবান্॥ ২৬৩॥

### শব্দার্থ

অভাগিয়া — লাইবক-থীবা; জ্ঞানী— জ্ঞানীমার্গগী সাধকনা। আস্বাদয়ে — মাহাও তাই; শুষ্কজ্ঞান — চংনবা জ্ঞান হায়বদুদু; কৃষ্ণপ্রেমামৃতপান করে — কৃষ্ণপ্রেমগী মশক ওইবা অমৃত ফাল্লী। ভগবান্ — লাইবক ফবা মীশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইবক থীবা জ্ঞানীনা (জ্ঞানমার্গগী সাধকনা) চংনবা জ্ঞান মহাও তাই। অদুগা লাইবক-ফবা মীনা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা অমৃততু ফাল্লী।

## নৈনরোল

**অভাগিয়া জ্ঞানী**— জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংনা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়না খল্লী, অদুনা নির্ব্বিশেষ (শকলইদবা) ব্রহ্মদা তিনবা (সাযুজ্যমুক্তি) হায়বদু ফংলগা লোইরে হায়। রসবৈচিত্রীগী (রসগী মখল-মথেলগী) মহাও-ফবা উমদে হায়দুনা জ্ঞানী কৌবা সাধকশিংনা লাইবকথীবা (অভাগিয়া) হায়রিবনী। **শুষ্কজ্ঞান**—রসগী মখল মথেল-য়াওদবা জ্ঞান হায়বদি জীবগা ঈশ্বরগা অমত্তনী হায়বা জ্ঞান। জ্ঞানসী রসবৈচিত্রী য়াওদবনী চংনবা পোংকী মহাওগুম্নে হায়রিবনী।

২৪৭-২৬১-পয়ারদা হায়রিবা রাহৈশিংসে সাধনতত্বগী মস্থংচন্‌বা ওাক্নী। ২০৪-২৩৩ পয়ারদা হায়রিবা সাধনগী অঙ্গী (মপুঙ) সাধন হায়বহুনী অহুগা ২৪৭-২৬১-পয়ারগী সাধনগী অঙ্গ কয়ামুক্নী রা হায়রিবনী।

## মূল ২৬৪

এইমত দুই জন কৃষ্ণকথারসে।
নৃত্যগীত রোদনে হইল রাত্রিশেষে ॥ ২৬৪ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না : দুইজন—মগোয় অনীহু : কৃষ্ণকথারসে—কৃষ্ণগী ৱারী রসদা : নৃত্য—জগোই : গীত ঈশৈ ; রোদনে কপ্পদা ; হইল—ওইখি ; রাত্রিশেষে—অহিংগী অরোইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুগা রামানন্দরায়গা অনীনা কৃষ্ণগী ৱারী রস চুপ্তুনা অহিং চুপ্পা লেনখি। জগোই শাবনে ঈশৈ শকপানে অহুগা কপ্পনে তৌবদা অহিং চুপ্পা হৌখি।

## মূল ২৬৫

দোঁহে নিজ নিজ কার্যে চলিলা বিহানে।
সন্ধ্যাকালে রায় আসি মিলিলা আপনে ॥ ২৬৫ ॥

## শব্দার্থ

দোঁহে—অনীহু : নিজ-নিজ—মচা মচাগী ; কার্য—থবক্তা ; চলিলা চংখি ; বিহানে—অয়ুক্তা ; সন্ধ্যাকালে—সন্ধ্যাগী মতমদা ; রায়—রামানন্দ রায় ; আসি—লাক্লুনা ; মিলিলা—উনখি ; আপনে—মচামক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীহু নোংঙাল্লকপদা মচা মচাগী থবক্তা চংনখিরম্মী। সন্ধ্যাগী মতমদা রায় মচামক লাক্লুনা উনরে।

## মূল ২৫৪

ইষ্টগোষ্ঠী কৃষ্ণকথা কহি কথোক্ষণ।
প্রভুপদে ধরি রায় করে নিবেদন ॥ ২৬৬ ॥

### শব্দার্থ

ইষ্টগোষ্ঠী—অপান্ধা হীরমদা রারী-রাতাই শাবা ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী রারী ; কহি—ভাঙনরগা ; কথোক্ষণ—মতম খরা ; প্রভুপদে—প্রভুগী খোঙ ; ধরি—পায়হনা ; রায়—রামানন্দ রায়না ; করে—তৌয়ি ; নিবেদন—হঙ্গংপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগীমরমদা রারীরাতাই য়াম্না পাম্না মতম খরা ভাঙনরগা রামানন্দ রায়না প্রভুগী খোঙ পায়জরগা হঙ্গংলম্মী।

## মূল ২৬৭

কৃষ্ণতত্ত্ব রাধাতত্ত্ব প্রেমতত্ত্ব সার।
রসতত্ত্ব লীলাতত্ত্ব বিবিধ প্রকার ॥ ২৬৭ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণতত্ত্ব—কৃষ্ণগী মরম ওইবা রা ; রাধাতত্ত্ব—রাধাগী অওইবা রা ; প্রেমতত্ত্ব—রাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী মরম ওইবা রা ; সার—মচি ; রসতত্ত্ব—রসগী মরম ; লীলাতত্ত্ব—রাধাকৃষ্ণগী লীলাগী রা ; বিবিধ প্রকার—মখল মখা কয়া।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী রা, রাধাগী রা, মখোয়নীগী লুংশিনবগী মচি-ওইবা রাকয়, মখোয়গী প্রেমগী রস ময়ামগী রা, লীলাশিংগী রা, মখল মখেল কয়া।

## মূল ২৬৮-২৬৯

এত তত্ত্ব মোর চিত্তে কৈলে প্রকাশন।
ব্রহ্মারে বেদ যেন পঢ়াইল নারায়ণ ॥ ২৬৮ ॥
অন্তর্যামি-ঈশ্বরের এই রীতি হয়ে।
বাহিরে না কহে বস্তু প্রকাশে হৃদয়ে ॥ ২৬৯ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুক য়াম্বা ; তত্ত্ব—বাকম ; মোর—ঐগী ; চিত্তে—চিত্তদা ; কৈলে—তৌবিরে ; প্রকাশন—ফোংডদোকপা ; ব্রহ্মারে—ব্রহ্মাদা ; বেদ—বেদ ; যেন—গুম্মী ; পঢ়াইল—তম্বিখী ; নারায়ণ—শ্রীনারায়ণনা ; অন্তর্যামি-ঈশ্বরের—অন্তর্যামী ঈশ্বরগী ; এই—মহিনা ; রীতি হয়ে—রীতি (নিয়ম) ওইবোইরে ; বাহিরে—মপান্থোংদা ; না কহে—ৱা ঙাংদে ; বস্তু—পোৎ ; প্রকাশে—ফোংডী ; হৃদয়ে—থম্মোইদা ।

মৈতৈলোনা হন্দোকপা

তত্ত্ব অসুক য়াম্বসী ঐগী চিত্তদা ফোংডদোকপিরে ব্রহ্মাদা শ্রীনারায়ণনা বেদ তম্বিবগুম্না । অন্তর্যামী ঈশ্বরগী মসী হৌনবা লীচৎনী মপান্থোংদা ৱা ঙাংদবা অদুগা হৃদয়দা পোৎ ফোংডদোকপা ।

মূল ২৭০

জন্মাদ্যস্য যতোঽন্বয়াদিতরতশ্চার্থেষ্বভিজ্ঞঃ স্বরাট্

তেনে ব্রহ্ম হৃদা য আদিকবয়ে মুহ্যন্তি যৎ সূরয়ঃ ।

তেজোবারিমৃদাং যথা বিনিময়ো যত্র ত্রিসর্গোঽমৃষা ।

ধাম্না স্বেন সদা নিরস্তকুহকং সত্যং পরং ধীমহি ॥ ২৭০ ॥

### শব্দার্থ

জন্ম-আদি—সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয় ; অস্য—মসিগী (জগৎ অসিগী) ; যতঃ—মহাকদগী ; অন্বয়াৎ—মহাক্না মমুনগী ( হায়বদি মহাক সংস্কৃতপুং লৈ হায়দুনা পোৎ পুম্নমক লৈ হায়না থাজবা পোকপা ) ; ইতরতঃ চ—মসিং অতে প্রদর্শ (হায়বদি পোৎ-নকুনা ভুলত্তিগী লৈরবা হুঙ্গা শুইদবা পোংকা মহাক্কা সম্বন্ধ লৈতে হায়দুনা মথোয়দু লৈতে হায়না খঙনরিবা) ; অর্থেষু—পোৎ পুম্নমক্তা ( হায়বদি সৃষ্টবস্তু খুদিংমক্তা ) ; অভিজ্ঞঃ—মপুঙ ফানা খঙবা ; স্বরাট্—নীংতম্লিবা ( মথন্তনা ওইজবা অমন-লৈবা ) ; তেনে—ফোংডদোকখি ( তৌগে হায়না হেক নীঙবগা ফোংডদোকখি ) ; ব্রহ্ম—বেদ ; হৃদা—হৃদিদা ; যঃ—মহাক্না ; আদিকবয়ে—ব্রহ্মাদা ; মুহ্যন্তি—পুক্ষোক্ত ভাওরি ; যৎ—মদুনা (বেদদুনা) ; সূরয়ঃ—জ্ঞানী শিংসু ; তেজোবারিমৃদাং—মৈ ( মুংশাগী মঙাল ), ঈশিং, লৈপাক্কী ; যথা—অদুগুম্না ; বিনিময়ঃ—

ওস্থাং-ওন্সীন্ ; যত্র—মতুদা ( মানা অওইবনীনা ) ; ত্রিসর্গঃ—সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুমসি সৃষ্টি—জীব, ইন্দ্রিয় অমসুং দেবতাশিং ; অমৃষা—অওইবা, সত্য ; ধাম্না—তেজংগী ময়াইনা ; স্বেন—মহাক্কী ; সদা —মতম পুম্বদা ; নিরস্তকুহকং—মতুনা কুহক হায়বদি মায়াগী ওইবা সম্বন্ধ পুম্বা থৎলিবা ; সত্যং—অওইবা ; পরং—পরমেশ্বরবু ; ধীমহি—ধ্যান তৌজরি ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সৃষ্টবস্তু ( শেম্লগা ওইরকপা পোৎ ) থৃদিংমক্তা সৎ-স্বরূপ ( অওইবা ) ওইনা লৈ হায়তুনা পোৎ পুম্নমকশিংতুসু লৈ হায়না থাজনরি অমসুং পোৎ-নত্তবা হায়বদি শুক্তিগী ভাগী লৈবাংগুম্বা ওইদবা পোৎকা মাগা সম্বন্ধ লৈতে হায়তুনা মতু পুম্নমকপু লৈ হায়না খঙনদে ; মরমতুনা উরিবা জগৎসিগী লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং লোইশনবা (সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়) হায়বা থবক্কী কারণ ওইরিবা মহাক ; পুম্নমকপু খঙবা অমসুং স্বতঃসিদ্ধ জ্ঞানগী মশক ওইবা মহাক ; জ্ঞানীশিংনফাওবা ভক্করিবা বেদ অতু ব্রহ্মাগী হৃদিদা হেক নীঙবগা প্রকাশ তৌখিবা মহাক ; নুংশামঙাল, ঈশীঙ অমদি লৈপাক-লৈখোমগী বিকার লীক্লিনচিংবদা পোৎশিংতুগী অমত্ অতোপ্পা অমনী হায়না লৌবগী অরাণবতুবু অধিষ্ঠান ( ভূঙফম ) অতুনা সত্য ওইবনা অওইবনী হায়না থাজবগুম্না মহাক্না সত্য ওইবা মরম্না সত্ত্বঃ রজঃ, তমঃ হায়বা গুণ অহুমগী সৃষ্টি—ভূত (জীব), ইন্দ্রিয় অমসুং দেবতাশিংসে থাঙ্গে-শেংবা মিথ্যা ওইতুনসু সত্য ওইনা থাজনরিবা অতুগুম্বা মহাক ; অতুগা মাগী তেজগী ময়াইনা মঙোন্দা মায়িক উপাধি—সম্বন্ধ লৈত্রবা, অতুগুম্বা সত্যস্বরূপ পরমেশ্বরবু ধ্যান তৌজরি ।

## নৈনরোল

ব্যাসদেবনা শ্রীমদভাগবত তৌবদা শ্লোকসিনা মঙ্গলাচরণ তৌরম্মী । মহাক্না হায়রম্মী—সত্যস্বরূপ পরমেশ্বরবু ধ্যান তৌজরি । সত্যং—সত্যগী মশক ওইবা অতুগা পরং—পরমেশ্বরবু ধীমহী—ধ্যান তৌরি । "সত্যব্রতং সত্যপরং ত্রিসত্যং সত্যস্য যোনিং নিহিতং চ সত্যে । সত্যস্য সত্যমৃতসত্যনেত্রং সত্যাত্মকং ত্বাং শরণং প্রপন্নাঃ । শ্রীভা, ১০।২।২৬ ॥—অসিনচিংবা বাক্যনা দেবশিংনা সত্যস্বরূপ শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌরম্মী । সত্য-শব্দগী উপলক্ষণা,

পরমেশ্বরদি "সত্যংজ্ঞানমনন্তংব্রহ্ম"-নী হায়বত্থুসু তাকৃয়ি। বৃহত্বাদ্ বৃংহণত্বাচ্চ যদ্ব্রহ্ম পরমং বিদুরিতি বিষ্ণুপুরাণা ( ১/১২/৫৭ ) হায়বা বচনসিগী মতুং ইন্না ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হায়বত্থুমক্তা ব্রহ্মাদি পরমেশ্বরনী। পরং শব্দনা মফমসিদা পুরাণ-দা হায়রিবা "নরাকৃতি পরং ব্রহ্ম" শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লি। গোপালতাপনী শ্রুতিনসু শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌগদবনী হায়রি—"তস্মাৎ-কৃষ্ণএব পরো দেবস্তাং ধ্যায়েৎ॥ পূঃ ৫০॥" শ্লোকসিদা ধ্যান তৌফম ওইবা পরমেশ্বরগী স্বরূপলক্ষণ অমসুং তটস্থ-লক্ষণ অনীমক হায়রি। স্বরূপ লক্ষণদনা মহাক সত্যং—সত্যস্বরূপ-নী। মহাক সত্যনা হায়বগী প্রমাণ-দি অসিনী—যত্র ত্রিসর্গোঽমৃষাং—মতোন্দা লৈবনী হায়বুনা, সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুমগী সৃষ্টি—ভূত (জীব), ইন্দ্রিয় অমসুং দেবতানা তশেংবমক মিথ্যা ( সত্য নত্তবা ) ওইরবসু সত্যগী মশক ওইনা লৌননি; লৌনরিবসিগী মরমদি মহাক সত্য ওইবননী. মরমসিনা মহাক সত্যস্বরূপ নত্রগদি মতোন্দা অধিষ্ঠিত ওইরগা (লৈরগা) সত্যনী হায়না লৌনবোইরবনী। অধিষ্ঠান ( ভূতফম ) অদুনা সত্য ওইবনা মিথ্যা বস্তুসু সত্যনী হায়না লৌনরিবগী রাসি খুদম অমা পীদুনা উহলি—যথা তেজোবারিমৃদাং বিনিময়ঃ—তেজ (নুংশা মঙাল), ঈশিং, লৈপাক (লৈপাক্কী শকতন্ নুংশেল) পোৎশিংসিদা মখোয় মখোয়গী অধিষ্ঠানশিংনা সত্য ওইনা মরম্না পোৎ পূম্নমক্কুগী পোৎ অমবু অতোপ্পনী হায়না শেরান্নবদুদু সত্যনী ( অওইবনী ) হায়না লৌনৈ। কাচদা—নুংশেন্দা নুমীৎকী তেজ ( মঙাল ) লৈরবদি মতুদা নুমীৎকী (সূর্যগী) মমি (প্রতিবিম্ব) ওই; প্রতিবিম্বনী তশেংবদি মিথ্যানা (সত্য নত্তে); অদুবু মিথ্যা ওইনমক মতু সত্য ওইনা উনৈ; মরমদি তেজগী অধিষ্ঠান ওইরিবা সূর্য ( নুমীৎ ) অদু সত্যবস্তুনী; সূর্যনা সত্য ওইবদা নুংশেন্দা উবা সূর্যগী মিথ্যা প্রতিবিম্বসু সত্য ওইনা উনৈ। লৈকংলাদা ( মরুভূমিদা ) তেজনা ( নুংশা মঙালনা )—মরীচিকাদা—ঈশাঙ লৈ হায়বা শেরান্নবা রাখল (ভ্রান্তি) পোকয়ি; য়াম্না লাপথনা মফম অদুদা তশেংনমক লৈবা ঈশীঙগী প্রতিচ্ছবিদু মরুভূমিগী লৈতোক্তা মপেদা য়েরকপদা সত্য ওইবা ঈশীঙনী হায়না শেরান্নবা উহল্লী। ঈশাঙনা সত্য ওইবদুনা মরীচিকাগী মিথ্যা জল অদুবু সত্যনী হায়না লৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না, ব্রহ্মনা সত্য ওইবনীনা মিথ্যা মায়াসৃষ্টিবুসু সত্যনী হায়না লৌয়ি। নত্রগা, যত্র ত্রিসর্গোঽমৃষা যথা তেজোবারিমৃদাং বিনিময়ঃ—নুংশামঙানবু ঈশীঙনী হায়না লৌবসি

তশেংনমক চুম্‌দবনীনা মতুঙইন্না মহাক নত্তনদি গুণ অহুম সৃষ্টিস্থ মিথ্যানীনা (ওইদবনীনা)—মহাক অতু লেপ্পনক সত্যস্বরূপ-নী। কনাগুম্বনা হংলকপা য়াই—"যত্র ত্রিসর্গো মৃষা-নচিংব" হায়রিবসিনা হায়রি—সত্যস্বরূপ অতুদা মায়িক সৃষ্টি অসী লৈরিবনী, মতুনদি মায়িক উপাধিগা লোয়ননা সত্যস্বরূপ অতুগা সম্বন্ধ অমদি পোক্‌ফম্ থোক্তরা? মতুগী পাউখুম ওইনা হায়বা য়াই মতুদি পোক্তে; মায়িক সৃষ্টিগী অধিষ্ঠান্নী হায়তুনা সত্যস্বরূপকা মায়িক-উপাধি অমতগা সম্বন্ধ লৈতে; মরমদি, সত্যস্বরূপ অতুনা **স্বেন ধাম্না**—মশামক্কী তেজ, প্রভাব-না মাগী রাখন্না-লাম্ব-ফংদবা শক্তিনা **নিরস্তকুহকং** নিরস্ত (নাপ্‌থোকপ্রবা) কুহক (তৌশন্নবা নত্রগা মায়া) ওইরবা মতোন্দগী মায়ানা মতোন্দগী য়াম্না নাপথোকপ্রবা, মহাক্কী অচিন্ত্যশক্তিগী মরমইনা। মায়াগী অধিষ্ঠান ওইরবসু মহাক মায়া রাজগীনী। মতৌ অসুম্না স্বরূপ-লক্ষণ হায়রগা তটস্থলক্ষণ হায়রি "জন্মাদ্যস্য যতঃ" বাক্যনা। **অস্য**—খ্বায়না উরিবা জগৎকী **জন্মাদি**—সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয় **যতঃ**—মতোন্দগী ওই; মতোন্দগী খ্বায়না উরিবা জগৎকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় ওই—হায়বদি মহাকমক্তা জগৎকী মূল কারণ-নী (থোরককফম মরুনী)—মসীনা মহাক্কী তটস্থ-লক্ষণ হায়বদি কাযানী থবক্কী: মহাকপু ধ্যান তৌজে—তং ধীমহি। অতুদি মহাকপু জগৎকী সৃষ্টিনচিংবগী থোরককফম হায়রিবা করিগানো? পাউখুম—অন্বয়াৎ ইতরতশ্চ অর্থেষু। **অর্থেষু**—কার্য্যেষু, পোৎ লোইননত্তা, সৃষ্টবস্তু পুম্নমক্তা মহাক্কী অন্বয়াৎ নত্রগা শন্নবা মরম্না, মং (অওইনা) ওইনা মহাক্ক লৈবা মরম্না অমসুং **ইতরতশ্চ**—অকার্য্যেভ্যঃ খ পুষ্পাদিভ্যস্তদ্ব্যতিরেকাচ্চ—অবস্তু (পোৎ নত্তবা) হায়বদি গুলশিঙ্ডো-লৈবানচিংবা সত্য নত্তবা পোৎকা মহাক্কী সম্বন্ধ লৈতে হায়তুনা মখোয়শিংদা লৈ হায়না খঙনদে। মং ওইনা সৃষ্টবস্তুদা মহাক লৈ হায়দনা সৃষ্টবস্তুবু লৈ হায়না খাজনৈ; বস্তু-নত্তবা মাগা সম্বন্ধ লৈতে হায়তুনা বস্তু নত্তবগী সত্তাব (লৈবমু) থাজনদে—মসিগী খওবা ওইদি অসীনী মতুদি—মহাক সৃষ্টবস্তুগী সত্তাগী মরম্নী, মহাক্মক জগৎকী থোরককফম্নী। নত্রগা অন্বয়শব্দনা অনুবৃত্তি (তুংইনবা) ইতর-শব্দনা ব্যাবৃত্তি (কৈতবা মতৌ) খঙহল্লি; সৃষ্টবস্তুদা মং ওইনা মহাক অনুবৃত্ত ওই হায়তুনা ঘট (কু) কুণ্ডল (নাইন)-নচিংবগী সম্বন্ধদা লৈখোম অমসুং সনাগী মতৌগুম্না, ব্রহ্মগা লৈনরিবা সম্বন্ধদা বিশ্ব-টাইবংমিমক কার্য্য নী (থোরকপা) পোৎনী। অর্থাৎ নমু ব্রহ্মনা জগৎকী

থোরকফম্নী ; অতুদগী অমুক ব্যারস্তি ওইনসু—লৈথোম অমস্তুং সনাগী সম্বন্ধদা ওইবা ঘট-কুণ্ডলগুম্না—ব্রহ্মগী সম্বন্ধদা বিশ্ব-টাইবংসী কার্য্যনী ( সৃষ্ট-বস্তুনী )। অর্থসীনসু ব্রহ্ম জগৎকী থোরকফম ওইরে। ব্রহ্মদগী জগৎ থোরকপনী হায়বগী মরমদা শ্রুতিপ্রমাণসু লৈ—"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে যেন জাতানি জীবন্তি যৎপ্রযন্ত্যভিসম্বিশন্তীতি। তৈত্তিরীয় /৩/১/" কনাগুম্বনা হংবা য়াই—সাংখ্যনদি জগৎকী থোরকফম প্রধান হায়বতুনী হায়রি ; অতু ওইরবদি ব্যাসদেবনা শ্লোকসিদা ধ্যান তৌরিবসি প্রধান হায়বদি প্রকৃতিবু তৌবা তারবরা ? মতু নত্তে, মহাক্না প্রকৃতিবু ধ্যান তৌদে ; প্রকৃতিদি জড়-নী, চেতন-য়াওদবনী ; ব্যাসদেবনা ধ্যান তৌরিবা মহাক অতুগা মাবু জগৎকী থোরকফম্নী হায়রিবা মহাক অতুদি অভিজ্ঞঃ—লোইনমকপু খঙবা ( সর্ব্বজ্ঞ ) হায়বতুনী ; চেতন ওইবা পোৎ নত্তনা চেতন-নত্তবা পোৎ অমতনা অভিজ্ঞ ওইবা ঙমদে ; মরমতুনা জগৎকী থোরকফম ওইরিবা মহাকুদি চেতন ওই ; সৃষ্টিকর্ত্তাগী মরমদা "স ঐক্ষত লোকান্নুং সৃজাম"-নচিংবা শ্রুতিগী বাক্যনসু সৃষ্টিকর্ত্তা হায়বতুদি চেতন ওই হায়বগী প্রমাণ পীরি ; চেতন নত্তবা পোৎনা উবা ঙমদে। অমুক হংলকপা য়াই মতুদি—চেতন-নত্তবা পোৎনা অভিজ্ঞ নত্রগা সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা য়াদ্রবদি চেতন জীবনদি ঙম্বা য়াইনা ? অতু ওইরবোইদি শ্লোকসিদা হায়রিবসি জীববু ধ্যান তৌবগী রার ? মতুদি নত্তে ; শ্লোকসিদা মাবু ধ্যান তৌগদবনী হায়রিবা অতুগা মাবু সৃষ্টিকর্ত্তানী হায়রিবা মহাক অতুদি **স্বরাট**—স্বেনৈব রাজতে যঃ, মথন্তা অঙ্গেইরিবা মহাক, মহাক্কী সক্তানচিংবদি অংগাপ্পা কনামগী মতেংনা ওইবা নত্তে, মহাক্তি স্বতন্ত্র-নী ( নীংতম্বনী ), মাগী জ্ঞানদি স্বতঃ-সিদ্ধ-নী ( মরম্নাই ওইজবনী )। জীবদি অসিগুম্না স্বরাট্ ওইবা নত্তে। অতু ওইরবদি ব্রহ্মাগী রা হায়রিবরা ? "হিরণ্যগর্ভঃ সমবর্ত্ততাগ্রে ভূতস্য জাতঃ পতিরেক আসীৎ"-নচিংবা শ্রুতিবাক্য লৈবনা ব্রহ্মাব হায়রিবনী হায়রোইদ্রা ? নত্তে, ব্রহ্মানা শ্লোকসিদা হায়রিবা ধ্যান তৌফম অতু ওইবা য়াদে। ধ্যান-তৌফম ওইরিবা মহাক অতুনা **আদিকবয়ে**—ব্রহ্মাদা, **ব্রহ্ম**—বেদ, **তেনে**—ফোঙদোক্লম্মী—মহাক অতুনা ব্রহ্মাদা বেদ তম্বিখি হায়রি। "যো ব্রহ্মাণং বিদধাতি পূর্ব্বং যো বৈ বেদাংশ্চ প্রহিণোতি তস্মৈ"-নচিংবা শ্রুতিবাক্যসিনা মতুগী প্রমান্নী ; মরমতুনা শ্লোকসিদা ব্রহ্মানা

ধ্যান-তৌফম বিষয় ওইবা য়াদে, অদুবু ব্রহ্মানা অতোপ্পা অমদগী বেদ তমখি হায়বদি কনাস্ু খওনদে। য়াদু চম্মী ; ব্রহ্মানা বেদ অধ্যয়ন (তম্বা) তৌখিদে অদুগা পরমেশ্বরস্ু ব্রহ্মাদা বেদ তম্বিখিদে ; পরমেশ্বরনা বেদদু হৃদা তেনৈ—সঙ্কল্প হেক তৌবগা ব্রহ্মাগী থম্মোইদা ফাওহনখি, বেদগী মরমদা ব্রহ্মাগী নদ্ধিবৃত্তিবু থৌজল্লম্মী। মমাঙৈগুদা ব্রহ্মাদু বেদ খওলম্বা তাবরা ? মহাপ্রলয়দা মহাক বেদদুবু কাউরম্বা য়াই ; সৃষ্টি হেক হৌরকপদা অমক-তুয়্‌না মীনা তুয়্‌বদগী মীৎকপ থোক্লুনা হৌগৎলগা মাগী হায়্গী স্মৃতিদু থোরকপগুম্না সৃষ্টি হৌবমদাইদা অমুক ব্রহ্মাস্ু মাগী হায়্গী স্মৃতিদু থোরকপা য়াইনা। মরমদুনা ব্রহ্মাগী চিত্তদা বেদার্থ প্রকাশ তৌবদি পরমেশ্বরগী থবক্নী হায়বগী প্রমাণ করিনো ? মদুগী পাউখুমদি অসিনী মদুদি—বেদার্থ নীংঙশীতবা ব্রহ্মাদি ওমদে · মরমদি যস্মিন্ সূরয়ঃ মুহ্যন্তি—বেদসিনা জ্ঞানীশিংবুস্ু ওকহল্লী, জ্ঞানীশিংনস্ু বেদগী মরমদা করিমত্তা লেপ্পা ওমদে। মরমদুনা ব্রহ্মানা থহবস্ু অতোপ্পদগীনী হায়দুনা, অতোপ্পবু-ভাঃদবা নত্তে হায়দুনা স্বতঃসিদ্ধ জ্ঞান লৈবা পরমেশ্বরতমা জগৎকী থোরকফম্নী অমস্ুং পরমেশ্বরতনা ধ্যান-তৌফম বিষয়দুনী। মরম ময়ামসিনা—মহাক সত্যনী হায়দুনা সদস্তুগী (লৈ হায়বা পোৎকী) সত্তা পীনবীরে হায়দুনা অমস্ুং অসদবস্তুগী সত্তা পীদে হায়দুনা মহাক পরমার্থ সত্য হায়বদুনী ; সর্ব্বজ্ঞানী (পুংখেংেংবনী) হায়দুনা মহাক নিরস্তকুহকনী (মায়াবু থিংবনী) ; মহাক্লেমক ধ্যান-তৌফম বিষয়নী। শ্লোকসিদা "সত্যং পরং ধীমহি" হায়বা বাকাসি লৈবনা অমং তমংনা খঙবা ওম্মী মদুদি—গায়ত্রীনা শ্লোকসিগী অমস্ুং শ্লোকসি-য়াওবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহৌবনী (আরম্ভ-নী)। অওইব-মক শ্লোকসিদা গায়ত্রীগী অর্থমক ফুমদুনা লৈ।

ভগবান্না ব্রহ্মাগী হৃদিদা বেদ প্রকাশ তৌখি - হায়বা ২৬৬—২৬৭ পয়ারগী প্রমাণদি শ্লোকসিদা য়াওরিবা "তেনে ব্রহ্ম হৃদা য আদিকবয়ে"—হায়বা বাক্যনিনী।

মথক্তা ইরিবা অন্বয়, অনুবাদ অমস্ুং অর্থশিংসে শ্রীপাদ শ্রীধরস্বামীগী টীকাগী মতুং ইন্নী। হৌজিক শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী টীকা মতুং ইন্না অধ মথাদা পীরি।

সত্যং পরং ধীমহি—পরং অতিশয়েন সত্যং সর্ব্বকালদেশবর্ত্তিনম্ ধীমহি

ধ্যায়েম। দেশ পুম্বদা মতম পুম্বদা পুডহেন হেন্না সত্য (অওইবা) ওইরিবা মকম পুম্নমক্তা ( প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডনা অমস্যুং প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধামসিংদা ) মতম পুম্বদা ( অনাদিকালদগী অনন্তকাল ফাওবা লৈবা, মরমতুনা মতম অহুম্মক্তা সত্য ওইবা, নিত্য পরম সত্য ওইবা মহাকপু ধ্যান তৌয়ি। মসিনী শ্লোকসিগী মূল বাক্যদি। হৌজিক পরমসত্যস্বরূপ অসিগী পরম-ঐশ্বর্য্যগী বা হায়রি—**জন্মাদ্যস্য যতঃ**—মঙোন্দগী হায়বদি পরমসত্য-স্বরূপ অহুদগী (অস্য) জগৎনচিংবগী পোকপা-নচিংবা (সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়) ওই। মতম মতমদা সৃষ্টি, মতম মতমদা স্থিতি অমস্যুং মতম মতমদা প্রলয় ওই; অহু ওইরবদি মতমগী বা হায়রিবরা? মতমবু ধ্যান তৌগদবনী হায়রিবরা? চিংনবা ( আশঙ্কা ) অসী কোক্নবা হায়হুনা হায়রি—**অন্বয়াৎ ইতরতঃ চ**। সৃষ্টিনচিংবা থবক্তা পরম-সত্য অহুগী অন্বয় অমস্যুং ইতরতা লৈবনা মতম হায়বহুনা সৃষ্টিনচিংবগী হেতু ( থোরক্নবা মরম ) ওইবা য়াদে। **অন্বয়াৎ**—সৃষ্টিনচিংবা থবক্তা পরম সত্য স্বরূপকা সম্বন্ধ লৈ হায়হুনা; ঘট্টা লৈখোমগা সম্বন্ধ লৈবগুম্না; লৈখোম নত্রবদি ঘট শাবা য়াদে, মহুগুম্না সৃষ্ট ব্রহ্মাণ্ডসিগা সত্যস্বরূপ ব্রহ্মগা সম্বন্ধ লৈ; ব্রহ্ম নত্তনদি জগৎ সৃষ্টি ওইবা য়াদে। **ইতরতঃ**—অতোপ্পা মওংদা ব্যতিরেক লৈবা মরম্না। ঘট্টা লৈখোম লৈ, লৈখোমদা ঘট লৈতে; মতৌ অহুগুম্না জগৎতা ব্রহ্ম লৈ [লৈখোম্না ঘট-কী উপাদান (পোৎচাক) ওইনা], অহুবু ব্রহ্মদদি জগৎ লৈতে। ঘটে মৃদন্বয় ইব; মৃদি ঘটব্যতিরেক ইব। মতৌ অম্যুম্না উবা ফংলে মহুদি—পরম সত্যস্বরূপ ব্রহ্মতনা জগৎকী উপাদান কারণ-নী ( থোরক্নবা-মচাক্নী )। চ-শব্দনা ব্রহ্মনা নিমিত্তকারণ ( পোৎশাবা ) অহুনী হায়নস্যু তাক্লি। জগৎকী উপাদান-কারণ অমস্যুং নিমিত্তকারণ হায়বা কারণ অনীমক ব্রহ্ম-নী, কাল (মতম) হায়বহুনা ওইদে। কাল (মতম) হায়বনিদি ব্রহ্মগী প্রভাব কী (মতীক ময়াইগী) স্বরূপনী। অন্বয়াৎ অমস্যুং ইতরতঃগী অতোপ্পা অর্থ অমস্যু ওইবা য়াই। অনু+অয়=অন্বয়; অনু-গী অর্থনা মনুংদা; অহুগা গমনার্থক ( চৎপা-খঙনবা ) ই-ধাতুদগী ওইরকপা অয়-শব্দগী অর্থদি গমন ( চৎপা ) নত্রগা প্রবেশ ( চঙবা ) হায়বনী; অহু ওইববদি অন্বয় শব্দগী অর্থ অনু-প্রবেশ হায়বদি মনুংদা চঙবা ওইরে। মতৌ অম্যুম্না, **অন্বয়াৎ**—মহা-প্রলয়দা জগৎপ্রপঞ্চনা সূক্ষ্ম ( অকুপ্পা মশক ) ওইনা পরম-সত্য ব্রহ্মদা হায়বদি পরমেশ্বরদা অনুপ্রবেশ তৌবা মরম্না। অহুগা, **ইতরতঃ**—অতোপ্পা

মওংদা, সৃষ্টিগী মতমদা জগৎ-প্রপঞ্চনা পরমেশ্বরদগী তোঙান্না মাপাল্লোমদা থোরকয়ি হায়বা মরম্না। সত্যস্বরূপ পরমেশ্বরদি জগৎপ্রপঞ্চগী অধিষ্ঠান-কারণ (লৈফম) ওই হায়বদুসু তাক্লে। ( মতৌ অসুম্না চ শব্দনা পরমেশ্বরদি জগৎকী উপাদানকারণগা নিমিত্তকারণগনী হায়বসু তাক্লি )। নত্রগা, অন্বয়াৎ—অনুপ্রবেশবশতঃ—কারণ ( থোরকফম ) ওইনা কার্য্যগী মশক ওইবা বিশ্বদা অনুপ্রবেশ তৌয়ি হায়দুনা বিশ্বসিগী, জন্ম-অমসুং-কর্ম্মফল-দাতা ওইনা মহাক্না বিশ্বদা অনুপ্রবেশ তৌরে হায়দুনা বিশ্বগী স্থিতি ওইহন্বা অদুগা সংহারকর্ত্তা ( লৌশন্বা মপু ) রুদ্র ওইনা বিশ্বদা অনুপ্রবেশ তৌয়ি হায়দুনা বিশ্ব ধ্বংস ওইথোক্লিবা—মতৌ অসুম্না কারণ ওইনা, জন্ম কর্ম্মফল-দাতা ওইনা অমসুং রুদ্র ওইনা পরমেশ্বরমক্না জগৎ-প্রপঞ্চদা অনুপ্রবিষ্ট ওই হায়দুনা। অদু ওইরবদি মহাক্কী কার্য্য বিশ্বসিমক মহাক্কী স্বরূপ ওইবরা ? ওইদে, মদু ওইদে। ইতরতঃ—মহাক্না বিশ্বগী সৃষ্টিকর্ত্তা, পালনকর্ত্তা অমসুং সংহারকর্ত্তানী হায়দুনা, মরমদুনা বিশ্বসি মহাক্কী সৃজানী ( শেম্নঙাইনী ), পাল্যনী ( ঙাকশেন্নঙাইনী ) অমসুং সংহার্য্যনী ( লৌশন্নঙাইনী ) হায়দুনা। ( স্বরূপ-শক্তিনা মহাক্না সৃষ্টিনচিংবা থবক তৌয়ি ; বিশ্বদা স্বরূপশক্তি লৈতে, মাঙোন্দদি লৈ ; মরমদুনা ) স্বরূপশক্তি শীজন্নদুনা মহাক বিশ্বদগী তোঙাম্লী—বিশ্বনা মাগী স্বরূপশক্তি ওইবা য়াদে। চ—চ-শব্দনা তাক্লিবদি মহাক মহাক্কী স্বরূপশক্তিনা বিশ্বদগী তোঙাল্লবসু মায়াশক্তিমা মরম ওইদুনা তোঙান্দে। হৌজিক অমুক হংবা য়ারে—পরমেশ্বরনা বিশ্বগী উপাদান ( মচাক ) ওইরবোইদি মহাক বিকারী ওইরে (শকওম্লে) ; অদুবু মাদি নির্ব্বিকারনী ( শক্ অন্দবনী, শক্লেপ্পা )। মরমদুনা প্রকৃতিনা বিশ্বগী উপাদানী, পরমেশ্বরদি নিমিত্তকারণ ওইবনী। পাউথুমদি অসিনী চেতন-লৈতবা প্রকৃতিনা জগৎকী উপাদান ওইবা য়াদে ; মরমদি শ্রুতিগী "সঃ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ববিদিতি স ঐক্ষত লোকানসৃজা ইতি তদৈক্ষত-বহুস্যাং প্রজায়েয়"-নচিংবা বাক্যনা প্রমাণ তৌরি মদুদি—জগৎকী কারণ হায়বদুদি চেতন ওই। মরমদুনা পরমেশ্বরদি জগৎকী উপাদান অমসুং কারণ অনীমক্কী। প্রকৃতিদি মহাক্কী শক্তিনী ; শক্তিগা শক্তিমান্‌গা খেন্নদবা ( অভেদ ওইবা ) মরম্না মহাক্কী উপাদানত্ব ( মহাক্না মচাক ওইবদি ) প্রকৃতিদ্বারক—প্রকৃতিনা থোঙ ওইবনী—প্রকৃতিনা থোঙ ওইরগা মহাক্না উপাদান ওইবনী হায়বদি মহাক্কী শক্তিনা প্রকৃতিগী উপাদানত্ব ( প্রকৃতিনা

উপাদান ওই ) হায়ৰনী ; অদু ওইরবদি মহাক্না মুখ্য উপাদান অদুগা প্রকৃতিনা গৌণ উপাদান হায়বদুনী। স্বরূপ য়েংলগদি মহাক প্রকৃতিগী রাংমদা লৈ হায়দুনা [ অমসুং মহাক্কী শক্তিগী মপাল্লা প্রকৃতিনা উপাদান ওইরিবনী হায়দুনা স্বরূপ য়েংলগদি মহাক নির্বিকার ওইনা অমুক লৈ। প্রকৃতিদি নীঙতম্বী নত্তে ; মরমদি পরমেশ্বরগী মপান্ নত্তনা প্রকৃতিগী সত্তা লৈবা য়াদে ; প্রকৃতিদি মহাক্কী শক্তিনী ; নিরপেক্ষ ( অতোপ্পগী মপান্ তাংদবা ), স্বতন্ত্র (নীঙতম্বা) ওইবা মহাকুদনা উপাদান ওইবা য়াই ; পরমেশ্বরদি পরম-স্বতন্ত্রনী ( নীঙতম্বদা খম-থেংবনী ) ; মরমদুনা মহাক্না উপাদান হায়বদুনী : অদুম্দি ওইরগা মহাক্না উপাদান ওইনসি মহাক্কী শক্তি ওইবা—বহিরঙ্গা শক্তি—প্রকৃতিনা থোঙ ওইরগনী। সর্ব্বজ্ঞ (পুঙথঙ-খঙবা), ওইবা মহাকুদনা জগৎকী কারণ ( থোরকফম ) ওইবা ঙম্মী ; প্রকৃতিদি জড় (চেতন-নত্তবীনী, ভবংনবীনী) ; মরমদুনা প্রকৃতিনা জগৎকী কারণ ওইবা য়াদে। পরমেশ্বরদি সর্ব্বজ্ঞনী ; মরমদুনা মহাক জগৎকী কারণ ওই। মহাক স্বতন্ত্রনী, সর্ব্বজ্ঞনী হায়বদুক হায়রিবনী। ] পরমেশ্বরদি স্বতন্ত্রনী সর্ব্বজ্ঞনী হায়বদু খঙহনগে হায়নবীদমক পরমসত্যস্বরূপ অদুদি ওইরি **স্বরাট্**—অতৈ অমা ভায়দবা ওইনা মথক্তনা ভাম্লোইয়ে ; পরম-স্বতন্ত্র-মী ( নীঙতম্-মকোক্কী )। অদুগা মহাক **অর্থেষু** -সৃজ্য-অসৃজ্যবস্তু-মাত্রেষু ; করম্বা পোৎনা সৃজ্য-নো (শেম্মগাইনো) অদুগা করম্বনা অসৃজ্য-নো ( শেম্মগাই নত্তবনো ) হায়বনচিংবগী মরমদা **অভিজ্ঞঃ**- খঙবা মহাক. মহাকদুতনা সত্যস্বরূপ পরমেশ্বরদুনী। সৃষ্টি-নচিংবা থবক মহাক্না খঙই হায়বগী প্রমাণ করি লৈ ? মদুগী প্রমাণদি অসিনী জগৎকী কারণ তাকপা শ্রুতিবাক্য পুম্নমক্তগী খঙই—"স ঈক্ষত লোকান্নসৃজা ইতি তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়"—সৃষ্টি তৌনীঙলক্তুনা মহাক্না প্রকৃতিদা য়েংলম্মী। দৃষ্টি তৌখি )। করম তৌরগা মানা সৃষ্টি তৌনীঙবদু পুংগদগে হায়দুনা খল্লগা প্রকৃতিদা মিংয়েং তাখি হায়বসি ইলায় লায়না খঙবা ঙম্মী। মসিমক্তা মহাক সর্ব্বজ্ঞনী হায়বদু প্রমাণ তৌরবনী। মতাংসিদা ব্রাহং অমমুক থোক্লে. মদুদি—জগৎসৃষ্টি তৌবদা স্বাতন্ত্র্য ( নীঙতম্বা ) অমসুং ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা) চঙই হায়না হায়রে। অদুবু "হিরণ্যগর্ভঃ সমবর্ত্ততাগ্রে ভূতস্য জাতঃ পতিরেক আসীদত্যাদি" শ্রুতিবাক্যনে অদুগা "স এব ধোয়োঽস্মিত্যাত আহ তেন"-নচিংবা প্রমাণদগী ব্রহ্মাগী স্বাতন্ত্র্য অমসুং ঐশ্বর্য্য লৈ হায়বগী

রা খঙনরি। অদু ওইরবদি ব্রহ্মানা জগৎকী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা ঙম্মোইদরা? ঙম্মোই, ব্রহ্মানা জগৎকী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা ঙম্মোই; মরমদি, ব্রহ্মাগী স্বাতন্ত্র্য লৈবা উদে; ব্যষ্টি-সৃষ্টিগী থবক্তা মানা ঙম্বসু পরমেশ্বরবু ঙাইবনী, মদু উৎননবা হায়দুনা হায়রম্মী তেনে ব্রহ্ম য আদিকবয়ে—য-মহাক; সত্য-স্বরূপ পরমেশ্বর হায়না মহাক্না **আদি কবয়ে**—ব্রহ্মাদা (ব্রহ্মানা আদি কবিনী) ব্রহ্ম (বেদ হায়বদি স্বতন্ত্র ওইবা পরমেশ্বরগী তত্ত্ব) **তেনে**—ফোঙদোকখি। ব্রহ্মাগী মফমদা বেদ প্রকাশ তৌখি পরমেশ্বরনা। পরমেশ্বরগী কৃপা নত্তনদি ব্রহ্মানা বেদ খঙলয়রোই। মসিদগী খঙবা ঙম্বদি ব্রহ্মাদো স্বতন্ত্র (নীঙতম্বা) নত্তে পরতন্ত্রনী (অতোপ্পগী মথা পোন্‌বনী)—পরমেশ্বরবু ঙাইবনী—হায়বসিনী। ব্রহ্মাসে সর্ব্বজ্ঞ নত্তে হায়বদু খঙলে। অদুবু ব্রহ্মানা অতোপ্পা কনামংগী বেদ তম্মুই হায়বসিদি খঙদেনা? রাহংসিগী পাউখুমদি অসিনী- **হৃদা**—ব্রহ্মানা কনা অতোপ্পা অমদগী বেদ তমখিদে হায়বা রাসি সত্তানী; পরমেশ্বরদগী ফাওবা মহাক তমখিদে; পরমেশ্বরনা হৃদয়না হায়বদি পূর্ব্বীঙনা (হৃদা) ব্রহ্মাগী মফমদা বেদ প্রকাশ তৌখিবনী। পরমেশ্বরনা সঙ্কল্প (নীঙবা) হেক তৌবগা ব্রহ্মাগী চিত্তদা বেদগী তাৎপর্য্য ফোঙখি, অদুগা মদুম তৌবনা ব্রহ্মানা ব্যষ্টি-সৃষ্টি তৌবা ঙমখিবনী, অমুক লাইরীক তম্বদৌনা তম্লম্বা নত্তে। রাফমসিগী প্রমাণদি করিনো? প্রচোদিতা যেন পুরা সরস্বতী বিতন্বতাহজস্য সতীং স্মৃতিং হৃদি। সলক্ষণা প্রাদুরভূৎ কিলাস্যত ইতি। কিম্বা স্বদৃষ্টং হৃদি মে তদেবেত্যাদি”—শাস্ত্রবাক্যশিং অসিনা মদুগী প্রমাণনী। মীনা তুম্বা মতমদা করিমত্তা খঙদবদৌনা লৈ: করিমত্তা খঙদে: মীৎকপ থোক্তুনা হৌগৎলগদি মাগী চিত্তদা জ্ঞানদু অদুম মথম্বা লাকপদৌনা লাকৃয়ি, কনামতগী মতেঙ লৌদ্রবসু য়াই। “সুপ্তপ্রতিবুদ্ধন্যায়” অসিনা অসুম্নসু ওইবা য়াই মদুদি—ব্রহ্মানা বেদগী জ্ঞান ফংবসি পরমেশ্বরগী কৃপানা ওইদবা, মছামৎতুনা ব্রহ্মা মদু ফংখিরম্বা য়াই। অসিগুম্বা প্রশ্নগী চিংনবদু কোক্কনবগীদমক্তা অসুম হায়রি মদুদি—মুহ্যন্তি যৎ সূরয়ঃ—**যৎ**—মদুদা, বেদদুদা হায়বদি ভগবত্তত্ত্বদা **সূরয়ঃ**—জ্ঞানীশিংসু ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংসু **মুহ্যন্তি**—মোহ ফংই (পঙথৈ)। বেদদি কয়ামুক খঙবদা রাবগে হায়বরু মহা-মহাজ্ঞানী ফাওবনা মদু খঙবা ঙমদে, মরমদুনা ব্রহ্মানা মগন্নতনা হেক্তা বেদগী জ্ঞান ফংগনী হায়বসি ওইথোক্তে। ওইবা অমা ওইরবসু জগৎপ্রপঞ্চগী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় মতোন্দগী ওইরিবা

অদুগুম্বা পরমসত্যবস্তু পরমেশ্বর, অন্বয়-ব্যতিরেক য়েংলগদুন জগৎ-প্রপঞ্চগী উপাদান-কারণ নিমিত্তকারণ-অমসুং অধিষ্ঠান-কারণ ওইবা মহাক, সৃজ্য-অসৃজ্যবস্তুতগী মরমদা মহাক পরমস্বতন্ত্র অমসুং অভিজ্ঞ ( পূণ্ডখঙ-খঙবা ) ওইবা মহাক, মহামহাজ্ঞানীশিংনফাওবা পাক-খণ্ডঙমদবা অদুগা খঙবদা খম্থেংনা য়ানঙাই ওইবা বেদবু সঙ্কল্প তৌবদদা ব্রহ্মাগী চিত্তদা প্রকাশ তৌবিখিবা পরমসত্যপরমেশ্বর অদুবু—ধীমহি-ধ্যান তৌরি। হংবা য়াই, ধ্যান তৌনঙাই বিষয় ওইরিবা মহাক্তুদি সাকারমক ( শাবান্বা ) ওইগদৌবনী, অদুবু সাকার পূম্নমক্তি মায়িক গুণ-অহুম্না শাবনী মরমদুনা অনিত্যনী ( তুংকুইদবনী )। সত্যস্বরূপ অদুনা সাকার ওইরবদি মহাকপু অনিত্যনী হায়বগী আশঙ্কা অমা পোক্লোইদরা ? আশঙ্কাসি কোক্লনবগীদমক হাররম্মী মদুদি—তেজোবারিমৃদাং যথা বিনিময়ো যত্র ত্রিসর্গো মৃষা। **যথা—** **তেজোবারিমৃদাং** গুম্না—তেজঃ-( মুংশা ), বারি (ঈশীঙ) অমসুং মৃত্তিকা ( লৈখোম ) মখোয়সিগী **বিনিময়ঃ**—ওন্নতৈনবা : পোত্তা অহুমসিগী ওন্নতৈননা খঙবা হায়বদি অমা উরগা অতোপ্পা অমনী হায়না শেরান্নবা লৌবা। মরুভূমিদা মরীচিবাদা তেজবু ঈশীঙনী হায়না শেরান্নে, অদুগা করি করিগুম্বা নফমদা ঈশীঙ উরগা লৈপাক্নী হায়না শেবান্নে : লৈবাক্কী বিকার মুংশেন্নচিংববু ঈশীঙনী হায়না শেরান্নে ; মতৌ অসুম্না তেজ, বারি অমসুং মৃত্তিকা—মখোয়সীগী মনুংদা অমবু অমনী হায়না খঙবা (বিনিময়—ঈশীঙগী মরম খঙবগী পান্দমদি ঈশীঙ হায়বদুনী ; অদুগা লৈখোমগী মরমদা খঙবগী পান্দমদি লৈখোম্নী : অদুগা লৈখোম্বু ঈশীঙনী হায়না খল্লবা মতৌদুম্না অমুক ঈশীঙবু লৈখোম্নী হায়না খল্লবদি ঈশীঙগা লৈখোমগা খঙবগী (হায়বদি মশিংগী) বিনিময় ( ওন্নতৈনবা ) তৌবা তারে। মতৌ অসুম্না, তেজঃ, বারি অমসুং মৃত্তিকা—হায়বা মখোয়শিংসীগী পোৎ অমব অতোপ্পা অমনী হায়না খঙববু অপঙবা মীনা শেরান্নবা মরম্না ওইদবা মখঙ ( জ্ঞান ) ওইবগুম্না ( **তথা** )—অদুগুম্না, **যত্র**—মঙোন্দা, চিন্ময়-আকারদা, চিন্ময়াকার পরমেশ্বরদা ত্রিসর্গ-গুণ অদুমগী সৃষ্টিনা হায়বা বুদ্ধিস্তু মৃষা—ওইদবনী, মিথ্যানী। লৈখোমগী বিকার মুংশেন্না কদৌঙেদসু ঈশীঙ ওইদে ; অমুক ঈশীঙনসু কদৌঙেদসু মুংশেন ওইদে। অদুম ওইনমক করি করিগুম্বা মতমদা মুংশেনবু ঈশীঙনী হায়না অদুগা ঈশীঙবু মুংশেন্নী হায়না খনবা য়াঙয়ি,

অশুম্না লৌবা বুদ্ধিদি মিথ্যানী হায়বদি ভ্রম ওইবনী হায়বদা করিমতা চিংননভাই লৈতে। পরম সত্যস্বরূপ ওইবা পরমেশ্বরদি পূর্ণচিন্ময়াকার (চিৎ ভাক্তনা শাবা মূর্তিনী) ; মহাক্কী আকারদি (দেহদি) নত্রগা বিগ্রহদি চিৎকা আনন্দগা ঙক্তনী, মায়িক নত্তে ; মায়াগী সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ-দগী থোরকপা নত্তে ( হায়বদি ত্রিসর্গ ) নত্তে। অদুগা, ত্রিসর্গ-জগৎসিনে নত্রগা জগত্তা লৈবা জীবগী আকার হায়বদি দেহদি মায়িক সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃদগী থোরকপনী, চিৎদানন্দময় নত্তে। মরমদুনা মুংশেন্বু ঈশীঙনী হায়বনা অরান্বা ওইবগুম্না চিদানন্দ-বিগ্রহ ওইবা পরমেশ্বরবু ( মাগী বিগ্রহবু ) ত্রিসর্গনী ( প্রাকৃতগুণ অহুম্না শাবনী ) হায়না খন্বস্থ ভ্রম-নী ( অরান্বনী )। যথা অজ্ঞানাং তেজসি বারীদমিতি মৃদি কাচাদৌ চ বারীদমিতি বুদ্ধিঃ। তথৈব যত্র পূর্ণ-চিন্ময়াকারে ত্রিসর্গঃ ত্রিগুণসর্গোঽয়-মিতি বুদ্ধিঃ মৃষা মিথ্যৈবেত্যর্থঃ। মসিগী তাৎপর্য্যদি অসীনী মদুদি—পরমেশ্বরগী আকার হায়বদি বিগ্রহনা মায়িক নত্তবনীনা মায়িক ওইবা পোৎকুম অনিত্য নত্তে ; বিগ্রহ অসী চিদানন্দময়নী হায়বনা অনিত্য নত্তে—তৌইগুম্লসুং নিত্যনী। পরমেশ্বরনা চিদানন্দময় ওই হায়বগী প্রমাণদি অসিনী। তমেকং গোবিন্দং সচ্চিদানন্দবিগ্রহম্॥ গোপালতাপনীশ্রুতিঃ॥ অদ্বমাত্রাত্মকো রামো ব্রহ্মানন্দৈকবিগ্রহঃ॥ রাম তাপনী শ্রুতিঃ॥ ঋতে সত্যং পরং ব্রহ্ম পুরুষং নৃকেশরিবিগ্রহম্॥ নৃসিংহতাপনী॥ নন্দব্রজজনা-নন্দী সচ্চিদানবিন্দগ্রহঃ। ব্রহ্মাণ্ডপুরাণ॥ ইত্যাদি॥ মথক্তা পল্লিবা অর্থদা "তেজো বারিমৃদামিত্যাদি"—বাক্যগী অন্বয় মতৌঙুম্না ওইবা য়াই, মদুদি—তেজোবারিমৃদাং যথা বিনিময়ঃ যত্র (তথাভূতঃ) ত্রিসর্গ, মৃষা, (যেন তৎত্রিসর্গঃ স্পষ্টঃ তস্য বিগ্রহঃ ন মৃষা )। অর্থনা অশুম্না ওইগনী মদুদি—তেজোবারি-মৃদাং—তেজঃ, বারি অমসুং মৃত্তিকা উনভাই ওইবা পোৎ অহুমসিগী যথা—ওইবগুম্না ওইরিবদু চপ্চাবা মওংদা বিনিময়ঃ—অমগা অমগা মহৈ মহৈ তিন্নবা ওই যত্র মফমদুদা, পোত্তাদুদা, অদুগুম্না ত্রিসর্গঃ—গুণ অহুম্না শাবা দেহদি মিথ্যানী হায়বদি অনিত্যনী ( তুংকুইদবনী )। সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুমসিগী বিকার-স্বরূপ ওইবা তেজঃ, বারি অমসুং মৃত্তিকা—অহুমসিনা উপলক্ষণ (খঙহনবা) ওইরগা ক্ষিতি (মৃত্তিকা), অপ ( বারি ) তেজঃ ( মৈ ), মরুৎ ( নুংশিৎ ) অমসুং ব্যোম ( আকাশ ) হায়বা ভূত মঙা চপ্চানা তিন্নরগা ওইরিবা মফমদা (যত্র) দেহদা, হায়বদি

মায়াগী গুণ অহুম্না ওইরকপা বিকারদগী পোকপা পঞ্চভূতনা শাবা ত্রিসর্গসি মচক ওইবা দেহহুমক অনিত্য নী। ত্রিসর্গসী হায়বদি অতুগুম্বা দেহবু স্মৃষ্টি তৌরক্লিবা মহাক অতুগী দেহদি অনিত্য নত্তে। তেজো বারিমৃদাং ত্রয়াণাং দৃশ্যভূতানাম্ যথা যথাবৎ বিনিময়ঃ পরস্পরমিলনং যত্র, তথাভূতস্ত্রিসর্গঃ ত্রিগুণসৃষ্টঃ দেহঃ মৃষা মিথ্যৈব। যেন তন্নিতয়ঃ সৃষ্টঃ তদ্বিগ্রহঃ ন মৃষৈবো-চ্যতে ইত্যর্থঃ। ত্রিগুণনা ওইরকপা দেহদি মায়িক-নী হায়ত্তুনা অনিত্য-নী; পরমেশ্বরগী দেহনা সচ্চিদানন্দ নী হায়ত্তুনা নিত্য-নী। ভগবানগী আকারদি প্রাকৃত নত্তে অমসুং নিত্যনী হায়বগী মবমদা প্রমাণ অতৈসু লৈ। শ্রুতিনা হায়, সৃষ্টি তৌনীঙলগা ভগবান্না প্রকৃতিদা মিংয়েং তাই (ঈক্ষণ তৌযি): মতুগী ফল ওইনা প্রকৃতি মথুম মরাং হৌয়ি, অতুগী তুংদা মহত্তত্ত্বনচিংবা থোরকযি অমসুং অদুগী তুংদা দেহগা ইন্দ্রিয়গনচিংবা থোরকযি। প্রাকৃত-দেহ অমসুং ইন্দ্রিয়শিং থোকহন্দ্রিৈগী অা মমাংঙেদা ভগবান্না সৃষ্টি তৌনীঙলত্তুনা প্রকৃতিরোমদা মীৎয়েং তাখি। মতম অতুমক্তুদা মহাক্না সৃষ্টি তৌনীঙখিরম্মী, মরমদুনদি (নীঙবা হায়বত্তু তৌননবা) মন (পুক্নীং) লৈরম্মী: অদুগা মতমতুমক্তুদা মহাক্না মীৎয়েং তাখি: মবমদুনা মহাক্কী মীৎসু লৈরম্মী। প্রাকৃতসৃষ্টিগী মমাংদা মহাক্কী মন অমসুং নয়ন (মীৎ) লৈরম্মী— ইন্দ্রি অনীসিনা উপলক্ষণ ওইবগা অতৈ ইন্দ্রিয়সু লৈরম্মী—হায়না শ্রুতি-দগী খঙবা ঙম্মী। মরমসিনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়গা দেহগসু প্রাকৃত-নত্তবনী হায়বত্তুমক খঙহল্লী। মহাক্কী দেহগা ইন্দ্রিয়গদি সচ্চিদানন্দময়-নী। "আনন্দমাত্র-মুখ-পাদ-সরোরুহাদিরিতি" ধ্যানবিন্দু উপনিষদ্ বাকানা মতুগী সাক্ষীনী। শাস্ত্রদা মফম খরদা মহাকপু নিরাকার (আকার-লৈতবনী, মওংনাইদবনী) হায়বশ্বত্তুদি মফম মফমত্তুদা— মহাক্কী প্রাকৃত আকার প্রাকৃত ইন্দ্রিয় লৈতে হায়বগী রানী। "অনিন্দ্রিয়া ইত্যাদিভিঃ মায়িককার-স্থনিষেধাৎ।" শাস্ত্রপ্রমাণ ময়ামসিদগী খঙবদি পরমেশ্বরগী আকারদি মায়িক নত্তে; মতুদা করিমত্তা চিংননঙাই লৈত্রে। অতুম ওইননক কনা কনাগুম্বনা বিতর্ক (য়েংথোক-য়েংশিন) তৌখংলকপসু ময়াঙবি। বিতর্কসী কোরুবা হায়ত্তুনা— সত্যস্বরূপ পরতত্ত্ব- ধাম্না স্বেননিরস্তকুহকম-নী হায়রম্মী। স্বেন ধাম্না—মহামকী স্বরূপ-শক্তিনা **নিরস্ত কুহকম্**—মহাক্না মায়াদু নিরস্ত (হংদোকপা) ওইবগা, অতুগুম্বা মহাকপু ধ্যান তৌবি। মহাক্কী স্বরূপ-শক্তিগী প্রভাব-না মায়ানা মাগী মনাক চঙবা ঙমদে, মরমদুনা মাগী আকার

হায়বদি দেহহু মায়িক ওইবা য়াদে হায়বহু চিংননঙাই লৈতনা খঙবা য়াই। মফমসিদা ধাম-শব্দগী অর্থ স্বরূপশক্তি হায়না হল্লে। ধাম-শব্দগী অর্থ প্রভাব-সু ওইবা য়াই ; দেহসু ওইবা য়াই ( অমরকোষ )। কুহক-শব্দগী অর্থ কুতর্ক-তৌগনবা মীসু ওইবা য়াই। অর্থ পুম্নমক্কি য়েংলুরগা হায়রিবা বাকগী তাৎপর্য্যদি অদুম্না ওইগনী। **স্বেনধাম্না**—মছাগী ভক্তগীদমক ওইবা মছামক্কী ময়ামগীগা-মান্নদবা মছামক্কী অনুভবকী প্রভাব-তুনা, নত্রগা খোঙথাঙ-খুদিঙদা ইহৌতুনদা লৈবা মছামক্কী ময়ামগা-মান্নদবা মাধুর্য্য-ঐশ্বর্য্য-ভাণ্ডগী শ্রীবিগ্রহ ( দেহ ) অতুনা মতম অহুম্মক্তা **নিরস্তকুহকম্**—তর্ক-তৌগনবা মীওশিংদু নিরস্ত ( থৎপা ) ওইয়ে হায়বদি থৎলী মহাক্না, অতুগুম্বা ( থৎপগী থবক তৌরিবা ) মহাকপু ধ্যান তৌরি। তর্কবিতর্কনা ( মরৈমরাংনা ) ভগবৎ তত্ত্ব করিনো হায়বহু লেপ্পা য়াদে, ভগবৎ-তত্ত্বদি অনুভব ওনা খঙগদবনি। ভগবানগী দেহদি প্রাকৃত নত্তে, চিন্ময়-নী হায়বহু খঙগদবদি কনাগুম্বা ভক্তনা মাগী প্রেম-ভক্তিগী প্রভাব-না মাগী চিত্তদা ফংবা অনুভবকী মতেঙনা নত্রগা ভগবানগী মতম পুম্বদা নৌহৌদনদা লৈবা মাধুর্য্য-ঐশ্বর্য্যভাণ্ডগী শ্রীবিগ্রহগী দর্শন ভগবানগী কৃপানা ফংলতুনা লাইবক-ফরবা অতুগুম্বা ভক্তদনা ফংগদবনী। ভগবানগী তত্ত্ব অনুভব তৌবদি নত্রগা মহাক্কী দর্শন ফংবদি মহাক্কী কৃপাতনা ওইগদবনী। “নিত্যাব্যক্তোঽপি ভগবানীক্ষতে নিজশক্তিতঃ। তামৃতে পরমাত্মানং কঃ পশ্যেতামিতং প্রভুম্। ভাগবতামৃতধৃত নারায়ণাধ্যাত্মবচনম্॥ নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন। যমেবৈষ বৃণুতে তেস্তেষো লভ্য ইত্যাদি শ্রুতিবাক্যম্।”

শ্লোকসিদা য়াওরিবা “ত্রিসর্গোমৃষা”— শব্দকসিগী অর্থ স্বামিপাদ-না অমা অতুগা চক্রবর্ত্তিপাদনা অমা তৌরম্লে। “ত্রিসর্গো মৃষা” সন্ধি-তৌরবা বাকানী। সন্ধিগী বিশ্লেষণ-দি ( থাইদোকপদি ) অনী থোক্না তৌবা য়াই ; মতুদি— ত্রিসর্গঃ + মৃষা = ত্রিসর্গোমৃষা অতুগা ত্রিসর্গঃ + অমৃষা = ত্রিসর্গোমৃষা (মফমসিদা লুপ্ত অকার-নী হায়না লৌরগা “ত্রিসর্গোঽমৃষা” ওইহল্লবদি তশেংতশেংনা খঙবা য়াই)। চক্রবর্ত্তিপাদনা “ত্রিসর্গঃ + মৃষা” অতুগা স্বামিপাদনা “ত্রিসর্গোঽমৃষা” হায়না পাঠ তৌরম্লে। রাফমসি নীঙশীঙগদবনী।

স্বামিপাদগী ব্যাখ্যাগা চক্রবর্ত্তিপাদগী ব্যাখ্যাগা খেন্নবা থাইদোকপা অমা লৈ। তেজোবারিমৃদামিত্যাদি অমসুং যত্র ত্রিসর্গোঽমৃষা-নচিংবা

অংশগী ব্যাখ্যা স্বামিপাদনা তৌরম্বত্তুদি মায়াবাদী-গী মত ইন্‌বনী হায়না লৌবা য়াই ; মরমদি মায়াবাদীশিংনা হায়—ব্রহ্ম সত্য-নী জগৎ মিথ্যানী, ব্রহ্মবু জগৎনী হায়না শেরান্নবা লৌবনী। অত্তুগা চক্রবর্ত্তিপাদগী অর্থদদি মত্তুম্না খন্নবা মরম লৈতে। স্বামিপাদগী উপসংহারদি (য়ারোইদি) মায়াবাদগী ওইনা তৌবা নত্তে। মায়াবাদীশিংনা ব্রহ্মবু চিৎ-সত্তা ওইনতা লৈবনী—নির্ব্বিশেষ ( শক্তাইদবা ) পোৎনী হায়না খল্লী ; স্বামিপাদনা শ্লোক অসিদা য়াওরিবা পরম-শব্দগী অর্থ-পরমেশ্বর-হায়না ইরম্মী, মসিনা ভাক্‌পদি মহাক সবিশেষত্ব ( ভগবান্ সবিশেষনী—শক্তাইবনী হায়বা ) য়ারম্মী। মরমসিনা শ্লোকসিগী টীকা হৌগৎলকপদা শ্রীজীবগোস্বামীনা ইরম্মী মত্তুদি—জন্মাদ্যস্য ইত্যত্র শ্রীশ্রীধরস্বামিচরণানাময়মভিপ্রায়ঃ পরং পরমেশ্বরমিতি ন পুনরভেদবাদিনামিব চিন্মাত্রং ব্রহ্ম ইত্যর্থঃ—স্বামিপাদনা লৌনাঙলম্বদি সবিশেষত্ব-তুনী।

শ্লোক অসিদা ধ্যান তৌগদবনী হায়বা সত্যস্বরূপ-পরতত্ত্ব বস্তু অসি কনানো হায়বত্তু শ্লোকসিদদি শেংনা পন্দে। শ্রীজীবগোস্বামীনা ইরম্মী মত্তুদি—শ্লোকসিদা হায়রিবা "সত্যম্"—শব্দগী উপলক্ষণ দা শ্রুতিনা হায়রিবা "সত্যংজ্ঞানমনন্তং ব্রহ্মবু" হায়রিবনী। "বৃংহতি বৃংহয়তি চ ইতি ব্রহ্ম" হায়বা শ্রুতিবাকাসিগী মতুং ইন্না অমসুং "বৃহত্ত্বাদবৃংহণত্বাচ্চ তদ্‌ব্রহ্ম পরমং বিদুঃ" হায়বা বিষ্ণুপুরাণগী বাক্যসিগী মতুং ইন্না ব্রহ্মগী শক্তি লৈবগী রা খঙবা ঙম্মী। "পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে। স্বাভাবিকী জ্ঞানবলক্রিয়া চ॥" হায়বা শ্রুতিবাকাসিদা ব্রহ্মগী শক্তি লৈবগী রা তাংত-শেংনা পনবা উই। শ্লোকসিদা য়াওরিবা "জন্মাদ্যস্য যতঃ" "অভিজ্ঞঃ স্বরাট্," "তেনে ব্রহ্ম হৃদা," "ধাম্না স্বেন নিরস্তকুহকম্"-নচিংবা উক্তিনস্যু পরতত্ত্ব বস্তুসিগী শক্তি লৈবগী রা ফেঙদোকলি। মরমত্তুনা শ্লোকসিদা পল্লিবা সত্যস্বরূপ-পরতত্ত্ববস্তুসে পরমেশ্বরমক্নী। পরমেশ্বরবু ধ্যান তৌবগী রা শ্লোকসিদা হায়রিবনী। গোপালতাপনী শ্রুতিদা "কৃষ্ণএব পরো দেবস্তং ধ্যায়েৎ"-নচিংবা বাক্যদা পরমদেবতা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌবগী রা হায়রি। "সত্যে প্রতিষ্ঠিতঃ কৃষ্ণঃ সত্যমত্র প্রতিষ্ঠিতঃ। সত্যাৎ সত্যঞ্চ গোবিন্দস্তস্মাৎ সত্যোহি নামতঃ॥" মহাভারতকী উদ্যোগপর্ব্বদা শ্রীকৃষ্ণনামগী নিরুক্তিদগী খঙবা ঙম্বদি—শ্রীকৃষ্ণসে, শ্রীগোবিন্দসে সত্যনী ; "সত্য" অসী মহাক্কী মিং অমনী।

মসীদগী খণ্ডবা ওস্বদি--শ্রীমদ্-ভাগবতম্‌গী শ্লোকসিদা সত্য-কৌবা শ্রীগোবিন্দবু ধ্যান তৌবগী ৰা হায়রে। শ্লোকী শব্দশিংছুনা সাক্ষাৎ ওইনা ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লী হায়বসি শ্রীজীবগোস্বামী অমসুং চক্রবর্ত্তিপাদ-অনীমক্কা অর্থ তৌদুনা তাক্লম্মী।

### মূল ১৭১

এক সংশয় মোর আছয়ে হৃদয়ে।
কৃপা করি কহ মোরে তাহার নিশ্চয়ে ॥ ১৭১ ॥

### শব্দার্থ

এক—অমা ; সংশয়—চিংনবা ; মোর—ঐগী ; আছয়ে—লৈ ; হৃদয়ে—পুক্নীঙদা ; কৃপা করি—কৃপা তৌদুনা ; কহ—হায়বিয়ু ; মোরে—ঐঙোন্দা ; তাহার—মদুগী ; নিশ্চয়ে—অরেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী পুক্নীঙদা চিংনবা অমা লৈরে। চান্‌বিদুনা মদুগী অণ্ডইবা অদু খরা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু।

### লৌনরোল

রামরায়গী মচীন্না থোঙ ওইদুনা তত্ত্ব পূর্ন্নমক ফোঙদোকহল্লগা প্রভুনা হৌজিক মঙোন্দা মহাক্কী স্বরূপতত্ত্বদু ফোঙদোক্লীঙলদুনা মাগী ঐশ্বর্য্য অমা ফোঙদোক্লম্মী। রামানন্দনা খঙহৌদবমথৈ উখি—প্রভুগী সন্ন্যাসীগী রূপ অদু লৌরমদ্রে ; মদুগী মহুত্তা শ্যামসুন্দর (শংবান্ননা ফজবা) বংশীবদন হায়বা রূপ অদু লৌরগা চপ্‌ লেপ্পুনা লৈরম্মী ; অদুগা মমাঙদা সনা-অহিংবা কুগী প্রতিমাগা মান্নবী মুপী অমম্ভ লেপ্পুনা লৈরম্মী ; মুপীদুগী অঙৌবা কুনা শ্যামসুন্দরগী হকচাঙ পূর্ন্নমক কুপ্পগী মতৌগুম্নম্মী। মদু উবদা রায় চিংনখি ; মরমদুনা প্রভুনা হংলম্মী—মহাক কনানো ?

### মূল ১৭২

পহিলে দেখিলুঁ তোমা সন্ন্যাসি-স্বরূপ।
এবে তোমা দেখি মুঞি শ্যামগোপ রূপ ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

পহিলে—অহান্‌বদা ; দেখিলুঁ—উখি ; তোমা—নহাকপু ; সন্ন্যাসি-স্বরূপ—সন্ন্যাসীগী মশক ; এবে—হৌজিক ; তোমা—নহাকপু ; দেখি—উই ; মুঞি—ঐনা ; শ্যামগোপ—শংবান্নবাকুচুগী গোপগী ; রূপ—শক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা নঙবু উবদা সন্ন্যাসী অমা ওইনা উখি । হৌজিক নঙবু শ্যামবর্ণগী গোপ অমা ওইনা উরে ।

## নৈনরোল

**পহিলে**—অহান্‌বদা গোদাবরী তোর্ব্বান্দা উবা মংমদা নহাক সন্ন্যাসী অমা ওইনা উখি । মতুগী তুংদগ্যু ন্নমীৎ খরনি উবস্তু অতু মঙাই, সন্ন্যাসী ওইনা উখি । ঙসী উনবা মতমদস্তু নঙগী সন্ন্যাসীগী বেশতু অতুম মউখি ।

## মূল ২৭৩

তোমার সম্মুখে দেখোঁ কাঞ্চন-পঞ্চালিকা ।
তোর গৌরকান্ত্যে তোমার সর্ব্ব-অঙ্গ ঢাকা ॥ ২৭৩ ॥

## শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী ; সম্মুখে—মাঙদা ; দেখোঁ—উই ; কাঞ্চন—সনা অহিংবগী ; পঞ্চালিকা—প্রতিমা ; তোর—মহাক্কী ; গৌর—অঙৌবা ; কান্ত্যে—কান্তিনা ( কুপ্না ) ; তোমার—নহাক্কী ; সর্ব্ব-অঙ্গ—হকচাং পুম্বা ; ঢাকা—কুপ্পা ( ওইরে ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী মাঙদা সনা-অহিংবা মচুগী মূর্ত্তি অমা উরি । মহাক্কী অঙৌবা কান্তিনা নঙগী হকচাঙ পুম্বা কুপ্পী ।

## মূল ২৭৪

তাহাতে প্রকট দেখি সবংশীবদন ।
নানাভাবে চঞ্চল তাহে কমলনয়ন ॥ ২৭৪ ॥

শব্দার্থ

তাহাতে—মতুদা ; প্রকট—ফোঙদোকপা ; দেখি— উই ; সবংশীবদন—বাঁশীগা লোয়নবা মায়থোঙ নক্তগা চীনবান্ ; নানাভাবে—ভাব মখল মখানা ; চঞ্চল— ইলাঙ লাঙজী ; তাহে—মতুদা ; কমলনয়ন—থম্বাল মানবা মীৎতানা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদা বাঁশীগা লোয়নবা নংগী বদনতু উই । ভাব মখল-মখানা নঙগী থম্বাল-মানবা মীৎস্থু ইলাঙ লাঙজী ( থক-থক লাউয়ি ) ।

মূল ১৭৫

এইমত তোমা দেখি হয় চমৎকার ।

অকপটে কহ প্রভু ! কারণ ইহার ॥ ১৭৫ ॥

শব্দার্থ

এইমতে—মসিগুম্বা অসুম্না ; তোমা— নঙবু ; দেখি— উবগা ; হয়— ওই ; চমৎকার—ঙকপা ; অকপটে লৌথুপ লৈতনা ; কহ—হায়য়ু ; প্রভু—হে প্রভু ; কারণ— মরম ; ইহার—মসীগী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিগুম্বা অসুম্না নঙবু উবগা ঙক্লেনে । হে প্রভু ! উরিবা মসিংসিগী মরমতু লৌথুপ লৈতনা হায়বিয়ু ।

মূল ১৭৬-১৭৮

প্রভু কহে কৃষ্ণে তোমার গাঢ় প্রেম হয় ।

প্রেমার স্বভাব এই জানিহ নিশ্চয় ॥ ১৭৬ ॥

মহাভাগবত দেখে স্থাবর-জঙ্গম ।

তাহাঁ তাহাঁ হয় তাঁর শ্রীকৃষ্ণ স্ফুরণ ॥ ১৭৭ ॥

স্থাবর জঙ্গম দেখে, না দেখে তার মূর্ত্তি ।

সর্ব্বত্র হয় নিজইষ্টদেব স্ফূর্ত্তি ॥ ১৭৮ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে— প্রভুনা হায় ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; তোমার—নহাক্কী ; গাঢ়—নঙ-নঙ-লাংবা ; প্রেম— তুংশিবা ; হয়—ওই ; প্রেমার—তুংশিবগী ;

স্বভাব—হৌনবী লীচৎ ; এই—মসিনী ; জানিহ—খঙঙু ; নিশ্চয়—লেপ্পমক ; মহাভাগবত—মহাভক্তনা ; দেখে—উই ; স্থাবর—চৎত্তবা পোৎ ; জঙ্গম—অচৎপা পোৎ ; তাহাঁ তাহাঁ—পোৎ-পোত্তুদা ; হয়—ওই ; তাঁর—মহাক্কী ; শ্রীকৃষ্ণস্ফুরণ—শ্রীকৃষ্ণনা ফোঙ-ফোঙ থোকপা ; স্থাবর-জঙ্গম—অচৎ-চত্তবু ; দেখে—য়েংঙী ; না দেখে—উদে : তার—মাগী (পোত্তুগী) ; মূর্ত্তি—মূর্ত্তি ; সর্ব্বত্র—মফম পুম্বদা ; হয়—ওই ; নিজ—মচাগী ; ইষ্ট—লাৎচবা : দেব—লাই ; স্ফূর্ত্তি—ফুঙ ফাওরকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খুম্লম্মী—নঙদি কৃষ্ণবু য়াম্না য়েৌনা নুংশি । প্রেমগী লীচৎতি অসিনী হায়বসে লেপ্পমক খঙঙু । মহাভক্তনা অচৎ-চত্তা উবদা পোৎ-পোৎ অদুদা মাগীদি শ্রীকৃষ্ণদু ফোং হেক্তা ফাওরকয়ি । অচৎ-চৎত উরগা পোৎতুগী মূর্ত্তিবু উদে ; অদুগী মহুত্তা মফম পুম্নমক্তা মচানা লাৎচবা লাইদু ফোঙ-ফোঙ ফাওরকয়ি ।

## নৈনরোল

প্রভুনা মচাবু লোৎননবগীদমক হায়রম্মী - "রামানন্দ । অহানবদা ঐবু সন্ন্যাসী ওইনা উখিবদু অদুম ঐহাক সন্ন্যাসী ওইনা লৈবনী । মনা অহিংবা মচুগী প্রতিমাগী অঙৌবা কান্তিনা বৃপ্লবা বংশীবদন শ্যামগোপরূপ উরিবদো ঐগী অতোপ্পা রূপ নত্তে, মদু নঙগী ইষ্টদেবগী স্ফূর্ত্তিনী । মহাভাগবতশিংগীদি মফম খুদিংমক্তা ইষ্টদেবগী স্ফূর্ত্তি ওই । মখোয়না য়েংঙু য়েঙবা অচৎ চত্ত পোৎ খুদিংমক্তা পোৎ-পোত্তুগী মূর্ত্তি উদে, মদুগী মহুত্তা মখোয়গী ইষ্টদেববু মফম খুদিংমক্তা উজে । নঙদি পরম-ভাগবত-নী ঐহেন্দা য়েংলগসু নঙগী ইষ্টদেববু উরি, ঐগী রূপ-তি নঙনা উবা ফংদরে ।" ভক্তদি মাগী ইষ্টদেববু নুংদসু পান্দসু পঙউইদা উই ।

২৭৪-২৭৬ পয়ারদা হায়রিবা রাসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অনী লৌখৎলি ।

## মূল ২৭৯

সর্ব্বভূতেষু যঃ পশ্যেদ্ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ ।

ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তমঃ ॥ ২৭৯ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বভূতেষু - জীব পুম্নমক্তা ; যঃ—মহাক্না : পশ্যেৎ—উই ; ভগবৎ-ভাবম্—ভগবান্ লৈবা ; আত্মনঃ—মছাগী (মছানা লাৎচরিবা) ; ভূতানি—জীবপুম্ববু : ভগবতি—ভগবান্দা ; আত্মনি—মছাগী ওইবা ; এষঃ—মহাক্তো ; ভাগবত-উত্তমঃ ভক্ত অথোইবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(হরিনা-হায়রম্মী) - "হে রাজন্, জীব পুম্বদা কনাগুম্বনা মছানা লাৎচরিবা ভগবান্না লৈববু উরবা অদুগা মছানা লাৎচরিবা ভগবান্দসু জীব পুম্নমক লৈবা উরবা ; নত্রগা কনাগুম্বনা মাগী চিত্তদা ফাওরক্লিবা ভগবান্দুদা জীব পুম্নমকপু প্রেম-লৈরবা ওইনা উরবা, অদু ওইরবদি মহাক্তো উত্তম ভাগবত নী ( ভক্তনী )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদভাগবত পুরাণদগী লৌথোকপনী ( ১১/২/৪৫ )

নিমি মহারাজগী রাহংগী পাউথুমদা হরি কৌবা যোগীন্দ্রনা মহাভাগবত-শিংগী মপুঙ্গীভগী ভাব করম তৌয়ি হায়বদু তাক্লি—ভাগবত্তোম ওইবা মীদুদি, জীব পুম্নমক্তা **আত্মনঃ** মছামক্কী ভগবদ্‌ভাবং—ভগবান লৈবদো দর্শন তৌয়ি (ভূ ধাতুদগী ভাব-শব্দ ওইরকপনী : লৈবগী অর্থদা ভূ-ধাতুনী ; মরমদুনা ভাব কী অর্থদি অস্তিত্ব—লৈবা—হায়বনী) : নত্রগা, ভাবঃ—আবির্ভাব (থোরকপা) হায়বনী . আত্মনঃ ভগবদ্-ভাবঃ—মছামক্কী নীঙজরিবা (উপাস্য) ভগবান্‌দুগী আবির্ভাব ( নত্রগা ভগবৎ স্বরূপ ) অদুবু দর্শন তৌয়ি ( শ্রীজীব )। অন্তর্যামিপরমাত্মা ওইনা জীব পুম্নমক্তা ভগবান্ লৈববু অনুভব তৌবা, নত্রগা পুম্নমক-শল্লিবা ব্রহ্ম ওইনা মফম পুম্নমক্তা মহাক লৈ হায়বদু অনুভব তৌবা— হায়বসি নত্তে মথক্তা পল্লিবা বাক্যগী অর্থদি : মরমদি মসিগুম্বা অনুভবতি যোগীগী নত্রগা জ্ঞানীগী লক্ষণ ওইবা তায়, পরম-ভাগবতকী লক্ষণ নত্তে। পরম-ভাগবত হায়বদুদি মদুদগী হেন্না উই—**আত্মনি**- মছামক্কী নীঙজরিবা উপাস্য ওইনা য়েৌনা নুংশিজবা ( পরম-প্রিয় ) ভগবান্‌দুদা, **ভগবতি**— ভগবান্ অদুদা, মছামক্কী ভাব-কী ওইবা লাৎচবা ভগবৎ-স্বরূপ অদুদা **ভূতানি**—জীব পুম্নমকপু মহাভাগবত-না

উই, হায়বদি মহাক্কী ইষ্টদেববু মানা হুংশি জবদোনা জীব পুম্নমক্না মহাক্কী ইষ্টদেবত্বু হুংশি হায়না মহাভাগবত অহুনা উই।

শ্লোকসিদা "পশ্যতি" হায়দনুনা "পশ্যেৎ" হায়বগী তাৎপর্য্যাদি ভাগবোত্তম ওইবশিংতুনা শ্লোকসিদা হায়বিবা দর্শন মতৌসিগী যোগ্য ( মতীক চাবা ) ওই হায়বসিনী ; মশম পূর্বদা মথোয়না জীব পুম্নমক্তা মচামচাগী ইষ্টদেববু দর্শন তৌই নত্রগা মহাক্কী ইষ্টদেবনু জীব পুম্নমক্না হুংশি হায়না মানা খল্লি হায়ুবা নত্তে ; মতৌতুম্না দর্শন নত্রগা অনুভব তৌবগী যোগ্যতা (মতীকচাবা) অহুতা মখোয়গী লৈ। মখোয়না ভগবানব দর্শন তৌনীঙবত্ন য়াম্না হেঙ্গং- লকপা মতমদা "যাঁহা যাঁহা নেত্র পড়ে তাঁহা তাঁহা কৃষ্ণ স্ফুরে— মখোয়না উরু উরুবা মফম মফমদা কৃষ্ণ থোরকযি ;" মতমত্নদা মী পুম্নমকপু মাংঙ্গনী খন্দুনা পুম্নমক্কী মনূঙদা ভগবানবু উর্নীঙবগী পোযরাঙবত্ন লৈ হায়না অনুভব তৌয়ি। মতম পুম্নমক্তা অসিগুম্বা ফীভমসি নারদ ব্যাস-শুক-খোয়গী ফাঙবা লৈতে। চক্রবর্ত্তী ) ।

১৭২-১৭৬ পয়ারদা হায়বিবসিগী প্রমাণদি শ্লোকসিগী প্রথমার্দ্ধনিনী। শ্লোকসিগী দ্বিতীয়ার্দ্ধ-উক্তিগী প্রমান্না মখাদা লৌখৎলিবা শ্লোকসিনী।

## মূল ১৮০

বনলতাস্তরব আত্মনি বিষ্ণুং ব্যঞ্জয়ন্ত্য ইব পুষ্পফলাঢ্যাঃ।

প্রণতভারবিটপা মধুধারাঃ প্রেমহৃষ্টতনবো বৰৃষুঃ স্ম ॥ ১৮০ ॥

## শব্দার্থ

বনলতাঃ উমংগী উরীশিং ; তরবঃ— উপাম্বী পুম্নমক ; আত্মনি— মচাগী মনূঙদা, বিষ্ণুং— ভগবান্ বিষ্ণুবু ; ব্যঞ্জয়ন্ত্যা তাতুনা ; ইব গুম্না ; পুষ্পফলা আঢ্যাঃ — লৈপাল হৈপান্না জুম-জুম লাওনা থল্লবা , প্রণত ভার- বিটপা - লুপ্পনা-নোম্থরবা-উশা-লোঙবা ; মধুধারাঃ — থাইতীগী ঈচেল্- চেম্থরবা ; প্রেমহৃষ্টতনবঃ হুংশি-তুজুং-হরাওবা দেহনা মখোয়গী ওইবা ; ববৃষুঃ - থিকৃথরম্মী ; স্ম— কয়াদা ঙকখ্রবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৈপাল-লৈপান্না-জুম-জুম-লাওরবা, মতুনা নোম্থরবা-উশা-লোঙবা,

অমস্তুং নুংশিবনা তুজুং হৱাওরিবা বন-লতা-( উমংগী উরী )-শিংহুনা মখোয় মছাদা বিষ্ণুনা ঙাম্ফোইরি হায়বা তাকপগী মতাগুম্না নুংঙাইবনা মধু-ধারা ( খোইহীগী ঈচেল্ ) হৈথরি অদুগা উরীশিংদুগী মপূরোইবা পামেলশিংদুস্তু উরীশিংগী মতৌগুম্না হৱাও-নুংঙাইবা ফোঙদোক্লি।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী (১০/৩৫/৯)। ব্রজসুন্দরীশিংনা হায়খিবনী, মখোয়দি শ্রীকৃষ্ণদা য়োনা প্রেম-লৈবী-নী ; মরমদুনা মখোয়দৌনা বন-গী উরীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি হায়না মখোয়না খল্লী। শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইনুংদা অমুভব তৌদুনা মখোয়না নুংঙাইবদগী পিরাং শিন্দে, অদুনা মখোয়না খল্লী—উপাস্বীশিং উরীশিংস্তু থম্মোইনুংদা শ্রীকৃষ্ণবু অনুভব তৌয়ি অদুগা অনুভব-তুগী কল ওইনা উপাস্বীশিংস্তু উরীশিংস্তু পিরাং শিন্দে ; উপাস্বী অমস্তুং উরীশিংদগী খোইহী চেস্তরস্বদুদা গোপসুন্দরীশিংনা খন্‌বদি খোইহীগী ঈচেল নত্তে, পিরাং শিন্দবনী হায়বসিনী। শ্রীকৃষ্ণবু উবদা মখোয়গী হকচাঙদা তুজুঙভী ; মখোয়না খল্লী—উরাশিংদা উরীশিংদা নানৌগী নৱ্রগা লৈগী ময়োন চোংলম্বদু উনাগী নৱ্রগা লৈগী ময়োন নত্তে, মদু তশেংনমক উরা-শিংগী প্রেম্না পোকহন্‌বা মখোয়গী তুজুংনী শ্রীকৃষ্ণবু হৃদি-নুংদা পুজরদুনা উরাশিংনা "প্রেমস্কৈতন্ত" ওইরিবনী হায়না খল্লী। ময়োন্‌গী মশক ওইবা তুজুংদু উরগা গোপসুন্দরীশিংনা খল্লম্মী—তরুলতাশিংসিস্তু শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি, মখোয়না শ্রীকৃষ্ণন থম্মোইদা চেৎনা থম্‌জে, নৱ্রগদি মখোয়গী দেহেদো অস্তুম্না করিগী তুজুংগনী, মখোয়গী পিরাং করিগী শিন্দগনী ?

**আত্মনি বিষ্ণুং ব্যঞ্জয়ন্তঃ ইব**—উ অমস্তুং উরীশিংনা মখোয়গী মছানুংদা বিষ্ণু থোরকয়ি হায়বদু মখোয়না ফোঙদোকপা ওইনা তৌরি ; মখোয়গী প্রেমনা হৱাওবা, মখোয়গী পিরাংনচিংবদুদা খঙহন্‌বদি, মখোয়গী চিত্তদা বিষ্ণুগী স্ফুরণ ওইরে হায়বসিনী। বিষ্ণু শব্দশিংনা পুম্নমক্তা ছন্না লৈবা (সর্ব্বব্যাপকতা) হায়বদু তাক্‌য়ি ; মফমসিদা পরম প্রেমবতী গোপ-সুন্দরীশিংগী মিত্তা মফম খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণ স্ফুরিত ওইরি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদি সর্ব্বব্যাপকনী হায়বদু তাকুনবা হায়দুনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা "বিষ্ণু"-শব্দনা কৃষ্ণবু কৌরম্লিবনী। তদুগী হায়রগদি বৃন্দাবনগী তরুলতাশিংস্তু চিন্ময় ওইবা পোং ঙাক্তনী, মরমদুনা মখোয়গী মছাদস্তু প্রেম ঈহৌরক-পদি ময়াইমা।

শুদ্ধমাধুর্য্য-চেন্বী ব্রজসুন্দরীশিংগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়বগী জ্ঞান ফাওদে। কনাগুম্বগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়বগী জ্ঞান ফাওরক্র-বদি হৈপান-লৈপালগী লূম্বনা নোম্থরক্লিবা তরুলতাবু উরগা মহাক্কা খনগনী মহুদি— উশাগী মশক ওইবা মথংনা তরু-লতাশিংনা হৈ-লৈ-নচিংবা পূজাগী পোৎলম পায়রহুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-দা কৎননবা হায়হুনা মরু-লূকৃথরি; তরুশিংবু লতাশিংগী মপুরোইবনী লৌরগা মখোয়না অমূকম্ হায়রম্মী মহুদি— য়ুম্নান্বা কনা ভক্তনা মাগী মুপীগা লোয়ননা সেবাগী পোৎলম থিজন-খোৎচল্লী, মতৌহুগুম্না তরুশিং অমসুং লতাশিংনা হৈ লৈ-নচিংবা পূজাগী পোৎলম মখুৎতা পায়রগা শ্রীকৃষ্ণ সেবাগীদমক শেমশাই— মরায়-লূকথরহুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরি।

মতৌ অসুম্না ভাগবতোত্তমশিংনা খল্লী মহুদি—মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পুরিবা ভাব অহু মী অতৈ পুম্নমক্কসু করি হায়নী শা, উচেক, তীন্-কাঙ, উ-রা উরীনফাওবা ভাগবতশিংহুনা পুরিবা ভাব অহু—পুরিনী হায়বসিনী।

মূল ১৮১

রাধাকৃষ্ণে তোমার মহাপ্রেম হয়।

যাহাঁ তাহাঁ রাধা কৃষ্ণ তোমারে স্ফুরয় ॥ ২৮১ ॥

**শব্দার্থ**

রাধাকৃষ্ণে রাধাকৃষ্ণদা; তোমার—নহাক্কী; মহাপ্রেম—য়েৌনা নুংশিবা; হয়—ওই; যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদসু অমদসু: রাধাকৃষ্ণ—রাধাকৃষ্ণনা; তোমারে—নঙোন্দা; স্ফুরয়—ফুঙ ফাওরকপনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাকৃষ্ণবু নঙনা য়েৌনা নুংশিজে; মরমহুনা মফম পুম্নমক্তা নঙগী নমীত্তা রাধাকৃষ্ণগী স্ফূর্ত্তি ওইবনী।

## নৈনরোল

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ঐদি সন্ন্যাসীহু অতুম ওইহুনা লৈ। মঙনা শ্যামগোপগী শক অমসুং অহুগী মাওদা সনা-অহিংবা মগী মূর্ত্তি অমা উরিবহুনা ঐগী মরমদা চিংনবা তৌগন্তু; উরিবহু নঙগী ইষ্টদেবগী স্ফূর্ত্তিনী।

নওদি মহাভগবত-নী অমস্তুং মহাপ্রেমিক-নী ; প্রেমগী হৌনশা নমীৎ মমাঙদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্ফূর্ত্তি ওইবত্নী।"

গোপবেশ-থোন্বা খুত্তা বেণু পায়রিবা শ্রীকৃষ্ণগী মমাঙদা সনাগী পঞ্চালিকা অমা রামানন্দনা উরিবত্তু শ্রীরাধা-নী হায়বা পয়ারসিদা প্রভুগী মুখদা থোকখ্রে।

মূল ২৮২

রায় কহে—তুমি প্রভু! ছাড় ভারিভুরি।
মোর আগে নিজ-রূপ না করহ চুরি ॥ ২৮২ ॥

শব্দার্থ

রায় কহে—রামানন্দ রায় না হায় ; তুমি—নঙ ; প্রভু—হে প্রভু ; ছাড়—থাদোক্লো ; ভারিভুরি—তাৎ-হৈবা ( চালাকী ) ; মোর—ঐগী ; আগে—মাঙদা ; নিজ—নছাগী , রূপ—শক্ ; তত্ত্ব ; না করহ—তৌগনু ; চুরি—নোৎপা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

( প্রভুগী রা তারগা ) রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—হে প্রভু, নহাক তাৎ-হৈদত্তু থাদোক্লো। ঐগী মাঙদা নশক অত্তু লোৎকনু।

মূল ২৮৩-২৮৪

রাধিকার ভাবকান্তি করি অঙ্গীকার।
নিজরস আস্বাদিতে করিয়াছ অবতার ॥ ২৮৩ ॥
নিজগূঢ় কার্য্য তোমার প্রেম-আস্বাদন।
আনুষঙ্গে প্রেমময় কৈলে ত্রিভুবন ॥ ২৮৪ ॥

শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীরাধাগী ; ভাবকান্তি—মহাভাব হায়বা প্রেমগী মতাঙ ; অমস্তুং কান্তি—কুহ্ ; করি—তৌদুনা ; অঙ্গীকার—শাগোন্নবা, লৌবা ; নিজরস—নছামক্কী রস ( শ্রীকৃষ্ণগী বিষয় ওইবা রস ) ; আস্বাদিতে—মহাও তংগে হায়দুনা . করিয়াছ তৌরক্লে ; অবতার—নোংঙুম্বা ; নিজ—নছামক্কী ; গূঢ় অথুপ্পা ; কার্য্য থবক ; তোমার নহাক্কী ; প্রেম—

প্রেম ; আস্বাদন— মহাও তংবা ; আনুষঙ্গে—পোত্তপ লোয়নবা ওইনা ; প্রেমময়—প্রেমভাক্তগী ; কৈলে—ওইহল্লে ; ত্রিভুবন—মরোল অহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রামারায়না হায়রম্মী)—শ্রীরাধাগী ভাব অমসুং কান্তি শাগোম্নহুনা নছামক্কী মাধুর্য্যনচিংবা রস তংগে হায়বগীদমক অবতার তৌরকপনী। নছা-মক্কী অথুপ্পা থবক্তি নভগী প্রেমগী মহাও তংবনী ; অদুগা লোয়ননা ( প্রেম প্রচার তৌরগা ) মরোল অহুম্ব প্রেম ভাক্তগী ওইহল্লে।

## নৈনরোল

প্রভুগী কৃপানা রামরায়গী চিংনবা কোকহল্লে, অদুনা মহাক্কী চিত্তদা মহাপ্রভুগী তত্ত্ব ফাওহল্লে ; অদুগা করি মরমগী অবতার তৌরকপনো হায়বদুম্ব প্রভুগী কৃপানা রামরায়গী চিত্তদা ফাওহল্লম্মী, রামরায়না হৌজিক পয়ার অনীসিদা রা পুম্নমক্কী শেংনা হায়রিবনী।

রামানন্দনা হায়রম্লিবসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—"প্রভু, ঐহাক খঙলে নহাক কনানো হায়বদো। নঙসে স্বয়ং ব্রজেন্দ্রনন্দন অদুনী ; ব্রজদা নছা-মক্কী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবা ঙমখিদে ; মরমদি, মদু আস্বাদন তৌনবা অমতা-ভায়বা উপায়দি মাদন-কৌবা মহাভাব-নী, মদু নঙোন্দা লৈরমদে, শ্রীরাধাগী মনুঙদা লৈরম্মী। নছাগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌগে হায়বগীদমক্তা শ্রীরাধাগী মাদনাখ্য-মহাভাব অদু লৌরগা অমসুং শ্রীরাধাগী অঙৌবা কুপ্না নছাগী শ্যাম-কান্তিবু কুপ্‌ছল্লগা অবতার তৌরকপনী। মদুগা লোয়ননা জগৎতা প্রেমভক্তি য়েল্লিবনী।

কাঞ্চন-পঞ্চালিকাগী গৌর-কান্তিনা শ্যাম কান্তিবু কুপছল্লগা লাকপা মতৌদুদা রামানন্দনা খঙবা ঙমখি মদুদি—শ্রীরাধাগী কান্তিনা মছামক্কী শ্যামকান্তিবু লোৎছল্লগা শ্রীকৃষ্ণমক্তা অবতার তৌরকপগী অমসুং মানক্তা থৌজান্‌বিদুনা মহাক্কী ( রামানন্দগী ) মাঙদা য়ৌবিরকপনী। রামানন্দদি ব্রজগী বিশাখা সখীনী ; ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌনীঙখিবগী রাদু মানা (বিশাখা সখীনা) খঙখি। রায় রামানন্দগী রূপ-না মাগী মনাঙগী স্বরূপ লোৎলবসু প্রভুগী কৃপানা মহাক্কী নমাঙৈঙগী অনুভূতিদু

অমুক থোরকখি। মতমচুদা মহাক্না হায়রম্মীবনী—"হে প্রভু, নঙনা মহা-
মকী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌগে হায়বগী নীঙবা থুংখিদবদো থুংনবা হায়দুনা
প্রভু নঙনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌরগা লোংঙ্ককপনী।"

মূল ২৮৫

আপনে আইলে মোরে করিতে উদ্ধার।
এবে কপট কর, তোমার কোন ব্যবহার ॥ ২৮৫ ॥

শব্দার্থ

আপনে—নহাক্না ; আইলে—লাক্লে ; মোরে—ঐবু ; করিতে—তৌগে হায়না ; উদ্ধার—লান্নিবা ; এবে—হৌজিক ; কপট—লৌনম্বা, তাং ; কর—তৌরি ; তোমার—নংগী ; কোন—করম্বা ; ব্যবহার—শাজংনো।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

(রামানন্দনা হায়রম্মী)—ঐবু লান্নিগে হায়না নহাক্না লাকপনী। অদুগা হৌজিক নশক লোংতুনা লৌনম্মী ; অসিবু নঙগী করম্বা মতৌনো?

[illegible]

প্রভুনা (উদ্দেশ্যগা) তৌথোরকপা থবক্কা (কার্য্যগা) অনীজু নাইত্তে চানদ্রবদি লৌনম্বা (কপটতা) থোরকখি। রামানন্দনা হায়রম্মী—"প্রভু নঙনা মহাক্না লাকপগী উদ্দেশ্যদি ঐবু উদ্ধার তৌবনী হায়নদি শ্রীজেমদা রূপা উৎপীবনী ; অদুবু নঙগী রূপা মপুঙ ফানা উৎপীদরে। নঙনা নঙগী তত্ত্বদি ঐগী ইকয়দা লোৎপীরে।"

মূল ২৮৬-২৮৭

তবে হাসি তারে প্রভু দেখাইলা স্বরূপ।
রসরাজ মহাভাব দুই একরূপ ॥ ২৮৬ ॥
দেখি রামানন্দ হৈলা আনন্দে মূর্চ্ছিত।
ধরিতে না পারে দেহ—পড়িলা ভূমিতে ॥ ২৮৭ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; হাসি—নোক্লদুনা ; তারে—মহাক্দা ; প্রভু দেখাইলা—প্রভুনা উৎখি ; স্বরূপ—মচক ; রসরাজ—প্রাকৃত-মতৌ শৃঙ্গার রসরাজ

মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণ ; মহাভাব—মাদনাখ্য মহাভাব হায়বদি মাদনাখ্যমহাভাব-স্বরূপ শ্রীরাধা ; দুই—অনী ( অনীগী ) ; একরূপ—অমতা ওইবা শক্তম ; দেখি—উরগা ; রামানন্দ—রায় রামানন্দনা ; হৈলা—ওইখি ; আনন্দে—নুংঙাইবনা ; মূর্চ্ছিতে রাম্থবা ; ধরিতে—ফাজন্‌বা ; না পারে—ঙমদে ; দেহ—হকচাঙ ; পড়িলা—তুরম্মী ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অতুদগী মঙোন্দা ( রামানন্দদা ) প্রভুনা প্রভুগী অওইবা স্বরূপ অদু উংখি—রূপ অদুদি রসরাজ শ্রীকৃষ্ণগা মহাভাব-স্বরূপা শ্রীরাধাগা অনীনা অমতা ওইবা মূর্ত্তিনী । রূপ অদু উবদা রামানন্দনা নুংঙাইমন্‌খিদুনা রাম্থরম্মী ; মছাদু চুম্না লেপ্পা ঙমদদুনা লৈপাক্তা দম্ হাইথখি ।

## নৈনরোল

প্রভুনা রামানন্দগী মফমদা মছাবু লোৎকে ভৌরম্মী ; অদুবু মদু ঙমখিদে । প্রেমরসগী ইহৌ কন্‌খৎহন্নবা হায়দুনা রসিক-মকোক ভগবান্না প্রেমিক ভক্তগী মফমদা মছাবু লোৎনীঙবনী ; মদুম ভৌবসি ভগবানগী কেকু-লোৎপী মশান্না অমগুম্বনী হায়বা য়াই । মহাক্না মছাবু লোৎকে হায়না নীঙদুনস্থ প্রেমিক ভক্তনা মাগী প্রেমগী মতেঙনা মহাকপু খঙদোকয়ি । মতৌ অদুগুম্না প্রেমিক ভক্ত রামানন্দস্থ প্রভুবু খঙখিরম্মী । ভগবান্‌দি চতুরশিরোমণিনী, অদুবু প্রেমিক ভক্তদি চতুরশিরোমণিদুদগী হেন্না চতুর ওই হায়বা য়াই ; প্রেমিক ভক্তগী মফমদা মাগী হৈশিংবা অমতা য়াবা নত্তে ; মতাং পুম্নমক পুঙতোয় তোয়রম্মী, মতৌস্থুম্না ভক্তগী মফমদা ভগবান্না মায়থীবা ফংঙী । ভক্তবু মায়থীহল্লগা ভগবান্ নুংঙাইজদে ; প্রেমিক ভক্তগী মফমদা মায়থীবা ফংলদদা মহাক্কী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে, অদুম ভৌরগা রস থোইনা হেন্গৎলী । রামানন্দগী মফমদা মায়থীবা ফংচদুনা প্রভুনা নুংঙাইরম্বদু নোক্লগা ফোঙদোকখি । প্রভুনা নোক্লম্বসী রামরায়গী মফমদা মায়থীবদগী নুংঙাইবগী মহেন্ অদু তাকপা জাৎনী । প্রভুনা নোকপসিনা তাকপদি অসী মাল্লি—"রামানন্দ, নঙনা হায়রিবা রাদো মচুম্ জাৎ অমনী ।"

প্রভুনা নোকপসিগী মনুঙদা রাফম অমস্থ য়াওবা মাল্লী, মদুদি অসিনী—"রামানন্দ, ঐগী স্বরূপ অসিবু নহাক্না হাইফেৎ চুম্না খঙবা ঙম্লে ; অদুবু

অরাৎপা অমদি লৈরি ; ঐসে ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণনী হায়বা রাসে চুম্মী ; ইছাগী মাধুর্য্য চূপ্‌কে হায়বগীদমক লাকপনী হায়বসী অদুগা লোয়ননা জগৎতা প্রেম য়েঙ্খোক্লবগী লাকপনী হায়বসিমু চুম্মী। অদুগা ইছাগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবগীদমক ঐনা শ্রীরাধাগী গৌর-কান্তিনা শ্যাম-কান্তিবু কূপছল্লে হায়বা রাফম অসিনা মপুঙভাবা রা নত্তে ; ঐহাক শ্রীরাধাগী কান্তিদনা কূপ্পা নত্তে। মতাঙসিদা নঙগী অরাৎপা অমা লৈরে। ফরে, ঐগী স্বরূপসী করম তৌবগে হায়রক্ত নঙোন্দা উৎকে ঐ, মদু নঙ য়েংঙু।" প্রভুনা নোকপদুনা খঙহল্লমদি রামানন্দগী অরাৎপা অদু তাকৃপগী ওইরমাল্লে।

ভগবান্‌গী কৃপা নত্তনা কনামতনা মহাক্কী স্বরূপ খঙবা য়াবা নত্তে। "যমেবৈষ বৃণুতে তস্যৈষোলভ্যঃ॥" কৃপা ফংলবদদা মাগী স্বরূপ খঙবা ঙম্বগুম্বা প্রভুগী চিত্তদা অদুগুম্বা কৃপা অমা লাক্লে হায়বসে প্রভুনা নোকপ-দুনা তাকয়ি। মরমদুনা রায় রামানন্দবু মহৈ-য়াল্‌হল্লগে হায়দুনা প্রভুনা মছাগী স্বরূপ অদু উৎশিখি। স্বরূপ অদুমক্তি করিনো ? রসরাজ মহাভাব অনীনা অমা ওইবা স্বরূপ-নী ; শৃঙ্গাররসরাজ-মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণ অদুগা প্রেমনা-নঙ-নঙ লাওবা বিগ্রহনা মাগী ওইরিবী মাদনাখ্য-মহাভাব-স্বরূপিণী শ্রীরাধা অনীসিনা তিল্লগা ওইবা অমুক্তমু ওইখিদ্রিবা শক্তম্নী।

অদুবু রসরাজ-মহাভাব রূপ হায়বা--মদুবু উরগা রামানন্দরায়না রাম্বরম্বা--রূপ অদুবু করম-তৌবা রূপ-নো ? মূল ২৭০-২৭১-দগী খঙবা য়াবদি - রায়-রামানন্দদু অহান্‌বদা প্রভুগী সন্ন্যাসিরূপ উখিবনী, মদু উবদা মহাক রাম্বরমদে ; মদুগী তুংদা মহাক্না প্রভুবু শ্যামগোপ ওইনা উখি ; মদুদসু মহাক রাম্বখিদে ; অদুগী তুংদা অমুক বংশীবদন শ্যামগোপগী মাঙদা সনাগী পঞ্চালিকা মান্‌বী কুচু-ঙৌবী শ্রীরাধাবু উখি, মহাক্কী স্নাগী গৌরকান্তিনা শ্যামগোপরূপগী শ্যাম-কান্তিবু কূপ্লম্বদুসু উখি ; মতমদুদসু মহাক রাম্বরমদে ; মদুগী তুংদা "হাসি প্রভু তারে দেখান স্বরূপ। রস-রাজ-মহাভাব একরূপ॥—প্রভুনা নোক্লগা মঙোন্দা স্বরূপ উৎখি—রসরাজ মহাভাব-না ওইবা রূপ অমা।" মদু উবদা মুংঙাইমনখিবদগী রামানন্দরায় রাম্বরম্মী। বংশীবদন শ্যামগোপরূপ উদুনসু লেপ্পমক রামানন্দ য়াম্না মুংঙাই-রম্মী ; মরমদি শ্যামসুন্দরগী রূপ অদুসু মুংঙাইবঙাক্তগীনী। শ্রীরাধাগী গৌরকান্তিনা কূপ্পা শ্যামগোপরূপ অদু উরগা মহাক হেন্না মুংঙাইরম্বা তাই ;

মরমদি রূপ অসিদা আনন্দগী মশক ওইবা শ্যামসুন্দর রূপচুরু মুংঙাইবা-শীবা শক্তিগী ফন চোংথোকপা মূর্তি ওইবী শ্রীরাধাগী আনন্দজ্যোতিনা য়াম্না য়েৌনা ঙাল্লছল্লম্মী : অতুগু রূপ অসীসী উবদা রামানন্দগী দেহেদা মুংঙাইবগী ঈথক হৌরম্লবস্থু মহাকপু রাস্থহন্নবা ঙম্না শাক্ত অচুক হক্না কল্লমদে। অতুবু রসরাজ-মহাভাব রূপ অতু উবদা মহাক্কী মুংঙাইবতু কয়ামুক হেন্‌গংলহগে হায়ববু, মহাক অমূক মছার ফাবা ঙম্মদে, মহাক্কী পূর্ণাঙ্গ-হকচাঙ অমদি ইন্দ্রিয় পূম্নমক, মাগী রাখল পূম্নমক মুংঙাইবতুদা লূপ্‌খিতুনা মহাক লেপ্পা ঙমদতুনা রাস্থখিরম্মী। প্রভুনা কৃপা তৌতুনা উংথিবা রূপ অতু প্রভুগী স্বরূপ-নী ; মতু মমাঙ্ঙেদা উথিদ্রিবা গোপনী ; রামানন্দ রায়না মতু কদৌঙৈদসু উথিদ্রি, করি হায়রনী ধ্যান দফাঙবা থন্‌খিদ্রিবা মতৌনী। মাসা উরম্বতু সন্ন্যাসীগী রূপ নত্তে,—ভাবশিংগী ঈথক্না থক্চানরবা-মিত্তা ওইবা মুরলী-থোংবা চীন্‌বান্‌গী শ্যামসুন্দর রূপ-সু নত্তে- মাঙদা খজিত্তং লাপ্প-থোক্না লৈবী সনাগী মচুগুম ঙৌবা কুচ্‌পী মবেম্মা শ্রীরাধাগী অঙৌবা কুচ্‌না কূপ্পা শ্যামগোপগী রূপ-সু নত্তে। মসিদগীসু হেন্‌বা ঙরুঙাই-ওইবা মমাঙদা উথিদ্রিবা রূপ-নী। রূপসিদি রসরাজ অমসুং মহাভাব অনীনা অংক-ফংনা তিন্‌বা মতিন্দা—শৃঙ্গার-রসরাজ মূর্তি লৌবা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহাভাব ভাবগী ওইবী শ্রীরাধা অনীসিনা তিন্দুনা ওইবা হায়রফম থঙ্ত্রবা রূপ-নী। রূপ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী নোংহৌ মান্‌বা শ্যামরূপতুবু শ্রীরাধাগী অঙ্গগী কান্তিদনা কূপ্পা নত্তে শ্রীরাধাগী কুচ্‌-ঙৌবা অঙ্গনা কূপ্পনী—অঙৌবা গোরচনাগী মতৌগুম্ ঙৌজবা বৃষভানু-মমোম্লেইগী হকচাঙ-কায়াং খুদিং-মক্তু প্রেম-না শৌদোকহনবগী মতাংগুম্না শৌদোক্লগা, মতুনা নন্দনন্দনগী শ্যামবর্ণগী কায়াং খুদিমক্তা, মহাক্কী মুং পান পুঙহুং থংনা হেক্তা হেংশন্নতুনা লৈখিবনী। অতুগসু মহাভাব-মর্মগী দেহগী মশক ওইনা কৈরিবা অঙৌবা মচুগী মথুম্ অতু ফাওতুনা রসরাজগী শ্যাম দেহেদুসু উবা ফংঙী। ইংনা মেঙলবা-মঙালগী নোংহৌবু মেরা-থাবন্দা চুমথোক্লনা নোংখাংনা পুক্তশন্ শান্না কূপ্পা মতাংগুম্নী, অতুগসু নোংখাংগী মঙ্গুঙদা নোংহৌগী অতৈংদা শ্যাম-কান্তিগী মঙাল য়েরম্না জংনী রসরাজগা মহাভাবকা অনীনা লৌবা অমসুং তিন্নবা, অমনা অমবু কূপ্পা—অতু মতম অমতদা ওইবা ওইনা তৌরম্মী। হায়রফম-খঙদবা মমাঙ্ঙেদা থক উথিদ্রিবা রূপ অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী

মদন-গুম্বা শকক্নম অহুনা— যুগলিত শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পরম স্বরূপ অহুনা— ওইখৎলকপদা খমথেংনা ওইবা মওই অহুনী। মহাভাব হায়বহুনা চেৎনা কোন্শল্লম্বা শৃঙ্গার-রসরাজগী হায়বদা-থোক্রুবা রূপ অহুদি অনুভব-তমক তৌনবা বিষয়নী—রসিকজন ওইবা মীতাদনা খঙ্গদোবা রূপ-নী।

রামানন্দ-রায়সী ব্রজগী বিশাখা-সখীহুনী ; মদনমোহন-(মদন-গুম্বা) রূপকী মাধুর্য্য মহাক খঙদবা নত্তে। মাধুর্য্যহু আস্বাদন তৌবদগী পোকপা মুংঙাইবগী ময়াইহুস্সু মহাক খঙদবা নত্তে : ময়াই অহু খঙবা ঙম্নবগী শক্তি মহাক্কী লৈবনী। মরমহুনা শ্রীরাধাগী গৌরকান্তিনা কূপ্না গোপবেশ বেণুকর-নবকিশোর-নটবর রূপ উরুরগম্ম মহাক রাম্বখিদে। অহুবু "রস-রাজ-মহাভাব দুইয়ে একরূপ" উরগদি মহাক রাম্বরম্মী। মসিদগী খঙবা য়াবদি—রূপ অসিগী মাধুর্য্যহু অনুভব তৌবদগী পোকপা মুংঙাইবহুগী ময়াইদি কয়ামুক কনবগে হায়ববু রামানন্দ-ওইবা বিশাখান-ফাওবা ময়াইহু খাঙবা ঙমখিদে। মরমহুনা রূপ অসিগী মাধুর্য্যদি মদনমোহন-রূপকী মাধুর্য্যদগী য়াম্না হেল্লী হায়বসী প্রমাণ তৌরে। মহুগী মরমস্সু লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদি মহৌশানা মছামক্কী পূর্ক্নীঙ পুম্ববু হূবনী, শ্রীকৃষ্ণ মছামকপু ফাওবা ঙক্হন্-ঙম্বনী। অহুবু মাগী মাধুর্য্যসী শ্রীরাধাদগী মনাক হেক্ক য়ৌবদা মপূঙফানা লৈরাংনা মকা ফন্না শাৎপগুন্মী ; মতমহুদা মাধুর্য্যহু উবদা মদন ফাওবা শুমহৎলিবনী। "রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদন-মোহনঃ। অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদনমোহিতঃ॥" শ্রীরাধাগা নক-ছিন্‌বহু অহুক্কী মতিক য়ৌশল্লগা মাধুর্য্যগী শক্‌ফোঙস্সু অহুক্কী মতীক শুইরিবনী। অহুবু ব্রজদা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা নক্‌ছন্‌বহু অহুক্কী মতীক য়ৌশল্লবস্সু মখোয় অনীগী হকচাঙ অনী থোক্না লৈবহু অহুম মরৈ—মাঙবা লৈতে। 'রসরাজ মহাভাব-রূপ' অসিদদি মখোয়নীগী নক্‌ছন্নবহু (সান্নিধ্যহু) কয়ামুক য়ৌগ্রবগে হায়ববু মখোয়নীনা তিন্নখিহুনা অমতমক ওইথোকখি— শ্রীপাদ স্বরূপদামোদরগী রাহৈদা হায়রগা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তম্। মতাঙসিদা মখোয়নীনা নকশন্নবসী হেন্নঙাই লৈতনা নক্‌শন্নবনী ; মরমহুনা মাধুর্য্যস্সু খমথেংনা উৎলন্মী। রূপ অসিদা য়াওরম্লিবদি শ্রীকৃষ্ণগী মছামক্কী চিত্তবু হূবা মাধুর্য্যগী মপূঙ-ফাবা শকউং অহুগা শ্রীরাধাগী মাধুর্য্যগী মপূঙ-ফারেন-ফাবা শকউং অমস্সুং মখোয়নীনা নক্নবহু য়ৌমন্‌শিবনা অনীহুগী মাধুর্য্যহুনা তান্ন-তান্ননা হেঙ্গৎনরকপা মখোয় অনীগী মাধুর্য্যগী শকউং অহুনী

( মন্মাধুর্য্য রাধাপ্রেম দোঁহে হোড় করি। ক্ষণে ক্ষণে বাড়ে কেহ মুখ নাহি মুড়ি॥—শ্রীকৃষ্ণগী উক্তি )। মরমতুনা মমাঙৈঙদা ওইখিদ্রিবা রূপ ( শক্তা ) অতুগী মাধুর্য্যদি হায়নঙাই-লৈতবা অমদি চাংদমঙাই লৈতবা মাধুর্য্যনী, নত্রগা রূপ মত্তাঙ্গদি মদনমোহনগী মদনমোহন হায়বতুনী। শ্রীজীবগোস্বামীনা সন্দর্ভদা হায়রম্মী—যুগলিত রাধাকৃষ্ণদি পরমস্বরূপ নী। রসরাজ মহাভাব অনীনা অমা ওইবা রূপ অসিদা অনীগী যুগল ওইবগী খমথেংবা মত্তাঙনী। মরমসিনা শ্রীপাদ স্বরূপদামোদরনা ইরম্বনী—"ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পরতত্ত্বং পরমিহ।" ওইবা তাই, মরমতুনা শ্রীপাদ কবিরাজ গোস্বামীনা ইরম্লিবা—"কৃষ্ণলীলামৃতসার, তার শত ধার, দশদিকে বহে যাহা হইতে। সে গৌরাঙ্গলীলা হয়, সরোবর অক্ষয়, মনোহংস চরাহ তাহাতে॥"

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—মাধুর্য্য ভগবত্তাসার ( মাধুর্য্যদি ভগবান্ ওইবগী মচি-নী )। "রসরাজ-মহাভাব দুইয়ে একরূপ" ওইবা গৌরস্বরূপসিমক্তা মাধুর্য্যগী খমথেংবা বিকাশ ওইরবোইদি শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগী ভগবত্তাগী খমথেংবা বিকাশনী হায়না লৌবা তায়। অদু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্ নত্তবা তারবরা? "কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং" হায়বা বাক্যসী বিচার-য়াওদ্রবরা? অসুম্না কনাগুম্বনা হংবা য়াই। মতুগী পাউথুম ওইনা হায়বা য়াই মতুদি—শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীগৌরাঙ্গসে তোঙানবা পোৎশক ( তত্ত্ব ) অনী নত্তে। রাধাকৃষ্ণনা তিন্নবা বিগ্রহতু গৌর-নী। শ্রীকৃষ্ণতুমক্তা গৌর ওইবনী। অনীমক স্বয়ং-ভগবান্নী। অদু ওইরবদি স্বয়ং ভগবান্ হায়বতু অনী শুবা তারবরা? শুদে। স্বয়ং ভগবান্ অমংতুনা রস আস্বাদন তৌবগীদমক্তা মছাবু রূপ অনী থোক্লা ফোঙদোক্লম্বগী রাতনী। ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা করি করিগুম্বা মতমদা দিয়াশিনী ( দেবদাসী ), নাপিতানি, যোগী-নচিংবগী রূপ লৌয়ি; দিয়াশিনী নত্রগা যোগী অদু শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা তত্ত্ব নত্তবগুম শ্রীকৃষ্ণনা রসবিশেষ অমা আস্বাদন তৌগে হায়বগীদমক গৌর-রূপ লৌরম্বতনী; গৌররূপ অদু শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা তত্ত্ব নত্তে। স্বয়ংভগবান্ অমনা রূপ অনী থোক্লা উৎপদগী—শ্রীকৃষ্ণরূপ না বিষয় প্রধান হায়তুনী অদুগা শ্রীগৌররূপনা আশ্রয়প্রধান হায়তুনী। শ্রীকৃষ্ণদনা প্রেমগী বিষয় ( নুংশিফম ) ওইবতুনা মরুনী অদুগা শ্রীগৌরদনা প্রেমগী আশ্রয় ( তুঙফম ) ওইবতুনা মরুনী।

শ্রীমদ্ভাগবতত্মগী "কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণম্" হায়বা শ্লোকসিদা হৌজিক ওইরিবা কলিগী লাংনরুম (উপাস্য) শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরবু অথুপ্পা মওংদা পল্লি ; শ্লোকসিদগী খওবা য়াবদি—শ্রীশ্রীগৌরসুন্দর অসু শ্রীরাধানা কোন্‌শল্লম্বা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনী—হায়বসিনী। শ্রীপাদ স্বরূপদামোদরগী "রাধাকৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তিঃ-নচিংবা ( ১/১/৫ ) শ্লোক অসু শ্রীমদ্ভাগবতমগী মথক্তা পল্লিবা শ্লোকসিগী কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণম্"—অংশগী ভাষ্যস্বরূপ-নী। অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা রামানন্দ রায়দা উৎলবসু ভাষ্যসিগী মূর্ত্ত অর্থনী। প্রকট-লীলাদদা শাস্ত্রার্থগী মূর্ত্ত রূপ উবা য়াই।

স্বয়ংভগবানগী রূপ অনী লৈবগী রা শাস্ত্রদা য়াওবরা হায়না অমুক হংবা য়াই। পাউখুমদি "য়াওয়ি" হায়গনী। স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী রাদি শ্রীমদ্ভাগবতমদা অমসুং গোপাল-তাপনী শ্রুতিনচিংবদা য়াওবসু ময়াম্না খঙনরিবনী। শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগী রাস্ শ্রীমদভাগবতমগী "আসন্ বর্ণাস্ত্রয়ঃ-নচিংবা অমসুং "কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণম্-নচিংবা শ্লোকশিংদা অমসুং মুণ্ডক—উপনিষদকী "যদা পশ্যঃ পশ্যতে রুক্মবর্ণং কর্ত্তারমীশং পুরুষং ব্রহ্মযোনিম্। তদা বিদ্বান্ পুণ্যপাপে বিধুয় নিরঞ্জনঃ পরমসাম্যমুপৈতি ॥ ৩/১/৩ ॥ হায়বা বাক্যদা উবা ফংঙী। মুণ্ডক-দা হায়রিবা "রুক্মবর্ণ-গৌরবর্ণ-পুরুষসু (অংঙৌবা মচুগী পুরুষসু) স্বয়ংভগবান্নী হায়বগী প্রমাণদি "ব্রহ্মযোনি" শব্দসিনী।

ফরে অসিসু লৈরসনু। হৌজিকমূক রাহং অমা চোংথোরকয়ি। ১৮১-১৮২ পয়ার মূলগী মর্ম্মদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী মসুদি—প্রভুনা মছাবু লোৎননবা হোৎন-হোৎননা রায় রামানন্দনা মরম্নাই কৃষ্ণপ্রেমগী মপান্ন প্রভুগী তত্ত্ব খঙবা ঙমখি। ভুমীৎ থরনী মহাক্না প্রভুগা রারী শাবা মতমসুদা মাগী প্রেমগী মপান্ন প্রভুবু খঙবা ঙম্নমদ্রিবা কবিগানো? মসীগী পাউখুমদি ২/৮/১৩০-১৩১ পয়ার মূলদা কবিরাজ গোস্বামীনা পীরি। "যদ্যপি রায় প্রেমী মহাভাগবতে। রায়ের মন কৃষ্ণমায়া নারে আচ্ছাদিতে ॥ তথাপি প্রভুর ইচ্ছা পরম প্রবল। জানিতে হো রায়ের মন করে টলমল ॥" প্রেমগী মপান্ন মতমসুদসু রামরায়না প্রভুবু খঙবা ঙম্নমগদৌবনী; অদুবু খঙলগদি—প্রভুগী স্বরূপ উপলব্ধি তৌরগদি—রামরায়সু ভুংঙাইমন্‌খিদুনা রাস্তরমগনী। অদু ওইরবদি রা নৈনবসু চথবা য়ারম্লোই। মরমদুনা রায়না প্রভুবু খঙহন্নীঙদবসু কল্লম্বনী। প্রভুনা খঙহন্নীঙব্রবসুদা করম্না মাবু খঙবা য়াগনী?

মহাপ্রেমী রামরায়গী বিশুদ্ধ প্রেমমদা লংত্রিক-লংবা থাগী চিত্ত মিংশেনগী ম্যাঙদা প্রভুগী তত্ত্বত্থু মরক-মরক্তা নোংথাংঙম ভানপে ভানগে তৌরম্বনী, অদুবু প্রভুগী ইচ্ছানা কনখিবনা ভানবা ঙমখিদে। অতুনা মা নৈনরমহু তোক্লমদবনী। হৌজিক্তি মা নৈনবা লোইরম্লে, বিদায়গী মতম লাক্লে; থোইদোক্না প্রভুনা মছামক্কী স্বরূপ অদু উৎলগা রায়রামানন্দগী মহৈ য়াল্‌হন্নগে হায়দুনা প্রভুনমু নীঙলক্লে। মরমদুনা মহাক রায়গী প্রেম-প্রভাবতগী পোক্রম্বা তত্ত্ব-উপলব্ধিদু থিংনীঙলমদ্রে, রায়দা মছাগী রূপ অদু উৎখরে।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা রায়-রামানন্দদা সাধ্যতত্ত্বগী পূংয়ৌ য়ৌনা বিকাশ-ওইবা রূপ অদুমক উৎখি। সাধ্যতত্ত্বগী ঙমখৈগী তত্ত্বদু মহাক্না রায়গী মচীন্দা থোকহনখিবা রূপ অদুমক্তদা মঙোন্দা প্রভুনা মূর্ত ওইহল্লগা উৎখি।

## মূল ২৮৮

প্রভু তারে হস্ত-স্পর্শে করাইল চেতন।

সন্ন্যাসীর বেশ দেখি বিস্মিত হইল মন ॥ ২৮৮ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা; তারে—মাবু (রায় রামানন্দবু); হস্ত-স্পর্শে—খুৎনা শোক্লগা; করাইল চেতন—জ্ঞান তাহনখি; সন্ন্যাসীর বেশ—সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ; দেখি—উবগা; বিস্মিত—ঙকপা; হইল—ওইখি; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা রায়বু খুৎনা শোকপীরগা জ্ঞান তাহনখি। সন্ন্যাসীগী বেশ উবদা রায়গী মপুক্নীঙ ঙকখি।

## নৈনরোল

চেতন ফংলগা প্রভুবু উবদা মাগী রসরাজ-মহাভাবকী শক্তমদু লৈরমদ্রে; হান্নগী সন্ন্যাসিগী বেশতু উখি।

## মূল ২৮৯

আলিঙ্গন করি প্রভু কৈল আশ্বাসন।

তোমা বিনা এই রূপ না দেখে কোন জন ॥ ২৮৯ ॥

### শব্দার্থ

আলিঙ্গন—কোন্‌শনবা ; করি—তৌডুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌরম্মী ; আশ্বাসন—থেমজনবা ; তোমা—নঙ ; বিনা—নত্তনা ; এই—অসী ; রূপ—শক ; না দেখে—উদে ; কোন—কনা ; জন—মী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা রায় রামানন্দবু কোন্‌শল্লগা থেমজল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী—"হে রামানন্দ ! নহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা ঐগী রূপ অসী উদে ।"

### মূল ২৯০

মোর তত্ত্বলীলারস তোমার গোচরে ।
অতএব এই রূপ দেখাইল তোমারে ॥ ২৯০ ॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐগী ; তত্ত্বলীলা রস—তত্ত্ব অমসুং লীলাগী রস ; তোমার—নঙগী ; গোচরে—উবা ; ( তোমার গোচরে—নঙনা উই ) ; অতএব—মরমদুনা ; এই রূপ—ঐগী রূপ অসী ; দেখাইল—ঐনা উৎপনী ; তোমারে—নঙোন্দা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী তত্ত্ব অমসুং লীলারস পুম্নমক নঙদি খঙই । মরমদুনা ঐগী রূপ অসী নঙোন্দা ঐনা উহনবনী ।

### মূল ২৯১

গৌর-অঙ্গ নহে মোর—রাধাঙ্গ স্পর্শন ।
গোপেন্দ্রসুত বিনা তেঁহো না স্পর্শে অন্যজন ॥ ২৯১ ॥

### শব্দার্থ

গৌর—কুচ ভোবা ; অঙ্গ—হকচাঙ ; নহে—নত্তে ; মোর—ঐগী ; রাধাঙ্গ—শ্রীরাধাগী অঙ্গনা ; স্পর্শন—শোকপনী ; গোপেন্দ্র—গোপনিংথৌগী ; সুত—মচানুপা ; বিনা—নত্তনা ; তেঁহো—মহাক্না (শ্রীরাধানা) ; না স্পর্শে—শোক্তে ; অন্যজন—অতোপ্পা মীবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—ঐগীদি অভোবা কুচ্গী হকচাঙ নত্তে ; রাধাগী অঙ্গনা শোকপনী। গোপনিংথৌগী মপারি নত্তনা রাধানা অতোপ্পা মীবু শোক্তে।

## নৈনরোল

মহাপ্রভুনা রামানন্দরায়দা হায়রম্মী—"ঐবু নঙনা কুচ্ভোবা ওইনা উরি ; থাঙ্গৈশেংবমক্তি ঐগী কুচ্দি ভোদে। অদুবু ঐবু কুচ্ভোবা ওইনা উরিবা করিগীনো হায়বদু ঐ হায়গে নঙ তাও। কুচ্ভোবী শ্রীরাধানা মাগী অঙ্গ ( কায়াৎ ) খুদিংমক্কা ঐগী অঙ্গ খুদিংবু শোকয়ি ( স্পর্শ তৌয়ি )। মরমদুনা মাগী অঙ্গকান্তিনা ঐবু কুচ্-ভোবা ওইহন্‌বনী। শ্রীরাধাদি ব্রজ-নিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণবু নত্তনা অতৈ কনামতবু শোক-শম্নবা তৌদে।" বাক্যসিগী ব্যঞ্জনাদি (খোম্থাঙদি) অসিনী—"ঐবু রাধানা স্পর্শ তৌরবনীনা স্বরূপকী য়েংলগদি ঐসে ব্রজ-নিংথৌ-মপারি কৃষ্ণনী হায়বদু নঙনা ইলায়-লায়না খঙলগনী।"

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী হকচাঙগী য়েংতুম-মনা-অমনা পক্পা শরূক ফাওবা ভোদবা য়াওরমদে ; মরমদুনা শ্রীরাধানা মহামক্কী অঙ্গ খুদিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ খুদিংবু শোক্নুনা হায়বদি কোনশন্দুনা ( আলিঙ্গন তৌদুনা ) লৈ হায়বতুমক রামানন্দদা প্রভুনা খঙহন্‌খি। ব্রজলীলাদা শ্রীরাধানা হায়খি—শ্রীকৃষ্ণগী "প্রতিঅঙ্গ লাগি মোর প্রতিঅঙ্গ ঝুরে—কায়াৎ খুদিংগীদমক ঐগী কায়াৎ খুদিংনা কপ্পী।" শ্রীরাধাগী বাসনা অসি থুংখি—গৌরলীলাদা। শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌনীঙবদু থুংহন্নবগী হোৎনকন্দা শ্রীরাধানা মহাগী নীঙজবস্তু থুংহন্‌খি। প্রভুনা হায়রম্মী মহাক শ্রীরাধাগী কান্তি অদুদনা কূপ্পা নত্তে ; শ্রীরাধাগী অভোবা অঙ্গনা কূপ্পনী ; শ্রীরাধাগী অঙ্গ-কান্তিদু মাপাম্বোংদা উনরিবনী।

প্রভুনা ইঙ্গিতনা মরম্নাই তত্ত্ব অদু ফোঙদোক্লম্মী।

মূল ১৯১

তাঁর ভাবে ভাবিত আমি করি আত্মমন।
তবে নিজমাধুর্য্য-রস করি আস্বাদন ॥ ১৯১ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) ; ভাবে—ভাব-না ; ভাবিত—শাগৎ-শেমগৎপা ; আমি—ঐনা ; করি—তৌয়ি ; আত্মমন—ইছাগী মন ; তবে—অতুম্না ; নিজমাধুর্য্যরস ইছাগী মাধুর্য্যরস ; করি—তৌয়ি ; আস্বাদন—মহাও-তংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী ) ঐনা ইছাগী মন-বু শ্রীরাধাগী ভাব অতুনা শাগৎপা ওইহল্লে ( হায়বদি ঐনা শ্রীরাধাগী ভাব অতু লৌরে ) ; অতুম তৌরগা (রাধানা) ঐগী মাধুর্য্যরস আস্বাদন তৌবগুম্না ঐ ইছানসু তৌয়ি।

## নৈনরোল

মমাঙ-থঙবা পয়ারদা প্রভুনা হায়রম্মী মতুদি—মহাক ব্রজ-নিংথৌগী মপারি শ্রীকৃষ্ণনী, শ্রীরাধানা মাগী অঙ্গ খুদিংনা আলিঙ্গন তৌবদগী গৌর ওইবনী। নৈনরিবা পয়ারসিদা প্রভুনা অমুক হায়রম্মী—মহাক শ্রীরাধাগী ভাব য়াওনা লৌরে। ভাব লৌবগী মরমসু হায়রম্মী—মছাগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌবা, শ্রীরাধাগী ভাব নত্তনদি মছাগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবা য়াদে।

### মূল ২৯৩

তোমার ঠাঞি আমার কিছু গুপ্ত নাহি কর্ম্ম।
লুকাইলে প্রেমবলে জান সর্ব্বমর্ম্ম ॥ ২৯৩ ॥

### শব্দার্থ

তোমার নঙগী ; ঠাঞি—মফমদা ; আমার—ঐগী ; কিছু—কৈছু ; গুপ্ত—লোৎপা ; নাহি—নৈতে ; কর্ম্ম—থবক ; লুকাইলে লোৎলবদি ; প্রেমবলে—শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবনা পাঙ্গল ওইদুনা, জান—নঙনা খঙঙী ; সর্ব্বমর্ম্ম—অথুপ্পা পুন্নমক, তত্ত্ব পুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী নফমদা লোৎনঙাই ওইবা থবক করিমত্তা নৈতে ঐগী। ঐনা লোৎলবসু নঙগী কৃষ্ণপ্রেমনা পাঙ্গল ওইদুনা অথুপ্পা পুন্নমক নঙদি হেক্তা খঙঙী।

### মূল ২৯৪

গুপ্তে রাখিহ কাহাঁ না করিহ প্রকাশ।

আমার বাতুলচেষ্টা—লোকে উপহাস ॥ ২৯৪ ॥

শব্দার্থ

গুপ্তে—লোম্না ; রাখিহ—থম্মু ; কাহাঁ—কদায়দসু : না করিহ—তৌগনু ; প্রকাশ—ফোঙদোকপা : আমার—ঐগী ; বাতুল—অঙাওবা ; চেষ্টা—থবক ; ( বাতুল চেষ্টা—অঙাওবা থবক ) ; লোকে—মী ময়াম্না ; উপহাস—নোক্নঙাইনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী অঙাওবগী মতৌসে লোম্না থম্মুকো, কদায়দসু হায়দোক্কনুকো : মীনা নোক্লগনী।

**তৈনবোল**

প্রভুনা হায়রম্মী—হে রামানন্দ, নঙনা ঐগী উরিবা মতৌ অদুগা ঐঙোন্দগী তাখিবা রা পুম্বা কনামতদসু হায়দোক্কনু : মখোয়না মনাকোঙনা তারগা ঐবু লঙনরক্কনী, মরমদি ঐগী আচরণ সিদি অঙাওবা মীগী আচরণ-গুম্বনী। ( মসি প্রভুনা দৈন্য উৎপগী রাহৈঙাক্নী )।

নত্রগা, **আমার বাতুল চেষ্টা**-নচিংবা-প্রভুনা অমূক মচাব অঙাওবনী হায়দুনা মচাবু লোৎনবা হোৎনরি নত্রগা ভক্তগী ভাব লৌদুনা দৈন্য উৎলি : অদুবু সরস্বতীনা প্রভুগী দৈন্যউক্তিদু থাঙবা ঙমদ্রদুনা “বাতুলচেষ্টা” নচিংবগী অর্থ অতোপ্পা অমা তৌরি ; মদুদি অসিনী—শ্রীরাধাগী ভাব লৌবনা প্রভুদো শ্রীরাধাগুম্না প্রেমনা ঙাওবা হায়বদু তৌরম্লে : প্রেমনা ঙাওবা মীগী আচরণসু অঙাওবগী আচরন্নী হায়না খঙদবা মীচমশিংনা লৌয়ি। মরমদুনা প্রভুনা রামানন্দদা হায়রম্মী—“কনাদসু অসি পুম্নমক্কী হায়দোক্কনু ; মরমদি মীচম ময়ামদি মরম পুম্নমক্কী খঙদবনী হায়বদি কৃষ্ণপ্রেমগী অমদি প্রেম বিকারগী মর্ম্ম খঙদে ; নঙনা ঐনা তৌরিবশিংসে হায়বা মতমদা ঐগী আচরণসিবু অঙাওবগী আচরন্নী লৌদুনা মখোয়না ঐবু লঙনরীঙগনী, মদুদা মখোয় অপরাধী ওইগনী।”

মূল ২৯৫

আমি এক বাতুল, তুমি দ্বিতীয় বাতুল।

অতএব তোমায় আমায় হই সমতুল ॥ ২৯৫ ॥

শব্দার্থ

আমি—ঐ : এক— অমা ; বাতুল—অঙাওবা : তুমি—নঙ ; দ্বিতীয় — অনীশুবা ; বাতুল—অঙাওবা : অতএব—মরমদুনা ; তোমায় আমায় — নঙগা ঐগা ; হই— ওই ; সমতুল— মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐ অঙাওবা অমনী ; নঙসু অনীশুবা অঙাওবনী। মরমদুনা নঙগা ঐগা অম্মানী, চপ্‌মান্নবনী।

মূল ২৯৬

এইরূপ দশরাত্রি রামানন্দসঙ্গে।

সুখে গোঙাইলা প্রভু কৃষ্ণকথারঙ্গে ॥ ২৯৬ ॥

শব্দার্থ

এইরূপ —মতৌ অসুম্না ; দশরাত্রি—অহিংতরানী ; রামানন্দসঙ্গে — রামানন্দগা লোয়ননা ; সুখে—নুংঙাইনা ; গোঙাইল—লেল্লম্মী ; প্রভু— প্রভুনা ; কৃষ্ণকথারঙ্গে—কৃষ্ণগী র ঙাগী নুংঙাইবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অহিং তরানী রামানন্দগা লোয়ননা কৃষ্ণকথাগী ইরাংদা নুংঙাইনা লেল্লম্মী।

মূল ২৯৭

নিগূঢ় ব্রজের রস-লীলার বিচার।

অনেক কহিল তার না পাইল পার ॥ ২৯৭ ॥

শব্দার্থ

নিগূঢ়—অথুপ্পা : ব্রজের — ব্রজগী ; রস-লীলার— রসলীলাগী ; বিচার - নৈনবা ; অনেক - য়াম্না ; কহিল হায়রম্মী ; তার - মদুগী ; না পাইল — ফংলমদে ; পার- অমথৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগী রস-লীলাগী ( রাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী ) বিচারদি য়াম্না থুপ্পনী। ( প্রভুগা রামানন্দগা রসতত্ত্বগী রা ) য়াম্না নৈনরম্মী ; অদুবু নৈনবগী লোইখম্বা নাইরমদে।

## মুল ২৯৮-২৯৯

তামা কাঁসা রূপা সোনা রত্ন-চিন্তামণি।
কেহো যেন পোঁতা কাহাঁ পায় এক খনি॥ ২৯৮॥
ক্রমে উঠাইতে যেন উত্তম-বস্তু পায়।
ঐছে প্রশ্নোত্তর কৈল প্রভু রামরায়॥ ২৯৯॥

## শব্দার্থ

তামা—কোরী ; কাঁসা—শেন্জেং ; রূপা—লুপা ; সোনা—সনা ; রত্ন—রত্ন ; চিন্তামণি—চিন্তামণি ; কেহো—কনাগুম্বনা ; যেন—হুন্না ; পোঁতা—লৈন্থংদা ফুম্বা ; কাহাঁ—কদায়দা ; পায়—ফংডী ; এক—অমা ; খনি—খোং ; ক্রমে—মথঙ-মথঙ ; উঠাইতে—লৌখংপদা ; যেন—হুন্না ; উত্তম-বস্তু—খ্বাইদগী হেন্বা পোৎ ; পায়—ফংই ; ঐছে—অদুগুম্না ; প্রশ্ন-উত্তর—বাহং পাউখুম ; কৈল—তৌবম্মী ; প্রভু রামরায়—প্রভুগা রায় রামানন্দগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোরী, শেন্জেং, লুপা, সনা, রত্ন, চিন্তামণি কনাগুম্বনা ফুমথুনা থনম্বদা কদায়দনো মফম অমদা খোং অমা থেংনরম্বা, অদুদগী মথঙ্ মথঙ্ লৌখংলাকপদা অথোইবা পোৎ অমা ফংবা অদুগুম্না ফংনবা প্রভুগা রামানন্দ রায়গা অনীনা হংল-খুম্ন তৌনবম্মী।

## নৈনরোল

কোরী, শেন্জেংনচিংবা পোৎশিংগী মথঙ্-মথঙ্ হেঙ্গৎলকপগুম্না বর্ণাশ্রম-ধর্ম্মদগী হৌরগা মহাভাব-কাণ্ডবা সাধ্যবস্তুশিংগী মরক্তা মথঙ্-মথঙ্ হেঙ্গৎপা অদু নৈনরম্মী।

## মূল ৩০০

আরদিন রায়পাশে বিদায় মাগিলা।
বিদায়ের কালে তারে এক আজ্ঞা দিলা॥ ৩০০॥

### শব্দার্থ

আরদিন—নোংমা ; রায়পাশে—রায়গী মফমদা ; বিদায় মাগিলা—বিদায় নিরম্মী ; বিদায়ের কালে—বিদায়গী মতমদা ; তারে—মঙোন্দা (রাম রায়দা) ; এক—অমা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিলা—পীরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমদি রায়গী মফমদা বিদায় নিরম্মী। বিদায়গী মতমদা (প্রভুনা) মঙোন্দা (রাম রায়দা) য়াথং অমা পীউখরম্মী।

## মূল ৩০১

বিষয় ছাড়িয়া তুমি যাহ নীলাচলে।
আমি তীর্থ করি তাহাঁ আসিব অল্পকালে॥ ৩০১॥

### শব্দার্থ

বিষয়—চন্‌নানবগী থবক ; ছাড়িয়া—থাদোক্লুনা ; তুমি যাহ—নচাক চৎলু ; নীলাচলে—নীলাচল দা ; আমি—ঐ ; তীর্থ করি—তীর্থ-চৎনা চৎলগা , তাহাঁ—মফমদুদা (নীলাচলদা) ; আসিব—লাক্কে ; অল্প-কালে—মতম খরদংগী মনুংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—"হে রামানন্দ, নচাক মফমসিগী লস্তান্-থবকসী থাদোক্লগা নীলাচললমদমদা চৎলো। ঐ তীর্থ চৎলুখিগে অদুগা মতম খরদংগী মনুংদা নীলাচল-দা লাক্কে।"

## মূল ৩০২

দুইজনে নীলাচলে রহিব একসঙ্গে।
সুখে গোঙাইব কাল কৃষ্ণকথারঙ্গে॥ ৩০২॥

## শব্দার্থ

দুইজনে—ঐখোয় অনীনা ; নীলাচলে—নীলাচল-দা ; রহিব—লৈগনী ; একসঙ্গে—পুল্লপ, লোয়নননা ; সুখে—ন্নুংঙাইনা ; গোঙাইব—লেন্‌গনী ; কাল—মতম ; কৃষ্ণকথারঙ্গে—কৃষ্ণগী বারীগী ইরাঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়নী পুল্লপ নীলাচলদা লৈমিন্নগনী। অদুগা কৃষ্ণকথা তৌদুনা ন্নুংঙাইনা লেন্‌সী।

## মূল ৩০৩

এত বলি রামানন্দে করি আলিঙ্গন।
তারে ঘরে পাঠাইয়া করিল শয়ন॥ ৩০৩॥

## শব্দার্থ

এত—অসুক, বলি—হায়রগা ; রামানন্দে—রামানন্দবু ; করি—তৌদুনা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; তারে—মাবু (রামানন্দবু) ; ঘরে—যুমদা ; পাঠাইয়া—থাদোকপ্রগা ; করিল—তৌখি ; শয়ন—চেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বা খরনী হায়রগা প্রভুনা রামানন্দবু কোন্‌বিরে। মাবু যমদা থাদোকপ্রগা প্রভু চেপ্‌খরে।

## মূল ৩০৪

প্রাতঃকালে উঠি প্রভু দেখি হনুমান্।
তাঁরে নমস্করি প্রভু করিল প্রয়াণ॥ ৩০৪॥

## শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক ভঙ্গা ; উঠি—হৌগৎলগা, প্রভু—প্রভুনা ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; হনুমান্—শ্রীহনুমান্‌গী বিগ্রহ ; তাঁরে—মাবু (হনুমানবু) ; নমস্করি—খুরুম্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; করিল—তৌখি ; প্রয়াণ—খোঙশান্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক অঙনবদা লেঙখৎলগা প্রভুনা শ্রীহনুমানগী বিগ্রহ দর্শন তৌরগা খুরুম্মী অহুদগী খোঙশান্থি।

মূল ৩০৫

বিদ্যাপুরে নানামত লোক বৈসে যত।
প্রভুদর্শনে বৈষ্ণব হৈল ছাড়ি নিজমত ॥ ৩০৫ ॥

**শব্দার্থ**

বিদ্যাপুরে—বিদ্যানগরদা ; নানামত—মত মখলমখাগী ; লোক—মী ; বৈসে—লৈরম্মী ; যত—ময়ামখিবিক ; প্রভুদর্শনে—প্রভুবু উবদা ; বৈষ্ণব হৈল—বৈষ্ণব ওইখি ; ছাড়ি—থাদোকুনা ; নিজ-মত—মশা মশাগী মত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদ্যানগরদা লৈরম্বা মত মখলমখাগী মীওয়াশিংদো প্রভুবু উবদগী মশা মশাগী মত থাদোকুনা বৈষ্ণব ওইরম্মী।

মূল ৩০৬

রামানন্দ হৈলা প্রভুর বিরহে বিহ্বল।
প্রভুর ধ্যানে রহে বিষয় ছাড়িয়া সকল ॥ ৩০৬ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দ হৈলা—রামানন্দ ওইরম্মী ; প্রভুর বিরহে—প্রভুগা কায়নবদা ; বিহ্বল—থরাই রাবা ; প্রভুর ধ্যানে—প্রভুবু ধ্যান (খনবা) তৌদুনা ; রহে—লৈ ; বিষয়—লনথুমগী থবক ; ছাড়িয়া—থাদোকুনা ; সকল—পুমমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায় রামানন্দ প্রভুগী কায়নমৈচাক্লা য়াম্না চাক্লম্মী অহুগা বিষয়গী থবক পুম্নমক থাদোকুনা প্রভুবু ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী।

## মূল ৩০৭

সংক্ষেপে কহিল রামানন্দের মিলন ।
বিস্তারি বর্ণিতে নারে সহস্রবদন ॥ ৩০৭ ॥

### শব্দার্থ

সংক্ষেপে—সম্পংনা ; কহিল—হায়জরে ; রামানন্দের মিলন রামানন্দগা উনখিবগী রা ; বিস্তারি—শন্‌জোক্লা ; বর্ণিতে—তীবা ; নারে—ঙমদে : সহস্রবদন কোক-লীশীঙ লোঙবা অনন্তদেবনা ।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

লাইবীক লেঙবা শ্রীকৃষ্ণদাস গোস্বামীনা হায়জৈ—ঐনা রামানন্দগা প্রভুগা মিলন থৈবগী রাসে শম্পংনা লীজরে । মিলনগী রাদি কোক-লীশীঙ লোঙবা অনন্তদেবনসু শন্দোক্লা তীবা ঙমদবা ফাংনী ।

## মূল ৩০৮-৩০৯

সহজে চৈতন্যচরিত ঘন দুগ্ধপুর ।
রামানন্দচরিত তাতে খণ্ড প্রচুর ॥ ৩০৮ ॥
রাধাকৃষ্ণলীলা তাতে কর্পূরমিলন ।
ভাগ্যবান্ যেই, সেই করে আস্বাদন ॥ ৩০৯ ॥

### শব্দার্থ

সহজে মহৌশানা ; চৈতন্যচরিত—শ্রীচৈতন্যগী চরিত্র ; ঘন অনঙবা ; দুগ্ধপূর—শঙ্গোমগী পিঠা ; রামানন্দ চরিত শ্রীরামানন্দগী চরিত্রনা ; তাতে মহুদা (পিঠাদুদা) , খণ্ড—চিনি অতাঙবা , প্রচুর—মরাঙ কায়বা ; রাধাকৃষ্ণলীলা—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা ; তাহে অদুদা ; কর্পূর মিলন—কর্পূর থাকপা ; ভাগ্যবান্—লাইবক-ফবা ; যেই—মহাক্ ; সেই—মহাক্তুনা ; করে—তৌই ; আস্বাদন মচাঙ তংবা ।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মহৌশানা শ্রীচৈতন্যগী চরিত্রদি (লীলাদি) নঙ-নঙ-লাউরবা শঙ্গোমগুম্না খুনী ; অদুগী মথক্তা রায় রামানন্দগী চরিত্রনা মরাঙ-কায়রবা চিনি

অঙাঙবনী (চিনিদু অনঙবা শঙ্গোমতুদা হাপ্পদা অমুক হেন্না থুগ্লম্মী)। মতুগীসু মথক্তা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাগী মশক ওইবা কর্পূর হাপ্লবদা হায়নঙাই লৈতনা থুম্বনী। লাইবক ফবা মীতুদনা অহাওবা অচাপোৎসী চাবা ফংবনী।

## মূল ৩১০

সেই ইহা একবার পিয়ে কর্ণদ্বারে।
তার কর্ণ লোভে ইহা ছাড়িতে না পারে ॥ ৩১০ ॥

## শব্দার্থ

সেই—কনাগুম্বা মহাক ; ইহা—মসিবু ; পিয়ে—থকয়ি ; কর্ণদ্বারে—নাকোঙো ; তার—মহাক্কী ; কর্ণ—নাকোঙনা ; লোভে—মিহৌবনা ; ইহা—মসিবু, ছাড়িতে—থাদোকপা ; না পারে—ঙমদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনা গুম্বা অমনা মসিবু মনাকোঙনা থক্লবা, অদু ওইরবদি মহাক্কা মিহৌবদগী মসিবু (লীলা শ্রবণ তৌববু) থাদোকপা ঙম্মোই।

## মূল ৩১১

সর্বতত্ত্বজ্ঞান হয় ইহার শ্রবণে।
প্রেমভক্তি হয় রাধাকৃষ্ণের চরণে ॥ ৩১১ ॥

## শব্দার্থ

সর্বতত্ত্বজ্ঞান—তত্ত্ব পুম্নমক খঙবা ; হয়—ওই ; ইহার—অসিবু ; শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা ; প্রেমভক্তি—লুংশিনা নীঙবা ; হয়—ওই ; রাধাকৃষ্ণের—রাধাকৃষ্ণগী, চরণে—খোঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লীলাসী শ্রবণ তৌরগা তত্ত্ব পুম্নমক খঙবা ঐম্মী অদুগা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী খুঙাথাদা প্রেমভক্তি পোক্নী।

## নৈনরোল

**ইহার শ্রবণে—** শ্রীরামানন্দ রায়গা মিলন-প্রসঙ্গদা উৎলম্বা শ্রীচৈতন্যগী চরিত্র অদু নাকোঙনা তারগা।

## মূল ৩১২

চৈতন্যের গূঢ়তত্ত্ব জানি ইহা হৈতে।
বিশ্বাস করি শুন তর্ক না করিহ চিত্তে ॥ ৩১২ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যের— শ্রীচৈতন্যগী ; গূঢ়তত্ত্ব— অথুপ্পা মফম ; জানি— খঙঙী ; ইহা হৈতে— অসিদগী ; বিশ্বাস— থাজবা ; করি— তৌদুনা ; শুন— নাকোঙনা তাও ; তর্ক— য়েৎপা ; না করিহ— তৌগনু ; চিত্তে— নপুক্লীঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী অথুপ্পা রাফমদু মসিদগী (রামানন্দ মিলন প্রসঙ্গদগী) খঙঙী। থাজবগা লোয়ননা নাকোঙনা তাও, নপুক্লীঙদা য়েৎকনু।

### মৈনরোল

গূঢ়তত্ত্ব—শ্রীচৈতন্যদি রাধাকৃষ্ণনা তিনবা বিগ্রহনা হায়বা, মহাক্কী রসরাজ-মহাভাব-নী হায়বা তত্ত্বসী।

ইহা-হৈতে—রামানন্দমিলন-প্রসঙ্গ অসিদগী।

## মূল ৩১৩

অলৌকিক লীলা এই পরম নিগূঢ়।
বিশ্বাসে পাইয়ে—তর্কে হয় বহুদূর ॥ ৩১৩ ॥

### শব্দার্থ

অলৌকিক— মীরক্তা ওইথোক্তবা ; লীলা— শবক ; এই— অসী ; পরম— খমথেংবা ; নিগূঢ়— থুপ্পনী ; বিশ্বাসে— থাজবগা ; পাইয়ে— ফংঙী ; তর্কে— য়েৎপনদি ; হয়— ওই ; বহুদূর— য়াম্না লাপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীরক্তা ওইথোক্তবা লীলানী শ্রীচৈতন্যগী লীলাসী ; মসী থুপ্পেন থুপ্পনী। থাজরগদা ফংগদবনী, মরৈ য়েৎপনদি ফংলরোই।

মূল ৩১৪

শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ-অদ্বৈত-চরণ ।

যাহার সর্ব্বস্ব— তারে মিলে এই ধন ॥ ৩১৪ ॥

শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ-অদ্বৈত-চরণ--শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অহুমগী খুয়া-খা-না ; যাহার—কনাগুম্বা মহাক্কী ; সর্ব্বস্ব— অপুন্বা লন (শুইরবা) ; তারে—মহাক্তা ; মিলে—ফংঙী ; এই ধন--লন্ অসী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অহুমসীগী চরণ অচুম্বু মাগী মরম্নী হায়বা কনাগুম্বা মীওনা লন্ অসী হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী গুঢ়তত্ত্বসী ফংগনি ।

মূল ৩১৫

রামানন্দরায়ে মোর কোটি নমস্কার ।

যাঁর মুখে কৈল প্রভু রসের বিস্তার ॥ ৩১৫ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দরায়ে রামনন্দরায়বু ; মোর—ঐগী (ঐনা) ; কোটি নমস্কার —কোটিনিক হন্না খুরুমজে ; যাঁর মহাক্কী ; মুখে—চীন্দা ; কৈল— তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; রসের বিস্তার--রস শন্দোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মচীন্দা প্রভুনা রস-শন্দোক্লম্বা অচুম্বা শ্রীরামানন্দরায়বু ঐনা কোটিরক হন্না খুরুমজরি ।

মূল ৩১৬

দামোদর-স্বরূপের-কড়চা অনুসারে ।

রামানন্দ মিলন লীলা করিল প্রচারে ॥ ৩১৬ ॥

## শব্দার্থ

দামোদর স্বরূপের --শ্রীস্বরূপ দামোদরগী ; কড়চা—সূত্রগ্রন্থ (note-book) ; অনুসারে—তুংইন্না ; রামানন্দমিলন-লীলা—রামানন্দগা উন রম্বগী লীলা ; করিল— তৌখি ; প্রচারে—শন্দোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীস্বরূপ দামোদরনা ইরম্বা কড়চাগী মতুং ইন্না রামানন্দ-মিলন লীলাশু ঐনা শন্দোকচবনী ।

মূল ৩১৭

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে যার আশ ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৩২১ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে- শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী ; পদে--খুয়া-খাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা ; চৈতন্যচরিত্রামৃত শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু ; কহে -লীজৈ ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপবে শ্রীরঘুনাথদাসনে অনীগী চরণ-খাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাসনা চৈতন্যচরিতামৃত লীজরি ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে রামানন্দরায়-সঙ্গোৎসবো নাম অষ্টমপরিচ্ছেদঃ ॥



# শীতলজিৎকী লাইব্রীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, লুংশিন্নাথৈবা।
ন্নারী-মচা—লৈকোন্নুংদা, লৈমুংশি।
শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরুক )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ
২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )
৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোন্গী অনুবাদকা কোন্নবা ) মমল লুপা ২০.
৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শৈখন
৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.
৬। Friends' Pocket Dictionary. ( English to Manipuri )
৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০.
৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮.
৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫.
১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২.
১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০
১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮.
১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫.
১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০.
১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০.
১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫.
১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮.
১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০.
১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০.
২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০.